

[redacted]


অফোঙবা : এম. জিতেন সিংহ (অইবগী মচানীপা অহল)

অহানবা ফোঙবা : নভেম্বব ৭, ২০০২





কোপী মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ১১০/-

---

নম্ফম : জগদম্বী প্রেস, তেরা সাপম লৈরক, ইম্ফাল।





ঐবু পোকপিরম্বা বাবাজী

অমসুং

অপোকপী ইমাগী চরন্দা

"ঐগী পুন্সি"

কৎথোকচরি।

# রাহৌদোক



ঐহাক থবক্তগী তাং ১/৫/৯৭ ইংদা হেক পোথাবদগী ঐগী ওটোবাইওগ্রাফী ইগে খন্দুনা মচাক থিজিনবা হৌখি। মতমদী অসুম অসুম হৌখিদুনা অনীঙবা অদু পাংথোকপা ঙমদনা কুইনা লৈরবা মতুং তাং ১৪/৬/৯৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎ অনীশুবা ইঙাগী পানখৎলকপা নোংমাপানবা নুংথিল পুং অমা তাবদগী ইবা হৌখিবনি। তাং ২৩/৭/২০০২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐনা ইবা হৌখিবা পুন্সীগী রারী হায়বদী তাং ১৪/৬/৯৯ ইং ফাওবগী লোইশিল্লে। মখা অমুক ইথজদ্রে।

হৌখ্রবা পুন্সীগী থোদোক খুদৌংদমক কুপথনা অমদী মপুঙ ফানা ইবা হায়বসি ওইথোক্রবনা ঐনা থোমজিনজবা মচাকশিংদগী খরা খরা মপুঙ ওইবা থনগৎলগা ইরজখিবনি। ঈশ্বরনা চানবীদুনা ঐগী পুন্সীগী রারী অসি লাইরিক ওইনা ফোঙবা ঙমজরবদী ঐবু পোকপিরম্বা বাবাজী অমসুং অপোকপী ইমাগী চরন্দা ''ঐগী পুন্সী'' কথোকচরি।

অহানবা ফোঙবা ওইবনা বানান্দা লানবা, হক্তিনখিবা অমসুং শোক তারিখনাচিংবদা লাম্না নমখিবা য়াওরমলবসু অপাশিংনা ঙাকপিয়ু।

''ঐগী পুন্সী'' ফোংদোকপ্রিঙৈগী মাংওইননা মশক নাইবা ভদ্রলোক খরদা পাবীনবা অমসুং মোত পীবিনবা হায়জরুবদগী হরাও-হরাও পাবীখি অমসুং মোত পীবিরকখি। পীবিরকপা কমেন্তশিং অদুমক মথং মথং মথংগী লময়াদা ফোঙদোকচরি।

**অইবা**

## ১. শ্রীথৌনাওজম বীরা সিংহ,

এক্স-মিনিষ্টর(বেভিন্যু)
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।

# পারুবদগী ফাওজরকপা রাফম খর

ঐবু থাজবিদুনা 'ঐগী পুন্সি' হায়বা Auto-biography লাইরিক পানবা খুদোংচাবা পীবিবকপা আসগাদমক্তা অইবনু থাগৎচরি।

অইবগী অহুনবা পুন্সিদা খুঙ্গংদা পোকপা নহা অমনা ইম্ফালদা লৈরগা লাইবিক তম্লবা হোৎনবা লোইননা অবাবা মশিং নাইদনা হোৎনবদা হনবা লৈতবা পুম্নমক পারুবদা অইবনু ফিদমনিঙাই ওইবা মীশক অমনি লৌজে।

মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা শেন খব থোক্লবা থবক তৌনবা হোৎনবা অমসুং ঙাল্লবা মতমদা পুলিসকী মশক নাইবা ফম ফংলকপা অদুদা মতম অদুগী খুঙ্গংদা লৈবা মীশিংগী লেমজনিংঙাই ওইরমগনি খল্লি।

পুলিস অফিসার ওইনা শিন্নবা থবক্তা পাংথোক্লবা হোৎনবদা হনবা লৈতবা অমসুং মখল মখা কেস কয়াগী মবমদা ইনভেস্তিগেসন/ইন্টরোগেসন চুম্না অমদি মতম চানা লোইশিনবা ঙমখিবা অসি ঐ খোয় পুম্নমাক্ক লেমজানিংঙাইনি। তুংদা লাকখিবা পুলিস অফিসারশিংগী লমজিং লম্বী ওইগনি খল্লি।

পনবা যাবদা নিলম পনচভাইয়া, রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবী মফম খণ্ডনা শিবা অমসুং এক্স মিনিষ্টর থৌনাওজম চাওবা সিংহগী লোইনবী শ্রীমতী মাঙ্গোনঙানবী দেবী অমদি মাগী মচানুপা শ্রী ওজিৎ সিংহবু লোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা উপায় হায়বদি মবমশিং থীগৎপা অমসুং মমৈদা অচুম্বা পুথোকপা অসি থাগৎনিংঙাইনি। তুংদা পুলিসনা থীগৎ-খোগৎপগী লম্বী অমা মতম চুপ্পদা ওইরৌবনি।

পুলিসকী চিল্লবা থবকশিং লৈন-লৈন ইমুং-মনুং লৈতানা লৈনবা অমদি পিক্লিবা মচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্নবগী থৌরাং শিনবা লোইননা মচাশিংনা থম্ফম থোকপা ব্যাভার থমহনবা ঙম্বশি অতাংবা মপা অমনি লৌজে।

থবক্কী পোৎথারবা মতুংদা পুলিস ডিপার্টমেন্টনা কৌদুনা মাগী মতেং লৌবা অসিনা তাকপদি মঙাক অসি অচুম্বা তৌবা অফবা অফিসার অমনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই।

অইবগী পুন্সি নুংঙাইনা অমসুং শাংনা লৈনবা ঈশ্বরদা নিজরি।

## ২. শ্রী লাইরেঞ্জম যুগেশ্বর সিংহ(আই:পি:এস)

রিতায়াদ ডি.জি.পি. মণিপুর
ময়াইকোইবী, ইম্ফাল। **ফোন : ২২৯২৯৫(য়ুম)**

'ঐগী পুন্সি' শ্রী ময়াংলম্বম বাবুধন সিংহ, সাং হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা লৈবনা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী থবক্তগী পোৎথারবা মতুং মতম খবা ফাওবগী মনুংদা থোকখিবা অমদি মপুক্লিংদা ফাওখিবা থৌদোক কয়াবু নিংশিংলক্লুনা ইবা লাইরিক (ফোংদ্রিবা) অসি য়াম্না কুপ্না মপুং ফানা থৌদোক খুদিংমকপু নৈনবা অসিমক্তনা অইবনা মতম পুম্নমক্তা থবক তৌবা খুদিংদা য়াম্না চেকশিন্না মমুৎ তানা তৌই হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লি। থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক য়াম্না কুপ্না ময়েক শেংনা ইশিন্দুনা থমহৌবা মাল্লি।

শ্রী বাবুধন সিংহ মণিপুর পুলিসতা মশানা মশাবু ফজনা মশক তাকচবা থৌ পুবা অমনি। মতম অদুগী য়াম্না লুববা, লৈবাক ৱাথোক ওইবা, মরী মখোং খংদবা অদুগুম্বা ৱাথোক কযাবু পুলিসগী থিজিন হুমাজিনবগী থবক তৌবদা মথক থোংবা থৌ পুবশিংনা থাজবা থম্বা অদুগা লংলা লংজিন পুথোক্তুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী অচুম্বা শক্তম পুথোকপা ঙম্বা মতিক চাবা পুলিস থৌপুবশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোকপা অমনি। অরুবা থবক অমা থোকপদা কনাদা শিন্নশিগে খন্নবদা মহাক্কী নামিং মাংডিন থানা লৈরম্বা অদুগুম্বা থৌ পুবা অমনি।

অসুক য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইরবা থৌ পুবা অমা ওইরবসু পুন্সিগী লম্বীদা অমদি লোইশঙগী থবক তৌবা মতমদা, অকা-অকুম নাইবা হায়বা অসিনা মহৌশা ওইবনা, অইবগী পুন্সিদসু থোকখিদবা নত্তে। পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক ময়াম অসি তুং হন্না চুম্না য়েংলুববদি অকি-তুজুংগী মশাক্লি। মী পুম খুদিংমক, অসুম্না করম হাইনা হিংলক্লিবনো খল্লুবদা, তুজুংদবা ঙম্লোই। অদুবু মীপুম খুদিংমক অৱা-নুংঙাই কযামরুম খাংদুনা পুন্সি লেন্নখিবা ঙাক্তনি। মদু নিংশিংলুরগা পুন্সিগী মহাওসু অদুম হেনগৎলকপনি। মসিমক অইবনা শেংনা "ঐগী পুন্সি" দা মীপুম খুদিংমক্তা খংহন্নবা হোৎনবা অসি অচৌবা মাইপাকপা অমনি।

"ঐগী পুন্সি" দা অইবনা থেংনরকপা মীওই ক : অমগী অৱা নুংঙাই, অফ-ফত্তগী ৱাফম কয়া অমবু পকচেল শেংনা ফোংদোকই। লোইরকপদা "ৱাহৈ খরদং" হায়বা শরুক অদুদা অইবনা পুক্লিংদা ফাওবা মাগী ৱাখলশিং অদু ফুমদুনা থম্লগী মল্লা শেমজিন শাজিনবা য়াওদনা ফোঙদোকচবদা

কনাগুম্বনা নুংঙাইতবা পোকপিবা তারবসু মদু মশাগী ৱাখল্লি খনবিদুনা অদুগা করিগুম্বা ৱাখল খেন্নরম্লবসু মাবু ঙাকপিয়ু হায়না ময়ামগী মফমদা হায়জরি। য়াম্না ফজবা ৱাফম্নি। অদুবু মীশক মমিং পন্না, অইবগী চুম্লে হায়না খনবা, কনাগুম্বা অমগী মরমদা নুংঙাইতবা ফোংদোকপা অমদি মীওই অদুগী অফ-ফত্তগী ৱারী খরা য়াওরিবা অসি ফজবা মওংদা ৱাহৈ ৱাতা খরা হোংদোক্লুনা কোইরপ্না অনিংবা অদু ফোংদোকপা য়াবগী মওংসু লৈবনিনা, খুন্নাই অসিদা লেংদ্রবা ৱারী ওইনা লৈহৌরগদবা অমনিনা, অইবগী ৱাখল চিংশিহন্নিংই।

শ্রী বাবুধন সিংহ ঐহাক ইশাগসু লোয়শং অমত্তদা থমং-নাওমং থবক তৌমিন্নরকপনি। মণিপুরগী খ্বাইদগী মায পাকপা পুলিস থৌ পুবশিংগী মনুংদা শকনাইববা, থবক্তা মপুন্সি কৎথোকপা, মথৌ নিংথিজনা তৌবা ঙম্বা, মকোক থোংবা পুলিস থৌপুবশিংনা থাজবা থম্বা, পুলিস থৌপুবা অমা ওইনা মণিপুর অমদি ভারত সরকারনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী ইকাইখুম্নরবা অদুগুম্বা থৌপুবা অমনি। মহাক্কুম্বা অমা লৈরম্বা হায়বা অসি মণিপুর পুলিস অমদি মণিপুর সরকারগী লেমজনফমনি।

থবক্তগী পোত্থারবা অইবা শ্রী বাবুধন সিংহ য়াম্না পুক্লিং মরা তপনা ইমুং-মনুং, মরুপ-মপাং পুন্নমক্তা নুংঙাইবা মবী থমদুনা শাংলবা, নুংঙাইরবা পুন্সি অমা লেনবা ঈশ্বরনা পীনবিবা ওইসনু।

# ৩. শ্রী সনসম সিংহজিৎ সিংহ

এক্স-ডাইরেক্টর, ফায়র সার্ভিস মণিপুর

সনসম কোল্লুপ, শিংজমৈ

তাং ৩১, ওক্তোবর, ২০০২ ইং

শ্রী মযাংলম্বম বাবুধন সিংহ, Addl S.P. (Retd.) , ঐহাক্কী life কী অথেংবা তাঙ্কক্তগী য়াম্না লুনা নুংশি চান্নানা তিন্নজবিবা শিংথানিংঙাই ওইরবা police officers শিংগী মনুংদা অমনি। শ্রী সিংহ মথৌনা লৈবা, মথৌ মশক খংবা, মবুধি লৈবা, হোৎনবা কনবা, অখাং কনবা, জবান ঙাক্লা চৎপা, রা য়াম্না ঙাংদবা, মরুপ-মপাংবু থোইদোক্লা লুনা খনজবা অমসুং য়াম্না চেকশিনজবা মীশক্লি।

শ্রী সিংহগী Autobiography 'ঐগী পুন্সি' লমায় ২৪৫ পানবা লাইবিকসি মযাংলম্বম শাগৈগীনা 'প্রধান' অদুগা মহাক্কী ধাবা-নারাগীনা অরাংবা থাক কাননবা কৈরাকনি অমদি লমজিং মৈবানি।

মহাক্কী চহি ৩৩ গা থা ৩ লোমগী service career শিংথানিংঙাইনি অমসুং অকি তুংজুংবনা থল্লবা থৌদোক রাথোকশিংনি। Critical ওইবা problem শিং মহাক্লা শিবা কিদনা মাইপাক্লা solve তৌবা ঙমখি। Successful Service Life নি। অদুবু মহাক্কী হোৎনজমনগা ফংলকপগদি খেন্নৈ। থোইনা লাইবক ফবা, খুরৌ চেন্দবা য়াম্না নুংঙাইবা service life তি ওইখিদে। মরুপকী অশোয়বা লৈবম্বা য়াই। অদুমনদি ওইরগা মহাক অমসুং family as a whole দি য়াম্না পেন্না Social respects dignity লৈনা হিংবা হায়বদুদি ওই।

নৌনা হৌবক্লিবা/হৌবক্লিবী ইচা ইশুশিং, লাইরা-অনং, নুংঙাই-য়াইফা থিদনা লোইননা পুলিসকী profession দা চংলক্লিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা "ঐগী পুন্সি" শোইদনমক্কী পাহঞ্জনিংই। নৈনহঞ্জনিংই। শোইদনা কান্নগনি।

'ঐগী পুন্সি' লাইবিক অসি স্কুল, কলেজ, ওফিস অমসুং অতোপ্পা সংস্থানশিংনা লাইব্রেরিনচিংবা মফমশিংদা থম্মীদুনা মযাম্না পাবগা খুদোংচাবা ফংহঞ্জনিংই।

কনাগুম্বা- গুম্মীশিংবু অইবনা পেন্দবা ফোংদোকপা মানবা লাইরিকশিদা থেংনজে, অদুবু অইবনা মহাক্কী পুন্সিগী অকা-অকুম, অৱা-নুংঙাই খরমখৈ তশেংনা ফোংদোক্কে খন্দুনা ইখিবনি, মসিদা

নুংঙাইতবা পোকপিবা তারবদি excuse তৌবিনবা অইবনা পনবিখ্রবনিনা, ঐহাক্কী কমেন্ট মসিগী মতাংদদি reserve তৌজরে।

ঐগী মরুপ শ্রী ময়াংলম্বম বাবুধন সিংহ্ মখল মথেল মহাও শুনা চেনবা মীওই অমসুনি। অদুনা মহাক্কী হৌজিক্কী 'ঐগী পুন্সি' অসিগী মখা তুংগী মীরোলগী মীৎ নাকোং ওইনিংঙাই কয়ানা থল্লবা ইথরক্কনি খঞ্জে। মসিমক ওন্বা পাঙ্গল শক্তি পিনবিয়ু লোইননা মহাক অমসুং ফেমেলিবু পুন্সি নুংশাংনা নুংঙাইনা খুয়া-তুশিংনা পালহনবিয়ু হায়না চানবিহৈবা মপু মাঙোন্দা পুনেমজনি।

## ৪. এম. রাচন্দ্রা সিংহ

ডাইরেক্তর পুলিস ৱায়রলেস, মণিপুর

"ঐগী পুন্সি" হায়না মিংথোল্লবা শ্রী ময়াংলম্বম বাবুধন সিংহনা মশামক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা, থোকখিবা থৌদোক কয়াদা যুম্ফম ওইবা লাইরিক অসি পাজবা ফংজবসি ঐগী থম্মোয়দা খংহৌদনা যাম্না নুংঙাইহনবা ফাওই। ইশামক্কী ওইনা অসিগুম্বা মমল যাম্লবা লাইবিক অমা পাজবগা ইশাগী ওইনা রাহে খবা ফোংদোকচনবা খুদোংচাবা ফগুজবসি হন্দক্কীসিনা অহানবনি। পুলিস ওফিসার অমনা লোকপদগী মশানা হেক ভাব তারকপদগী হৌরগা থোকখিবা থৌদোকশিং অমত্তা চিংথদনা মাবক চুম্না অহান অকোন নাইনা, মতম, নুমিৎ-থা চহি য়াওনা ফজবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোরকপসি ঙকনিংঙাইনি, যাম্না থাগৎচনিংই, অহানবা ওইবম্বা যাই। হোৎনবা কনবগী রেকোর্ডশিং ফজনা থম্নগী চাওববা খুদম অমনি। থম্মোয় শেংনা অথুপ-অকোই নৈতনা শেংনা ইথোকপনবা খংদে পাবিবা ঐ মবক মবক্তা স্নাই স্নাই লাউবা ফাওই।

লাইরিক অসি মখল খুদিংগী মীওইনা পাবদা, খংবদা যাম্না নুঙাইবা ফাওগনি। থোইদোক হেন্দোক্না police service তা লৈবা মীওইশিংনা পাবগদি তঙাইফদনা খংদ্রবা যাদ্রবা অমসুং তমজনিংঙাই ওইববা থৌদোক কয়া খংবা অমদি কান্নরবা পারা অমা ওইগনি খল্লি। হোৎনবা কনবা, খংবা কনবা, থৌনা ফবা মীওইশিংদি হোৎনজমন মহে ঈশ্বরনা খবদসুপী হায়বদু শ্রী বাবুধন সিংহগী পুন্সিদা থোকপবা খল্লি। যাম্না রানা হৌবকলগা মণিপুরদা শিংথাবা য়ারবা থাক কয়া থৌনা ইমা লৈবক্কী সেবা তৌবম্বা, ইমুং মনুং, মবী মতা, মরুপ মপাং কযাগী যাম্না চেকশিন্না খঞ্জবা, তমজনিঙাই ওইরবা অইবান হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। পুকচেল শেংনা মথৌ মশক খংনা, হৈ-শিংনা, চেকশিন্না, থর্কাশ-খাস থম্না, পুক্লিং চংনা মথৌ তৌজবগী শকখংবা ওইনা President Medal ফংলবা Police Officer অমগী পাংথোকখ্রবা থবক কয়া লাইরিকসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। পঞ্জানিংবা অমনা মণিপুরদা হৌখিবা চহি ৩০ রোমসিদা থোকখিবা ক্রাইম খরগী ফজনা মরিকচুম্বা থৌদোক কয়া ফজনা খংবা ঙমগনি। লোইননা মণিপুরদা থোকখিবা মরুওইবা থৌদোক কয়া মবিক চুম্না খংবা ঙমই। পান্দম অমগী মতুংইন্না শ্রী সিংহনা মশাগী Autobiography ফোংদুনা মণিপুরগী সাহিত্যগী পুন্সি-লমগীদা মমল যাম্লবা খুদোল তল্লিবা অইবগী লাইরিক "ঐগী পুন্সি" সাহিত্য প্রেমী প্রেমিক কয়াদি হবা ওঙবগী ঙমথৈ লৈবরোই।

## ৫. শ্রী অকোয়জম কেরানি সিংহ

প্রসিদেন্ট মণিপুর ভোলুন্টরি
হেল্ড এসোসিয়েসন, ইম্ফাল। তাং ৮/১০/২০০২

ঐবু মরুপ অমা ওইনা ''ঐগী পুন্সি'' হায়না মিংথোনবা শ্রী বাবুধন সিংহ, রিতায়াদ্য এদিসনেল এস.পি.গী ওতোবাইওগ্রাফি পানবা তাঞ্জা পীবিবগীদমক থাগৎচরি। ভারতকী ওইনা তাংলবা প্রসিদেন্ট পুলিস মেদল ফোর মেরিতোরিয়স সর্ভিস অমসুং দিষ্টিংগুইস সর্ভিস মেদল ফংখ্রবা পুলিস ওফিসার অমনা মথৌ মশক খঙবা, থৌদোক-থোক পুন্নমক্তা নিংথিনা ওন রেকোর্দতা থম্বনা মরম ওইদুনা চমন্নরিবা খুনায অসিগী অহোংবা পুরকপদা অঙম্বা উফুল মরিক অমতংদা ওইরসু তুংগী যাইফা রাখল্লোন থম্নবা হোৎনবা ওন্নোক্না থাঙ্গৎনিঙাইনি।

তশেংনমক পুলিস ওফিসার অমা ওইবদা চংদবা য়াদ্রবা গাইদ বুক অমনি হায়রম থোকই হাযবসি পারুরগা থম্মোইদা ইথিল অমা পিরি। মথৌ মশক খঙবা মীয়ামগী যাইফনবা, শোথরবা খুন্নাই অসিগী থেংনরিবা পেন্দবা কয়া শেমদোকপা শামজনদগী মশানা ইজবা পুন্সিগী ৱারি মীযামদা কৎথোকচবনি।

নোংম-নোংমগী থেংনখিবা অৱা-নুংঙাই থৌদোক পুন্নমক চিথবা লৈতনা ইশিন্দুনা থমহৌবনা পুলিস ডিপার্টমেন্টকী কান্নবতা নত্তনা লাইরিক অসি পুথোকপদা মশক ফজহল্লি অমসুং মগুন হাপকৎলি। লাইরিক অসিনা তশেংনমক লৈবাক্কী ওইবা লো এন্দ ওর্ডরগী মতাংদা থিজিন হুমজিনবগী রিফরেন্স বুক অমা শোয়দনা ওইগনি।

ঐগী অচম্বা ৱাহৈ খরসিনা অদোমগী মমল নাইদ্রবা হোৎবগীদমক ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

# ঐগী পুন্সি

ঐহাক মেবা থাগী ১০ নি পানবা শকাব্দ ১৮৫৪ নিংথৌকাবা নুমীৎ শোক ১৯৩২ নবেম্বর থাগী তাং ৫ (তবেত্তা) পোকই। ঐবু পোকপিবা ইমাগী মমিং শ্রী মতি থিংনাম নিঙোল ময়াংলম্বম ওংবী হেনো দেবী কৌই। ইপাগী মিংনা শ্রী ময়াংলম্বম অতোন সিংহ কৌই। ঐগী পোকফম ককচীং খুনৌ হিজম লৈকাইদনী । ঐনা খঙলকপদা ঐগী ইপা পোকপা ইপুবোক লৈবমলি । মমিংনা শ্রী ময়াংলম্বম হাওদিগোন সিংহ কৌই । ইপা পোকপী অবোক্তী ঐনা খঙলকপদা লৈবমদ্রে। ইপাগা পোকমিন্নবা মচিন-মনাও নুপাদনা বাজি থাবগা অর্নীর্মা নুপীদনা অহুমনী। মখোয লোইনা খঙহৌই । খ্বায়গী অহন্দু নুপীনী ঐনা ইনেমহন কৌই । মমিং ধনবতি কৌই। মহাক মচা নুপা অমগা নুপী অমগা পোকই । নুপাগী মমিং পুর্ন সিংহ কৌই। মহাক্না অহন্নী । লৌউবা অর্মাদি ঈশৈ শকপগী থবক তৌই । মচা নুপী অদুগী মমিংনা কৈনাজাওবী কৌই । মহাক্কী মপুবোইবা লৈখিদবে অমসুং য়াম্না নৌনা লুখ্রা ওইহৌই । মহাক নোম্বা য়াম্না কল্লী । মচা নুপা অমগা মচা নুপী অমগা থনম্মী। লল্লোন ইতিক তৌদুনা মচাশিং ফজনা যোকই। মযুম অমুক পানবগী আশা লৈখিদে। মমৈদা লাইনীঙববোমদা মপুক্লাঙ লুপখি। মচানীপা অদু B A LLB লোইবদুনা M U দা থবক তৌগ্রে। মচানুপীগা মযা নীপাগা ইম্ফালদা যুম ইংখোল লৈদুনা লৈবে। অদুনা ইতৈমা লাইনীঙদুনা মতম লেপ্লি। মচানুপাগীসু মমৌ থিদুনা ইম্ফালদা লৈবে।

ইপুবোক্কী অনিশুবা মচাদু নুপীনী। ঐনদি ইনেযাযমা কৌই। মহাক ককচীং খুনৌ লমহাবা লৈবক হাযবদুদা মযুম পাল্লী। মহাক মচা অমত্তা পোক্তে।

অহুমশুবা মচাসু নুপীনী। ঐনা ইনেতোন কৌই। ঐনা খঙলকপদা মহাক লুখ্রা ওইনা হল্লক্রুন লৈবমলে। মচা নুপী ঙাক্তা অহুম পোকই। অহনগী মিংনা চাওবীহন, যায়মদুনা শঙ্গাই অমসুং অতোম্বীনা লোইদাং কৌই। ইনেযায়মা লৌবা মামাযাইমনা মমৈদা ইনেতোন লৌখি অমসুং মচা নীপা অমা পোকখি। হৌজিক্তী ইনেম্মল, ইনেযাযমা অমসুং ইনেতোন লোইনা লৈখিদ্রে। মখোযগী মচাশিংতমক হিংহৌবি।

মবিশুবা মচা অদু নুপানী। ঐনা ইপন্ধৌ কৌই। ঐনা খঙলকপদা ইপুবোক্কী যুমগা হেক থংননা মখা থংবদা যুমজাও অমা শাদুনা তোঙান্না লৈবম্মী। ইপন্ধৌগী ইমাহন অদু যাযমা দেবী কৌই। ককচীং খুনৌ অৱাং লৈকাইদা লৈবা খুনগী সেনাপতি ফম পাযবম্বা অহল অদুগী মচানুপীনী। ইপন্ধৌগী মচানুপা অহল অদু মমিং নীল সিংহ কৌই। মহাক্কী মচন নুপী অমখক্তনী। মমিং অচৌবী দেবী কৌই। মনাও নীপা অমগা মখোয অহুম পোকই। মনাওনীপাগী মিংনা কুল্লচন্দ্র কৌই। হৌজিক্তী লৈখিদ্রে।

ঐবু পোকপা ঐগী বাজি শ্রী অতোল সিংহ খ্বাইগী অতোনবনী। ঐখোয ইচিল-ইনাও নুপা মবি অমসুং নুপী অমা পুন্না ঐখোয ৫ (মঙা) লৈবি। ঐনা খ্বাইগী অহন্নী। মথংদা ইচল নুপী শ্রীমতি শঙ্গাই দেবী কৌই। মপুবোইবা লৈখিদ্রে। মচা-নুপী অনীথক থনম্মী। মমিংনা ইবেমহল অমসুং ইন্দুবালা কৌই। অহুমশুবনা ইনাও

নুপানি। মমিং মৈপাক কৌই। মহাক্কী নুপীগী মমিং শ্রীমতি নিঙোম্বম নীঙোল বীনো দেবী কৌই। মচা নুপা অনী অমসুং নুপী অমা লৈবে। মরিশুবা অদু তোমচৌ কৌই। মহাক্কী মচানীপা অনী অমসুং নুপী ১ লৈ। তোমচৌগী নুপীদী কায়নখ্রে। মঙাশুবা অদু অতোনবনী মমিং কুমারজীৎ কৌই। মাগী নুপীনা শ্রী মতি সিনাম নীঙোল লেশ্বী দেবী কৌই। নিংথেমচা কারোংদগীনি। মখোয়গী মচা-নীপা অমা অমসুং নুপী অমা লৈরে।

ঐনা খঙলকপদা ঐহাক হিজম লৈকাই হায়না খঙনবা লৈরক অদুদা লৈরম্মী। ঐখোয়গী য়ুম য়ুমজাওনী, ইনা-কুপ্পী, তুমফম কা, ফুঙ্গা, চাকথোংফম পুল্লম্মী। ফৌ থমফম কোৎ, শীঙ্গে তোঙান্না শাই। শঙ্গোন অচৌবা অমসু লৈ। ইবোই ঙাক্তা লোইরম্মী। ষন য়াওদে। ইরোই খরগী মমিংদি, লুব্রাওবা, শম্বী, হাতম তোম্বী অসিনিচিংবনি। চংফম থোঙ্গাল অনী লৈরম্মী। অৱাং থংবদুদা হোজং অমা লৈরম্মী। হোজংদগী মমাংশঙ্গোয় ফাওবা পরেংশানা ইনা কুপ্পা লৈপন লৈরম্মী। লৈপন পরেংগা অৱাংথংবা সিমানাগী নালাগগী মরক্তা লম ২/৩ লোম হাঙনা পাক্লা লৈরম্মী। শঙ্গোই য়ৌরমদাইদা অচৌবা হৈগ্রু পাম্বী অমা হৌরম্মী। মখা থংবদা ইংখোল মচেৎ অমনা খল্লগা ইপন্দ্বৌখোয়গী য়ুমজাও লৈ। শুমাংদী পুল্লী। ইপন্দ্বৌখোয়গী মখা থংবদা চাওববা ইংখোল লৈ । মদুদা মরু ওইনা 'চু' থারম্মী। ঐখোয়গী হেক থংনবা মখা থংবা য়ুম অদু ময়াংলাম্বম অঙৌ সিংহগীনি। মখোয়গা ঐখোয়গা লোন্নবদা অশাংবা খোংবান অমা লৈ। মখাথংবা থোঙ্গাল অদু ইপন্দ্বৌখোয়গী অমদী য়ুমশাশিংগী চংফম ওইনৈ। হোজং লৈবা অৱাংগী থোঙ্গাল অদুদী শা-যনগী চখোক চংশিন তৌহন্দে। পাক চাওরবা পুখ্রী অমা মখাথংবা থোঙ্গালদগী খাগী ঙমখৈ ফাওবা শন্দোক্লা লৈরম্মী। চাওরবা পুখ্রী অদুদা থাংজিং থারম্মী। পুখ্রী অদু লৈকাই অদুদা খ্বাইদগী চাওবনী। ঐগী ইপুবোক অসি খুল অদুদা ইনাক কৈরাক খুনবা মীওই অমা ওইনা মশীঙ থানরম্মী। লৌ য়াম্না চাবা ফৌ য়াম্না হাপ্পা ইমুং অমা ওইনা শীংথানরম্মী চহি খুদিংগী ফৌ তাইরম্মী। ফৌ শংবাইদা লুপা অমা য়ৌবনা খ্বাইদগী তাংবনি হায়না লৌনরম্মী। ঐখোয়গী অৱাং থংবা য়ুম অদু শ্রী ময়াংলম্বম গোপাল সিংহগীনি। মহাক পখ্রা ওইনা লৈরম্মী। মচা নীপা অগ্নীজাও কৌবা অমগা মখোয় অনীখক্তা মচা নুপী য়ুমশংবি কৌবী অমগা লৈরম্মী। খরা লৈরগা মৌ অমা লৌদুনা পানখি। ইংখোল অদুনা মখোয় মচীন-মনাও ৫ গোপালসিং, খম্বা, শঙ্গাইপা অসিনচিংবা তোঙান-তোঙান্না য়ুম শানদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়গী লৈকাই অদুদা অৱাং লোমদা থোঙ্গাল ৩ চংলগা উকু অমা লৈ। মদু দোলাইথাবী মরিল হায়না খঙনৈ। ঐখোযগী হেক খা থংবগী খোংবাল মরিল অদুনা অহোমপাৎ হায়না খঙনৈ। ঐনা নিংশিংবা ঙম্বদি শোক ১৯৩৭ অদুৱাইদগী হৌরমগনি নীংই। মতম অদু ঐগী চহি ৫ রোম শুবা কান্দনী। মতম অদুদা ঐগী ইনাও অমা কন্না নাখি। ফবগী আশা উখিদ্রে। ঐনা মাইবা ইপল গোপালশিংদা কোন্দুনা ঐগী ইনাও অদু ফননবা তৌবীয়ু, শিহনবীগনু হায়না কপখি। অতাবা অউবা মী পুন্নমক্লা নৌরিবা ঐগী ৱাখল অমদি থৌদোক অদু উবদা অঙকপা পোক্লখি। অদুবু ঐগী ইনাও চহি ২/৩ লোম শুবা অদু কনবা ঙমদনা শিখি। নোংমা ইবুবোক্লা ফৌ তাইবগী শেল থীরগা ইৱান অমদা হাপচিনখি। মাঙ্গোলগী ফমেলদা ফমলগা পৈশাশিং অদু হাপচিল্লিঙৈদা ঐনা ইবুবোক নহাক পৈশা কয়া য়াম্না লৈবগে হায়না হংবদা মহাক্লা লুপা ১০০ লৈ হায়খি মদুদা ঐহাক অঙকপা ওইখি। তশেংবসু মতম অদু পৈশা য়াম্না তাঙই। চেগী নোট হায়বা অমত্তা লৈবা উরমদে। চান্দি ময়েক ঙাক্তা ওইনা তৌই। লুপা ১০০ গী মপু ওইবসি মতম অদুদদী তাঙনা থোকলমই। ইমুং মনুংগী শাউনবা অমদগী ইবুবোক মতম অমদা য়ুম থাদোক্তুনা ককচীং খুল্লেন্দা মাগী মরুপ অমগী য়ুমদা নোংমা-নীনি লৈখি। বাজি অমসুং ইপন্দ্বৌনা চত্তুনা খুরুম্লুবদগী য়ুমদা হল্লকখি। ঐনা ইমানা তাকপদগী ইবুবোকপু খুরমখি। ইবুবোক্লা ঐবু কপ্পুনা কোনবীখি

অমসুং লুপা ময়েক অমা পীখি। মতম অদুদা লুপা ১ হায়বসি ঐগুম্বা অঙাং অমনা পায়বা ঙম্বা জাৎ নত্তে। ঐনা কয়া হরাউখি। ইবুবোক অদু য়াম্না শাউগল্লী। করিগুম্বা মতমদা ইনশাং হাওতে হায়দুনা মাগী ইনশাং হাপ্পা কচলি তেঙ্গোৎ অদু ইনশাংগা লোয়ননা ইন্থুখি অমসুং চাক চাদনা হৌগৎখি। ইমানা নুংঙাইতনা কপখি।

ঐনা খঙলকপদা ইবুবোক্না নোংমাইজিং খুদীংগী বামোন পুরগা মোন্দুম মহাদেব সেবা চৎলি। করি করিগুম্বদা ঐবুসু পুবী। চীংথক্তা লৈবা শিবা মহাদেবগী আক্ষরদা লৈশু কৎলি। অনকপা অমসুং অথাপ্পদগী লাই খুকুম্বা মী লাক্লে। মহাদেবগী খোইদৌ তম্না পৈশা হুঞ্জিনদুনা কৎলৈ। নুমিদাংৱাই ফাওবা লৈরগা বামোন্না মহাদেবগী খোয়দৌদগী পৈশাশিং অদু লৌথোকই অদুগা ইবুবোক্তা পী। ইবুবোক্না বামোন্দা মাগী দখিনা কৎলী অদুগা পৈশা অদু য়ুমদা পুরকই। পীথ্রাই বালটিন অমা তত্তনা পুই। লম্বীদা অঙাংশিংদা জগোয় শাদুনা ফাগি তৌই, মচীন পেথোক্তুনা লক্লে। নোংম নুমিদাং অমা ইমানা ঐবু হৌদোরকই ইপুবোক চৎখিদৌরে খুরুমহৌরো হায। ঐ হৌগৎলি। ভাব তাই অমসুং ইবুবোকপু খুরমজে তিল্লম্বা ময়াম অদু কপ্ল লাউনৈ অমসুং অথেংবদা ইবুবোক লৈখিদ্রে। ইবুবোক্কী তুংদা বাজিনা মোন্দুম মহাদেবগী থৌগল তৌরকখি। মহাদেবগী অকোয়বা চীং নাপোমদু লৈতেম মান্ননা তেমখায়খি। মন্দির অদু ইনা কুপলম্বদগী জিঙ্খ্না মনা হোংখি। খুদোংচাদবা মতমদা নোংমাইজিং নুমীৎকী সেবা চৎপিনবা লৈতদুনা ঐ অমসুং নীলশিং ঐখোয় অনীনা সেবা চৎপা য়াওই। থোং হাংদোক্লগা ৱাই তৈথোকপা অমসুং ধুপ থাবনচিংবা তৌই। লাই খুরুম্বা জাত্রিক লাক্লুনা দর্শন তৌবে। মহাদেবগী খোয়দৌদা পৈশা কৎখি। নুমিদাং ওইরবা মতমদা নীলশিং ইবানীনা লাইগী খোয়দৌদগী পৈশা লৌথোকই। অদুদগী খঙহৌই মহাদবেগী খোয়দৌ অদু য়াম্না লুই । অৱাংথংবা শরুক্তগী মখাথংবনা হেন্না লুথৈ। মক্রক মক্রক কয়াসু লৈবা থেংনৈ । অৱাংবা উগী ফাল অমা লৈ মদুদা কারগা খোইদৌ মনুংদা হুম্লম্মী। পৈশা অদু য়ুমদা পুবল্লগা বাজিদা শিন্নে। খরা লৈরগদি মহারাজ বুধচন্দ্রনা ঐগী বাজিদগী লাই-সেবাগী থবক অদু লৌথোকখ্রগা তোকপচীংগী রোমোন কৌবা অমদা শিন্নখ্রে। নিংথৌদা ওইদ ওইদবা ৱা কয়া বাজিগী মথক্তা হায়জিল্লি হায়বা তাখি। মতৌ অসুম্না চহী কয়াদগী সেবা চৎলল্লবা মোন্দুম মহাদেবগী আখরা অদু মুনখি।

ঐনা ইপা-ইমাগী খ্বাইদগী অহন ওইবনীনা য়াম্না পীক্লিঙৈদগী বাজীগী মতেং পাংবা হৌখি। মখল-মখলগী পাখোন, লৌ-উবদা, শীং-চিংবা, শন শেনবদা অমসুং অঙাং লৌবনচিংবদা পীক্লিঙৈদগী থবক্তা খোঙদাখি। থবক শু-নোম্বদা ঐগী ইপা অদু য়াম্না অনম কল্লি। মশা পীকচরবসু মীনা থবক নোম্বদা মাগী মতুং ইনবা ঙম্লদে। অনম কল্লি, খাঙবা কল্লি, হেনজিন্না নোমই। মতুং ইনবদা ঐহাক অৱাবা কয়া নংখি। লৌবুক্তা লৌখোইবদা চবাম চতৎনদুনা ৱাম্থগে তৌখিবা যাওই। নোংমা চীংদা শীঙ চনবা হাতম তোম্বী কৌবা ইরোই অদু তোংহল্লগা য়াওহনখি। নোংঙান্দ্রিঙৈদা মমাংচীঙ কাখত্তুনা ইরোই তোংদুনা বাজিগী মতুং ইনখি। কাংকোত্তা চাং হেল্লপ হাপ্লবা শীঙ অদু চিংদুনা চীংখাদা কুমথরকখি। চোনগোন শাবল য়ৌরল্লবদা ইরোই বেরা তৌদুনা কন্না চেনখি। ঐহাক ইরোইদগী তাদুনা ৱাম্থখি। ঐহাক ভাব তারকপদা য়ুমগী ফমুংদা লৈরমখি। মতম অদু ইশাগী চহি ৭/৮ লোম শুবা মতম ওইরমগনি। নুংতিগী কারোংবগী ইরমদা লৈবা ঐখোয়গী লৌ পুংখোঙদা লূ-থুম্বা, লূ-কাইবা চৎলি। অঙনবা অয়ুক মী-পোং হৌদ্রিঙৈদা ঐ তুঙ্গোল অমগা চৈশু অমগা পায়দুনা পুংখোং তানা চৎলি। লূ-কাইরগা অমুক থুমলল্লগা য়ুমদা লাকই। কাকফৈ, তিম্ফা কয়া চিকখি। তুমীৎ-কাঙ কয়া অমনি। মসি নোংমগী ৱা নত্তে। কুম্বী কালেন পুম্নমক্তনী। লূ কাইরুরগা লাইরিক তম্বা চৎলিবনী মদুসু ময়ামদগী থেঙদনবা হোৎনরিবনী।

ঐখোয়গী য়ুম অদু ইপাল থাগী মতমদদী য়াম্না খুদোং থী। অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী লম অদু খুলগীময়োন্দা লৈবা নত্তে। খরা মতাই ওইবা, মনুং চঙশিনবা মফম্নী। নোং হেক তাবগা লম্বী অদু অঙকপা ফংনা নাম্লী। হৌজিক্কী মতমগুম্না নৃঙনচিংবা থারমদে। নোং খরা কন্না অমদি কুইথনা তারবদি খোংবান লুকলাং পুম্নমক ঈশিং পিক থল্লী। লম্বী লমজাও পুম্নমক মশক উদবমখৈ ঈশিং থুমই। অদুদগী হেন্দোক্লুনা তুরেললোমদগী পাশিল্লকপা দোলাইথবীদগী পাথোরকপা ঈশিংনা হাইজিল্লক্লুনা পাক্তক্লুনা য়ুম থুমই। ঐখোয়গী য়ুম অদু ইমুংদা খ্বাঙ য়ৌনা ঈশিং তুঙশিল্লি। শা-ষন অমদী অতে য়ুমশাশিং লৈফম চাফম লৈতদুনা অঙকপা ফংনা খুদোং থীথি। ফৌচেং, শীঙ অমদি অতে-অতে শীজিন্ননবা পোৎচৈ কয়া মাঙ-তাকখি। হিংবদা চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈ ফংফম কৈথেল অমদি দুকানশিং থাপ্না লৈবনীনা খুদোংথীরবা লম্বী অদুদা চত্তবা য়াদবদগী চৎপা তারমই। নাম্লবা লম্বীদা, শুক্রা মমলবা অহিংদা অথাপ্পা দুকান য়ৌনবা চৎথোক চৎশিন তৌবদী মীৎ চেৎনা উইশিল্লগা চৎপগুমই। অদুগী মথক্তা চুম্না লেং ওত্তনা চৎপসু য়াবা নত্তে। খা-রাই, মাঙ-তুং, হাইদুনা তুগে তুগে তৌনা চৎনরম্মী। শম্না হায়রবদা অঙকপা পুম্সী খুৎহিং অমনি।

অকুৎপা খুদোং চাদবা মফমদা খুন্দাদুনা লৈবদু খাঙবা ৱাবদগী অতোংবা, খুদোং খরা চাগদবা মফমদা হোংদোক্লবা লৈকাই ৪/৫ গী মীওইশিং খুন্দিন্নদুনা হৌজিক হৌজিক উমাথেল কৌবা সরকারগী খাশ লেন্দ অসিদা হোংদোক্লবা ৱারেপ্লদুনা মাগী মাগী য়ুম্ফম কন্নরম্মী। কনানসু য়েত্তবদগী মানা মানা কন্নরিবা জগাদা য়ুম শাদুনা, ইংখোল কোইদুনা লৈনবা হৌরক্লমই। শুগ্নুবোডকী নোংচুপ্তা হৌজিক লৈরিবা ককচীং খুনৌ কলেজ ওইবিবা চীং অদুগী হেক থংননা মখা থংবদা বাজীগী য়ুম্ফম কনখি। অকোয়বদা খোংবান তৌখত্নুনা মাইবোংবী পাম্বী ইকোয় কোয়না থাদুনা মরেপ ফানা ৱাংদুনা অঙকপা ফংনা মহৈ পাম্লে। থাবীনা চাওনা চাওনা খুরক হাংদনা পাল্লম্মী। বাজিগী মনাক্তা ঐহাক লৈরম্মী। থাবল ফবা অহিংদা পুক্রীঙ নুংঙাইনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবম্মী। নৌনা খুন্দাবিবা মীয়াম অদু য়াম্না নে তানা লৈনবা হৌরকলম্মী। মতম অসিদা খুন্দাবা য়াওদবা খুনগী য়াইতোং ফমদোংবা মীওইশিংনা কল্লকপদগী খুনগী শঞ্জাবুংগী লমসিদা য়ুম তাশিনবা য়াবোই হায়না খন্নবা হৌরকলে। খুন্দিন্নবগা ময়াম চঙদুনা য়ুম-কৈ থুদেক্লুনা ইনশাং নাপী মাঙ তাকহনবা হৌবম্মী। কেশ তৌদুনা তাম্থোক্লবা অকনবা খোঙথাং চঙশিল্লমই। মী য়াম্বা হেনবা অদুগী মথক্তা খুনগী য়াইতোং ফমদোংবা ময়াম্না হৌবকপনিনা মখোয়না ঙমদুনা হোৎনকবা পুম্নমক অবেম্বা তাখি। ঐগী বাজিসু ময়ামদুগী মরক্তা অমনি মতৌ অসুম্না ৱানা থাখিবা মহৈ মরোং য়ুমকৈ পুম্নমক থুদেক্লুনা মাঙখি।

## মহৈ তম্বা

ঐখোয়গী লৈকাই অদুমক্তাদা তুরেল মচা অদুগা নক্লনা শ্রী ময়াংলম্বম হেরামোৎ সিংহ কৌবা মতম অদুগী লাইবিক হৈবা ওজা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী অহল লমন লৈরমদ্রে। ময়াম্বা অমা লৈরমই। মমিং ময়াংলম্বম পানজাবা কৌই। ময়াম্বগী নুপী লৈরমদ্রে। মচানীপা নিংথেম কৌবা অমা লৈরম্মী। ওজা অদুগী নুপীদী ইম্ফালদগীনি। মচা পোক্তে য়াম্না পীক্লিঙৈদগী ওঝা অদু ইম্ফালদা হৈরাঙ্গোইথোং মথক হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা শ্রী লাইবেল্লাকপম চোলো সিংহ কৌবা অদুগী ময়ুমদা লাইরিক তমদুনা লৈরম্মী হায়। মতম অদুগী ক্লাস সিক্স অসি লাইবিক হৈবদা চিংলমলে। ওজা চোলোগী য়ুমদা লৈবদগী অনকপা লৌরেম্বম লৈকাই হায়বা অদুদগী নুপী অমগা নুংশিনবকপনি হায়। নুপী অদু চেল্লবা মতুংদা ওজানা ইম্ফাল থাদোক্লুনা ককচীং খুনৌদা ময়াম্বাগা লৈদুনা ছাত্র খবা খোমজিল্লগা লাইবিক তম্বীবনী। মতম অদুদা ককচীং খুনৌদা লৱার প্রাইমারি স্কুল

অমখক্তদগী হেন্না লৈরমদে। ওজাসু অমখক্তনী। মমিংনা খুমুকচম লক্ষচন্দ্রসিংহ কৌই। স্কুল অদু গভর্নমেন্টকিনি। খুনগী খুনজিন্দা কৈথেল ময়াদা লৈবনি। ওজা হেরেমোত সিংহগীনা ময়ুমদা লন্নাই লিংখৎপা স্কুলনি। ক্লাস এ দগী ক্লাস টু ফাওবা তম্বী। ছাত্র অমগী চহিগী লাইরিক তম্বীবা ফৌ ওইনা পী। ফৌ মশীং অকক্লবা লৈরমদে। শংবাই ৪/৫ না অয়াম্বা পীনৈ। ওজাগী লৌ লৈরমদে। লাইরিক তম্বীবদগী ফংলকপা ফৌ-পোৎ ৪০/৫০ অদুনা মহাক্কী ইনকম হায়বদু ওইরম্মী। ঐগী বাজিগা ওজা হেরামোৎ সিংহগা য়াম্না ব্যবহার তৌনা তিন্নৈ। লুনসু তৌনৈ। ঐগী লাইরিক তম্বগী মরম ঙাওনদুনা ঐহাক ওজা হেরামোৎকীদা ক্লাস 'এ' দা লাইরিক তম্বা হৌই। ওজাগী ফৈনা শাবা শঙ্গোয়দুগী অৱাং ইথং থংবদা মমাঙগী ফকলাং য়াওদবা অহাঙবা কা অমদা ঐখোয় লাইবিক তম্মী। ইশা ইশাগী ফক নত্রগা বোরা পুদুনা চৎলি। ওজাগী য়ুমদু য়াম্না নান্না থম্মী। ওজা হেরামোত থবক য়াম্না কনবা ঙাইহাক্তা পোথাদবা ওজানী। পুল্লপ্পা ছাত্র ৩০/৩৫ রোমদমক তম্মী। অয়ুক্কী পুং ৬ কুম্বদা হৌরগা পুং ১০ রোম তাবদা ছুটি থায়। অমুক নুংথিলদা পুং ১ রোম তাবদা হৌরগা পুং ৩ রোম তাবদা ছুটি থায়। মরক্তা ওজানা ইংখোল শুদুনা ইনশাং নাপী থাই। ওজাগী ইমাবোক ইম্ফাল নীংঙোল অদু য়াম্না ফৈ, হরাও হবাও লৈবা উই। ময়াম মরক্তা ঙা ফাবা, ইনচিংবা অসিনচিংবা থুঙ্গংগী থবক্তা হরাওনা য়াওই। অদুবু মতম খরা লৈরগা মাগী অহল লমন্না কৌথোক্তুনা ইম্ফালদা পুখ্রে। অদুদগী ওজা হেরামোত মতোমতা লৈবে। মমৈদা ময়াম্বগা শাউনরক্তুনা অৱাংথংবদা ইংখোল লৈদুনা নৌনা য়ুম শাখ্রে। মখাশঙ্গোয় ওইনা শাংনা শারগা অৱাং লোমদা অমা তপথোকই। অৱাংগী শঙ্গোয়দু লাইরিক তম্ফম ওইরে। মতম খরগী মনুংদা ইংখোল অদু শিং নানখ্রে। মখল-মখলগী ইনশাং নাপী থাদুনা অঙকপা ফংনা ফজনা হৌই। ইমুং, চাকশঙ, শুমাং য়াম্না নান্না থমই। খোঙ-খুৎ হাম্ফমসু তোঙান্না নান্না শাই।লাইরিক তম্বীবগা য়াম্না থৱাই য়াওই। মী খুদীংমক মযেক শেংনা শেংনা তাকই। অয়ুক নুংথিল অনীমক্তা পবা লৌই। ফাদ্রবদি ওজাদুনা য়াম্না শাথী। মখল মখলগী ইকাইবা পী। ফাদবা ছাত্রদুদা অফাবা মীদুনা লুখমদা কন্না খুবাক্লা থাহল্লি। পবা ফাদবা য়াদ্রে। অয়ূক নুংথিল খাক্তনা হোম ৱার্ক পী। তৌবক্তবা মীদু শাথীনা লাক্লে। মতৌ অসুম্না হায়বদি শোক ১৯৩৯ অদুৱাইগী শোক ১৯৪৪ অদুৱাই ফাওবা ওজা হেরামোত্তা লাইরিক তন্নকখি। মরক অসিদা ৱাৰ্ল্ড ৱার টু তৌদুনা মথং মনাও ওইনা লাইরিক তম্বা ঙমখিদে। ইং শোক ১৯৪৩ দা লান লোইশিল্লকপা মতমদা গভর্নমেন্টনা লৌবা ক্লাস টু গী চহি পবিক্ষা থাখি। পবিক্ষাগী সেন্টব বিজয় গোবিন্দ মাগুবতা তাখি। য়ুবী থৌরীগী বোরাগী ফক থারগা মিং নপ্লুনা পবিক্ষা শীনখি। ওজা চোলোগীদা লৈবগা পরিক্ষা য়াওখি। ঐহাক ফাষ্ট ডিবিজন্দা সিরিয়েল ৪১ দা পাশ তৌখি। অদুবু লাঞ্জাওনা মরম ওইদুনা ইম্ফালদা লৈরগা লাইবিক তম্বা ঙমখিদে। ওজা হেরামতনা ঐবু বেঙ্গোলী লোলদা অহুমশুবা ক্লাসগী লাইবিক তম্বীখি। ওজা হেরামোতনা ঐবু য়ামনা চান্না লুনা তৌবী। মহাক ধনপতি কৌবী মৌ অমা লৌদুনা পান্নখি। চাক থোংবীনবা লৈত্রবা মতমদা ঐনা চাক থোংহল্লী। চাক ইঙ্কাং থোংবা হে হায়দুনা ঐবু য়াম্না থাগৎপি। মহাক্লা বাজিদা ঐবু থুনমক ইম্ফালদা লাইরিক তমহন্নবা তৌবীয়ু হায়না তকশিনখি। বাজিনা ঐবু ইম্ফালদা লাইরিক তমহনখিবসি ওজা হেরামতকী মতেং অঙকপা ফংনা য়াওখি।

## ইম্ফালদা

ঐহাক ইশাগী চহী ১২ রোম শুবা শোক ১৯৪৪ দা বাজিনা ঙাংনবীদুনা ওজা চোলোগীদা থমখি। ইহান হানবা ঐনা য়ুম থাদোক্তুনা, ইমা, ইপা, ইচিন-ইনাও, মরী মতা কায়নদুনা ইম্ফালদা লাকখিবসি শোক ১৯৪৪

গী লোইবকপা মতমদনি। বাজিনা খাকি খোংগ্রাও অককপা অমা শেৎলগা ঐবু একাগাড়ী মমাঙদা হাপ্তুনা ককচিং; খুনৌদগী লাকই। খুনগী মীওই খরসু য়াওই। ঐনা নিংশিংবদা খুমুকচম নোংখোল সিংহসু অমনি। মখোয়সু একাগাড়ী অমমমদা তোংদুনা লাকই। মতম অদুদা বসনচিংবা অমত্তা লৈরমদে। করিগুম্বা মতমদা মাল গাড়ী অমা মরক মরক্তা চৎলী। মদুসু অকক্লবা মতম লৈবা নত্তে। লানগীদমক মেল্টি রিনা শেমখিবা লম্বী নত্তনা কোইলাস থাবা শোরোক লৈরমদে। মীসু ইতাক তাকই। শোরোক্কী নাকল অনীদা হৌবা অৱাংবা নাপীনা কুপশিন্দুনা লম্বী ময়ায়দা খজিক খজিক্তা উবা ফংই। একাগাড়ীগী ফ্রেমদা পুং ৮/৯ ফম্বদু ঐহাক্না হায়ফম খঙদনা ৱায়/নাদনবা ফ্রেমদা ফি য়েৎলি। ঐখোয়না ইম্ফাল য়ৌরগা বাজি অমসুং ঐহাক লাইরেল্লাকপম চেলো সিংহগীদা চঙই। মতমদু য়াচংবা মতুংনি। ইমুংগী নীঙোলকাদা ফক অমা থাদুনা ফম্মী। প্রাইভেৎ তম্বা ছাত্র খরসু লৈরম্মী। ওজা চোলোনা ঐগী ইমিং, চহি অসিনচিংবা হংই। ঐহাক ওজানা ওজা ওইবা স্কুলদুদা ক্লাশ থ্রীদা মিং চনগদবনি। নোংঙাল্লগা বাজি চৎখ্রে। ইতোমতা লৈহৌরে। পুক্লীং ইরাং লাংই অহানব ওইনা য়ুম থাদোরকপগী পুক্লীং য়াম্না নুংশি। মতম অদু লানগায়নবদগী লানচেনখিবা মী হন্নরক্তবদা মফম মফম ইহাং হাঙই। ওজা চোলোগী স্কুল অদু চীংঙা মখাদনি। মাঙুব অমগা কোৎ ওইনা তৌবা অমগা অনীদুদা ছাত্রশিং লাইরিক তম্মী। স্কুল অদু ইউ পি স্কুলনী। ক্লাশ থ্রী অমসুং ফোর খক্তা লৈ। ক্লাস থ্রী ‘এ’ অমসুং থ্রী ‘বি’ হায়দুনা অনীথোক্না খায়দোক্লগা ক্লাস ফোরগীদি সেক্সন অমত্তনি। ওজা অহুমনি। শ্রী হাওবম বারুনী সিংহনা হেড মাষ্টর অমসুং চোলোনা সেকেণ্ড মাষ্টর ওইরম্মী। স্কুলগী বেঞ্চ, ডেক্স, ব্লেকবোর্ডনচিংবা লৈরমদে। ফমফম অদু য়ুম য়ুমদগী ৱা, ৱাচেৎ পুবক্লগা ইশা ইশানা শাজবনী। ঐনা মিং চন্দুনা ফমলুরিবা কাদো ক্লাস থ্রি এ গী কাদনী । ছাত্রী ৩ খক য়াওরম্মী । মতম অদুদদী ক্লাস থ্রি দা তম্বা ছাত্রিশিংদি লৈশাবী মপুঙ লোইনা ফারে। অমগী মমিংদি নীংশিংলি। লোইতোংবম পিশক দেবী কৌই। মতম খরা মফম অদুদা তম্লক্লবা মতুংদা মপুনা ক্লেম তৌরক্তুনা স্কুল অদু চীংঙা মথক্কী পেটিগ্রউ স্কুলদা হোংলে। নুমীৎ খরনী লৈরগা মোইরাংখোম এম ই স্কুলদা হোংই। মফম অদুদগী অমুক কৈশামথোং ইউ পি স্কুলদা তিল্লুরে। অদুবু হুকুম অমা লাক্তুনা নিংথেমচা কারোং স্কুলদা হোংলে। ওজা চোলোনা হেড মাষটর ওইবে। হান্নগী ওজা বারুনী অমসুং ওজা রাজেন্দ্রদী কৈশামথোং ইউ পি স্কুলদা লৈহৌরে। নিংথেমচা কাবোং ইউ পি দা ঐহাক ক্লাস থ্রীগী পরিক্ষা থাদুনা ক্লাস ফোর কারে। মতৌ অসুম্না ঐহাক শোক ১৯৪৬ তা ক্লাস ফোরগী কম্পিটিশন পরিক্ষা ফাওবা নিংথেমচা কারোং স্কুলদা তমলকখি। মতম অদুদদী গভর্নমেন্টনা লৌবা ক্লাস ফোরগী কম্পীটিসন পরিক্ষা পাস তৌদ্রবদি ক্লাস ফাইভতা মিং চনবা য়ারমদে। হায় স্কুল হায়বসি ক্লাস ফাইভতগী হৌরম্মী।

ওজা চোলোগীদা লৈরিঙৈদা মরুওইবা য়ুমগী থবক্তী - শীঙচনবা, শীঙ চনফমদী নম্বুল তুরেল লাম্থেক্লগা চীঙা মখাদনী। লান চেন্নখিদুনা পুমহাঙ হাঙবা মফম অমদগী ৱারু ফুকই। লৈঙোই হোল্লী, ইংখোল তৌই, মনা-মশীং, ঈশিং চাই, ফৌ-শুই, শীঙ খায়, কোল্লীক ফেংই। ঈশিং হোল্লী। ঐগীদমক বাজিনা চহীদুগী ফৌপোৎ ১৫ পী। য়ুম য়ুরক্তুনা য়ুমজাও কুপ্নবা তুমনৌগী ঈ হৱাগাড়ী মপোৎ অমা পী। অদুবু ওজা চোলোগী ইমাবোক শ্রীমতি খোমদোন দেবীনা পেনবা লৈখিদে। মখা তমথদুনা ঐনা মথংগী চহীসু লৈবা তারবদি চহীগী ফৌপোৎ ৪০, থাও কেরোশিন তিন অমা পীগদবনী হায়না ঐগী বাজিদা তানখি। মখা লৈনি লৈরোই হায়রমদনা পরিক্ষা লোইরগা বাজিনা ঐবু পুদুনা য়ুমলোমদা লাকখি।

## য়ুমহোংবা

চহী খুদীংগী য়ুম থুমদুনা অমাং অতা থোকপা, অদুগী মথক্তা উমাথেন্দা হোংদোক্লুনা নৌনা খুন্দাবগী থৌরাঙসু কাইখিবদগী বাজিনা থিংনাম লৈকাইদা লৈবা ইমাগী মপামগী ইংখোলদা হোংনবা লেপখি। মচানুপা পোক্তবদগী ইমা পোকপা ইবোক অমসুং ইপুবোক শ্রীথিংনাম তোম্বা সিংহনসু বাজিবু মখোয়গী ইংখোন্দা লৈহন্নীংলমই। ইবুবোক্কা শোল্লবা মতমদসু বাজিনা মখোয়গী লৌ উবীরগা ফৌ পুখত্তুনা মখোয়গী কোততা হৈবিরমই। পেল্লদুনা ইপুবোক অমসুং ইবোক অনীনা মচানুপী অতোম্বী হায়বদি ঐগী ইমাদা মখোয়গী অরৈবা শম্পতি পুম্নমক পীথোক্কনি হায়না লেপলম্মী। ঐগী ইমাগী মচিন-মনাও নুপী ঙাক্তনী। মখোয় অহুম্নী। অহনগী মমিংনা শ্রীমতি কমলিনী দেবী কৌই। মহাক্কী মচানুপী মরি অমসুং মচানীপা অমা পোকই। ঐনা ইমানধৌ কৌই। ইমান্ধৌগী ইপনধৌ অদু লৈখিদ্রবা মতুংদা হল্লক্তুনা ইবোক্কীদা লৈররে। মতম অদুদা ইপুবোক লৈখিদরে। মচানুপী অহন্না মপুরোইবা কায়নদুনা মচাশিং পুরগা লৈরবদুনা ইবোক্কা খল্লম্বা ইমাদা সম্পতি শিন্নবদুগী ব্রাখল কায়খি। অদুবু লৌপরি অমা লৈবদুদী ঐগীনি হায়না হায়বদী মচানুপী অতোম্বীগী মচানুপা অহন ঐঙোন্দা ইপুবোক্কা পীরম্লবনী হায়খি। অদুবু ইন্দ্রানধৌনা য়ানিংখিদে। লৌ অদু মহাক্কা লৌগে খনখি। ইমাগী মচৈ য়াইমা শ্রীমতি অঙোম ওংবী অমু দেবীদী ইবোক অমসুং ইপুবোক্কী সম্পতিদা অয়েৎপা লৈখিদে। ইবোক্কী য়ুমগা হেক থংননা অরাং থংবদা বাজিনা য়ুম শাবা হৌখি। বাজি আশা য়াম্না চাওবা মীওইনী। মহাক্কা য়ুম অদু দুই তলা ওইনা শানীংখি। হান্নগী ঐখোয়গী হৌরকপদা ওইবা য়ুম অদু শিদোক্লগা মদুদগী লৌবা য়াবা মপোৎ মচে লৌদুনা বাজিনা দুইতলা ওইনা শাবা হৌখি। ককচীং খুলেন্দগী উশুবা নেক্তুনা চাবা থাক্তুনা থল্লগা য়ুম অদু শাখি। শিলীং মথক্তা খঙেন পরেং পীরগা মদুগী মথক্তা ব্রাফক থাই। ব্রাফক মথক্তা লৈবাক হৈদুনা নান্না মথক্তা ব্রাই তৈ। য়ুমজাও মওংদা কাঞ্চি চল্লগা জিজ্ঘনা কুপ্পগী প্রোভিজন থম্মী। অদুবু মতম খরগী ওইনা ইনা কুপ্পী। মতম খরা লৈরগা ইমাগী সনানচিংবা কায়থোক্লগা জিজ্ঘনা কুপখি। বাজিনা হোংখ্রবা মতুংদা ইপন্ধৌসু ইমুং মনুং পুন্না অরাং লৈকাইদা ইন্দ্রানধৌগী মবুং মপ্পানা শীন্দুনা হোংখ্রে। থায়নগী হৌরকফম ইংখোলদু হাঙহৌরে। খরা লৈবগা ইমা পোকপা ইবোকসু লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদরবা মতুংদা লৈহৌরিবা লৌ অদু হায়বদী কারোংবগী লৌ পড়ীসু ইমান্ধৌনা পায়শিনখরে। মদুগীদমক্তা য়াম্না কুইনা কেশ চখনখি। লৌ অদু ইমান্ধৌনা পাযশিল্লবা মতুংদা যোম্ঘোক্কদবগী থৌরাং তৌরকখি। মদুনা য়েৎনবদগী কেশ চখনখিবনী। চহী কয়ামরুম কেশ চখনরক্লবা মতুংদা য়ানবা অমা পুরকখি। মদুদী মানা য়োম্ঘোক্কদবগী হোৎনরম্বা মমল শেনফম অদুগী তঙ্খায় অমা শেল ওইনা হঞ্জিনবা অদুগী মথক্তা মচানুপা অদু মেট্রিক ফাওবা ঐনা খরচ তৌরগা ইম্ফালদা তমহনবা হায়বা মওং অসিদা য়ানখিবনী। অদুবু লৌ অদুদী ইন্দ্রানধৌনা অদুম দোখোন তৌদুনা লৈরম্মী।

## লৈফম হোংবা

খুনগী ব্রাথোক লাম্ঘোক কয়াদা ঐবু পোকপা বাজি অসি খরা হৈ-শিংবগী মীওই ওইনা ময়ামগী থৌ পুহল্লী। মরম অদুদগী কোর্টতা অমদি অফিসসিংদা থবক তৌবা মীওইশিং কয়া মরুম বাজিগা খঙনৈ। ময়াম অদুগী মরক্তা মণিবাবু হায়না খঙনবা চৈরাপ কোর্টতা কেরানী ওইবা অমা লৈরম্মী। কোর্ট অদুগী

মীওই অনী মনিবাবু য়াওনা মহৌশা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকখি। কেশ অমগী মতাংদা ইনকারি লাকখিবনি। হায়রিবা মনিবাবু অদুগী অশেংবা মমিং শ্রী লাইশ্রম নেত্রজীৎ সিংহ সাং ব্রহ্মপুর নহাবম বামোন লৈকাইনী। বাজিনা ঐ লাইরিক তমদুনা ওজা চোলোগীদা থম্বদু পু থাংবা ঙম্লরোই হায়বদগী হায়রিবা মনিবাবু ওর্ফে নেত্রজীৎ উন্নরগা ঐবু মখোয়গী য়ুমদা খরা থম্বীয়ু হায়জবদগী য়ানদুনা মাগীদা লৈবা তাখি। ক্লাশ ফোরগী পবিক্ষা হায়দোক্লমদাই শোক ১৯৪৭ তা নোংমা ঐবু য়ুমদগী পুরকখি। ওজা চোলোগী ইমুংনদী ঐগী অনৌবা লৈফম শীনখিবদু খঙলমদে অদুনা মখোয়না তানবা ডিমান্দ অদু শোয়দনা ফংগনি অমসুং কান্নগনি খনখি। অদুবু বাজিনা ঐবু পুদুনা মখোয়গী য়ুমদগী ঐগী ফি রোল অমসুং হীপ্ন-চানবা পোৎশিং লৌবা চঙলুই। ঐহাক বামোন লৈকাইদা লৈরগনি নুমীৎ অদুমক্তাদা চৎখ্রগনি হায়বা খঙহনবদা ওজা চোলোগী ইমাবোক শ্রী মতি খোমদোন দেবী নীঙবা কায়খি। ঐবু নুংশিবীদুনা ঐগা কায়নরমদাইদা কপখিবদী ইন্দোচা ইবেনী দেবী, ইমাবোক খোমদোন অমদি ওজা চোলোগী মচানুপী অহন লৈশাবী কুমারি থম্বাল তোম্বীনী। অনীমক্না ঐবু লুনা তৌবী। মখোয়গী ইমুংদগী ঐগী অরৈবা পোৎ চৈ খরদু লৌরগা বাজিগা লোয়ননা ঐহাক তাদ নেত্রজীৎ সিংহগীদা চৎলী। নুমিৎ তারকপদা ইমুং অদুদা চঙলুই। মাঙ্গোন্দা লাইরিক তৌরম্বদগী লোইশিনবতা ঙাইরমলি। য়ুম অদু শঙ্গোয় অফৈবনী। মখা শঙ্গোয়না মমাঙলোমদা শাংদোকখিদুনা 'L' মওংদা লৈ। ৱানা শাবা ইনা কুপ্পা শঙ্গোয় ঙাক্তনী। ইম্ফাল তুরেল্না মখা অমসুং নোংচুপতা কোয়শিল্লি। মাঙ্গোল মচি অদুদা ফক অমা থারগা ঐ বাজিগা নুংশুক নুংজাননা ফম্লমই। ইমুং অদুদা লৈরমলিবসি তা নেত্রজীৎকী মমা, ইমাবোক, ইমাবোকপু পোকপী অবোক ইবেম্মা, তাদ নেত্রজীৎ, তাদ নেত্রজীৎকী ইতৈম্বেম্মা শ্রীমতি ইবেতোম্বী দেবী, তা নেত্রজীৎকী মচন-নুপী লৈশাবী কুমারি তোম্বী মচা দেবী, অবোকইবেম্মগী লুখ্রা ওইরবী মমৌ নুপী শ্রী মতি ইবেয়াইমা দেবী ঐনা ইনে বেম্মা কৌই। ইমুংগী মীশিং অদুনা ঐঙোন্দা মুন্না মুন্না য়েংই। লক্লবোই করিবোই ৱাহং কয়ামরুম হংই। মতৌ অসুম্না ঐগী ইশাগী চহি ১৪/১৫ রোম শুবদা শোক ১৯৪৭ তা বামোন লৈকাইদা চোম্থখুল হায়না নিক-নেম থোনবা মফম অদুদা তা নেত্রজীৎকী ময়ুমদা শাইদাংদুনা ক্লাস ফাইভকী লাইরিক তমথনবা লৈবা হৌখি।

ঐগী শাফবা অমনা য়ুম অদুদা তা নেত্রজীৎকা মরী থোক্লবা মাধব কৌবা নুপামচা অমা লৈরম্মী। মহাক লাইশ্রম মচানী। শাগৈগী মীওইনি হায়। মহাক উরুপতগীনি। মহাকসু ক্লাস ফোর পরিক্ষা থাখ্রে হায়। মহাক্কী চুরাচান্দ স্কুলদা হান্নদগী তমলকপা মাল্লি। ইতোমতা ইচীক চীক্লা লৈবদগী মহাক্কা লোয়ননা লৈবদুনা ঐঙোন্দা খরমখৈ শাফখি। ক্লাস ফোরগী কম্পিতিসন পরিক্ষা হায়দোক্লে। ঐহাক চাম পাম ফাওবগী মনুংদা চল্লমদ্রে। তাদা নেত্রজীৎনা য়েংলুবদা ঐহাক মেরিত লিস্তা ১০০ গী মখাদা য়াওরকই হায়। অদুনা জোনস্টোন স্কুলদা মিং চনবা ফংলরোই, চুরাচান্দ স্কুলদা চনবা তারে হায়। নুমীৎ খরনিগী মতুংদা ঐহাক চুরাচান্দ স্কুলদা ক্লাস ফাইভ সেক্সন সি দা মিং চল্লে। চুরাচান্দ হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর অদু শ্রী চীঙাথেম পীশক্লা ওইরম্মী। বাজীনা ঐগীদমক চাননবা ফৌ পোৎ ১৫ থিল্লকখি। তা নেত্রজীৎকী ইমুংদো লৌ-শীং লৈতে। চেং ৱান্দুনা চায়। মরম অদুনা ঐগী ফৌ অদু লাকপদগী চেং ৱানদ্রে। পুল্লপ চামিন্নবদা

থা ৩/৪ দা লোইখ্রে। ইমুংগী শেম্ঘোক পুবসি তাদ নেত্রজিৎ মতোমতনী। মাগী তলব অদুনা ময়ামগী চা থকপা অমদী অতৈ খরচ পুবদা ৱানা থোকই। মরম অদুনা চেং ৱানবগী মহুত্তা আতা লৈরগা অয়াম্বদা তল চায়। মতম অদু মাংবা, শেংবগী অয়ৌবী মতম্নী। শাগৈজাৎ ফব-ফত্তবা, লৱায় ইম্ফাল য়াম্না খায়বা মতম ওইরম্মী। ঐহাক য়াম্না তোন্না লৈবা তাখি। ইমুংগী থবক্তী শীং খাইবা, ইংখোল কোইবা, পাখোল মখল মখল চৎপা অসিনচিংবা কয়ানী। চাবদনা পুকথন্দ্রে। চরা ৱানবদী লায়রদুনা নুমিদাং নুমিদাংদা অকংবা তন ২/৩ গা অলু অমেৎপা খরা চারগা ঈশিং য়াম্না থকচিন্দুনা নোংম নোংম লেন্ননবা মওংদা হিংলমই। অদুনা লাইরিক পাবদা থৱায় তাবা ঙমলমদে। ইং শোক ১৯৪৮/৪৯ অদুৱাইদা অঙকপা ফংনা চাকতাঙবা থোকখি। অয়াম্বা লায়রবশিং চাক্তা, লফু, পান্ননচিংবা য়াল্লগা চানখি। তাদ নেত্রগী ইমুংসু অৱাবদু শরুক থুংখি। চহী চহীগী ঐগীদমক্তা পীরকপা ফৌ পোৎ ১৫ অদুনা ইমুং অদুগী মরুওইবা আই হায়বদু ওইখি। অৱাৎপনা হেনবনা শম্বা ঙমখিদে অদুনা ঐসু ৱামিন্নবা তাখি। ঐগীদি চহী চুপ্পা চাব থকপদদী হামু হামুনী। খরা লৈবা মতমদা খরখিৎ নুংঙাইনা চাবনা ইমুংগী অতৈ মীওইশিংনী। লাইশ্রম মাধব সিংহসু ঐনা লৈবা থা খরগী মতুংদা ময়ুমদা হনখ্রে। তাদ নেত্রজীৎকী ইমা, ইমাবোক অদু মীঙোন্দা পীজ পীথক্লীংদে। মচা মশুবুনা নুংশিনা তৌই। ঐখোয় মীতোপ্পুদী নুংশিবগী মওং মরীক অমফাও লৈতে। অদুননী উরুপকী মাধবনা লাইরিক তম্বা তোক্কুনা ময়ুমদা হনখিবদো। তাদগী ইতৈমবেম্মা শ্রীমতি ইবেতোম্বী দেবীসু মীয়োক মীচান ফত্তে। ওইজবা খরা তানমল্লী। মীঙোন্দা পীজ-পীথক্লীংদে। মথংদা তাদগী মচন-নুপী তোম্বীমচা দেবী অদো মচিং লৈবা মীগুম্বনী। করিগুম্বদা লুনা তৌই, য়াম্না ফজনা পীজ-পীথকই। করিগুম্বদনা হন্না য়েংদে। করিসু থৌওইবীদে। অসুম্না অৱা অনাগী মৈরক্তা খাঙদুনা ঐহাক তাদ নেত্রজীৎকিদা চহী ৭ লোম লৈখি। লাইরিক তম্বগীদমক্লীকো খন্দুনা থম্মোই ফাজিনখি। মতৌ অসুম্না মীওইবা অমগী খ্বাইদগী নুংঙাইরবা যৌবোলগী তাংফম অদু মীগী ময়ুমদা চাফম-থকফম খঙদনা অৱা অনাগী মৈরক্তা, মীগী মীখা পোন্দুনা য়াম্না তোন্না লেল্লকখি।

অয়ুক্তা হৌগৎলগা তৌফম থোকপা ইমুং মনুংগী থবক কয়ামরুম তৌরগা অচীকপা মফম থিদুনা লাইরিক পাই। খোঙগ্রাও অককপা অমা ফুরীৎ অমা খুরুম অমা অসিনী স্কুল চৎপগী ফীজোল খোঙনা মহাবলী মমাং অদুদগী কোনুং লম্পাক তারগা স্কুল য়ৌই। পুং ৩ ফাওবা লাইরিক তম্মী। নোংমদা পেরিয়োৎ তরুক তম্মী। অদুদগী য়ুমদা হল্লকই। হল্লক্লগা য়ুমগী থবক মখল মখা কয়ামুক তৌই। ইমুং অদুদা ঐবু খরা লুনা তৌবীবসি তাদ নেত্রজীৎনী। ঐগী পুক্লীংদা ঐ অসি মী অমা ওইহননবা লাইরিক তম্লিবনী অদুনা ঙম্বা মখৈ অৱা অনা নুংঙাইতবা পুম্নমক খাঙফম থোকই হায়বসি তত্তনা নীংশিংই। হায়না হায়না অহানবা চহী শোক ১৯৪৭ লোইখ্রে। চহীগী পরিক্ষা পীখ্রে। পরিক্ষা হায়দোক্লবা মতুংদা ঐহাক ক্লাস সিক্স কাদুনা অমুক মখা তমথবা হৌখি। নোংম নোংম হৌখিবনা শোক ১৯৪৮ সু লোইশিল্লক্কুনা ক্লাস সিক্স কী চহীগী পরিক্ষা পীখি। ক্লাস সিক্স পাস তৌরদুনা শোক ১৯৪৯ দা ক্লাস সেভেন কাদুনা মখা অমুক তমথখি।

মণিপুরদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী মরু ওইবা মফম অমা ওইখিবদগী লাইরিক তম্বা লেপ্পখিবা মরমনা চহী খরা অপনবা ওইখি। অদুগীসু মথক্তা লাইরিক তম্বা হৌবসী মতম অদুদা য়াম্না থেংনা হৌনরম্মী। চহি ৬/৭ শুরগা লাইরিক তম্বা হৌনৈ। মরম অদুনা ঐনা ক্লাস সেভেন কারকপদা শক ১৯৪৯ দা চহী ১৭ শুবা অদু ময়ামদগী লিশিনবগী মওং অমত্তা লৈরমদে। হায়বদি ঐগা তম্মিন্নরিবা ছাত্রশিং অদু ঐগা লোঙ্গা ওইনা অদুম তৌই। ইংখৎলকপগী মতম ওইরকপা অদু মরুপ মপাং তিন্ননীঙবা মতমনি। মতম অদুদা ঐখোয়গী অৱাং হেক থংবদা লৈবা লৈমপোকপম অচৌবী সিংহ হায়বা মপাগা লোয়ননা সাইকল রিপ্রিয়ারিং সোপ অমা মোইরাংখোমদা হাংদুনা থবক শুবা ইমান্নবা অসিগা য়াম্না লুনা তিন্নৈ। য়ুমলোন অহুম চৎলগা অৱাংলোমদা ইবোয়াইমা কৌবা পুংয়ৈবা অমা লৈ। মহাকসু ঐগা লুনা তিন্নৈ। ঐখোয়গী মমাংগী শোরোক্কী নোংপোক্তা কোনুং তানা শোরোক অমা থুম্বুথোংদগী চৎলি। শোরোক মচীন্দা ফুরিৎ তুবগী থবক তৌবা খোংমন মঙজীন্দগী নিংথৌজম খম্বা কৌবা অমগসু তিন্নৈ। বামোন লৈকাই খোংমন মঙজীন লম্বীদা হৈরোক্তগী ভরত কৌবা অমসু লাইরিক তমদুনা বামোন অমগী ময়ুমদা লৈরম্মী। মহাক্সু ঐহাক্কা লুনা তিন্নরমই। মতৌ অসুম্না অৱা-অনা মরক্তা, অৱাৎ অপানা থল্লবা, পুক্লীং নুংশিনা লেপ্লিবা পুন্সীদা মরুপশিং অদুগা তিন্নদুনা ঙাইহাক ঙাইহাক যৌবনগী নুংঙাই-ইপাক্তা তাওমিন্নখি। ঐহাক্কী হিংলিবা ফিভম, য়াম্না তোনবা মতৌ অদু অখঙবা কনানা য়াম্না উশীত্তনা য়েংবা মীৎয়েং অমসুং চৎপা শাজত্তা খাঙঙমদবা কয়াসু লৈখি। অদুবু পুকচেন ফাজিনবা অনীঙবা মায়কৈদা অপনবা কয়া লাম্থোক্তুনা চঙশিনবা হায়বসিনা ঐগী থৌদাং ওইরকখি। ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক্কী য়াননবা চত্তুনা জহা উপাইনা ইহৈ তম্বা মপুঙ ফাবা হায়বসিনা ঐগী লাইনীং ওইখি। পুন্সীদা ওম্থোক ওম্থোকপা থৌদোক কয়াসু থেংনখি। ইঙেন-থাগী কাং-চিংবা মতমদা নুমিদাং নুমিদাং য়ুমদা চাক হাপলমদে। চোইদেপ য়েংবা চৎলগা খেচ্রি চারক্কদবনী অদুনা চাক হাপ্পগী দরকার লৈতে অসিনী ইমুংগী মীনা খন্নরিবা। অয়ুক্তা হোবে হোবে পুক থনবোই থন্দবোই চমায় থিদোক্তুনা চাক খরা পীবদু চারগা ক্লাস নংনবা চেন্দুনা চৎলি। ছুটি থারগা ছাত্রশিংদী শোয়দনা চরা ৱানগনি হায়বগী ৱাখন্দা হরাওনা য়ুমদা হন্নৈ। ঐগীদি চরা ৱানবা লায়রদুনা নুমিদাংগী চাক হাপলোইদৌরিবনী মরমদী কাংগী খেচ্রি চাবা চৎকদবনী অসিনী। স্কুল কুম্লকপগা অয়ুক্তা নংদদুনা থনম্বা কোন ফেংদোকই। ইনশাং নাপী ঈশিং চাই। শীং থিজিল্লী। ইংখোল তৌই। অসুম্না নোম্লগা নুমিদাংৱাই মতমদা খোঙ খুৎ হামদোক্লগা লাইরিক পানবা হোৎনৈ। চাক লাম্বনা খাঙমদ্রবদা লাইরিক নীংথিনা পাবা ঙমদে। অবোক ইবেম্না মতম অদুদা থোংখোঙদা পোৎফম ফমই। মঙোন্দগী কবোক্লচিংবা অচাপোৎ শোত্তুনা চফম ওইননবা চায়। অদুদগী অরৈবা ফি-রোল শেৎলগা চোইতেপ য়েংবা চৎলী। মরুওইনা লৈমপোকপম অচৌবী সিংহগা চৎমিন্নৈ। খরা থুনা লোইশিনগনি খনবা মাঙোপতা চত্তুনা খেচ্রি য়েনবা মতম ঙাইদুনা লৈ। অদুবু লোইবা নাইদ্রবদা অতোপ্পা মাঙোপ অমদা অমুক চৎলি। অসুম্না অথেংবা পুং ১১/১১.৩০ ফাওবা ঙাইরগা খরা হাপলকপা খেচ্রি অদু চারগা য়ুমদা হল্লী। অসিগুম্বা ফীভম অমসুং মওংসিদা লাইরিক তম্বা হায়বদু য়াম্না অৱাবা ওইখি। ইশানা লাইরিক য়াম্না ফবসু ওইখিদে। অদুগী মথক্তা ঐগী মীৎ অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী অথাপ্পা উবা ফঙদে ব্লেক বোর্ডতা ওজানা ইবা অক্ষ

অমদী অতৈ সবজেক্টশিং অমত্তা উদে। অদুনা ফমিন্নরিবা ইমান্নবদগী ভাব তাদনা শিনজিল্লী। য়ুম য়ৌরগা অহাঙবা মতমদা ঐনা শিনজিনখিবা অদু কাদইদগী লাক্লিবনো, করি হায়রিবনো, হায়বদু ইতোমত লাইরিক ফাক্কুনা খঙননবা হোৎনবা তারম্মী। পূক্লীং নুংঙাইনা লাইরিক তমদ্রে, চাবা থকপা মপুঙ ফাদ্রে মীৎসু মীগা মীমান্নদ্রে। ওম্মোকপা পুন্সীগী তাংককনী ঐনা লেনবা তাখিবা। শোক ১৯৪৯ লোইশিল্লকলে। ঐহাক ক্লাস সেভেনগী চহিগী পরিক্ষা য়ৌরক্কুনা পরিক্ষা পীখ্রে। শোক ১৯৫০ দা ক্লাস সেভেন কারে। মতম অসিদা থুম্নুথোং লাম্মোকপগী হেকমচীন কোনুং লম্বীদা কোওপরেটিভকী দুকান অমা লৈরম্মী। শ্রীগুরুঅরিবম য়াইমা শর্ম্ম কৌবা অমনা দুকানগী পোৎ য়োনবা ওইনা লেকই। কোওপরেটিভ অদুগী শীন্দোক শিনজিনগী থবক্তা তাদ নেত্রজীৎনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। শারিবা দুকান অদু শোরোক্কী নোংচুপ্তুনী। মমায় নোংপোক ওল্লী। দুকান অদুগী মখা থংবা শরুক্তা মহাবলি সোরোক্কা তাইনবদা অহাংবা লম মচেৎ অমা লৈ। হায়রিবা লম মচেৎ অদুদা দুকানগী এক্সটেনসন তৌরগা কা অমা ফংই। মদু তাদ নেত্রজীৎকী ওইনা লনাই-মওংদা পীরে। কা অদু খাজিন্দুনা ব্রাই তৈরে। মনিংলোমদা থোং অমা পাল্লে। দুকানগা লোন্নবদুদসু থোং অমা পাল্লগা য়োপী থাদুনা থিংজিল্লে। তা নেত্রজীৎকী য়ুম অদু য়াম্না চিল্লি অদুনা মখোয়না ঐবু দুকান্দগী শমদোরকপা কা অদুদা লৈহন্নীংলম্মী। ঐনসু মদুমক য়াম্না পাল্লমই। কা অদুগী মনুংগী শিংহুৎ খারিবা অদু ঐনা ফক্লাং অদু ব্রাই তৈশিল্লে। কংবা ঙমদ্রিঙৈদা শন্থি লৈঙোই হঞ্জিল্লে। অদুগা ঐগী ফমুং অদু থাংদোক্লে অমসুং ঐগী তেবল অদু পুথোক্লে।

য়ুমদগী চৌকিদী য়াওরক্তদগী তাদ নেত্রজীৎকী য়োৎকী চৌকি অমা লৈবদু পুথোক্কুনা শীজিন্নখি। মতম খরা লৈরগা কোপরেটিপ দুকান ফম্বা ঐত্তা য়াইমদু সেলস মেন ওইবা তোকখ্রে অমসুং মরানাইগী দুকান অমা মায়য়োক্লবা শোরোক্কী মপান্দা শাদুনা মপা-মচা ফম্বা হৌখ্রে। কোর্পরেটিপ দুকান অদুদা বামোন অমমুক মমাংগী লৈকাইদগী সেলসমেন ওইনা ফম্বা হৌখ্রে। হায়রিবা বামোন অদুগী নুপী অহল অদু মচানুপা নুপী কয়া হুন্দোক্লম্লগা লৈখিদ্রে। অতোম্বী অমা লৌদুনা পান্নরে। মহাক্কী মচা পাখং অমা লৈ। মহাক মরক মরক্তা দুকান শঙবা ওইনা নেকলৈ। ঐগসু খঙনরক্লে। মমা অতোম্বীগা লৈমিন্নবদা মহাক চাবা থকপা মনীং থুংদবা জাৎনি। নোংমা নুমিদাং অমা ঐনা হৌদোক্কুনা তুমলমদাইদা চাক থোংলগা চাসী হায়না খন্নরে। ঐসু চাক পুক থন্দবদগী হৌদোক্লবনী। মা য়াম্না হরাওরে। ঐগী লৈবাক্কী চফু অমগা ইব্রান অমগা লৈ। চেং সের মখায় অমা ব্রাল্লে। অলু খরা লৈরে। থুম মোরোক অমসুং ঙারী মহাক্লা পুথোরক্লে। অকোয়বদা লৈবা অকংবা শীং খরা থিরগা ঐনা চাক থোংলে। অলু অদু ফুৎলগা ঙারীদমক হাপ্পুনা ইরোল্লে। মনীংদা হৌবা লফূদগী লাতোন অমা হেক্লগা ইবানী পুন্না চাক অদু লোয়না চামিন্নরে। পুক থল্লক্তবা মতম কুইরবগী মতুংদা নুমিদাং অদু পুক পিক থন্না ইবানী চামিন্নরে। কয়াদা পেনখ্রব নুংঙাইখ্রবা নুমীৎনো খনখি।

শোক ১৯৫১ দা ঐহাক ক্লাস নাইন কারে। ইতোমদা দুকানগী কা মচা অদুদা লৈবদু ঐহাক নীঙ-খা খরা তল্লে। পানীঙবা মতম ফাওবা ঐগী লারটেন অদু থান্দুনা লাইরিক পাই। হৌগৎনীঙবা মতম অঙনবদা

হৌগৎলী। লাইরীক্তা পূক্লীং চঙবা খরা ঙমলে। অয়ুক নুংথিন্দা য়ুমদা চঙদুনা ঐগী তৌফম থোকপা থবক তৌই। অশংবা মতমদা কা অদুদা চংলক্লগা ইতোমতা লাইরিক পাই। চাক য়াম্না লাম্বা মতমদা অরৈবা পৈশানা চেং ৱান্দুনা অদুম খরা থোংলগা তুমিন্না চায়। অয়ুক মীনা হৌনদ্রিঙৈদা হৌরগা চীন-য়া শেংলগা তুরেন্দা চোংথরগা ইরুজথোকই। অসুম্না নীঙ-খা তম্বা হায়বদু ফংলে। ইমাবোক অমসুং ইমুংগী মীনা হরাওনবা শীঙ-খায়বনচিংবা ইমুংগী থবক ফৎ-ফৎ তৌথোকই। মতৌ অসুম্না মহৌশাগুম নুংশুক নুংজাননা লেনবদু খরমখৈ শাফরে। মতম অদু ইশাগী চহী ১৯ শুরক্লদুনা পাখং ফারে। ক্লাস নাইন্দা ঐহাক Addl. Maths অমসুং Science লৌরকই। ক্লাস নাইন তম্বা হৌগৎলকপতা ঙাইরিঙৈদা অচৌবা ছাত্রগী ইরাং অমা চুরাচান্দঁ স্কুলদা লাকখি। ঐখোয়গী ওজা হেড মাষ্টর শ্রীচিঙাখম পীশক সিংহ অদু ডিক্তেটরসিপ কী মওং খরা চৈখে। অদুনা অয়াম্বা ওজা অমসুং ছাত্রনা মহাকপু য়ানীঙদে। হেড মাষ্টর শিন্দোক্লবগী ইহৌ অমা কন্না লাকখি। ওজা হেড মাষ্টরসু মীঙোন্দা নোঞ্জবা মীওই নত্তে। মহাক হেন্না হেন্না ষ্ট্রিক্ট ওইশিল্লকখি অমসুং ওজা খরগী মথক্তা ছাত্রদা ইনশিন্দুনা ইরাং হৌহনবগী চার্জ তৌখি। থা অমরোম ষ্ট্রাইক চথরকলবা মতমদা ওজা খরা অমসুং অয়াম্বা ছাত্র স্কুল থাদোক্তুনা অতোপ্পা অনৌবা স্কুল অমা লিংখৎনবা হোৎরকখি। অঙোম লৈকাইদা সনাখ্বাহনগী মচাশিংনা অনৌবা স্কুলগীদমক্তা লম কৎকনি হায়না য়াখি। স্নাখ্বাহনগী মাঙোব, জগমোহোন অমসুং সনাখ্বামচাগী মাঙোব অদুদা ক্লাস ফোরদগী ক্লাস নাইন ফাওবা তম্ফম পীখি। ছাত্র অমসুং ওজা তান্নদুনা শ্রী হাওবম কুল্লবিধু সিংহ সাং এলাংবম লৈকাইবু হেড মাষ্টর ওইবীনবা হায়জরুই। ওজা কুল্লবিধু চুরাচান্দ হায়স্কুলগী Asst. হেড মাষ্টর ওইরম্বনী ময়াম্না হায়জবদু মহাক হরাও হরাও য়াবীরকখি। মতৌ অসুম্না ওজা কুল্লবিধু, ওজা নীলমনি, ওজা কুল্লজীৎ, ওজা থাংজম মোধু, ওজা নীমাই, অসিনচিংবা চুরাচান্দ স্কুলগী অরিবা ওজাশিং থোরক্লে। অৱাৎপা ওজা খরনা B.A. পরিক্ষা থাখ্রবা মীওই খরা নেকলুরে। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা ওজা তোম্বী, ওজা লাইশ্রম জয়চন্দ্র অসিনচিংবা য়াওই। স্কুলগী মমিংনা মণিপুর পব্লিক হায়স্কুল থোন্দুনা লাইরিক তমথখি। স্নাখ্বাহন অমসুং স্নাখ্বামচাগী মচা মশুশিংনা স্কুলগী লম দান তৌদুনা অনৌবা স্কুল বিলডিং শারবা মতমদা স্কুলগী মমিং রাজা ডুম্বসিংহ হায়স্কুল (RDS) হায়না থোনখি। মদুদী ঐখোয়গী মতুং কাইন থংদনী। অনৌবা খঙলিং লিংখৎখিবা মণিপুর পব্লিক হায়স্কুল অদু মতম অদুদা furniture অমত্তা লৈরমদে। ফক্তা, বোরাদা ফমদুনা পংতম তমখিবনী। মতৌ অসুম্না চথরকপনা শোক ১৯৫২ দা ঐহাক ক্লাস টেন কারে। তপ্না তপ্না স্কুলগী Black Board, Bench অমসুং Desk খরা খরা থৌরাং তৌশিল্লকলে। অসুম অসুম চথরকপনা ক্লাস টেনগী টেষ্ট পরিক্ষা পীখ্রে পরিক্ষা হায়দোক্লগা ফাইনেল পরিক্ষাগীদমক ফোর্ম ফিল অপ তৌননবা মতম লেপ্লে। স্কুলগী admission Register নচিংবা হান্নগী চুরাচান্দঁ হায়স্কুলদা লোইনা লৈহৌরবনীনা ফোর্ম ফিলঅপ তৌবদা হাপনীং হাপনীংবা চহি হাপ্পা য়ারম্মী। মরম অদুনা অয়াম্বা কেণ্ডিদেৎশিংনা য়াম্না নৌনা নৌনা মশাগী চহি হাপ্লরম্মী। ঐগী মরুপ খরনা চহী ১৩ খক্তং ওইহন্দুনা date of birth হাপ্লরম্মী। ঐগী ওইনদী তোঙানবা ৱাখল অমা লৈরম্মী। মেট্রিক পাস হেক তৌবগা থবক মচা অমা তৌদুনা ইনকম লাক্লগা লাইরিক মখা তমথগে অসিনী। চহি শুদ্রবদি minor age ওইদুনা সরকারগী থবক তৌবা য়ারোই।

অদুনা major age ওইহনগদবনী। অসিনী ঐগী ৱাখল। ৱাখল অসিদা লেপ্পুনা ঐগী academic age অসি শোক ১৯৫৩ গী মার্চ থাগী তাং ১ দা ইশাগী চহি ১৭ থা ১০ হায়না ফোর্ম fill up তৌখি। থা ২/৩ গী মনূংদা পরিক্ষা হায়দোক্লগা থবক ফংবা তারবদি ইশাগী চহী ১৮ দগী হেন্না উৎপা য়ারগনি মসিনী ঐগী ৱাখল। অদু ওইরবসু ঐগী academic age অসি ইশাগী চহীদগী চহী ২ গা থা ৬ নৌথরবনী।

তা নেত্রজীৎকী য়ুমফম অসি ইম্ফাল তুরেল মপান্দনী। ইপান থাদদী তুরেন খোংনুংগুম্মী। অকনবা ইচাও ওইরবদী ইমুং য়ৌনা ঈশিং চঙই। চাক থোংফম জগা ফাওবা লৈতে। অদুনা য়াম্না ৱানা লেনবা তারম্মী। থা খরগী মতুংদা কোপরেটিভ দুকান অদু শিথখরে। পো-চৈ অমতা লৈত্রে। সেলসমেন বামান অদুসু তোকখ্রে। মমৈদা দুকান অদু ময়াম্না তা নেত্রজীৎতা শিন্নরে। ইমাবোক্না দুকান ফন্লে। অঙম্বা পৈশা পুথোক্কুনা পোৎ-চৈ তিকই। অদুবু ইমুং মনুংগী অৱাৎ অপানা হেনজিল্লক্কুনা দুকান অদু নীংথিনা চলাইবা ঙমল্লক্রে। ঈশিং চাওবা মতমদা য়ুমদগী অচনবা ফমুংমখৈ পুথোরক্কুনা ঐনা লৈরিবা কা অদুদা ক্রক-ক্রক ইন্ননা থাই। চাক থোংই। মতৌ অসুম্না ঐগী লাইরিক তম্বগী এটমোস্ফেয়েরদা অপনবা অদুম ওইখি।

## ইম্ফালদা ইংখোল

ইশাগী চহী ১২/১৩ শুরকপদগী য়ুম থাদোক্কুনা মীগী য়ুমদা তাংদুনা লৈরকপা, মীগী য়ুমদা লৈদুনা মহৈ তম্বা, মদুদা থেংনখিবা পুক্লীংগী, হকচাংগী, থম্মোইগী ওইবা অৱাবশিং অদু খাঙদুনা লাইরিক তম্বা হায়বা অসি কনাগুম্বা অমদা ফংহন্নীংদে। মরুওইনা ঐগী হৌরকলিবা ইনাও অনী হায়বদী শ্রী মান মাইপাক অমসুং তোমচৌ অনীগী লাইরিক তম্বা হৌবা য়াবা মতম ওইরক্লগনি। মখোয়সু ঐগুম্না কনাগুম্বগী য়ুমদা থম্বদা থেংনগদবা অৱাবশিং অদু লৈহন্নীংলমদে। হৌজীক্কী মতমগুম্না ভারা পীরগা কনাগুম্বগী য়ুমদা লন্নাই ওইনা লৈবগী চৎনবীসু লৈরমদে। মতম অদুগী ওইনা য়ুম থাদোক্লগা মীগীদা তাংদুনা লৈরগা লাইরিক তম্বসি ঐহাক্না অহানবনী। ঐগী মতুং চহী খরা লৈরগদী ছাত্র ৪/৫ পুল্লগা মফম অমদা লৈরগা মরন্নাই থোংদুনা চাজবা অমসুং লাইরিক তম্বা তৌনরকই। অদুনা ঐনা ক্লাস সেভেন হেক তম্বা হৌবদগী হায়বদি শোক ১৯৪৭ তগী ঐগী বাজিদা য়ুম্ফম মচেৎ অমতং লৈবিয়ু। অহোংবা জগা থীরগা য়ুম্ফম অদুদা শঙ্গোয় মচা অমা শারগা ইনাওশিং লাইরিক তমহনসি। মীগীদা লৈবা হায়বদু খরচসু য়াম্না তিংগনি, পুক্লীং নুংঙাইনা লাইরিক তম্বসু ওইথোক্লোই হায়খি। অদুবু বাজিনা লৈগে লৈরোই হায়বগী মরোল অমত্তা হায়রকখিদে। চিঠি কয়ামরুম ইরবসু য়ুম্ফম লৈবগী মতাংদা করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীরকখিদে। উন্নবা মতমসু মদুগী মতাংদু করিগুম্ব অমত্তা পনখিদে। তৌবগীদি মতম অদু শেল য়াম্না তাঙবা, বাজীগী মতীকচানা শেল-পায়দবা, শেমগৎকদবা মচাশিংদী য়াম্বা অদুনা মরম ওইদুনা পাউখুম পীরক্তবা মাল্লি। অদুম ওইনমক ঐনা বাজিদা য়ুম্ফম অমা ইম্ফালদা লৈবিয়ু হায়বদি তোকপা লৈখিদে। অসুম অসুম হৌখিদুনা ইং শোক ১৯৪৭ হৌখ্রে। শোক ১৯৪৮ অদুদসু তত্তনা চিঠি ইদুনা ইম্ফালদা য়ুম্ফম লৈননবা তকশিনবা লেপ্পে। পাওখুমদী ফংদে অদুবু চিঠি ইবদী লেপ্পে। অসুম্না ইং শোক ১৯৪৮ লোইখ্রে। শোক ১৯৪৮ গী চহী

লাক্লে। ঐনা বাজিদা য়ুমফম লৈননবা তকশিনবা অদু হায়রিবা চহী অদুদসু লেপ্তে। বাজিদগী য়ুম্ফম লৈগনি হায়বগী পাউখুমদী ফংখিদে। মথংগী চহি ইংশোক ১৯৫০ দসু ঐনা তাল্লিবা দাবী অদু পীগনী হায়বগী পাওখুম অমত্তা বাজিদগী ফংদে। চহীগী পরিক্ষা লোইখিবা অমদী কালেন ছুটিগুম্বা অশাংবা ছুটি মতমদা ঐহাক য়ুমদা চৎলী। বাজিগী লৌউ-শিংউবগী থবক্তা মতেং পাংই। নোংঙান্দ্রিঙৈদগী হৌগত্তুনা বাজিনা শম্বোৎ খোইবা চৎখ্রগা থেংনা নুমীৎ য়ুংলমদাইদা হল্লকপদু উরগা ঐগী থম্মোয়দা অৱাবা পোকই। মরম অদুনা হকথেংননা ইম্ফালদা য়ুম্ফম লৈবিয়ু হায়বা ঙমখিদে। ছুটি লোইদুনা ইম্ফালদা অমুক হল্লবা মতমদদী চিঠি ইদুনা বাজিদা য়ুম্ফম লৈননবা তকশিল্লী।

পুন্সীগী অহানবা তাঙ্কক হৌগৎলকপা যৌবোনগী পুন্সীদা মখল কয়াগী অৱা-অনা অকি অখং থেংনরক্লে। ঐনা ইতোমতা নীংথিনা মনুংমপান ব্রাইশু-তৈদবা মীহুৎথোংগী মহুত্তা শিংহুৎকী ফক্লাংদা ইহো হোনা খাকপা কা মচা অদুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎফম শোরোক মপান্দুনা ইতোমতা অথেংবা অহিং ফাওবা লাইরিক পাদুনা লৈরম্মী। রুপ মোহোনগী দ্রমা য়াওরুরগা তা নেত্রজীৎনা অথেংবদা হল্লকপা মতমদা অহোবা ফক্লাংদা থাংমৈ লাটেনগী মঙান উবা অদুগা ঐনা লাইরিক পাদুনা লৈবদু ইতৎ তত্তনা উরম্মী। ঐবু কৌরগা থেংলে তুম্মো হায়রম্বা মতমসু যাওখি। শোক ১৯৫১ দা খোঙহাম্বা লৈনানা মী য়াম্না শীনখি। নোংমদা মী মঙা তরুক শিবসু য়াওখি। ঐনা লৈরিবা মফম অদু লম্বী মপাল ওইবতা নত্তনা সংস্কার তৌফম তুরেল মপানসু য়াম্না নকই। থেংলবা অহিংদা, নোংঙাল্লমদাইদা মায়কৈ মায়কৈদগী অশিবা মী পুঙ ঝানগা লোইননা পুথোবক্তুনা তুরেল তোর্ব্বান্দা পোৎলোই। অমগী মথংদা অমা পুথোরকপদু পুক্লীঙদা কবিনো অমা ফাওই। অদুবু মমৈথংদদী করিসু চিংনবা পোক্লক্তরে। চেনবদা হিংলোইদবা, থোকলকপা খুদীং মায়োক্লফম থোক্লবা মওংদা লৈরবনীনা পুক্লীং ফাজিন্দুনা খাঙবা তাখি। ঐনা লৈরিবা জাগা অদুগী অনকপদা হিদেন তাফম লৈরমদে। মী পোৎলোইবগী কুমথোক কুমশিন তৌবা হিডেন নত্তনা অতৈ লৈতে । অঙনবা অয়ুক খূদীংগী ঐহাক তুরেল মপান্দা হকচাং শেংদোক্লগা ইরুজে। মী পোৎলোইবগী কুমথফম অদুদা কুমথরগা তুরেন্দা চোংথদুনা ঈরোইরগা ইরুজে। য়াহৌঙনবা অহনশিং থেঙনবনা ঐনা তৌরিবা অদু উবদা অঙকপা উৎলি। য়াম্না তৌইনা উরিবশিংগী মরক্তা দুকান ফম্বা ঐজ্ঞা য়াইমা, ফুরীৎ তুবা তা-তোম্বী, মাগী মশেন নুপা বেল খোংবা নিংথৌজম মধু অসিনচিংবনী। মতৌ অসুম্না ৱানা লেনবদু খাঙবদা পুক্লীংশিদা য়ুম্ফম লৈবগী তকশিন্নীঙবা অদু তত্তনা ফাওই অদুনা য়াম্না তোয়না বাজিদা চিঠি ইরম্মী। ঐগী তুংদা লাইরিক তমগদবা ইনাওশিং অদুগী খনবদগী ঐনা মরু ওইনা লন্নাইগী ওইবা য়ুম অমা পামখিবনী। বাজিদসু য়াম্না ময়েক শেংনা ইখি। ঐগী তকশিনবা অদুদা বাজিসু খাঙবা ঙমদদুনা মতা চাবা য়ুম্ফম অমা থিবা হৌরম্মী। ঐগী ইমাগী মচে ইম্মানধৌ কমলিনগী অহুমশুবী মচা নুপী শ্রীমতি পযাবতি দেবী কৌবীদু শ্রী সরাংথেম মনি সিংহদা ময়ুম পাল্লী। ইবাই মনি নুপী অমা লৌরম্লগা শিখিদুনা পাখ্রা ওইদুনা ফুরীৎ তুদুনা ককচীং খুনৌদা লৈবনী। মহাক হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা মহাক্কী মযাম্বা অমগা মনাও অমগা লৈরম্মী। লানগাইনবা মতুংদা মচোই মচোই মচীন মনাওসিং

কায়নরগা ককচিং খুনৌদা ফুরীৎ তুবগী থবক তৌদুনা লৈরকপনি। ইচে পৃয়াবতিসু ময়ুম পাল্লুরগা কায়নদুনা লৈবা মতম্নী। ইবাই মনিগা মখোয় অনী লৌন লৈনখিবনী। ইবাই মনিগী য়ুমফম অমা হাওবম মবক কৈশাম লৈকাইদা লৈরম্মী। লৈতবদগী হায়রিবা য়ুম্ফম অদু মীঙোন্দা লুপা ২০০, খক্তদা বন্ধোপ থম্বদগী হন্দোকপা ঙমদদুনা লৈবা য়োনবা দলিন তৌনদুনা নামা ওনখ্রে। মদু লানকাইনদ্রিঙৈ মমাংদগী। য়ুম্ফম লৌরিবা নীপা অদু শ্রীচন্দ্রসিং কৌই। হৈরাঙ্গোইথোংদা দুকান ফম্বনী। মহাক ইংখোল অদু পাম্বা নত্তে। অদুনা হন্দোক্লীংবা মতমদা হন্দোকউ হায়নদুনা লৈবনী। বাজিনা য়ুম্ফমগী মতাংদা ইবাই মনিদা তান্নরুবদা হায়রিবা মরম অসি খঙলকখি। ইবাইদী পৈশা লৈতবনী অদুনা য়ুম্ফম অদু হন্দোক্লগা তঙ্খায়-তঙ্খায় য়েন্নসি হায়না য়ানরে। ইবাই মনি চত্তুনা শ্রী চন্দ্রসিং উন্নরে। মহাক্লসু হরাও হরাও য়াবীরক্লে। শেন্দোই পানবদা পুন্না লুপা ৪০০(চমরি) দা হন্দোকপা হায়না য়ানরদুনা বাজিদা মরোল অদু হায়ররে। বাজিনা লুপা ৩০০, পুথোকপা ইবাই মনিনা লুপা ১০০, পুথোকপা রেজিষ্টারনা শ্রী চন্দ্রসিংগা ইবাই মনিগা তৌনবা অদুগা অমুক য়ুম্ফম তঙ্খায় অমগী ইবাইগা ঐগা রেজিষ্টার তৌনবা হায়না য়ানরে। মতৌ অসুন্না মমৈথংদা ঐনা নীঙজবা ইম্ফালদা য়ুম্ফম অমা লৈবা হায়বা ৱাখল অদু ঐনা ক্লাস টেন তম্লিঙৈদা শোক ১৯৫২ গী ওক্টোবরগী তাং ৩১ দা রেজিষ্টার তৌনদুনা ইবাইমনিদগী হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই দা .২৪ চাওবা য়ুম্ফমগী মমাং থংবা নম্বুল মপান শোরোক্কা তাইনবা তঙ্খায় হায়বদি পোইন্ট .১২ চাওবা য়ুম্ফম অসি ঐগী মিংদা বাজিনা লৈবীখি। শেল ওইনা বাজিনা লুপা ৩০০, ইবাই মনিদা খুৎশিন্নখি। ষ্টাম্প অমসুং দলিন অইমনগী লুপা ২১ গা তিংখি।

## মেট্রিক পরিক্ষ অমসুং তা নেত্রজীৎকী য়ুম থাদোকপা

ইং শোক ১৯৪৭ তা ঐনা ক্লাস ফাইভ কাবা মতমদগী তা নেত্রজীৎকীদা লৈরকপনা মথং মথং শোক ১৯৫২ দা ক্লাস টেন কারে। মেট্রিক পরিক্ষাগীদমক শোক ১৯৫২ গী লোইরকপা হায়বদী ডিসেম্বর থাদা টেষ্ট পরিক্ষা থারে। শোক ১৯৫৩ ইংগী জনুৱারী থাগী তাং ২৬ তা পরিক্ষা হায়দোক্তুনা মেট্রিক থাননবা থাগৎলে। পরিক্ষাগী ফোর্ম ফিলপ তৌরম্লগা ঐহাক য়ুমদা চৎলে। য়ুম য়ৌরগা ঐহাক শাথীনা নারে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা ফাইনেল পরিক্ষাদী য়ৌশল্লক্লে। নানা নানা এপ্রিল থাগী ময়ায় চল্লকপা অদুদা বাজিনা ঐবু ইম্ফালদা থিনবীরক্লে। শাথিনা লাইহৌ তৌরুবগী ফগৎলকপা মতম চাক চাবা শুকয়া য়াদবা মতম্নী। ইতোমতা খোঙ থাংদুনা চৎপা ফাওবা ঙমলমদে। ঐগী ফিভম অদু উবদা কনানসু ঐহাক পরিক্ষা য়াওবা ঙমগনি হায়দে। চীংঙা মখাগী ওজা গৌরমণি অসি মতম অদুদা ককচিং খুনৌ M.E School দা ওজা ওইদুনা লৈ। মহাক্ল হায়খি, ফীভম অদুদা করম্না পরিক্ষা থাবা চৎলিবনো? অদুবু ঐহাক পুক্লীংদা পরিক্ষা য়াওগে হায়বদী চপ য়ুংনা লেপ্পী। টেষ্ট মতুংগী থা ১/২ অদু নাবদগী করি অমত্তা লাইরিক পাবা ঙমদনা লেনখ্রবনী। পরিক্ষা হৌগদবা নোংমতং ৱাৎলিঙৈদা ঐহাক ইম্ফালদা লাকই। মদু এপ্রিল থাগী তাং ১৬ নী থল্লী। ঐনা লৈরম্বা শোরোক মনাক্কী কা মচা অদুদা য়ৌরগা ঐহাক পোথাই। ঈশ্বরদা

পুক্লীঙ চপ যুংনা পরিক্ষা থাবা ঙমহনবীয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজে। নোংঙাল্লগা ঐবু ঐগী ইনাও নীলশিংনা রিক্সোদা কোন্দুনা পরিক্ষা হোল তম্না চৎলী। জোনস্টোন হায়স্কুলদা পরিক্ষা সেন্টর তাই। গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা পরিক্ষা থাবা অদু য়াওবা ঙমখি। পরিক্ষা হেক লোইবগা ঐগী অরৈবা পোৎ-চৈশিং ককচীং খুনৌ চেনবা গাড়ী অমদা লু:৩, ভারা পীদুনা হাপচিল্লম্মী। কাংথোল, তেবল, চৌকি, ত্রংউপু অসিনচিংবা ঐনা চষী কয়ামরুম শীজিন্নরক্লবা পোৎশিং অদু লোরী অদুদা হাপ্লগা চষী কয়ামরুম অৱা-অনা কয়াগী মরক্তা লেল্লক্লবা বামোন লৈকাইগী লৈফম অদু পুন্সী চুপ্পগী ওইনা থাদোক্লম্লে।

লৈমিন্নরম্বা ইমুং মনুংগী মীওইশিং অমত্তনা কায়নবা অদুদা অৱাবা উৎপিবা কনাসু য়াওরমদে। লুনা তিন্নরম্বা মরুপ-মপাংশিং কনাসু ঐগী অরোইবা ওইনা লমদম অদু থাদোক্লমদাইদা হং-খোৎপা লাকখিদে। হৌখিবা চষী ৬/৭ লোম অদুগী মনুংদা থোকখিবা থৌদোকশিং, মুন্না খঙলবা জগাশিং, তোয়না উরবা শকফমশিং, চীক্লা লেল্লক্লবা কা মচা অদু পুন্সীগী ওইনা থাদোক্লুনা চৎলবনি কো হায়না খল্লুবদা থোইদোক্লা পুক্লীঙ নুংশিবা পোকখি। অদুবু কনাদসু ফোঙদোকখিদে। মালগাড়ী অদুদা তোংদুনা শাংলবা লম্বী অদুদা হৌখিবা পুন্সীগী লেল্লকখিবা মতমশিংদো নীংশিং-নীংশিংনা যুমদা লাকখি। পবিক্ষা লোইবা মতুং থা-মারিরোম ঐহাক যুমদা লৈখি। মতম অদু লৱায়দদী লৌ উবগী য়াম্না চিনবা মতম্নী। বাজিগী মতেং পাংবা ওইনা থবক খরমখৈ য়াওরবসু অয়াম্বা মতমদদী, কৈথেন্দা, দুকান্দা মরুপ মপাংশিংগা লেল্লম্মী। কালেন ছুটি থাবা মতম ওইরক্লুনা ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা লৈবা মরুপ মপাংশিংসু লোইনা হন্নরক্লে। ঐখোয় খবা পুনর্শিন্নরগা কালেন ছুটিগী মতম অদু অঙাংশিং লেম্না প্রাইভেৎ তম্বীসি হায়না হৌদোক্লরদুনা মে অমসুং জুন থাদা ঐহাক্লা রুটিন শেমদুনা অঙাংশিং ক্লাস থ্রিদগী ক্লাস সিক্স ফাওবা নুংতিগী স্কুল মতমদা লাইবিক তম্বীখি।

লাইরিক তম্বীরিবশিং অদুদী ঐ ইশামক, কেবোলশিং, নীলসিং, তেজমনী, মনিহার, তোম্বা, ইন্দ্রজীৎ, ইবোহল অসিনী। মতৌ অসুম্না মতম লেন্দুনা জুলাই থা য়ৌরকলে অমসুং মেট্রিক পরিক্ষা হায়দোকলে। ঐহাক থার্দ থিভিজন্দা পাশ তৌরে। মেট্রিক পাশ তৌবগা ঐনা বাজিদা য়ুম অমা ইম্ফালগী ঐগী ইংখোলদুদা শাননবা তক্লবা হৌরে। আগস্ট থাদা ঐহাক ইম্ফালগীদমক্তা য়ুম থাদোকলে। কৈশামগী শ্রী যুগোল সিংহগী শঙ্গোয়দা মতম অদুদা ককচিং খুনৌগী ছাত্রশিং হায়বদী চৌরজিৎ, তোম্বা, তেজমনি, নীলসিং, ইন্দ্রজীৎ অসিনচিংবা লৈদুনা মশা মশাগী থোং থাক্লুনা চারগা খা ইম্ফাল হায়স্কুলদা লাইরিক তম্লমই। ঐসু ইম্ফালদা লাক্লগা মখোয়গী মরক্তা লৈশিল্লরে। লাইরিক মখা তমথবগী উপাইদি লৈরমদে। মতৌ অসুম্না লৈরিঙৈদা ইখঙ-খঙহৌদনা তাং ২৬/৮/১৯৫৩ ইংদা বাজীনা য়ুম শাননবা মপোৎ মচৈ, ই, উ ৱা, মিস্ত্রিনচিংবা পুবক্লুনা গাড়ী অমা রিজার্ব লৌরগা লাক্লে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐগী য়ুমফম অদুদা য়ুম শাবা হৌরে। পুরকপা পোৎ-চৈশিং অদুনা মতেক অমা খঙ্গৎলগা মিস্ত্রি অমসুং ঐখোয় পুম্নমক লৈরে।

অয়ুক নুংথিল নুমিদাং লেপ্তুনা য়ুস্বী য়ুংখক্লুনা, খঙেন পানশিন্দুনা শঙ্গোয় অফৈবা অমা শোরোক ময়ামক্তদা শারে। কুপ্পা অমসুং খাবনাচিংবা নুমীৎ ৪/৫ নিগী মনুংদা লোইশিল্লে। শোরোক্কা য়ুম্ফমগা মরক্তা লৈরম্বা

খোংবান অদু অহিং অহিংদা তুরেন্দগী লৈঙোই হোল্লগা ফুনজিল্লে। হাপ্তা অমগী মনুংদা শঙ্গোই শাবা লোইরদুনা ফকলাং ব্রাই তৈবদী ঐঙোন্দা শিন্নরল্লগা বাজিখোয় যুমদা কুমখ্রে। ঐহাক অমসুং ইনাও নীলশিংনা শীন্দুনা কৈশামদা লৈরম্বা ককচিং খুনৌগী ছাত্রশিং অদু হৌরগা ফকলাং ব্রাই তৈবা অমা লৌইশিল্লে। মতৌ অসুম্না সেপ্টেম্বর থা হৌগৎলকপা মতমদদী পীক্লবসু পীক্লা লৈননবা যুম অমা ইম্ফালদা লৈরে।

মতম খরা লৈরগা বাজিনা ঐগী ইনাও অনী হায়বদী শ্রীমান মৈপাক অমসুং শ্রীমান তোমচৌ পুদুনা তাং ১৩/৯/৫৩ ইং হায়বদী লাংবনগী মঙানী পানবা নোংমাইজিং নুমীৎকী নুংথিল পুং মরিমখায় তাবদা লাক্লে। নুমীৎ অদুদগী হৌনা ঐগী ইনাও অনী ঐগা লৈমিন্নবা হৌখি। খরা লৈরগা মখোয় অনীমক খা ইম্ফাল হায়স্কুলদা ক্লাস থ্রীদা মিং চনশিনবীরে।

ঐহাক অমসুং ঐগী ইনাও অনী ঐগী নৌনা শাবা শঙ্গোয় অদুদা লৈরে। ইনাও নীপা নীলসিংসু লৈমিন্নরে। যুমদগী চেং অমসুং থোং থাক্লবা পোৎচঙ পীরকই। ঐগী পৈশা থোকপা থবক অমত্তা ফংদে। অদুনা ঐ লাইরিক মখা তমথবা ঙমদ্রে। বাজিনা যুমদগী অৱানবা ফৌ পীরক্লগা। ঐনা ফৌ অদু তাই। মদুদা শেন্দোং খরা খবা ফংবা অদু মঙাইরে শেম্থোক হায়ববু। ইংখোন্দী মনীঙদা চাওনা লৈ। শম্বোৎ খোইবা নেক্লগা অয়াম্বা শরুক হৱাই মঙ্গল হুঞ্জিল্লী। ফজনা হৌই। হৱাই মতোন্দগী হৌনা শীজিন্নবা হৌরে। ঐগী যুমগী হেক মখাদা ইরেংবমগী শ্রী মঙ্গি মতৈ মনাও লৈ। চাওরবা ইংখোল অদুদা মহাক অমসুং ইম্মাল মঞ্জুরী দেবীখক্তা লৈরমই। খরা লৈরগদী ইম্মাল পোকপা ইবোক অহল অদুসু লৈরে। ইপল মঙ্গিনা ঐ অমসুং ঐগী ইনাও অনীবু য়াম্না লুনা তৌবী মখোয়গী পুখ্রীদগী ঈশিং শীজিন্নৈ। অয়ুক নুংথিল তক্তনা য়েংশিনবী। ইপল মঙ্গি উশুবগী থবক তৌই। ক্লাকৈথেলদগী ঠিকাদার শ্রী কুল্লবিধুগীদা অয়ুক ঙন্তাদগী নুমিদাংব্রাই ফাওবা থবক শুরুই। অৱাং হেক থংবা যুমলোন্নব ইমুং অদু শ্রী লাইশ্রম অচৌ সিংহগীনী। মহাক দ্রাইভরনী মচা পোক্তে। মাগী নুপীগা মচন অনীগা লৈরম্মী। মচন নুপী অহল অদু শ্রী মতি হৈতোম্বী কৌই। মহাক শ্রী এলাংবম মধুমাঙ্গোল কৌবা হৈরোক্তগী অমনা যাওং ইন্দুনা লৈরম্মী। চাওবা কৌবা নুপা মচা অমা পোক্লে। মচন নুপী অতোম্বী অদু লৈশাবীনি। মমিং ইবেমপিশক কৌই। অসুম্না মীতৈ যুমজাওগী মওংদা ব্রানা শাবা ইনা কুপ্পা যুম অদুদা মখোয় ৬ পুন্না চাদুনা লৈরম্মী। তাদ মধু মাঙ্গোলদী অয়াম্বা মতমদা নাদুনা লৈরমই। মাগী থবক হায়ববু উখুলগী শোকপাও হায়বা খুল অদুদা চৎলগা থাং শাবনচিংবা মখল মখলগী থবক তৌরুই। য়াম্না কুইনা কুইনা শোকপাওদা লৈরুরগা মরক মরক্তা লাকই। খরা লৈরগা তাদ অচৌনা মাগী অৱাং নোংপোক থংবা ইংখোলগী শরুক্তো মচন্নুপী অহলগী নীপাদা য়োম্থোক্লে। মচন্নুপী অদুগী মমিং শ্রীমতি নয়নী কৌই। পিশুম মথক নিঙোম্বম লৈরক্তা অহল অমদা ওংই। নিংঙোম লৈরকী যুম অদু য়োম্থোক্লল্লগা মপামগী ইখোন্দা শঙ্গোয় মচা অমা পুখ্রী ফুনজিল্লগা শাদুনা লৈরবে। অহল অদু নুপী ঙাক্তা মচা ৫ পোকই। খরা লৈরগা তাদ অচৌদু কুম্বীদা মঙলাক্লদুনা লৈখিদ্রে। ইংখোল মনুং অদু নীপী ঙাক্তনা পান্দুনা লৈরে। অচৌগী মচন-অতোম্বী ইবেমপিশক অদু জীরিরোমদগী কুঞ্জবীহারি কৌবা অমদা চেন্দুনা লুহোংখ্রে। তাচৌগী নুপী ইতৈমা অদুসু মপামদা

চীংঙা মখাদা হনখ্রে। অৱাংথংবা ইংখোল শরুক অদু তাচৌগী মচন নুপী অতোম্বী ইবেমপিশক্কী শরুক ওইদুনা যুম শারগা মাগী নীপাগা লৈরে। মচন-নুপী অহন শ্রী মতি নয়নী দেবীগী মচানুপীশিং অদু লৈশাবী ফারক্লনা মথং মথং ময়ুম পানখ্রে। ইংখোলগী মতাংদা খৎন চৈনবা থোরকপদগী কুঞ্জবীহারি নৌনা কৈশাম্পাক্তা ইংখোল লৈদুনা ইংখোল অদুনা নয়নীগী মচা নুপী অনীশুবদা য়োল্লমলে। মচা নুপী অহন অদুবু অচৌবা কৌবা নুপা অমনা লৌদুনা মনেম্বোক্কী যুমদা তঙ্খায় অমা লৈরগা লৈমিন্নরে। মতৌ অসুম্না মতম কয়া হৌখ্রে। ইরেংবমগী ইপন মঙ্গিসু লৈখিদ্রে। ইম্ফাল অদুসু ময়ুম অমুক পানখ্রে। ইপল মঙ্গিগী অপোকপা মচানুপা অনী তোঙান তোঙানবা জাগাদা লৈখি। ময়াম্বনা পোকপা মচা নুপা শ্রী ইন্দ্রজীৎ অমসুং মাগী নুপী শ্রী মতি পুজারী দেবী ইপন হিংলিঙৈদা হোংলক্লনা লৈমিন্নররে। ইতৈমা পুজারী দেবীনা নুপী য়াওদনা পাল্লিবা ঐগী ইমুংগী অৱাৎ-অপা মতেং য়াম্না পাঙবীখি। তাদা ইন্দ্রজীৎকী নুপী য়াম্না য়াম্মী। ইতৈমা পুজারী লৈরিঙৈদা নুপী অনী অমসু পুশিল্লকখি। তাইন্দ্রজীৎ লৈত্রবা তুংদা নুপী অনী অদুগী মচাশিং অমশুং ইতৈমা পুজারী দেবীগী অমত্তা পোকপী ইন্দিবা মখোয়না ইংখোলগী মপু হায়বদু ওইখি। ইপন মঙ্গিনা হেক পোকপা মচা অতোম্বা অদুগী নুপী অদু ইপন লৈরিঙৈদা হোংলক্লনা ইংখোল মচি অমদা লৈরে। মহাক্কী মচা অমসুং মশুশিং অদু হৌজিক ইংখোল অদুদা লৈরি। ইংখোলগী খৎনবনা মরম ওইদুনা নুপীশিং অদু অমগা অমগা না-রৈ তিন্নদে। ইতৈমা পুজাৰী লৈখিদ্রবা মতুংদসু ইংখোলগী অয়াম্বা শক্তিদী মচানুপীগী মখুত্তা লৈ। মতৌ অসুম্না ঐগা য়ুমলোন্নবা খা-ৱাংগী মওংসি পুক্লীং পেন্নীঙাই ওইদে।

ঐগী চক্রিদগী য়ুম্ফম লৈরে। শঙ্গোয় মচা অমা শারে। ইনাও অনী লাইরিক তমদুনা লৈরে। অদুবু পৈশা থোক্তবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী খরচ পুন্নমক য়ুমদগী তানবা তারম্মী। মতৌ অসুম্না শোক ১৯৫৩ হৌখ্রে। শোক ১৯৫৪ লাক্লে। কৈশামগী ইপল জুগোল শিংনা খা-ইম্ফাল হায়স্কুল মেনেজিং কম্মিতিগী চেয়ারমেন ওইরম্মী। স্কুল অদুগী ওঝা অমা ছুটি থা অমা লৌখি। মাগী মহুৎ শিন্দুনা ঐবু থা অমগী ওজা ওইগেরা হংলৈ। তোলোবতি লুপা ৩০ পীগনি হায়। ঐগী থবক লৈতবা অদুদা ঐ হরাওনা য়াখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক তাং ২৫/৩/৫৪ ইংদগী তাং ২৫/৪/৫৪ ইং ফাওবা খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা ক্লাস ফাইভ অমসুং সিক্স কী ওজা ওইনা মীগী মীহুৎ পুখিরম্মী। থিবা য়াবা থবক থিরে। ইন্টর্ভিয়ু কয়ামরুমসু য়াওরে অদুবু থবক অমত্তা ফংখিদে। ইং শোক ১৯৫৪ গী সেপ্তেম্বর থাদা রুরেল স্কুল খরগী মেত্রিকুলেট ওজা খরা লৌগনি হায়না এপ্লিকেসন কৌখি। ঐসু দরখাস্ট থাখি। কাচি-খুল রুরেল এল পি অমদি কোমলাখোং রুরেল এল পি স্কুলদা ওজা হাপ্পগী হুকুম অনীরক ফংখি। অদুবু হায়রিবা থবকশিং অদুদী য়াম্না থাপ্পনা হন্দোক হঞ্জিন চৎপা ঙমলোই হায়দুনা ঐ অমসুং নীলশিং চৎলগা ওজা গৌরো উন্নরুই। খাগেমপল্লীদা লৈবা মাগী ময়ুমদা য়াম্না হঙ্গোইনা চঙলুই। মহাক মতম অদুদা স্কুলগী ইনস্পেকতর ওইরমই। মহাক্না হরাও হরাওনা রগী ৱা পুন্নমক মুন্না তাখি। নুমিদাং কোলেজ তম্বগীদমক থবক তৌবা পামজবনী হায়না ঐনা পুক্নীং হকচাং য়াওনা হঙ্গংখি। ঐগী ৱাদু তাবদা ওফিসতা লাকউ। করম করম্বা মফম লৈবগে য়েংশি হায়না তাকপিখি। ওফিস য়ৌবদদী খ্বাইদগী নকপা মফমদী কাংচুপ রোত্তা রৈবা 'লম্বাল' রুরেল এল পি

স্কুল মঙায়রে হায়খি। হায়রিবা জগা অদু নুমীৎ অদু মক্তদা চত্তুনা য়েংলুরে। কাংচুপ রোদতা লমশাংদগী চথরগা হৈবোংপোকপী হায়বা খুল অমা লৈ। মদুদগী অৱাংলোমদা লমলোঙ্গে লম্বীদা চৎলগা নোংপোকলোমদা হায়জিল্লগা লৈবা খুল অমনী লম্বাল হায়রিবসি। য়ুমদগী একাগাড়ীনা চৎলগা হৈরোং পোকপীদা গাড়ী থনল্লগা খোঙনা মাইল অনীরোম চৎপা তারম্মী। নিংথমথাদদী জহা উপাই তৌদুনা স্কুল য়ৌনা গাড়ী চঙবা তারম্মী। হন্দোক হঞ্জিন চৎপা ঙম্বা মফম ওইরম্বদুদা হরাউনা জগা অদুদা ওজা ওইনা লৈজরগে হায়রুরে। মতৌ অসুম্না ওজা কে গৌরো সিংহনা ইনস্পেক্তর ওইরিবঁদা তাং ১৩/১১/১৯৫৪ দা Order No. 13/76/53 dt. 13/11/1954 গী মতুং ইন্না ঐবু লম্বাল রুরেল স্কুলগী ওজা ওইনা তাং ১৫/১১/১৯৫৪ দগী হাপখি। ঐগী তলবনা লুপা ৩০ দগী হৌরগা লুপা ৪০ ফাওবনী। D.A. য়াওরগা ঐহাক লুপা ৪৮ ফংই। মতৌ অসুম্না তাং ১৫/১/১৯৫৪ ইংদগী ঐহাক গোভর্নমেন্টকী থবক তৌবা হৌখি।

থবক তৌদ্রিঁঙৈগী মমাংদা ইহান হানবা ওইনা ঐনা অনোক শীজিন্নখিবা অসি তাং ৩/৯/৫৩ ইংদগীনি। মতম কুইনা অথাপ্পা উবা ঙমদবগী অৱাবা অদু হায়রিবা নুমীৎ অসিদা লুপা ২৫ পীদুনা নাগা মপান্দা লৈবা অনোক্কী দুকান তৌবা ইয়াম্বা অমদগী লৈখি। অনোক্কী পৌৱার অদু মাইনস থ্রী নী।

## লাইরিক মখা তমথবা

অয়ুক্কী ওজা অমা ওইনা সরকারগী থবক তৌবদগীদী থা থাগী তলব ফংলকপা অদু ইনাও অনীগী লাইরিক তম্বগী খরচ পুবা ঙমলে। শোক ১৯৫৫ ইংদা ঐহাক আই এ হায়বদী মতম অদুগী ইন্টরমেডিয়েৎ আর্টসকী ফাইনেল পরিক্ষা পীফম থোকপনী। অদুবু মেত্রিক পাশ তৌরবা তুংদা আই এ দা মিং চনফম থোকপা ইং শোক ১৯৫৩ দা মিং চনখিদে। থবক তৌরগা ঐহাক ইংশোক ১৯৫৪ দা মতম অদুগী নাইট কোলেজ হায়না খঙনবা ইম্ফাল কোলেজদা আই এদা মিং চনখি। মতম অদুদা আই এ ফাষ্ট ইয়ার, আই এ সেকন্দে ইয়ার, বি এ থার্ড ইয়ার অমসুং বি এ ফোর্ট ইয়ার অসুম্না লৈরম্মী। আই এ দা চহী অনী তম্লগা ফাইনেল পরিক্ষা থাই। পাস তৌরগা বি এদা মিং চল্লী । মদু বি এ থার্ড ইয়াব হায়না খঙনৈ। মদু পাশ তৌরগা বি এ ফোর্ট ইয়ার কায়। মতৌ অসুম্না মেত্রিক্কগী বি এ পাশ তৌবদা চহী মরি চংলমই। মতম অদুদা মণিপুরদা ইউনিভরসিটি লৈরমদবনা গুৱাহাটি ইউনিভরসিতিনা পরিক্ষা পুম্নমক লৌরম্মী। শোক ১৯৫৫ দা লাইরেল্লাকপম ওজা চোলোনা পুশিল্লক্কুনা ঐহাক সোরোজীনী দেবী কৌবী লাংথবালগী খুম্বোংময়ুমগী শ্রী লালা সিংহগী মচা নুপী অমা প্রাইভেট তম্বীখি। মহাক ক্লাস থ্রিদা খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা তম্লম্মী। হায়রিবা মতম অদুদা ওজা অমগী মহুৎ ওইনা থা অনীগীদমক অমুক হন্না খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা ওজা ওইরম্মী। স্কুল ছুটি থারগা নুপী মচা অদু ঐনা সাইকলদা হাপ্পুনা লাংথবাল তানা ময়ুমদা পুরম্মী। ময়ুমদা চরা ৱানবা ঙাইরগা লাইরিক তম্বীরম্মী। পুং ১ রোম তম্বীরগা ঐহাক হল্লকই। মায় মীৎ তাথোক্লগা অমুক কোলেজ কায়। ইম্ফাল কোলোজদা ক্লাস লোইরগা নুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবদা য়ুমদা হল্লকই।

চাক-ঈশিং থোংবনচিংবা ইনাও অনীনা হোৎনরম্মী। মরম অদুনা মতম অদুগী ঐগী থবক য়াম্না চিল্লম্মী। অয়ুক পুং ৫ দা ঐ লম্বাল স্কুলগীদমক খোংশাল্লী। পুং ১০ তাফাত্রিঙৈদা য়ুমদা হল্লকই। য়াম্না থুনা চাক চারগা পুং ১০ নংননবা খা ইম্ফাল স্কুলদা ওজা ওইবা চৎলী। নুংথিল পুং ৩ তাবদা নুপী মচা সোরোজীনী সাইকলদা হাপ্তুনা লাংথবাল তানা চৎলগা লাইরিক তম্বীরে। লোইরগা পুং ৫, নংননবা য়ুমদগী কলেজ তান্না চৎলী। নুমিদাং পুং ৯ তাবদা য়ুমদা হল্লকই। মতৌ অসুম্না থা ২ রোমদী ঙাইহাক্তা শংলমদে। ফংলিবা পৈশানা অয়ূক্কী ওজা ওইবগী সরকারদগী লুপা ৪৮, নুংথিল খা-ইম্ফালদা মীহুৎ পুবগী লুপা ৩০, প্রইভেট তম্বীবগী তাদ লালাদগী লুপা ১৫, অপুনবা লুপা ৯৩ নী। মতম অদুদদী শেনফমদু হায়ফেৎ য়াল্লবনী। ইং শোক ১৯৫৬ দা আই এ ফাইনেল পরিক্ষা থাখি। নীংথিনা হোৎনহৌদবনা ঐহাক ফেল ওইখি। শোক ১৯৫৭ তা অমুক হন্না আই এ গী পরিক্ষা থাখি। উচিন-নাচিন্না ঐহাক পাস তৌরে। ঐনা ওজা ওইরিবা স্কুল অদু অহানবদা শঙ লৈবমদে। অদুনা শগোলশেম হায়না খঙনবা য়ুম অমগী শঙ্গোয়দা ওজা ওইদুনা অঙাংশিং তম্বীখি। খুলগী মীনা হাপ্পা আখাম খুন্দগী কামনি কৌবা অমনা ওজা ওইরম্মী। মহাক অন্দব মেত্রিক্কী গর্ভনমেন্টনা স্কুল লৌশিনবদা মহাকপু ওজা ওইনা লৌশিনবীগনি হায়বগী অশাদা ওজা ওইরম্বনী। আশা অদু কায়বদগী মহাক তোকখ্রে। খুনগী মীনা শাবা ইনা কুপ্পা য়ুম অমা স্কুল ওইনা শীজিন্নরে। ব্লেক বোর্ড, বেঞ্চ, দেক্সনচিংবা অদু খুলগী খুঞ্জানা খায়গৎনদুনা শেম শারে। অহানবদগী ক্লাস টু ফাওবা হায়বদি ক্লাস মরিগী অঙাংশিং অদু ইথস্তনা চহী ৩/৪ তম্বীবা তাবম্মী। অদুবু শোক ১৯৫৯ গী মে থাদা শ্রী এল ইবোহনবী সিংহ কৌবা অমা এডিসনেল পনদিৎ ওইনা মণিপুর টেরিতোরিয়েল কাউন্সিলগী চিফ একজিক্যুটিভ ওফিসরগী হুকুম নং টি -G/147/59-60(a) dated 1959 গী মতুঙ ইন্না হাপলক্তুনা ওজা অনী শুবে। মতম অদুদা মাইকৈ অদোমদা ওজা ওইবশিং অয়াম্বা খঙনরে। অয়াম্বা মতমদা ময়াম পুন্দুনা লমশাং হোটেলদা চা থকমিন্নে। ময়াম পুন্দুনা নোংম ফাদোকসু চাক চান্নে। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা লাইরেনকাবীগী ওজা বীর, কদাংবমগী ওজা, শঞ্জেবমগী ওজা, কৌক্রুক্কী ওজা, কাংচুপ চিংখোঙগী ওজা নেত্রজীৎ, লমশাং বজারগী ওজাশিং অসিনচিংবনী। শোক ১৯৫৭ কী আই এ পরিক্ষা পাস তৌরবা মতমদা লমশাং বজারদা দুকান ফম্বী বানোম নুপী অমগী মচানীপা অমা প্রাইভেৎ তম্বীরম্মী। মতম অদুদা ঐহাক অয়ুক্কী দ্যুতি লোইরগা য়ুমদা চৎলগা নুমিদাংৱাইদা অমুক লমশাং বজার তানা লাক্লুনা নুপামচা অদু লাইরিক তম্বীরম্মী। অই এ পাস তৌরবা তুংদা ঐহাক বি এদা শোক ১৯৫৭ তা ইম্ফাল কোলেজদা মিং চল্লে। অদুবু মপুং ফানা ক্লাস য়াওবদী ঙমখিদে। অদুনা ঐহাক বি এগী পরিক্ষা থাখিদে। মরক অসিদা ইখঙখঙহৌদনা মণিপুর তেরিতোরিয়েল কাউন্সিলগী চিফ একজিক্যুতিভ অফিসারনা মহাক্কী order no. TE-G/6/59-60 (v) dated 26/6/59 কী মতুং ইন্না ঐহাক কৈশাংমথোং এম-ই স্কুলদা Asst. ওজা ওইনা প্রোমোসন পীরম্মী। তোলোবনা লূপা ৫৫-৯০ গী স্কেলদনী। ডি এ য়াওরগা অপুনবা তোলোব লুপা ৯২, ওইরম্মী। মতৌ অসুম্না ইং শোক ১৯৫৯ গী কালেন ছুটি কাবদগী ঐহাক কৈশামথোং এম ই স্কুলদা ওজা ওইরে। ঐহাক্না কৈশামথোং এম ই স্কুলদা ওজা ওইদ্রিঙৈদা ঐগী ইচননুপী লৌবা ইশেন নুপা খুমুকচম থাগোয T.B. না নাবদগী ঐগী ইনাক্তা লৈবা তাখি। ইচন-নুপী, অমসুং মচা নুপী অনী হায়বদি

ইবেমহল অমসুং ইন্দুবালা পুন্দুনা ঐগা লৈমিন্নরে। ডাক্তর পরিজাত্তা লায়য়েংই। অয়ুক অয়ুক ময়ুম তখেল লৈকাই টিদিম রোদতা মশা চত্তুনা হীদাক কাপই। অদুবু ফগৎপগী আশাদি উখিদে। ইচননুপীগী মচা অনী অদু চহী ৫/৬ শুবনা ইবেমহন্নী। চহি ফাদ্রিবীনা ইন্দুবালানী। মহাক্কী মমিং অদু ঐনা থোনখিবনী। মখোয় মরি থা ৩/৪ লৈরবা মতুংদা অনাবদু ইফৎ ফত্তে অদুনা কান্নফম খঙদে হায়দুনা য়ুমদা হনখ্রে।

## হোংগৎলকপা

ঐনা ইং শোক ১৯৫৪ দগী স্কুলগী ওজা ওইদুনা চাং নাইনা পৈশা ফংবদগী বাজিনা ইম্ফালদা হোঙ্গৎনবা থৌরাং তৌবা হৌরে। ইং শোক ১৯৫৬ তা মওং তানা য়ুম অমা শাননবগীদমক বাজিনা ঙাইখোং লৈকাইগী ইনেয়াইমা লৌবা মাম্মাদগী পৈশা পুদুনা য়ুম শানবগী মপোৎ মচৈ লৈশিন্দুনা থম্লে। য়ুম শাবদা চঙগদবা উ, ৱা শীংউৎ, ইনচিংবা থৌরাং তৌরগা ককচীং খুলেন্দগী মিস্ত্রি অনী নেক্তুনা পোৎ-চৈ শিংদু পুখৎলকলে। য়ুম অদু মখা শঙ্গোয় ওইনা হান্নগী শঙ্গোয় অদুগী হেক নোংচুপ থংবদা শাগৎলে। কা-অহুম থোক্লা শারে। মমানা অৱাং ওল্লে। কন্না হোৎনদুনা য়ুম অদু থা অনীরোমগী মনুংদা শাবা লোইরে। বাজিনা মকুপ মতাগী থবক পাঙথোক্লে। য়ুম শাবা লোইরবা মতুংদা বাজিনা ইমাখোয় ইমুং মনুং পুরক্লবা য়ুমদা চৎখ্রে। শোক ১৯৫৬ ইংগী লোইশিল্লকপা মতমদা ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক হোংগলক্লে। মতম অদুগী ঐখোয়গী ইমুংগী অপুনবা মীশিং মখাগী অসিনী:-

(১) বাজী ময়াংলম্বম অতো সিংহ। কুঠি মিং নবিনচন্দ্র সিংহ - পোকপা শকাব্দ ১৮৩৫ (1913A.D) শজীবু শুক্ল বৈক্ষা ১৩ নী পানবা থাংজ নুমীৎ কৈন্যা রাশী (লৈখিদবা নুমীৎতাং ১২/১২/৮১ বৃন্দাবোন্দ রাধা কুণ্ড)।

(২) ইমাগী থিংনাম নীঙোল ময়াংলম্বম ওংবী হেনো দেবী পোকপা - কুঠি মিং নোবিন মঞ্জুরী দেবী। শকাব্দ ১৮৩৭ (১৯১৫) থৱান শুক্লা পৈক্ষা ৭ নি পানবা য়ুমশকৈশ বৃশ্বীক রাসী। (লৈখিদবা তাং ২১/১০/৮৭ অয়ুক পুং ৮)

(৩) ইশামক পোকপা শকাব্দ ১৮৫৪ হিয়াংগৈ ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা কুমভ রাসী নক্ষত্র ২৪ ইং শোক ১৯৩২ নবেম্বর তাং ৭।

(৪) ইনাওনুপা (ক) ময়াংলম্বম মৈপাক সিংহ শকাব্দ ১৮৩৬ ইঙা কৃষ্ণ পৈক্ষা ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবা বৃষ রাসী।

(৫) ইনাওনুপা (খ) ময়ালম্বম তোমচৌ সিংহ শকাব্দ ১৮৬৫ লাংবন শুক্ল পৈক্ষ লৈবাকপোকপা ধনু রাসী।

(৬) ইনাওনুপা (গ) ময়াংলম্বম কুঞ্জো সিংহ - কুঠি মিং শীতোলচন্দ্র সিংহ শকাব্দ ১৮৬৯ ৱাকচীং সুক্লা পৈক্ষ অমবৈশা কুম্ভ রাসী। (লৈখিদবা ১৪/৮/১৯৫৭)

(৭) ইনাওনুপা (ঘ) ময়ালম্বম বীরজিৎ পোকপা শকাব্দ ১৮৭৫ ফাইরেন ২৭ নি পানবা - ২/২/১৯৫৪ অয়ুক পুং ১০।

মতৌ অসুম্না ইমা ইপা য়াওনা ইম্ফালদা লৈরে। ইমুংগী মীশীঙ ঐখোয় তরেৎনি। ইমাগী মচেমহল ইম্মানধৌগী মচানুপা নিংথেমসু লৈরম্মী। খরা লৈরগা ঐগী ইচন নুপীগী মপুরোইবা থাগোই লৈখিদবগী মচা নুপী অনীগা মখোয় অহুমসু লৈররে। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী ইমুংদা মী ১১ চারে। ককচীং খুনৌগী য়ুম অদুনা শো লোন্দুনা থম্লে। বাজীদী হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা মতম মতমগী থবক ইনখাং তৌদুনা লৈরম্মী। ঐনা খনজরকপা ঐগী ইনাওশিংদী মীগী ময়ুমদা লৈদুনা লাইরিক তমহল্লোই। ইমা ইপাগী মনাক্তা লৈরগা চারবসু চাদ্রবসু নাওথী শাজদুনা মথৱাই হরাওনা লাইরিক তমহনগে খনখিদু ঈশ্বরনা পীনবীরে। মতম অদুদা ইনাওনীপা অহুম হায়বদী মৈপাক, তোমচৌ অমসুং কুঞ্জো খা ইম্ফাল স্কুলদা লাইরিক তমলে। কুঞ্জোনা ক্লাস থ্রীদনী। মহাক লাইরিক য়াম্না ফৈ হায়না ওজাশিংনা থাগৎপি। অদুবু অফবা মীদী কুইনা পুন্সিদে হায়বদু তাখ্রে। ইং শোক ১৯৫৭ তা মহাক কন্না নারম্মী। ঐনা ককৱাদগী হোমিওপেথীক্কী ডাক্তর অমা কৌদুনা য়েংহল্লী। মহাক তোয়না লাক্কুনা চেকশিন্না ইনাওনুপাবু য়েংবী। মফৎলক্তবদা মহাক্না হায়বা মতুংইন্না ঙাঙোমগী ডাক্তর বুদ্ধী কৌদুনা য়েংহল্লে। অকনবা ডাইফেৎনী হায়না মাগী ওফিসতগী হীদাক শেমদুনা মতম নাইনা পীজদুনা হোৎনৈ। অদু খরা ফবগুম তৌদুনা তাং ১৪/৮/৫৭ ইংগী অয়ুক্তা ইমা অমসুং বাজিসু মথ্বাই খরা নুংঙাইজৈ। শান্নপোৎ নোংমৈ মচা পায়দুনা কাপ্পী। চাক চাদবগী য়াম্না শোন্থরবসু মথ্বাই নুংঙাইনা ফগৎলকপা উবদা অনাবা অদু ফরগনি খল্লী। ককৱাদগী হোমিওপেথিক ডাক্তর অদুদী অয়ুক নুমিদাং শেন্নবিবনী। মহাক্নসু হায়রিবা নুমীৎ অদুগী অয়ুক্তা অনাবা ফরগনী হায়না নুংঙাইবা আশা পীরম্মী। অদুবু নুমিদাংৱাই য়ৌরকপদদী অনাবা অদু খঙকন কনশিল্লক্কুনা য়াচংবা মতুংদা অরোইবা য়াহীপ তানখি। ঐগী পুন্সিদা নুমীৎ অদু ফাওবা হিংলকপগী মনুংদা খ্বাইদগী থম্মোই শোকখিবা নুমীৎনি। শিবমদাইগী মতমদা মানা হঙ্গোইনা কিখ্রবা ঐবু কৌদুনা মনাক্তা ফমহনখি। মাগী ৱারবা চোকথরবা থম্মোইদুনা ঐনা মনাক্তা লৈরগা অনাবা অদু ফগৎলক্কুনা অৱা পোত্থাগদবোই খনখি। ঐনা মাগীদমক কোইচেন চেনবা হোৎনবা অদু খল্লুবদা ঐ লৈরগা অনাবা ফগনি খনখি। মাইবগা ঐগা মপোক নুমীৎ অমসুং থবাল পান্নদুনা খ্নবা অদু মহাক অর্থ খঙখি অমসুং ঐঙোন্দা য়েংলগা কপখি। মতৌ অদু উবদা ঐসু থম্মোই পুবা য়াখিদে। নুমিদাং অদুদা, মহাক্কী অশিবা মশা অদু তুরেন্দা পোৎলোইখি। নুমীৎ অদুদগী হৌনা কোংখাম মাঙোপ্তা লৈরম্বা ঐজ্ঞা জোয়গা ঐগা খঙনখি। মহাক ইকুই কুইদনা য়াইস্কুলদগী হোংলকপনী।

## লুহোংবা

ঐনা য়াম্না পীক্লিঙৈদগী ইমা অমসুং ঐগী অহল লমনা নিংথৌময়ুমগী মমিংচৎপা ককচিং খুনৌগী নিংথৌগী মচানুপী অতোম্বী অদু ঐগীদমক্তা হায়গনি হায়না ফাগি তৌনরম্মী। মতম অদু ঐহাক ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা ফাওবা লাক্ত্রিবনী। নুপীমচা অদুগী মমিং কৈন্যা কৌই। মহাক মচীন-মনাও পুম্নমক্কী ইতোন তোম্বীনী। মাদী চহি ৫/৬ খক্তা শুরিবা মতম্নী। মাগী মমানসু মচানুপী অতোনবী অদু ঐঙোন্দা পীগনি হায়না ফাগি তৌনৈ। ঐগী বাজিগা নিংথৌনুপীগসু হঙ্গোইনদে। ঐঙোন্দা মচানুপী পীবগী ৱারীদু মখোয় অনীসু শান্নৈ, ফাগি তৌনৈ। ইম্ফালদগী ঐনা ছুটি মতম দা মরক মরক্তা চৎপদুদা ৱাফম অদু তত্তনা

ইমানা ঐঙোন্দা হৌদোকই। ইন্মাধৌনসু য়াম্না তোয়না হায়। অসুম্না মতম হৌখিবনা ঐসু মহাকসু চাওরক্তুনা অপাম পামদা খঙনরে। খুল অদুদা মহাক মমিং চৎলি। অদুবু ইশা ইশাদী উন্নবা নত্তে। ঐখোয়গী য়ুম মমাঙদা ফাওবা মহাক ইকাইবনা চৎচবা ঙমদে। ঐনসু মাগী মশক ফাওবা খঙদে। ফাগি ফাগিদগী লৈশাবী ফারক্লবা মতমদা অওইবা ওইনা মনিন থোরক্লে। ঐঙোন্দা অশেংবা ওইনা মৌ হায়রুরগে হায়রে। ইমা অমসুং বাজিনা চহী কয়াগী মমাংদগী পামদুনা লাক্লবনী খল্লদুনা মৌ হায়বা অদু ঐহাক য়ারে। থবক য়াংশিন্দুনা লূহোংবগী নুমীৎ লেপ্লে। নুমীৎ অদু তাং ২১/১১/৫৮ ইংদনী। ঐগীনা চহী ২৬ শুবা অদুগা কৈনাগীনা চহী ১৮ শুবা মতমদনী লুহোংবগী শীন লাংননবা ইমা বাজী অমদি ইমুং মনুং ককচীং খুনৌদা লৈখ্রে। ঐহাক তাং ২০/১১/৫৮ ইংদা ঐগী মরুপ লাইরেল্লকপম অচৌ সিংহগা একাগাড়ী অমমম তোংদুনা ককচীং খুনৌ তানা চৎলী। অহিং অদুদা শুমাং লীলা অমা কৈন্যা খোয়গী শুমাংদা তৌই। ময়ামগী চাক চানবা অমসু নুমিদাং অদুদা তৌই। হায়রিবা নুমীৎ অসিদা খুলগী মরুপ মপাং ময়ামগা লোয়ননা লুহোংবগীদমক খোঙনা কৈন্যাগী য়ুম তান্না চৎলী। ঐখোয়গী য়ুমগা মখোয়গী য়ুমগা য়াম্না নক্লে। মখারোমদা কোম্থোং ৭/৮ লাল্লগা লৈবনী। লুহোংবা লোইরগা চাক্লৌবা নুমীৎ ফাওবা য়ুমদা লৈরে। চাক্লৌবা লোইরগা গাড়ী রির্জব লৌদুনা অউনপোৎনচিংবা পুদুনা ইম্ফালদা লাক্লে। কৈন্যা ময়ুম অমসুং মমা মপা থাদোক্তুনা লাকপদু মথল্লাই য়াম্না নুংঙাইখিদে। মহাক্কী তশুক তশুকপা মতৌ অমসুং ঐগা চুশিন্নদবা মওং অদু থা ১/২ ফাওবা হোংদোক্তবা অদুদা ইমা অমসুং ইচন নুপী খোয়না মাবু লুনা তৌবীদ্রে। ভাব তাদবী অমা ওইনা ঙাঙ শকপিরে। মদুদা মহাক অমুক্কা হেন্না লৈফম চাফম খঙদ্রে। ঐঙোন্দসু ল্লা-লাং ঙাঙদে অদুনা মাগী অল্লাবা ল্লারী অদু মতোমতা লোৎশিন্দুনা খাঙলম্মী। ময়ুমদা চৎনীংবনা মাগী লাইনীঙ ওইরম্মী। ইং শোক ১৯৫৯ গী য়াওশং থাদা হায়বদি মার্চ থাদা কৈন্যাগী মমা লাকখি। নোংমা লৈরগা ময়ুমদা হনবদা কৈন্যাসু নমদুনা ময়ুমদা চৎখি। মতৌ অসুম্না মহাক ময়ুমদা থা ৫/৬ লৈখি। ঐখোয়গী ইমুংনা শাউবগী পাও তাবদা কৈন্যাগী মপানা মচানুপী অদু ঐগা অমুক হঞ্জিন্নখিগনি হায়বা থাজখিদে। নোংমা ইম্ফালদা লাক্তুনা মরু ওইবা অউনপোৎ খরমখৈ পুরগে হায়রে। অদুবু ঐখোয়না পীখিদে। মরক অসিদনী ঐহাক প্রোমোসন ফংবগী হুকুম লাকখি। Manipur Territorial Council ইদুকেসন ডিপার্টমেন্টকী order no. TE-G/6/59-50 (v) তাং ২৬/৬/৫৯ ইংগী মতুংইন্না ঐহাক কৈশামথোং ME. School দা Additional teacher ওইনা হাপখি। কালেন ছুটি হেক কারগা ঐহাক হায়রিবা স্কুল অসিদা জোইন তৌখি। পাও অসি কৈন্যাগী অহল লমন্দসু ইমানা খঙহনখি। ঐখোয়না মচানুপীবু খাইনবগী মওং চথ্থরক্তবা অদু খঙলদুনা ওক্টোবর থাদা ইবাই কুল্লবিধুনা মচননুপী কৈন্যা পুদুনা নোংম লাক্লগা ঐঙোন্দা খুরুমহনখি। ইমা অমসুং বাজিনসু মহাকপু হরাও হরাও লৌশিনখি। মতম অদুদগী হৌদুনা কৈন্যা পুংওন ওল্লবা মীওই অমা ওইরকখি। ঐবু থাজবা ঐবু লুনা তৌবা, হরাও হরাও লৈবা অসিনচিংবা মওংদা লাকখি। ঐহাকসু অনকপদা ওঝা ওইরে। অদুগা মহৌশাগুম ঙাইহাক্তা শংদনা চেনবা অদু খরমখৈ শাফরে। অদুবু ঐহাক College দী নুমিদাংদা কাবা তোকখিরম্মী। মখা তমথগে খল্লবসু 3rd year B.A. গী পরিক্ষা য়াওহৌদ্রে।

## পুলিসতা

কৈশামথোং এম ই স্কুলদা ওজা ওইদুনা থা ৬ লোম লৈরবা মতমদা তাং ৬/১/৬০ ইংদা এমপ্লোইমেন্ট একচেঞ্জদগী কার্দ অমা ফংখি।S.I. গী পোষ্টকিদম তাং ৯/১/৬০ ইংদা I.G.P. ওফিসতা ইন্টর্ভিয়ু য়াওননবা কাদনী। তাং ৯/১/৬০ ইংগী নুংথিল পুং অমা তাবদা তৌগদবনী। ঐহাক ইন্টর্ভিয়ু অদু য়াওরুই। শ্রী লাইশ্রম গোপাল সিংহনা IGP নী। ইন্টরভীয়ুনা D.S.P./HQ শ্রী কামিনিবিধু সিংহ, Treasury Officer অমসুং Under Secy. অহুমনা শাবনী। মতম অদুদা I.A. Pass তৌরবদী S.I. গী post তা চংবা য়ারে। B.A. pass তৌবা মী অমত্তা য়াওরমদে ইন্টরভিয়ুগীদমক মীওই ৭২ লাকই হায়। ঐগী তরন য়ৌরকপদা ঐহাক চঙলে। হৌনবী ব্যবহার তৌনা চঙলম্মী। ঐগী মিং, লৈফম, ক্বালিফিকেসন অমসুং অরৌবা সবজেক্ট হংলকখি। করম্বা মখলগী স্পোর্ট হৈনবগে হায়না হংখি। ঐনা খুমখি ঐদী লন্বায় অথাপ্পদা পোকপনী। মীগী ময়ুমদা লৈরগা লাইরিক তম্লকপনী। অদুনা শান্নবগী থবক্তা শরুক লৌনবগী মতম লৈরক্তে অদুনা স্পোর্টতা ঐ অখন্নবা আইতেমদা শরুক য়ারক্তে। I.A. দা ঐহাক লোজিক অমসুং অঙ্ক লৌরকই হায়বদ। লোজিক্কী মতাং খরা হংখি। অদুদগী ঐবু থাদোরকখি। ঐহাক খনগনি হায়বসি সুকথা থাজখিদে। অদুবু ইখং-খংহৌদনা তাং ১৯/১/৬০ ইংদা রিজার্ভ ইনস্পেক্তরদগী মেডিকেল একজামিনেসন তৌননবা রিজার্ভ ওফিসতা তাং ২০/১/৬০ ইংদা লাকউ হায়দুনা সমন অমা ফংখি। হুকুম অদুগী মতুংইন্না তাং ২০/১/৬০ ইংগী অয়ুক পুং ৯.৩০ তাবদা রিজার্ভ ওফিসতা চত্নুনা মেডিকেল একজামিনেসনগীদমক্তা হৌনবী ফোর্ম মেনশিল্লগা মণিপুর রাইফল ফাষ্ট বেটেলিয়নগী হোস্পিতালদা চৎলী। বেঙ্গোলী ডাক্তর অমনা একজামিনেসন তৌই। নোংঙাল্লগা মহাক্কী ওপিনিয়ন পীরগা CMO দা চৎকদবনী হায়না লেপ্লে। মরম অদুনা তাং ২১/১/৬০ ইংদা অমুক হন্না রিজার্ভ ওফিসতা চৎলে। অদুবু পুলিসকী M.O. বেঙ্গোলী মচা অদুনা ঐহাক্কী vision শক্তি ৱাৎলি অদুনা unfit ওই হায়না ইরমলে। মহাক্কী recommendation অদু CMO দা ঐগী case অদু ওলটরনেটিভ means লৈররোইদ্রা হায়না য়াম্না লাংতক্লনা হংখি। CMO না don't be nervous হায়না advice তৌখি। মীৎকা চানবা অনোক অমা হোংলগা নুমীৎ ৭ নীগী মতুংদা re-examination তৌগনি হায়রে। ঐগী পাউদু তাবদা ঐগী ওজা হেড মাষ্টর শ্রী রাজেন্দ্র সিংহনা য়াম্না ৱাবীখি। মহাক্না তাকপা মতুং ইন্না ঐহাক ক্বা কৈথেল M.E. স্কুলগী হেড মাষ্টর Shri M. Nilamani Singh উন্নখি। মহাক উন্নবগী মরমদী মহাক্কী মচননুপী শ্রীমতি Nolini দেবী হেড Nurse ওইনা হোস্পিতালদা থবক তৌই অমসুং Quarter দা লৈ। মহাক CMO গা য়াম্না য়ানৈ। মহাক্না CMO বু influence তৌবীনবনী। তাং ২২/১/৬০ দা ওজা নীলমণি উন্নরগা Smt. Nolini দা খরা হায়বীনবা হায়জরুরে। অদুদগী তাদ নেত্রজীৎ উন্নদুনা মরম অদু তান্নবদা শ্রী এন য়াইমা কৌবা compounder অমগা খন্নরে। মহাক্না CMO দা influence তৌহন্নবনী। তাং ২৩/১/৬০ ইংদা ওজা নীলমনি উন্নবদা মহাক মচন নুপী নোলিনীগা উন্নদ্রি হায়রে। মতুংদা তাং ২৪/১/৬০ ইংদা HIMANGSHO কৌবা LIC গী Agent অমা CMO গা য়াম্না চান্নে হায়দুনা শ্রী সরৎ সিংহ কৌবা অমগা চৎমিন্নদুনা উন্নরে। পৈশা চংগদবগী

মওং অমা হিম্মাংসুনা হায়রকপদগী তাং ২৫/১/৬০ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তা ঐগী নুপী কৈন্যা দেবীগী সনাতুলা অম্মা মখায়গী লৈ অমা লূপা ১২০দা বন্ধান থমদুনা শরৎকা লোয়ননা হিমাংসু উন্নরে। হিমাংসুদা লূ: ১০০, পীরে। নোংঙাল্লাগা হায়বদী তাং ২৬/১/৬০ ইংগা লুপা ৫০ অমগা অমুক হিমাংসুদা হাপ্লে। ঐগী অনোক অনৌবা পন্নার হেনবা অমগা লৈরে। তাং ২৮/১/৬০ ইংদা CMO গী মমাংদা অমুক চৎলে। ঐগী মীৎ examine তৌরবা মতুংদা CMO না fit with spect হায়না ইরে। অদুদগী ঐহাক S.I. ওইনা থনব্বা য়ারে। তাং ৪/২/৬০ ইংদা order no. 1000/RO dt 4.2.60 গী মতুং ইন্না probationary sub-inspector ওইনা থল্লে। ঐখোয় অহুম থনবগী মনুংদা ঐনা নং ১ দা লৈরে। তাং ৭/.২/৬০ ইংদা ইম্ফাল থাদোক্কদবগী নুমীৎ অদুদগী appointment অদু ইফেক্ট তৌগনি হায়রে। খরচ লৈতবদগী ইচন নুপী শঙ্গাইগী সনা মোহোর ১.৫০ গী লৈ অমা লুপা ১১২ দা কায়থোক্লে। ঐগী appointment letter দা Principal Officer Education দসু কোপী পীদুনা ঐবু থুনমক release তৌনবা হায়বীরে। ঐনসু তাং ৫/২/৬০ ইংদা ঐবু তাং ৭/২/৬০ ইংদগী release তৌবীনবা Principle Pfficer Education দা দরখাস্ত অমা পীশিনখ্রে।

মতৌ অসুম্না ঐহাক, মৈসনাম কুঞ্জবীহারী অমসুং Bijoy Bhushan Sen Sharma গা লোয়ননা তাং ৭/২/৬০ ইংগী অহিং পুং ১ দা ইম্ফাল থাদোক্লে। তাং ১০/২/৬০ ইংগী নুংথিল পুং ৬ মি: ৪৫ দা PTC Barrachpore য়ৌরে। তাং ১/১/৬০ ইংদগী হৌখ্রবা ট্রেনিং অদুদা ঐখোয় অহুম থা অমা নুমীৎ ১০ নি থেংনা থুংলবসু ইশা ইশানা কুপখৎনবা হোৎনবা তারমই। ডিপার্টমেন্টেল কেদেট অনীখকসু মণিপুরদগী য়াওরমই। মখোয় অদুদী পোৎশংবম মনি সিংহ অমসুং শ্রী নিত্যাই সিংহ অনীনি। মখোয় মতম কুইনা S.I. ওইদুনা থবক তৌরবা ঙাক্তনি অদুবু ট্রেনিং লোইশিন্দবদগী confirm তৌবা য়াদদুনা থা তরুক্কী course অমা য়াওরম্বনি। জুনগী অরোইবা চয়োলদা Department cadet কী course লোইদুনা অহল অনীদু ইম্ফালদা হনখ্রে। শ্রী মনি সিংহদী পাশ তৌখি অদুবু শ্রী নিত্যাই সিংহদী পাশ তৌবা ঙমখিদে। মতৌ অসুম্না S.I. গী training অদু চত্থরম্মী। থেংনা join তৌবা ঐখোয় অহুমসু recoup তৌননবা হোৎনরে। থা খুদিংগী test examination তৌই। Subject শিংদি Law with and without Book, PRB, Criminology অসিনী। মমৈদদী Medical সু য়াওশিল্লকলে। Physical training গীদমক্তদী অসিগুম্বা test examination লৈতে। নোংমাইজিং নত্তনা নুংতিগী অয়ুক্তা PT, drill অদুদগী Break fast, মথংদা class অদুদগী lunch, নুমীৎয়ুংবা মতুংদা অমুক law class নুমিদাংৱাইদা drill অদুগা পুং ৮.৩০ দা roll call অসিনী। নোংমইজীং নুমীত্তসু অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাইদা roll call অদুগা নুংথিলদা game অসিনী। শম্না হায়রবদা নোংমগী মনুংদা ঙাইহাক্তা শংহন্দে। Training লোইশিল্লক্কদুনা Law নচিংবা final examination লোইখ্রে। তাং ২১/১২/৬০ ইংদা পরিক্ষাগী result খঙলে। ঐনা secure তৌবা মার্ক:-

(i) Law - 58 marks out of 100 (ii) PRB - 85 marks out of 100
(iii) Criminology - 22 marks out of 50 (iv) Medical - 31 marks out of 50

১০০ দা ৬০ ফংদ্রবদী পাশ ওই হায়না declare তৌদে অমসুং passing out parade য়াওদে। অঙকপনী ফনা কন্না ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোক্না হোৎনরবসু অমসুং জুলাই থাগী test দা ঐগী section গী law দা first তাগ্রবসু চহীগী পরিক্ষাদা Law and Criminology দা ৬০% য়ৌখিদ্রে। তাং ২৩/১২/৬০ ইংদা Board ফমদুনা Law দা মার্ক ৮ অমসুং Criminology দা মার্ক ৪ হাপকৎখি। ঐহাক্কী Law দা মার্ক 66% অমসুং Criminology দনা Mark 26 ফংলে। Criminology দা মার্ক ৪ ৱাৎপনা মরম ওইদুনা ঐহাক পাশ তৌরে হায়না লাউথোকপদা য়াওদ্রে। ইশাগী State তা চৎলগা বোর্দ অমনা Criminology দা reexamination তৌগদবনী হায়না recommend তৌরে। মরম অদুনা ময়াম মরক্তা ঐহাক মায়পাকপা হায়বদু ওইখিবা ঙমদ্রে। করন্না পাপ তৌরকপদগী ঐহাকসে করিসু নত্তবদা খজীক খজীক্তদা শোয়বা হায়বসি মপোক্কী ওইনা তৌই। S.I. গী থবক চঙলমদাইদসু অদু মঙায়। তাং ২৯/১২/৬০ ইংদা পাশিং আউট পেরেত তৌরে। ঐদী য়াওদ্রে। তাং ৩০/১২/৬০ ইংদা B.Sen Sharma গা ঐগা Barrachpur থাদোক্লে। কুঞ্জবিহারীদি তাং ১/১/৬০ ইংদা Plane দা লাক্কনি হায়না লৈহৌরে। অয়ুক পুং ৬ মি: ৪৫ দা P.T.C. থাদোক্তুনা Seldah station তম্না চৎলে অমসুং তিকেট লৌরে। মতৌ অসুম্না ঐহাক মণিপুরদা তাং ৩/১/৬১ ইংগী নুংথিল পুং ৪ দা য়ুমদা য়ৌরকখি।

নোংঙানবগা হায়বদী তাং ৪/১/৬১ ইংগী অয়ুক্তা ঐহাক Reserve Office দা join তৌরে। তাং ৫/১/৬১ দা বেরাকপুরদা ট্রেনিং তৌমিন্নরুবা মীওইশিং হায়বদী কুঞ্জবীহারী, বিজোয়, খুরা নিত্যাই অমসুং খুরা মণি উন্নরে। তাং ৬/১/৬১ ইংদা মতম অদুগী S.P. শ্রী লাইশ্রম গোপাল সিংহগসু উন্নবে। তাং ৭/১/৬১ ইংদগী S.I. গী ইউনিফোর্ম শেত্তুনা ওফিস কারে অমসুং Reserve office দা থবক শুবা হৌরে। কুঞ্জবীহারী অমসুং B.Sen Sharma দি তাং ১১/১/৬১ ইংদা ইউনিফোর্ম শেত্তুনা অহানবা ওইনা ওফিস কারক্লে।

মতম অদু ফাওবা বাজিনা ঙাইখোং লৈকাইগী মামদগী পুখিবা পৈশা অদু শিংদ্রি। তত্তনা থৌরকপদগী বাজিনা ঐখোয়গী য়ুম অদু তা নেত্রজীৎতা য়োন্ননবা লেপ্লরে তাং ২০/২/৬১ ইংদা য়ুম অদু তা নেত্রজীৎকা লোয়ননা চত্তুনা শীথরুবে। য়ুম অদু য়োনবগী মমল অদুনা ঙাইখোংগী মামগী পৈশা শিংনখ্রে।

PTC Barrakpur দা ঐনা Criminology ফেল ওইবা অমসুং ইশাগী ষ্টেটতা re-examination তৌগদবনি হায়বা মতুংইন্না হায়ীরবা পরিক্ষা অদু March / 61 দা তৌগনি। পরিক্ষা ঙমদ্রবদী discharge তৌগনি হায়না তাং ২৫/২/৬১ ইংদা হুকুম থোক্লে। অদুবু তাং ১/৪/৬১ ইংদা Manipur গী Chief Commissioner না ঐগী Criminology গী পরিক্ষাগীদমক বোর্ড অমা শেম্লে। শ্রী S. Goswami ADM, শ্রী তিঙ্গল Addl. S.P.অমসুং শ্রীগুহা DSP অহুম্না শাবা বোর্ড অমা শেমদুনা পরিক্ষা লৌনবগী হুকুম তৌরে। মরক অসিদা তাং ২/৪/৬১ ইংদা ইমাগী মচে ইন্দ্রানধৌ লাক্তুনা মাচা নুপা নিংথেম অদু লাইরিক তমথহল্লরোই হায়দুনা পুখ্রে। তাং ১৫/৬/৬১ ইংদা DSP / Th. শ্রী গুহাগী কাদা ঐগী Criminology গী পরিক্ষা তৌরে। পরিক্ষা অদু অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ দগী নুংথিল পুং ১ ফাওবনী। তাং ১৬/৬/৬১ ইংদা

Criminology গী পরিক্ষা হায়দোক্লে। ঐহাক মার্ক ৫০ গী মনুংদা ২৮ ফংদুনা পাশ তৌরে হায়না ডিক্লিয়ার তৌদুনা order book চনশিল্লে নং না 1140 dated 16.6.61 নি।প্রোবেশরি পেরেৎকী Practical training গীদমক থা ৬ কী ইম্ফাল পি এস তা তাং ১/৭/৬১ দগী লৈননবা হুকুম থোক্লে। হুকুম অদুগী মতুং ইন্না ঐহাক ইম্ফাল থনাদা তাং ১/৭/৬১ ইংদা জোইন তৌরে। নুমীৎ অদুমক্তদা Excise কেশ অমা ডিতেক্ত তৌদুনা ঐঙোন্দা পাল্লে। মতম অদুদা ঐজ্ঞা বারুনী শর্ম্ম, Inspector না O/C অদুগা S.I. M. Ibopishak Singh না ইম্ফাল থানাদা 2nd O/C ওইনা লৈরম্মী। ইম্ফাল P.S. তা লৈরিঙৈদা নুংতিগী ওইনা কেশ ইনভেটিগেশন তৌখি। মরডর কেশ ফাওবা থা ৩ গী মনুংদা ঐঙোন্দা পীখি।

তাং ১৩/৯/৬১ ইংদা ঐগী ইচননুপী শঙ্গাই দেবীগী কাইথোকখিবা লৈ অদুগী মহুৎ ওইনা মহাক্লা অপাম্বা লৈ জুরা অমা লূপা ২৪৫ দা লৈদুনা হঞ্জিনখি। কৈন্যাগীদমক পরিজাৎ পরেং অমা শাননবা ওর্ডর তৌখ্রে। তাং ২২/১/৬২ ইংদা পরিজাৎ পরেং শাবা লোইগনি হায়না য়ানরে। তাং ২/২/৬২ ইংদা লু: ৪০০ অমগা পীখ্রে। তাং ৫/২/৬২ ইংদা সনা শাবা লোইরে। সনা অদু মোহোর ৪ চনিং৩ ওইরল্লে অদুগা মমলনা অশামন য়াওরগা লুপা ৭০০, তারম্মী। নুমীৎ অদুদা ঐনা লু ৫০, অমা পীরে। পুল্লপ্পা লূপা ৬৫০ শুরে। অৱাৎপা লুপা ৫০ না কোন্না হাপ্পা হায়না য়ানরে। শোক ১৯৬২ গী জেনরেল ইলেক্সন ডিউতি "খানপী" অমসুং "নাবিন" দা তারে। তাং ১২/২/৬২ ইংদগী য়ুমদগী খোঙশাল্লে অদুগা অহিং অদু Reserve Line দা তুমলে।

তাং ১৩/২/৬২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ইম্ফাল থাদোক্লে। নুমীৎ অদু বিষেনপুর পুলিস ষ্টেসন্দা লেকলে। ঐহাক অমসুং constable নরহরি অমসুং agent Ibobi Sharma ঐগী খোংবু ওইরম্মী। তাং ১৪/২/৬২ ইংদা বিষেনপুর থাদোক্লগা "উখা" তান্না চৎলে। মফম অদুদা অহিং অদু লেল্লে। তাং ১৫/২/৬২ ইংদা উখা থাদোক্লগা খোঙনা "মুনপী" তান্না চৎলে। মুনপীদগী হিংলেপ তানা চৎলী। হিংলেপতা নুমীৎ অদু লৈরে। ঐগা লোয়নবা M.R. গী প্লেতুন অমা পোল্লীং ওফিসার, প্রেসাইডিং ওফিসার অসিনচিংবা কাঙবু অমনী। তাং ১৬/২/৬২ ইংগী পুং ৭ মি: ১৫ দা 'হিংলেপ' থাদোক্লে, পুং ১ মিনিট ৩০ দা "নয়াং" খুল য়ৌই। পুং ৩.৩০ দা "খানপী" য়ৌরে। বিষেনপুরদগী পোরতর ৭ খক পুরকই। মখোয়দা লুপা ১৩৩ পীখ্রে। তাং ১৭/২/৬২ অমসুং তাং ১৮/২/৬২ ইং নুমিৎ নীনি অদু খানপীদা ইলেক্সগীদমক্তা শেম শাদুনা লৈরে। তাং ১৯/২/৬২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইলেক্সন তৌরে। ভোট্টর ৬১৯ গী মনুংদা ২৬৯ খক্তনা ভোৎ থাদখি। নোংঙাল্লগা তাং ২০/২/৬২ ইংদা খানপী থাদোক্তুনা 'নবীল' লোমদা লাক্লে। পুং ১০ দগী লাকপনা পুং ১২ দা "নায়াং" খুন য়ৌরে। নয়াংদগী পুং ১.৩০ দগী খোংশাল্লে। নুংথিল পুং ৪.৩০ দা "মোলেন" খুন য়ৌই। অহিং লেক্লে। তাং ২১/২/৬২ ইংগী অয়ুক পুং ৮.৩০ দা মোলেন থাদোক্লে। পুং ১.৩০ দা "হানলো" খুন অমসুং পুং ৪ দা "গোলেনকোং" খুন য়ৌই অমসুং অহিং লেকই। তাং ২২/২/৬২ ইংদা 'গোলেন কোং' অয়ুক পুং ৭ মি: ৪৫ দা থাদোক্লে। নুংথিল পুং ১ দা "নাবিন" য়ৌরে। তাং ২২/২/৬২ দগী তাং ২৬/২/৬২ ইং ফাওবা নাবিন খুন্দা

লৈরে। তাং ২৭/২/৬২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ইলেক্সন তৌরে। ভোট্টর ৫০৩ গী মনুংদা ৩৬৩ খক্তং ভোট থাদখি। তাং ২৮/২/৬২ ইংদা পুং ৮.৩০ অয়ুক্তা 'নাবিন' থাদোক্লে। অয়ুক পুং ১০.৩০ দা মোইরাং লমখাই য়ৌরে। মফম অদুদগী গাড়ীদা তোংদুনা চুরাচান্দপুর তানা চৎলে। বেলোট বোক্স ডিপোজীৎ পুং ১ তাবদা তৌরে। অদুদগী ইম্ফাললোমদা লাক্লে।

নুমিদাং পুং ৭ মি: ২৫ দা রিজার্ভ লাইন্দা arrival report পীরে। তাং ১/৩/৬২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা অহানবা ওইনা 'General Reward' লুপা ২৫ ফংখি।

নুমীৎ অদুদা সনাশাবগী অব্রাৎপা লুপা ৫০ অদু পীখ্রে। ঐনা ফংবা থাগী তোলোপ মতম অদুদা লুপা ১৩০ দগী লু ১৪০ গী মনুংদনী। থা খুদীংগী ইমাদা লূপা ১০০, পীশিল্লি। চীংগী ইলেক্সন ডিউতি হেক লোইবগা Valley গী ইলেক্সন তাং ৬/৩/৬২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা তৌরম্মী। ঐহাক শগোলবন্দ কনষ্টিতুয়েন্সিদা পোলিং ষ্টেসন নং ৭/১২ দা ৱাহেংবম লৈকাই হীন্দি স্কুলদা তারম্মী। তাং ৪/৩/৬২ ইং নোংমাইজীং নুমীত্তগী মফম অদুদা ডিটেল তৌরম্মী। ষ্টেসন অদুদা ভোটর ১১৪২ লৈবগী মনুংদা ভোতর ৮৩১ না ভোট থাদরম্মী। ঐহাক্কী Imphal P.S. তা প্রাকতিকেল ত্রেনিং মতম লোইরদুনা তাং ৩/১/৬২ ইংদা Prosecution Branch তা ত্রান্সফর তৌদুনা তাং ৪/১/৬২ দগী কোর্ট ব্রাঞ্চতা লৈরকলবনী। প্রোবী S.I. ওইনা প্রাক্তিকেল ত্রেনিংগীদমক্তা থা ৬ কী পোষ্টিং পীরবসু ঐহাক ADM গী কোর্টতা PSI ওইনা থবক তৌহল্লম্মী। পুলিস ষ্টেসন্দগী থাগৎলকপা চার্জ সিট কয়ামরুম Concise শেম্নবা P.I. না ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। ময়াম অদু ঙম্নবা হোৎনবদা অয়ুক নুংথিল য়াম্না চিল্লম্মী। P.S.I. Th. Mohon Singh ত্রান্সফর তৌখিবদগী ঐহাক SDM/Imphal East গী কোর্টতা Independent P.S.I. ওইনা তাং ১৬/৮/৬২ ইংদগী কেশ conduct তৌরে।

তাং ১১/৮/৬২ ইংদা মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোকখি। ঐগী অনীশুবা ইনাও তোমচৌ সিংহ 3rd ডিভিজন্দা পাস তৌখ। তাং ২২/৮/৬২ ইংদা ঐসু মণিপুর কোলেজদা 3rd Year B.A. দা লুপা ৫৭ চঙদুনা মিং চনখি। ঐগী রোল নং ১৮ ওইখি। তাং ১৫/৯/৬২ ইংদনা ইনাও নীপা তোমচৌ সিংহ ডি এম কোলেজদা I.A. দা মিং চনবীখি। মহাক্কী রোল নং ৫১৪ নি।

প্রোজিকুসন ব্রাঞ্চতগী CID দা Practical training গীদমক তাং ১৩/১১/৬১ ইংদা transfer order থোক্লে। অদুবু তাং ১৭/১১/৬১ ইংদা order অদু ককলগা Town দা CI/City গী ওফিসতা join তৌরে। শ্রী মোইরাংথেম ইবোপিশক সিংহনা মতম অদুগী Addl. SP তিংগালদা হায়নরগা ঐবু মাগী অফিসতা পোষ্টিং তৌহনবনী হায়। অদুবু ঐদি মণিপুর কোলেজদা B.A. তমলি। মতম খরা খরদং পীবিয়ু হায়জবদা মহাক্না য়াখিদে। CI/City গী ওফিসতা লৈরিঙৈদা বজার মনুংগী Country Liquor য়োনবা পুম্নমক নমথখি। থা ২/৩ গী মনুংদা Excise কেশ কয়ামরুম লৌখৎখি। ঐহাক Reward কয়ামরুম ফংখি। মরক অদুদা ঐহাকপু CI/City গী অফিসতগী লম্ফেল রিজার্ব লাইন্দা ত্রান্সফর তৌদুনা ত্রেনিং তৌরিবা recruit অমসুং ত্রেনিং স্তাফ অদু কন্ত্রোল তৌবদা R.I. Shri Raju গী মতেং পাংননবা হুকুম থোকখি। তাং ২০/১১/

৬২ ইংদা ঐহাক Reserve Line দা জোইন তৌরে। থা ৪ রোম লৈরগা M.R. দগী সুবিদার অমা Training Inspector ওইনা Reserve Line দা ত্রান্সফর তৌরক্লে। R.I. রাজুনা ROI ওইনা পোষ্টিং পীখ্রে। মহাক্না recommend তৌরগা ঐহাকপুসু ROI অফিসতা পোষ্টিং তাং ২/৭/৬৩ ইংদা থোক্লে। Reserve Office দা জোইন তৌরবা মতমদা ইনস্পেক্তর রাজুদা ঐহাক নুমিদাংদা মণিপুর কলেজদা ক্লাস attend খরা খরা তৌগে হায়জবদা হরাও হরাও য়ারকখি। মহাক্না শীন্দুনা লাইরিক মখা তমথনবগী পারমিসনগী order অমা তাং ৯/৮/৬৩ ইংদা থোকখি। অদুদগী হৌদুনা ঐহাক নুমিদাং কোলেজ কাবা হৌখি। ঐনা CI/City গী অফিসতা লৈরিঙৈদা তাং ২৮/১২/৬২ ইং ইরাই নুমীৎকী নুমিদাং পুং ১২ মি: ৪ দা ঐগী ইচানীপা অহন জীতেন পোকখি।

ঐহাক্না রিজার্ব ওফিসতা লৈরবা মতমদা ROI রাজুগা য়াম্না নক্লনা তিন্নরম্মী। তত্তনা মাগী য়ুমদা হায়বদী শঙ্গেনথোং ক্বাটরদা চৎলী। শুটি নুমীত্তা মাগী অমসুং ঐগী ফেমিল্লি পুন্না চাক চামিন্নৈ। নোংমসু ফূবাল্লা টুরিষ্ট হোমদা তাং ১০/১/৬৫ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা পিক্লিক চৎলি য়ুমদা মী য়াম্লবনা লৈবদা চন্নদুনা ঐহাক হান্না শাখিবা শঙ্গোয় অদু শিদোক্লগা জিঙ্খনা কুপ্পুনা কা অহুমগী য়ুম অমা শারে। অরাং ইথং থংবা কাদা ইচননুপীগা মমামচা অহুম লৈরে। ময়ায়থংবা কানা হাংনা পোৎচৈ থন্লগা মখা থংবা কাদা ঐগী family লৈরে। ঐহাক শোক ১৯৬৪ গী B.A. পরিক্ষা থাখ্রে। তাং ১৩/১/৬৫ ইংদা পুলিস ডিপার্টমেন্টদা ৱায়ারলেশ ওপরেতর খরা লৌননবা Class III DPC ফমখি। অহাংবা ফম মশীং ২১ নি। ঐগী ইনাওনীপা তোমচৌসু ইন্টরভীয়ু য়াওহনখি। ঐগী ইনাওনীপা মৈপাকসু তাং ২১/১/৬৫ ইংদা সেক্রেটরিয়েত্তা Clerk ওইনা খনখি। অদুবু জিরিবামদা মেডিকেল ডিপার্টমেন্দা ত্রান্সফর তৌরে। তাং ৩০/১/৬৫ ইং থাংজ নুমীত্তা মহাক জিরিবামদা চৎখ্রে। মরক অসিদা ROI রাজুনা শীন্দুনা পুলিস Department কী canestick খরা supply তৌননবা হুকুম থোকখি। ঐনা বাজিগা কৈশামগী তা অঙাহনগা অনীদা কেন স্টিকশিং অদু শেমহনখি। মদুগীদমক ROI দগী তাং ১৩/২/৬৫ ইংদা লুপা ৪০০ ফংখি অমসুং ঐনা বাজিদা শীন্নখি। তোমচৌগী wireless operator খনবগী হুকুম অদু তাং ১৫/২/৬৫ ইংদা থোক্লুনা Training join তৌখ্রে। তাং ২২/২/৬৫ ইংদা cane stick 600 খক supply তৌবা হৌখি। তাং ২৩/২/৬৫ ইংদা অয়ুক পুং ২.২০ মি: তাবদা ঐগী ইচানুপী সুজাতা পোকই। Cane stick লৈননবা পৈশা লৈতদুনা তাং ২৬/২/৬৫ ইং কৈন্যাগী সনাগী পরিজাৎ পরেং অদু শ্রী ৱাংকৈরাকপম কেসোদা লু: ৪৫০ দা বন্ধান থমখি। তাং ৮/৩/৬৫ ইংদা Cane stick supply তৌবগী লুপা ১৭৬০ ফংখি অমসুং বন্ধান থম্বা সনা পুম্নমক লু: ১০, শেন্দোই হাপ্লগা লুপা ৪৬০ দা হন্দোকখি। শোক ১৯৬৪ গী বি এ পরিক্ষাদা ঐ ফেল ওইখি অদুনা শোক ১৯৬৫ দা অমুক থাখিরম্মী। ঐগী রোল নম্বর 3232 নি। শোক ১৯৬৫ গী July থাগী তাং ২৪ দা ঐহাক উখ্রুলদা O/C ওইনা ত্রান্সফর তৌরে। উখ্রুল O/C গী ফম অসি Inspector না ওইগদবনী। ইনস্পেকতর রথীণ্ড তাংখুল A.C ওইনা প্রোমোসন ফংখিবদগী S.I. Chura না O/C ওইদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা O.C. ওইবা য়াবা অরিবা S.I. খনগৎখি অদুগা এস পি দা থাগৎখি।

মতম অদুগী S.P. অদু Rajagopalan কৌই। মাদ্রাজদগী ডেপুটেসন্দা মণিপুরদা লাকখিবনী। S.I. শিংগী লিষ্ট অদুদগী মহাক্না ঐগী মিং খন্দুনা উখুলদা O/C ওইনা order থোকখি। মতম অদু উখুল অসি ময়াম্না কিনবা জগানী মরমদী নাগা হোষ্টাইলনা ডোমিনেৎ তৌদুনা লৈবা মফম্নী। আগষ্ট তাং ৫ দা S.P. না ঐহাক মথংগী নুমীৎ তাং ৬/৮/৬৫ ইং ইরাই নুমীত্তা উখুল চৎকদবনী মরমদী Chief Commissioner তাং ৭/৮/৬৫ ইংদা উখুল চৎকদৌরি হায়রে। ঐঙোন্দা জীপ অমা পীদুনা তাং ৬/৮/৬৫ ইংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা উখুলগীদমক যাত্রা তৌরে। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ১.৩০ তাবদা ঐহাক উখুল য়ৌরে। নোংঙাল্লগা CC, CM অমসুং S.P. থুংলরে। S.P. নুমীৎ অদু উখুল PS তা লেপ্পগা নোংঙানবা তাং ৮/৮/৬৫ ইংগী নুংথিল পুং ৩ তাদবা ইম্ফালদা চৎখ্রে। তাং ১/৯/৬৫ ইং ঐনা উখুলদা লৈরিঙৈদা ঐগী B.A. পাশ তৌবগী telegram ফংখি।

ঐনা উখুলদা লৈবা মতম অদুদা অন্দরগ্রাউণ্ড নাগা হোষ্টাইনগা ইণ্ডিয়া গোর্ভনমেন্টকা শিজ ফয়ার তৌদুনা শান্তিগী ৱারী শানবা মতম্নী। নাগা লালহৌবগী মকোক Mr. Phizo না ওইরম্মী। লালহৌলুপ অদুগী সংস্থান্না নাগা নেসনেল কাউন্সিল (NNC) না ওইরম্মী। Cease Fire গী টার্ম অমসুং কণ্ডিসনগী মনুংদা মরু ওইবদী NNC গী কেম্প লৈবা অমদী Indian Security Force গী ষ্টেসন লৈবা মফমগী মিটর ১০০ গী radius মনুংদা খুৎলাই পায়দুনা চঙনদবা, মীফা মীপুন তৌনদবা অসিনচিংবনী। হায়রিবা term শিং অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা underground Naga কাংবুনা খুল খুলগী মফম মফমদা মখোয়গী অনৌবা কেম্পশিং হাংদোকলম্মী। মনীঙ মখা তৌনা খুন-খুনশিংদা ইফোং ফোংনা চত্তুনা মখোয়না ডোমিনেট তৌখ্রে। সেক্যুরিটি অমসুং পুলিসকী কাঙবুনা করিসু তৌদ্রে। নোরমেল ওইবা পুলিসকী আইন ঙাকপা ফাওবা ঙমশিল্লক্তরে অওনবা ফিভম অদু লাকশিন্নবা গোর্ভনমেন্টনা উপাই কয়ামরুম পায়খৎপা তাখি। অসিগুম্বা তাংফম অসিদনী ঐনা উখুলদা O/C ওইনা লৈবসি। ইউনিফোর্ম শেৎপা পুলিসনা খুন খুন্দা চত্তুনা নোরমেল duty তৌগদবনি। "নাগা - লালহৌবশিংনা অপনবা পীরক্লবদী cease fire গী agreement থুগায়রে হায়না গোর্ভনমেন্টতা রিপোর্ট তৌরগা কেশ লৌখত্তুনা ইনভেষ্টিগেসন চথগদবনী" হায়বা ইনষ্ট্রক্সন অসি ঐঙোন্দসু য়ৌরকখি। মতৌ অসুম্না পুংলেপ লেপ্তুনা লৈরম্লবা পুলিসকী নোর্মেল duty অদু হৌগৎলে। অদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক অমসুং ঐগী স্তাফনা অৱা-অনা কয়া নঙখি।

**ইহান হানবদা :-**

তাং ৩/৯/৬৫ ইং ইরাই নুমীত্তা Head Constable তোনশিং অমসুং সিফাই মরি নুংবী অমসুং নুংহরদা W/A execute তৌননবা থাখি। মখোয়ণা নুংহার ফাওবা খুৎলাই পায়দনা খোঙনা চৎখি। নুমিদাংৱাইদা খুৎলাই পায়বা নাগা হোষ্টাইলগী মীনা ফাদুনা process কী চে-চাং শেগায়খি অমসুং kidnape তৌখি। অহিংদা নুংহারগী খুঞ্জাশিং হৌদুনা মৈনম পায়দুনা তান্নবদগী চীংলক্তা পুলিসকী মীওইশিং অদু হুন্দোক্লম্লগা নাগা হোষ্টাইলশিং চেনখিরম্মী। পুলিসকী মীওইশিংদু নোংঙানল্লমদাইদা নুংহার খুনগী প্রজাশিংনা কন্দুনা খুন্দা তেক্তা কায়দনা থমলে হায়না তাং ৪/৯/৬৫ ইংদা পাও লাকপদগী অথুবা মতমদা পুলিস হেড

ক্কাতরদা পাউ পীখি অমসুং SDO অমসুং SDPO/Ukhrul অনীনা নুংহার তান্না চত্তুনা ঐগী হেড কন্সটেবল অমসুং কন্সটেবলশিং অদু লৌরুই। থৌদোক অদুগী কেশ অমা রেজিষ্টার তৌখি।

**অনীশুবদা :-**

তাং ১১/৯/৬৫ ইংগী অয়ূক্তা নুংহারদগী প্রজা অমা লাক্কুনা রিপোর্ট তৌরে। মদুদী হৌখিবা অহিংদা নাগা হোষ্টাইনগী খুৎলাই পায়বা মীওই কাংবু অমনা নুংহার খুনগী পাষ্টরগী মীরোল্লবী নুপী অদু কাপ্পুনা হাৎলল্লে। খুদক্তা Hd. Quarter দা Crash মেশেজ থাদুনা পাও পীখ্রে। মতম অদু পুলিস ষ্টেসনগী মনুংদা Wireless Office লৈ। Operator অমখক্তনী। মমিংনা Mr. Parelli কৌই। মাগী ফেমেলিগা লৈবনী। S.P. দগী খুদক্তা মেশেজ লাক্লে। ৱারোন্দী "Proceed to Nunghar immediately for investigation without arms" ঐনে হেড কন্সটেবল অমনে, কন্সটেবল মরিনে খুৎলাই য়াওদনা নুংহারদা খোঙনা অশম্বা লম্বীদা নুংশাংখোং লাল্লগা চৎলী। অয়ুক পুং ৯ লোম তাবদা খোঙশাল্লী। মতম অদুদা মরু ওইবা উখ্রুলগী মীওই অমা ঐগা লুপা তিন্নরে। মমিংনা A.s. Kapangsai কৌই। উখ্রুল পেতিগ্রু স্কুলগী হেক মমাংদা লৈবনী। ঐনা request তৌবদগী মহাকসু ঐখোয়গী খোঙবু ওইনা নুংহারদা চৎলী। পুক্লীংদা থক্কৎপা অমদি পাখৎপা য়াওনা চৎপনিনা ময়াম অদু ৱা লাল অমত্তা ঙাঙনদে। ঙমখ্রবা চীংদোন কাদুনা লেপ্পুনা চৎপনা নুমীৎ যূংবা মতুং পুং ২ রোম তাবদা নুংহার য়ৌই। নুংহার খুল য়ৌবা কান্দা খুনগী মী ময়াম পুন্দুনা কপ্পদুনা লৈরম্মী। খুনগী খুল্লাকপা অদু ঐখোয়বু উবদা ইশাও শাওই। মহাক্না কনাবুসু কৌরমদে। কপংসাইনা তাংখুল লোন্না ঙাঙনবদা খুল্লাকপা অদুনা হায়। নাগা হোস্টাইন্না মী হাৎলগা ইনক্বারি লাকপদা খুৎলাই য়াওদনা লাক্লিবা পুলিসনা করম্না মীহাৎপা ফাবা ঙমগদৌরিবনো? খুঙ্গংগী মীশিংনা সরকারদা থাজনীঙাই ওইদে। অদুগী মথক্তা অমুক নাগানা পুলিসশিং ফাখ্রবদী অমদী হাৎখ্রবদী খুঙ্গংদা অৱাবা তাগনি অদুনা থুনমক হনখ্রো হায়রে। মরক অসিদা তাং ৩/৯/৬৫ ইংদা পুলিস হেড কনষ্টেবল অমসুং কনষ্টেবল মরি নাগানা ফাখিবদা খুনগী মীয়াম হৌদুনা কল্লুবগীদমক অদুগা নাগানা পাষ্টব ফাবা লাকপদা অপনবা পীরুবগীদমক মহাক্কী নুপী নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবনী অদুনা পুলিসশিং পন্থদুনা লৈরগনু হায়রে। ঐনা Mr. Yarseng উন্নরগা হংবদা মহাক্না হৌখিবা থৌদোক অদু লীরম্মী। মহাক্কী নুপী অদু মীরোনবা থা নিপাল মপুঙ ফারবনী। মহাক্কী য়ুম অদু মচীন ওইরপ্পা অনৌবা য়ুমজাও ওইনা শাবনী। মহাক Pro-government ওই হায়না অন্দরগ্রাউণ্ডগী মীশিংনা ঙাংনৈ হায়বা তায়। হৌখিবা তাং ৩/৯/৬৫ ইংদা মহাক্কী খুন্দগী পুলিসগী মীওই মঙা অন্দরগ্রাউন্দগী মীশিংনা ফারগা পুখি। নুমীৎ তারকপা মতমদা পুখিবনী। তোলোইগী Naga Camp তানা পুখিবনী হায়না থাজনখি। থৌদোক অদুগী মতুং খুদক্তা খুন তিন্নদুনা পুলিসশিং অদু নাগাগী মখুত্তগী কনসি হায়না লেপ্পখি। খুনগী মীশিংনা মৈনম চুখত্তুনা মাগী মাগী য়ুমদগী থোক্লুরক্লগা নুংহার চীংগী মায়গৈ পুন্নমক্তা তান্নখি। প্রজা ময়াম হৌরকপা অদু উবদা নাগা লালহৌবশিং অদু পুলিস থাদোক্লমলগা চেন্নখি। অসুম্না মথৌ তৌবা লাকপা পুলিসশিং অদু কনখি। নোংঙাল্লাগ পাও পীদুনা SDO অমসুং SDPO/Ukhrul লাক্কুনা পুলিসশিং অদু পীখি।

থৌদোক অদুগী মোলোমদগী নাগা লালহৌবশিংনা নুংহারগী প্রজাশিংদা পারা অমা তন্থীনীংখি। মখোয়না য়ারশেংবু থৌদোক অদুগী লুচিংবনি হায়না খনখি। অদুনা মহাক ফাননবগীদমক নাগা লালহৌবা কাঙবু অমা তোলোইগী কেম্পতগী তাং ১০/৯/৬৫ ইংগী নুমিদাংদা নুংহারদা লাকখি। মাগী য়ুমদী খুনগী মচীন্দা লৈবনীনা নাগা লালহৌবশিংনা লাকপদু অথাপ্পদগী শামিন ফংখি। মরমদী হুই খোংবা মীখোল তাবা অদুদগী খঙবনী। ইমুংগী ফুঙ্গাদা মাগী নুপীগা ফমদুনা লৈরম্বদগী তৌফম খঙদদুনা মহাক মাগী য়ুমথক তানা কাখৎলগা লোৎখি। নাগা লালহৌবশিং অুদনা মাগী য়ুম কোয়শিনখি অমসুং মাগী নুপীদা য়ারসেং কদাইদা লৈবগে হায়না হংখি। মাগী নুপীনা খঙদে হায়না খুম্বদগী ময়াম চঙদুনা কোয়থি থিখি। তোর্স লাইট কাপখৎতুনা য়েংবদা নাগা লালহৌবা অমনা মহাক য়ুমথক্তা লৈরে হায়বসি উখ্রে। মহাক্না তাকপদগী ময়াম অদু মঙোন্দা লোইনা ওনশিল্লক্তুনা থুনমক কুমথরকউ নত্রবদী কাপ্পুনা হাৎকনি হায়না কিহনখি। মহাক কুমথরক্লগে হায়না য়াখি। খাজিন্দ্রিবা য়ুমগী শন্দংখা অহোবদা কুমলক্লগা ফুঙ্গা মনাক্তা চোংথরকখি। হেক চোংথবগা নুপা অনীনা মাবু ফাখি। য়ারশেংনা নুপা অনী অদুগী মখুৎ কন্থৎলগা মপান্দা চেনথোকখি অমসুং অঙন্বা চীংচেপ্তা চেন্থখি। মতম অদনা নাগা লালহৌবশিং অদুনা নোংমৈনা তমদুনা য়ারশেংগী মতুংদা অমম্বা অদুদা তান্নখি। য়ারশেংগী নুপী অদু মশা য়াম্না ফৈ। মহাক্না তান্নরিবা নাগা লালহৌবা অদু ফারগা ঐগী নুপাগী মরাল করিনো হায়ণা কপ লাওখি। মানা ফারিঙৈ মতমদা য়ারশেংদী চীংচেপ লোমদা উমংদা চেন্থদুনা নাম্থোকখ্রে। নীওবা কায়রবা লালহৌবশিং অদুনা য়ারশেংগী নুপীগী মখুৎ নাম-নাম ফাদুনা থমলে। অমনা নুপীগী মবুক্তা নোংমৈনা কাপশিল্লে। মতৌ অসুম্না মাগী নুপীবু হাৎখিবনী হায়না ঐঙোন্দা লীরে। য়ারশেং অমসুং খুঞ্জাশিং অদুনা অশিবা অদু উখুলদা P.M. গীদমক পুগে হায়বা য়াদ্রে। ফীভম অদুদা কুইথনা লৈনীংদ্রদুনা নুমিদাংৱাইদা উখুললোমদা হল্লক্লে। নুমিদাংগী পুং ৮ লোম তাবদা উখুল P.S. য়ৌরে। থৌদোকশিং অদু শমলপ্না ইরগা সাইফরদা Crash message অমা এস পিদা থাখ্রে। নুমীৎ অদুগী নোংঙাল্লমদাইদা 2nd Bn. M.R. গী Coy অমা উখুলদা থারক্লে। মতৌ অসুম্না Cease fire মনুংদা খুৎলাই পুদুনা চৎপসি ঐহাক্কী মতমদা সেপ্তেম্বর তাং ১২ নোংমাইজীং নুমীত্তগী হৌখি। M.R. Platoon অমা পুদুনা তাং ১২/৯/৬৫ ইংদা নুংথিলদা জীপ ৫ দা নুংহার তান্না চৎখি। নুংহার য়ৌবদা খুনগী খুল্লাকপনা ঐবু তরম্না ওক্কুনা হায়খি। সাহেব অসুম্না লাক্লবদী প্রজাশিংনা গোর্ভনমেন্টতা থাজরেদনা। অহিংচুপ্পা খুনগী মীওইশিং অদু জবান লৌবদা চিংনবা মীওই অহুমখক ফংলে। নোংঙাল্লগা অশিবা হকচাং অমসুং চিংনবা মীওই অহুম অদুগা লোয়ননা উখুলদা হল্লকলে।

তাং ১৮/৯/৬৫ ইংদা অফাবা মীওই অহুম অদু পুদুনা ইম্ফালদা লাকই। S.P. উন্নরগা মরম পুম্নমক রিপোর্ট তৌরে। ঐহাক ইম্ফালদা তাং ২১/৯/৬৫ ইং ফাওবা লৈথরে।

তাং ২২/৯/৬৫ ইংগী অয়ুক্তা ঐগী নুপী কৈন্যা, ইচানুপা অহন জীতেন অমসুং থা ৭ খক্তং মপুং ফাবিবী ইচানুপী সুজাতাগা লোয়ননা উখুলদা চৎলে। উখুল বস তোংদুনা চৎপনী। নুংথিলগী পুং ২ তাবদা উখুল থনা য়ৌরে।

**অহুমশুবা থৌদোক :-**

ঐনা উখ্রুলদা লৈরকপা থা অনী ফাওবা ফাদ্রি অদুবু উখ্রুলগী মরুওইবা মীওইশিং খরদী লুনা তিন্নবা হৌই। কংগ্রেস পার্টিগী লুচিংবা খুল অদুদসু মচীন চৎপা Z. Yamao কৌবা মীয়ায় হেঞ্জিল্লবা ভদ্রলোক অমা লৈরম্মী। ঐগী মরুপ কপংসাই অমসুং ররিংশুই অনীদী হান্ননা খঙনরে। মখোয়না ইনফ্লুয়েন্স তৌবদগী 'য়ারনাও'না ঐবু য়াম্না থাজরম্মী। উখ্রুলদা কনাগুম্বা মীওই অমদা ব্যবহার তৌনা কৌবা তারবদী মমিংগী মমাঙদা 'ওজা' হাপনৈ। ওজা য়ারনাও মীনা ইকাই খুম্নৈ। তাংখুল 'লোং' গী প্রেসিডেন্টসু ওইরম্মী। তাংখুল লোং হায়বদি তাংখুল পূম্নমক্কী অপূনবা সংস্থান্নী। হায়ীরবা সংস্থান অসিগী প্রেসিডেন্ট ওইবা হায়বসিমক মীনা ব্যবহার তৌনবা মরু ওইবা মীওইনী হায়বদু তাকই। মহাকপু খঙদবা তাংখুল লৈরমদে। চহী চহীগী ওইনা সংস্থান অসিগী মীফম ফমই। খুন খুন্দগী মরু ওইবা মীওইশিং তাংখুন লোংগী মেম্বর ওই। মেম্বরশিং অদুগা লোয়ননা পাখং-লৈশাবী কয়াসু মীফম অদু য়াওনৈ। তাংখুল লোংগী মেম্বরশিং অদুনা জাতিগী ওইবা মরুওইবা হীরম কয়ামুক্তা মিটিং তৌদুনা খন্নৈ। নুমীৎ কয়ানিমুক মীফম অদু চৈথে অমসুং তাংখুল পূম্নমক্কী ওইবা ৱারেপ কয়ামরুম তাই। ৱারেপশিং অদু জাতিগী ওইবা মরু ওইবা ঙাক্তনী। পাখং-লৈশাশিংনা মখল মখলগী কুম্মৈ তৌদুনা অথাপ অথাপ্পা খুঙ্গংদগী লাকপা মীওইশিংগা শকখঙ-মাযখঙনদুনা নুংঙাইনা লেল্লি। মরম অদুনা চহীগী ওইবা কনফরেন্স অদু তাংখুলশিংগীদী অচৌবা কুম্মৈ অমনী। কনফরেন্স অদুগীদমক ফগুগী পৈশা য়াম্না কাইথোক্তুনা মীওই লীশিং কয়াগী নুমীৎ কয়ানিমরুমগী চাননবা অমসুং লৈননবা শীল্লী। শোক ১৯৬৫ ইংগী কনফরেন্স অদু "কালহাং" হায়বা খুন অদুদা সেপ্তেম্বরগী লোইরকপা অমসুং ওক্টোবরগী হৌগৎলকপা মতমদা লেপখি। অন্দরগাউণ্ড নাগাগী ইবাং কনবা অমদী ওজা য়ারনাওগী প্রো:গোর্বনমেন্ট ওইবা মওং অদুদা নাগাশিংনা মহাকপু তারগেৎ ওই হায়বসি ওজা য়ারনাও মশামক খঙখি। অদুনা নোংম মহাক লাক্তুনা ঐগী অফিসতা ৱা তান্নবা লাকখি। অরোইবা ওইনা মহাক্না ঐঙোন্দগী পামখিবা advice তি কনফরেন্স অদু য়াওবনা নত্রগা য়াওদবনা ফত্রা হায়বদুনী। ঐসু উখ্রুলদদী নৌরিবা অমদী লমদম অদুগী ইরাং মুন্না খঙদ্রি। অদুনা ঐনা ইচম চম্না ওজা য়ারনাউদা চিংনববদী চত্তবনা ফৈ হায়খি। অদুবু ওজা য়ারনাউদদী চত্তবা হায়বদু য়াম্না মুন্না খনখি। সংস্থান অদুগী প্রেসিদেন্ট ওইনা মহাক্না মিটিং অদু address তৌগদবনী। মহাক্কী ৱানা ৱারেপ খুদিংমক্কী মরু ওইবা ওইগদবনী। মহাক্না কনফরেন্স অদু য়াওদবা তারবদী মীনা মহাক্কী মায়োক্তা ঙাংনখিগদবা ময়াম অদো মহাক্না খঙলম্মী। 'নারে' হায়দুনা চত্তবা তারবদু মতোমত মীনমজবা অদু মহাক্না পামখিদে। অদুনা মহাক কনফরেন্স অদু য়াওরগে হায়না লেপখ্রে। মতম চানা চত্তুনা "কালহাং" দা য়ৌখ্রে। হুমনি চনবা নুমীৎকী মিটিংদা ৱা ঙাংলূরগা নুমিদাংদা মহাক হল্লক্লগা নৌনা শাবা য়ুম অমগী কা অমদা মফি হোংদোক্লিঙৈদা তাং ৩/১০/৬৫ ইংগী নুমিদাংদা হাংদোক্তুনা থম্বা মীহুৎথোংদগী নোংমৈনা কাপ্পুনা ওজা য়ারনাও হাৎখি। তাংখুল লোংগী কনফরেন্স অদু লোইশিন্দনা কায়খি। তাং ৪/১০/৬৫ ইংদা ঐহাক থৌদোক অদুগী কেশ ইনভেষ্টিগেসন তৌননবা কালহাং তানা চৎখি। ওজা য়ারনাও হাৎপা অদু

গোর্ভনমেন্টনা য়াম্না লূনা লৌখি। খুদক্তা হুকুম তৌদুনা কালহাংগী খুঞ্জাশিংগী মথক্তা "প্যুনিতিপ" ফাইনগী ওর্ডর থোকখি। ফাইন থীদবা মীওই খুদীংমক্কী অরৈবা movable property seize তৌগদবনী হায়খি। অচৌবা পুলিস অমসুং M.R. গী ফোর্সকা লোয়ননা চত্তুনা য়ুম খুদীংদা অরৈবা মাল চাং ফাগৎখি। কালহাংদা তাং ৬/১০/৬৫ ইং ফাওবা লৈদুনা লেপ্তুনা চুবা নোং মরক্তুদা ওক, ইরোই, কোল-লিক অসিনচিংবা মাল-চাং কয়া মরুম ফাদুনা উখ্রুল তান্না তাং ৬/১০/৬৫ ইং য়ুমশকৈশ নুমীৎকী নুমিদাং পুং ১১ দা যৌরকখি। পোৎ-চৈ মখল কয়াগী মথক্তা কালহাংদগী ইরোই ২১ খক ফাখি। ইরোইশিং অদু লৈবীনবা উখ্রুলদা কনাসু চোংথোরক্তবদগী ইম্ফালদা পুবা তাখি। তাং ৩১/২০/৬৫ ইং নোংমইজীং নুমীৎকী নুংথিল পুং ২ তাবদা ইরোইশিং অদু ত্রক্তা হাপ্লগা ইম্ফাল তানা পুরকখি অমসুং তাং ২/১১/ ৬৫ ইংদা লম্ফেলদা নীলাম তৌদুনা য়োনখি। অপুনবা লূপা ২২৬৫ শীৎখি। তাং ৫/১১/৬৫ ইংদা ইম্ফালদগী উখ্রুলদা হনখি।

**মরিশুবা থৌদোক :-**

তাং ২৭/১২/৬৫ ইংদা হেড কন্সটেবল তোন সিংহনা মঙোন্দা ফাননবগীদমক পানবা Warrantee অমা কুইনা লোৎখ্রগা নুমীৎ অদুদা ফুটবোল শান্নবা য়েংদুনা উখ্রুলগী স্কুল কম্পাউণ্ডদা লৈহৌবে হায়না ঐঙোন্দা রিপোর্ট তৌই। ঐনা মহাক্কা লোয়ননা সিফাই মঙাগা চৎলু হায়না থাখি। মতম অদু নুংথিলগী পুং অহুমলোম তাবদনী। খৃষ্টমাসকী কুম্মৈ ওইনা বোল শান্নবা অদুদা নুপা-নুপী, পাখং-লৈশাবী গ্রাউন্দ পিক থন্না লৈবা মতমনি। Warrantee অদু কৌথোক্লগা হেড কন্সষ্টেবল তোনমিংনা হেন্দ কপ চনগদবগী লাক্লরিঙৈদা মীয়াম হোৎচিল্লক্তুনা পুলিসতা এতেক তৌরে। ৱারেন্টি অদু মুনখ্রে ময়াম চংদুনা ফুবদা হেড কন্সটেবল অদু জ্ঞান তাদনা তুখ্রে কনষ্টেবল অমা নাম্থোক্তুনা চেল্লক্লগা পাও অদু ঐঙোন্দা তমলরে। থানাদা লৈবা অরৈবা ফোর্স পুরগা ঐহাক থোরকপদা হেড কন্সটেবল তোনশিং অদু মীয়াম চঙদুনা থাংদুনা পুরক্লে। মহাক থনম্লগা ঐহাক ঐগী ফোবসকা লোয়ননা ফুটবোল গ্রাউন্দদা চংশিল্লে। ময়াম অদু লেংদনা লৈহল্লে। শান্নবা অদু লেপহল্লে। চৎলূবা কন্সটেবল অনীদা মখোয়বু ফুবা মীশিং অদু মশক তাকউ হায়রে। মখোয়না তাকপা মীওই ১৮ ফারে অমসুং থানা তানা পুরক্লে। কেশ অমা রেজিষ্টার তৌরে। অফাবা মখোয় ১৮ মক লোকঅপতা থমলে। মতম অদু মমশিল্লক্লে। নুমীৎ তাবকপদা উখ্রুল খুনগী নীপা নুপী ময়াম চঙদুনা পুলিস ষ্টেসন ঘেরাও তৌখ্রে। ফাখিবা মীশিং থাদোক্কদবনী হায়না লাউবে। ঐনা থোক্তুনা লাউরে। আইনগী মতুংইন্না লৌখৎপা এক্সননি। কনাগুম্বনা আইন থুগায়দুনা পি এসতা নমদুনা চংশিল্লক্লবদী নোংমৈ কাপকনি। নুমিদাংগী পুং ১০ মুক তাবা মতমদা SDO/UKL দগী মীওই অমা লাক্তুনা SDPO লাকপিয়ু হায়না কৌরে। SDPO সি শ্রী খোগেন্দ্র সিংহনা ওইরম্মী। SDO না শ্রীবরথাকুর কৌবা আসামী মচা অমনা ওইরম্মী। SDPO না মহাক মশা-ঙমদ্রে অদুনা ঐবু চত্তুনা SDO উন্নরু হায়রে। মীণা কূক কূক ইন্ননা কোইশিন্দুনা লৈখ্রবা থনাদগী হেড কন্সটেবল অমগা কন্সটেবল মঙাগা খুৎলাই ইসু তৌদুনা পায়হল্লগা SDO গী রেসিদেন্ট ফাওবা ঐবু ইস্কোর্ট তৌহল্লী। SDO গী ময়ুম

যৌবদা খুনগী leader ৫/৬ লৈবন্মী। মখোযগী মবক্তা মণিপুব গোর্ভনমেন্টকী Under Secretary Finance Mr Romeo যাওবন্মী।

SDO না ঐবু মহাক্কী ডাইনিং রুমদা কৌশিল্লী। ইবানী অফাবা মীওইশিং অদু থাদোক্লবা ব্রাবী শানবিঙৈদা Mr Romeo Luikham কা অদুদা নমদুনা চঙলকই অমসুং ঐঙোন্দা attack তৌদুনা অকনবা ব্রাহৈনা কবিগী মী ফাবিবনো হাযনা হংই। ঐহাক্না তপ্না হায। Duty তৌজবা ঐগী ষ্টাফ অদু মযাম চঙদুনা ফুবিবে, অফাবা মীসু মুনদুনা পুখ্রে অদুগা HC অদুনা হৌজিক unconcious তা লৈবি। মবম অদুদগী কেশ অমা বেজিষ্টাব তৌবে অমসুং থৌদোক অদুদা শরুক য়াকবা সিফাইশিংণা থিন্দুনা তাকপদগী মীওইশিং অদু ফাবনী। মতম অদুদা SDO/UKL না involve তৌদবা মীশিংদী থাদোকখ্রো হাযখি। ঐনা Sir মদুদী ইন্টবোগেসন তৌবগা খঙগদবনী হৌজিক্তি কনা কনানা involve তৌদবগে হাযবদু খঙদ্রি হাযখি। Mr Romeo dinning table দা ঐগা মায়োক্লদুনা ফম্মী। মানা য়াম্না উশীত্তনা হাযবকই। নংগুম্না কবিসু লৈতবা S I অমনা SDO না থাদোকখ্রো হাযবগা যেৎলিবা কবিগীনো হাযবকই। মতম অদুদা ঐনা হায। "If you were not before a magte, you might have been in my custody by now"" বাসি তাববা Mr Luikham Romeo যাম্না furious ওইখ্রে। তেবল ব্রাংমদগী মখুৎ লামদুনা ঐগী ঙক্তা মেৎখি। ঐনসু লামদুনা মাগী মঙক পায। মতম অদুদা SDO/UKL না খামদোকই অমসুং হাযবকই। Mr Romeo নহাক কা অসিদা authority যাওদনা নমদুনা চঙলকপনী। ঐগা প্রাইভেৎ ব্রাবী শানবিঙৈদা নমদুনা চঙলক্লগা কবিগীদমক O/C দা attack তৌবিবনো? নহাক থোকখ্রো নত্রবদী ঐ মেজিষ্ট্রেযেল পব্রাব শীজিন্নবগনী। মতম অদুদা Mr Romeo না লাউখি। Mr Borthakur ! নং ঐবু ফাগে হাযবিব্রা? খুদক অদুদা Mr Romeo গা লাকমিন্নবা অহল অহুম চঙলক্লনা মাবু নমদুনা চীংথোকখ্রে। মহাক থোকখ্রবা মতুংদা SDO UKL না ঐঙোন্দা হাযবে। O/C, situation অদু যাম্না tough ওইবে অদুনা মীওইশিং অদুগী মবক্তগী খবদী থুনা থদোকখ্রে। ঐনা হায, Sir হৌজিকমক ঐহাক interrogation তৌবগা যাওদবা মীওইশিং অদু থাদোক্কে। SDO/UKL অমসুং ঐহাক ডাইনিং রুমদগী থোকমিন্নবক্লে অদুগা মহাক্না লাক্লিবা অহনশিং অদুদা হাযবে। O/C না থৌদোক অদুদা involve তৌদবা মী পুম্নমক থাদোক্কনি হাযবে অদুনা মযাম চৎপিবো ঐহাক থুনমক থোবক্লে। ঐগী escort শিং অদুগা লোযননা মীযাম মবক খাযদুনা P S তা হল্লকলে। মতম অদু নুমিদাং পুং ১১ বোম তাবমলগনী। ওজা কপং শাইগা তান্নবগা প্রো-গোর্ভনমেন্ট ওইাব মীওইশিং খন্দোক্লগা মখোয মাপল খক P R দা থাদোক্লে। খুলগী মীওইশিংনা থাদোকহন্নীংলিবা মীওইশিং অদুদী লোকপ্তা থমলে। অসুম্না থাদোক্লবা মতুংদা মোব অদু কাযদুনা মযুম মযুমদা হন্নখ্রে। নোংঙাল্লগা ফাজিন্দুনা থম্না মীওইশিং অদু ফেস কোবব তৌদুনা SDO/UKL গী Court তা পুথোক্লে। I I parade দবকাব লৈ অদুনা মখোযবু bail দা থাদোকপিগনু হাযনা report তৌবে। অদুবু SDO না মখোয পুম্নমক bail দা থাদোকখি। থৌদোক অদুগী মবীদা মতম অদুগী IGP Mr Chhabra না enquiry অমা চথাখি। SDO/UKL গী জবান, SDPO অমসুং ঐহাক্কী জবান লৌখি। ঐগী ইথক্তা অকনবা allegation খুনগী

মীনা তৌরকখি, Mr. Romeo Luikham involve তৌবনিনা অচৌবা ৱাথোক ওইখি। অদুবু SDO/UKL না ফৈগাক ফৈনা Mr. Romeo গী কা হেনবা মওং অদু পুথোকখি। ঐনা তাবদা Mr. Romeo Luikham থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা ডিপুতেসন লৈরম্বা অদু তেনশিনখি।

**৫ শুবা থৌদোক :-**

তাং ২৩/২/৬৬ ইংদা 1st Bn. CRPF কী হোল বটালিয়ণ অদু উখ্রুলদা পোষ্টিং পীদুনা জোইন তৌবা লাকখি। Underground নাগাগী ইরাং কনখৎলকপা অমসুং cease fire গী অর্থ লৈরক্তবা অদুনা মরম ওইদুনা ষ্টেট অমসুং Central govt. অনীগী ৱারেপ মতুংইন্না বটালিয়ন অদু উখ্রুলদা থম্নবা থারকপা ওইগনি নীঙই। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা advance পার্টি ওইনা lead তৌদুনা লাকপা অহানবা truck গাড়ী অদু তোল্লোইগা উখ্রুলগা খাইনবা লমখাইদগী শোয়দুনা তোল্লোইরোমদা থৌজিনখি। মতুংদা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা ত্রক অনীসু ইন্নদুনা চংশিনখি। মতুংদা লাকহৌবা কনভোইগী গাড়ীশিং অদুদী অচুম্বা লম্বীদা লাক্তুনা উখ্রুলগী ডাগবঙ্গলারোমদা থৌজিনখ্রে। মতম অদুদা তোল্লোই লমখাইদগীনা তোল্লোই খুন তাবা লম্বীদা নাগা হোষ্টাইলগী অচৌবা কেম্প অনী লৈ। তোল্লোইদসু নাগাগী কেম্প লৈ। Cease-fire গী খুদোংচাবা লৌরগা নাগাগী কেম্প পংহাংদা হাংদোকপা মতম্নী। 1st Bn. CRPF কী গাড়ী অহুম অদুনা ঙাইমু খুন অমসুং Pousaitrung চীংগী মরক য়ৌবা মতমদা অন্দগ্রাউণ্ড নাগাশিংনা মাইগৈ অনীদগী নোংমৈ কাপশিল্লকখি। সি আর পি এফ গী মীওইশিং অদু গাড়ী হুন্দোক্লম্লগা অমম্বদা জঙ্গলদা মানা মানা থোকপা চেন্নখি। অদুমক্কা অশোক অপন্দী য়াওখিদে। ত্রক গাড়ী অহুম অদুদা চেং হৱাই, অলু অসিনচিংবা রেসনগী পোৎচৈ য়াওই। অতোপ্পা গাড়ী অমদনা এল এম জি খরা শীদোক্লগা পেক তৌদুনা পুরকপনী। মরু বোক্স খরসু য়াওরম্মী। সি আর পি এফশিংনা চেনখ্রবদা নাগা হোষ্টাইলশিং অদুনা খুৎলাই অমসুং অতৈ মরুওইবা পোৎ মখৈ লোইনা লৌখ্রে অদুগা গাড়ীশিং অদুনা মৈ থাদোকলে। থৌদোক অদুগী পাওদুনা ইম্ফালদা Hd. Quarter দা পীখ্রে। তাং ২৫/২/৬৬ ইংদা S.P. Rajagopalan অমসুং 7th Sikh Ally গী লান্মীশিং উখ্রুলদা লাকলে। অহিংচুপ্পা পৌশাইক্রু অমসুং ঙাইমুদা লৈবা হোষ্টাইলগী কেম্প অনীমক simultaneous attack তৌবা হায়না লেপ্লে। ঙাইমু কেম্পনা 2nd M.R. না অদুগা পৌশাইক্রং চীংদা লৈবা কেম্পনা 7th Sikh Ally গী লান্মীনা attack তৌগদবনী। মিসন অদুগীদমক্তা S.P. Rajagopalan না ঐহাক লোয়নগনি হায়রে। গাইড ওইননবা মী অনী থিয়ু হায়দুনা ঐনা ওজা কপংসাইগা, ওজা ররিংসুইগা অনী পুলিস কনষ্টেবলগী ফিজেৎ শেৎহন্দুনা রাইফল অমমমগা মরু ৫০/৫০ গা ইশু তৌরে। এটেক্ট অদুগীদমক তাং ২৬/২/৬৬ ইংগী নুংথিল পুং ৪ তাবদা গাড়ীজ্রা তোল্লোই তানা থৌজিল্লে। পৌশাইত্রং অমসুং ঙাইমু য়ৌগদবা ফন য়াম্না ৱাংলিঙৈদা জঙ্গলদা ময়াম অদু লোক্তা লৈরে। ঐহাক্তী S P. গা লোয়ননা শিখ এলাইজকী কম্পনীগা পৌসাইক্রং কেম্প এতেক্ত য়াওবা তারে। ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুনা বেজ কেম্প ওইরে। নোংঙাল্লমদাইদা বেজ কেম্পতগী থ্রী ইঞ্চ মোটরনা কোভরিং ফয়ার তৌরগা ঐখোয়না কেম্পরোমদা charge তৌগদবনী। নুমীৎ তাবগা জঙ্গল ফাওদুনা

চৎলগা কেম্প লৈবা চীংখোঙ অদুদা ঐখোয় পোজিসন লৌদুনা লৈগদবনী। অয়ুক্কী পুং ৫ রোম তারকপা নোংঙানফুং তৌরকপদা থ্রী ইঞ্চ মোতোর কেম্প লোমদা তমদুনা কাপসক্কনি। খুকাপ মশীং ৫ হেক শুবগা চীং অদুদা ঐখোয়না চেনখত্তুনা নাগা হোষ্টাইলগী মথক্তা এটেক্ট তৌগদবনী। মসিনী প্লান অদু। প্লানগী মতুংইন্না ঐখোয়গী গাইড অনী হায়বদী ওজা কপংসাই অমসুং ওজা ররিংশুই অনীবু লমজিংহন্দুনা শুক্লা মমলবা অহিং অদুদা শোঙলবা জঙ্গল ফাওদুনা চৎলম্মী। য়াম্না কোইনা চৎপনীনা অদুগা অমম্বা অহিং ওইবনীনা পৌশাইক্রং চীঙ অদু সুকয়ৌ য়ৌরমদে অহীং নোংখাই মতুং পুং অমরোম তাবদা হায়রিবা চীঙ অদুগী চীঙখোঙ য়ৌরে। ময়াম অদু চেক মুক লাউদনা পোজিসন লৌদুনা লৈনরে। য়াম্না খুদোংথীবা মওংদনী। মরমদী নাগা হোষ্টাইন্না খঙখ্রবদী হেণ্ড গ্রেনেড অমতং মথক্তগী থাদরকপদা ময়াম অদু লোইশিনবা য়াবা ফিভমনি। অদুনা আর্মি কম্পনি অমগী মীওইশিংদু চেক মুক লাউদনা লৈনৈ। S.P Rajagopalan দী তরেৎশুবা সিখ এলাইজগী Commanding Officer গা লৈমিন্নৈ। থাপতক্লা ঐ অমসুং guide অনী অদু ফমলি। ফেব্রুয়ারী থানী। উখুলগী থোইদোক হেন্দোক্লা ইংবা মতমনি। ঐহাক ইউনিফোর্ম শেৎলগা মথক্তা ওভরকোর্ট লীৎলি। S.P. না মাগী ক্লা অমসুং জরদা য়াওবা খাও মচা অমা ঐগী ফুরীৎ খাওদা হাপহল্লী। মমখ্রবা অহিং অদুদা SP না পানা য়াওবদু শেম্বা ঙমগদ্রা হংই। ঐনা পানা মনা অমু লৌথোক্লে। ক্লাসু হাপলে। জরদাসু মাদুনা থিরগা হাপ্পী অদুবু শুনুদী ফংদদুনা কোয়মা মারম্মী। খাও মনুংদা SP গী কোই কোক্লবা ব্লেড, হেন্দল, সাবোন অসিনচিংবা মরক অদুদা পায় পায়দুনা মাবদা ঐগী খুদোম্বীদা ব্লেদনা লেনখিরম্মী। মমৈদা চোৎ চোৎ লাওবা অমা শুনুনী খন্দুনা পানা মনাদা তৈরগা SP দা পীখি। নুমিদাং থেংথরকপা নোংঙাল্লমদাইদা বেজ কেম্পতগী থ্রী ইঞ্চ মোটর কাপ্পা হৌরক্লে। চীকখ্রবা চীংলক অদুদা থেংখ্রবা অহিং অদুদা অথাপ্পদগী দ্রং লাউনা কাপ্পগা মরু চংপগী মখোল খ্রাক খ্রাক লাউনা লাক্লগা তাফমদা অমুক অচৌবা মখোলগা লোইননা পোখাইরম্মী। মথং মথং কাপলক্তুনা হায়নখিবা মশীং অদু য়ৌবগা ময়াম অদু চীংগী অকোয়বদা charge হায়না লাউদুনা চেনশিল্লী। ঙমখ্রবা চীং অদু কাখৎলী। ওভরকোর্ট অদুনা লুম্বনে, চীংনগা ঙম্বনে মথক্তগী নোংমৈনা কপথরকপদা মরুনা নাহুমদা হুইট, হুইচ হায়না চৎখি। পাঙ্গন থোকখিদ্রবা পায়ফম উ-ব্রা,.নাপী-শিংবীসু হৌদবা মফম অদুদা S.P. না ঐবু কৌরগা মাগী revolver অদুসু পায়য়ু হায়রকখি। ঐহাক খুৎ অনীমক্তা revolver অমমম পায়দুনা চীঙদা চেনখৎপা মওং অদু কয়া থীরমগদগে খল্লুবদা নোকনীংবা পোকই। ইংখ্রবা অয়ুক অদুদা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলী। নোংঙাল্লমদাইগী covering fire অদুদগী কেম্পতা লৈরম্বা নাগা হোষ্টাইলগী মীওইশিং অদু অয়াম্বনা নাম্থোকুতনা চেনখ্রমাল্লে খল্লী। মরমদী চীংথক য়ৌবদা মীওই অহুমখক্তা শিনা ফংখি। কেম্প অদু আর্মিনা মৈ থাদোকলে। কেম্প অদুগী অকোয়বদা communication line ইকোয় কোয়না তৌরম্মী। মী য়াম্না লৈবা চনগদবা কেম্পনি। চার্জ তৌদুনা চীংখাদগী কেম্প তানা চেনখৎপা মতমদা মথক্তগী নোংমৈ কাপথরকখি। অদুবু কেম্প য়ৌবদদি নোংমৈনচিংবা অমত্তা ফংখিদে। চীংদদী শরিৎশরা হৈবা নাগাগী লালহৌবা ঙাক্তনি জহা উপাইনা নানথোকখিবা ওইবা তাই। য়াশিবা নাগা লালহৌবা

অহুম অদু চীংখাদা পুথদুনা থমলে। ঙাইমু কেম্পতদী মী শমত্তা ফাবা ফংখিদে। M.R. পার্টি য়ৌশিন্দ্রিঙৈদা লোইনা চেনখিরম্মী হায়। নুমীৎ অদুদা আর্মী কমান্দর অমসুং IGP হেলিকোপ্টর তোংদুনা উখ্রুলদা লাকখি অমসুং উখ্রুলদগী পৌশাইক্রেং তানা গাড়ীনা লাক্কুনা থৌদোক থোকফম অদু য়েংলখি। থৌদোকশিং অদুগী মতাংদা ঐনা কেশ অমা register তৌরগা accd ফানবা হোৎনবদা লাম্মীগী মতেং লৌবরোমদা তাহনখি। থৌদোক অদুগী মতুংদা ঐহাক উখ্রুলদা অয়ুক্কী পুং ১০.তাবদা হল্লকখি। নোংঙাল্লগা তাং ২৮/২/৬৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৭ রোম তারকপদা নাগা অন্দগ্রাউণ্ডশিংনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা উখ্রুল থনা এতেক তৌরকখি। অদুবু পুং ৮ ফাওবা কাপ্পল্লবা মতুংদা মখা তারক্রে। পুলিসশিং য়াম্না এলার্ট ওইনা লৈরি হায়বা মখোয় খঙখি। Security force না লৌখৎলকপা একসন অদু কিবদগী উখ্রুলগী হেক থংননা লৈবা হুন্দুংদা লৈরম্বা নাগা লালহৌবশিংগী কেম্প অদু থাদোক্কুনা মখোয় চৎখ্রে। মফম অদু সি আর পি এফ না occupy তৌরে। উখ্রুলদা কনখৎলক্লিবা ইরাং অদুদা ঐগী family থম্বা অদু খুদোংচাররোই খন্দুনা ঐগী নুপী কৈন্যা অমসুং অঙাং অনী পুদুনা তাং ৫/৩/৬৬ ইংদা ইম্ফোৎ পার্টিগা লোয়ননা থোরক্লে অমসুং নুমিদাং পুং ১১ তাবদা য়ুমদা য়ৌরক্লে।

**৬ শুবা থৌদোক :-**

উখ্রুল পুলিস ষ্টেসন অসিগী এরিয়া অসি য়াম্না পাক চাওরম্মী। মতম অদুদা ডিষ্ট্রিক খায়দোকলমদ্রি। উখ্রুল পুলিস অসিগী মখাদা আউত পোষ্ট খরখক্তং লৈরম্মি। হৌজিক লৈরিবা কসোম খুলেন পুলিস ষ্টেসন অসি মতম অদুদদী আউত পোষ্ট ফাওবা লৈরমদে। কসোম খুল্লেন্দগী মখারোমদা চৎলগা খুন্থক কৌবা খুল অমা লৈ। হায়রিবা খুল অদুদা হেলিপিট অমা শেমলগা চিফ কম্মিশনর হেলিকোপ্টরদা চৎকনি অদুনা ঐহাক কসোম খুলেন্দা চৎকদবনী অমসুং খুন্থক্তা শেমগদৌরিবা হেলিপেট অদু য়েংশিনগদবনী হায়না S.P. না শিন্নরে। কসোম খুলেন চৎপা তারবদী ইম্ফালদগী য়াইরিপোক অমসুং চন্দ্রখোং খুঙ্গং তারগা খোঙনা কাগদবনী। অদুনা ঐহাক ইম্ফালদা তাং ১৭/৩/৬৬ ইংদা লাক্লে অদুগা তাং ১৮/৩/৬৬ ইংগী নুংথিলদা M.R. গী platoon অমা পুদুনা নুমিদাংৰাইদা চন্দ্রখোং য়ৌরে। চন্দ্রখোংদা অহিং লেল্লগা তাং ১৯/৩/৬৬ ইংগী অয়ুক পুং ৮ দা কসোম খুলেনগীদমক্তা খোঙশাল্লে। নুংথিল পুং ৩ রোম তাবদা কসোম খুলেল য়ৌরে। কসোম খুল্লেন্দা খুল্লাকপগী য়ুমদা লেকলে। নোংঙাল্লগা তাং ২০/৩/৬৬ ইংদা অয়ুক পূং ১০ রোম তাদবা খুন্থক খুনগীদমক খোঙশাল্লে। তারোং খুন ফাওদুনা চৎলগা অয়ুক পূং ১১ তাবদা খুন্থক য়ৌরে। হেলিপেৎ অদু হান্ননা লৈরম্লবা লম্পাক্লী। অকোইবদু খুনগী মীনা শেংদোকলম্লে। হেলিকোপ্তর তাবা য়াবগী ফীভমদা লৈরে। খুন্থক্তগী নুমিদাংৰাই কশোম খুল্লেন্দা হল্লক্লে। পুং ৪ তাবদা S.P. দা ৰায়ার লেস থাখ্রে। S.P. দগী মখা instruction ফংদদুনা কসোশ খুল্লেন্দা অদুম লৈথবা তাখি। কসোম খুল্লেন্দা VVF Camp অমা লৈ। মখোয়গা তান্নদুনা করিগুম্বা VIP লাক্লবদী করি করি সেক্যুরিটি মেজব লৌগদগে হায়বদু তান্নদুনা লৈরে। তাং ২২/৩/৬৬ ইংদা S.P. দগী মেসেজ অমা লাক্লে।

ঐহাক কসোম খুল্লেন্দা নুমীৎ ২ নি লৈথখো হায়রকলে। মতৌ অসুম্না ঐহাক কসোম খুল্লেন্দা তাং ২৮/৩/৬৬ ইং ফাওবা লৈথরম্মী। C.C. লাকপগী প্রোগ্রাম ককথৎখিবদগী ঐহাক M.R. গী escort কা লোয়ননা তাং ২৮/৩/৬৬ ইংদা কসোম খুলেন থাদোক্লে। পুলিসকী থবক হায়বসি তঙ তানা ইঙনা লৈবা ঙমদে। হায়রক হায়রকপা হুকুম অদু খুদক খুদক্তা পাংথোকপা তাই। কসোম খুলেন মাইল ২২ রোম থাপ্লা অঙম্বা চীঙদা ব্রহ্মা Border নক্না লৈবা লমনি। গাড়ী ফাওবা নত্তে। অন্দরগ্রাউণ্ডগী ইরাং কনবা জগানী। মমাংগী চহীদা খুম্থক হায়রিবা খুল অদু পুংতুম তুম্না মৈ থাখি। শাংনা খোঙনা অঙম্বা চীঙদা চৎপদু হোষ্টাইলগী ইরাং লৈবনিনা সেক্যুরিটিগী প্রোব্লেম লৈ। অদুনা মতম পুম্নমক্তা তেনসন লৈ। শেৎন-চানবা মতীক চানা পুবা নত্তে। অদুবু তাং ১৮দগী তাং ২৮ ফাওবা লৈথবা তাখি। লৈফম চাফমগা খুদোং চাদবনে, শেৎন-চানবা লৈতবনে, সেক্যুরিটিগী তেনসন লৈবনে নুমীৎ তরানিরোম লেনবদু ওন্থোকপা অৱাবা ওইখি। অদুবু কসোম খুলেন অমসুং অকোয়বগী খুনশিং অদু চত্তুনা উখ্রুল P.S. কী area মনুং ওইবা অথাপ্পা মফমশিংগী লমিং তুমিং অমসুং প্রজাগী কনডিসনগী মওং খরদী খঙলকখি। নুমীৎ অদুগী হায়বদী তাং ২/৪/৬৬ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা ইম্ফাল য়ৌরকখি।

**৭ শুবা থৌদোক :-**

শোক ৬৬কী ফেব্রুয়ারী থাদগী First Battalion CRPF কী হেড ক্বাতর উখ্রুলদা ওইরম্মী। পুরা বটালিয়ন strength উখ্রুলদা লৈরম্মী। বটালিয়ন কম্মান্দেন্তনা Ex-Army officer Mr. UMrao Singh কৌই। Dy. C O. না মেহেরসিংহ কৌবা মদ্রাজি অমনি। অনীমক্না ঐবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। প্লেতুন কমান্দর Cap. তিপনিস কৌবা নহা অমসু ঐগা খঙনরম্মী। মতম অদুদা Underground Naga Hostile কেম্পশিং উখ্রুল সহরগী অকোয়বদা লৈরম্মী। ঙাইমু, পৌসাইত্রং অমসুং হুন্দুংদা লৈরম্বা হোষ্টাইলশিংগী কেম্প কায়খ্রবা মতুংদা নাগা লালহৌবগী খ্বাইদগী চাওবা কেম্পতী হার্বাখঙাই কৌবা চীংথক্তনী। মখাদা থাংখুই খুঞ্জাও অমসুং থাংখুই খুনৌদসু নাগা হোষ্টাইলনা ডোমিনেট তৌদুনা লৈরম্মী। গোর্ভনমেন্টনা হার্বাখঙাই কেম্প থুগাইনবা খন্নরম্মী। Cease-fire agreement কায়হন্দনবা স্পেসিফীক ওইবা পুলিস কেশদা চেন্নবা accuse শিং কেম্পতা লোৎতুনা লৈরে। মখোয় ফাননবা civil police কী মত্তেং পাংদুনা সেক্যুরিটি ফোর্সনা কেম্প তানা চঙশিনবনী হায়না plea লৌরগা O/C UKL PS কী investigation দা মত্তেং পাংবা ওইনা উৎলী। হায়রিবা কেম্প অদুদা চংশিনবসি আর্মিদী য়াওহন্দ্রে। নাগাগা ইণ্ডিয়া গর্ভনমেন্টকা তৌনখিবা Cease fire গী agreement কী ৱারোলশিং অদুবু কায়হন্দবা অদুগা অঙকপা ফংনা হেনগৎলক্লিবা নাগা অন্দরগ্রাউনগী শক্তি অদুসু নমথবা হায়বসিনা গর্ভনমেন্টকী পান্দম ওইখি। অৱাংবা থাক্তা খন্নরগা হারবখঙাই অমসুং পুশিং কেম্প মথং মথং ওইনা এতেক তৌননবা ৱারেপ লৌখি। মতৌ করম্না এতেক তৌগদগে হায়বদু হেড ক্বাতরদগী S.P. না guide line শিং অদু সাইফর তৌদুনা শাংলবা সিগনেল অহুমখক ঐঙোন্দা থারকখি। সাইফর সিগ্নেলগী ডি-কোৎ তৌবা মওং অদু C.O. 1 CRPF না খঙদবনা ঐনা ডিকোৎ তৌরগা CO 1 CRPF তা থাখি। মথংদা অনীশুবা মেশেজ ফংখি। মদুসু ডিকোৎ তৌরগা

থাখ্রে অমসুং অহুমশুবা অদুসু মতৌ অসুম্না থাখ্রে। Mr. Umrao সিংনা এতেক তৌগদবা অদু তাং ২৬/৯/৬৬ ইং ইরাই নুমীত্তা লেপ্লে। তৌগদৌরিবা মওংদী তাং ২১/৯/৬৬ ইংদা সনসকতা ফোর্স কনশেনত্রেসন তৌবা। তাং ২২/৯/৬৬ ইংদা অথেংবদা হারব খঙাইগীদমক্তা M.R. গী কম্পনি অমা শ্রী ডব্লিউ. দামুদোর সিংহ A.C. না lead তৌদুনা চংশিনবা। তাং ২৩/৯/৬৬ ইংগী নোংঙাল্লকপদা হারবাখঙাই কেম্প এতেকট তৌরগা লৌশিনবা অদুগা occupy তৌরবা কেম্প অদুদা M.R. post অমা হাংদোকপা। হাবরখঙাই এতেক তৌবা হেক লোইবগা চীংখাদা ঙাইদুনা লৈগদবা CRPF কী কম্পনী অমা কেপতেন টিপ্নিশনা লুচিংলগা 'পুসিং' তান্না চঙশিল্লগা হোষ্টাইল কেম্প এতেক তৌবা অমসুং খুন পুম্নমক অদু cordon তৌরগা search operation চথবা। মসিনী তৌগদবা mission অদুগী অকুপ্পা থৌরম। থৌদোক অনীমক civil police কী মতেং পাংবা চৎপনিনা O/C Ukhrul P.S. না A.C. Damudar অমসুং Cap. Tipnish অনীমক্তা লোয়নগদবনী মসিনী ঐঙোন্দা পীখিবা হুকুম।

থৌরাং অদুগী মতুং ইন্না ঐ ইশামক ASI Madhumangol, HC N. Yaima অমসুং কন্সতেবল অহুম তাং ২১/৭/৬৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমীৎয়ুংবা মতমদা সনসক্কীদমক্তা উখ্রুল P.S. থাদোকলমই। পুং ৫ দা সনসক য়ৌরে। অমসুং অহিং অদু সনসক্তা লৈরে। নোংঙাল্লগা নুমিদাং পুং ১১ তাবদা সনসক থাদোক্লুনা হরবাখঙাইগীদমক্তা খোংশাল্লে। চৎলিবা ফোর্স অদু খরনা অৱায়বা civil jeep তা চৎলী, খরনা খোঙনা চৎলী। Mr. W. Damudar, A.C.না অতম্ননা ঐঙোন্দা খোঙনা চৎমিন্নসি হায়রে। খোঙনা চৎপদা পুং ৮/৯ চংবা মফম্নী। ঐদী অনিশুবা কেম্প হায়বদী Pushing খুন্দসু চৎকদৌরিবনী। গাড়ী ফাওবা লম্বী মখৈদী গাড়ীদা চৎনীঙবনী অদুবু Mr. Damudar সিংহনা শীঙনবা অমা য়াওনা খোঙনা চৎসি হায়বদগী ঐগী পোৎ-চৈ অদু পুদুনা অহিং চুপ্পা খোঙনা চৎলে। নোংঙাল্লকপদা হারবখঙাই চিংখোঙ য়ৌরে। চীংথক্তগী ফোর্স লাকপা উবদা কেম্পতা লৈরম্বা নাগাশিংনা নোংমৈ কাপথরক্লে। মিষ্টর ডামুদোর মরিল লৈবা নুপানী। ঐখোয় অনী থানদনা শাংলবা লম্বী চৎপদা চোকথবা অমদী অৱাবা অদু নোংমৈ কাপথরকপগী মখোল তাবদা ঐবু থাদোক্লল্লগা মমাংলোমদা চেনখৎখ্রে। মানা চার্জ হায়না লাউদুনা চীংথক্তা চেনখৎপা অদুদা সিফাইশিংগী মোরেল য়াম্না ৱাংখ্রে। ৱাংখ্রবা হরবাখঙাইগী চীংদোন্দু য়ৌনবা ঐখোয় পুম্নমক চেনখৎলে। অহিংচুপ্পা তুমদনা চৎপা অমদী অৱাংবা চীং অদু মখোঙদগীনা কেম্প য়ৌবা ফাওবা চেনখৎপা অদুনা ইশাগী ডম পুম্নমক লোইখ্রে। কেম্প য়ৌবদদী নাগা হোষ্টাইলশিং অদু লোইনা চেনখিরমলে। খুৎলাই নোংলাইদী লৈরমদ্রে। মখোয়গী চা-থকননবা পৈশিন্দুনা থম্বা চুজাক অশুবনা চেঙ ওইনা শীজিন্নবা, য়েনশাংনাপী, থুম-মোরোক তুম্নহিপ্লবা ফিরোল অসিনচিংবা নত্তনা অতৈ ফংদ্রে। চীংখোঙদগী কেম্প অদু য়ৌবদা পুংখায়মুক্কী অশাংবনী অদুনা লৈরম্বা নাগা লাম্মীশিং অদু কেম্পতগী মরুওইবা পোৎ চৈ পুখিনবা মতম ফংখি। কেম্প অদু ইকোয় কোয়না চত্তুনা চেক তৌরে। অয়ুক্কী পুঙ ৪ রোম তারে। মতম অদুদা Capt. তিপনিসনা চীংখোঙদগী Wireless setতা ঐবু কৌরক্লে। পুসিংচৎকদবদু ঐবু ঙাইদুনা লৈরবনী হায়রক্লে। মিষ্টব দামুদোর A.C. দা পাওদু পীরম্লগা ঐহাক অমসুং ঐগা লোয়নবা

A.S.I. Madhumangol, HC Yaima অমসুং Const. কালা য়াওনা মখোয় অহুম পুদুনা চীংখারোমদা কুমথরক্লে। চীংখোঙদা Capt. তিপনিস অমসুং মহাক্কী ফোর্সনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দা break -fast তৌরবরা হায়না হংই। ঐনা তৌদ্রি খুম্বদা মানা অকংবা তল-অমনে তিলহৌ তঙ্খায় অমনে পীরকই। লামনবদগী ঐহাক(লৌরে) ঐগা লোয়নরিবা মখোয় ৫ অদুসু কেপ্তেন তিপনিসনা হায়বদগী তল অকংবা অমমম CRPF কী সিফাই অমনা পীরে। মতৌ অসুম্না ঙাইহাক লেল্লগা তাং ২৩/৯/৬৬ ইংগী অয়ুক পুং ৯ রোম তাবদা পুশিংগীদমক্তা হারবাখঙাই থাদোক্লে। মতম অদু নোংসু তাই, ইশংনা চীংয়াগী লম্বী অদু য়াম্না নাল্লি। নাম্থুদুনা মী য়াম্না তুনৈ। ঐগী হনতিং-বুট অদু নাম্থুদুনা তুগে তুগে তৌবা ২/৩ লকনী। লেপ্তুনা চৎলকপনা নুংথিলগী পুঙ ২ রোম তাবদা ঐখোয় 'পুশিং' য়ৌরে। নাগা লালহৌবশিংনা লৈরম্মী হায়বা খুলগী স্কুলশং অদু পুমহাং হাংলম্লে। খুল অদু কোয়শিল্লগা য়ুম য়ুম চংদুনা Search তৌরে। অহিং তুমদনা চৎলকপনে, চাক লাম্বনে হকচাং অসি দোল মোল হায়রে। পুসিং খুনগী তাংখুল অঙাং মনপ-মতিন চোখ্রবা মোৎখ্রবা অমনা চুজাক্লা থোংবা চাক অদু কোঙৌগী প্লেট অমদা হাপ্লগা চরা ৱানবা উবা ফাওবদা হঙ্গোইবা লৈতনা চানীঙবা পোকখি। খুলগী খুল্লাকপনা ঐঙোন্দা হাওথাবী অমা পীখি। মদু ঐখোয় তরুক য়েন্নদুনা চাখি। মবুক অমসুং মনিংগী অখাবা শরুক ফাওবা হুন্দোকখিদে। নুমীৎয়ুংবা মতুং পুং ৫ রোম তাবদা পুশিং থাদোক্নুনা হারবখঙাইরোমদা হল্লকখি। মতম অদু নুমীৎ তাগদৌরে। নোংসু লেপ্তে। পানী কোৎনা কনবা ঙমদদুনা চোৎখ্রবা ইউনিফোর্ম অদুগা অঙম্বা চীং কাখৎ কুমথ তৌদুনা চৎপদা ঈশিং য়াম্না খৌরাংখি। লম্বীদা ফজরবা হৈগ্রু পাম্বী অমা তেকথবমখে ইনেম নেম্না পাল্লম্মী। অরাম্বনা খাঙবা ঙমদদুনা হৈগ্রু অদু মহৈ মহৈ হেক্লখি। অমম হুপচিন্দুনা চাবদা য়া কুম্বা খঙখিদে। ঙাইহাক্তংদী কনখৎলম্মী। অদুদগী অমুক হেঞ্জিন্না চোকথরকখি। ৱাবনা চৎপা ঙমদদুনা নাপী মথক্তা, লোংনা হীপ্তুনা তারকপা নোং অদু য়া কাথোক্নুনা য়াখি। অমুক হৌগৎ অমুক ফম তৌদুনা নানখ্রবা চীংগী লম্বীদা লাকখি। ময়াম অদু অমনা অমগী মতেং পাংবা ঙম্নখিদে লম্বী ময়ায়দা শাংনা হীপথদুনা নোংমৈ হুন্দোক্লগা লাও খোংদুনা অৱাবা খাঙবা মীওইসু য়াওখি। মফম অদুদা হুকুম, ডিসিপ্লিন্নচিংবগী ৱাখল চৎনখিদে। মানা মানা ঙম্বা চৎননবা হোৎনৈ। ঐসু ইচুম ওরো ওরো চেন্থরল্লিবা চীংদুদা ইশা পানিকোৎনা কুপশিল্লগা লেপ্না লেপ্না ঙাথরগা ঙাইহাক তুমথরুই। অসুম্না খরা খরা চৎপনা নুমিদাংগী পুং ১০ মুক তাবা অদুৱাইদা হারব খঙাই চিংখোঙ য়ৌখি। CRPF শিংদী চৎখ্রে। ঐখোয়দী পোথা পোথাদুনা পুমচোৎ চোৎনা চীংথক্কী কেম্প অদু য়ৌরে। হান্না লৈরম্বা M.R. গী মীওইশিংদুনা চুজাক্লা থোংবা চাক অদু প্লেট অমদা হাপ্লগা হৱাই থোংবা হৈজিল্লগা পীরকখি। পুক্লীংদদী চাক অদুগুম্বা শরুক ১০ মুক চাবা ঙমগনি খনখি। অদুবু হুকলুবদদী খৌরী নাবনা য়োৎপা ঙমখিদে। তপ্না তপ্না তংখায়মুক চারগা ঈশিং থকচিনবদা ইশা অসি খরা কনখৎলকখি। উরু ময়াম থাদুনা চাওনা মৈ হৌরম্মী। ঐগী পানীকোট অদু থারগা উকক অমদা মোন খাঙদুনা মৈনাক্তা হীপ্পদা ঐহাক তুমখুন হুন্না তুমথখ্রমাল্লে। ঐনা মীকপ থোকলকপদা কনখৎলম্লে। হৌগৎতুনা চিনয়া শেংলগা মথং মথং হংনবদা Mr. Damudar A.C. দী

চৎখ্রে। M.R. Platoon অমা সুবেদার অমনা লুচিংদুনা লৈরম্মী। ৱায়ারলেস স্তেসন অমসু হাংলমলে। ঐনা গাড়ী থাবিরক্লবা C.O. CRPF দা মেশেজ থাখ্রে। নুমিৎ অদু ঐখোয় গাড়ী ঙাইদুনা হারব খঙাই M.R. পোষ্টা লৈরে। অয়ুক্কী পুং ৯/১০ তাবা অদুৱাইদা গাড়ী লাক্লে হায়বা পাও ফংদুনা শোরোক ফাওবা খোঙনা চৎলগা সনসক তানা চৎলে। সনসকতগী পুং ২ রোম তাবদা উখ্রুললোমদা চৎলে অমসুং নুমিদাংৱাই পূং ৪ রোম তাবদা উখ্রুল P.S. য়ৌরে।

**৮ শুবা থৌদোক**

তাং ২৮/৯/৬৬ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা M.R. escort পার্টিগা লোয়ননা অফাবা accused অমা পুদুনা ইম্ফালদা লাকই। অফাবা নুপা অদু ইম্ফাল থানাদা থনম্লগা য়ুমদা নুমিদাং পুং ৯ রোম তাবদা য়ৌই। তাং ৩০/৯/৬৬ ইং দা MIC/Th গী কোর্টতা ইভিদেনসু পীগদবনি। অদুগীদমক্তা ইম্ফালদা থোরকপনি। S.P. না হায়বা মতুংইন্না ঐহোক ইম্ফালদা তাং ১৩/১০/৬৬ ইং ফাওবা লৈরে। তাং ১৪/১০/৬৬ ইংদা S.P. না জীপ অমা পীদুনা উখ্রুলদা চৎলী। নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা লম্বুই খুলদা থুংই। CRPF কী escort অদু লাক্তবদগী লম্বুইদা অহিং লেকই। লম্বুইদা 20th Bn. CRPF কী পোষ্ট অমা লৈ। পোষ্ট অদুদগী CRPF কী কনভোয় অমা হান্ননা পুং ৪ রোম তাবদা চৎখি। কনভোয় অদু হল্লক্তবদগী ঐহাক লম্বুইদা লেকপা তাখি। নোংঙাল্লগা তাং ১৫/১০/৬৬ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক্তা পাউ ফংলে মদুদী ঙরাং চৎখিবা CRPF গী কনভোয় অদু নুংশাংখোংদা নুমিদাংৱাই পুং ৪ রোম তাবদগী পুং ৭ তাবা ফাওবা মফম অহুমদা কোয়শিল্লগা নাগা হোষ্টাইলনা ambush তৌদুনা সিফাই ৬ শিরে। কয়া অমসু শোক্লে হায়না। অশিবা CRPF ৬ কী হকচাং 21st Bn. CRPF কী মীনা লম্বুইদা অয়ুক্তা পুরক্লে। মতম অদুদা উখ্রুলগী convoy লৈরমদে অদুনা ফীজম শেৎলগা চৎপদা ফিনস কোরনর য়ৌবা মতমদা চৎপা য়ারোই হায়না মফম অদুদা লৈরম্বা Security গী মীওইশিংনা থিংদুনা লম্বুইদা অমুক হল্লে অমসুং তাং ১৫/১০/৬৬ ইং অমসুং তাং ১৬/১০/৬৬ ইং নুমীৎ নিনি অদু উখ্রুল ফাওবা চৎনবগী escort ঙাইদুনা লেল্লে। তাং ১৭/১০/৬৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পূং ৮ তাবদা অশিবা হকচাংশিং অদু পুদুনা উখ্রুলদা এম্বুস তৌখিবা নুংশাংখোং তুরেলগী থোং লাল্লগা চৎলে। হৌনবী পুম্নমক পাংথোক্লগা অশিবা হকচাং তরুকমক উখ্রুল জঙ্গল অমদা CRPF না শীন্দুনা সংস্কার তৌরে।

**৯ শুবা থৌদোক:-**

তাং ২০/১২/৬৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা কেশ অমা রেজিষ্টার তৌরে। মরোলদী heinous ওফেন্স কয়ামরুমদা চেন্নবা খুৎলাই পায়বা নাগা হোষ্টাইল খরা 'হুইনীং' খুন্দা চংজফম লৌদুনা লৈরে অসিনি। মখোয়বু ফাননবগীদমক্তা আর্মিনা মতেং পীদুনা হুইনীংদা চংশিনগদবনি। মতৌ অসুন্না মেজর অমনা লুচিংবা আর্মিগী কম্পনি অমগা লোয়ননা তাং ২০/১২/৬৬ ইংগী অহিংদা হুইনীংগীদমক্তা উখ্রুল থাদোকখি। অহিং চুপ্পা চৎলবা মতুং হুইনীং য়ৌরমদাইগী চীং অমদা ফোর্স পুম্নমক পোজিসন লৌদুনা লৈরে। নোংঙানবদা অয়ুক পুং৭ তাবা অদুৱাইদা ঐখোয় বেজ কেম্প ওইরিবা চীং অদুদগী

হুইনীং তানা attack তৌরে। বেজ কেম্পতগী থ্রী ইঞ্চ মোরতর কাপ্পুনা ঐখোয়বু covering fire তৌরে। ঐখোয়না য়ৌবা মতমদা খুল অদু কোয়ীশল্লে। আর্মিগী ফোর্স অদু মপান্দদী O/C উখ্রুল পি এস কী ইনভেষ্টিগেসন্দা মতেং পাংবা চৎলিবনি হায়রবসু থবক খুদীংমক মখোয়গী কুশীদা চথৈ। হুইনীং হায়রিবা খুন অদুদা তাংখুল ঙাক্তনা খুন্দাবনী। পংচাও চাওবা খুন নত্তে। মীশিংসু য়ামদে। ধর্ম্মদী অনী থোকপগুম তৌই। খৃষ্টান ধর্ম্ম ঙাক্ত চৎলবসু খরনা সেভেন ডেজ এডভানতেস খরা অমনা রোমান কেথোলিক চৎপা মাল্লী। খুল অদু খা ব্রাং ওইনা শাংনা খুন্দাই। মখা থংবদা চর্চ অমা অব্রাংঙমখৈদা অতোপ্পা চর্চ অমা অসুম্না চর্চ অনী লৈ। অর্মিগী মেজর অদুনা হুকুম তৌদুনা খুন অদুগী হেড মেন ভিলেজ ওথোবিটিগী সেক্রেটরি অমসুং মেম্বরশিংনা চিংবা লৈরম্বা নুপা মখৈ ফারগা চর্চ অনী অদুদা থমলে। ঐখোয়সু থিবা হুম্বা তৌরগা য়ুম অমদা ঐগা লোয়নবা পুলিসকী মীওই খরা অমসুং ওজা কপংসাই অমসুং ররিংশুইগা পুন্না পোথাদুনা লৈরম্মী। খুল অদুদা এস ডি ও ওফিসতা লম্বু ওইবা খয়াও কৌবা নীপা অমা ওজা কপংসাইনা কৌরুদুনা ঐখোয়গী চান থক্লবা খরা শীলহল্লী। ঐখোয়গী থবক লোইরমলগা মহাক ময়ুম চৎখিবতা মঙাইরি। অদুবু আর্মিগী মীওই খরনা মশম পায়দুনা ইমুংদগী চিংথোরক্লগা খুন্দুগী লম্বী মযাদ পুরকখি। মহাক খুরু খুদক কুন্দুনা লৈরম্মী। অদুগা এস এল আর নোংমৈনা মরু ৪ / ৫ মীওক্ট অনী চঙদুনা কাপশিল্লগা হাৎতোক্লে। মহাক খুরু - খুদক কুন্দুনা অদুম শিরে। নোংমৈ মখোল তাবদনী ঐখোয়না চেম্থোক্তুনা য়েংবদা থেংনরুবনী। মীহাৎ অদু য়াম্না নুংশিহৈত্তে। মহাক্কী, মমা, মপা, মতু মচাগী মমাংমক্তদা খুন্দুগী নুপী অঙাংগী মমাংদনী। আর্মি মেজর অদুদী মতম অদুদা মখা থংবা চর্চদা লৈরমদুনা খঙহৌবা নত্তে। অদুবু মহাক থোরক্লগা সিফাইশিং অদুদা ব্রাহং পাওহং খরা তৌরম্লগা ঐবু কৌরকই অমসুং শিরিবা নীপা অদুনা জব্রান অমদগী নোংমৈ মুনগদবগী হোৎনৈ। অদুগা নাগাগী মীরোৎ অমসুং মহাক্না থাদোকখি অদুনা করি তৌফম থোকপগে হায়না হংখি। ঐনা কেশ অমা লৌখৎকনি অমসু অশিবা মশা অসি উখ্রুল হোস্পিতালদা পুরগা পোষ্ট মোরতেম তৌফম থোকই হায়রে। মানা অশিবা পুবা সুকয়া যারোই হায়দুনা মরী মতাদা পীথোকলমলে। খুনগী খুল্লাকপা, ভীলেজ ওথোরিটিগী সেক্রেটরি অমসুং মেম্বর মরিসু ফাজিল্লে। ব্রায়রলেশ সেটতা মানা রিপোর্ট তৌই। ইংলিসনা মাগী সুপরিয়ারদা হায় মদুদী হুইনীং কেম্প থুগায়রে হোষ্টাইল অমা হাৎলে তরুক্না হিংনা ফারে অসিনী। ঐ করিসু হায়রুদ্রে মরমদী মহাক্না ঐগী ব্রা অমত্তা লৌররোই হায়বা খঙলে। নুংথিল পুঙ অনীরোম তাবদা অরুম অরুম্বা পোৎ থ্রী ইঞ্চ মোরতোর ব্রায়রলেস সেট অসিনচিংবা অদু অফাবা খুনগী অহলশিং অদুদা পুহল্লে। অদুগা উখ্রুল তানা হল্লক্লে। নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা ঐখোয় উখ্রুল থানা য়ৌরকই। হেক য়ৌরকপগা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু ইদুনা S.P. দা মেশেজ থাখ্রে। অথেংবা অহিংদা অফাবা মখোয় ৬ অদু ঐগী কষ্টদিদা থমগদবনী হায়না পুরক্লে। ঐনা মখোয়বু লৌশিল্লে। খুল্লাকপদা ঐনা মওং তাক্লগা রিপোর্ট অমা তৌহল্লে অমসুং আর্মিগী মথক্তা মী-হাৎপগী কেশ অমা রেজিষ্টার তৌরে। নোংঙাল্লগা অথেংবা ফাওবদা আর্মিনা ফারিবা মীওইশিং অদু করিসু হায়রদবদগী নুংথিলদা মখোয় তরুকমক SDO/UKI গী কোর্টা P.R. দা

থাদোকপীয়ু হায়না রিপোর্ট অমগা লোয়ননা পুথোক্লে। SDO/UKL শ্রী বোরঠাকুরদু মাগী এমপ্লোয়ি লম্মু হাৎখিবগী ৱারী লীবদা য়াম্না শাউরে। অমসুং খুনগী মীওই তরুক অদু P.R. দা থাদোকখ্রে। নুমীৎ হুমনিগী মতুংদা হায়বদী তাং ২৪/১২/৬৬ ইংদা আর্মিগী Commander অদু উখ্রুলদা লাক্লে। মহাক উখ্রুলগী দাগ বঙ্গলাদা লৈবনী। মহাক্না লাকখিবা মতুং পুং অমরোম লৈরগা আর্মিগী জোংগা অমদা মেজর অমা লাক্তুনা ঐবু কম্মান্দরনা কৌরি হায়না পাউ পীরে। ঐসু মহাক্কা লোয়ননা চৎলি। মহাক্না ঐবু কম্মান্দরগী মমাঙদা পুশিল্লী। ঐ হেক উবদা য়াম্না এৱপ্ত ওইনা হায়রকই "ঐখোয়গী মীনা ফারকপা নাগা হোষ্টাইল তরুক অদু কদাইদা লৈ" ঐনা খুমখি Sir মখোয় কোর্টনা জমিন্দা থাদোকখ্রে। মহাক ফ্রং শাউই। অদুগা হায়রকই। ঐখোয়না ফাবা মীবু করম্না করি কোর্টনা থাদোক্কদৌরিবনো নংঙোন্দা শিন্নখিবনী হৌজিকমক পুথোরক্কদবনী। অর্মিগী হায় রেঙ্কিং ওফিসার অমা ওইরগা অদুক য়াম্না লিগেল নোলেজ লৈতবদু উবদা ঐহাক য়াম্না ঙকখি। অদুনা ঐনা খুমলে। Sir অফাবা মীওই অমত্তা কোর্টকী হুকুম য়াওদনা পুঙ ২৪ দগী হেন্না থম্বা ঙমদে অদুনা ঐনা কোর্টতা পুথোকপনী। মসি CRPC গী প্রোভীজন মতুং ইন্ননী। মদুদা মহাক্না য়াম্না য়াক্না হায়রকখি "I don't care your CRPC, I want those arrested persons just now" ঐহাক শাউনীংবা ফাওরক্লে অমসুং অকি অখং লৈরক্লে। ঐনা খুম্লে :- "Your rules and regulatiosn cannot supersede the provisions of CRPC and IPC" মদুদগীদী মহাক হেন্না ফিউরিয়স ওইরক্লে। অদুগা লাউরদুনা - "You get out, I don't like to see your ugly face" ঐসু অদুম শাউনা থোরক্লে। মাইল অনীবোম থাপ্পা মফম অদু খোঙনা Uniform শেৎলগা চৎকদৌবদু ঐহাক তস্তক তৌরম্মী। অসুম খল্লুবদা অনকপদা তেম্প খন্দুনা লৈবা 1st Bn. CRPF কী Hd. Quarter লৈবদু নীংশিলে। মফম অদু তানা ঐহাক চৎলে। ঐবু উবদা Dy. C.O. Mr মেহেরশিং অদু থোরকই অদুগা হল্লো O/C কদাইদা চৎলূরিবনো চঙলকউ হায়দুনা হরাও হরাও তৌবীরম্মী। ঐহাক মাগী তেম্প মনুংদা চঙদুনা ফমলে অমসুং ৱারী পুম্নমক লীরে। ঐবু মেজর অমনা police station দগী গাড়ীদা লৌরে অদুগা হৌজিক্কী তাম্থোরক্লে। অদুনা ঐবু drop অমুক্তা তৌবীয়ু হায়জবা লাকপনি। মহাক্না খুদক্তা হায়রে। আর্মি ওফিসারশিং অসি য়াম্না ego ৱাংজৈ। গাড়ীগী করিসু খল্লুগনু ঐহাক্না থিলহনগনি হায়রে। অদুদগী জীপ অমদা ঐবু থনাতানা থীল্লকখি। হল্লকপগা ঐহাক্না য়াম্না নুংঙাইতনা S.P. দা মেশেজ থাখি অমসুং Murder কেশ অদুদা ইনভোলভ তৌবা মেজর অদু ফাননবগীদমক হোম ডিপার্টমেন্টতগী permission লৌবিয়ু হায়জখি। S.P. Mr. Rajagopalam না ঐগী মেশেজদুদা এক্সন লৌখৎখিবরা খল্লী মরমদী নুমীৎ নীনি লৈরগা হায়বদী তাং ২৮/১২/৬৬ ইংদা আর্মিগী মেজর অদু লাক্লগা ঐবু commander না কৌরি হায়না হায়রে। ঐনা ঐহাক চৎপা ঙমলোই, দরকার লৈরবদী ঐগীদা লাকউ হায়খি। মেজর অদুনা ঐবু থেমদুনা কয়ারক হায়জরবা ফাওবদা ঐনা য়াদবদগী মেজর অদু হনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা SDPO/UKL Mr. Ch. Khogendra লাক্তুনা ঐঙোন্দা হায়ররে। অমুক্তং চৎমিন্নরুসি নত্রবদী য়াম্না ফজদ্রে অমসুং তুংদসু পুলিস অমসুং অর্মিগী মরী ফররোই হায়রে। অদুনা ঐহাক SDPO গা লোয়ননা ডাক বঙ্গোলদা চৎলে অমসুং আর্মিগী Commanding

Officer অদু উন্নরে। হেক উবগা C.O. অদুনা ঐবু তরাম তরাম্না কৌশিল্লে অমসুং থেন্বা হৌরক্লে। আমিগী মথক্তা কেশ রেজিষ্টার তৌব্রা হংলে। ঐনা তৌই হায়না খুন্মী। করিগী তৌরিবনো হংবদা ঐনা খুন্মী। হুইনীংগী থৌদোক্তু ইশামক য়াওই। ঐগী ইমাংদা লম্বু অদু কাপ্তুনা হাৎপনি। লম্বু অদুগী মপা, মমা, মতু মচাগী মমাংদা ময়ুমদগী মশম পায়দুনা চিংথোরক্লগা শোরোক্তা খুরুখুদক কুপ্লিঙৈদা কাপ্তুনা হাৎপনি। ঐনা P.M. তৌননবা অশিবা পুগে হায়বসু মেজর সাহেব অদুনা য়াদে। খুলগী খুল্লাকপগা লোয়ননা ভিলেজ ওথোরিটিগী অহল তরুক ফাদুনা পুরক্লগা ঐঙোন্দা শিন্নখি। খুল্লাকপনা রিপোর্ট তৌবদু আমিগী মথক্তনী হায়দুনা ঐনা রিফুজ তৌবা ঙমদে। অফাবা মীশিং অদু ঐহাক্না পুং ২৪ দগী হেন্না থম্বা ঙমদে। অদুনা নোংঙানবগা কোর্টতা পুথোকপা তাখি। অরানবা অমত্তা তৌদবা ঐহাকপু Commander না নহান হুই হৌদোঙগুম্না লাউ খোংখি। ঐগী ৱাদু তাবদা CO না থেমজিনখি। Commander অদু অহন্নী অহল অমনা ঐখোয়দা ঙাঙ শকপদু শাউবা হৌনদে হায়খি। মতুংদা করম্বা brand ড্রিঙ্ক তৌসিগে হংই। ঐনা ঐদি drink তৌদে খুমখি। ঙাইহাক ৱারী শান্নরগা ঐখোয় হল্লক্লে। আমিগী মথক্তা মখা কেস চত্থরক্তনবা থেমলকখি।

**১০ শুবা থৌদোক**

ঐনা উখ্রুলদা ওসি ওইরিঙৈদা মণিপুর বিধান সভাগী মীখল শোক ১৯৬৭ গী ফেব্রুয়ারি থাদা তারম্মী। মতম অদুদা ঐগী নুপী কৈন্যাসু প্রেগ্রেন্টকী থাশিং ফারম্মী। ঐহাক ইলেক্সন ডিয়ুটি তাবনা ছুটি পীরমদে। ঐগী ডিয়ুটি মফমদগী তাং ১৫/২/৬৭ ইংদা খৌশাংবুংদা, তাং ২০/২/৬৭ ইংদা চীংফৈ খুন্দা, তাং ২৪/২/৬৭ ইংদা আইমোল খুন্দা অমসুং তাং ২৮/২/৬৭ ইংদা চোথে খুন্দা অসুম্না মফম মরিদা ইলেক্সন ডিয়ুটি চৎপা তারম্মী। হায়রিবা ডিয়ুটি অসিগীদমক ঐহাক তাং ৬/২/৬৭ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা উখ্রুল থাদোক্লম্মী। তাং ১২/২/৬৭ ইংদা অয়ুক পুং ৯ দা ইম্ফাল থাদোক্লে। নুংথিল পুং ১ তাবদা চুড়াচান্দপুর য়ৌরে। চুড়াচান্দপুরদগী খৌশাবুং তান্না চৎলে অমসুং নুমিদাইৱাইদা থুংলে। ঐনা খৌশাবুংদা লৈরিঙৈদা তাং ১৮/২/৬৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৯ তাবদা ঐগী অনীশুবী ইচানুপী খেরোদা পোকই হায়। তাং ১৫/২/৬৭ ইংদা খৌশাবুংদা পোল্লিং তৌই। ভোটর ৭০৭ কী মনূংদা সুপ্ন গী ৫২০ খক ভোৎ থাদখি। খৌশাংবুংদা তাং ১৬/২/৬৭ ইং ফাওবা লৈরগা তাং ১৭/২/৬৭ ইং ইরাই নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা লাইমনাইগীদমক খোঙশাল্লী। সেক্যুরিটিগী মরমগীদমক নুমিদাংদা ইখঙ খঙহৌদনা চৎননবা শীন্নখিবনী। নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা লাইমনাই য়ৌই। পোল্লিং ষ্টেসন অদু লাইমনাই খুনৌগী "চীংফৈ" খুন্দা হোংদোকলকপদগী চীংফৈদা চৎলে। তাং ২০/২/৬৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা পোল্লিং তৌরে। ভোট্রর মশীং ৩৩১ খক্তনী অদুগী মনূংদা ২২২ খক্তং ভোৎ থাদখি। তাং ২১/২/৬৭ ইংদা আইমোলগীদমক্তা চীংফৈ থাদোক্লে অমসুং অয়ুক পুং ১১ তাবদা আইমোল য়ৌরে। তাং ২৪/২/৬৭ ইং ইরাই নুমীত্তা আইমোলদা পোল্লিং লোইশিল্লগা নুমিদাংৱাই অদুদা চোথে তান্না চৎলে। পুং অমরোমগী লম্বীনী চোথেদা নুমীৎ ৩/৪ নি লৈরগা তাং ২৮/২/৬৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা

পোল্লিং তৌই। ভোটর ৬১০ গী মনুংদা শুপ্নগী ১৯৫ খক্তনা ভোট থাদখি। ভোট থাদবা হেক লোইবগা চুড়াচান্দপুর তান্না চৎলে অমসুং বেলোট বোক্সনচিংবা ডিপোজিৎ তৌরম্লগা নুমিদাং পুং ৭ তাবদা ইম্ফালগীদমক চুড়াচন্দপুর থাদোক্লে। নুমিদাং পূং ১১ তাবদা ইম্ফাল য়ৌরে। নোংঙাল্লগা তাং ১/৩/৬৭ ইংদা এরাইভেল রিপোর্ট হেড ক্বাটরদা পীরে। তাং ৩/৩/৬৭ ইংদা ঐহাক নুমীৎ ৩০ নীগী ছুটি ফংলে।

মতৌ অসুম্না উখ্রুলদা ও সি ওইনা চহী অনীরোম লৈরম্বদুদা মখল মখা কয়াগী থৌদোক ৱাথোক থোকখি। ঐনা ইবদা য়াওদবা থৌদোক কয়া মরুমসু লৈখি। পূম্নমক ইবদী ওইথোক্লে। ঐনা নুমীৎ ৩০ নিরোম ছুটিদা লৈরিঙৈদা য়ুমদা লৈখি। অদুবু ছুটি নুমীৎ ১০ নিরোম ঙায়রিঙৈদা তাং ১৩/৩/৬৭ ইংদা আই জি পি না ঐবু কৌরম্মী। অমসুং SP না ঐঙোন্দা হয়েংমক উখ্রুলদা চৎলো। উখ্রুলদা ইরাং খরা লৈরে। ইরাং লৈত্রবা মতমদা ছুটি অমুক চথৌ হায়রে। তাং ১৪/৩/৬৭ ইংদা ঐহাক উখ্রুল চৎনবা থৌরাং তৌরে অদুবু ইস্কোর্ট ফংদবদগী চক্লে। তাং ১৫/৩/৬৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং নিপাল তাবদা এম আর ইস্কোর্টকা লোয়ননা ঐহক উখ্রুলদা চৎলে। তাং ১৬/৩/৬৭ ইংদা উখ্রুলদা প্রজাগী লুচিংবা এম.কে. সিমরৈ হায়বা অহল অদু নুমিদাংদা শকখঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রে। ঐনা কেশ অমা লৌখৎতুনা ইনভিটিগেসন চথরে। তাং ১৮/৩/৬৭ ইং থাজ নুমিত্তসু মপুম খুলগী মীওই অমা ভি ভি এফ কী মীওইশিংনা মপুমদগী উখ্রুলদা পুরকপদা লম্বীদা পুসিং অমসুং হারবখঙাইগী মরক্তা শকখঙদবা মীনা এম্বুস তৌরকপদা মপুম খুনগী মীওই অদুদা পান্দুনা শিরে। থৌদোকশিং অদুগী কেসশিং অদু এস আই নরহরিদা শিন্নরম্লগা ঐহাক তাং ২০/৩/৬৭ ইংদা ইম্ফালদা লাক্লে। ঐগী এভাইল তৌহৌদ্রিবা ছুটি অদু ঐহাক এভাইল তৌদুনা ইম্ফালদা লৈরে। ঐগী ছুটি লোইবা নুমীৎ অসি তাং ৩/৪/৬৭ ইংদগী ঐনা মরক্তা ডিয়ুটি লৈরুবা অদুগী মহুৎ ছুটি মখা পীথগনি হায়বদগী তাং ৩/৪/৬৭ ইংদগী নুমীৎ ২০ নিগী এক্সটেনসন দরখাষ্ট থাখ্রে তাং ১৫/৪/৬৭ ইংদা এস. পি. কে.আর রাজাগোপালন মণিপুর থাদোকখ্রে। মহাক্কী চার্জনা শ্রী এল. গোপাল সিংহদা শিন্নরম্লে। ঐগী নুমীৎ ২০নিগী শাংথনা লৌবা ছুতি অদু তাং ২২/৪/৬৭ ইং থাংজ নুমীত্তা লোইরে। ঐনা এডিসিনেল এস.পি. উন্নরগা উখ্রুলদা তাং ২৫/৪/৬৭ ইংদা জোইন তৌবা য়ারে। অদুবু ইস্কোর্ট ফংদবদগী তাং ২৯/৪/৬৭ ইং থাংজ নুমীত্তা উখ্রুলগীদমক ইম্ফাল থাদোকলে। ভি.ভি.এফ.কী এ.ও. মিষ্টর মহনতিগা লোয়নদুনা নুংথিল পূং অহুমদা ইম্ফাল থাদোকখি। নুংথিল পুঙ ৬ তা লীতান্দা য়ৌরগা অহিং অদু লেল্লে। নোংঙাল্লগা তাং ৩০/৪/৬৭ ইং অয়ুক পুং ৭ তাবদা লিতান থাদোক্লে অমসুং অয়ুকী পুং ১১ দা উখ্রুল য়ৌরে। ঐনা ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা নীলশিংগী মচন-নুপী ঐগীনা পোকমিন্নদবা ইচননুপী অচৌবী দেবী, কৈন্যাগী মৌপ্বা পুনশিংগা লুহোংবগী নুমীৎ তাং ২/৫/৫৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা লেপহৌই। তাং ৪/৫/৬৭ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐগী য়ুমলোন্নবা ঐজ্ঞা জয় শর্ম্ম উখ্রুলদা লাকখি। মহাক্না ঐবু য়ানা লুনা তৌই। ঐগী ইনাক্তা কোয়বা ওইনা লাকখিবনী। মহাক ঐগী ইনাক্তা নুমীৎ তরেৎনিরোম লৈরম্লগা তাং ১১/৫/৬৭ ইংদা

ইম্ফালদা হনখ্রে। তাং ৩/৭/৬৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐহাক্কী ট্রান্সফর তৌবগী ওর্ডর কোপী ফংখি। তাং ২৯/৬/৬৭ ইংদা থোকপা ওর্ডর নং. ৯৪৬ কী মতুংইন্না ঐহাক বিষ্ণেনপু পুলিস ষ্টেসন্দা ও.সি. ওইনা ট্রান্সফর তৌরে। তাং ২২/৭/৬৭ ইং থাংজ নুমীৎকী পুং ৬ তাবদা ঐগী মহুৎ শিলহৌগদবা এস.আই. এ.শামা সিংহদা উখ্রুল পি.এস.কী চার্জ শিন্নরে। তাং ২৩/৭/৬৭ ইংদা ঐহাক উখ্রুল থাদোক্লে। মতৌ অসুম্না ঐহাক উখ্রুল পি.এস.গী ও.সি. ওইনা তাং ৬/৮/৬৫ ইংদগী তাং ২৩/৭/৬৭ ইং ফাওবা লৈখি। ঐহাক তাং ২৬/৭/৬৭ ইং য়ুমশকৈশ নুমীত্তা পি.এস. বিষেনপুরগী ও.সি গী চার্জ লৌই। তাং ২৮/৭/৬৭ ইংদা বিষেনপুর খুনগী মরু ওইবা লূচিংবশিং উন্নদুনা শক তাকখি। তাং ৩১/৭/৬৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা য়ুমদগী ঐগী নুপী কৈন্যা ইচানিপা জিতেন, ইচানুপী সুজাতা অমসুং খেরোদা পুদুনা জীপ অমা ব্রায়রগা পুরকখি। নুংথিল পুং ৪ দা পি.এস.তা থুংলখি। তাং ৩/৮/৬৭ ইংদা ঐগী ইচানুপা জিতেন বিষেনপুর জে.বি. স্কুলদা ক্লাস 'A' দা মিং চনখি। ঐহাক্না বিষেনপুর পি.এস. গী চার্জ লৌবগা পায়খৎকে হায়না পুক্নীংদা লেপখিবসি অহানবদা য়ু য়োনবা অমসুং থকপা থিংনবা অকনবা এক্সন লৌবা। অনীশুবা জুব্রার শান্নবা মখল খুদীংমক থিংননবা হোৎনবা অমসুং অহুমশুবদা হুরানবগী থবক থিংননবা অকনবা থবক চথুবা। হায়রিবা নুংতিগী ওইনা থোকপা থৌদোকশিং অসি থিংবা ঙম্লবদী খুঙ্গংদদী ইংনা পানবা ঙমগনি মসিনী ঐগী ব্রাখল। হায়রিবা ঐগী অহানবা ফিরেপ অসি লৌখৎপা হৌননবগীদমক্তা বিষেনপুর বজারদা লৈবা য়ু য়োনফম পুম্নমক্তা ফোর্সকা লোয়ননা চত্তুনা ব্রানিং পীখি। ঐহাক নৌনা লাকপা ও.সি. নী। য়ু থকপা, য়োনবগী থবক অসি ঐহাক য়াম্না য়াজনীংদে। মরমদী য়ুনা হকচাং মাংহল্লী অমসুং য়ুগী নেশানা অফ-ফত্ত খন্থবা ঙমদে অমসুং মখল মখলগী ক্রাইম কয়ামরুম থোকহল্লী। লমচৎ-ব্যবহার খঙলক্তে। অদুনা য়ু য়োনবীগনু। নুমীৎ অদু ফাওবদী কনাবুসু ফাজরোই, য়ু থেংনরবসু থী হুম্বা হৌজরোই, থেংনবা তারবসু সিজ তৌরোই। অদুবু হয়েংদগীদী অকনবা এক্সন লৌখৎকনি। অরৈবা য়ু পুম্নমক য়োম্হোক্কেরা নত্রগা মাংহনখিগেরা তৌবীয়্। হায়রিবা ব্রানিং অসি য়ু য়োনফম খুদীংমক চঙ-চঙদুনা হায়রম্মী। কনাগুম্বনা পুলিস উবদা য়ু পুদুনা উরোইদবা মফমদা চেনখিবসু য়াওই। ঐনা মদু কৌরগা হায় চেনগনু ঙসিদী য়ু ড্রম অমা থেংনরবসু ফারোই হায়খি। অথকপা, অয়োনবশিং অদু অসুম্না নুমীৎ অদু অনকপা খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা য়ু য়োনফম অমসুং মী তিনফমশিংদা হন্না হন্না হায়রুরগা হল্লকখি। নোঙানবগী নুমিদাংব্রাইদা থনাগী অরৈবা ফোর্স পুদুনা বিষেনপুর বজারগী য়ু য়োনবা হোতেল পুম্নমক রেড তৌখি। অথকপা, অয়োনবা, লৈরম্বা অফংবা য়ু, গ্লাশ, অথোংবা, অতাওবা হেক লৈরম্বমখৈ থোংবদা শীজিন্নরম্বা পাত্রগা লোয়ননা লোইনা ফারগা থনাদা পুরকখি। নোংঙানবগা চার্জ সিটকা লোয়ননা এস.ডি.এম.গী কোর্টতা পুথোকখি। মতৌ অসুম্না নুংতিগী মফম মফমদা হায়বদী অব্রাংলোমদনা ওইনাম কৈনৌ, ঙাইখোং মখারোমদনা নিংথৌখোং, থীনুংগৈ, নাচৌ লমখাই, পোৎশংবম অমসুং নোংপোকলোমদনা ঙাইখোং খুলেন, খোইজুমান, তৌবুল নোংচুপলোমদনা চোথে অসিনচিংবা মফমশিং য়ৌশিনখি। নোংমদা কেশ ৫ গা তরুক্কা চার্জশিৎ অমসুং অফাবা মীওইশিংগা লোয়ননা কোর্টতা

পুথোকপদুদা এস.ডি.এম./বিষেনপুর শ্রী গুনমনি সিংহসু অঙকপা অমসুং নুংঙইবা ফোংদোকখি। ফারকপা মীশিং পুলিসনা জামিন্দা থাদোকখ্রগা কোন্না তপ্না চার্জশিট থাগৎপসি মফম পুম্নমক্তা চৎনবনী। এক্সাইজ এক্ট জমিন থাবা য়াবা কেশনি। অদুবু খুদক খুদক্তা এক্সন লৌরবদী য়াম্না ইফেক্তিভ ওইগনি অসিনী ঐগী ব্রাখল। যু য়োনবা মীওই অদু ফারগা থনাদা পুরক্লে অদুগা অহিং অদু লোকঅপ্তা থমলে। নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ১০ তাবদা মশা পুরগা অফাবা য়ুগা লোয়ননা চার্জশিং কোর্টতা সবমিট তৌরে। কোর্টনা বিচার খুদক্তা তৌরগা ফাইন থীহল্লে। অসুম্না তৌরবদী যু য়োনবশিং অদু মতুং মনাও অমুক হন্না য়োনবগী অপান্বা লৈত্রে। কোর্টনসু পুলিসনা অফাবা মী অদু জামিন থাদোকখ্রগা থা ২/৩গী মতুংদা চার্জশিট থাগৎলবদী পুলিসকী ইস্তিগ্রিতিদা চিংনবা পোকই। যু য়োল্লীবা মীদুনসু থোইনা থৌওইরুদে। মরম অসিদগী ঐনা অহিংচুপ্পা যু য়োনবা অমসুং থকপা মী কয়ামরুম খোমগৎলুরবসু তুমদনা চার্জশিং শেম্মী অমসুং অফাবা মীগা লোইননা নোংঙানবগা কোর্টা পুথোকই। মতৌ অসুম্না বিষেনপুরগী এরিয়াদা লৈবা মফম পুম্নমক্তা যূ য়োনফম অমসুং লল্লোনবা মীওইশিং থিগৎখি। খুন-খুনগী চৌকিদারশিং হাপ্তা খুদীংগী থনাদা কাহল্লম্মী। মখোয় মখোয়না পুরিবা খুনগী মনুংদা যু য়োনবা অমসুং থকপা মীওইশিংগী মমিং মথা ঐঙোন্দা পীহল্লন্মী। করিগুম্বা চৌকিদারশিং অদুনা হায়রিবা মীওইশিং অদুগী মশক মমিং তাক্রবদী অকনবা এক্সন লৌগনি হায়না ব্রার্নিং তৌরম্মী। অদুনা ঐনা খুন খুদীংগী যু য়োনবা অমসুং থকপা মীগী মমিং মথা অমদী লৈফম খঙবদা অরাবা ওইরমদে। ঐনা লৌখৎলকপা থবক অদুদা এস.ডি.এম. বিষেনপুরসু ফজনা কোওপরেসন পীরিবিরে অমসুং ঐনা খঙবা থা তরুক্কী মনুংদা যু য়োনবা অমসুং থকপগী চাং অসি মপুঙ ফানা হন্থখি।

অদুবু তৌরুবা থবক খুদীংমক অসি য়েখায় থিঙ্গাইবদী অদুম থেংনৈ। ঐনা যু থিংননবা কন্না হোৎনরিঙৈ মতম অদুদা বিষেনপুরদা ফোরেষ্ট রেঞ্জর ওইনা থবক তৌবা মোইরাংথেম বোরকেশোর কৌবা নীপা অমনা লৈরম্মী। বিষেনপুর বজারদগী মখারোমদা খরা হায়থরগা ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী চেকিং গেট লৈ। গেট অদুগী মনাক্তা সোরোক্কী নোংচুপ্তা ক্বাটর অমা লৈ। মদু মোইরাংথেম বোরকেশোরগী ক্বাটর ওইনা শীজিন্নবনী। নোংমা নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা ঐহাক্না লুচিংদুনা তৌবুলদগী মী ৫/৬ ফারগা খোঙনা হল্লকপা মতমদা হায়রিবা ক্বাটর অদুদা মৈ ঙান্না থাল্লগা মীহুৎথোং হাংদোক্কুনা ইঙান ঙান্না মখোয় মরি যু হৈদুনা থকপদু উখি। অফাবা প্রজাশিং অদুগী মমাংদা ঐহাক য়াম্না ইকাইবা ফাওখি। থনাগী নাতোন শুমাংদা লৈবা মফম অসিদদী ইফোং ফোংনা থাদোক্কুনা যু থকপা য়ারগা খুঙ্গং মনুং হঞ্জিন্না লৈবা তৌবুলগুম্বদনা কোইতাল তান্নদুনা যু য়োনবা অমদী যু থকপা ফারিবসি ঙকই হায়না খল্লমগদবোই খল্লী। ঐনা ক্বাটর অদু সর্চ তৌরে। বোরকেশোরগী মোন মখাদগী তংখাই থকখ্রবা অচৌবা লিক্লি অমনে, গ্লাস যু খরা খরা য়াওবা মরিনে বোরকেশোর য়াওনা মখোয় মরিনে ফাদুনা থনা তান্না পুরে। থনা য়ৌরবা মতমদা বোরকেশোর অসি মিষ্টর এম. তোমচৌ সিংহ এস.ডি.ও./বি.পি.আর. অমসুং সি.সি.পি.গী মনাওনী, ফোরেষ্ট রেঞ্জরনী অতোপ্পা অহুম অদুসু হায়স্কুলগী ওজা ঙাক্তনী হায়রে। অদুনা মখোয়গী

মমায় য়েংদুনা মখোয় মরিমক লোকঅপতা থমদ্রে। জামিন্দা থারে। নোংঙাল্লগা এস.ডি.ও./ বি.পি.আর.গী কোর্টা পুং ১০ দা কারক্কদবনী হায়রগা থাদোকখ্রে ঐহাকসু খুদক্তা চার্জসিট ইরে।

তাং ২০/১০/৬৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অয়ুক অঙনবদা শ্রীমোইরাংথেম তোমচৌ সিংহ ইম্ফাললোমদগী বিষেনপুর থনাদা লাকখি। হেক লাকপদা ঐঙোন্দা অকনবা ৱাহৈনা মনাওনুপা বোলকেশোরবু মাগী ওফিস মনুংদগী ফাব্রা হংখি। ঐনা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু লীখি। অদুবু মহাক ঐগী ৱাদু থওইনা তাখিদে। গভর্নমেন্টকী থবক তৌরিবা মীবু মশাগী ওফিস মনুংদগী করম্না করি আইন্না ফাররিবনো? ৱাইগনবা ষন্না অউ-অউ ৱাইরগা চীখোং তেকই হায়বদু তাগেরা? সেক্রেটরিয়েত্তা য়ু লৈরে হায়দুনা চঙদুনা ফাবা য়াব্রা হায়না য়াম্না নুংশিহৈতনা হংলম্মী। ঐহাকসু খাঙবগী শক্তি লৈরক্তুদুনা ওফিসতা য়ু ফাবা য়াদে হায়বদী এক্সাইজ এক্টগী প্রোভিজন্দা য়াওদেনা সার, হায়না খুমখি। মদুদা ফরে অদুদী য়েংনরসি হায়রম্লগা চৎখ্রে। ঐসু য়াম্না নুংঙাইতনা লৈহৌখি। নুংঙাইমন্দদুনা ঐহাক ইম্ফালদা চৎলে অদু এস.পি. শ্রী এল গোপাল সিংহ উন্নদুনা মাগী ওফিসতা ঐনা ৱারম পুম্নমক লীখি। এস. পি. না ঐঙোন্দা হায় আইন কায়বা থবক তৌরুদ্রবদী করি অমত্তা চিংনরুনু হায়। অসুম্না ঐহাক অমুক থনাদা হল্লকখি। অদুবু ঐগী প্লান হায়বদী অহানবা জোইন্ট তৌবা থা ৬ কী মনুংদা য়ু য়োনবা অমদি থকপা থিংনবা হোৎনবা অদু য়াম্না মায় পাকখি।

মথংগী আইতেমদী জুৱার শান্নবা থিংবনী। ভিলেজগী চৌকিদারসিংগী মতেংনা ঐহাক্না খুন-খুন্দগী জুৱার শান্নফম অমসুং শান্নবা মীশিংগী মমিংশিং খোমজিনবা ঙমখি। খুঙ্গংদা য়াম্না কমন ওইনা জুৱার মখল অমদী খুনু তুনবনী। চেকশিন্না পাও লৌরগা জুৱার শান্নফম অমসুং খুনু তুনফম খঙদোক্লগা অথেংবা অহিংদা রেড তৌখি। চৎপা মতমদা থৌরি লিশাং পুদুনা চৎলগা অফাবা মী পুম্নমক পরেং শানা পুল্লগা খুঙ্গং লৈকাই মমাংদা পুদুনা লাকখি। লোকপতা নুমীৎ অদু থম্লগা নোংঙানবদা এস.ডি.এম/ইম্ফালগী কোর্টতা চার্জ সিটকা লোয়ননা পুথোকখি। মতৌ অসুম্না খুঙ্গং খুঙ্গংদা জুৱার শান্নবগী হৈনবী অমসুং জুৱারনা মরম ওইদুনা হুরান চিন্থি তৌবগী থবক্তু থিংবা ঙমখি। জুৱার শান্নবা লেপখিবদগী প্রেটি থিফ, কেটল থিফ অসিনচিংবা অমদী মখল মখলগী বলগরিগী ক্রাইমময়েং তাখি হায়বসি চৌকিদার্বশিংগী রিপোর্টতগী খঙবা ঙমখি।

বিষেনপুর পুলিস ষ্টেসন্দা থা ৬/৬ কী ওইনা ঐনা লৌখৎকে খনখিবা এক্সনগী অহুমশুবা তাংকক্তী হুরান চিন্থী তৌবা থিংবনী। য়ু য়োনবা অমদি থকপা থিংবদগী এসোল্ট কেশ মশীং হন্থরে। জুৱার শান্নবা থিংবদগী হুরানবা, শগুন-তৌবা অসিনচিংবগী কেশ মশীং হন্থরক্লে। অদুমকপু হুরান চিন্থীগী ক্রাইম মচা-মশুসিংদী অদুম খরা খরা লৈরি। অদুনা ঐহাক্না চৌকাদারশিংদগী খোমগৎপা খুন-খুনগী হুরান-চিন্থি তৌবা মীওইশিংগী এক্টিভিতি অদু য়েংশিনখি। ঐনা ও.সি. বিষেনপুর ওইনা লৈবা চহী অনীবোম শুজিল্লকপদদী বিষেনপুর পুলিসকী মিংচৎ অসি ফনা ৱাংলে হায়বা যাই। য়ু-থকপা জুৱার শান্নবা অমদী হুরান চিন্থী তৌবা য়াদ্রে হায়না পাক শন্না পুলিসকী মীংচৎ লৈরকখ্রে। অকোয়বদা লৈবা খুঙ্গংগী অহল

লমন্নচিংবা কয়ানা পুলিস ষ্টেসন্দা লাক্লগা ঐবু থাগৎপিবসু য়াওখি। এস.ডি.ও/বিষেনপুর মশামক্লসু ঐবু মীয়াম মমাঙদা থাগৎপিখি। মতৌ অসুম্না হোৎনজমনগী মহৈ খরদী ফংলে খনখি। খুঙ্গংদা ফত্তবা নত্তবা থৌদোক ময়েং ফনা য়াম্না তারমাল্লে খনখি। খুন-খুনগী চৌকাদারশিংগী রিপোর্ট মতুং ইন্নসু খুঙ্গংদা থৌদোক ৱাথোক লৈত্রে, হুরান চিন্থিগী নেশা থক চাবগী পাউ লৈত্রে হায়না পাউদমখি।

অসুম্না ঐহাক বিষেনপুর থনাদা তাং ২৬/৭/৬৭ ইংদগী লৈরকপনা তাং ২৫/৩/৬৯ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎ, শজিবু থাগী ৭ নি পানবদা ঐগী অহুমশুবা ইচা নিপাদনা অনীশুবা 'সিতেস' নোংঙাল্লকপা পুং ৩ তাবদা পোকখি। হুরান চিন্থি থিংননবা হোৎনবদু ইরায় লায়বা থবক্তী ওইখিদে। বিষেনপুর থানানা কোনবা লমদা হুরানবা মশীং খ্বাইদগী হেন্না লৈবা লমদী 'নাচৌ' হায়বা খুল অদুদনী। হুরানবগী মকোকনা খ্বাইরাকপম নোংথোনবা কৌই। মহাকপু পোকপদু খ্বাইরাকপম মুশুক কৌই। নোংথোম্বা মতোমতা পোকপনী। মপা মমানা য়াম্না কেনা য়োকচরকপনী। চাবা থকপসু ৱাত্তে। অদুবু হেঞ্জিন্না ঙাওশিন্নে। মশা-মউ য়াম্না ফৈ, মশকসু য়াম্না ফজে, ৱাং চাউই। শুবা নোম্বা তল্লী। নুংঙাইবা পাম্মী। ৱাং চাওনা মশক মতৌ ফজরে। চাবা থকপা ৱাত্রে। মপা মমানা লুনা তৌরে। অদুনা মাগী মতুং ইনবা খুনগী মী য়াম্না লৈরম্মী। মানা হায়বা, থৌদোক খুদীংমক মতুংইল্লিবশিং অদু ক্রুক-ক্রুক কুন্দুনা ইল্লি। মঙোন্দা মমান্নবনা করিসু হায়র্জবা ঙমলমদে। মানা মী থাজিন্দুনা মীগী মপোৎ-মচৈ হুরালহল্লী অদুগা মানা মপু শাদুনা য়েঙ্থোকই। অসুম্না মনিল চাওনা, খুঙ্গংগী মীনা কি তুক্কচ্চনা ঙাঙনৈ। ঐনা নোংথোম্বা হায়রিবা নুপা অসি মশক খঙননবা হোৎনৈ। লাকউ হায়না কৌবা সিফাই থায়। অমুক্তা থেংনরক্তে। কৌরিবা খুদীংগী মাবু পোকপা 'মুশুক' হায়রিবা নুপা অসি লাকই। অঙকপা ফংনা কুচু মুই। মী য়াইমরপ চাওই। মশা নাল্লী। ৱাঙাং শঙাং ব্যবহার খঙই। তোয়না উন্নবদগী মহাক ঐগা মুন্না শক খঙনরে। ঙাংথোরকপদা রাশী য়াওই, তানীঙবা পোকই। মরক মরক্তা ফাগীসু তৌই।, ঐনা মচানুপা নোংথোম্বা থিরিবসি করিগীনো হায়না ঐঙোন্দা হংই। ঐনা লাকউ হায়বদা লাক্সিবসিনা করিগীনো হায়না মঙোন্দা ঐনা চপখৎলী। মমৈদদী মহাক্না মচা নুপা নোংথোম্বগী মরমদা শুগায়না ৱারী লীথোকলে। নোংথোম্বা মতু য়াম্মী। য়ুমদসু লৈ, লমদসু লৈ। চহী ৩০ রোম শুরবনী। মানা তৌনীংবতা তৌহন্দুনা য়োকললকপদগী অৱাবা ওইরে। মপা মমাগী ৱা তাদে। হৌজিকসু তৌনীংবতা তৌই। থনানা কৌবা লাকই হায়রবসু মহাক করিসু লাল্লুদে অদুনা বাজি খরা চৎপিরগা শেংদোকপীরু হায়রল্লগা হেক্তা চথোকখি। অহিংদসু হঞ্জিল্লক্তবনা অয়াম্বনী। মাগী নুপী অতোম্বীগীদা চৎলবসু লৈরমদে। মরম অদুনা অৱাবা ওইরে হায়খি। ঐনা তা মুসুক্তা জহা উপাই তৌদুনা নচা নুপা অদু পুরকউ ঐগা শক খঙনগে মাবু ফাবা পুনবা তৌগদবা নত্তে হায়বদগী নোংমদী মচানুপা নোংথোম্বা পুদুনা লাক্লে। ঐগা কুইনা ৱারী শান্নরে। মহাক্কী এক্টিভিটি পুম্নমক ঐ খঙই অদুনা নাচৌ অমসুং অকোয়বদা লৈবা খুনশিংদা করিগুম্বা মখলগী হুরানচিন্থি অমত্তা থোকহনবা য়ারোই। নাচৌদা, পোৎশংবমদা, নিংথৌখোঙদা, ক্বাসিফাইদা, তৌবুলদা করিগুম্বা মখলগী হুরান চিন্থী-ষন হুরানবা, শাগুন তৌবা, পোৎচৈ লাকপা, মুনবা অসিনচিংবা হেক থোকপগা

মঙোন্দা তাগনি। অদুনা অতোপ্পনা তৌরুবা  খঙই, নত্রুগা খঙগে হায়বা পাও ঐঙোন্দা পীগদবনী হায়না অকনবা ৱার্নিং পীরগা চৎহনখরে। খরা লৈরগা নিংথৌখোংদগী ইরোই মপি-মচা হুরানবগী কেশ অমা লাক্লে। কোয়থি থিদুনা  নোংথোম্বা ফারে। মহাক খঙদে হায়দুনা শিখাঙ খাঙলে। অদুবু কোর্টতা পুথোক্কুনা জেলদা রিমাণ্ড তৌরে। নুমীৎ হুম্নি শুবদা জামিন্দা থাদোক্লে। অতোপ্পা হুরানবগী কেশ অমদা অমুক ফারে। অদুসু নুমীৎ নিনি হুমনিগী মনুংদা জামিন্দা থোরক্লে। নুমীৎ খরনী লৈরগা হুরানবা অতোপ্পা কেশ অমদা অমুকসু ফারে। মরি-মঙানীগী মনুংদা অমুকসু থাদোরক্লে। ঐনা মুন্না খল্লগা ঐগী ষ্ট্রেট্রেজি মওং অমা হোংলে। পাও মুন্না লৌরগা নোংথোম্বনা লৈগদবা নুমীৎ অমগী নোংঙাল্লমদাইদা ময়ুম রেড তৌই। মহাক মশা লৈ হায়বা খঙনা খঙনা কোয়থি থিজিন্নরগা মনীং মমাং থৎচিন্দুনা সিফাইশিংদা লাউখোংদুনা নাম্থোকখিদনবা অকনবা ৱার্নিং পীদুনা কোয়রাং লাঙলগা 'তামুসুক নচা অদু থিরগা থুনমক পুথোকউ, হন্দক্কী হুরানবা ঙমদনবা মখোঙ মখুৎ থুদোক্লগদবনী'' হায়রম্লগা থনাদা হল্লে। মথংদা পাও লৌবদা নোংথোম্বা ময়ুমদা তুমদ্রে। লৌবুক্তা ময়ুম মনাক্কী চরু পৈফমদা তুমই হায়রে। থৌওইনা নোংঙাল্লমদাইদা চৎলগা চরু-ফুডিৎ অদু কোয়শিল্লে। অমম্বা অদুদা মহাক নাম্থোক্কুনা চেনবা উই। ঐনা সিফাইশিংদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা তান্নহন্দে। অদুবু চরু-ফুডিৎ অদুদী মৈ থারম্লে। অসুম তৌদুনা কুপ্না পাও লৌরগা নোংথোম্বনা লেকফম জগা জগাশিং অদু অহিংদা হেক হেক রেড তৌরে। ফাবদী থৌওইনা শুকফা যাদে। অসুম্না তৌবদুদা লোৎফম লৈত্রদুনা নোংথোম্বনা হি-তোংলগা লোক্তাক ময়ায়দা ফুমদা য়ুম শাদুনা লৈবা মফম অমদা লোৎখ্রে হায়বা খঙলে। চান-থক্লবা লৈরক্তবদগী য়ুমদা লৈবা মাগী নুপীনা নুংতিগী হিদা তোংদুনা চাক থিল্লী হায়বসু খঙলে। অদুবু নীনি মরক হুমনি মরক পুলিস থাদুনা ময়ুমদা নোংথোম্ববু থিরম্মী। মরম অদুদগী নোংথোম্বা লোক্তাক্তগী কারকপা ঙমদ্রে। হাপ্তা ২/৩ লৈবগা নোংমা তা মুশুক লাক্কুনা ঐঙোন্দা কপ্পরে মাগী মচানুপা নোংথোম্বা অদু লোক্তাক্তা কন্না নাদুনা হৌগৎকাংখৎপা ঙমদনা লৈরে অদুনা লৌশিঞ্জরুরগে অমুক হন্না থিবীরগনু নাবা হেক ফবগা মশা পুরক্কুনা মপুন্সীগী হুরানবা হায়বদু তৌজররোই হায়না সহী তৌহল্লগে হায়জররে। ঐনা তামুশুক্তা হায়রে তাদনা হায়বিবা ৱাশিং অদু নোংথোম্বগী ৱাখল্লা নত্রগা তামুশুক্কীরা। তামুশুক্লা মচা নীপা নোংথোম্বাগা মাগী নুপীগী খুথাংদা হায়রকপনি হায়রে। অদুদগী ঐনা তামুশুক্তা অয়াবা পীখ্রে। থৌদোক অদুদগী নোংথোম্বা হুরানবা তোকখ্রে।

হুরানবা থিংননবা ড্রাইভ অদুদা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোকসু থোকখি। এ.এস.আই. এর্মর্দি. নিজাম কৌবা অমনা বিষেনপুর থনাদা ঐগী ইখাদা লৈরম্মী। মহাক য়ু য়াম্না থকই। অদুনা ঐগা য়াম্না তোয়না তোয়না মায়োক্লবা তারম্মী। মহাক্কী নুপীসু ক্বাটরদা লৈরম্মী। মচা পোক্তে। হুরানবগী কেশ অহুমথক মহাক্না ইনভেষ্টিগেসন তৌই। হায়রিবা কেশশিং অদুদা চিংনবদগী মমিং লৈবা নোংথোম্বগী কাঙবুদা য়াওবা হুরানবা খ্বাইরাকপম রাজা কৌবা নাচৌদগী মীওই অমা ফারগা আগষ্ট থা শোক ১৯৬৯ গী লোইরকপা মতম অমদা পুলিস লোকঅপতা থম্মী। ঐহাক্না হুরানবগী কেশতা থৱায় য়াম্না য়াওই হায়বদগী

এ.এস.আই. এমদি. নিজামনা তাং ২৯/৮/৬৯ ইং ইরাই নুমীৎকী নুমিদাংদা য়াম্না ফূ-চৈদুনা ইন্টরোগেসন তৌরিবনী হায়দুনা রাজাবু য়াম্না লাক্লখি। নোংঙাল্লগা অয়ূক্তা হায়বদী তাং ২০/৮/৬৯ ইংদা হায়রিবা রাজা অদু অশোক অপনবা কয়া য়াওনা হীপ্তুনা লোকঅপতা লৈরম্বা থেংনরুরে। মহাকপু পুথোকহল্লগা ঐনা ৱারী শান্নবদা মশা অদু লাইহৌ য়াম্না কন্না তৌই হায়রে। ঐনা পায়দুনা য়েংবদা য়াম্না শারম্মী। খুদক্তা সিফায় থাদুনা গুল্লী লৈহল্লুরে অমসুং মহাক্কী অনাবা অদু ফননবা হোৎনরে। মহাকপু অহিংদা য়াম্না থীনা ফুবীখ্রে হায়বদগী ঐনা নীজম কৌরগা হংলে অমসুং থীনা চৈরে। থুনমক জেলদা রিমান্দ তৌননবা এক্সন লৌরে হায়না রিমাণ্ড রিপোর্টনচিংবা ইহল্লে। মশামক্তা পুদুনা চৎকদবনী হায়দুনা মহাক থৌরাং তৌখ্রে। মতম অসিদা রাজাগী মনাও অদু লাক্তুনা ময়াম্বগা উন্নখ্রে হায়বা তারে। ময়াম্বগী য়াম্না ফীভম শোকপা অদু উবদা মহাক হান্ননা চৎখ্রগা এমআইসি/বিপিআর গী কোর্টতা হায়বদী শ্রীআরকে. সনাতোম্বা সিংহগী কোর্টা চত্তুনা উকিল নেল্লগা ও সি বিষেনপুর পি এসনা ময়াম্বা রাজাবু থীনা ফূবদগী শিবা চংবা খণ্ডদনা লৈহৌরে হায়না কেশ তৌখ্রে। এ.এস.আই নিজামনা রাজাবু কস্তদিদা পুদুনা চৎলগা শ্রী আরকে. সনাতোম্বা সিংহ এমআইসি/বিপিআরগী মমাংদা পুথোক্লে অমসুং জেলদা রিমাণ্ড তৌননবা রিপোর্ট অদু সবমিৎ তৌরে। মতম অদুদা মেজিস্ট্রেটনা একুইজ রাজাদা হংলে। ও.সি. বিষেনপুরনা নঙবু শাথীনা ফুবদগী শিবা চঙবা খণ্ডদনা লৈহৌরে হায়না নংগী ননাও নুপানা কেশ তৌররে। নংগী করি হায়নীংবা লৈবগে হায়না হংবদা রাজানা খুমখি। ও.সি.না ঐঙোন্দা ফুবা চৈবা করিসু তৌখিদে। ইশাগী চুম্না নারকপদগী ইনাওনা খণ্ডদবদগী পঙহায় হায়বনী। ও.সিনদি হিদাক্লচিংবা লৈবিদুনা ঐগী অনাবা ফননবা হোৎনবীখি হায়না খুমখি। মরম অদুদগী এমআইসি/বিপিআরনা ঐগী ইথক্তা থাবা কেশ অদু ককথৎখি। রাজাবু জেলদা রিমান্দ তৌদুনা এ.এস.আই নিজাম্না সেন্ট্রেল জেল তানা থিনজিনখি। অদুবু তাং ১/৯/৬৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা একুইজ রাজা অদু জেলদা শিরে হায়না এস.পি.দগী ঐঙোন্দা পাও পীরকখি। পাও অদু তাবদা ঐহাক লৈফম খঙখিদে। রাজা জেলদা শিখিবা অদুগী মতাংদা কেশ অমা ইম্ফাল থনাদা লৌখত্তুনা ও.সি. আই.পি.এস. মিষ্টর এম. ইবোপিশক সিংহনা ইনভেষ্টিগেসন তৌখি। পোষ্ট মোর্তেম রিপোর্ট মতুং ইন্না কেশ অদু হোমিসাইদেলনী হায়বদগী সেক্সন ৩০২ আই.পি.সি. গী মতুং ইন্না ইনভেষ্টিগেসন তৌখি। আই. ও.না জেলগী ষ্টাফ জবান লৌরগা এমআইসি/বিপিআর য়ৌরকপদা রাজানা খুমলম্বা পাউখুম অদুনা মরম ওইদুনা মখা তানা কেশ অদু চথুরকখিদে। নৎলমদ্রবদী রাজাগী মনাওনা থাবা দরখাস্তকী মতুংইন্না বিষেনপুর থানাদা রাজাবু কন্নানা ফুবগে হায়বনচিংবা মরমশিং থীগৎলমগদবনী।

থৌদোক অমনা তাং ২৩/৯/৬৯, ইং লৈবাকপোকপা বামোন জর্ম্ম নুমীত্তা মতম অদুগী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রী মতি গান্ধী ইম্ফালদা অয়ুক পুং ১০ রোম তাবদা তুংলখি। হেক থুংলবগা মহাক, চিফ কম্মিসনর, চিফ মিনিষ্টরগা লোয়ননা উখুল তানা হিলেকোপ্তর তোংদুনা চৎখি। নোংচীংগী ফিভম ফত্তবনা উখুলগী হেল্লিপেৎতা তাবা যাদবদগী হল্লকপা তাখি। হল্লক্লগা মোইরাংদা তাখি। অদুদগী পোল্লোগ্রাউণ্ড ইম্ফালদা পব্লিক মিটিং অমা নুংথিল পুং ৩ রোম তাবদা তৌখি। মিটিং তৌবা হৌরকপদা

মীওই খরনা নুঙনা থাবা, গাড়ী মৈ থাবনচিংবা তৌদুনা সেক্যুরিটি ফোর্সনা নোংমৈ রাউণ্ড মশীঙ নাইদনা কাপ্পা তাখি। মীওই কয়ামরুম শিখি। পব্লিক মিটিং অদু মপুং ফাদনা লোইশিখি। খুদক্তা ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা নুমিদাং পুং ১০ দগী নোংঙানবগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা কার্ফীয়ূ থমখি। থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা এস.পি. শ্রী এল. গোপাল সিংহ ট্রান্সফর তৌরগা শ্রী অঙোম কামনিবিধু সিংহ এডিসনেল এস.পি.বু প্রোমোসন পীদুনা এস.পি. ওইহনখি। এস.পি. শ্রী এল. গোপাল সিংহ হেক শিনখিবদা ইন্সপেক্টর এম. ইবোপিশক ও.সি. আই.পি.এস. না হায়জদুনা ঐহাকপু ইম্ফাল থনাদা ট্রান্সফর তৌখি। হায়রিবা ট্রান্সফর অদুগী ওর্ডর অদু তাং ২২/১০/৬৯ ইংদা থোকখি। হুকুম অদুগী মতুং ইন্না ঐহাক তাং ৩১/১০/৬৯ ইং ইরাই নুমীৎকী নুংথিল পুং ১ তাবদা বিষেনপুর থাদোকখি। মতৌ অসুন্না ঐহাক বিষেনপুরদা ও.সি. ওইনা তাং ২৬/৭/৬৭ ইং দগী তাং ৩১/১০/৬৯ ইং ফাওবা হায়বদী চহী ২ গা থা অহুমলোম লৈরম্মী।

তাং ১/১১/৬৯ ইং থাংজা নুমীত্তা ঐহাক ইম্ফাল থনাদা অয়ুক পুং ৯ তাবদা জোইন তৌরে। সেনরিটিগী মতুং ইন্না ঐনা Imphal P.S. কী 2nd O/C ওইনা লৈরে। মতম অদুদা ঐগী তোলোব লুপা ৩৬৪ য়ৌরে। ইমাদা থা খুদীংগী লুপা ২০০/২০০ পিশিল্লে। ঐনা বিষেনপুরদা লৈরিঙৈদা ঐখোয়গী য়ুমগী নোংচুপ্তা শঙ্গোয় অমা খা-ব্রাংদা ফৈনা শারে অমসুং জিঙ্খনা কুপ্পুনা অব্রাং থংবা কাদা থবক শুফম মাঙ্গোল, ময়ায়থংবা কাদনা ইচননুপী শঙ্গাই অমসু মচা নুপী অনীগী কা ওইনা অদুগা মখা থংবা অদুদনা ইনাওশিংগী কা ওইনা লৈননবা শীল্লে। মমাংথংবা য়ুম অদুনা ঐ অমসুং ঐগী ফেমিল্লিগী ওইনা লৈরে। মতৌ অসুম্না য়াম্না চিন্না লৈরম্বদু খরমখৈ শাফরে। নোংচুপ থংবা শঙ্গোয়গী মনীঙদা তপথরগা চাকশং ওইরে। উখ্রুলদা লৈরিঙৈদগী হৌনা অরাকপা তোলোব, Arrear, T.A. ফংবগী পৈশাশিং অদু অসুম অসুম তুংশিল্লি। বিষেনপুরদা লৈরবা মতমদা State Bank of India দা account অমা হাংলগা পৈশাশিং অদু থমজিল্লী। য়ুমগী চৎনগদবা পৈশা থাগী ওইনা ইমাদা পীশিল্লি। ইমানা শীল্লী। বেঙ্কতা তুংশিল্লিবা অদুনা ঐগী পুক্রীংদা মওং তাবা য়ুম অমা শাগে হায়না খনবনী। মতম অদু ফাওবা মনিপুর ষ্টেট পুম্নমক ডিষ্ট্রিক্ট অমখক্তা ওইনা লৈরম্মী। তাং ১৪/১১/৬৯ ইং ইরাই নুমীত্তা উখ্রুল এরিয়াদা মণিপুর ইষ্ট অমসুং তমেংলোং এরিয়ানা মণিপুর ৱেষ্ট হায়দুনা মণিপুর অসি দিষ্ট্রিক্ট অহুমথোক্লা খায়দোকখ্রে। মণিপুরগী চীফ কম্মিসনরসু লেফটনেন্ট গভর্নর ওইনা অপগ্রেদ তাং ১৯/১২/৬৯ ইং ইরাই নুমীত্তগী চার্জ লৌখ্রে। মতৌ অসুম্না মণিপুর অসি পার্ট 'সি' ষ্টেট ওইরম্বদগী ইউনিয়ন টেরিটোরি ওইনা হায়রিবা নুমীৎ অসিদগী ওস্লোকখ্রে। তাং ১৪/১/৭০ ইংদা মিস্টর দি.আর. কোহলিনা মণিপুরগী লেফটেন্ট গভর্নর ওইনা চার্জ লৌখি।

তাং ১৬/১/৭০ ইংদা ঐগী ইমা বৃন্দাবনগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোকখি। তাং ৯/২/৭০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐগী ইচানীপা জিতেন, ইচানুপী সুজাতা মখোয় অনি Little Flower স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। তাং ১৩/২/৭০ ইং ইরাই নুমীত্তা ইমা বৃন্দবন্দগী য়ুমদা হল্লকখি।

## ইনস্পেক্তর ওইনা ফম কাবা

তাং ৪/৩/৭০ ইংগী নুংথিল পুং ২ তাবদা ইন্সপেক্তর প্রোমোসন পীননবগীদমক Class III DPC ফমখি। মতম অদুদা Mr. Madam Gopal Singh না I.G.P. ওইরম্মী। DPC না রিকোমেন্দ তৌদুনা ঐহাক, B.Sen, E. Ibohal, Tualkhanpao, A. Nilamani, Ch. Chandra অমসুং Th. Sajou ঐখোয় ৭ তাং ৫/৩/৭০ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Inspector ওইনা প্রোমোসন পীখি। Order No. 5/47/68 IGP dated 5/3/70 নী। ঐহাকনা Reserve Office Inspector ওইনা পোষ্টিং পীখি। অদুগা নুমীৎ অদুমক্তদা জোইন তৌখি।

R.O.I. ওইনা লৈবা মতম অদুদা ঐগী থবক অসি মখল মখা য়াম্মী। Manipur গী পুলিস ফোর্স পুম্নমক অসি S.P. অমত্তগী মখাদা লৈরম্মী। পুলিসগী S.I. গী রেঙ্কদগী Constable ফাওবগী appointment, promotion, transfer, discipline, action পুম্নমক S.P. গী ওফিসতা তৌরম্মী। S.P. গী ওফিস হায়ববু R.O.I. গী ওফিসতনী। পুম্নমক R.O.I না ইরগা S.P. না সহী তৌবনী। হৌজিক লৈরিবা ডিষ্ট্রিক্ট ৯ অসিগী তোঙান তোঙানবা S.P. ৯ গী থবক অদু মতম অদুদা ইম্ফালদা লৈবা S.P. অসিমতনা তৌরম্মী। থৌদোক ৱাথোক পুম্নমক্কী সেক্যুরিটি এরেঞ্জমেন্ট অদু R.O.I না draft তৌরগা S.P. দা put-up তৌরগা final decision লৌবম্মী। অসুম্না কনাগুম্বা ফোর্সগী মীওই অমগী মথক্তা ডিসিপ্লিনরি এক্সন লৌননবগী হুকুম ROI না ইবগা S.P. গী সহী লৌরম্মী। ডিপার্টমেন্টতেল action লৌননবা ইনক্কারি অফিসার হাপ্লগা মদুগী action অদু S.P. Office না হায়বদী R.O.I. না মোনিটর তৌই। ইনক্কারি ওফিসারনা থাগৎলকপা finding অদুসু ROI না scrutity তৌরগা S.P. গী অযাবা য়াদবা অদু লৌই। য়াবা তারগদী final order অদুসু R.O.I. না draft তৌই। ফোর্সগী মীওই পুম্নমক্কী service book সু R.O.I. না মেনতেইন তৌই। ফোর্সগী মীওই খুদীংমক্কী মখল মখা অয়াম্বা record অদু মী মীদুগী service book তা ইশিনবগী থবকসু R.O.I ওফিসতা তৌই। নোংম নোংমগী transfer, suspension, punishment, reward, leave, joining, অসিনচিংবা পুম্নমক মা-মাগী service book তা চনবগী থবক R.O.I. office গী মথৌনী। শম্না হায়রবদা S.P. গী administrative work পুম্নমক R.O.I. না তৌবম্মী। ঐনা R.O.I. দা promotion ফংবা মতমগা শ্রী অঙোম কামনিবিধু সিংহনা S.P. দা প্রোমোসন ফংবা মতমগা ইখেন খেন্নদে। অনৌবা S.P. ওইবগী য়াম্না কন্না, হৈনীঙনা থবক তৌরিঙৈ মতম অদুদনী ঐনা R.O.I. ওইরুরিবসিসু। ঙন্না কারক্লগা থেংনা ওফিসতগী হনবনা S.P. গী হৈনবী ওইরম্মী। মহাক্না ওফিস কারক্ত্রিঙৈদা ঐনা হান্না ওফিসতা লৈবা তাই। মহাক্না কুমখ্রবা মতুঙদা ঐহাক যুমদা হনবা তাই। মতৌ অসুম্না ছুটি নুমীৎ হায়বা লৈখিদে। ছুটি নুমীত্তনা ঐহাক খবা হেননা চিল্লি। মবমদি ছুটি ওইগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈগী ওফিস কুমলমদাইদা ঐঙোন্দা হায - "R.O.I. হয়েংদী নোংমাইজিংনি অদুনা অযুক অঙনবদা কারকউ, থবক খরা লোইথোকশি"। ঐসু ফগনি Sir হায়না খুমই। নোংঙাল্লগা নোংমাইজীং নুমীৎকী অযুক পুং ৭ তাবদা

ওফিস য়ৌগনি। পুং ৮ লোম তাবদা S.P. লাক্কনী। হেক য়ৌরকপগা অহানবা কৌগদবসি R.O.I. নি। নুংথিল পুং ১ রোম তারকপদা ঐঙোন্দা - হায়গনী - " R.O.I. ঐ চাক চারুখিগে, অদুগা থুনা লাক্কনী লৈরম্মু" অসি হায়রগা চৎখিগনি। পুং ২ রোম তাবদা হল্লক্লগা নুমিদাং পুং ৭ ফাওবা থবক চথগনি। করিগুম্বদা য়াম্না থেংবা ফাওবসু লৈবা য়াওই। মতৌ অসুম্না অয়াম্বা মতমদা নোংমাইজিং অমসুং অতৈ ছুটি নুমীত্তদী ঐহাক ইতৎ তত্তনা চরা হেল্লী। ঐগী ফম R.O.I. হায়বসি অসুক্কী মতিক তোয়না S.P. না শীজিন্নৈ। নোংমা ঐঙোন্দা ৱারী শাখি। ইণ্ডিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টর মণিপুরদা লাকপগী ঐনা security arrangement কী ড্রাফ তৌই। অকক্লবা মতমদা ড্রাফ অদু I.G.P. দা পুৎ অপ তৌগদবনী। শীজিন্নগদবা officers and men, police head quarter দগী মমিং পীরকই। Security arrangement তা V.I.P. না য়ৌগদবা মফম পুম্নমক Zone/Zone ওইনা খায়দোকই। Zone খুদীংমক্তা সেক্তর কয়ামরুম থোক্লা খাইদোকই। সেক্তর খুদিংগী পোষ্ট কয়ামরুম লৈ। কনানা Zonal Officer, কনানা Sector in charge, কনানা পোষ্ট পোষ্টকী O/C হায়বদু arrangement দা উৎলি। মদু শেম্বদা মতম অমসুং লেবর য়াম্না চঙই। ঐগী draft অদু S.P. না পারগা approve তৌরদুনা fair copy লৌরিঙৈদা S.P. lunch চাবা চৎখি। Bath Room দা ইরুজরমদাই toilet তা লৈরিঙৈদা ঙসাইগী এরেঞ্জমেন্ট অদু খন্দুনা অমগী মথৎদা অমা নীংশিংখি। জগা অমা ৱাৎহৌরে খন্দুনা toilet তগী য়াম্না লাউনা R.O.I.! R.O.I.! হায়না কৌবদা মেম সাহেব চেনশিল্লক্নুনা করিনো ঙাওরবা জাৎলা হংখি। মতম অদুতদা মহাক ভাব তারকখি। মসি ঐঙোন্দা ৱারী ওইনা লীখিবনী। Shri Kamnibidhu না S.P. ওইবা মতমদু ঐহাকসু ঙম্বা মখৈ ফোর্সকী চাওখৎবা হোৎনখি। মতম অদুদদী ডিপার্টমেন্ট অসি য়াম্না চম্না থবক তৌনফম ওইরম্মী। মশা মশাগী ফংবা তোলোব অদু incriment লৈ হায়বা ফাওবা কনাসু খন্নরমদে। অদুনা চহী ১০/২০ সর্বিস তৌরবা কোন্সটেবলশিং অদু অরেপ্পা তোলোব অমদা অদুম ফংলম্মী। ঐনা R.O.I. ওইবা মতমদা হেক অরৈবা সিফাইদগীনা ইনস্পেক্তরগী রেঙ্ক ফাওবা চহী চহীগী incriment শারম্মী। ঐগী ষ্টাফতা ঐনা instruction পীরম্মী। কনাগুম্বা অমত্তগী incriment due হাপ্তা ফানা থম্বা য়ারোই। অদুনা incriment তথত্তুনা শারম্মী। মদু S.P. না approve তৌরগা O.B. দা হায়বদী order book তা চল্লগা কোপী অদু accountant তা পীরগা ইনক্রিমেন্টকী arrear শাগদবনী। মহৌশা ফংনরমদবা increment কী arrear ফংনরকপা অদুদা ফোর্সকী মী ওইশিংনা মাগী মাগী হংবা লাকপদা R.O.I. গী ওফিস অসি মীনা ক্রক ক্রক ইন্নরে। নোংমদা increment চামদগী তাদনা S.P. দা put-up তৌরম্মী। S.P. না অহানবদদী থুনা থুনা approve তৌরগা থাদোকক্লম্মী। নোংম-নোংমগী সার্ভিস-বুক ১০০/২০০ মাগী তেবলদা put-up তৌবদুদা মহাক শাউরক্লে। ঐবু কৌশিল্লগা হায়। নোংম-নোংমদা service book চাম-চনী। চাম-চনী থাজিল্লকলিবা অসি পু-থাংবা ঙমদ্রে। নহানমখৈ কৈদৌরম্বগে হায়রে। ঐনা খুমখি - Sir অঙাংশিংগী ফংফম থোকপা ইনক্রিমেন্ট অমত্তা হান্নদী শাবীরমদবনা কনাসু তোলোব হেঙ্গৎপা অমদী increment ফংবগী ৱাখল লৈনরমদে। Sir না S.P. ওইরকপদগী মখোয় খুদীংমকী arrear য়াওনা increment ফংবসিদা অঙকপা ফংনা Sir বু থাগৎনরে। খরনা ফংলগা খরনা

ফংদ্রবদী অচুম্বা ওইররোই হায়দুনা ঐনা ফোর্স পুম্নমক্কী increment শাবনী। ৱাফম অসি তাবদা S.P. অদু অতৈ থবক থম্লগা ইনক্রিমেন্ট অদু লোইনা approve তৌরে। ঐবুসু মহাক্না য়াম্না থাগৎলে। নুমীৎ অদুদগী হৌদুনা increment গী statement, put-up তৌবদদী অপনবা লৈখিদ্রে। মতৌ অসুম্না থা ৫/৬ কী মনুংদা মীওই খুদীংমক্কী increment, up-to-date তা থম্বা ঙমখি।

শোক ১৯৭০ গী লোইরকপদা IPS Officer Mr. Malik কৌবা অমা deputation দা মণিপুরদা লাকখি। মহাক লাকপদগী মণিপুরদা S.P. অনী শুরে। Mr. Malik পু S.P./Hills হায়বা পোষ্ট অদুদা থমলে। উখ্রুল, তমেংলোং, সেনাপতি, চুরাচান্দপুর অমসুং চান্দেল হায়রিবা চীংগী লমদা পুলিস এডমিনিষ্ট্রেসনগী থবক Mr. Malik তা শিন্নরে। অদুবু মওং তাদবা অমদী S.P./Hills গী স্তাফ লৈরমদে। মহাক্কী order অমসুং শীন্দোক শীঞ্জিন পুম্নমক ঐনা তৌবা তারম্মী। তোঙানবা ষ্টাফ য়াওদনা S.P. অনীমক্কী থবক পুবদা ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইখি। A.P. Mannual গী রুল মতুংইন্না S.P. গী হুকুম পুম্নমক order book তা চনগদবনী অমসুং নুংতিগী ওইনা S.P. মশামক্না order book তা sign তৌগদবনী। অদুবু SP/Hillsগী তোঙানবা order book লৈরমদে। মহাক্কী হুকুম অদু হান্নগী order book তা চনশিল্লগা SP/Valley না শোই তৌবা তারম্মী। S.P. অনী মেন-পৱারগী মতাংদা ময়েক শেংদোক্লদে। SP/Hills না ঐবু-কৌবগা অদু-অদু order থোকউ হায়রকপা অদু ঐনা SP/Valley গী অয়াবা য়াওদ্রবদী O.B. দা চনবা ঙমদে। SP Malik না Head Constable খরা তমেংলোংদা পোষ্টিং তৌননবা ঐঙোন্দা হায়খি। হায়রিবা H.C. অদু Valley গী pool দগী লৌথোকপা তারম্মী। Mr. Malik অমসুং Mr. Kamnibidhu অনী তান্নরগা তৌগদবদু ঐঙোন্দা ইনশিল্লী। SP/Hills গী অপাম্বা অদু ঐনা SP/Valley দা report তৌরগা অয়াবা লৌননবা হায়রুবদা য়ারকখিদে। অদুনা SP/Hills গী order অদু ঐ comply তৌবা ঙমখিদে। Mr. Mallik না ঐগী পোজিসন অদু খনবিখিদে। তাং ২২/১০/৭০ ইং শগোলশেন নুমীৎকী অয়ুক্তা Mr. Mallik না ঐবু মাগী ওফিসতা কৌরগা করিগীদমক মহাক্কী instruction comply তৌদ্রিবনো হায়খি। ঐনা মঙোন্দা ঐগী ওকৱারড ওইবা ফীভম অদু লীখি। অদুবু মহাক্না ঐঙোন্দা শাওজিল্লকখি। আশা তৌদবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ঐঙোন্দা লাওরকখি। অদুগীসু মথক্তা নোংঙাল্লগা হায়বদী তাং ২৩/১০/৯৯ ইংদা ঐঙোন্দা অইবা ওইনা ফোর্সকী ডিপ্লোইমেন্ট ষ্টেটমেন্ট পীদবগী এক্সন লৌরোইদবগী explanation অকক্লবা মতমগী মনুংদা পীগদবনী হায়না call তৌখি। মতৌ অসুম্না S.P. অনীগী মরক্তা ঐহাক পুক্লীঙ লৈতাবা ঙমদনা মতম কয়া লেনখি। R.O.I. গী চিনখ্রবা থবক অদুগী মথক্তা Law and Order গী থবক্তসু য়াওরম্মি। হাপতা অমগী মনুংদা নুংথিলদা অমুক অমসুং নুমিদাংদা অমুক ইম্ফালগী জাগা জগাদা para-military force গা লোয়ননা patrolling তৌরম্মী।

মণিপুর রাইফলসগী অনিশুবা বটালিয়ন্দা Shri D.R. Gogoi কৌবা নহা ওইরিবা আইপিএস ওফিসার অমনা Commandent ওইরম্মী। মহাক্না Commandent ওইবা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা তাং ২১/১/৭১ ইং শগোলশেন নুমীৎতা মহাক্না মশাগী কার অমা থৌদুনা ডিমাপুর রোড লোমদা চৎখ্রগা কাংপোকপী য়ৌগদবা মাইল অহুমলোম ৱাৎলিঙৈদা শোরোক্তা মাগী কার অদু খাম্লগা মতোমত মাগী রিভোলবরনা মকোক্তা

মকোক্তা কাপ্তুনা অত্থাঘাৎ তৌদুনা শিখিরম্মী। হায়রিবা Mr. D.R. Gogoi গী মহুত্তা SP/Hills Shri V.K. Malik পু 2nd M.R. দা C.O. ওইনা পোষ্টিং order তাং ২২/১/৭১ ইংদা থোকখি। মতৌ অসুম্না তাং২৩/১/৭১ ইং থাংজ নুমীত্তা Mr. V.K. Malik না S.P./Hills গী চার্জ Mr. Kamnibidhu দা শীন্নরগা C.O. 2nd Mr. গী চার্জ লৌখি। মরক অসিদা ঐগী ইচানুপী খেরোদা চহী মরি শুরক্লদুনা তাং ১১/২/৭১ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Little Flower School দা Nursery Class তা মিং চনখি। ঐনা R.O.I ওইরিঙৈদা পুক্লীংদা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। মদু ঐগী য়ুমদনী। তাং ২৫/৫/৭১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী অয়ুক পুং তরুকলোম তাবদা ঐগা হেক য়ুমলোন্নবা লৈমিন্নবা এলাংবম চাওবা অমসুং কৈশাম লৈকাই স্কুল লৈরক্তা লৈবা কৈশাম জীবোন পিং মৃত: সাজৌবী সিংহ অনী-অসি ঐখোয়গী মমাংগী শোরোক্তা ফমলগা অচৎ-অওক লক্লদুনা ৱা, ৱা হিগত্তুনা নোক্তুনা লৈরম্মী। নুপীমচা খরা শোরোক্তা চৎপদা মখোয় অনীনা ৱাঙাং ৱাতা লুদবা শীজিন্নদুনা লক্লরম্মী। কনানসু মখোয়দা ৱা ঙাঙবা ঙমলমদে। ঐগী অমসুং ঐগী ইমুং মনুংগী মীওইগী মমাংদা মখোয় অনীনা তৌরিবা মতৌ অদুদা ঐহাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা মখোয় অনীদা হায়রম্মী - "নখোয় অনী থবক অমত্তা তৌনীঙাই লৈত্রব্রা? মী লক্লরগা নখোয়গী করি কান্নবা ফংগদৌরিবনো?" মতম অদুদা জীবোন হায়রিবা নুপামচা মশাগী চহী ২১ বোম শুরবসিনা ঐঙোন্দা করি তৌগে হায়রিবনো? হায়না শীঙনরকখি অদুগা ঐগা য়ুমলোন্নরিবা চাওবা (২০) হায়বসিনা ঐগী তুংদা লাউ খোংদুনা ঐবু হাৎলগা পুন্সী চুপ্পা জেলদা লৈরবসু লৈগনি হায হায়না ইমুংগী মীনা তমখি। মখোয় অনীগী মওং অদু রিকোর্টতা লৈহৌনবা ঐনা ইম্ফাল থনাদা জেনেরেল ডাইরী অমা চনখি। নম্বরনা entry no. 903 dt 25.5 at 2 15 p.m. নী। অসুম্না লৈকাইগী অঙাংশিংগী মরমচৎ অদুদা পুক্লীংদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি। তাং ১৯/৭/৭১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইনাওনুপা মাইপাক্কী অহানবা মচানীপা অমা হৌজিক মমিং "নন্দো" হায়বসি পোকখি। মতম অদুৱাইদগী হৌনা ঐবু পোকপা বাজিদী লাইনীং লম্বীদা চংখ্রে। ঙা চাখিদ্রে অমসুং মতোমতা খাঙপোক মচা অমা মনীংলোমদা শাবগা মদুদা লৈদুনা মখুৎনা চাক থোংলগা ঈশ্বরদা কৎলগা চরা নাম্মতা চাদুনা লাইনীংখ্রবনী। তাং ৯/৮/৭১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা 'বাজি' রাধা কুণ্ডুগীদমক য়ুম থাদোকখি। কাউবা য়াদবা অমনা ঐগী ফনবতা খনবা ঐবু লমজীংবীবা লৈকাইগী ইয়াম্বা শ্রী কৈশাম তোম্বী সিংহ তাং ৬/১১/৭১ ইং থাজ নুমীৎকী নুমীৎয়ুংবা মতমদা হোস্পিটালদা অরোইবা য়াহীপ তানখি। পাও অসী কৈশাম ইবোতোম্বী সিংহ A.O না তেলিফোন্দা হায়রকপনী। পুক্লীংদা নুঙাইতবগী ডাকফম অমা পাও অদুনা ঐঙোন্দা পীখি। মহাক্ক লোয়ননা বী এ পরিক্ষা থাননবা হোৎনমিন্নরকপা, অৱা-অনা কয়াদা তাথোক তাশিন তৌমিন্নরকপা, মীগী ফনবতা খনবা মাগী থম্মোয় পুম্নমক অদু নীংশিংখি। তাং ৩/১২/৭১ ইংদগী ভারত অমসুং পাকিষ্টানগী লান হৌখি। তাং ১৭/১২/৭১ ইং ইরাই নুমীত্তা পাকিষ্টান লান্মীনা ভারত লান্মীদা সরেন্দর তৌখি অমসুং তাং ১৮/১২/৭১ ইংদগী সিজ ফয়ার লাওথোকখি অমসুং "বঙ্গলাদেশ" কৌবা

অনৌবা মনীং মথা তম্বা লৈবাক অমা পোকখি। বাজিনা রাধা কুন্দদা লৈখিবা এদ্রেশ অদু C/O চিরোম গোপাল, গোপিনাথ মন্দির, নৌতুনগেরা, P.O. রাধাকুণ্ড, ডিষ্ট্রিক্ট মথুরানী। য়ুমদা হল্লক্লবা বাজীদা ঐনা চিঠি কয়া মরুম থাখি অদুবু পাওখুমদী হল্লকখিদে। ঐনা R.O.I. ওইরিঙৈদা কাউবা য়াদনা নীংশিংদুনা লৈরগদবা থৌদোকশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমদী তাং ২১/১/৭২ ইং ইরাই নুমীত্তা ইন্দিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা মণিপুরদা লাক্লগা মণিপুর "Statehood" লাওথোকখিবা অদুনী। মণিপুরগী অহানবা গর্বনর Mr. B.K. Nehru নী অমসুং মহাক দুৱেল চার্জ পুরম্মী। তাং ৮/২/৭২ ইংদা মহাক অহানবা ওইনা মণিপুরদা লাকখি অমসুং তাং ১২/২/৭২ ইং ফাওবা ইম্ফালদা লৈরম্মী। ঐহাক R.O.I. ওইরিঙৈ মতমদা দেল্লীদা অতেনবা ত্রেনিং কোর্স অমগীদমক খনখী। ত্রেনিং অদুদী "The Role of Police in dealing with Juvenile Delinquency" হায়বা অদুনী। ত্রেনীং অদু হাফতা মরিখক্তগীনি। মফমনা দেল্লীগী বসন্তবীহারদনী। ত্রেনীংগী সেন্টরনা "Institute of Criminology and Forensic Science" New Delhi নী। Training অদু তাং ১০/৪/৭২ ইং ফাওবনী। Organise তৌবনা মিনিষ্টর ওফ হোম এফেয়ারস, গোর্ভনমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়ানী। হায়রিবা The Role of the police in dealing with Juvenile Delinquency" হায়বসিদা মনুং চল্লিবসি লেকচর, সেমিনার, ফীল্ড ভীজিৎস অমসুং ৱার্ক এসাইনমেন্টশিংনী। মরুওইবা এবিয়াদী সোসিয়েল সিষ্টেম, সোসিয়েল চেলেঞ্জ অমসুং সোসিয়েল প্রোব্লেমশিংনী। ইনস্ত্রকসন তু থীওরীতিকেল এসপেক্ট ওফ ক্রিমিনোলোজিশিং, Juvenile Delingnency লেজিস্লেসন অমসুং সর্ভিসেস রিলেসন টু চিলড্রেন, প্রোবেসন অমসুং আফতর কেয়ার ৱিথ রিফরেন্স তু চিলড্রেন, কম্মুনিটি একসন অমসুং প্রোগাম ফোর প্রিভেন্সন ওফ ডিলিনক্বেনসি অমসুং স্ফেয়ার ওফ পুলিস এক্সন অসিনচিংবা ত্রেনিং অদুদা কোভর তৌই। ত্রেনিং অদু য়াওননবা ঐহাক তাং ৯/৪/৭২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা দেল্লী য়ৌই। দেল্লীদা ঐগী মরুপ অমা লৈ। মহাক ঐনা বিষেনপুর থনাগী ও-সি ওইরিঙৈদা বিষেনপুরগী হেলথ সেন্টরদা মেডিকেল ওফিসার ওইনা লৈরম্মী। ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নখি। মঙোন্দা ঐহাক লাকপগী পাও হান্ননা থাখিরম্মী। অদুনা মহাক হায়রিবা তাং ৯/১/৭২ ইংগী অয়ুক পুং ৬ তাবদা দেল্লীগী রেলৱে ষ্টেসন্দা ডাক্তব গোপিরোমোন কৌবা অমগা ঐবু ওকপা লাক্লমই। মখোয় অনীনা পুদুনা ঐহাক ডাক্তরগী ক্বাতরদা সোরোজীনী নগরদা চৎলে। ঐহাক্কী ত্রেনীং লোইদ্রিবা ফাওবা ডা: এস. পি সরকারগীদা লৈরম্মী। তাং ১০/৪/৭২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐহাক ত্রেনিং সেন্তরদা জোইন্ট তৌরে। ঐনা লৈরিঙৈ মতমদা তাং ১২/৪/৭২ ইংগী নুমিদাংৱাইদা ডা. সরকার, ডা: গোপিরোমোন অমসুং ঐহাক মণিপুরগী সি.এম. Md. Alimuddin অমসুং Education Minister Y. Yaima Singh মখোয় অনী পতাউদি হাওসতা উন্নরুই অমসুং ডা: গোপিরোমোন সিংহবু মণিপুরদা পুবীরক্লবা ৱানোমলুই। ডা: গোপিরোমোন কছারদগীনি। ইম্ফালদা পোষ্টিং লৈরিঙৈদা নিংথৌখোংদগী নুপী অমা লৌদুনা মচা নুপা নুপী কয়ামরুম পোক্লুনা ক্বাকৈথেলদা ইংখোল লৈরগা য়ুম শাদুনা লৈরে। মতম অদুদা ডাক্তরশিং অসি মণিপুরগী মফম মফমদা

পোষ্টিং তৌরবসু সেন্ট্রেল সর্ভিস ওইনা লৈরম্মী। মণিপুরনা ষ্টেট হুড ফংলবা মতুংদা ডাক্তর অয়াম্বা সেন্টরদা পোষ্টিং পীখ্রে। ডা. গোপিরোমোনসু মতৌ অসুম্না দিল্লীদা পোষ্টিং পীখ্রে। অদুবু মহাক ফেমিলিগী ৱাখন্দা মণিপুরদা লৈনীংখি। মদুগীদমক্তা তাঞ্জা ফংলিঙৈদা সি এম দা হায়নীংলম্মী। মরম অদুনা ঐহাক য়াওনা সি এম উন্নরুবনী। ত্রেনিং মনুংদা ট্রেনিং কোর্স অদুগী ডাইরেক্তর Mr. K.S. Shukla কৌবা নহা অমগা কোর্স অদুগী মনুংদা কোভর তৌরিবা মফম মফম কয়াগী visit তৌখি। অঙাংগা মরী লৈনবা মফমশিং ঙাক্তনী। ভীজিৎ ময়াম অদুগী মনুংদা ত্রেনিংগী তরুকনিচনবা নুমীত্তা হায়বদী তাং ১৫/৪/৭২ ইং থাজ নুমীত্তা SOS Village কৌবা মফম অমা ভীজীৎ তৌই। ত্রেনিশিং অদু ষ্টেট অমসুং ইউনিয়ন টেৰিতোরি ১৮ দগী লাকপনী। মফম অদু গ্রীন ফিল্ড হায়না খঙনৈ। SOS চিলদ্রেন ভীলেজ হায়রিবা greenfield দা লৈবিবা প্রোজেক্ট অদু ফরিডাবাদ মনাক্তনী। প্রোজেক্ট অদুগী ডাইরেক্তর অদু Mr. J.N. Kaul কৌই। প্রোজেক্ট অদুদা খাংপোক ১৭ খক লৈ। কম্যুনিটি হোল অমা, ওফিস মচা অমা, ফাষ্ট এদ সেন্টর অমা লৈ। খুঙ্গং মচা অমা ওইনা শেমলবা প্রোজেক্ট অদুদা পোকপা কুইদ্রিবা অঙাংদগীনা চহী ১৬/১৭ রোম শুরবা অঙাং কযামরুম লৈরম্মী। প্রোজেক্ট অদুগী এক্সিক্যুতিব ডাইরেক্তরগী মতুং ইন্না প্রোজেক্ট অদুদা অঙাং ১৫০ রোম লৈ হায়। খাংপোক অমমমদা অঙাং ৮ দগীনা ৯ ফাওবা লৈ হায়। নান্না লৈরবা খাংপোক খুদীংমক ফেমিলী অমমম ওইনা শেম্মী। ফজনা ত্রেনিং তৌরবী নুপী অমমম্না ফেমিলি অমমমগী মমানী। খাংপোক খুদীংমক্তা লিভিং রুম অমমম, কিচন অমমম অপীকপা তুমফম কাশিং লৈ। প্রোজেক্ট অদুদা চত্থরিবা মওং অদু ইনষ্টিট্যুসনগী মওং তাদনবা ফেমিলিগী মওংদা লৈননবনী। বাল-ভবন্নচিংবা ঐখোয়না ভীজিৎ তৌরুবা মফমশিংদা অচৌবা হোল অমা, মদুদা ফমুং পরেং, পরেং অচৌবা কিচন অমসুং ডাইনীং হোল অসিনচিংবা SOS village দা লৈতে। ইষ্টিটুসনশিংদদী অঙাংশিং অদু মমা-মপা লৈজদবা সরকারনা নত্রগা মেনেজমেন্ট অমনা য়োকপিবগী মওং অদু অঙাংশিংগী থম্মোইদা মুৎপা লৈতনা ফাওহল্লী। মখোয় অসি মমা মপা লৈজদবনীকো অতোনবা হায়বদু মখোয়নীকো শিদনবা হিংদা হিংননবা য়োকপি থাকপিরিবনী হাযবসি জ্ঞান তারবা অঙাংশিং লোইনমক খঙই। অদুনা সাইকোলোজিকেল্লী মপুক্নীংদা মেনতেল ডিপ্রেসন অমদী কোক্তনা লৈ। মদুনা মখোয়গী পুন্সিদা শোয়দনা ইফেক্ত তৌই। অদুবু হায়রিবা SOS Village অসিদদী অসিগুম্বা ইনষ্টিতুসনগী মমি তাদনবা হোৎনৈ। পীক্লিবা অঙাংশিং মমা মপা অদুনা ইরুজবিদুনা, শেম শাবিদুনা, পীজ-পীথক তৌবীদুনা মাগী মাগী ফমুংদা হীপহন্দুনা, ৱারী লিবিদুনা স্কুল চৎপা থীন্দোকপিদুনা অমসুং হল্লকপদা ওকপিদুনা, য়োক থাকই। মাগী মাগী একাউন্ট হাংবিদুনা লুহোং কৈহোংবা ফাওবা য়োকপী থাকপি তৌই। লুহোংলবা মতুং ফাওবা মমাগী পার্ট লৌরিবী অদুগা মরী তৎনদে। নুমিদাং ৱাই পুং ৬ তাবদা নুমিদাংগী প্রেয়র তৌবা ঐখোয় উরকই। অঙাংশিং অদু য়াম্না লূ নান্না মমা মমানা খুলগী ময়ায়দা লৈবা অচৌবা প্লে-গ্রাউণ্ডদা পুথোরকই। পরেং লেপহল্লী। মখুৎ মচা অদু লোন্নরগা লাইশোন ঈশৈ শকই। নোয় পেল্লবা মমায় অদু থাঙ্গত্তুনা নুংশিনা ঈশৈ শকমিন্নৈ।

SOS Children Village গী objective অদু মখোয়গী ডাইরেক্তর Mr. J.N. Kaul না ময়ামদা ফোংদোকই - অঙাং পুম্নমক অসি মমা-মপা, লৈননবা য়ুম, মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা, শান্নফম, চাবা-থকপা,

শেন্বী শাবীবা, য়েংশিনবীবা, মখোয়বু মপুক্লীং থৌগৎপীবা, ঙাকপি-শেনবীবা অসিনচিংবা দরকার ওই। SOS Children Village দা লৈরিবা অঙাংশিং অদু রেলৱে ষ্টেসন্দা হুন্দোক্লম্লবা, য়োকপা ঙমদ্রদুনা থৌওইবীদ্রবা, হুন্দোকপিরবা অমদী কাউথোকপিরবা, ময়ুম পান্দ্রিবীশিংনা পোক্লগা সমাজগী মীনোক কিবদগী লোন্না থনম্লবা, মমা-মপা লৈজদ্রবা মীওই ঙাক্তনী।

অদুগুম্বা অঙাংশিং অদু খোমজিল্লগা মখোয়গী দরকার ওইবশিং অদু পীরগা য়োকখৎলক্লিবা অমদি য়োকখ্রবা অুদগুম্বগী থবক অদু প্রোজেক্ট অদুদা পায়খৎলী। প্রোজেক্ট অদুদা অঙাংগী দরকার ওইবশিং হায়বদী, মমা মপা, য়ুম, সেক্যুরিটি, মহৈ তম্বীবা, লমজিংবীবা, চীঞাক, মফি-মরোন, পুন্সি, তুংগী পুন্সি অসিনচিংবা পীবিরে। অমসুং মখোয়না মী অমা ওইনা লেপ্পা ঙম্লবা মতমদা মাগী মাগী লম্বীদা চৎহল্লী। মসিনী SOS Children Village গী উদ্দেশ্য্য।

SOS Children village য়েংলুরগা পুক্লীঙদা ৱাখল কয়ামরুম ফাওরকই। প্রোজেক্ট অদুদা লৈরিবা অঙাংশিং অদু করিগুম্বা মাগী মাগী লাইবক্তা হুন্দোকলম্না থোক্লবদী খরনা শিখিবা য়াই। হিংহৌবা খরনা অফং অফংবা চাদুনা, নীংঙক নীংঙকপা তৌদুনা, চাননবগীদমক মখল মখা কয়াগী ক্রাইম তৌদুনা Juvenile delinquent হাযবদু ওইরমগদবনী। প্রোজেক্ট অদুগী মপান্না delinquent ওইরমগদবা কযামরুম কন্দুনা মী ওইহল্লীবনী। মখোয় অদু নত্তবা, য়েংশিনবীদ্রবা লেমহৌরিবা অঙাং কয়াগী পুন্সিদী খল্লুবদা অৱাবা পোকই। প্রোজেক্ট অদুনা সোসাইটিবু শেমদোকপদা পাংলিবা মতেং অদু চুম্না ৱাখন্না খল্লম্বদগী রিয়েলিটিদা পুশিল্লকই। ঐখোয়গী ৱাখন্দা অশাবা মমা হায়বদু লৈরমগদবা মান্দে। মমা অতোম্বী ফাওবদা কিনরিবনী। অদুবু প্রোজেক্ট অদুদা লৈরল্লীবা ট্রেন তৌরবী মমাশিং অদুদী অঙাংশিং অদুগা মমামক ওইনা লোয়নবা উরকই। উপাই লৈত্রবা, য়োকপী শেনবীনীঙাই য়াওদ্রবা মরাইবক থীরবা তৌইগুবসুং নীংথিনা য়োকপি থাকপিরবদী জাতিগী য়ুম্বী ওইরগদবা কয়া মীনা খঙবী উবীদনা মাঙখ্রবনী। অমসুং মাংলমলগবনী। প্রোজেক্ট অদুগী Executive Director Mr. J.N. Kaul গী মতুংইন্না প্রোজেক্ট অদুগী অঙাং ২৭ থক দেল্লীগী খ্বাইদগী ফববা Public School দা admission test দা মায় পাক্লুনা মিং চনখি অমসুং মথং মথং তমথরি। মতম অদুদা পুক্লীংদা ফাওখি করিগুম্বা মখোয় অদু প্রোজেক্ট অদুদা লৈরমদ্রবদী উফুললক্তা তাদুনা মাঙলমগনি। প্রোজেক্ট অদুদা মমা অমসুং মচাগী মরী অদু ফজনা উৎলী। মমাশিং অদুনা অঙাংশিং অদুদা অসুক্কী মতীক এতেস তৌখ্রে। মমাশিংনা ফংবা পীকখ্রবা তলবতগী সেভিং তৌরগা মচাগী একাউন্ট হাংদোকপী। মচা অদুনা ময়ুম পানখ্রবা মতম ফাওবা মরী তৎনদে। মসি Mr. J.N. Kaul না হায়বনী। ঐগী ৱাখন্দা correctional ইনষ্টিটুসন শিংদগী SOS Children Village দা চথরিবা প্রোজেক্ট অসিনা হেন্না সাইন্টিফিক ওই। Juvenile Delequency গী অতেনবা course অদু তাং ৯/৫/৭২ ইংদা লোইশিল্লে। Course অদু যাওবল্লে হায়বগী Certificate অমা ফংলে। অদুদগী ঐহাক ডা. S.P. সরকারদা বিদাই পীরম্লগা কলকতা ফাওবা রাজধনী এক্সপ্রেসদা চৎলগা কলিকতাদগী ইম্ফাল ফাওবা প্লেন্না লাক্লে। মতৌ অসুম্না ঐগী মপানগী ট্রেনীং লোইখিদুনা R.O.I ওইনা অমুক জোইন্ট তৌরে।

হৌখিবা শোক ১৯৬৫ দগী হৌদুনা ঐনা ঐগী য়ুমদা Electric Connection পীননবা কন্না হোৎনখি। উখ্রুলদা অমদী বিষেনপুরদা ইলেক্ট্রিক শীজিন্নরক্লবনীনা য়ুমদা য়াম্না মমই অমসুং য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওই। থোইদোক্লসু ঐদী মীৎ ফত্তবনীনা অমম্বসি য়াম্না ৱায়। Mr. Solomon না মন্ত্রি ওইবা মতমদগী ঐগী য়ুমগী connection পীবিনবা হোৎনৈ অদুবু চহী কয়ামরুম অসি ফংবা ঙমদনা লেল্লকই। দরখাষ্ট কয়া থারে মন্ত্রিগী recommendation কয়া তৌরে অদুবু হৌখিবা চহী ৭/৮ অসি কান্নফম খঙদনা লৈরকই। মমৈদা তাং ২/৬/৭২ ইংদা E.E. Maintainance Division No. 1 গী order no. Em-1-WKS/2(2)72/III/ 8157-60 dated 2/6/72 গী মতুং ইন্না ঐগী য়ুমদা electric service connection পীখি। অদুনা তাং ৮/৬/ ৭২ ইংদগী য়ুমদা electric ফংখি।

মতম অদু MPP গী Md. Allimuddin না লুচিংবা ULP Govt. লৈরম্মী তাং ১৫/৩/৭৩ ইংদা ULP দগী MLA তবেৎ ডিফেক্ট তৌখিদুনা Md Allimuddin না লুচিংবা গোভর্নমেন্ট অদু মাইনোরিটি তারে। তাং ২৬/৩/৭৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Md. Allimuddin না লুচিংবা গোভর্নমেন্ট অদু রিজাইন তৌখ্রে। তাং ২৮/৩/৭৩ ইং য়ুমশকৈশ নুমীত্তা মণিপুর বিধান সভা মুথত্তুনা প্রসিদেন্ট রুল চল্লাইখবে। প্রসিদেন্ট রুল মতমদা S.P শ্রী কামনিবিধু ট্রান্সফার তৌরগা শ্রী কেশো সিংহবু S.P./Central ওইহল্লে। মতম অদুদা ঐহাক অৱাবা দশা অমা নংখি। তাং ১/৪/৭৩ ইং নোংমাইজীং নুমীত্তা ইচা নুপী অহল সুজতা ময়াম্না জীতেনগা সাইকল তোংদুনা শান্নবদা তুশিন্দুনা মাগী য়েৎথংবা খুৎকী খুনীংদা ফ্রেকচর ওইখি। নোংঙানবগা কোন্দুম সিংহ কৌবা তখেল লৈকাইদা লৈবা মাইবা অমদা পুদুনা য়েংহল্লী। অদুবু অসুম অসুম পোমখৎলক্তুনা তামো অয়েকপম বীরমাঙ্গোল সিংহনা শীনবিদুনা Dr. K. Deven Singh না তাং ৫/৪/৭৩ ইং শগোলশেন নুমীত্তা operation তৌখি। Plaster of Paris হৈদুনা বেন্দেজ তৌদুনা লেংহন্দনা থমখি। তাং ১২/৪/৭৩ ইংদা অনীশুবা বেন্দেজ তৌই। অহুমশুবা ওইনা POP slate অদু তাং ১৯/৪/৭৩ ইংদা অমুক শিল্পগা bandage তৌই। মরিরক শুবা ওইনা তাং ১/৫/৭৩ ইংদা সুজাতাগী POP slate অদু চেক তৌই। মঙারক শুবদা তাং ৭/৫/৭৩ ইং নিংথৌকাবদা সুজতা হোস্পিতালদা পুই। অদুবু মাগী POP অদু মথংগী ইরাইদা লৌথোক্কনী হায়রে। কাইনথংদা ইচানুপী শুজাতা তরুকলকশুবা ওইনা তাং ১১/৫/৭৩ ইং ইরাই নুমীত্তা হোস্পিতালদা পুখৎলে। নুমীৎ অদুদা মাগী য়েৎথংবা খুৎকী Plaster of Paris অদু লৌথোক্লে। মতৌ অসুম্না ইচা নুপী অহল সুজাতা থা অমামখায়রোম স্কুল কাবনচিংবা অমত্তা ঙমদনা লাইয়েংদুনা মহাক্কী য়েৎথংবা খুৎ অদু হান্নগী ফীভমদা হঞ্জিহনবা ঙমখি।

মণিপুরদা অনৌবা পুলিস ষ্টেসন ১১ হাংদোক্তুনা পুলিস এডমিনিষ্ট্রেসন পাকথোক চাওথোকখি। নুমিৎ অদু তাং ১৫/৫/৭৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎনি। পুলিস ষ্টেসনসিং অদুদী (১) অৱাং সেকমাই (২) লমশাং (৩) নম্বোল (৪) শিংজমৈ (৫) লিলোং (৬) য়াইরিপোক (৭) তেংনৌপল (৮) ককচীং (৯) ৱাইখোং (১০) সুগুনু (১১) চকপীকারোং অসিনী। S.P. কেশোগা লোয়নবা হায়রিবা পুলিস ষ্টেসনশিং অদুগী মনুংদগী শুগনু অমসুং চাকপীকারোং নত্তনা অতৈ ৯ দা থানা হাংদোকপা য়াওরুই। অয়ুক পুং ১০ গা মি: ১৫ দগী চৎপনা নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা হল্লকখি।

তাং ২৭/৫/৭৩ ইং নোংমাইজীং নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ মি: ৩৫ ঐগী ইচানুপা অতোম্বা শামানন্দ পোকই । মহাক পোক্লবা মতুংদা নাওফম তাদদুনা নর্সনা ডাক্তর কৌসি হায়দুনা কোইচেন চেন্নখি। ঐগী নুপী কৈন্যা মতম শাংনা ওন থোইদুনা অৱাবা খাঙখি। শাথীনা খুদোং থীবা নংলগদ্রা হায়বগী চিংনখি। অদুবু মমৈদা নাওফম তারক্লুনা করি থোইদোকপা তৌদনা অৱাবা কোকখি।

মতম অদুদা মণিপুর অসি ডিষ্ট্রিক ৫ থোক্লা খায়দোকলে। মণিপুর ইষ্ট, মণিপুর ৱেষ্ট, মণিপুর নোর্থ, মণিপুর সাউথ অমসুং মণিপুর সেন্ট্রেল অসিনী। Shri K. Satyabrata Addl. S/P বু S.P. /South ওইনা অমসুং Shri Momin Keishing বু S.P./West ওইনা তাং ১২/৭/৭৩ ইং শগোলশেন নুমীত্তা প্রোমোসন পীরে।

ঐনা ROI ওইরিঙৈদা ঐগী স্তাফতা SI অমা লৈরম্মী। মমিংনা Ksh. Jarma কৌই। মহাক য়াম্না হায়বা ইনবা Smart ওইবা S.I. নি। মহাক্না order book তা entry তৌবগী অমসুং OB put up তৌদুনা S.P. দগী সহী লৌবগী থবক তৌই। মহাকপু O.B. S.I. হায়না খঙনৈ । মহাক পোরোম্পাৎ ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবনী। নোংমা তাং ১/৮/৭৩ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ওফিসকী থবক লোইরদুনা cycle তোংদুনা নুমিদাং পুং ৭ রোম তাবদা ময়ুমদা হনখিরম্মী। মহাক্না শঞ্জেনথোং য়ৌবা মতমদা জেনতলমেন অমা মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা শঞ্জেংথোং মমাং লোমদগী মনীঙলোমদা ৱার্কিং চৎলম্মী। থোং ময়ায় য়ৌবা মতমদা নহারোল ৩/৪ না নুপী অদুদা নত্তবা লমচৎ চৎকদবগী হোৎনরম্মী। নুপা অদুবুনা মখোয়না ওভরপৱার তৌরম্মী। শ্রী জর্ম্মনা থোং ময়ায় য়ৌবদা থৌদোক অদু থেংনরুরে। মহাক্না থোংগী নোংপোকথংবা মচীন্দা মাগী সাইকল অদু ইম্বুরল্লগা মাগী রিভোলভর শৎলগা থোংগী মনীং থংবা শরুক অদু য়ৌনা চেনশিন্দুনা "কনা-কনানো' নত্থায় মাংনিংদ্রবদী নুপী অদু থাদোকউ হায়না হোৎচিল্লম্মী। মতম অদুদা মীওইশিং অদুনা নুপী অদু থাদোক্লগা জর্ম্মদা কোয়শিল্লক্লম্মী। জর্ম্মনা মহাক্কী রিভোলভর উৎপদগী মাবু থাদোক্লল্লগা য়াম্না উশীত্তনা মমাংলোমদা খোঙনা চৎখিরম্মী। মখোয়না তুদুনা লৈরিবা জর্ম্মগী সাইকল অদুসু পুদুনা ৱা ৱা নোক্লুনা চৎখ্রে। নুপা অদু মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা চৎখ্রে। লৈরল্লিবা gentleman অদু মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা শঞ্জেনথোং ওফিসার ক্বাটররোমদা চৎখ্রে। জর্ম্মনা মণিপুর গেষ্ট হাওসতা চেনশিল্লগা O.C. Imphal P.S. তা টেলিফোন তৌদুনা থৌদোক অদু report তৌরে। O.C. না S.I. Manigopal অমসুং পার্টি অমা থারক্লুনা মীওই অহুমখক চুরাচাঁন্দ হায়স্কুল মপাদগী ফারে। অনী অমদি চেনখ্রে। সাইকল অদুসু রিকোভর তৌরে। কেশ অদু নিংথিনা investigation তৌদবদগী ফারিবা মীওইশিং অদু দণ্ডি অমত্তা ফংদনা মমৈদা court না acquit তৌখি। থৌদোক অদু নংখিবা নুপা মতৈ মনাও অদু নোংঙাল্লগা মণিপুরগী Law Secretary অমসুং মহাক্কী নুপী ওইরমখি। S.I. জর্ম্মবু Law Secretary না য়াম্না থাগৎখি।

তাং ৪/৮/৭৩ ইং থাংজ নুমীত্তা ইম্ফালদা ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোকখি। লক্সমী বাজারদা লৈবা building অমগী মথক্তগী ময়াঙ অমনা অমাংবা থাদরকপদা মখাদা লৈবা মীওই নুপী অমগী মকোক্তা তাবদগী অচৌবা ইৱাং অমা থোকখি। মীওই লীশিং কয়ামরুমগী মোব অমা "ময়াং হাৎলো" হায়বা

খোল্লাও তৌরক্লুনা বাজার পুন্নমক নুংনা থাবা মৈ থাবনচিংবা কয়া তৌদুনা অকনবা রাইওট অমা থোকখি। মী কয়ামরুম ফাখি। Municipal area পুন্নমক সেক্সন১৪৪ Cr.P.C. চলাইদুনা অথিংবা থমখি। ঐহাকসু অহিংচুপ্পা লো-এণ্ড-ওর্ডর মেনতেন তৌনবগী duty তাখি।

থৌদোক অমনা তাং ১৩/৯/৭৩ ইং, শগোলশেন নুমীৎকী নুংথিল পুং ২ দনী। পাওনা বজারদা সিনেমা য়েংলুরগা হোলদগী থোরকপী নুপী অমা মাররারী মচা অমনা মোলেষ্ট তৌরুবদগী অচৌবা ইরাং থোকখি। দুকান কয়ামরুম মৈ থাখি, লূট তৌখি, মী কয়ামরুম শিখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৬ তগী ম্যুনিসিপাল এরিয়া পুন্নমক কারফীউ থমখি। অহিং চুপ্পা duty তাখি। নুমীৎ ৭ নিগী মতুংদা হায়বদী তাং ২০/৯/৭৩ ইং শগোলশেন নুমীৎকী অয়ুক পুং ৫ দা কারফীউ হাংদোকখি। অদুবু সেক্সন ১৪৪ Cr.P.C. গী অথিংবা হুকুমদী তাং ১৫/১০/৭৩ ইং ফাওবা শাংদোকখি। মতৌ অসুন্না কম্যুনেলগী ওইবা ইরাং য়াম্না তোযনা ইম্ফালদা থোকখি। মরক অসিদা তাং ২১/৯/৭৩ ইং ইরাই নুমীত্তা মণিপুরগী ওইবা ইহান হানবা গর্ভনর ওইনা নুংথিল পুং ২ দা ব্রাশক লৌখি। থৌদোক অদুগী হায়বদি তাং ১৩/৯/৭৩ ইংগী থৌদোক্কী মরী লৈননা Mr. B. Sen Sharma, O/C Imphal P.S., S.I. S. Amuba Singh of Town Control O.P অমসুং DSP/Hd. Quarter শ্রী কুঞ্জকিসোর মখোয় অহুম Transfer তৌখি মতুংদা Suspension দা থমখি। Suspend তৌবগী হুকুম তাং ১২/১০/৭৩ ইংদা থোকখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা ইনক্বারি তৌবগী থবক অসি কুইর কুইরগা কনশিল্লকখি। ঐবুসু ইনক্বারী অদুদা মপুঙ ওইনা য়াওহনখী। তাং ১০/১/৭৪ ইংদা S.P. না ঐবু নোর্মেল duty পুন্নমক থাদোক্লগা ষ্টেটমেন্ট লৌননবা তাং ১৩/৯/৭৩ ইংগী নুংথিল পুং ২ মি: ৫৫ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবদা DSP/HQ গা লোয়ননা duty তৌখিবা officer অমসুং men গী মমিং, অনীশুবনা খ্বাই বজারদা নুমীৎ অদুদা অয়ুক্তগীনা নুংথিল পুং অহুম ফাওবগী police duty গী deployment অসিনী। মতৌ অসুন্না থৌদোক অদুগী মতাংদা Police Hd. Quarters দগী হংলকপা চিঠিগী পাওখুম কয়ামরুমগী reply draft তৌদুনা নুমীৎ নীনি হুম্নি অদু অঙকপা ফংনা চিল্লম্মী।

শোক ১৯৭৩ ইংগী October থাদা পুলিস ডিপার্টমেন্টকী কনষ্টেবল ৮০ মুক লৌননবা DPC তৌখি। DPC অদুদা Addl. S.P. Shri K. Satyabrata Singh না চেয়ারমেন ওইখি। ঐহাক R.O.I. ওইবনীনা recruitment অদুদা অচৌবা শরুক য়াখি। মমিং মথা ইখৎপা, অৱাংবনচিংবা ওনবা পুন্নমক ঐগী ওফিসতা তৌখি। Physically fit ওইরবশিংদু Viva গীদমক DPC দা অমমম কৌশিন্দুনা interview তৌখি। Candidate শিংগী মমিং মথানচিংবা ইবা রেজিষ্ট্রার অদুসু ঐনা শেমখি। অয়ুক অঙনবদগী অথেংবা অহিং ফাওবা নুমীৎ কয়ানিরোম থবক শুবা তারম্মী। মতম অদুদা IGP ওইরম্বদি Mr. Madan Gopal কৌই। মহাক্কী মীনী হায়দুনা মীওই ২০ মুক্কী মমিং তাইপ তৌদুনা অশংবা চে অমদা মমিং ইরগা মখোয় অদু খনগদবনী হায় হায়না IGP গী Steno ওইবা কুঞ্জকেশোর কৌবা অমনা Addl. S.P. দা পীরম্মী হায়। ঐঙোন্দা মীওইশিং অদু Interview গী মতমদা মশক তাক্লনবা Addl. S.P. না চে অশংবদা মমিং তাইপ

তৌবদু ঐঙোন্দা শিন্নে। মীওইশিং অদু কৌশিল্লকপা মতমদা ঐনা মমিং য়াওব্রা য়াওদব্রা হায়বদু চেক তৌরগা বোর্ডকী মমাংদা ইণ্ডিকেসন পী। অসুম্না কেণ্ডিদেৎ ময়াম অদু নুমীৎ ৫/৬ নি চংনা ইন্টরভিউ তৌই। তাং ১৭/১০/৭৩ ইংদা Constable খনবগী ইন্টরভীয়ু ফোল লাউথোকখি। জেনরেল কেণ্ডিদেট ৬৫, সেদ্যুল ত্রাইব ১১, সেদ্যুল কাষ্ট-১ অমসুং এক্স-সর্ভিসমেন ৪ অপুনবা কেণ্ডিদেৎ ৮১ খনখি। IGP Mr. Madan Gopal Singh গী মীওইশিং অদু ইয়াও য়াওখিদবা মাল্লি। ঐসু মুন্না খন্থরুদ্রে। মতুংদা ষ্টেনো কুঞ্জকেশোরগী পাও মতুংইন্না I.G.P. গী কেণ্ডিদেটশিং অদুনা মখোয়বু ইন্টর্ভিয়ুগীদমক কৌশিনবদা ROI না রিকোর্ড ফাল্লগা মখোয়গী মায়োক্তা রিপোর্ট পীবদগী খন্দ্রিবনী হায়না I.G.P. দা হায় হায়না তাখি। নুমীৎ অদুদগী হৌদুনা Mr. Madan Gopal Singh না ঐবু য়াম্না য়ানীংখিদে। ষ্টেনো কুঞ্জকেশোর সিংহ ঐগী লৈকাইগী মীওইনী। মহাক্না তম্বা পাও অদুদগী ঐনা ভাব তাখি মদুদী মহাকসু ঐগী ইথক্তা IGP দা অফবা পাও পীদ্রে হায়না । ঐনা অয়ুক ঙন্না কারগা অথেংবা ফাওবা ওফিসতা থবক শুবা, অথেংবদা য়ুমদা ইতোমতা নুংতিগী হনবদুদা SP নন্দকিশোর সিংহনা M.T. O/C দা হায়দুনা ঐবু অয়ুক্তা লৌখৎনবা জীপ থারগা নুমিদাংদা য়ুম ফাওবা থিনবীয়ু হায়বদগী অয়াম্বা মতমদা অয়ুক্তা Department কী জীপনা লৌখৎলগা নুমিদাংদা ঐবু য়ুম ফাওবা থিনবী। লৈকাইদা লৈমিন্নবনীনা শ্রী কুঞ্জকিসোর সিংহদী ঐবু লৌখৎপা অমসুং থিনবদু তত্তনা থেংনৈ। তাং ১৫/১/৭৪ ইংদা Addl. S.P. না ঐঙোন্দা হায় মদুদী IGP না ঐবু Department কী গাড়ী শীজিন্নবদু objection তৌই হায়না নুমীৎ অদুদগী ঐহাক Department কী জীপ শীজিন্নখিদ্রে। অথেংবা অহিংদা ওফিসকী থবক লোইরগা ইতোমতা সাইকলদা য়ুমদা হনবা তাখি। অসিগুম্বা ইকাইবা অমদী থম্মোয় শোকপা থৌদোক কয়া ইতোমতা খাঙজবা তাখি। শ্রী নন্দকিশোর সিংহনা SP/Central ওইবা মতমদা ঐবু য়াম্না থাজবী অমসুং য়াম্নসু লুনা তৌবী। IGP না য়াদবদগী ঐবু অকা অকুমগী গাড়ী পীদদুনা ঐনা সাইকলদা কাবা অমসুং থেংনা ইতোমতা হনবা অদু মহাক্না নুংঙাইখিদে। মরক মরক্তা অয়ুক্তা ঐবু মহাক মশামক্না ওফিস কারকপদা য়ুমদগী লৌখৎলখি। ঐহাক কাউদ্রি তাং ২৮/১/৭৪ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৯ তাবদা মহাক Uniform শেত্তুনা ঐগী য়ুমদা লাকখি অমসুং ঐবু Office তানা পুবীখি। অদুবু হল্লকপা মতমদদী সাইকল য়াওদবনীনা হেন্না খুদোংচাদবা থেংনখি। Entire মণিপুরগী ফোর্স পুম্নমক্কী administration মতম অদুদা SP/Central না তৌবনীনা SP গী থবক য়াম্না য়াম্মী। ডিসিপ্লিনরী এক্সন লৌবা, punishment পীবা, অশ্লীল তৌরকপদা মদুগী reply পীবা, ফোর্সকী welfare য়েংবা, অসিনচিংবা থবক পুম্নমক SP ওফিসতা তৌরম্মী। পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা শিন্নে। ঐনা পুম্নমক্কী draft তৌবা তারম্মী। মণিপুরদা VIP লাকপগী সেক্যুরিতি arrangement, briefing the officers and men অসিনচিংবা, Election গী মতমদা ফোর্সগী deployment ময়ামসিগী মথক্তা normal office work অসিনচিংবা । তাং ৮/২/৭৪ ইংদা Prime Minister of India মণিপুরদা লাকখি। মদুগী Security arrangement গীদমক্তা মণিপুরগী P.S. অমসুং O.P. সিংদগী Officer and men 700 লোম চিংথোক্তুনা Security arrangement তা শীজিন্নবা তারম্মী। হায়রিবা পুলিস ফোর্স অদু তাং

৪/২/৭৪ ইং ফাওবদা Hd. Quarters দা য়ৌরক্কদবনী। য়ৌরকই নত্রগা য়ৌরক্তে কনা কনা absent ওইবগে হায়বদু ঐনা পুথোকপা তারম্মী। Police arrangement অদু চেনা ৪৯ পাল্লগা এপেন্দিক্স ১৬ য়াওই । মদু Cyclostyle তৌরগা লেথো তৌদুনা কোপী মশীং কয়ামরুম লৌথোকলে। থবক অদু তাং ৫/২/৭৪ ইংগী নুমীৎ চুপ্পা হোৎনদুনা মথং নুমীৎকী অয়ুক পুং ৪ তাবদা লোইবা ঙমখি । নোংঙাল্লগা তাং ৬/২/৭৪ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৫ তাবদা IGP না কৌদুনা মহাক্কী ওফিসতা পেরা মিলিতরি ফোর্সশিংগী মহুৎ শিনবা officer ময়ামগী মমাংদা Mr Madan Gopal Singh না ঐবু য়ানীংদনা লৈরম্বনা ঐনা হোৎনজখিবা পুম্নমক অরেম্বদা তাখি অমসুং "You are an element of Confusion" হায়না বিমার্ক তৌখি। থম্মোই চাক্লা, অহিং তুমদনা, চাবা থকপা তৌদনা থবক শুখিবগী মহৈ অদু খাঙবা তাখি। অনৌবা ফোর্স হাপচিল্লকপা অমদী অনৌবা মফমদা সেক্যুরিটি arrangement তৌবগী "Addendum" হাপচিনবা, para military ফোর্সগা মেনতান্নবা তাথোক তাসিন তৌবা অসিনচিংবা হোৎনবা তাং ৭/২/৭৪ ইং শগোলশেন নুমীৎ অদুসু ওফিসতা অহিংচুপ্পা লৈবা তাখি। অদুগী মথক্তা তাং ৮/২/৭৪ ইং ইরাই নুমীৎকী VIP লাকপা নুমীত্তসু 'পেলেস গ্রাউণ্ড'দা ডিউতি তারিবনী। "P.M. Srimati Indira Gandhi arrived at Tulihal airport" হায়বা পাও অসি অয়ুক পুং ১০.১০ তাবদা মিতিং তৌফম পেলেস গ্রাউন্দা ফংখি। তুলিহলদগী মহাক উখ্রুলদা চৎখ্রে। মফম অদুদা মিটিং তৌরগা হেলিকোপ্তরদা চুবাচান্দপুব অদুদগী থৌবাল তানা পাইখ্রে। নুংথিল পুং৩ মি:১০ তাবদা ইম্ফালদা য়ৌরকখি অমসুং পুং ৩ মি: ৫০ দা ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২৯/৪/৭৪ ইংদা নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা S.P Shri Ch. Nandakishore Singh বু Principal MPTC ওইনা ট্রান্সফর তৌবগী হুকুম ফংখি। Addl. SP/Shri K Satyabratta Singh বু না SP/South ওইনা প্রোমোসন পীখি। নোংঙাল্লগা তাং ৩০/৪/৭৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুংথিল পুং ২ রোম তাবদা ঐবুনা Cryptography সেকসন্দা IGP গী Order No 5/21/73 - IGP dt. 30 4.74 গী মতুং ইন্না Transfer তৌখি। ঐগী মহুত্তা Adaho Kholo Mao কৌবা Inspector অমবু পোষ্টিং পীখি। SP/Central না Shri Th Chhandabihari Singh না ওইখি। তাং ২/৫/৭৪ ইং শগোলশেল নুমীত্তা IGP Mr Madan Gopal Singh না অনৌবা হুকুম অমা অমুক থোক্কুনা ঐবু Imphal PS control room দা attach তৌখি। Order No. 5/21/73-IGP dt. 2.5.74 নী। হায়রিবা নুমীৎ অদুদা ঐহাক Mr. Adaho Kholi Mao, Inspector দা ROI গী চার্জ শিন্নরম্লগা ইম্ফাল পি.এস. গী অৱাং ইথং থংবদা লৈবা কা মচা অমদা ফমলে। নুমীৎ অদুমক্তদা কন্ট্রোল রুমগী duty তৌরে। নোংঙানবদা Manipur bandh তৌবগী ফোরস deploy তৌদুনা কন্ট্রোল রুমদা লৈখি। অয়ুক্কী পুং ৩ তাবদগী নুমিদাংগী পুং ৮ তাবা ফাওবা duty তৌখি। মতৌ অসুম্না Imphal P.S. control room দা duty তৌদুনা অহিং অমসুং নুংথিল গী shift খাইদোক্লদুনা duty চথখি। তাং ১৭/৫/৭৪ ইং ইরাই নুমীত্তা Khwai Bazar দা পিকেৎ মঙা হাংদোক্লে অদুগা ঐঙোন্দা মদুগী ইন-চার্জ ওইনা পীরে। Anti-goonda গী staff অমসু থমলে। মীওইশিং অদুগী

চাবা-থকপগী শীল-লাংবা পুম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নরে। Picket মঙা অদুগী Usha Picket, Laxmi Bazar Picket, B.T. Road Picket, Kasturi PIcket অমসুং Thangal Bazar Picket অসিনী। অহানবদা পিকেটশিং অদুদা M.R. গী force থনম্মী। তাং ২০/৫/৭৪ ইংদগী হৌনা পিকেটশিং অদুদা পুলিসকী ফোর্সনা শিনবা হৌখি। পিকেটশিং অদু চেক তৌননবা তাং ২২/৫/৭৪ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তগী Department কী jeep অমা পীরকখি। পিকেট মঙা বজারদা লৈবদু মথৌ ফজনা তৌহনবা, প্রজাদগী কনাগুম্বনা অরানবা, অকায়বা, আইনগী ৱাংমদা মরাল ওইবা মওং চত্থরক্লবদী মখোয়বু খুদক্তা ফারগা Control Rool দা পাও পীরকপা, অফাবা মীওই খুদক্তা লৌখৎলগা পুলিস ষ্টেসন্দা শিন্নবা অসিনচিংবা থবক অসিদা চত্থদুনা মতম কয়ামরুম লেপ্লে।

মতম অদু Md. Allimuddin না লুচিংবা ULF গী গোর্ভনমেন্ট লৈবম্মী। তাং ৮/৭/৭৪ ইং, নিংথৌকাবা নুমীত্তা Minister মরি য়াওনা ULF গী মেম্বর তরেৎ defect তৌখিবদগী Md. Allimuddin গী গোর্ভনমেন্ট মাইনোরিটি তাখি। নুমিৎ অদুমক্তদা Md. Allimuddin রিজাইন তৌখি। অমসুং তাং ৯/৭/৭৪ ইংদা Mr Y. Seiza না লূচিংবা PDF গী Govt শেম্লনবা গভর্নর L P. Singh না invite তৌখি। তাং ১০/৭/৭৪ ইংদা Mr Y Seiza না লুচিংবা অনৌবা PDF গী গোর্ভনমেন্ট অমা বাশক লৌখি। Cabinet মন্ত্রি অহুম, ষ্টেট মন্ত্রি মরি অমসুং Dy Minister অমা মখোয নীপাল ৱাশক লৌখি।

মবক অসিদা underground extremist কী ইহান হানবা robbery অমা তাং ১৪/৮/৭৪ ইংদা থোকখি। মোরেদগী লাকপা বস অমদা তোংবা মোরেগী পোষ্ট ওফিসকী পৈশা লুপা ২৫,৮০০/- পুদুনা ইম্ফাললোমদা লাকপা পোষ্ট ওফিস পিয়োন অমদগী মীওই ২/৩ না নোংমৈ উত্তুনা পৈশা অদু উশোই পোকপী য়ৌরকপদা মুনখি। মদুগী মতাংদা কেশ অমা FIR No. 60(8) 74 Lilong P.S.u/s 392/PCT 25 I.A. Act দা লিলোং PS দা রেজিষ্টার তৌখি। মতম অদুদা Lilong PS পুবা SDPO অদু Shri A. Barum Sharma নি। Lilong P.S. কী O.C. না S.I. M. Nodiya Singh নী। তাং ১৫/৮/৭৫ ইংদা SP/Central Shri Chhandabihari Singh না কেশ অদুগী Investigation অদু ঐনা সুপরভাইস তৌগদবনী হায়না order অমা থোকখি। Jeep No. 5066 অদু ঐঙোন্দা শিন্নখি। ঐনা Head Constable Komol কৌবা অমা ঐগী মতেং পাংননবা লৌখি। মতৌ অসুম্না কেশ অদু তাং ১৫/৮/৭৪ ইংদগী হৌনা পায়খৎখি। Crime অদুদা victim ওইখিবা অদু N. Gopal Singh কৌই চীংমৈরোংদগীনী। কেশ অদুগী লীখুন থিবদা ঐহাক H.C. কোমোলগা লোয়ননা তাং ১৬/৮/৭৪ ইংদা ইরিনবুংদা ইবোচৌবা কৌবা অমা contact তৌখি অদুদগী থিয়াম কোঞ্জিন হায়রিবা খুনশিং অসিদা পাও লৌননবা চৎখি। নুংথিল পুং ২ তাবদা লিলোং থাদোকই অমসুং মোবেগীদমক যাত্রা তৌই। লম্বীদা লোকচাও গেত্তা পুং ৪ মি: ১৫ দা এর্ন্ট্রিশিং চোক তৌই। নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা মোরে য়ৌবে। নোংঙাল্লগা পোষ্ট ওফিস চঙদুনা থিগৎপা য়াবা থিগৎলে। অদুদগী মোরে থাদোক্লে লিলোং P.S. তা নুংথিল পুং ৩ তাবদা য়ৌরে। নোংঙানবদা cash carrier ওইবা victim N. Gopal Singh কুপ্না জবান লৌরে। মাগী জবান্দগী নামৈরাকপম থোইবা কৌবা suspect অমা

কৌখৎলগা interrogation তৌই। তাং ১৯/৪/৭৪ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা suspect N. Thoiba Singh অমসুং Md. Basir @ Siraj কৌবা অমনে মখোয় অনী পুদুনা থৌদোক থোকফম অদু re-check তৌই। চিংনবগী মরম চাবা লৈবদগী নুমীৎ অদুদা নামৈরাকপম থোইবা সিংহ ফারে। অহিং চুপ্পা interrogation তৌবে। তাং ২০/৮/৭৪ ইংগী নোংঙাল্লকপদা থোইবনা মীওই অহুমগী মমিং হায়দোক্লে। মখোয় অদুদী (১) মোইরাংথেম তোম্বীসিং সাং ৱাবগাই (২) শগোলশেম পিশক সিংহ সাং খন্দ্রোক অমসুং (৩) য়েনশেম্বম কোরা অঙৌবা সিংহ সাং খন্দ্রোক, অহুম অসিনী। N. Thoiba না ইহান হান্না মোইরাংথেম তোম্বী সাং ৱাবগাই ফারবদী কেশ অদুগী মরী মখোং খঙগনি হায়বদগী ৱাবগাই তানা চত্তুনা তাং ২০/৮/৭৪ ইংদা তোম্বীগী য়ুম নুমিদাং নোঙাল্লমদাইদা রেইড তৌই। অদুবু মহাক মশা লৈরমদবদগী ফাখিদে। Mr N. Thoiba য়াম্না শিংবা মীওইনি। মহাক ইরায় লায়না করিগুম্বা অমত্তা হায়দোক্তে। পলেন থানা O.P দা কন্না ইন্টরোগেসন তৌবদগী মহাক্না খন্দ্রোক বস্তিগী মীওই অনী অদুগী মমিং পীবনী। তাং ২২/৮/৭৪ ইংগী অহিংদা পিশক অমসুং কোরা অঙৌগী ময়ুম ময়ুম রেড তৌবদা মখোয় অনীমক ময়ুমদা লৈবমদে। তাং ২৩/৮/৭৪ ইংদা accd N. Thoiba Singh অদু পুলিস কস্তদিদা নুমীৎ খরনীদংগা remand তৌবিয়ু হায়না report ইবগা কোর্টতা পুথোকপদা request অদু reject তৌরগা judicial custody দা জেলদা থাজিনখ্রে। তান্নরিবা accd শিং অদু ফারবদী থোইবগা confront তৌনরদি কেশ অদু solve তৌবদা য়াম্না মতেং ওইগদবনী অদুবু তোম্বী, পিশক অমসুং কোরা অঙৌ অহুম্মক ফাবা ঙমদ্রিঙৈদা N Thoiba দী মেজিস্ট্রেৎনা জেলদা বিমান্দ তৌশিনখ্রে। ঐনা পাও লৌবদা accd মোইরাংথেম তোম্বী অদু ৱাবগাই কদাচিদা লৈবা ময়েংবম কুল্লধজ সিংহগীদা লোত্তুনা লৈ হায়। অদুনা তাং ২৭/৮/৭৪ ইংগী নুমিদাং পুং ১১ দা লিলোংদগী ৱাবগাই তানা চৎলগা ককচিং, পি এসতা লৈরে। তাং ২৮/৮/৭৪ ইং য়ুমশকৈশ নুমীৎকী নোংঙাল্লমদাইদা কুল্লধজগী য়ুম রেড তৌই। তৌইগুম্বসুং তোম্বীদী লৈরমদ্রে। ঐনা খন্দ্রোক্কী তোম্বী অমসুং কোবাঅঙৌ ফাননবা ASI Ibotombi কোংবা Police Beat অমসুং one Janaki Singh brother-in-law of accd. Korangou Singh অনী contact তৌরগা মখোয় অনী থিরগা পুথোরকউ হায়না শীন্নদুনা থম্মী। মতম অদুদা Shri H. Chandakumar Singh PI (1) অসি ময়ুম কোংবা মনাক্তনী। ঐনা কন্না pressure পীবা অদুদা তোম্বী অমসুং কোরাঙৌ অনীগী গারডিয়ানশিংনা শ্রীচন্দ্রকুমার contact তৌরগা অনী অদু পুথোরক্কে পুলিসনা প্রেসর পীবিবা অদু ঙাকথোকপিয়ু হায়ররে হায়না Mr. Chandakumar না ঐঙোন্দা হায়। প্রেসর পীবিরুখিনু মহাক পুথোকহল্লগে হায়রে। মরম অদুনা ঐনা তাং ২৭/৮/৭৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Inspector Chandrakumar গা মাগী ওফিসতা উন্নরুই। কোরাঙৌগী মবাই জানকিদসু ঐনা চন্দ্রকুমার সাহেবতা পুথোক্লবসু কায়দে হায়খি। অদুবু Mr. Chandrakumar দা নুমীৎ অদুদা ইখঙ খঙদ্রবগুম তৌরকখি। ঐহাক থৱাই নুংঙাইতনা হল্লকখি। তাং ৩১/৮/৭৪ ইংদা ঐনা লিলোংদগী ইম্ফালদা লাকপদা DSP Shri Ch. Mani Singh গা উন্নবদা Inspector Chandrakumar না শীন্দুনা SP/Central দা মীওই অনী অদু পুথোকখ্রে হায়না হায়রকখি। ঐহাক

থম্মোই শোকখি। ঐনা কন্না হোৎনদুনা accd. অনী অদুগী particular খঙখিবনী। কোয়তান তান্নদুনা অমদী accd. গী মরী মতা উন্নদুনা মখোয় পুথোকউ থাজবা ওফিসার অমদা হেক্তা শিন্নৌ, কোয়রোৎ লোৎলবদী অফবা ওইরোই হায়না তকশিনবদগী মখোয় অনী য়ুম নক্লনা লৈবা Inspector Chandrakumar দা পুথোকখিবনী। ঐঙোন্দসু মখোয় পুথোরক্কদৌরে তকশিল্লুরনু হায়রম্লবনী। অদুবু credit খজিক্তুংগীদমক্তা ঐঙোন্দা তাক্তনা SP গা তৌনরগা accd. অনী অদু পুথোকখি। মখোয়না involve তৌই হায়রিবা মরম অদুদী ঐঙোন্দা লৈবনী মখোয় খঙবা নত্তে। S.P. মশামকসু ঐবু থাজদুনা কেশ অদু ঐঙোন্দা শিন্নরগা ফাবা মতমদা অমসুং interrogation তৌবদা ঐঙোন্দা তাক্তনা inspector Chandrakumar গা পুন্না হোৎনখি । ফাবগী অহিং অদুদা মখোয়না পৈশা থনম্মী হায়বা মফম অদু ময়াম চঙদুনা পাক শন্না ব্রাইথৌ চিংথক্কী কিহোম অমসূং লফু পাম্বী মরক্তা অহিং চুপ্পা থিখি। পৈশাদী ফংখিদে। নোংঙাল্লগা তাং ১/৯/৭৪ ইং নোংমাইজীং নুমীত্তা অফাবা accd. অনী অদু ঐঙোন্দা শিন্নরে। ঐনা মখোয়বু অহিং চুপ্পা interrogation তৌরে। Accd. পিশক্কী জবান মতুংইন্না থৌদোক অদু underground organisation RGM না তৌবনি। Accd. N. Thoiba গী মতেং লৌরগা মোরেদগী শেল পুদুনা লাকপা গোপালগী মতুং ইল্লকপনী। মহাক অমসুং কোরাঙৌ অনীনা ব্রাইথৌগী উঁশোইপোকপী য়ৌরকপদা বস খাল্লগা নোংমৈ উত্তুনা পৈশা ময়োম অদু মুল্লগা ব্রাইথৌ চিংথক তানা কাখৎলে। কিহোম পাম্বী মরক্তা হৌবা লফূ পাম্বী অমগী মখোঙদা পৈশা ময়োম অদু লোৎশিল্লম্লগা ময়ুমদা চৎলে। অদুগা মানা পুরকপা নোংমৈ revolver অদুনা কোরাঅঙৌদা শীন্নদুনা লোৎশিল্লে। নোংঙাল্লগা থৌদোক অদু বিষেশ্বরগী মবাই R.K. Sanajaoba দা হায়রুবদগী অহিংদা লাক্তুনা পৈশা ময়োম থনম্বা জগা অদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন থীরবা ফাওবদা ফংখিদ্রে। R.K. Sanajaoba না মহাকপু চিংনদুনা ব্রাহং পাওহং য়াম্না তৌরবনি অদুবু ফংদ্রে। হৌখিবা অহিংসু SP গা লোইননা মফম অদুদা থিরুবদা খঙবা ঙমদ্রে। মসিনী মাগী জবান। নোংঙানবগা accd. পিশক পুদুনা ব্রাইথৌ চীঙদা মহাকপু তাকহল্লগা অকোয়বদু search তৌখি। অদুবু পৈশা অদুদী ফংবা ঙমখিদে। অদুদগী পিশক অমসুং কোরা অঙৌ পুদুনা কোরাঙৌগী য়ুম খন্দ্রোক্তা চৎলী। কোরাঙৌগী instant তা .45 revolver অমা মরু তরুক্কা recover তৌখি। মুনখিবা পৈশা অদু ফংদ্রবসু কেশ অদু charge-sheet থাগৎপা ঙম্লনবা ঙম্বমকৈ হোৎনখি। Confessional statement সু রিকোর্ড তৌনবা হোৎনখি। T.I. Parade তৌখি। উহৌবা মীওই কয়ামরুম থিগত্তুনা সাক্ষি ওইননবা হোৎনখি। অদুবু ঐঙোন্দা পীবা গভর্নমেন্টকী জীপ অদু তাং ৬/৯/৭৪ ইং ইরাই নুমীত্তা SP/Central না withdraw তৌখি। SDPO/Thoubal গা লোয়ননা চত্তুনা তাং ৮/৯/৭৪ ইংদা investigation গী তাঙ্ককশিং ব্রাৎলি হায়না SP দা হায়খি। অদুদগী নুমীৎ অদুদা জীব অদু অমুক পীখি। কেশ অদুগী মতাংদা N. Bisheswar অমসুং R.K. Sanajaoba দরকার লৈখি অমসুং মখোয়বু ফাননবা ময়ুম ময়ুম raid তৌখি। বিশেস্বোরদী ফংখিদে অদুগা R.K. Sanajaoba দী তাং ৪/৯/৭৪ ইংদা হান্ননা ফাখ্রবনী। তাং ২১/৯/৭৪ ইং থাংজ নুমীত্তা SP না ঐহাকপু লিলোংগী কেশ অদু O/C লিলোংদা শিন্নরম্লগা Imphal P.S. Control Room দা হল্লকলো হায়না order থোকখি।

হুকুমগী মতূং ইন্না নোংমাইজীঙ অমসুং রাধাষ্টমীগী নিংথৌকাবা ছুটি লোইরগা তাং ২৪/৯/৭৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Control Room Imphal P.S. দা report তৌখি। মতৌ অসুম্না চরক চহিং নাইবা মপুং ফাদবা থবক কয়ামরুম তৌবা তাখি।

তাং ২/৫/৭৪ ইং দগী তাং ২১/১১/৭৪ ইং ফাওবা ইম্ফাল থনাগী control room হায়বদুদা দিউতি তৌই। মফম অদুদগী বজার তান্না চৎলগা checking তৌই। Anti-hijacking duty সু এরোপ্লেন লাকপা খুদীংগী এরোড্রোমদা চত্তুনা duty তৌবা তারমই। Picket তা duty তারিবা পুলিস পার্সোনেলশিং অদুগী শিন্দোক শীঞ্জিন, মখোয়গী করিগুম্বা মখলগী রিদ্রেস তৌবা পুম্নমক বজারদগী ইম্ফাল পি এস তানা লাক্লম্মী। খুদোংচাদবা ময়াম অদু কোক্লনবা Town O.P. দা হোংননবা ঐনা রিপোর্ট মতম কুইনদগী তৌরে। মখোয়গী মেশ অদুসু টাউন কন্ট্রোল দা তৌরবদী অমসুং মফম অদুদা civil armed reserve কী পার্টি অদু লেক চাদুনা লৈরবদী হেন্না খুদোং চাগনী হায়দুনা ঐনা তত্তনা S.P. দা রিপোর্ট তৌরে। মরম অদুনা তাং ২১/১১/৭৪ ইং শগোলশেন নুমীত্তা control room অদু Imphal P.S তগী Town O.P. দা হোংলে। ঐগী ওফিসগী মমিংনা OSD থোল্লে। মতৌ অসুম্না ঐগী ওফিস তাউন কন্ট্রোলদা লৈখি। তাং ৫/১২/৭৪ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Mr Yangmasho Seiza গী মিনিষ্ট্রি রিজাইন তৌখি অমসুং তাং ৬/১২/৭৪ ইংদা R.K. Dorendra না লূচিংবা অনৌবা মিনিষ্ট্রি অমা DLP মিনিষ্ট্রি হায়দুনা ৱাশক লৌখি। R.K. Dorendra না CM ওইনা অমসুং শ্রী গৌরমনি সাং থাংমৈবন্দনা ষ্টেট মিনিষ্টর ওইনা মখোয় অনীখক্তা নুমীৎ অদুদা ৱাশক লৌখি। মথংগী মিনিষ্ট্রি expansion তাং ১৬/১২/৭৪ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা তৌখি।

মতম অদুদা Town OP গী O/C SI Kh. Mangi Singh না ওইরম্মী। ঐনা TOP গী কেম্পস মনুংদা ওফিস চলাইদুনা পিকেট মঙাগী ফোর্স লৈহন্দুনা, অয়ুক নুমিদাংগী messing arrangement তৌদুনা লৈবা অদুদা মহাক নুংঙাইরমদে। মঙোন্দা ইন্দিপেনদেন্ত ওইবা ৱাৎপদৌনা খঞ্জে। অদুনা co-operation মঙোন্দগী ফঙলমদে। পিকেট/পিকেটত্তগী ফারগা পীরকপা মীওইশিং অদু মহাক থৌওইনা তৌরমদে। ঐগী তুংদদী পিকেৎকী পুলিসনা ফারকপা মীওইশিং অমত্তা লৌরোই হায়না হায়রে হায়বা ফাওবা ঐঙোন্দা রিপোর্ট তৌই। মরক অসিদা তাং ২৯/২/৭৫ ইংদা ইম্ফাল P.S. তা Inspector Mr. A. Nillamani না O/C ওইনা থমলে। মহাক SP Chhandabihari গী অপাম্বা লৈকাইগী মীওইনি। তাং ২/২/৭৫ইং দা SP গী ওফিসদা IGP য়াওনা মিটিং অমা তৌখি। পুং ৩ দগী SP অমসুং মখা তাবা officer inspector ফাওবগী rank তা মিতিং তৌখি। পুং ৫ দগী IGP লাক্লুনা মিটিং অদু চথখি। নুমীৎ অদু নোংমাইজিংনি। IGP না District police officer গী থবক্তা পেন্দে হায়না ফোংদোকখি। ময়াম অদুদগী মরু ওইনা ঐনা পায়রিবা পিকেৎ পুলিসনা খ্বাইদগী হেন্না পেন্দে হায়খি। IGP মদন গোপালদী ঐনা ROI ওইরিঙৈদা constable লৌবগী হাকতক্তগী ঐবু তত্তনা hurt তৌবগী মওংদা চথৈ। হৌখিবা থা ৫/৬ গী মনুংদা পিকেট পুলিসনা চথরকলিবা সাইকল হুরানবা কয়া মরুম ফাগৎপা, পিক পোকেট তৌবা মীওইশিং

ফাগত্তুনা বাজারদা পিকপোকেট লৈরক্তবা, য়ু ঙাওবা অমসুং য়োনবা তত্তনা ফগৎলকপা পুম্নমক অদু করি অমত্তা থানখিদে। ঐগী তৌজমল পুম্নমক্তুগী মহুত্তা IGP না ঐবু মাগী target ওইনা থমখি।

তাং ১৩/৬/৭৩ ইরাই নুমীত্তা শ্রী থোইদিংজম ছন্দবীহরীবু এস পি ভীজিলেন্স ওইনা, শ্রী করাম সৈত্যব্রত SP/South পু SP/Central ওইনা transfer তৌরে। তাং ১৮/৬/৭৫ ইং থাংজ নুমীত্তগী SP/C না Dept. Jeep অমা duty দা শীজিন্নবগীদমক allot তৌরে। মতম অদু Union Govt. তা তঙ তাদবা মতমনী। PM Shrimati Indira Gandhi না তাং ২৬/৬/৭৫ ইং শগোলশেন নুমীত্তা National Emergency লাউথোকখ্রে। Town Control office দা Law and Order duty অমসুং investigation work হায়দুনা অনী থোক্লা খায়দোক্লে। ঐগী মখাদা লৈগদবা Law and order গীদমক SI-4, ASI-5, HC-13, NK-7 অমসুং Const-108 পীরে। মতৌ অসুম্না Khwai Bazar দা মপুং ফানা Law and Order ফগৎনবা হোৎনরে। তাং ১৭/৭/৭৫ ইংদা DSP/HQ না ঐঙোন্দা telephone দা পাও পীরকই। মদুদী CS না IGP দা Law and Order য়াম্না Improve ওইরে হায়রকপদা IGP য়াম্না হরাওই হায়না। অদুবু মণিপুরগী রাজনিতিগী ফীভমদী ফৎলমদে। তাং ২০/৭/৭৫ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা MPP দগী MLA 4, MHUদগী MLA 5 অমসুং Independent MLA অনী Congress দা চোংশিনখিদুনা কংগ্রেসকী মশীং ৩৪ শুদুনা গভর্নমেন্টতা অকায়বা অমা ওইখি। মতম অদুদা Congress অমসুং CPI পুল্লগা অনৌবা Govt অমা তাং ২৩/৭/৭৫ ইংদা ব্রাশক লৌখি। তাং ২৭/৭/৭৫ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা পিকেৎ পুলিসনা Moyi Hmar কৌবী চহী ১৪ রোম শুরবী নুপী মচা অমগা ময়াং মচা নুপা অমগা ব্রেক্কী পোৎ পুদুনা লাকই হায়না ফাদুনা Town Control দা পুশিল্লকই। নুপী মচা অদু হোটেল পাইতে CO কৌবা অমদা হোতেল অদুগী নুপী অমদা শিন্নখি। নোংঙাল্লগা লালন কৌবা মাগী মরুপ নুপীমচা অমগা লোয়ননা মোরেদা চৎখিনবা শীনখি। হায়রিবা থৌদোক অসিদা Hmar Students' Assn. না ওন্থোকপা মখলগী allegation ঐগী ইথক্তা তৌখি। তাং ২/১০/৭৫ ইং শগোলশেল নুমীত্তা Mr. Madan Gopal Singh IGP মণিপুরদা retire তৌরদুনা মহাক্কী ময়ুম চান্দিগড়দা চৎখি। মতম অদুদা খ্বাই বজারদা য়াম্না তোয়না থোকপা হুরানবগী কেশ অসি সাইকল লাকপনি। কৈথেল কাজরকপা অহলশিং, ছাত্রশিং, অথাপ্পদগী লাকচবা খুঙ্গংগী মীওইশিং, নুপীমচা ছাত্রীশিং মখোয়গী সাইকল হুরানখিবদগী অঙকপা ফংনা খুদোংথীবা নংলম্মী। মতম কুইনদগী ঐহাক্না সাইকল হুরানবগী থবকসি থিংগে অমসুং হুরানখিবশিং recover তৌরগা মপু মপুদা হনখিগে হায়না খনখি। ঐনা Town দা OSD ওইনা লৈরবদা হায়রিবা ড্রাইভ অসি থা ৩/৪ দং ওইরবসু পায়খৎকে লেপখি। মরম অদুনা শোক ১৯৭৫ গী সেপ্টেম্বর থাদগী ডিসেম্বর ফাওবা drive চথখি। বাজারদা তাবা সাইকল লুটরশিংগী মমিং মথা খোমজিল্লে বাজারগী অকোয়বদা লৈবা বেদ করেক্তরশিং অমমম ওইনা কৌদুনা মশক খঙনরে অমসুং মতেং পাংননবা মখোয়দা ইশাগী পোকেত্তগী খরচ পীরে। অসুম্না হৈঙাংদগী, অঙোম লৱায়দগী, ৱাংজীংদগী, মোইরাং কম্পুদগী মীওইশিং কৌরগা ঐগী এজেন্ট ওইহল্লে। মখোয়গী মতেংদগী নোংম-নোংমগী হুরানবা সাইকল কয়ামরুম খোমজিন্দুনা TOP গী

Barrack অদুদা পরেং শানা থম্বদা থম্ফম লৈরক্লে। অয়াম্বা সাইকলশিং অদু কেশ লৈতবা ঙাক্তনি মরমদি সাইকল মপুংশিংনা মশাগী সাইকল হুরানখ্রবা ফাওবদা পুলিসতা রিপোর্ট তৌরমদে। মরমদি মখোয়না পুলিসবু থাজদে। ঐগী এজেন্টশিংগী মতেংদগী সাইকল হুরানবশিং কৌখৎলগা ইন্টোরোগেসন তৌবদা মখোয় মখোয়না হুরানখিবা সাইকল মশক মওং, হুরানখিবা মফম অমসুং মতম অদুগা কনাদা য়োনখিবা অসিনচিংবা পুম্নমক ঐনা রেকোর্দ তৌরে। অদুগা অরৈবা মীশিং ত্রেস তৌরে অমসুং কদায়দা মশা লৈরিবগে হায়বদু খঙদোক্লে। মশা-মশাদা চত্তুনা সাইকল পুরক্লগা সরেন্দর তৌরো হায়না খঙহল্লে। মখোয়না খঙনা অমদি খঙদনা লৈরুবা সাইকলশিং অদু মশা মশানা পুদুনা লাক্লগা সরেন্দর তৌরে। ঐখোয়না রিসিপ্ত পী। লৈরুবা সাইকল মাঙবগী নুংঙাইতবদী লায়রদুনা হুরান পোৎ য়াবগী মরাল কোক্লে হায়দুনা হরাওনৈ। অমনা অমদা হংনরগা, হায়নরুদ্রবা ফাওবদা সাইকল সরেন্দর তৌরে। মতৌ অসুম্না রিকোভর তৌরিবা সাইকলশিং অদুগী রেজিষ্টার অমা শেম্লগা সরেন্দর তৌরবগী তারিখ, তৌরিবা মীগী পার্টিকুলর, সাইকলগী পার্টিকুলর, খঙলবদি হুরাল্লকপা মফম অসিনচিংবা ইশিল্লি অদুগা সরেন্দর তৌরিবা মীওইশিং অদু হরাও-হরাও তৌদুনা চা পীথক্লগা চৎহনখি। অদুনা সরেন্দর তৌবগী মশীং অসুম অসুম য়ামখৎলকই। সাইকলগী মপুশিং লাক্তুনা য়েংলবা অমসুং অশেংবা মপুনী হায়বা উৎলবদি সাইকল লৌরনবা এ:আই:আর:দা পাউ লাওথোকই। খুদম ওইনা তাং ২১/১১/৭৫ ইং ইরাই নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৭-৩০ পাউ পাথোকপদা সাইকল হুরানখ্রবশিংগী মপুনা টাউন কন্ট্রোলদা হুরানখিবা সাইকল কয়ামরুম লৌবিবসি য়েংলনবা অমদি অশেংবা মপু ওইরবদি লৌরনবা লাওথোকখি। নোংম-নোংমদা, নুপা-নুপী অহল-অঙাং লাক্তুনা য়েংলৈ। মশাগী সাইকল অশেংবনী হায়না উৎপা ঙম্লবা মীওইশিংদা রেজিষ্টারদা সোই তৌহল্লগা পীথোকখি। পুলিসতা রিপোর্ট তৌদবগী অকায়বা কয়া ভাব তাহল্লবা মতুংদা পীথোকখি। মতম অদুদা প্রজানা পুলিসবু থাজদবদু খরমখৈ কোকখি। সাইকল হুরানবা থিগৎপদা কন্ত্রীমেদ পিষ্টোল অমসুং রিভোলভর পায়রম্বা কয়াসু থেংনদুনা ফাগৎলগা এক্সন লৌখি। মতৌ অসুম্না বাজারদা লো এণ্ড ওর্দর ঙাকপগী পিকেট য়েংশিনবতা নত্তনা সাইকল থেফ্ট কেস কয়ামরুম ডিটেক্ট তৌখি।

তাং ১২-১১-৭৫ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা শ্রী ব্রজংলাল আই.পি.এস.না মণিপুরগী আই.জি.পি. ওইনা চার্জ লৌখি।

ও.এস.ডি. ওইনা টাউন কন্ট্রোলদা লৈবা মতমদা টাউন এরিয়াগী থবক্তা নত্তনা অতোপ্পা কয়াসু তৌখি। Anti-hijacking গীদমক এরোদ্রোমদা তত্তনা চৎলী। চেক তৌদুনা incriminating articles গঞ্জাগুম্বা ফারগা মরী লৈনবা পুলিস ষ্টেসনশিংদা শিন্নখি। ষ্টুদেন্টস অনরেষ্ট থোরকপা মতমদা অথাপ্পা অমসুং অনকপদা লৈবা ছাত্র ফায়। এস পি/সি না হায়বদগী নুমীৎ কয়ানি ওফিসতা লেক্তুনা দ্যুটিগীদমক Stand-by দা লৈখি। Emergency মতমদা পোলিটিকেল লিদর কয়ামরুম ফাদুনা জেলদা ডিদেন্ট তৌদুনা থমখি। মদু MISA (Maintainanece of Internal Security Act) কী মখাদনী। ঐঙোন্দা তাং ১৫-২-৭৬ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা সেকমাইগী এম:এল:এ: শ্রীকে:ঐচ: চাউবা এম.আই.এস.এ. দা

ফানবগীদমক শিন্নখি। নুমীদাং নোংয়াই মতমদা এম.আর. প্লেতুন অমগা লোয়ননা ঐহাক সেকমা তানা চৎলি। শ্রীচাউবগী যুমদু খঙদবদগী তোঙান্না লৈবা মাগী মচা নুপা অহনগী যুমদা চৎলী। এম:এল:এ চাওবা অদু মতম অদুদা মচানীপাগা লৈমীন্নে হায়বা পাও ফংবদগী মচানীপাগীদা চৎলগা রোদ তৌবনি এম:এল:এ: চাওবা লৈরমদদুনা মচানীপা পুরগা এম:এল:এ:গী ময়ুমদা লাকই। মহাক্কী যুম অদু যুমজা ওই। মমাংথংবা শঙ্গোই অদু দুই তলান ওইনা শাই। ঐনা ইন্সট্রক্টন পীদুনা যুম অদু মনিং-মমাং কোয়শিল্লে ঐনা পুদুনা লাকপা মচানীপা অহল অদুনা মমা কৌরগা বাজি কদাইদা লৈবগে হায়না হংহল্লী। যুম লৈতে হায়না খুম্মী। ঐনা এম.এল.এ. সাহেবকী তুমফম তানা লমজিংউ হায়দুনা মচানীপা অদুনা ঐ মমাং শঙ্গোইগী ফাষ্ট ফ্লোর তানা পুখৎলি। ঐনা য়ৌফাত্রিঙৈদা মখা থংবা নাকন্দা পুরিবা সিফাই অদু "সোমদা চেল্লককে, সোমদা চেল্লক্কে " হায়না লাওরকই। এম:এল:এ: অদু খুদৈ অমখক্তং শেৎল যুমগী মখাথংবা এনখাদা ফমদুনা লৈরম্বদু ঐনা থেংনখি। ঐহাক্না হায়- করিগীনো সার, ভাব তাদ মীওইনা তৌবগুম চেনগদবগী হোৎনরিবদী? মতম অদুদা এম:এল:এ:না খুমলকই। পুলিস লাক্লে হায়ব পাখৎলোইদবা কনা লৈবগে? ঐনা হায়রে সাব, এম.আই.এস.এ.গী মখাদা ফারগা মতম খরগী ওই দিটেন্ট তৌগদবতনি। মসি রাজনিতিগী হৌনবীনী। ঐগা মিনিৎ ৫ / ১০ ৱারী শানরবা মতুংদা এম:এল: অদু ফজনা মেন তারে। মহাক্না হায়- মহাক মশা ঙমদদুনা লৈরিবনী অদুনা ইরু-মাইথরগা খরা ত চৎনবা হোৎনগে করি হায়বগে? ঐনা খুমখি-সার, তৌবীনিংবা পুম্নমক তৌবীয়ু। ঐহাক ঙাইজগে অসুম্না শঙ্গোইদুগী ফাষ্ট ফ্লোরগী মাঙ্গোলদা চৌক্রি অমা থাদুনা ফমদুনা ঙাইরে। মচাশিং অদুনা কোইনো নোমদুনা নুমিদাং অদুদা এম.এল.এ.গী চানা থক্লবা ঙৌবনে তাওবনে তৌরি। ঈশিং শারে চৎলসি ইরুজরব হায়না মচা নুপীনা যুমজাওরোমদা পুদুনা চৎখি। ঐনা সিফাইদা সাইন তৌদুনা ইন্নহনখি। মতৌ অসু নুমিদাংগী পুং ৩ তাবা ফাওবা ঙাইরে। এম.এল.এ. অদু মফি শেৎলি। মচা নুপী দোক্তরনি হায়বা অ চংলক্লগা ঐঙোন্দা "পাবা নারিবনী অদুনা খোংহাম খুৎহামনীংলবদি সেবা কনানা তৌগনি" হায়না শাও হায়রে। ঐনা খুমখি-"ঐনা ফারবনীনা ঐনা সেবা তৌগনি"। মতম অদুদা মচানুপী অদুনা কল্লকপে হংলকখি। "মখোঙ-হামলবসু শেংগদ্রা"? ঐনা খুমখি- "করিগী শেংদনী ইখুৎমক্লা শেংগনি"।

ঐগী পাউখুম অদুদা দোক্তর অদু মখা তারকখিদ্রে। ঙাঙনরিবা পুম্নমক এম.এল.এ. অদু তায় মহাক্না হায়রকই। থানা বাবু! ইচানুপীনা মথৱায় নুংঙাইতবদগী পঙঙাং ঙাংবনী শাউবীগনু। ঐনা খুমখি শাউদে সার, করিগী শাউরুগনী? অপোকপা মপাগীদমক ৱাজরিবসিদুম থাগৎনীংই। ঐনা ইহন্দ হস্ত অদুদা মচানুপী ডোক্তর অদু মমৈদদী শাউখিদ্রে। নোকথোকলক্লে। অসুম্না তাং ১৬/২/৭৬ ইংগী অয় য়ৌরক্লুনা এমএলএ অদু ঐগা ফমিন্নদুনা ইম্ফাল তম্না লাক্লে। পুং ৪ রোম তাবদা জেলদা শিন্নরল্লে অসুম্না Town Control Office দা OSD ওইনা লৈবা মতমদা মখল মখা কয়াগী duty তৌরকখি।

Town control দা ঐগী staff তা ASI Tharoangan কৌবা অমা য়াওই । মহাক অফবা ওফিসারনি মহাক্না Town Control দা পোষ্টিং তৌবা Officer শিংগী small arm শিং লৌশিনবা অমসুং পীথোকপ

থবকসু তৌই। তাং ২৫/২/৭৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাংদা মহাক্না ওফিসতগী সাইকল তোংদুনা ময়ুমদা হনখিবদা গুন্দা খরনা লম্বীদা মহাকপু ফারগা মাগী মশাদা য়াওবা ঘড়ী অমসুং .38 revolver মরু তরুক্কা লোয়ননা মুল্লগা সাইকলসু মুনহৌরে হায়না ঐঙোন্দা তাং ২৬/২/৭৬ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐনা Assembly Session গী দ্যুটি তৌরিঙৈদা পাউ পীরে। পাও অদু তাবদা শাথিনা কোক ঙাওখি মরমদী Service Revolver অদু মাঙলবদী অচৌবা ৱাথোক ওইগনি। ঐনা ৱাফম অদু duty তৌরিবা SP/C দা তমখি অমসুং মহাকসু য়াম্না পেন্দবা ফোংদোকখি। নুমীৎ অদুদা ঐহাক্না Municipal Commissioner ওইবা চীংমৈরোংদগী শ্রী গৌরবাবু কৌবা অমা উন্নখি। মহাক্কী মপান্দগী revolver অদু নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৮ তাবা মতমদা ফংখি অমসুং ফংবগী পাও অদু SP দা তমখি অমসুং থৌদোক অদু তেনশিনখি। তাং ৯/২/৭৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা MPS দা প্রোমোসন পীননবগীদমক DPC ফমখি। মদুদা Inspector and Subedar ১১ খক প্রোমোসন হায়বদী MPS দা প্রোমোসন পীননবা recommend তৌখি। ১১ অদুগী মনুংদা ঐগী মিং ৬ শুবদা য়াওই হায়না তাখি। অদুবু মতম অদুগী SP/Vigillence না ঐগী মথক্তা vigillance কেশ pending লৈ হায়দুনা ঐগী কেশ অদু Seal cover দা থমখ্রে হায়না তাখি। SP/Vigillence মতম অদুদা Mr. Th. Chhandabihari নি। মহাক Mr. K. Satyabratta Singh গা নুংঙাইনদে অমসুং ঐহাক Satyabratta গী মীনী হায়না মতম অদুগী Imphal PS O/C Inspector Nillamani না ঐগী মায়োক্তা অঙকপা ফংনা হায়জিনখি। মহাক্না ঐগী ইথক্তা vigillence কেশ অদু শাগৎখিবনি। অদুগী মথক্তা MPSC না recommend তৌখ্রিবা মীওই ১১ অদুগী মরক্তা মতম অদুগী C M ওইরম্বা R.K. Dorendra Singh না মাগী মী য়াওদে হায়দুনা MPSC গী recommendation অদু refuse তৌখি হায় অমসুং, ইনৌ নৌনা April থাদা DPC ফমগনি হায় হায়না পাউ তাখি। মতৌ অসুম্না DSP কাবগী process অদু অদুম নমশিন্দুনা থমখ্রে।

ঐগী ইথক্তা ভীজিলেন্স কেশ অমা শ্রী থোইদিংজম ছন্দবীহারী সিংহ অমসুং Inspector A. Nilamani Singh O/C IPS অনীনা শেমগৎখিবা অদু ঐহাক তাং ২০/৪/৭৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৪ তাবা মতমদা SP/C গী হায়বদী Shri K. Satyabratta Singh গী ওফিসতগী ফাইল অমা উরুবদগী খঙখি। কেশ অদু করিসু লৈতবা মরম অমদগী শেমগৎলম্বা ওইরম্লে। মমাংগী চহীদা তাং ২১/৯/৭৫ ইংগী নুমিদাংৱাইরমদা ঐনা SP/C গী ওফিসতা লৈরিঙৈদা ঐগী staff তা য়াওবা ASI Khomei Singh ঐগী ইনাক্তা লাকখি অমসুং কাখুলোং কবুই খুনগী য়ুম অমদা জুৱার চাওনা শান্নরে হায়না রিপোর্ট তৌরখি। ৱাফম অদু খুদক্কুদা ঐনা SP/C দা খঙহনখি অমসুং Search warrant অমা পীবিয়ু হায়খি। SP/C না Search warrant অমা য়ুন্নু Mr. Gagangpan Kabui S/O Late Ganthian Kabui গী মিংদা পীদুনা নুমীৎ অদুগী হায়বদী তাং ২১/৯/৭৫ ইংগী নুংথিল পুং ৩ মি: ৪৫ দা শাক্ষী অনীগী মমাংদা হায়বদী Mr. M. Subhas Singh S/o Mangi Singh of Heirangoithong অমসুং G. Gangdum Kabui (36) S/o Lakhaman Kabui of Kakhulong কবুই ভীলেজগী মমাংদা Search তৌখি। Mr. Gagangph Kabui গী building

মীঙোন্দা শান্দোকপা 1st floor গী কা অমদা মীওই ১১ খক জুৱার শান্নরম্বনী। যুম্বু লৈরমদবদগী মাগী নুপী য়াওনা কা অদু Search তৌখিবনী। জুৱার শান্নরম্লিবা মীওইশিং অদুদী :-

(1) Laxman Bihari (23) S/o Babu of Bihar a/p Major khul (2) SC Gupta (32) S/o K.C. Gupta of Ramgar a/p M (3) Ramnath (40) S/o Ganga Prasad of M.G. Avenue (4) Praphulochandra (40) S/o Kshetranath of Paona Bazar (6) Ramchoron (45) S/o Late Lakhon of Bihar a/p Pandon (6) Dullachand (33) S/o Jatushali of Paona Bazar (7) Nanak Prasad (34) S/o Late Biswanath Prasad of Paona Bazar (8) Kanhaiya (24) S/o Late Gangabi of Thangal Bazar (9) Dharmaraj (38) S/o Ramprasad of Paona Bazar (10) Laha Singh (35) S/o Mohendra of Paona Bazar (11) Beijanath Prasad (33) S/o Late Sibra Prasad of Paona Bazar মখোয়শিং অসিনী। হৌনবী মতুংইন্না মখোয় পুম্নমক লোইনা ফারে। জুৱারগী লাইয়ুমদা লৈরম্বা অপুনবা পৈশাগী মশীং লুপা ১৬৮ নি। মদুসু seize তৌরে। র‍্যেড তৌবা অদুদা Town Control দা লৈবা ওফিসার অয়াম্বা অমসুং পিকেৎতা হায়বদী উষা পিকেত্তা ডিউতি তাবশিং অদুসু য়াওই। SP/Central না ইসু তৌবিবা Search warrant অদু ঐগী ইমিংদা তৌবনা search গী থবক ঐগী মিংদা তৌই। SI ইমোচা সিংহ্ অমসুং SI Jugindra Singh অনীনা ইথোক ইশিন তৌই। ASI খোমৈনা ফারিবা মীওইশিং অদু শেন্নে। থৌদোক থোক্লিবা নুমীৎ হায়বদী তাং ২১/৯/৭৫ ইং অদু নোংমাইজিং নুমীৎনী। মীওইশিং অদু অৱাংবা থাক্কী মীওই অমত্তা নত্তে। অয়াম্বনা labour অমসুং অপীকপা করবার তৌবা মীওই ঙাক্তনী। ASI খোমৈগী মতুং ইন্নদী অচৌ অচৌবা করবার ৱালা মীনা শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবা ঙাক্তা পুল্লগা শান্নবা জুৱারনী হায়না report তৌবদগী ইশামক য়াওনা ময়াম অদু deal তৌননবা চৎপনী। অদুবু মাগী report অদু চুমলমদ্রে। মখোয়শিং অদু নোংমাইজীং ওইবদুনা মতম লেন্নবা ময়াম পুনশিন্দুনা ফমিন্নবনী হায়। অদুনা থৌদোক অদু ঐহাক্না করিশু মরু ওইনা লৌখিদে। মখোয়গী মমিং মথা F.I.R. দা হাপ্পনবা ঐগী সবোর্ডিনেৎ ওফিসারদা শিন্নে। ঐনা তাক্কুনা F.I.R. অমা শেম্মী। ঐনা ঐগী মিংদা Search warrant অদু execute তৌররবনীনা ঐনা I.O ওইবা তাখি। অফাবা মীশিং অদু ঐগী ষ্টাফনা bail দা লোইনা থাদোকখি। কেশ অদু F.I.R. No. 462 (9) 751IPA dt. 21/9/75 u/s 3/4 P.G Act নী। য়াম্না minor ওইবা কেশনী। অসিগুম্বা কেশসী ঐনা মমাংঙৈদা নোংমদা ৭/৮ investigate তৌখি। নোংঙানবগা ঐনা কেশ অদুগী চার্জসিৎ ইখি। অদুবু Inspt. A. Nilamani O/C IPS অমসুং SP/Vigillence Mr. Th. Chhandabihari অনীনা কেশ অদুদা accd. শিংদগী Huge amount ঐনা লৌখি হায়না allegation তৌদুনা vigillence কেশ অমা ওইনা শেমগৎখি। মরম অদুননী ঐগী promotion গী মতাংদা Sealed cover তৌখিবনি মতৌ অসুম্না মতম অদুগী IGP Mr. B. Lal দা ঐহাক্কী মথক্তা bias লৈহনখি। ঐগী থবক ফবগীদমক S/P Central না তাং ১৫/৩/৭৬ ইংদা ঐঙোন্দা লুপা ৫০০, Cash reward পীননবা recommend তৌদুনা IGP দা থাগৎখি। অদুবু IGP না হান্ননা ঐগী মথক্তা bias লৈরবনীনা SP/Central গী recommend অদু AIG (ADM) দা examine তৌ হায়না থাদখি। AIG(ADM) না SP/Central দা recommendation অদুগী মতাংদা অকুপ্পা মরম কয়ামরুম হংদুনা থাদরকখি। SP/Central না AIG না পান্নিবা পোইন্ট পুম্নমক পীখি। AIG (ADm) না কেশ অদু

IGP দা report কা লোয়ননা put-up তৌখি। য়ানীং য়ানীংদনা IGP না তাং ৪/৫/৭৬ ইংদা লুপা ১০০ ককথরগা ঐঙোন্দা লুপা ৪০০ গী cash reward sanction তৌখি। মরক অসিদা তাং ৭/৫/৭৬ ইংগী নুমিদাংৱাইদা মহৌশা ঐগী পিকেট পুলিসনা foreign cloth পুরম্বদগী ফাদুনা Town Control দা পুশিল্লকখিবী মোরেদগী Kum. Moyi Hmar (14), মহাক্কী মমান্নবী Kum. Dede Hmar (14) কৌবী অমগা ঐনা থবক চৎলুবদগী হল্লকপদা office গী থোঙ্গালদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐ উবদা ইনাক্তা চংলক্লবা "ইপা ঐখোয় অনী মোরেদগী লাকপনী, চাফম তুম্ফম লৈত্রে অদুনা খরা মতেং পাংবীয়ু" হায়ররে। ঐনা Town Control গী O/C ওইরিবা শ্রী এম নাদিয়া সিংহ S.I. দা মখোয় অনীবু শিন্নরে অমসুং মখোয়গী লৈফম চাফম খরা শীনবিয়ু। অচংবা পৈশা অদু ঐ পীগে হায়রে। S.I. M. Nodiya না মখোয় কদাইদা থম্বনো হায়বদু ঐহাক হংহৌদ্রে। ঐদী নুংদাং পুং ১০ রোম তাবদা যুমদা হল্লে। নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ৯ তাবদা ঐনা ওফিস কারকপদা মার নুপীমচা অনী অদু লৈরমলে। S.I. Nodiya না মখোয়গী লৈফম চাফম শীনবিরে হায়। ময়ুমদা হনখিরোই cinema য়েংখিগনী হায়রে। ঐনা লুপা ৪ পীরগা const. অমদা মখোয়গী cinema ticket ককপিখি। ঐদী হকচাং নুংঙাইতদুনা পুং ৬ তাবদা য়ুমদা হল্লে। নোংঙাল্লগা তাং ৯/৫/৭৬ ইংদা ঐহাক চান্ননা নাদুনা ওফিস কাদে। নুমীৎ অদুদা ঐগী ইচননুপীগী মচানুপী অতোম্বী কুমারী ইন্দুবালা দেবীসু থাংমৈবন্দা লৈবা SO অমদা অনীরকশুবা ওইনা চেনখ্রে। মথংগী নুমীৎ তাং ১০/৫/৭৬ ইংদা হায়দোকপা লাকপা য়াওদুনা লৈরে। নুংথিল পুং ৪ তাবদা ওফিস য়ৌবা মতমদা O/C S.I. Nodiya না ঐঙোন্দা হায়। মার নুপীমচা অনী অদু মোরেগী বসতা টিকেট লৌরগা চৎহনখ্রে। মখোয়না হোটেলদা লৈবগী অমসুং ভারাগী পুন্না লুপা ৩২, চঙখ্রে হায়দুনা ঐনা পৈশা অদু হনবিখি। "ভাব তাদ্রিবা অফ-ফত্ত খঙদ্রিবা অঙাংশিংনী মখোয়বু ফননবা শীনবিবা হায়বসি অফবা ধর্ম্মনি" অসিনী ঐনা খনখিবা অমসুং পৈশা তিংখিবদা পাম্মুখিদবা।

তাং ১৫/৫/৭৬ ইং থাংজ নুমীত্তা ডিপুটি Speaker Ngurdinglen না SP/Central দা ঐগী ইথক্তা পাও পিশিল্লে। মদুদী মার এসোসিয়েসন্না মোরেদগী মোয়ী অমসুং দেদে কৌবী নুপীমচা অনী নত্তবা লমচৎ চৎলী হায়দুনা পাওনা বাজারদগী ফারগা ইনক্কারী তৌবদা মখোয় তাং ৭/৫/৭৬ ইংদগী OSD তাউন কন্ট্রোলনা পীজ পীথক্লুনা হোটেলদা লৈহল্লগা নত্তবা শাজৎ চৎলী। অদুগী মথংদা তাং ১০/৫/৭৬ ইংদগী অতোপ-অতোপ্পা মীওইগা লৈমিন্নদুনা লৈরকপদগী মার ষ্টুদেন্ট এসোসিয়েসনগী মীওইশিংনা ফাবনী হায়। মতাং অদুদা Dy. Speaker Ngurdinglen না ঐবু উন্নবা পামখি। ঐহাক য়াম্না নুংঙাইতনা নুংথিল পুং ১২ মি: ১৫ দা Assembly Office তা Dy. Speaker গা উন্নখি। মহাক্না করিগুম্বা respect অমত্তা য়াওদনা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়ামরুম হংখি। ঐনা মঙোন্দা হায়খি Sir, মার ষ্টুডেন্ট এসোসিয়েসনগী মীওইশিংনা হায়রিবা complaint অদু পুমলান লানবনি। মীওইবগী মীনুংশি অমসুং মতেংগী মতাংদা করি অমত্তা খন্থদ্রে। ঐনা নুপীমচা অনী অদুদা উৎখিবা মীনুংশি অদু অরানবা ৱাখললোমদা লোইনা পুথোকখ্রে। Mr. Ngurdinglen না ঐগী ৱা অদু মুন্না তাখিদে অমসুং IGP গা উন্নরুচো হায়খি। নুমীৎ অদুগী নুংথিল

পুং ১ তাবদা মতমদা IGP গা মাগী ওফিসতা উন্নে। মহাক্না ঐগী ইথক্তা impression য়াম্না ফত্তনা লৈরমই। করি মরমগীদমক ঐবু মানা ফত্তনা খল্লিবনো হায়বা ঐ জ্ঞান তারমদে। মমাংদা থৌদোক অনীখক্তী থোকখি - IGP B. Lalনা মণিপুরদা join তৌবা নুমীৎ নীনী হুমনিখক্তুং ঙাইরিঙৈদা নোংমা ওফিস কারকপা মতম অয়ুক অমদা মাগী ড্রাইভর মীয়ায় চল্লবা নেপালি মচা অমা Town Control দা লাকখি। মহাক্না ফাদুনা লৈবা মীওই অনীখক IGP সাহেবকী মেম সাহেবনা থাদোকখো হায় হায়রৈ। মণিপুরদা লাকপা নুমীৎ নীনী হুমনিদা ঙাইরিবা IGP সাহেবকী মেম সাহেবনা করম্না বজারদা লৈবা ময়াংমচা গুণ্ডাশিং অদু খঙনগদৌরিবনো হায়বা ঐহাক ঙকখি। ড্রাইভর নেপালি মচা অদুনা IGP সাহেবকী মেম সাহেবকী মমিং শীজিন্নরগা খুদোংচাবা লৌদুনা হায়রিবনী হায়না ঐনা খনখি। অদুনা ড্রাইভর অদুদা ঐনা হায়খি। বজারগী গুণ্ডাশিং অসি মেম-সাহেবনা করম্না খঙগদৌরিবনো। অশেংবা ওইরম্লবদী টেলিফোন তৌরগা হায়রকলমগদবনি নহাক্না সাহেবকী ড্রাইভর ওইরগা অসিগুম্বা মচা-মশুগী মরমদা করিগী য়াওরিবনো। মীওইশিং অসিদী ইম্ফাল থনাদা শিন্নখিগদবনি। মফম অদুদা হায়নরগা লৌথোকলুচো। ড্রাইভর অদু তুমিন্না চৎখি।

অনীশুবা থৌদোক অমদনা নোংমা নুমিদাংৱাই অমদা Town Control দা ঐঙোন্দা সেন্ত্রা পাওনা বাজার পিকেত্তগী পাউ পীরকখি। IGP সাহেবকী মেম সাহেবনা ঐহাকপু ভীক্তোরী সিনেমা হোলদা থুনমক উন্নসি হায়না। মতম অদু নোংসু কন্না তাই। ঐহাক খুদক্তা ভীক্তোরী সিনেমা হোল তম্না লাকখি। IGP B. Lal গী মেম সাহেবনে, পঞ্জাবী নুপা অমা অমসুং নুপী অনীনে মখোয় মরি লৈরম্মী। ঐনা মেম-সাহেবতা করি তৌ হায়বগে হায়না হংবদা সিনেমা য়েংননবা তিকেৎ ফংদ্রে। কলাবজার তৌবা মীওইশিংনা তিকেৎ লোইনা লৌশিনখ্রে অদুনা তিকেৎ ফংদবনী হায়রে। খুদক্তা ঐনা ভীক্তোরী সিনেমা হোলগী মেনেজরগী মনাক্তা 1st Floor দা কাখৎলে। IGP গী মেম সাহেবসু ঐগী তুং ইন্নরকই। ঐনা মেনেজরদা হায়রে। Dress Circle গী টিকেট মরি খক্তুং শীনবীয়ু। মেনেজরনা খুমখি তিকেৎ য়োন্থোকখ্রবনীনা উপাই লৈতে । মতম অদুদা IGP গী মেম সাহেবনা মেনেজরদা হায়খি। "ঐ IGP গী নুপীনী মরুপ-মপাং অহুমগা সিনেমা য়েংনবা লাকপদা কলাবজার তৌবা মীওইনা তিকেৎ লোইনবা লৌখিবনা টিকেট ফংদ্রে। মতম অদুদা মেনেজরনা খুমখি, হান্ননা পাও ফংলমলবদী টিকেট অপাম্বা মতুংইন্না খাক্তুনা থমলমগদবনী। ঐখোয়গীদী টিকেট লোইনবা শীৎপা হায়বসিনা পান্দম্মী। কনানা কলাবাজার তৌবা অমদী তৌদবা হায়বদু ঐখোয়না থিজিল্লুদে। ৱাদু তাবদা মেম সাহেব অদু অমুক্তা হেন্না শাউরে। গত্তি লৈতবদগী ঐহাক মখাদা কুমথরক্লে, মেম সাহেবসু ইন্নরকল্লে। ground floor য়ৌবা মতমদা ঐগী স্তাফকী constable অমনা কলাবাজার তৌবা কৈশাম্পাত্তগী জয়কুমার কৌবা অমদগী বেলকোনিগী টিকেট৪ খক ফংলে হায়রে। ঐনা মেম সাহেবতা Dress Circle গী ফংদ্রে অদুবু বেলকোনিগী টিকেট মরিদী ফংলে হায়খি। মখোয় মরি খন্নরগা বেলকোনি ওইরসবু য়েংলসি হায়নরে। ঐনা টিকেট মরি অদুগী মমল খুদক্তা পীখ্রে অমসুং মখোয়বু হোল মনুং তানা থিনজিল্লে। টিকেট মরি অদু বেলকোনীগী

মনীংৱাইদা ওইরম্লে। অদুম ওইনমক মখোয় হোল মনুংদা ফমহৌরে। অদুদগী ঐহাক ওফিস তান্না চৎলে। সিনেমা লোইরকপগা পাও পীরকউ হায়না পিকেটকী পুলিসদা হায়রম্লগা লাকলে। নুমিদাংৱাই সিনেমা লোইরকপা মতমদা ঐহাক লাক্লগা ঙাইদুনা লৈরে। মখোয় মরি কুমথরকপদা ঐনা ওক্লে অদুগা শোরোক্তা খামলিবা কার তম্না থিন্দোক্লে। নোং কন্না তাবনীনা ঐগী ইউনিফোর্ম অদু পুমচোৎ চোৎলে। চৎলমদাইদা মেম সাহেবনা হায়রম্মী "টিকেট ব্লেক মার্কেৎ তৌবা কাংবু খুসিদা থাদোক্লে, ঐনা ঐগী নুপাদা নংগী নথক্তা রিপোর্ট তৌগনি" অসি হায়রম্লগা গাড়ী থৌখ্রে। ঐহাক নুংঙাইতনা লৈহৌই অদুবু করিদী তৌরুনী। টিকেট কলাবজার তৌবা থিংন থিংন অদুম মুখৎলূবদী ঙমদে মরমদী সিনেমা হোলগী authority, টিকেট সেল্লর অমসুং পুলিস লোয়নবা ইমান মমান্নবনী।

মথক্কী থৌদোক অনী অসি নত্তনা IGP না ঐঙোন্দা ফত্তনা খন্নবগী মরম অমত্তা লৈতে। ঐগী অফবা থবক, সাইকল হুরানবা recover তৌবা অমদী পৈদুনা থমলগা মপু মপুদা শিন্নবা মশামক্তা উৎখ্রবনী। গুন্দা কয়া ফাগৎপা, নোংমৈ কয়া ফাগৎপা মঙোন্দা নুংতিগী রিপোর্ট য়ৌরিবনি। মশামক্কী মখুৎনা অফবা থবক তৌবগী Cash reward sanction তৌখ্রবনি। অদুবু করিগীদমক করিসু নত্তবা মথক্কী থৌদোক অনী অদুদা ঐঙোন্দা বাইয়স লৈফম থোক্তে, মসিনী ঐনা খনখিবা।

অদুবু তাং ১৫/৫/৭৬ ইংগী নুংথিল পূং অমা তাবদা মহাক্কী ওফিসতা উন্নবা মতমদদী অফবা অমত্তা হায়রমদ্রে - অহানবদা মহাক্না হায়খি - বজারদা সিনেমা টিকেট ব্লেক মার্কেৎ তৌবদা থিংদ্রিবা কবিগীনো? অনীশুবদা Town Control Staff না নুংতিগী য়ু থক্তুনা লৈ হায়বা চুন্বা? অহুমশুবদা মোরেদগী নুপীমচা অনীদা নত্তবা লমচৎ চৎলি হায়বসি চুন্বা? মরিশুবদা নংগী staff অমদী বাজারদা duty তৌবা মী ওইশিংগী মেন্নরস য়াম্না ফত্তবা করিগীনো? ঐহাক্না পোইন্ট খুদীংগী পীবা পাওখুম মহাক য়ানীংখিদে অমসুং এব্রফ্ট ওইনা লোইশিনখি। অদুগা থাদোরকখি। নুংঙাইমন্দদুনা ঐহাক SP/Central গী ময়ুমদা চৎলে অমসুং মঙোন্দা পুম্নমক তম্লে। অদুদগী খুদক্তা Ngurdinglen গী ক্বাটরদা চৎলে। মাগী quarter য়ৌবদা Ngurdinglen ঐবু হৱাও হৱাও তৌরম্মী। ঐনা মোরী অমসুং দেদে অনীগী মতাংদা মঙোন্দা কুপ্না ৱারী শারে। মখোয় অনী লৈরবদী সারগী মাংদা ৱা ঙাংনজগে করিগুম্বা ঐনা immoral ওইবা শাজৎ চৎপগী খজিক্তুং মরম ফংবীরবদী ঐগী ইথক্তা অকনবা এক্সন লৌখৎপীয়ু। ঐগী মীনুংশিগী পুকচেল অদু ময়ামদা খজিক্তুং উথোকচনবগী খুদোং চাবা পীবিয়ু। Dy. Speaker Mr. Ngurdinglen অদু ঙসাই মানা উৎখিবা শক্তম অদুদগী ওন্নতৈননা পুরা নোর্মেলদা লাক্লে। মানা ঐঙোন্দা থেমজিল্লে। মখোয় অনী হায়বদী নুপীমচা অনী অদু মোরেদা ময়ুমদা চৎখ্রে। ছাত্রশিংনা ময়ুমলোমদা থাখ্রবনীনা হৌজিক্তি ইম্ফালদা লৈত্রে। অদুনা মহাক পাও চেল্লগা মখোয় অনী কৌরগে অদুগা শেংদোক্লরো হায়রে। ঐনসু মখোয় লাক্লনবা শীঞ্জগে হায়না হায়রম্লগা ওফিসতা হল্লক্লে। মিংচৎ থীবগী থৌদোক অদুনা ঐহাক লৈফম চাফম খঙখিদে। অদুনা তাং ১৬/৫/৭৬ ইং নোংমাইজীং নুমীত্তা ঐগী এজেন্ট ওইনা লৈবা 'ইবুঙোবী' বু মোরেদা থারগা নুপীমচা অনী অদু উন্নরগা করিগীদমক ঐগী ইথক্তা অদুক তুকচনিঙাই ওইবা মরাল পীশিল্লীবনো

হায়বা খঙদোকলূনবা চৎহনখি। মহাক তাং ১৯/৫/৭৬ ইং ফাওবা হল্লক্ত্রে অদুগা পাওসু তাদ্রে। লৈফম খঙদনা নুংঙাইতবা ফাওবদগী থৌদোক অদু ঐনা Dy. SP/Hd. R.K. Rajmohan Singh দা ৱারী শাখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খি করিগীদমক্তা পন্থদুনা লৈরবনো? ঙমগদবা মীওই অমা থারগা নুপীমচা অনী অদু ইম্ফালদা পুরক্লগা Dy. Speaker Ngurdinglen অমসুং IGP দা শেংদোক্লবা তৌ। মহাক্কী advice অদু অচুম্বনী খন্দুনা ঐনা ঐগী staff তা য়াওবা S.I. Yamkholet Kuki অদু মোরেদগী মীনী। মহাকপু অমুক তাং ১৯/৫/৭৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা মোরেদা থারগা নুপীমচা অনী অদু ইম্ফালদা পুরক্লবা শীল্লে। তাং ২০/৫/৭৬ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা S.I. Yamkholet না মার নুপীমচা অদু MSRTC দা পুরক্তুনা লৈরে হায়না তেলিফোন তৌরকই। ঐনা য়ামখোলেট তা হায়খি মখোয় অনী অদু ঐঙোন্দা পুরক্লগনু Dy. SP/HQ Mr. R.K. Rajmohan গী মমাংদা পুথোকউ। মহাক্লা অশেংবা থৌদোক অদু Dy. Speaker অমসুং IGP দা খঙহনগনি। অসুম্না MSRTC দগী S.I. Yamkholet না নুপীমচা অনী অদু R.K. Rajmohan Dy. SP/HQ দা পুথোক্লে অমসুং মঙোন্দা শিন্নরম্লে হায়দুনা তল্লরে। S.I. Yamkholet ঐগী ইনাক্তা য়ৌরক্লবা মতদা ঐনা হংবদা হায় মদুদী তাং ১০/৫/৭৬ ইংদা মোরেগী বসতা কাখৎলবা মতুংদা লম্বীদা মখোয় অনীগী টিকেট অদু য়োম্থোক্লগা পাওনা বজার রোমদা চৎলী। মীওই মখল-মখল কয়া উন্নদুনা লৈরে। মখোয়গা তুমিন চামিন্নদুনা তাং ১৫/৫/৭৬ ইং ফাওবা লৈরবা মতুংদা নুমীৎ অদুগী অয়ুক্তা পাওনা বজারগী হোতেলদা উষা পিকেৎকী Thanga Waiphei C/No. 2460 অমসুং কষ্টুরি পিকেটকী Hrangkhan Hmar C/No. 2163 মখোয় অনীনা ফারগা Hmar Student Union গী মীদা শীন্নে। মখোয়বু কিহন্দুনা OSD না নত্তবা লমচৎ চৎলী হায়য়ু হায়দুনা হায়বনী হায়না তম্মী। ঐনা খল্লী DY. SP/ HQ R.K. Rajmohon না অশেংবা পুকচেল অদু শোয়দনা পুথোকপিরগনি হায়না। অদুনা ঐহাক মথা শাবদু খরমথৈ হন্থরে। অদুবু Dy. S.P./HQ R.K. Rajmohan দী ঐবু পুংমাঙ মাংহন্নবা প্লোট তৌবা ওইরম্লে। মহাক্লা এক্সন অমত্তা লৌদনা নুপীমচা অনী অদু Imphal P.S. Lock-up তা তাং ২০/৫/৭৬ ইংগী নুমিদাংদগী তাং ২২/৫/৭৬ ইং ফাওবা থমজিল্লে। মখোয় অনী মরম লৈতনা লোকঅপতা ফাজিন্দুনা থম্বদু Hmar Student Union না কন্না object তৌদুনা Dy. Speaker Ngurdinglen দা report তৌবদগী অচৌবা ৱাথোক ওইরকলে। তাং ২২/৫/৭৬ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা IGP না নুপীমচা অনী অদু করিগীদমক্তা ফাজিন্দুনা লোকঅপতা থমলিবনো হায়না হংলে। ঐনা হায়রে Dy. SP/HQ না মখোয় অনী লৌহল্লু হায়বদগী S.I. Yamkholet থারগা লৌহল্লুবনী। মখোয়গী অরানবা allegation অদু শেংদোক্লবা Dy. SP/HQ না হোৎনগনি হায়না নুপীমচা অনী অদু হেক পুরকপা নুমীত্তা ঐগা উন্নদ্রিঙৈদা Dy. SP/HQ দা পুথোকপনী। মখোয় অনীবু IPS Lock-Up তা থম্বা ঐগী দায়িত্বা নত্তে খুমখি। মতম অদুদা IGP না R.K. Rajmohan দা চুম্বা হংবদা চুমদে মহাক্লা নুপীমচা অনী অদু লৌরুনবা কৈদৌঙৈদসু হায়খিদে হায়রে। IGP না ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা "Dy. SP/HQ has denied just at your face, what you have alleged. So whom I have to believe হায়রে"। নুমীৎ অদু ঐগী পুন্সীগী সুকাউ কাউররোই R.K.

Rajmohan চহী কয়াগী মমাংদগী তিন্নরক্লবনী। মহাক্না অদুম্না ঐবু অৱাবদা তাহন্নবা শীনগনি সুকথা থাজখিদে। ঐনা allegation অদুগী Source ওইখিবা const. অনী অদু জবান লৌখি। মদুদসু অমুক মখোয় অনীবু শাথীনা ফুবিরে হায়না ঐগী ইথক্তা Dy. Speaker Ngurdinglen দা report তৌখি। আই.জি.পি.না মোরে নুপীমচা অনী অদুগী এলিগেসন অদুগা কোন্সটেবল অনি ফুবগী ইনক্বারী তৌনবা দিপুটি এস.পি/সি.আই.দি অমসুং ইন্সপেক্তর সি.আই.দি. এস.দেরেন্দ্র অনীদা শীন্নখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক লৈফম চাফম খঙদনা লেনখি। অদুগী মথক্তা এস.পি/সেন্ত্রেল কে. সত্যবর্ত্ত সিংহনা তাং ২৭/৫/৭৬ ইংদা ঐঙোন্দা হায়খি মদুদি আই.জি.পিনা ঐগী ইথক্তা ক্রিমিনেল কেস অমা রেজিষ্টার তৌনিংই হায় হায়না। মতৌ অসুম্না শ্রীবি.লাল আই.জি.পিনা ঐগী ইথক্তা চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংবনা ঐহাক্কী অফবা ওইগনি হায়বগী থাজবা লৈখিদে। অসুম্না নীংজিং মাংজিংননা লৈরিঙৈদা তাং ৩/৯/৭৬ইং ইবাই নুমীত্তা ঐহাক টাউন কন্ত্রোল ও.এস.দি.দগী ময়াংইম্ফালদা সার্কল ইন্সপেক্তর ওইনা ত্রান্সফর তৌবগী হুকুম ফংখি। হুকুম অদু আই.জি.পি.গী ওর্দর নং ৫/২১/৭৬-পি.ঐচ.কীউ, তাং ১/৯/৭৬ এস.পিগী ওর্দর নং না ১০৬৫ তাং ২/৯/৭৬নী। শ্রীগোলমৈ খোংজাইরুং কাবুই সি.আই/বিষ্ণুপুরনা ও.এস.দি টাউন কন্ত্রোল ওইনা লাক্কদবনী। তাং ৬/৯/৭৬ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পুং ১-৩০ তাবদা ঐনা জি.কে. কাবুইদা ও.এস.দি. টাউন কন্ত্রোলগী চার্জ শিন্নখি। তাং ৭/৯/৭৬ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুংথিল পুং অহুম তাবদা ঐহাক ইম্ফাল থাদোক্লগা ময়াংইম্ফালগীদমক খোংশানখি। নুমীৎ অদুগী পুং ৪ তাবদা ময়াংইম্ফালগী সার্কল ইন্সপেক্তর ওইনা চার্জ লৌখি।

ময়াংইম্ফাল থানাদা মতম অদুদা এস.আই. অচৌ সিংহ য়ুম্নাম লৈকাইনা ও/সি ওইরম্মী। তাং ২১/১০/৭৬ ইংদা দি.সি/সেন্ত্রেল না হায়রকপা মতুংইন্না অয়ুক্তা মহাক উন্নবা ইম্ফালদা চৎলুই। মদু সমুশঙগী লৌকোল নাকল অনীনা খৎনবগী মতাংদনী। মফম অদুগী লৌ অদু নাকল অনীমক্না খাউহন্দনবা দি/সি(সি)না ঐঙোন্দা হায়রকই। নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৮ লোম তাবদা এস.পি/সেন্ত্রেল ময়ুমদা উন্নরকই। মহাক্না হায় মদুদি আই.জি.পিনা ঐগী মথক্তা ডিপার্টমেন্টেল প্রোসিদিং অনী লৌখৎতুনা চার্জ ফ্রেম তৌখ্রে। অমনা শোক ১৯৯৫ইং সেপ্তেম্বর থাগী জুৱার শান্নবদা মীওই ১১ ফারগা থাদোকপগী অমনা মোরেদগী "মোরি অমসুং দেদে" অনীবু ইমমোরেল এক্টগী মতাংদা তৌরকপা এলেগেসনগী মতাংদনী। নোংঙাল্লগা তাং ২২/১০/৭৬ ইং ইরাই নুমীত্তা আই.জি.পি.গী ওর্দর নং এক্ট/পি.বি.ৱাই/৭৫-আই.জি.পি, তাং ১৯/১০/৭৬ ইং ফংখি। এদিসনেল এস.পি. শ্রীসিঐচ. মনি সিংহনা ই.ও. ওইনা ঐগী ইথক্তা দি.ই. লৌখৎনবনী। মতাংনা মোরেগী নুপীমচা অনী মোলেষ্ট তৌবগী এলিগেসনদনী। ডিফেন্স ষ্টেটমেন্টনা তাং ৫/১১/৭৬ইংদা পীগদবনি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং অদুমক্তদা ঐনা ডিফেন্স ষ্টেটমেন্ট অদু এস.পি/সেন্ত্রেলদা পীরুনবা এ.এস.আই দাউজীদা শিন্নরে। তাং ২৭/১০/৭৬ ইংদা পাও ফংলে মদুদী মণিপুরগী সেনিয়র ওফিসার ৫ আই.পি.এস.দা প্রমোসন পীখ্রে। মখোয় অদুদি :- শ্রীদব্লীউ. দামোদব, শ্রীবিমোলচন্দ্রা, শ্রীএল. জুগেশ্বর , শ্রীগাংটে অমসুং শ্রীটিঐচ. চন্দ্রাবিহারী মখোয় মরি অসিনি।

ঐনা ময়াং ইম্ফালদা সি.আই.ওইরিবৈদা তাং ৬/১১/৭৬ইংদা রিপোর্ট অমা ফংখি মদুদী তাং ৫ অমসুং ৬ নবেম্বর ৭৬ইংগী অহিংদা থোঙাম নীঙোল চাউবীহন কৌবী চহী ২৮ লোম শুরবী মৌনহা অমগা মচানুপা সনাজাওবা কৌবা চহি ৯ লোম শুরবা অমগা মমা-মচানা লৈরিবা য়ুম অদুদা মখোয় অনীমক হাত্তোল্লগা য়ুম অদুসু মৈ থাখ্রে। রিপোর্ট হেক ফংবগা ময়াং ইম্ফাল থানাগী ও.সি. ঐচ. অচৌগা লোয়ননা থৌদোক থোকফম মুতুম ফীবৌ হায়রিবা খুল অদুদা চৎলি। ইনভেষ্টিগেসন তৌবা মতমদা হায়রিবী চাওবীহন হায়বা নুপী অদু মপুরোইবগা কায়নদুনা মপামদা লৈবনী। মপামদা মাগী তোঙান্না য়ুম মচা অমা শারগা মমা-মচা লৈমিন্নবনী। চাওবীহলগা শ্রীনিংঙোম্বম তোম্বা চহি ২৫ রোম শুরবা ময়ূম্না তুরেন মচিন হায়রিবা মুতুম ফীবৌগী পরেং অদুদা লৈবা নুপা অমগা মরী লৈনৈ। থৌদোক নুমিত্তসু তোম্বা চাওবীহনগী ইমুংদা লৈরম্মী । ময়াম চংদুনা ফুবদগী হোস্পিতালদা লৈখ্রে হায়রে। খুদক্তা হোস্পিতালদা চত্তুনা নিঙোম্বম তোম্বা উন্নরে। তোম্বগী জবান মতুং ইন্না থৌদোক অদু চাওবীহনগী মবুং থোংঙাম য়াইস্কুলনা লুচিংদুনা মচন অমসুং মচনগী মচানুপাবু হাক্তোলগা য়ুম মৈ থাদোল্লগা মচন নুপী চাওবী হনগা মরী লৈনরিবা নিঙোম্বম তোম্ববু ফুগায়রগা থৌদোক অদুগী দায়ীত্বা ইনশিনবনী হায়রে। থোঙাম য়াইস্কুলগা লোয়ননা, L. Maımu, One Dharma, Langthaban Bıren অমসুং L. Achou হায়রিবা মীওইশিং অসিনা য়ু থল্লগা থোঙ নমখায়দুনা নিংঙোম্বম তোম্বী ফাগদবগী হোৎনৈ। অদুগা চাওবীহল মমা মচাবু হাত্তোল্লগা য়ুম অদু মৈ থাদোকপনি। মরক অসিদা Mr. Ch. Manı Signh Addl. S.P. না ঐগী ইথক্তা লৈবা D.E অদুগী মতাংদা তাং ৮/১১/৭৬ ইংদা কৌদুনা মাগী ওফিসতা চৎলী । তেতে হায়রিবী নুপী অদু জবান লৌবদা ঐগী ইথক্তা তৌরিবা allegatıon অদু সুকচুম চুমদে হায়না জবান পীখি। D.E. গী মতাংদু হেক লোইবদা ঐহাক ময়াং ইম্ফাল থানা তানা চত্তুনা double murder কেশ অদুগী মতাংদা ফাগৎপা, মথক্তা মমিং পনখ্রিবা suspect শিং অদু interrogatıon কন্না চথখি। থৌদোক নুমীৎ অদুদা নিঙোম্বম তোম্বগা S. Shamu কৌবা চহী ২৫ শুবা মুতুম ফীবৌদগী পাখং অমগা চাওবীহনগী ইমুংদা চৎমিন্নে হায়খি। অদুনা তাং ১১/১১/৭৬ ইংদা S. Shamu কৌদুনা জবান লৌখি। হায়রিবা নুমীৎ অসিমক্তদা SP/Central না কেশ অদু O/C দগী ঐনা লৌশিল্লগা investıgatıon চথরো হায়না মেসেজ থারকখি। মরম অদুনা কেশ অদুগী ınvestıgatıon ঐহাক ইশানা পায়খৎলে । অসুম্না murder কেশ অদুগী মতাংদা কন্না চিল্লিবৈ মতমদা তাং ২০/১১/৭৬ ইং থাংজ নুমীত্তা IGP দগী ঐগী ইথক্তা Departmen-tal Enquıry অমসুং জুৱার শান্নবা ফাবদুগী মতাংদা vıgıllence কেশ অমা শেমগৎলগা D.E. ওইনা লৌখৎনবা হুকুম তৌদুনা তাং ২৯/১/৭৬ ইং ফাওবগী মনুংদা defence statement পীয়ু হায়না order লাক্লে । মতৌ অসুম্না পুক্নীঙসি লৈতাফম খঙখিদে । ইরাল করিসু লৈতবা চুম্নগী ইচাগুম খন্দুনা মোরেদগী trıbal নুপীমচা পিশক অনিগী মতেং পাংলুবদা খুরক্কী ঈনা লাই শাই হায়দুনা ঐগী ইখাদা লৈবা tribal constable অনীনা লুচিংদুনা Hmar Student Assn. গী মীওইগা তান্নরগা খল্লুবা ফাওবদা তল্লবা, হঙ্গোইরবা বদনাম পিশিল্লে। ঐগী তশেং তশেংনা লমচৎ মুন্না খঙ্নবা R.K. Rajmohan Dy. SP/HQ না অরানবা

ব্রাখন্না মীহৌবদগী ঐবু মাঙননবা ইমাংমক্তদা শিনখিবা, ঐগী ষ্টাফ ASI খোমৈনা অচৌবা জুব্বার অমা পাওনা বাজারদা শান্নরে হায়না পাও পীবদগী SP/Central দা রিপোর্ট তৌদুনা Search Warrant লৌরগা execute তৌদুনা জুব্বার শান্নরম্বা labourer গুম্বা মীওই ১১ ফাদুনা আইনগী মতুং ইন্না charge sheet খুদক্তা থাগৎলিবা ঐবু মীহৌদুনা Insp. A. Nillamani মতম অদুগী O/C Imphal P.S. অমসুং মতম অদুগী SP/Vigillence অনীনা লৌতুনরগা ঐগী ইথক্তা vigillence কেশ শেমগৎপা, অহিং নুংথিল খাক্তনা তুম্বা চাবা থিদনা Town Control দা মখল মখলগী থবক তৌদুনা প্রজাগী সেবা তৌবদা থাগৎপগী মহুত্তা Mr. B. Lal IGP না মহাক্কী মেমসাহেবকী করিসু নত্তবা অনীঙবা অমা থুংদবগীদমক্তা ঐবু য়েক্লবগুম খন্দুনা career মাঙহন্নবা হোৎনবা পুন্নমক অসি খল্লুবদা পুক্নিংসি লৈতাফম খণ্ডদনা অহিং-নুংথিল লেনবা তাখি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা ঐনা লৈরিবা য়ুম অদুগা য়ুমজাওগা তাইনবা কারক্তা হেক শম্ছোংমক্তদা চাওরবা খোইবিনিংথৌগী মহুম থুদুনা য়াম্থুদুনা লৈরম্মী । মদুনসু অমুক্কা পুক্নীং অসি লৈতাহল্লমদে । করিগুম্বা থবক অমতদা concentration তৌবা ঙমলমদে । অদুবু তৌদবদি য়াদবনীনা নোংম নোংমগী থোরকপা থৌদোকশিংদী মায়োক্লবা তাখি। ইরাৎ পুজা কয়া তৌরবা মতুংদা 'খোইবিনিংথৌ' খোইশিং অদু পাইখিদুনা তাং ১/১২/৭৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অহাঙবা খোই মহুম অদু লৌথোকখি।

মুতুম ফীবৌ murder কেশ অদু থা অমগী মনুংদা accd. তরেৎকী মথক্তা তাং ৬/১২/৭৬ ইংদা চার্জসিট ইদুনা সেক্সন 148/149/307/302 IPC L Sec. 201/511 IPC গী মখাদা দণ্ডি পীননবগীদমক্তা থাগৎলি।

ঐনা ময়াংইম্ফালদা পোষ্টিং লৈরিঙৈদা ঐবু পোকপিবা ঐগী বাজি রাধাকুণ্ডদা লৈরগা লাই নীংদুনা পুরা ওইনা লৈখ্রগনি হায়রে । ঐনা বাজিগী অনীঙবা থিংবা ঙমখিদে । মতম অদু বাজিগী চহী ৬৪ রোম শুরে। লাইনীংবা বৈষ্ণোব কয়ামরুম বাজিগা তিন্নে। চরা নামতা চাদুনা মেরামিসতগী হেন্না চাদবা অযুক্তা মখুৎমক্লা লুক হৌরগা ইষ্টদেবদা কৎলগা প্রাসাদি ফংদুনা লেল্লকপা মতম কুইরবনী। ঐনদি উখ্রুলদা, বিষেনপুরদা, ময়াংইম্ফালদা পোষ্টিং লৈবনা মরম ওইদুনা বাজিগা নক্লনা লৈমিন্নদবা কুইরে । ঐঙোন্দা তত্তনা হায় মহাক 'বৈরাগ' ধর্ম্মরোমদা থাজরে অদুনা মীওইবগী অরোইবা মতমদা চৎনরিবা পুজা, কর্ম্মনচিংবা অমত্তা তৌরোইদবনী। শিরগা খাংঙেফমদা শঙ শাবা, ব্রাহ্মোন্না ঘোৎ চফু তৌদুনা পুজা তৌবা, মোংফমদা চান্দুব্রা খনবা, পোরোক শোনবা, অষ্ঠি লৌখৎপা, শোরাৎ শোনবা অসিনচিংবা পুন্ন মক মাগীদমক্তা তৌরোইদবনী। চুন্নগী অশিবা হকচাংদু মৈ থাদোকপা নত্রগা অচৌবা ইচেন্দা লংথবা অদুখক্তং তৌরগা লোইশিনবীয়ু । করিগুম্বা মখনগী উসোব, ফীরোই তৌবীগনু। মসিনী বাজিনা ঐঙোন্দা কন্না শিন্নখিবা । হায়রিবা বাজিগী অপাম্বা অদু ঐনা থুংহনগনি হায়বসি বাজিনা কৈদৌঙৈদসু থাজখিদে। অদুনা বাজিনা য়ুমদা শিবা পামখিদে । মসিনা রাধা কুণ্ডদা লৈনিংবগী অচৌবা মরম্মী। রাধাকুণ্ডদা বাবাজী কুঞ্জবীহারি কৌবা বাজীগা মুন্না খণ্ডনবা বৈষ্ণব অমা লৈ । মহাক্কী মরনাই য়ুম লৈ। মফম অদুদা বাজীগীদমক কা অমা পীগে হায়না য়ানদুনা তাং ৭/১/৭৭ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐগী বাজি রাধা-কুণ্ডগীদমক্তা

য়ুম থাদোক্লবা লেপখ্রে। ঐসু নোংমা ব্লাৎলিঙৈ তাং ৬/১/৭৭ ইং ব্লাকচীংগী ১৬ নি পানবা শগোলশেন নুমীকী নুমিদাংৱাই পুং ৪ তাবদা ময়াং ইম্ফালদগী য়ুমদা লাক্লে। অহিংচুপ্পদু ইমুং মনুং মী পুম্নমক্কা বিদাই তৌনদুনা পুক্নীঙ য়াম্না লাঙনখি। নুমিৎ অদুদসু বাজিনা অকনবা পাওতাক পীখি। মদুনা মহাক্না শিবা অমসুং শিখ্রবা মতুংদা চংনরিবা পুম্নমক থাদোক্লগা ইচম চম্না মৈ থারগা নত্রগা ফুম্লগা নত্রগা ঈশিংদা লংথরগা লোইশিনগদবনি। পুজা, শ্রাধা-কর্ম্ম অমত্তা তৌবা য়াদে । করিগুম্বা তৌরবদি মহাক্না মতম শাংনা নীঙলকলিবা অমদী চংলকলিবা অনীঙবা পুম্নমক কায়গনি। নোংঙাল্লমদাইদা হৌগৎলগা বাজিবু MSRTC ওফিস য়ৌনা থিল্লে। বাজিগী খোঙবু ওইগদবা মীওইশিংসু উন্নরে। বাজিগী address তি M. Ato Singh, C/o Shri Kunjabihari Babaji, Nontun Gera Shri Kunda, Bridnaband অসিনী। বাজিনা বস তোংদুনা চংখ্রবা মতুংদা ঐখোয় য়ুমদা হল্লক্লে। ঐনা জ্ঞান তারকপদগী বাজিনা তৌবীরকপা, ঐগীদমক্তা ব্লাজরকপা পূম্নমক অদু মথং মথং নীংশিংলকখি। থম্মোই পুবা ঙমখিদে। য়ুম য়ৌরকপগা বাজিনা লৈরম্বা অপীকপা খাংপোক অদুদা ঐহাক ওখোংনা কপ্পুনা মতম কুইনা লেনখি। নুমীৎ অদু য়ুমদা লৈরে। নোংঙাল্লগা তাং ৮/১/৭৭ ইং থাজ নুমিত্তা ঐগী পোষ্টিং মফম ময়াং ইম্ফালদা হল্লে।

ঐনা ময়াংইম্ফালদা লৈরিঙৈদা ঐগী নুপী শ্রীমতি কৈন্যা দেবী operation দারকার ওই হায়না ডাক্তর চাওবী দেবীনা হায়বদগী তাং ৭/২/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা ইম্ফালদা লাক্লে। তাং ৮/২/৭৭ ইংগী অয়ুক্তা Women Hospital দা admit তৌরে তাং ৯/২/৭৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ দা Operation তৌরে। ঐসু নুমীৎ মরিনিগী C.L. লৌরে। ঐগী নুপী Women Hospital দগী ডিসচার্জ তৌরবা মতুংদা তাং ১৬/২/৭৭ ইংদা ময়াংইম্ফালদা চংলে। তাং ২১/২/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Prime Minister Imphal দা লাকপগীদমক SP/C না ঐবু দ্যুটি গী কৌদুনা তাং ২০/২/৭৭ ইংদা ইম্ফালদা চংলি অমসুং নুংথিল পুং ৩ দা rehearsal য়াওরে। তাং ২১/২/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুংথিল পুং ২ দা P.M. থুংলখি অমসুং পুং ৩ মি: ১৫ দা ইম্ফাল থাদোকখি। মদুগীদমক ঐহাক কৈশাম্পাৎ জঙ্কসনদা অয়ুক পুং ১১ দগী দ্যুটি লৈরম্মী। ময়াংইম্ফালদগী ঐনা Investigation তৌখিবা মুতুম ফীবৌগী শ্রী মতি চাওবীহল মমা মচা হাৎপগী কেশদা aced. ওইবা য়াইস্কুলনা JMIC কোর্টতা ঐ অমসুং O/C MIPL নচিংবা ঐখোয় ৬ কী মথক্তা complaint কেশ অমা তৌদুনা Misc. case No. 2/29 u/s 330/348 IPC দা কেশ লৌখত্তুনা ইতৎ তত্তনা কোর্টতা ফাবা তাখি। অদুগী মথক্তা gambling গী মী ফারগা থাদোকপগী অমসুং মোরেগী নুপীমচা অনী চংজফম পীরব্বগী DE অনী লৌখত্তুনা Addl. SP গী মমাংদা ঙাইহাক লৈতনা appear তৌরম্মী। মতৌ অসুম্না ঐহাক তেনসন্না পিক থল্লম্মী।

তাং ১৯/৩/৭৭ ইংদা ৬ শুবা লোক সভাগী Election তৌরম্মী। মদু Inner Manipur Parliamentary Constitution গীনি। Outer Manipur Parliamentary Constitution গীদমক্তা তাং ১৬/৩/৭৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা পাঙথোকখ্রবনি। ঐহাক তাং ১৯/৩/৭৭ ইং থাংজ নুমীৎত্তা Election গীদমক Mobile Officer ওইনা দ্যুটি পীরম্মী । বিধান সভা কন্সিটিটুসন নং ২৩ ময়াংইম্ফালগী মনুংদা পোলিং ষ্টেসন

১৫ লৈরম্মী। মদুগী মনুংদগী পোল্লিং ষ্টেসন অহুম হায়বদি লফুপাৎ তেরা খোং অহনবী অমসুং কোমলাখোং নত্তনা অতৈ ১২ অদু ঐনা কোভর তৌগদবনি। অদুগী মথক্তা ৱাংগোই বিধান সভা কন্সটিটুসনগী পোল্লিং স্তেসন ১১ সু ঐনা কোভর তৌবা তারম্মী। লাংথবাল বিধান সভাগী কন্সটিটুসনগী পোল্লিং ষ্টেসন ১২ সু ঐগী দ্যুটিগী মনুং চল্লম্মী। তাং ১৭/৩/৭৭ তগী হৌদুনা MIPL Constitution গী পোল্লীং ষ্টেসনশিংদা দ্যুটি তাগদবা M.R. Personnel শিং অদু 1st B.N. M.R. দগী খোমজিনবা তারম্মী। তাং ১৮/৩/৭৭ ইংগী নোংঙাল্লমদাই পুং ১ দা 1st Bn. M.R. দগী ফোর্স পুদুনা ময়াং ইম্ফালদা চৎলম্মী অমসুং force deploy তৌরম্মী। মতৌ অসুম্না তাং ১৮/৩/৭৭ ইংদা MIPL গী পোল্লিং ষ্টেসন ১২ দা ফোরস deploy তৌবা লোয়রে। Election নুমীৎ তাং ১৯/৩/৭৭ ইংদা ইহান হান্না লাংথবাল কন্সটিটুসনগী পোল্লিং ষ্টেসন পুম্নমক cover তৌরগা ৱাংগোইগী মনুংচনবা police station শিং চোক তৌখি। তাং ২২/৩/৭৭ ইংদা Election result হায়দোকপা লোইবা মতমদা Lok-Sabha Seat 542 গী মনুংদা জনাতা-২৭০, CFD-২৭, CPM-২১ Congress (I) -১৫১, AnnaDMK-১৯, CPI-৭ অমসুং অতৈ অতৈনা Seat মবি ফংখি। ঐনা ময়াংইম্ফালদা লৈরিঙৈদা ঐগী ইচন নুপী শঙ্গাইগী মচানুপী অহন কুমারী ইবেমহল দেবী তাং ১৮/৪/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা হাওবম মহেশ কৌবা চিংঙা মথক্তা লৈবা নীপা অমদা চেনখ্রে হায়বগী পাও ফংই। হৌনবী পুম্নমক লোইশিল্লবা মতুংদা মহাক তাং ১/৬/৭৭ ইংদা লুহোংবা হায়না লেপ্লখ্রে। মরক অসিদা Addl. S.P. Shri Ch. Mani Singh না DE No. 10/76 regarding immoral act অদু প্রমান লৈতে হায়দুনা তাং ২৬/৪/৭৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা IGP দা finding থাখ্রে। তাং ৭/৫/৭৭ ইংদা SP/C গা উন্নবা মতমদা IGP না E.O. গী finding অদু য়ানীংদ্রে। Circumstancial evidence লৈ অদুনা Major Punishment পীরোইদবগী মরম উৎকদবনী হায়না order থোকখ্রে হায়রে। মরাল লৈতবা মীবু IGP B. Lal না দণ্ডি পীনিংলিবা করিগীনো হায়না খনবদা খাঙফম খঙখিদে। মরক অসিদা তাং ১৬/৫/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মণিপুর এসেম্বলী এনিমেটেদ সসপেন্সন্দা থমখ্রে অমসুং P.R. লাকখ্রে। বাজিনা রাধাকুণ্ডদা লৈখিবা থা মঙা মপুং ফারকলে। ঐনা মরক মরক্তা চিঠি থাদুনা য়ুমদা হল্লক্লবা তত্তনা হায়জখি। থা থাগী লুপা ৫০/৫০ M.O. তৌদুনা থায়। অদুবু করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পীরক্তে। ইখঙ-খঙহৌদনা ঐনা ময়াংইম্ফালদা লৈরিঙৈদা তাং ৭/৬/৭৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা বাজিদু য়ুমদা থুংলরে হায়বা পাও তারে। হায়রিবা নুমীৎ অসিদা MLA ২৩ জনতা দলদা ডিফেক্ট তৌদুনা হান্নগী R.K. Dorendra Govt. মাইনোরিতি তারে। ঐহাক তাং ৯/৬/৭৭ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ময়াংইম্ফালদগী ইম্ফালদা লাকখি। নুমিদাংৱাইদা IGP দগী শো কোজ অনী থারকখি। অহানবা Moral trapitude গী মতাংদা মেজর পনিছমেন্ট পীরোইদবগী মরম অনীশুবা gambling case গী D.E. গী মতাংদনা ইনক্রিমেন্ট অনী ষ্টোব তৌরোইদবগী মরম পীয়ু হায়না order পীরে। তাং ১০/৬/৭৭ ইংদা D.E. No. 101/76 গী show cause গী মতাংদা কোরিজেন্দম অমা অমুক IGP দগী থারকই। মদুদা মেজর পনিছমেন্ট হায়বগী মহুত্তা রিভরসন তু next lower rank i.e.S.I. হায়না ওম্থোরকলে। নুমীৎ অদু বাজিনা

শীনবীদুনা মদন মোহোন খুরুমজরে অমসুং বাজিনা সাইখনা য়েংবীখি। সাইখনা য়েংবদা ফত্তবা ফোল লৈরোই হায়বীখি। SP/Central শ্রী সত্যব্রতনা হায়বা মতুং ইন্না Show Cause অদু Mr. I Bijoy Singh Dy. Secy (Law) বু draft তৌহনগে হায়দুনা তাং ১১/৬/৭৭ ইংদা বিজোয় উন্নরে অমসুং মহাক্কী পাওতাক মতুংইন্না D.E.No. 101/76 কী relevant document শিং অদু শিন্দোকলে। তাং ১২/৬/৭৭ ইং নোংমাইজীং নুমীত্তা শ্রী আই বিজোয়গী য়ুমদা অয়ুক পুং ৮ তাবদা চৎলে অমসুং নুমিদাংৱাই পুং ৫ ফাওবা draft তৌরে। Show Cause report অনীমক তাং ১৬/৬/৭৭ ইংদা IGP দা S.P. গী through দা submit তৌখ্রে। SP না তাং ১৭/৬/৭৭ ইংদা IGP দা put up তৌখ্রে। তাং ২৪/৬/৭৭ ইংদা D.E. No. 101/76 dt 20.10.76 (gambling case) গী মতাংদা চহি অহুম ইনক্রিমেন্ট ষ্টোপ তৌরে ।

তাং ২৯/৬/৭৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Shri Y. Saiza না লুচিংবা জনতা গর্ভনমেন্ট ৱাশক লৌবে। R.K. Dorendra C.M. দগী তোক্কুনা opposition দা লৈখ্রে। তাং ২/৯/৭৭ ইং থাংজ নুমীত্তা শ্রী করাম সত্যব্রত সিংহ্ S.P. Central দগী transfer তৌদুনা শ্রী থোইদিংজম ছন্দবীহারীনা SP/Central ওইনা চার্জ লৌখ্রে। Transfer order অদু SP/C না AIG(ADM) ওইনা, SP/TML না SP/Vigilence ওইনা, SP/V না SP/Central ওইনা, AIG(ADM) না CO 5 MR ওইনা অমসুং SP/Chandel না SP/TML ওইননি।

ঐগী ইথক্তা IGP না পীরিবা দণ্ডি অদুগী মায়োক্তা revision petition অমা SP/Central গী through দা তাং ২২/৭/৭৭ ইংদা থাখ্রে। মদু SP/Central না তাং ২৮/৭/৭৭ ইংদা IGP দা ফোরৱার্ড তৌখ্রে। তাং ১৯/৮/৭৭ ইংদা D.E.No. 104/76 gambling case গী মতাংদা অমুকসু IGP না ঐবু চহি অনীগী ইনক্রিমেন্ট ষ্টোপ তৌবগী হুকুম অমা থোকলে। তাং ২২/৮/৭৭ ইংদা Dy. S.P/H.Q. R.K. Rajmohan ট্রান্সফর তৌদুনা Home Guard কী A.C. ওইনা হুকুম থোক্লে। মহাক্কী মহুত্তা DSP Y. Yangya Tangkhul না DY. SP/HQ ওইরে। অকোনবা IGP গী order অদুগী মায়োক্তা Revision অমা তাং ২৯/৮/৭৭ ইং দা শ্রী বিজোয়না ড্রাফ্‌ট তৌরে। তাং ৫/৯/৭৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Revision অদু submit তৌখ্রে। মরক অসিদা S.I. H. Achou Singh O/C Mayang-Imphal P.S. অদু য়াম্না obstinate ওইরে। শ্রী কে. সৈত্যবত্রা সিংহনা SP/Central দগী ট্রান্সফর হেক তৌখিবগা মহাক্না police station গী থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা তাকখিদ্রে। নুংতিগী submit তৌরম্বা G.D. entry গী কোপী ফাওবা submit তৌবা তোকখ্রে। অদুগী মথক্তা police station গী staff অমত্তনা CI না হায়বা য়ারোইদবনী হায়না রোল কোলদা লাউথোক্লে। মাগী indifferent attitude অদু ঐনা খাঙদুনা লৈবা ঙমদ্রে। অদুনা O/C H. Achou S.I. গী মথক্তা ঐনা রিপোর্ট থাখ্রে। S.I. Achou অসি নুমিৎচুপ্পা য়ুতা থক্কুনা লৈ। খুলগী নুপী মৌ-নহা অমগসু মরী লৈনৈ। নুপী অদুগী মমিং মেমচা কৌই। মেমচাদা মহাক্না নত্তবা লমচৎ চৎলুবগীদমক্তা মাগী মথক্তা SP/Central দা রিপোর্ট তৌবদগী অনৌবা DSP/HQ না enquiry তৌই হায়বসু তায় । পুলিসকী investigation দদী করিসু খঙদে। ইবসু হৈতে। তাক্লবসু লৌদে । অদুবু মহাক SP/Central Mr. Chhandabihari নদি য়াম্না য়াই। মহাক্না হায়বা ৱা লৌই। হান্নগা Mr. Chandabihari না ঐঙোন্দা বায়স লৈবগা, S.I. H. Achou

না হায়জিনবগা তৌদুনা ঐহাকময়াং ইম্ফালদগী transfer তৌদুনা বিষেনপুরগী C.I. ওইনা থমখি। Transfer order অদু তাং ৭/৯/৭৭ ইং য়ুমশকৈশ নুমীত্তা ফংখি। Order No. অদু MR/PER/77-IGP dt. 5.9.77 নী। মতম অদু ঐহাক দশা তাদুনা লৈবা মতমনি। তাং ১/৮/৭৭ ইংদগী হৌদুনা ঐগী নুপী শ্রী মতি কৈন্যা দেবী ঈ হাথদুনা লাইকন্নরম্মী। তাং ২/৯/৭৭ ইংদা ঐনা ইম্ফালদা লাকপদা থেংনরুই। ঈ খক্তবদগী Dr. Brajamohon, Dr. Bidhumukhi Devi মখোয় অনীনা য়েংহন্দুনা হীদাক কাপ্তুনা লাক্লবদা ফবা ঙমদ্রে। তাং ৮/৯/৭৭ ইং ফাওবদা ফবা ঙমদ্রদুনা Dr. Bidhumukhi না হোস্পিতালাইজ তৌরো হায়না advice পীদুনা তাং ৯/৯/৭৭ ইং ইরাই নুমীত্তা জেনেরেল হোস্পিতালদা Dr. Jatıshore না Operation তৌরে। নোংঙানবগা ডিচার্জ তৌদুনা য়ুমদা পুরক্লে। য়ুমদা তৌরল্লিবা ফীবম অদুদা ঐহাক থা অমগী ছুতি তাং ৩/৯/৭৭ ইংদগী পীবীয়ু হায়না IGP দা তাং ৫/৯/৭৭ ইংদা SP/Central গী through দা দরখাষ্ট থাখিবনি। তাং ১২/৯/৭৭ ইংদা SP/Central গী ময়ুমদা চত্তুনা ছুতি অদু recommend তৌবিনবা হায়জরুই। তাং ২০/৯/৭৭ ইংদা IGP না ঐগী থা ১ গী ছুটি Sanctıon তৌখি। ছুতি অদু তাং ৩/৯/৭৭ ইংদগী তাং ২/১০/৭৭ ইং ফাওবগীনী।

ঐগী order ওইনা চহী ৬ লোম লৈমিন্নরক্লবা ইমুং মনুংগী অচেৎ অকোম কয়া মায়োকমিন্নরক্লবা মবুক শেংজখ্রবা ইনাওগুম খল্লবা const. no. 1620 Tomchou Singh অদু উখ্রুলদা transfer order থোকখ্রে। তাং ২৯/৯/৭৭ ইংদা ঐগী ছুটি অদু নুমিৎ ৩০ নি অমগা extension তৌবীনবা দরখাস্ত থাখি। তাং ১০/১০/৭৭ ইংদা ছুতি extension গী হায়বদী তাং ১/১১/৭৭ ইং ফাওবগী order থোকখি।

ছুতি লোয়রদুনা তাং ২/১১/৭৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুংথিল পুং ১ তাবদা BPS তা C.I Bıshnupur ওইনা জোইন তৌরে। নুমীৎ অদুমক্তদা SP/Central দগী মেশেজ অমা ফংই মদুদি মথংগী নুমীত্তা হায়বদি তাং ৩/১১/৭৭ ইংদা P.M. লাকপগী duty গীদমক control room/Imphal দা joın তৌগদবনি। তাং ৩ গী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ইম্ফালগদিমক BPR থাদোক্লে অমসুং পুং ৮ দা SP/Central উন্নরে। তাং ৫/১১/৭৭ ইং থাংজ নুমীত্তা শ্রী মতি ইন্দিরা গান্ধী P.M. of Indıa, Palace Ground দা হিল্লিকোপ্তরনা লাক্কদবনী। অদুগা পব্লিক মিটিং তৌগদবনি। মদুগীদমক তাং ৩/১১/৭৭ অমসুং তাং ৪/১১/৭৭ ইং থাংজ নুমীত্তা duty গীদমক অয়ুক পুং ৭ তাবদা পেলেস গ্রাউণ্ডদা চৎলে। নুমীৎ অদুদা পাও ফংখি মদুদি P.M. গী aırcraft অদু অশোয়বা খরদগী Johrat তাং ৪/১১/৭৭ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৭ রোম তাবদা paddy field অমদা crash landing তৌরে । Air-craft কী crew মঙা শিরে। অতৈ মীওই খরনা P.M. গী মচানুপা য়াওনা fracture তৌরে। অদুনা ইম্ফালগী ভিজিট অদু য়ৈথোকখ্রে। তাং ৯/ ১১/৯৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা শ্রী লাইশ্রম চাওবা সিংহনা ইম্ফালদগী ঐঙোন্দা বিষেনপুরদা টেলিফোন তৌরকই মদুদী ঐগী ইনাওনুপা অতোম্বা কুমারজীৎনা লংথবান্দগী নুপী অমা চেল্লক্লে অদুনা য়ুমদা থুনা লাকপা দরকার ওইরে হায়রে। খুদক্তা ঐহাক পুং ৯ রোম তাবদা বিষেনপুর থাদোক্তুনা ইম্ফালদা লাক্লে। নুমিদাং পুং ১০ তাবদা য়ুমদা য়ৌরক্লে। নোংঙাল্লগা ঐগী বাজিনে,

কোংখামগী তাদ অচৌনে, লৌরেম্বম লৈকাইদগী খুরা য়াইমনে লংথবান্দা চত্তুনা হায়দোকলুরে। অদুবু ঐগী বাজি ফাজিলহৌরগা অনীদু থাদোক্লক্লে। বাজিদী শিংজমৈ থনাদা পুখ্রে হায়। নুংথিল পুং অনীরোম তাবদা লংথবানগী নুপী ময়াম অমগা লোয়ননা বাজি য়ুমদা লাক্লে। ইনাওনুপা কুমারজিৎ নুপী অদুগা লোয়ননা তখেল হায়বা খুল খুঙ্গংদুদগী লৌহল্লুরে। নুপী অদু মচিন হংবদা মশানা য়াই হায়বদগী লুহোংনবগী মরম খন্নরে। অদুবু তাং ১৩/১১/৭৭ ইং নোংমাইজিং নিঙোন চাক্কৌবা নুমীৎকী নুমিদাংব্রাই পুং ৬ রোম তাবদা কুমারজীৎনা চেল্লকপা নুপীমচা অদু লোন্না ময়ুমদা হায়বদী লংথাবান্দা চৎখিরল্লে। তাং ১৫/১১/৭৭ ইংদা ঐহাক বিষেনপুরদা চৎলে। বিষেনপুর বজারগী কৈথেল ফম্বী নুপীশিংনা খৎনরক্তুনা দুকান থুগায়বনচিংবা তৌরল্লে। খুদক্তা spot তা চত্তুনা মোব অদু মায়য়োক্লরিঙৈদা ইম্ফালদগী অহেনবা force লাক্তুনা control তৌরে। মরক অসিদা তাং ১৬/১১/৭৭ ইংদা পুং ৪ তাবদা Hd. Quarter দগী পাও ফংই মদুদী কুম্বিদা লম খৎনবদগী riot থোক্লে অদুনা মফম অদুদা ঐহাক লৈগদবনি ইম্ফালদগী 2nd MRগী platoon অমা পুদুনা SDPO/Lamphel সু কুম্বিদা লাক্লগনি। মরম অদুদগী ঐহাক নুমিদাং পুং ৮ তাবদা কুম্বিগদিমক বিষেনপুর থাদোক্লে। পুং ১০ দা কুম্বি য়ৌরে। নোংঙাল্লগা নুংথিল পৃং ৩ লোম তাবদা 2nd MR গী Section অনী থুংলরে। Force অদু পুদুনা 'উৎলৌ য়াংবী' হায়বা মফম অদুদা Camp তৌরে। পার্টি অনীনা খৎনরিবা অদু উৎলৌ য়াংবীদা লৈবা কাংশোইবী লৌকোনগী মতাংদনি। তাং ১৯/১১/৭৭ ইংদা SDM/BPR না পার্টি অনীমক লৌফম অদুদা চংবা য়াদে হায়না হুকুম তৌরে। অদুবু SP/Central দগী মেশেজ অমনা খৎনরিবা জগা অদুদা 2nd M.R. গী force কা লোয়ননা হপ্তা অমা লৈথগদবনি হায়রক্লে। মতৌ অসুম্না হাপ্তা অনীরোম কুম্বিদা লৈরম্মী। ফৌ লোকখ্রবা মতুংদদী ইরাং নেমথরক্তুনা ঐগী Hd. Quarter BPR দা হল্লকখি। তাং ৯/১২/৭৭ ইংদা SP/C গী হুকুম মতুং ইন্না ঐহাক ইশানা কেশ অহুমখক পায়খত্তুনা Investigation তৌখি। কেশশিং অদু FIR No. 46/75, 52(7)77, অমসুং 53(7) u/s 406/420/IPC নী। তাং ১০/১২/৭৭ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐগী family Bishnupur দা পুরে।

তাং ৩১/১২/৭৭ ইং থাংজ নুমীত্তা মহৌশা MPSC না recommend তৌখিবা অদুবু C.M. R.K. Dorendra Singh না নমশিন্দুনা থমখিবা Inspector তরেৎকী কেশ অদু C.M. Seiza না DSP দা প্রোমোসন থোকখ্রে হায়বা তারে। R.K. Dorendraগী মিনিষ্ট্রি তুখিদুনা Shri Seiza না সি এম ওইরবা মতমদা police officer গী অৱাৎপা অদু Adhoc appointment তা থুনমক মেনশিন্নবা খন্নরকপদা হান্নना officer তরেৎকী কেশ MPSC না DPC ফমদুনা recommend তৌদুনা সি এম দা থাগৎপদা মহাক্কী মী য়াওদে হায়দুনা file অদু হস্তুরগা নমশিন্দুনা লৈখি হায়বদো মরী লৈনবা officerশিংনা পুথোরকপদগী সি এম না ফাইল অদু কৌরগা appointment গী order থোক্লনবা approve তৌখিবনি। পুলিসদগী Inspector মঙা অমসুং এম আরদগী সুবিদার অনী তরেৎ অদুগী মনুংদা Merit list দা ঐগী মরিশুবদা য়াওবনি। Inspector S. Doren অমসুং P.P. S. Ibopishak না ঐগী মথক্তনি। B. Sen Sharma অমসুং inspector Tankhenpao না ঐগী মখাদনী। অদুবু ঐহাক অমসুং Tonkhanpao দী কেশ লৈ হায়দুনা sealed cover দা

থন্নগা MR গী অনী অমসুং পুলিসতগী অহুমগী promotion order থোকখ্রে। ঐগী revision কেশ অদু dispose তৌদ্রবদী ঐগী কেশ অদু থন্নদনা pending দা লৈবা তাখি। করিসু নত্তবা ঐনা ইচুম চুমজবা থৌদোক অনীদা মতম অদুগী IGP না Departmental action লৌখি। ঐগী মরাল লৈতে হায়না enquiry officer না finding পীরবা ফাওবদা incriment stop তৌদুনা দণ্ডি পীখি। মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক্কী প্রোমোসন অদু নমশিন্দুনা থমখি। Police গী Service তা মরম ইচা চাদনা ফংফম থোকপা প্রোমোসন ফংদবা অদুদা ঐহাক লৈফম খঙখিদে, চাবা, তুম্বা চঙখিদে। ওম্থোকপগী ইরাইবক হায়বা অদু ওইখি। ইমান্নবগী মমাঙদা কয়াদা ইজ্জৎ মাঙখিবা। তৌফম খঙদবদগী লোকেল এম:এল:এ:নচিংবা মীওই কয়া উন্নখি অদুবু করিসু কান্নখিদে। চহি ১৫তা ঙাইরিবা ইচানুপা অহল জিতেন্দা মীওই কয়া উন্নরুনবা হায়খি। কান্নবদী করিসু ফংখিদে। তাং ১৭/১/৭৮ইংদা ইন্সপেক্তর তুলকানপাওগী মথক্তা লৈবা ভিজিলেন্স কেস অদু লোইশিন্দুনা সিল কোভর হাংদোক্কুনা মাদি প্রোমোসন ওর্দর থোকখ্রে। ঐগীদি রিভিজন কেস অনী অদু সেক্রেটরীয়েটতা নমশিন্দুনা লৈখ্রে। মরক অসিদা ঐহাকপু আই.জি.পিনা সি.আই/বিষ্ণুপুরদগী ইম্ফাল কন্ট্রোল রুমদা ট্রান্সফর তৌরে। মদু আই.জি.পিগী Order no.5/21/77-PHQ(II) dt. 25/1/78 গী মতুংইন্ননি। বিষেনপুরদা অনৌবা IPS ওফিসার অমনা পায়হৌরগদবনি। ঐগী revision গী কেশ অদু Secretariate য়ৌদনা IGP গী Head Clerk, Dey হায়বা অদুনা নমশিন্দুনা থম্লে হায়বা ঐহাক তাং ২৭/১/৭৮ ইংদতা খঙবা ঙমখি। করি মরমদগী অমসুং করম্বা intention দা ঐগী কেশ অদু অদুক কুইনা ফাজিন্দুনা থম্নমলিবনো হায়বদু ঐহাক খঙবা ঙমখিদে। তাং ২৮/১/৭৮ ইং থাংজ নুমীত্তা বিষেনপুরগী ওজা তোম্বগী জীপ অমা লুপা ৫০ পীদুনা ৱায়রগা ঐহাক ইমুং মনুংগা লোয়ননা বিষেনপুরদগী ট্রান্সফর ইম্ফালদা লাক্লে। নুমীৎ অদুমক্তদা কন্না হোৎনদুনা ঐগী revision কেশ অনী অদু IGP না under Secy (D.P.) দা থাখ্রে। File অদু S.O. H. Manihar দা থাদরক্কুনা মঙোন্দা মদু লোইশিল্লগা থাগৎফম থোকপা authority দা থাগৎনবা হায়নরে। মরক অসিদা Mr. Mathur IPS, SDPO/Bishenpur অদু ছুটি চৎখিবদগী মাগী মহুত্তা বিষেনপুরদা অমুক লৈননবা IGP গী letter No. 2/348/76 PHQ dt 1-2-78 অমসুং SP/ Control গী order C-4/RO-MISC/78 dt 1-2-78 পীরক্লে। অদুগী মথক্তা SP না ঐবু তাং ২/২/৭৮ ইংদা মাগী ওফিসদা অয়ুক পুং ৯ তাবদা কৌরগা বিষেনপুর SDPO গী চার্জ অদু নুমীৎ অদুমক্কী অয়ুক পুং ১০ তাবদা Head Clerk কী Office তগী লৌগদবনী হায়রে। মদুমক ঐহাক্না তৌরে। মতম অদুদা ৱাঙুগী সেল্লুংখোংদা land dispute থোকপদগী law and order problem লৈবদগী ঐহাক ৱাঙুদা লৈবা তাখি। SP না কৌবদগী Municipal election দা duty তৌননবা ৱাঙুদগী ইম্ফালদা তাং ১৪/২/৭৮ ইংদা লাক্কুনা SP গা উন্নখি। ঐগী revision case অদু মতম অদু ফাওবা Secy. D.P. গীদা নমশিন্দুনা লৈরি। তাং ১৫/২/৭৮ ইংদা লম্ফেল পাৎ D.C. Office গীদা ballot box guard তৌদুনা 56th Bn. CRPF গী platoon অহুমগা লৈরিঙৈদা Inspector Thanpuiya লাক্কুনা ঐবু শিল্লরে। SP না ঐহাকপু ৱাঙুদা গুল-মাল লৈরে, খুদক্তা চৎননবা হায়রকই হায়ররে। মতম অদু নুমিদাংৱাই পূং মঙারোম তাবদনী। ঐহাক

ৱাঙু তানা চৎলে। নুমিদাং পুং ১০ রোম তাবদা ৱাঙু য়ৌরে। মতৌ অসুম্না লম খৎনবগী থৌদোক অদু মায়োক্লদুনা লৈরে। মতম অদুদা ঐগী ইচানীপা জিতেন Little Flower দগী Class VII and VIII কাল্লগা ক্লাস IX দা খা ইম্ফাল হায়স্কুলদা মিং চন্নবগীদমক admission test য়াওরম্মী। Test অদু তাং ২০/২/৭৮ ইংদা হায়দোক্লে। Maths 70% অমসুং English তা 56% ফংদুনা admission তৌবা য়ারে। তাং ২৩/২/৭৮ ইং শগোলশেন নুমীত্তা মিং চল্লে।

ঐগী revision কেশ অদু Secretary D.P. দা নমদুনা লৈরম্বদগী Chief Secretary দা তাং ২৮/২/৭৮ ইংদা থজিনখ্রে হায়না তারে। ইমান্নবশিংনা DSP দা প্রোমোসন ফংনখ্রবা মতুং থা অনীরোম শুরবা ফাওবা ঐহাক্তি ককঙাওনদুনা লৈরে। C.I./Bishenpur অমুক ওইহল্লী। অমুক লৌথোকই। IPS Officer Mathur হায়বা অমনা SDPo/BPR ওইদুনা ঐবু Control Room দা transfer তৌই। নুমীৎ নিনি হুম্লিগী মনুংদা SDPO/Bishenpur ছুটি চৎকনি মঙোন্দগী charge লৌ হায়দুনা অমুক লৌই। Land dispute লৈরে ৱাঙুদা লৈয়ূ হায়না থোকই। অসুম্না মথোং মরম খঙদবা শুফম চৎফম খঙদনা থম্বীরে। অদুগী মথক্তা ঐগী revision কেশ অদুসু ইরেং লেংদনা লৈরে। পুক্লীং হকচাং ৱাখল পুম্নমক লৈতাদরবা মতম অদুদা S.I. K. Ningthem O/C BPR নসু থৱোই উশীত্তবা উৎতুনা অমুক্তা হেন্না পুক্লীং লৈতাহনদ্রে। ঐহাক SDPO/BPR গী চার্জ পুবনা নম্বোল, বিষেনপুর, মোইরাং অমসুং কুম্বী পুলিস পোষ্টতা নুংতিগী চত্তুনা Law and Order য়েংশিনবা তারম্মী। অদুনা সেক্রেটরিয়েত্তা ঐগী কেশকী মতাংদা progress খঙননবা ঐগী পিক্লিবা ইচা নুপা অহল জিতেনবু মরক মরক্তা থাদুনা Under Secy (DP) শ্রী নিমাই অমসুং SO/Home শ্রী ঐচ. মনিহার উন্নরগা পাও খঙলুনবা থারম্মী। তাং ১৫/৩/৭৮ ইংদা BPR দা মখা শাংথনা লৈথখিনবা IGP না মহাক্কী order no. 5/349/76-PHQdt 15-3-78 গী মতুং ইন্না হুকুম থোক্লে। নুংতিগী থিগৎত্তুনা হোৎনবদা তাং ২৩/৩/৭৮ ইং ফাওবদা ঐগী ফাইল অদু Secy./D.P দা অদুম নমদুনা লৈরে হায়বা তারে। উপাই লৈত্রদুনা তৌফম খঙদ্রিঙৈ অদুদা মীওই তরেৎকা লোয়ননা ঐহাক Phillor/Punjab তা হাফতা ৮ গী Refresher Course অমা তাং ১/৪/৭৮ ইং নংননবা চৎকদবনী হায়বগী order IGP দগী থোরক্লে। তাং ২৪/৩/৭৮ ইংদা শ্রীঐচ: মনিহর সিংহ উন্নরম্মী। মহাক্না হায়রকই মদুদি ঐগী ফাইল অদু তাং ২৩/৩/৭৮ ইংগী নুংথিল পুং ৪-৩০ রোম তাবদা সেক্রেটরী(দি:পি)দগী সি.এস. দা য়ৌখ্রে হায়না । নুমীৎ অদু য়াওশংগী অহৌবা নুমীৎনী। তাং ২৮/৩/৭৮ইংদা আই:জি:পি: দগী ওর্দর ফংলে মদুদি তাং ৩১/৩/৭৮ইংদা PTC/Phillor দা Refresher Course গীদমক রিপোর্ট তৌগদবনী হায়না। Refresher course গী ওফিসারশিংগী মরক্তা B.Sen. Sharma সু য়াওরম্মী। ঐখোয় অনী তাং ১/৪/৭৮ ইং থাংজগীদমক Air Ticket লৌরে। তাং ৩১/৩/৭৮ ইংদা Advance T.A. লুপা ১০০০ লৌথোক্লে। মতৌ অসুম্না ঐগী revision Case অদু নমশিন্দুনা লৈরিঙৈদা ঐহাক মণিপুর থাদোক্তুনা থা অনীগীদমক Philler দা চৎপা তাখি। মতৌ অসুম্না তাং১/৪/৭৮ ইংদা প্লেন না ইম্ফালদগী কলকাতা অমসুং পম্থদনা কলকতাদগী ত্রেন তোংদুনা Philler তম্না চৎলম্মী। তাং

৩/৪/৭৮ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবদা Philler P.T.C য়ৌরে। ঐঙোন্দগী জুনিয়র ওইবা B.Sen. Sharma না D.S.P ওইরবনীনা G.O. Mess তা চংখ্রে। ঐহাক অমসুং ইন্সপেক্তর য়াইমানা ইন্সপেক্তরগী Barrack তা চৎলে। Service হৌবদগী লৈমিন্নরক্লবা B.Sen Sharma গা ঐহাক্না করিসু নত্তবদা কয়াদা খেন্নবা থাক্তা P.T.C/Phillor দা লৈখিবা । P.T.C Phillor দা তনখক্তা পী অমসুং মদুদা হৈননবা হোৎনখি। তাং ৮/৪/৭৮ইংদা Adjutent দগী permission লৌরগা Chandigar দা চৎখি। Chandigar দগী ইন্সপেক্তর Swaran Kumar কৌবা অমা য়াওরম্মী। মহাক্না পুদুনা মাগী ময়ুম House No 3458 Sector 27/D দা Chandigarh দা অহিং অমা লৈরুই। নোংঙাল্লগা নোংমাইজিং নুমীৎ তাং ৯/৪/৭৮ ইংদা মহাক্না চিংদুনা Chandigar দা Rose garden, Secreteriat building, Assembly House, High Court, Rock garden, boating in the artificial Lake অসিনচিংবা য়েংলকখি। অদুগা PTC/Phillor দা হল্লকখি। ঐগী Promotion গী মতাংদা খঙনীংবনা লাংতক্লদুনা ইচা নুপা জীতেন্দা মরম হায়রক্ল বা চিঠি কয়ামরুম ইখি। তাং ১২/৪/৭৮ ইংদসু Telegram অমা M. Babu Singh কৈশামপাত্তা প্রোগ্রেস খঙহল্লক্লবা থাখি। তাং১৩/৪/৭৮ Sikh শিংগী Festval "বৈশাখে" ওইবনা ছুতি ওইখি। নুমীৎ অদুদা Amritsar দা সিখ কাংবু অনী য়ান্নদুনা ১৭না Spot তা ৯না Hospital দা শিখি হায়না তাখি। ঐগী লৈরিবা অমদি ওইরিবা ফিভম অদুদা নুংঙাইমন্দদুনা ঐনা IGP দা তাং ১৪/৪/৭৮ ইংদা Personal চিঠি অমা ইখি। তাং ১৪/৪/৭৮ইংদগী হৌনা ঐনা ইচানীপা জীতেন্দগী চিঠি ফংবা হৌখি। তাং ২৮/৪/৭৮ইং ইরাই নুমীত্তা M. Babu দগী অমা ফংখি। মদুদা তাং ২১/৪/৭৮ ইংগী নুংথিল পুং ৪ তাবদা ঐগী Revision গী ফাইল অদু CS দা থাখ্রে হায়না। Refresher course অদু G.O.গীদমক্তদি ৱিক নিপালখক্তনি অদুনা B.Sen Sharma দি PTC/philler দগী তাং ২৪/৫/৭৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Release তৌখি। মহাক নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৮ মি:৫০ তাবদা Janata Express না PTC/Philler Railway Station থাদোকখি। Inspector Yaima গা ঐখোয় অনী মহাকপু Railway Station ফাওবা থিন্দোক্লুই। তাং ২৭/৫/৭৮ ইংদা ঐহাক অমসুং Inspector য়াইমা সিংহ ঐখোয় অনীগী Train Ticket তাং ৯/৬/৭৮ ইংগীদমক Reserve তৌরুরে। তাং ৩১/৫/৭৮ ইংদা Spl/Secy(H) Shri L. Jugeswor Singh দগী চিঠি অমা ফংখি। ঐগী কেশগী মতাংদা পাও নুংঙাইবা ফংই হায়রকখি। তাং ২/৬/৭৮ ইংদা অনৌবা Trainee খরসু মণিপুরদগী থুংলখি। মখোয় অদুদী Dy.Co.Th. Kunjabihari, (2) Insp. N.C. Paul, (3) Inspt M. Tomba, অসিনি। তাং ৯/৬/ ৭৮ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐখোয়গী Course লোইদুনা নুংথিল পুং ২ তাবদা ঐখোয় অনী release তৌরে। নুংথিল পুং ৩ তাবদা Inspector Yaima গা লোয়ননা PTC/Phillor থাদোকলে অমসুং লুধিয়ানা তানা চৎলে। Ludhiyana দগী নুমিদাং পুং ১১ তাবদা Train না কলকতা য়ৌরে। কলকতাদগী ইম্ফালগী এয়ার টিকেৎ লুপা ২২০ পীদুনা লৈরে অমসুং Broadwy হোটেলদা লৈরে। তাং ১২/৬/৭৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইম্ফালদা পুং ৯, অয়ুক্তা য়ৌরে। তাং ১৩/৬/৭৮ ইংদা জোইন্ট সেক্রেটরী(ঐচ) শ্রী এল. জুগেশ্বর উন্নরে অমসুং ঐগী Revision গী মতুংইন্না

I.G.P.গী দণ্ডি পীবগী ওর্দর অদু set aside তৌনবা C.S গী হুকুম থোক্লনবা pending দা লৈরি হায়বা খঙলে। মরম অসিনা ঐহাক নুমীৎ ২৫নিগী E.L./Dy.I.G Pandher দগী Sanction লৌরে। তাং১৬/৬/৭৮ ইং, ইরাই নুমীত্তা ঐনা খা-ইম্ফাল হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর শ্রীচাওবা উন্নখি। মহাক্না হায়কোর্টগী রুলিং অমা ঐঙোন্দা উৎখি মদুদি Govt. না MPSC গী advice লৌদ্রবসু D.E. ককপা ঙম্মী হায়বনী। Rulling মতাং অদু ঐনা Joint Secy(H) Shri L. Jugeswar Singh দা telephone দা হায়খি। মহাক্না লাইরিক অদুমক দরকার লৈ পুরকউ হায়দুনা হায়রকপদগী পুদুনা চৎলগা Secretariat দা joint Secy(H) দা পীরুরে। তাং১৯/৬/৭৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা order অনী থোক্লে মদুদী অহানবদা Order No. 21/59/77(MISC)/DP dt 19.6.98 Home Dept. গী মতুংইন্না IGPগী order No. ACT/BBS/75-IGP(I)dt 20.6.77 না ঐগী increment অহুম স্তোব তৌবদু Set aside, অনীশুবদা Order No.21/59/77(Misc)/DP(i)(A)Home Dept. dt. 19.678 গী মতুং ইন্না IGP গী order no. Act/BBS/75-IGP(i) dt.16.8.77 না ঐগী increment 2 yrs গী Stop তৌবসু Set aside তৌবা হায়বসিনি। হায়রিবা order অনীমক নুমিদাংৱাই পুং ৬-৩০ তাবদা থোকপনী। Order অদু থোকখিবগা লোয়ননা File No. 3/37/77(MPS)/DP অদু Sealed cover গা লোয়ননা process তৌবা হৌরে। File অদু পুং ৩-৩০ তাবদা under Secy/DP দগী Secy D.P দা থাখি। মরক অসিদা ঐগী ইকুবোক হাবয়বদি কৈন্যাগী মপা লৈখিদ্রদুনা তাং ২১/৬/৭৮ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা শ্রাধ থোকই। অহৈবম ইরাবোতকী জীব অমা ৱায়রগা নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৬ তাবদা ককচীং খুনৌদা শ্রাধ য়াওবা ইমা অমসুং অঙাংশিং পুদুনা চৎলী। শোরাৎ লোইরগা হল্লকপদা নুমিদাংগী পুং ৭-৪৫ তারে। নোঙাল্লগা তাং ২২/৬/৭৮ ইংদা Secreteriat তা চত্তুনা থিগৎলুবদা ফাইল অদু C.S গীদা লৈরে হায়বা খঙলে। নুমীৎ অদুদা ফাইল অদু থোরক্তবদগী অদুম হল্লক্লে। তাং ২৪/৬/৭৮ ইংদা ফাইল অদু Secy(D.P) দা put up তৌরে। অমসুং draft order গা লোয়ননা put up তৌবকউ হায়না US(DP) দা থাদরক্লে। S.O.Manihar না ফাইল অদু ড্রাফ ওর্দরগা লোয়ননা তাং ২৬/৬/৭৮ইংদা থাগৎকে হাযবদগী ঐহাক হল্লক্তুনা য়ুমদা লৈরে। তাং ২৬/৬/৭৮ ইংদা UDC Shyam Singh না Draft prepare তৌদুনা S.O. Manihar দা put up তৌরে। অদুবু SO মনিহারনা মদু নমদুনা থমখি। তাং ২৯/৬/৭৮ ইংদা ঐনা pressure পীবদগী S.O মনিহার সিংহনা ফাইল অদু CS(DP) দা থাগৎখ্রে। নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা M. Babu Singh উন্নরে। মহাক্না হায়বদা ঐগী ফাইল অদু C.S না C.M. দা ঐবু SDPO/Moreh ওইনা propose তৌরগা থাগৎখরে হায়রে। অদুবু তাং ২৮/৬/৭৮ ইংদা C.S গী P.A. গা উন্নরুবদা ফাইল অদু C.S. তা অদুম লৈরি হায়রে। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ৪-২০ তাবদা C.S. না ঐগী ফাইল অদু C.M. দা থাখ্রে হায়না পাউ ফংই। তাং ৩০/৬/৭৮ইং ইরাই নুমীত্তা C.M. দগী Approve তৌরগা ফাইল অদু C.S.দা থাদরক্তুনা নুমিদাংৱাই পুং৬-৩০ তাবদা ঐহাক্কী Promotion গী order থোকলে। Merit list গী মতুংইন্না ঐহাক্ক পোজিসন B.Sen Sharma গী মথক্তা লৈগদবনি অমসুং পোষ্টিংনা SDPO/Moreh নী হায়না order থোকখি। Order No. অদু No. 3/37/77(MPS/DP)

dt.30.6.78 নী। তাং ১/৭/৭৮ ইংদা order কোপী অদু পায়রগা IGP উন্নরে। মহাক্না ঐবু D.S.P. ওইনা PHQ দা join তৌরো হায়রে। ঐহাক্কী avail তৌহৌদ্রবা নুমীৎ ৭ নিগী EL হায়বদি তাং ৩/৭/৭৮ ইংদগী তাং ৯/৭/৭৮ ইং ফাওবা অদু Cancel তৌরে। IGP Mr.B. Lal না ঐবু মোরেদা SDPO ওইনা Posting পীবা অদু পামখিদে অদুনা মহাক্না proposal তৌরগা ঐহাকপু CID দা R.K. Radhesana না DSP/R ওইনা অমসুং B.Sen Sharma না SDPO/MRG ওইনা order অমুক থোক্লে। মতৌ অসুম্না ঐহাক তাং৫/৭/৭৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা DSP/CID ওইনা join তৌরে।

মণিপুরদা Underground activity হৌরকপা অসি শোক ১৯৭৮দগীনি। মদুগী মমাংদদি activity অসি মপান থোক্না উৎলমদে। তাং ১৭/৭/৭৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐনা DSP/CID ওফিসতা join তৌবা নুমিৎ ১২নিশুবা মতমদা নুংথিল পুং ১২-৩০ মি: তাবা মতমদা S.I. L. Dorendra Singh O/C Chassad P.S না রিকগো অমদা অফাবা বন্দি অমা কোর্টতা পুথোকনবা চৎলিঙৈদা লম্বীদা খুৎলায় পায়বা মীওই খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। S.I. দোরেনগী Service revolver(.38) অদু miscreant শিং অদুনা পুখি। থৌদোক অদু অহানবা ওইবনা ডিপার্টমেন্টতা ইরাং লাওনখি। হায়রিবা নুমিৎ অদু ফাওবা ঐঙোন্দা গাড়ী অমত্তা SP/CID শ্রীকরুনা সিংহনা পীদবদগী সাইকলদা ওফিস কাথোক-কাশিন তৌরম্মী। অদুবু নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা জিপ এম:এন:এস নম্বর ৫৭৬০ অদু ঐঙোন্দা এলোট তৌখি। নোংঙাল্লগা তাং ১৮/৭/৭৮ ইংদা UBI Branch পাওনা বজারদগী লুপা ১৯,৩৭০ লুৎ তৌখি। মদু অয়ুক পুং ১১-৩০ রোম তাবা মতমদনী। নোংমৈ পায়বা মীওই ৬নি হায়। নুমীৎ অদুমক্কী নুংথিল পুং ১ তাবা মতমদা পুলিসনা এন. ইবোমচা কৌবা অমা ক্বাকৈথেলদগী ফাখি। মঙোন্দগী লুপা ১৯,৩৫০ অমসুং কন্ত্রীমেদ পিস্টোল অনী রিকোভর তৌখি।

তাং ১৯/৭/৭৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা নুংথিল পুং ১২-৩০মি: তাবা মতমদা মোরেদগী বস অমা ইস্কোর্ট তৌরকপা 1st M.R. গী পার্টি অমা Underground miscreant মরিনা ৱাংজীং বজারদা attack তৌদুনা Naik অমা হাৎখি অমসুং Rifle man অমা bullet injury তৌখি। Sten-gun অমা অমসুং Rifle অনীসু লুট তৌখি। খুদক্তা পুলিস পাটী চেনশিন্দুনা armed miscreant শিং অদু মাইকৈ কয়ামরুদা তান্নখি। নুংথিল পুং ৫ রোম তাবদা 'Kabichandra' কৌবা নাওরেম লৈকাইদগী undeground গী মীওই অমা খেলাখোংদগী পুলিসনা ফাখি। মঙোন্দগী revolver অমা ফংখি। নুমীৎ অদুগী অহিংচুপ্লা 1st M.R. দা Interogation তৌবা য়াওখি। নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ৪ তাবদা য়ুমদা হল্লকখি অমসুং নুমীৎয়ুংবা পুং ১২দা ওফিসতা অমুক য়ৌই অমসুং নুমিদাং পুং ৯ ফাওবা দ্যুটি মখল মখল তৌখি। মথংগী নুমীৎ তাং ২১/৭/৭৮ ইংদা গাড়ী লাক্তদুনা খোঙনা ওফিস কাখি অমসুং নুমিদাং পুং ১০-৩০ ফাওবা থবক শুখি।

নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ককচিং খুনৌদা ঐগী cousin brother Nila Singh গী ইমা লৈখিদ্রে হায়বা পাও য়ুমদা হল্লক্লগা তাখি।

তাং ২৪/৭/৭৮ ইংদা মণিপুর অসি distrubed area নি হায়না Home Department গী No. 7/20/67-pol (ii) Pt. dt. 21/7/78 গী মতুংইন্না লাওথোকখি।

তাং ১/৮/৭৮ ইংদা Mr. Th. Karumanaya Singh SP/CID দগী CO 1st M.R. ওইনা transfer তৌখ্রে অমসুং Ch. Nandakishore Singh না SP/CID ওইরে। তাং ৩/৮/৭৮ ইং শগোলশেল নুমীত্তা ঐহাক family গী মীওইগা লোয়ননা ককচিং খুনৌদা চত্তুনা ঐগী cousin brother Nila Singh গী ইমাগী শ্রাধা য়াওরুই।

August 1978 তা ছাত্রগী ইরাং য়াম্না কল্লম্মী। তাং ২৩/৮/৭৮ ইংদা ছাত্রগী অচৌবা procession অমা পাঙথোকখি। ঐহাকসু plain dress তা C.M. গী গেটতা duty তারম্মী। তাং ২৪/৮/৭৯ ইংদা গাড়ী মৈথাবা হৌরকলম্মী। Govt. গী গাড়ী মৈ থাবা অদু তাং ৩০/৮/৭৮ ইং ফাওবা লেপ্তুনা চথরম্মী। মতম অদুদা Chief Secretary ওইরম্বা Mr. Buttalia মণিপুরদগী চৎখিবগী তাং ৩১/৮/৭৮ ইং শগোলশেল নুমীত্তা farewell dinner অমা পাঙথোকখি। পুলিস ওফিসার DSP গী rank তগী মথক থোংবা মখে পৈশা খায়দুনা farewell dinner অদু লাঙখিবনী। হায়রিবা function অদুদা ইহান হানবা ওইনা ঐগী নুপী শ্রীমতি কৈন্যা পুদুনা 1st M.R. গী Officers Club তা নুমিদাং পূং ৮ তাবদা party অদু য়াওখি। মতম অদুদা শ্রী সরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহনা Addl. SP/CID ওইরম্মী। তাং ২৮/৯/৭৮ ইংদা ইথমদা ওপরেসন অমা চথনবগীদমক ঐহাক মহাক্কা লোয়ননা রেক্কি তৌবা চৎলি। নুমীৎ অদু ঐখোয় অনী য়াইরিপোক্তা লেকই। নোংঙাল্লগা তাং ২৯/৯/৭৮ ইংদা নোংপোক কৈথেলমানবীদা চৎলী। মফম অদুদা তাং ১/১০/৭৮ ইং ফাওবা লৈদুনা ইথমগী situation check তৌখি। ইথম খুন্দা underground গী মীওই লৈবগী সামিন ফংদবদগী ইম্ফালদা য়ৌরকখি। নোংঙানবগা তাং ২/১০/৭৮ ইংদা মতম অদুগী Union Minister/George Fernandeze গী Kakching দা Rashtriya Seva Dal গী মীতিং তৌবদা ঐহাক Watch & Ward গী duty পীরমদুনা ককচিংদা চত্তুনা duty তৌরম্মী।

তাং ১৫/১০/৭৮ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা Addl. S.P. S Ibotombi Singh গী Office তা 'নাওরেম ইঙোবী' কৌবা রাজেন অচৌবগী ময়াম্বা অমা interrogation দা য়াম্না মতম চংনা হোৎনরবা মতুংদা মঙোন্দগী মরু ওইবা পাও কয়ামরুম ফংখি। Undergroud গী মীওই কয়ামরুম খুৎলাইগা লোয়ননা বামোন লৈকাই অরিবমদা লৈবা প্রিয়োবর্ত্ত শর্ম্মগী য়ুমদা লৈ হায়বসিসু খঙখি। ঐনা interrogation গী workable in formation গী extract অদু SP/Imphal দা থাখি। SP/Imphal না Addl. S.P. Pradip না লুচিংবা পুলিস পার্টি থাদুনা N. Ingobi না গাইদ ওইরগা অহিং অদুদা প্রিয়োবর্ত্তগী ময়ুম raid তৌখি। মদুদা শগোলশেম ব্রোজেন সিংহ, লৈফম রাইখোম লৈকাই, মমিং চৎপা underground অমা ফাখি। মঙোন্দগী country made pistol অহুম Handgrenade অনী, granalile খরা, knife অনী অমসুং শেল ওইনা লুপা ২৮৪০/ ফংখি। মদুগীদমক্তা ঐহাক IGP গী appreciation letter ফংখি।

তাং ১১/১১/৭৮ ইং থাংজ নুমিৎকী অহিংদা Mr Pander IPS না শীন্দুনা 'Lenmalok' তা op-

eration অমা চথখি। CID গী মীওই অমত্তা য়াওখিদে। Operation অদুদা underground গী মীওই অহুম শিখি। মখোয় অদুদী :- (১) Dhiren of Tera Bazar (২) Kali Sharma of Meino Leirak (৩) A.K. Gambhir Singh অনিনী।

থৌদোক অদুদা Rajen Achouba of Naorem Leikai শোকখি। অদুগা মনাওবী অমসুং রাধা কৃষ্ণ শর্ম্মা অনীনা ফাখি। Grenade অমা অমসুং লোকেল মেদ পিষ্টোল অহুমসু ফংখি।

শোক ১৯৭৮ গী জুন থাগী অরোইবদা ঐগী D.S.P. দা promotion কাবগী order ফংলবা ফাওবা Mr. B. Lal IGP না ঐবু তাং ৫/৭/৭৮ ইংদা CID দা join তৌহনখি। মতৌ অসুম্না CID দা DSP/CID ওইনা অদুম লৈরকখি। ঐগী মতমদা SP/CID ময়াম থেংনখি। মখোয় অদুদি Mr. Th. Karunamaya, Mr. Ch. Nandakishwor, Mr. Th. Kunjabihari, Mr. S. Ibotombi অসিনচিংবনি। December 29, 1978 দগী মণিপুরগী বিধান সভা ফম্বা হৌখি। নিংথম মীফম অদু তাং ২১/১/৭৯ ইং ফাওবা চথখি। ঐহাক নুংতিগী ওইনা Assembly Session গী দ্যুটি তারম্মী। ইং ১৯৭৯ জনুৱারি থাদা ইন্সপেক্তর ৬ ডি এস পি দা পোষ্টিংগা লোয়ননা promotion ফংখি মখোয় অদুদি :- (১) N. Shyamkishor - SDPO/Singjamei (২) S. Goswami - SDPO/Bishenpur (৩) N.C. Paul - A.C./H.H. (V) (৪) G.K. Kabui - DSP/CID (৫) Adaho Kholi Mao - DSP/CID (H) (৬) Thampuya - Dy. S.P./M.V.

তাং ১৪/১/১৯৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা অয়ুক পুং ৯ মি ২৫ রোম তাবদা শিংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা এন. বিষেশ্বোরগী কাংবুনা মীওই অহুম হায়বদী (১) N. Sudhir Singh S/o Mangoljao (২) R.K. Sanajaoba, brother-in-law of N. Bisheswar (৩) Keisham Indra Singh S/o Chaomacha of Kha-Imphal School Leirak- নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মখোয় ইচম চম্না ৱারী শাদুনা শোরোক মপান্দা ফম্লিঙৈদা খঙহৌদনা লাকপা মীওই ২/৩ না কাপ্পুনা হাৎখিবনি।

তাং ১১/১১/৭৮ ইংগী Lenma Lok কী operation দা শোক্তুনা ফাখিবা N. Rajenachouba, RGM গী মেম্বর অদু মতম অদুগী RMC Hospital দা লায়েংদুনা লৈবনী। তাং ১৮/১/৭৯ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুংথিল নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা RMC গী থোংনাও অনিদগী নাম্থোক্তুনা চেনখি। মরক অসিদা শ্রী য়ুমনাম য়াইম সিংহ Cabinet Minister ওইনা তাং ১৯/১/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা Raj Bhavan দা ৱাশক লৌখি। মপান্দদী overground মান্দবা মনুংদদী underground গা মরী লৈনবা সংস্থান অমা মতম অদুদা লৈরে হায়বগী পাও তাখি। Organisation অদু নুপীগীনী মমিংনা Young Universe of Manipur (YUM) হায়না খঙনৈ। মরুওইবা office bearer শিংদি Kumari Chongtham Sushila of Keishampat, one Kumari Medhabati Devi a student of B.A. 1st yr. N.G. College নি।

তাং ২১/১/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ইমুং মনুংগী ওইবা থৌদোক অমা য়ুমদা থোকখি। ঐগী ইনাও নিপা মৈপাক্কী নুপী শ্রীমতি বিনো দেবী য়াম্না হৈ শিংবী নুপীনি। ঐখোয়না লৈরিবা ইংখোল অদুগী মনীংথংবা শরুক অদু ঐনা ইবাই মনিদগী লৈদুনা ময়ূং শাংবা মরাক্তী চপ্পা ইংখোল অমা ওইরে। ইংখোলগী

মমাংথংবা শরুক অদুদা ঐখোয়গী ইমুং মনুং পুন্না লৈমিন্নবনী। ইনাওনুপী বীনো দেবী অরানবা উপাই শীজিন্নদুনা পৈশা তানবা য়াম্না হৈ। মহাক মোরেদা চত্তুনা সনাগী কারবার তৌই। Sandle Wood পুশিল্লক্তুনা ময়াংদা যোন্নবগী ঐগী ইমাংদা মন্তিক্লে। মতৌ অসুম্না ঐনা য়ানিংদবা আইনগী ব্রাংমদা লৈবা করবার তৌবদু ঐনা মরক মরক্তা কন্না ঙাঙ শকই। মরম অদুনা ঐবু ইনাও নুপা অমদী মাগী নুপী বীনোনা য়াম্না নুংশিদে। ঐগী বাজি রাধাকুণ্ডদগী কৌথোক্তুনা মনীংলোমদা মহৌশাগুম মতোমতা থোং-থাক্তুনা লৈবে। ইনাও নুপী বিনোনা হৈ-শিংনা বাজিগী সেবা তৌদুনা পেলহল্লী অমসুং মনীংথংবা অহাংবা ইংখোল অদুদা যুম অমা শারগে হায়দুনা তক্লে। ঐহাক্কী ব্রা তাদনা বীনোনা নুংনচিংবা লৈদুনা পৈশিনবা হৌই। তাং ২১/১/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ১ রোম তাবদা বাজিনা মৈপাকপু ঐঙোন্দা খুরুমউ হায়। যুম অমা শাগে য়াবিয়ু হায়যু হায়না ইমাংদা হায়। ঐদী মৈপাক্কী নুপী বিনোনা শিল্লিবা পুম্নমক হান্নদগী খঙই। অদুনা ঐনা হায়। মেন তানা খন্নাখিসি। ঈশ্বরসু নত্তবা ঐঙোন্দা খুরম্নগী মথৌ তাদে হায়। লৈফম চিনবনা যুম অমা শাবা হায়বগী ব্রাখন্দী ঐঙোন্দা মতম কুইনদগী লৈরবনী। মদুগীদমক ঐনা Bank Account হাংদোক্তুনা য়াম্না পীক্লা পীক্লা পৈশা তুংশিনবা শোক ১৯৬৭ তগী হৌরবনী। বীনোনা খনবনা ঐহাক্লা যুম শাবা ঙম্লোই অদুনা ঐনা লৈজবা ইংখোল অদুদা মাগী যুম শাজিলহৌরবদী তুংগী কান্নবা ওইগনি। বাজিনা য়াদুনা ঐঙোন্দা হায়হল্লবদি মাগী অনীংবা থুংগনি। মরম অসিদগী মানা অহিং খুদীংগী বাজিগী নাক্তা ঈশিং অশাবা পুদুনা মখোঙ হান্বীরিবা অমসুং সেবা তৌরিবা । যুম্ফমগী মেন তাদবদুদা তাং ২১/১/৭৯ ইংদগী বাজিগী খোঙ হাম্বনচিংবা সেবা পুম্নমক খংলেপ লেপখ্রে। মৈপাক্লা যু থকচিল্লগা থকসি খাসি নাইদবা ব্রা ঙাংদুনা লাও খোংবা হৌরে। ঐনা মান্নকুবদী লৈকাই কুম্মৈ ওইগনি খন্দুনা হনবা তাখি। বাজিনসু ঐবু যুম শাহন্দে হায়দুনা শাউবা হৌরে। ঐঙোন্দা লৈবা লৌগী পাট্টা পুম্নমক তাং ২৫/১/৭৯ ইং শগোলশেল নুমীত্তা লৌখ্রে।

তাং ৭/২/৭৯ ইং যুমশকৈশা নুমীত্তা ভারতকী প্রসিদেন্ট শ্রী নীলম সঞ্জিব রেদ্দি মণিপুরদা নুংথিল পুং ৪ মি: ১৫ দা থুংলৈ। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৯ মি: ৫ দা নম্বোলদা নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোক অমা থোকখি অমসুং S.I. Jalın of Moirang P.S. শোকখি। নোংঙানবদা তাং ৮/২/৭৯ ইংদা ভারতকী প্রেসিদেন্ট অয়ুক পুং ১০ মি: ২৫ দা ইম্ফাল থাদোকখি অমসুং হেলিকোপ্তরনা কোহিমাদা অয়ুক পুং ১১ তাবদা থুংখি।

তাং ২২/৩/৭৯ ইং শগোলশেন নুমীত্তগী Assembly Session লৈখি। নুমীৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবা মতুং মি: ১৫ তাবদা নুপীমচা অনীখক্লা Assembly gallery দগী leaflet চাইথরকখি। Leaflet অদু মোইদাংপোক্তা লিংখৎপা Agriculture College গভর্নমেন্টনা লৌশিন্দবগী Government কী মথক্তা হুন্দুনা ইবা leaflet নি। ঐহাক Assembly Hall দা Duty তাবনী। নুমীৎ অদুগী duty তাবা Women Police ASI অমা অমসুং W Cour অহুম্নী। কুপ্পা খিগৎলবা মতুংদা Leaflet চাইথখিবা নুপীমচা অনী অদুগী particular খঙবা ঙমখি। মখোয় অদুদী Gurumayum Sunıta Devı (20) D/o Sakhigopal Sharma of Uripok Baspatı Leikai, 1st yr. Agri College, Moidangpok অমসুং Irengbam Ibetombi Devi (18)

D/o Nilamani Singh of Khagempali Panthak a student of Agri College, Moidangpok অসিনি। মখোয় অনীমক শ্রী R.K. Dorendra Singh MLA না permit পীবনি। মখোয় অনীমক House কী previledge শোকপগী action লৌখৎখি। তাং ২৩/৩/৭৯ ইং ইরাই নুমীত্তা House তা মখোয়বু warning পীরগা Excuse তৌবীদুনা থাদোকখি।

তাং ২৬/৪/৭৯ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুংথিল পুঙ ২ রোম তাবদা BSF কী jeep NO. 8540 MNS দা লাকপা মীওইশিং underground miscreant শিংনা ধর্ম্মশালা মনাক্তা overpower তৌরগা জীব অদু হায়জেক তৌদুনা পুখি। Jeep তা তোংলম্বা মীওইশিং হায়বদী S.I. Bachiram Sikhira, N.K. Lalbahadur অমসুং Const. Nirwa Bose কাপ্তুনা হাৎলগা হুন্দোক্লমখি অমসুং জীপ অদু ইবিনবুংলোমদা পুখি। ইরিনবুং য়ৌরমদাইদা জীপ অদু accident থোকখি অমসুং underground গী মীওই অনীনা লম্বীদা লাকপা Autorickshaw ASZ 5117 নমদুনা তোংলগা ঙারিয়ান লোমদা থৌখি। লম্বীদা Tata truck অমা অমুক ফারগা অনী অদু ঙাবিয়ান লোমদা থৌখি। Underground extrimist শিংগী ইরাং অদু শোক ১৯৭৯ গী জনুৱাবী থাদগী হেঙ্গৎখি। তাং ৩০/৪/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৭.১৫ মি: তাবা অদুৱাইদা General Post Office গী CRPF Camp মনাক্তা হৌনা বোম পোকখায়খি। নোংঙাল্লগা তাং ১/৫/৭৯ ইংদগী নুমিদাংৱাই পুং ৭ লোম তাবদসু Friends Talkies গী গল্লিদা বোম পোখাযখি।

Trikha Commission হায়দুনা Emergency excess গী মতাংদা commission অমা মতম অদুগী C.M. Yangmasho Seiza গী মতমদা লিংখৎখি। Smt. Indira Gandhi বু Commission অদুগী মমাংদা জবান পীবনবা Trikha না summon তৌখি। মহাক্কী advocate শিংগা লোয়ননা Indira Gandhi তাং ৭/৫/৭৯ ইংদা ইম্ফালদা থুংলখি। ঐহাক commission অদুগী hearing মতমদা duty তাদুনা Hotel Manipur গী High Court ওইনা শীজিন্নরিবা building অদুদা অয়ুক্তগী লৈখি। Smt. Indira Gandhi মতম শাংনা Mr. Trikha গী মমাংদা জবান পীখি। Mr Trikha মতম অদুগী মণিপুরগী Addl. Advocate General ওইরম্মী। শ্রী Y. Ingo না Advocate General নী। Smt. Indira Gandhi না মাগী Statement অদুদা সহী তৌ হায়বা য়াখিদে মরমদী Mr. Trikha না পীখিবা dictation অদুদা মহাক্না হায়খিদবা ৱা য়াম্না হাপচিনখি হায়না য়েৎখি। Hearing অদু মথংগী নুমীৎ তাং ৮/৫/৭৯ দা য়ৈথোকখি। অদুবু Smt. Gandhi নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ৯.০৫ তাবদা Congress কী লোকেল মেম্বরশিংনা শীন্দুনা কনা খঙহন্দনা এরোপ্লেন্দা তোংদুনা চৎখ্রে। অসুম্না হায়নৈ মদুদি Smt. Gandhi Trikha না ফাজিন্দুনা জেলদা থম্নবা শেমশাখ্রে মদু খঙদুনা মহাক লোন্না থাদোকখিবনী হায়না।

তাং ৩/৬/৭৯ ইংদা Officer নিপালগী transfer and posting order থোকখি। শ্রী এস. ইবোতোম্বী সিংহ SP/CID না SP/Imphal ওইনা অমসুং শ্রী এ. প্রদিপ সিংহনা SP/CID ওইনা ট্রান্সফর তৌখি। তাং ৪/৬/৭৯ ইংদা Mr. S. Ibotombi Singh SP/Imphal ওইনা অমসুং এ প্রদিপনা SP/CID ওইনা charge লৌনখি।

তাং ১৪/৮/৭৯ ইংদা Mr. Thongjum Haokip Chief of Khenjang village, reported that one boundary pillar no. 66 in Tengnoupal District, Chakpikarong sub-division has been missing since long back and taking advantage of the missing, Burmese authority encroached upon the Indian territory and constructed border road inside the Indian territory. There was also constant trouble in the villagers of Khenjang village as innitiated by the villagers in the burmese border হায়রিবা report অসি Governor of Manipur দা তৌরকপদগী CID/DIG Mr. Pander না ঐবু জাগা অদুদা চৎলগা enquiry অমা তৌরগা report পীরকউ হায়না SP/CID দা হায়রকপদগী ঐহাক খেনজাং হায়বা Burmese border অদুদা চৎপা তারম্মী। তাং ১৬/৮/৭৯ ইং শগোলশেন নুমীত্তা DIG/CID Mr. Pander গী letter no. 5/12/(i)/79 dt. 16.8.79 গী মতুংইন্না boundary stone no. 66 মাঙবগী মতাংদা মখাগী পোইন্টশিং অসিদা enquiry তৌননবা হায়রকলমই। মদুদী:- (i) when did this come to notice ? (ii) was the matter reported by the local villagers of Khenjang with police/MR. (iii) What is the extent of encroacher (iv) What type of road is it? (v) Do the Burmese vehicle/people use the road?

মথংগী নুমীৎ তাং ১৭/৮/৭৯ ইংদা ঐহাক মখাগী মীওইশিং অসিগা লোয়নননা enquiry চৎননবা লেপ্লে:-

(1) ASI S. Komol Singh of CID/Imphal
(2) ASI L. Kumar Singh of CID/Imphal
(3) ASI Tejmani Singh of CID Sgn.
(4) Const. Ngamkholet of CID Sgn.
(5) Adhoc const Thangkhonang of CID Sgn.
(6) ASI Kamsol Lamkang of CKG PS
(7) CL 1270 Md. Allaoddin of CKG PS
(8) C/2309 Angsel Anal of -do-
(9) C/2933 Shamjai Singh of -do-

তাং ১৭/৮/৭৯ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা jeep অমদা ঐগা ASI অনীদুগা ইম্ফাল থাদোক্লে। শুগুনুদগী মখোয় অতৈশিংদু pick up তৌরে অমসুং নুংথিল পুং ৩ তাবদা চকপীকারোং য়ৌরে। চকপীকারোদগী মখোয় মরি লৌখৎলগা Mombi খুন্দা নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা থুংই। মফম অদুদা ঐখোয় অহিং অদু লেকই। তাং ১৮/৮/৭৯ ইংদা অয়ুক পুং ৮ তাবদগী খোঙনা মোম্বী খুন থাদোক্লগা নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা Semol খুল য়ৌই। অহিংদু সিমোল খুন্দা লেকলে। তাং ১৯/৮/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা সিমোল থাদোক্লে। নুমিদাংৱাই পুং ৪ তাবদা Bongyol য়ৌরে। নুমীৎ অদু Bongyol দা লেকই। তাং ২০/৮/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা Bongyol থাদোক্লে অমসুং নুংথিল পুং ৪.৩০ তাবদা Khenjang য়ৌরে। নোংকল্লা তাবনে, লেপ্পা লৈতনা খোঙনা চীংদা চৎপনে, খোঙশা তরাগী খুজীন তরামক লোইননা কেনখ্রে। চরাম চাত্তৎনবগী ৱাবগা খেনজাং হায়বা খুন্দু য়ৌরমদাইদা

ঐহাক ৱাম্থখিরম্মী। ঐনা ভাব তাদনা ৱাম্থরিঙৈদা ASI S. Komol না ঐবু পোদুনা খুন তানা পুই হায়। ঐনা ভাব তারকপদদী ASI S. Komol না ঐবু ঈশিং অশাবনা খোঙ হাম্বীরম্মী। ঐহাক পোখরবা মতূঙদা খরা কনখৎলকখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক destination য়ৌখি। হেক য়ৌবগা খুনগী leader শিংগা লোয়নন়া boundary pillar 66 গী জাগা চত্তুনা enquiry তৌখি। খুঞ্জাগী মীওইশিংদগী অশেংবা মরম খঙজিল্লবা মতুংদা তাং ২১/৮/৭৯ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা খেঞ্জাংদা লৈবা BSF Camp তা চঙদুনা camp commander গা লোয়ননা ঐগী enquiry গী মতাংদা ৱারী শান্নরম্মী। Enquiry লোয়রগা হল্লক্লবা মতুংদা ঐগী report অদু DIG/CID দা submit তৌখি।

তাং ২৭/৮/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা অফাবা underground extremist কবিচন্দ্র কোর্ত্তা পুথোকখি। মহাক তাং ১৯/৭/৭৮ ইংদা ময়াংইম্ফাল এরিয়াদগী ফাখিবনি। সেসন Judge গী কোর্ট compound দগী মীওই অনীনা armed escort পার্টিদা এটেক্ট তৌদুনা Muslim constable অমা হাৎখি অমসুং কন্সটেবল অনীনা bullet injury ফংখি। নুংথিল পূং ১২ মি: ৫ রোম তাবদা কবিচন্দ্রবু পুলিসকী মখুত্তগী rescue তৌখি। থৌদোক অদুগী মতুংদা ঐহাক SP/CID গা লোয়ননা থাংমৈবন্দ, ককৱা, নাওরেম লৈকাই, নম্বোল, নাওরেম, ইশোক অসিনচিংবা মফমদা চত্তুনা নুমীৎ অদুগী থৌদোক্তা চেন্নবা extremist শিং অদুগী খোঙ্গুল লীখি অদুবু করিগুম্বা পাও অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। নুমীৎ অদুমক্কী নুমিদাং পুং ৭ তগী ৮ লোম তাবা মতমদা লম্লাই পুলিস ষ্টেসন মিসক্রিয়েন্টশিংনা এটেক্ট তৌদুনা rifle অনী লৌখি। নোঙাল্লগা নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবা মতমদা শগোলমাঙ পুলিস ও.পি.গী কন্সটেবল 3028 Mohori Sten gun না কাপ্পুনা শক খঙদবা মীওই অমনা হাৎখি। তাং ১/৯/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ৮ লোম তাবদা Inspector Sarat Sharma বু Miscreant খরনা ময়ুমক্তদা Life attempt তৌদুনা অশোক অপন নংহনখি। তাং ২/৯/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ১১.৩০ রোম তাবদা Singh & Co. Moirangkhom দা Cashier ওইনা থবক তৌবা মীওইদগী লুপা ১০,২০০/- খক মন্ত্রী পুখ্রিদা labour গী অসুমন য়েনবা চৎপদা নমদুনা মীওই খরনা লৌখি।

তাং ২২/৯/৭৯ ইং থাংজ নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি:১৫ রোম তাবা মতমদা underground miscreants শিংনা মোইরাং P.S. attack তৌদুনা ASI Amutombi, HC Narahari অমসুং Const অমা কাপ্পুনা হাত্তোক্লগা থনাদগী নোংমৈ রাইফল ১২ অমসুং মরু কয়ামরুম লুট তৌখি। থৌদোক অদুদা কন্সটেবল অনী শিখি। কন্সটেবলশিং অদুদী Md. Alimuddin, H. Sanatomba নী অমসুং H. Tollapishak না শোক্তুনা Hospital দা লাইকন্নখি।

তাং ৩০/৯/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৯ লোম তাবা মতমদা Brahamapur Aribam Leikai দা Aribam Bhorat Sharma S/o Dhananjoy Sharma কৌবা পাখং অমা শকখঙদবশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি। মরমদী তাং ২৮/৯/৭৯ ইংদা Rs. 2000/- গী demand letter অমা Aribam Amuba (72) অমসুং মহাক্কী নুপীদা তাং ৩০/৯/৭৯ ইংদা পীগদবনি হায়না পীরম্বনি। মতাং অদুগী ওইরম্বা য়াই

হায়না থন্নখি। লুপা চহুমদী পীখ্রে হায়। কেশ নম্বরনা F.I.R. No. 268/(9)79 IPS w/s 302 IPC নী। তাং ১/১০/৭৯ ইংদসু থৌদোক কয়া মরুম থোকখি। নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ১৫ তাবা মতমদা খোংমন্দা লাইরেঞ্জাও কৌবা অমা নোংমৈনা কাপলমখি। নুমিদাংগী পুং ৬.৩০ দনা কোংবা নান্দেবম লৈকাইদা কন্সটেবল মণ্ডলেম কৌবা অমা মাগী য়ুম মনাক্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা লায়কন্নখি। নুমিদাং পুং ৬ মি: ৪৫ তাবদনা Raffiuddin কৌবা নহা অমা হাৎলমখি। নোংঙাল্লগা তাং ২/১০/৭৯ ইংদা SP/CID গা লোয়ননা থৌদোক থোকফমশিং য়েংশিল্লুই। তাং ৬/১০/৭৯ ইং থাংজ নুমীত্তা নোংমৈ পায়বা মীওই খরনা নুমিদাং পুং ৯.৩০ রোম তাবদা তোংখোথাং (২১) নিয়ু চেক্কোন্দগী লূপা ১,২০,০০০/- লুট তৌখি। মতৌ অসুম্না শোক ১৯৭৯ দগী Law & order গী condition অসি অসুম অসুম ফৎচিল্লকখিদে।

তাং ৯/১০/৭৯ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ মি: ১৫ রোম তাবদা শকখণ্ডদবা মীওই অহুম্না হঞ্জবম বিরেন শর্ম্মা সোইবম লৈকাইবু নিউ চেক্কোন্দা কাপ্পুনা হাৎখি। মহাক কনাগুম্বনা পুলিসকী পাও পীবা মীওইনি হায়জিনবীবদগী হাৎপা মাল্লি। মহাক্কা য়ুমলোন্নন‌া লৈবা থোঙাম ইবোমচা (৪৫) S/o Madhu কৌবা Building project No 1 দা SO ওইনা থবক তৌবা মীওই অদু কৌখত্নুনা Interrogation তৌখি। থৌদোক অদুগী মতুংদা Imphal Municipal area দা নুংতিগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ দগী নোংঙাল্লকপগী পুং ৫ ফাওবা curfew থমখি। তাং ১৩/১০/৭৯ ইং থাংজ নুমীত্তা Salungpham village দা যত্রাৱালি য়েংলিঙৈদা নুমিদাং পুং ৭/৮ তাবা অদুৱাইদা adhoc constable N Birachandra (34) of Salungpham অসি শকখণ্ডদবা মীওই খরনা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২১/১০/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ঐহাক অমসুং SI K.K. Singh বু District SP গী Interrogation Cell দা UDOI কৌবা অফাবা মীওই অমা interrogation তৌননবা detail তৌরকখি অমসুং লম্ফেল থনাদা নুমিদাং পুং ৬ তগী interrogation তৌখি। Interrogation দগী খঙখি মদুদি PREPAK কী R.K. Tullachandra না শীংজমৈ থনাদগী নাম্থোকখ্রগা 'সোমচন্দ্র' শর্ম্মগী য়ুমদা শাইদাংখি অমসুং মৈপাক শর্ম্মগা লৈমিন্নখি। মফম অদুদা interrogatee না 'Krishnachandra' গা চৎলুই অমসুং ৱাবগাইগী 'ইবোবী' সু লাকখি।

তাং ২৬/১০/৭৯ ইং ইরাই নুমীত্তা Ministry of Home Affairs গী order No. S.O.600-E অমসুং Govt. of Manipur Order No. 16/5/72 -POL I dt 27/10/69 গী মতুং ইন্না মখাগী সংস্থান মরি অসি unlawful association নি হায়না লাউথোকখি :-

(1) Revolutionary People's Front (Former RGM) (2) PLA (3) PREPAK অমসু (৪) Red Army and other bodies set up by them..

তাং ৫/১১/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা শকখণ্ডদবা নোংমৈ পায়বা নহারোল ৫/৬ না State Bank of India, Sekmai Branch তগী লুপা ১২,০০০/- রোম লুট তৌখি। তাং ৯/১১/৭৯ ইং ইরাই নুমীত্তা নুংথিল পুং অমরোম তাবদা Public Health Engineering Lamphelpat ওফিসতগী খুৎলাই পাযবা নহারোল অহুম্না লুপা ২৩,৮৫০/- লুট তৌখি।

তাং ১৭/১১/৭৯ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৫ মি: ৪৫ রোম তাবা মতমদা Prepak কী মীওই ৫ না শ্রী Ch. Priyokumar Singh DSP/Reserve কী য়ুমদগী Service revolver নমদুনা লৌখি। মখোয়গী মরক্তা Kh. Inaocha of his locality and Leishabi য়াওই হায়খি।

তাং ১৮/১১/৭৯ ইংদনা অয়ুক পুং ৭ লোম তাবদা য়েন্দ্রেবম ইবোতোম্বী সিংহ গী licence pistol .32 অমা নহারোল নোংমৈ পায়বা মরিনা লৌখি।

নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৯ লোম তাবদনা আগর ইবোতোম্বগী ময়ুমদা licence pistol অমা মুনখি।

নুমীৎ অদুগী নুমীৎয়ুংবা মতুংদা নাওরেম ফাইবোক থোংদা শাইক্লিষ্ট অহুমনা Akoijam Nabachandra S/o Dhana Singh, থৌবাল কলেজগী মেগাজিন সেক্রেটরি ওইবা অদু নোংমৈনা কাপ্পুনা শাখিনা শোকখি। তাং ১৯/১১/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মোটোর সাইকল অনীদা লাকপা মীওই মঙানা অয়ুক পুং ৭ তাবা মতমদা শ্রী থোঙাম হরিদাসকী licence নোংমৈ পিষ্টোল অদু নমদুনা লৌখি।

তাং ২১/১১/৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ৭ রোম তাবদা স্কুটর তোংদুনা লাকপা মীওই মরিদা খোইরোম বাজারগী খাইদেম বাবুয়াইমা সিংহগী licence .32 revolver নমদুনা লৌখি।

নুমীৎ অদুমক্কী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবা মতমদা Asst. Engineer Aribam Rishikesh Sharma. brother-in-law of Dr. Chandramani Singh বু ময়ুম মক্তদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ৩/১২/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা পাওনা বাজারদা লৈবা Bata Co. দা নুংথিল পুং ৩ মি: ৪৫ তাবদা মীওই খরনা লুট তৌদুনা লুপা ১১,৬৯৬ লৌখি। তাং ৭/১২/৭৯ ইং ইরাই নুমীত্তা মীওই মরিনা নুংথিল পুং ১ মি: ১৫ দা Indian airline office তগী লুপা ৭৭৭৩ লুট তৌখি।

তাং ৯/১২/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী নোংয়াই মতমদা ইনাওনুপা কুমারজিৎকী মচা নুপা অমা পোকই। তাং ১২/১২/৭৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ তাবদা Speaker R.K. Ranbir Singh ময়ুমদগী কৌথোক্লগা মীওই অনীনা Life attempt তৌখি। নোংমৈনা পান্দুনা মীত্তা শোকখি। তাং ১৭/১২/৭৯ ইংদা Shri A. Pradwip Singh CID দগী transfer তৌখি। অমসুং Shri S. Ibotombi না CID/SP ওইনা তাং ১৮/১২/৭৯ ইংদা join তৌখি। তাং ১৯/১২/৭৯ ইংদা শঞ্জেম্বম ইবোমচা সাং তাইগর কেম্পগী নুপা অমা নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা CPI(M) গী candidate Y. Kullachandra গী মিটিং মফমদা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২৩/১২/৭৯ ইংগী নুমিদাং পুং ৮ মি: ৫ রোম তাবদা শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা Moirangthem Tomchou, OSD গী মমাং শঙ্গোয়দা নোংমৈ পায়বা নহারোল ৭/৮ না কোয়শিন্দুনা রেড তৌবা মতমদা কারাম ইবোমচা সিংহনা য়ুম মনুংদগী নোংমৈ কাপ্পদা নহারোল PLA গী মীওই অমা পানখি। মমৈদা অশোকপা অদু শিরদুনা হুন্দোক্লম্লগা থনম্বদগী R.K. Gojen (18) S/o R.K. Sanatomba হায়না identify তৌখি।

তাং ২৪/১২/৭৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐনা CID দা লৈবা চহী অমগা মখায়রোম শুবদা ঐবু SDPO/Taosem ওইনা ট্রান্সফর ওর্দর থোকখি। Order No. 3/35/77-MPS/DD dt 24/12/79 নি। তাং ২৮/১২/৭৯ ইং ইরাই নুমিত্তা DSP/CID S. Doren দা charge শিন্নরে। মতৌ অসুম্না ঐহাক DSP/CID ওইনা তাং ৫/৭/৭৮ ইংদগী তাং ২৮/১২/৭৯ ইং ফাওবা লৈখি। ঐহাক SDPO/Taosem ওইনা posting পীরবসু ইম্ফালদা special assignment অমা পীদুনা লৈগদবনি হায়না DIG/Range Mr. Grewal উন্নবদা হায়রকখি। নুমীৎ অদুদগী হৌনা ঐঙোন্দা jeep no. MNS 314 allot তৌখি। তাং ৩০/১২/৭৯ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী অয়ুক পুং ১১ তাবদা ঐহাক তমেংলোংগীদমক ইম্ফাল থাদোক্লে। SDPO/Taosem ওইনা জোইন্ট তৌননবগীদমক তমেংলোং চৎপনি। নুংথিল পুং ৪ মি: ৩০ দা তমেংলোং য়ৌরে। মতম অদুদা তমেংলোংদা Mr. S. Ibobi না S.P. ওইরম্মী। তাং ৩১/১২/৭৯ ইংদা ঐনা TML দা জোইন্ট তৌবগী signal অমা IGP দা থাখি।

তাং ১/১/৮০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐহাক তমেংলোংদা লৈরি। ঐগী transfer order of Govt. No. 3/35/77-MPS dt. 24/12/79 অদু IGP গী order no. 5/77/79-PHQ dt 24.12.79 না relay তৌরকই। Election গী arrangement কীদমক্তা ঐহাক SDPO/Taosem ওইনা TML Hd. Quarters দা join তৌরগা লৈথবা তারম্মী। মরক অসিদা SP/Impal Shri Karumamaya দগী SP/TML Shri S. Ibobi দা ঐবু ইম্ফালদা থারক্লবা signal অমা থারকলম্মী। অদুবু IGP গী order no. 7/3/(1)/79 - DIG (ops) dt 29/12/79 গী মতুংইন্না ঐহাক TML দা Election লোইরবা মতুঙদা ইম্ফালদা হল্লক্কদবনী হায়বা ওর্দর লৈরম্মী। SP/Imphal গী Message অদুগী পাওখুমদা IGP গী order অদু refer তৌরগা election লোইরগা থারক্কনী হায়না SP/TML না পাউখুম পীখ্রে। তাং ৩/১/৮০ ইং শগোলশেন নুমীত্তা TML দা polling তৌখি অমসুং ঐহাক Election duty য়াওখি। তাং ৪/১/৮০ ইংদা নুংথিল পুং ২ মি: ৪৫ দা ঐহাক ইম্ফালগীদমক্তা তমেংলোং থাদোরকখি অমসুং নুমিদাং পুং ৮ মি: ১৫ দা ইম্ফালদা য়ুমদা য়ৌরকখি। ঐনা TML দা লৈরিঙৈদা তাং ১/১/৮০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা অয়ুক পুং ৬ রোমতাবদা CPI party গী candidate Mr. Th. Bira মীওই অনীনা ময়ুমদগী কৌথোক্লগা কৈশাম্পাৎ থোকচোম লৈকাইদা ময়ুমদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রে হায়বগী পাও ফংই। য়ুমদা য়ৌরকপগী নোং হেক ঙানবগা তাং ৫/১/৮০ ইংদা অয়ুক পুং ১০ দা DIG(Ops), (R) and DIG(CID) উন্নখি। তাং ৬/১/৮০ ইংদা Inner Manipur গী বিধান সভা constitutuency 31 অমসুঙ Innder Manipur M.P গী election অয়ুক পুঙ ৮ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা তৌগদৌরিবা অদুগী polling duty য়াওননবা ইনষ্ট্রক্সন পীরকখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক polling duty অমসুং counting duty তৌদুনা তাং ৯/১/৮ ইং ফাওবা লেনখি। তাং ১০/১/৮ ইংদগী SP/Imphal Shri Th. Karanamaya গী Office দা ঐবু engage তৌবা হৌখি। Jeep MNG 577 ডিজন জীপ অদু ঐঙোন্দা এলোট তৌখি। তাং ১৪/১/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা R.K. Dorendra না লুচিংবা Congress Govt. অমা রাশক লৌখি। Mr. Rishang না Finance অমসুং

দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা তৌগদৌরিবা অদুগী polling duty য়াওননবা ইনষ্ট্রক্সন পীরকখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক polling duty অমসুং counting duty তৌদুনা তাং ৯/১/৮ ইং ফাওবা লেনখি। তাং ১০/১/৮ ইংদগী SP/Imphal Shri Th. Karanamaya গী Office দা ঐবু engage তৌবা হৌখি। Jeep MNG 577 ডিজল জীপ অদু ঐঙোন্দা এলোট তৌখি। তাং ১৪/১/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা R.K. Dorendra না লুচিংবা Congress Govt. অমা ঞাশক লৌখি। Mr. Rishang না Finance অমসুং Mr Ngurdinglen না Development Minister ওইখি। তাং ২৩/১/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাংঙাইদা ঐগী নুপী কৈন্যা দেবীগী মচে য়াইমগী মপুরোইবা Shri Kh. Lakhachandra Singh. Sudden heart attack অমদগী ককচীং খুনৌদা লৈখিদ্রে হায়বগী পাও তাং ২৪/১/৮০ ইংদা ফংখি।

মবক অসিদা Lilong P.S. গী Murder case অমা ঐঙোন্দা investigation তৌননবা শীন্নখি। Case No না F.I.R 1(i) 80 Lilong P.S. U/S 449/302/307/341 IPC & 25(a) I.A.Act নী। Md. Allimuddin Ex-C.M. গী life attempt তৌবগী case নি। তাং ৮/১/৮ ইংগী নুমিদাংদা Ex-C.M Md. Allimuddin মী ওই খরনা attack তৌদুনা ময়ুমদা হাৎনবা হোৎনখি মদুদা মীওই খরা শীখি। মদুগী মতাংদ, মথক্কী case অসি register তৌবনি। থৌবাল District কী case নি।

তাং ২৭/১/৮০ ইংদা ককচীং খুনৌদা family গা লোয়ননা চত্তুনা ওজা লৈক্ষচন্দ্রগী অশিবা হংলুই। তাং ৫/২/৮ ইং, লৈবাকপোকপা নুমীত্তা লৈখিদ্রবা ওজা লৈক্ষগী শ্রাধা থোকই। অয়ুক্তা বাজি, ইমা, কৈন্যা অমসুং জিতেনগা লোয়ননা Govt. Jeep MNG 557 দা ককচীং খুনৌ য়ৌনা চত্তুনা শ্রাধা যাওরুই। নুংথিল নুমিদাংঙাই পুং ৫ তাবদা য়ুমদা হল্লকই। ঐগী ইচানুপা জিতেনসু মমীৎ শোক্তুনা আনোক শাঁজিন্নবা তাং ১৪/২/৮০ ইং শগোলশেন নুমীত্তগী হৌখি।

তাং ১৬/২/৮০ ইং থাংজ নুমীত্তা CRPF না অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা কৌব্রু চীংদা operation অমা চথখি। মদুদা PREPAK কী মীওই অনী L. Shantikumar য়াওনা হাৎখি। .303 rifle তরুক্কা stengun অমগা recover তৌখি। তাং ১৯/২/৮০ ইংদা 4 A.R. গী কাঙবু অমনা PREPAK কী former member R K. Tullachandra, চোংথাম সুমিলা দেবী অমসুং মীওই ২ গা কোন্ননা শগোলমাংদগী ফাখি।

তাং ২১/২/৮০ ইংগী নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা য়াইরিপোক বামোল লৈকাইদগী গোপেন্দ্র শর্মা কৌবা মীওই অমা Kongba দা কাপ্পুনা হাৎখি। নোংঙাল্লগা তাং ২৩/২/৮০ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ লোম তাবদা মশক খঙদবা সাইকলিষ্ট অনীনা ঞাংখেম লৈরেনজাও কৌবা নিপা অমা থোংমন মংজিন্দা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২৭/২/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অয়ুক পুং ১০ তাবদা তমেংলোংগীদমক ঐগী নুপীগা con- Yaima গা ইম্ফাল থাদোকখি। তলব ফংদবা অমসুং T.A. নচিংবা ফংদবদগী Higher Authority দগী permission লৌরগা চৎপনি। নুংথিল পুং মরিরোম তাবদা তমেংলোংদা থুংখি। তমেংলোংদা অহিং অদু

লেক্লে অমসুং নোংঙাল্লগা তাং ২৮/২/৮০ ইংদা ঐগী তোলোব অমসুং T.A. নচিংবা পুন্না লুপা ৩৩৫৪ কায়থোক্লে। SP/TML মতমঅদুদা Mr. Peter না ওইরম্মী। অয়ুক অঙনবদা মাগী quarter দা চত্তুনা ঐগী financial condition লীদুনা খঙহল্লুরে। ইম্ফালদা ঐনা থেংনরিবা extremist শিং মায়োক্লবগী ৱারী পুম্নমক লীদুনা খঙহল্লুবদগী মহাক ঐগী outstanding pay and T.A. পীগনি হায়না, assurance তৌরকখি অমসুং ওফিস মতমদা অঙনবদা বিল ক্লিয়র তৌদুনা ঐগী ফংফম থোকপা পৈশা অদু অঙনবদা পীরকখি। অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা তমেংলোং থাদোক্লুনা ইম্ফালদা লাকখি। নোংঙানবা তাং ২৯/২/৮০ ইংদা নুংথিল পুং ২ মি: ৪৫ তাবদা 4th A.R. গী মীওই অহুম extremist না ক্যাম্পদগী অনী শিখি অমা শাথিনা শোকখি। SLR অনী মুনখি। নুমিৎ অদুদা পুখ্রম্বম ব্রোজেন কৌবা লীৱা লম্বীদগী মীওই অমা ওইনাম লৈকাইদা কাপ্পুনা পুলিসনা হাৎখি।

তাং ৫/৩/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐহাক casual leave লৌদুনা ওফিস কাখিদে অদুবু নুংথিল পুং ১ বোম তাবদা IGP না ঐবু উন্নবা পামই হায়দুনা কৌরকখি। IGP না ঐঙোন্দা Addl. Advocate General Mr. Trikha গী মথক্তা লৌখৎপা কেশকী মতাঙদা investigation চত্থনবগী instruction পীখি। নুংথিল পুং ৩ লোম তাবদা ঐহাক য়ুমদা হল্লকখি।

PREPAK কী পার্টি মনুংদা কাঙবু অনী থোক্লা তাং ১৬/৩/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা খাযদোকখ্রে। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৯ মি: ৫০ রোম তাবদা অয়াংপল্লিদা নাকল অনিগী মীওই অনী মমিংনা Keisham Ibobi অমসুং R.K. Chitrasen অনীবু অতোপ্পা নাকনগী কাঙবুনা হাৎখি। মরক অসিদা Addl. Advocate General Balraj Trikha গী মথক্তা লৌখৎপা কেশগী মতাংদা ঐহাক Secretariat তগী file কয়ামরুম চেক তৌবা হৌখি।

PLA মীওই কয়ামরুম 'অখুবী' কৌবা বর্ম্মাগী কেম্প অমদা তাং ২০/১/৮০ ইংদা বর্মীজ আর্মিগা কাপ্পবদ শিখি। মখোয় অদুগী মনুংদা Surjaboro, Himat, Indra, Yanglo য়াওই হায়না পাউ তাখি তাং ২২/৩/৮০ ইংগী অহিংদা শগোলশেম ইনাওচা কৌবা সোইবম লৈকাইগী মীওই অমসু কাপ্পুনা হাৎলমলে হায়না তখি। তাং ২৬/৩/৮০ ইংদা underground গী মীওই খরনা District Hospital, Imphal দা CRPF কী মীওই অনী কাপ্পুনা হাৎখি মখোয়দগী sten-gun অমা অমসুং rifle অমসু লৌখি।

ঐগী য়ুম শাননবা শীন লাঙবা হৌদুনা তাং ৩/৪/৮০ ইংদা লুপা ২০০ পীদুনা নাওরেম তাইতোম্বীনা শীল্লগা লৈঙোই গাড়ী মপোৎ অমা থাবা হৌখি। নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ মি:১৫ রোম তাবদা Gandhi Avenue দা লৈবা UBI লুট তৌখি। নেপালী চৌকিদার অমা হাৎখি অমসুং লুপা লাক্ষ অমরোম লুট তৌখি। নুংথিল পুং ২ রোম তাবদনা 5th M.R. গী Convoy অমা পলেল মনাক্তা underground extremist শিংনা তাং ৭/৪/৮০ ইংদা ambush তৌদুনা জম্মান্দার অমা অমসুং R/M অমা হাৎখি। Staff pay লুপা ৬০,০০০/- লুট তৌখি।

তাং ৮/৪/৮০ ইংদা Trikha গী মথক্তা লৌখৎপা কেশকী মতাংদা document কয়ামরুম secretariat office তগী seize তৌখি। তাং ৯/৪/৮০ ইংদা Underground PLA না লাইশ্রম মঙ্গি কৌবা চহী ১৮ রোম শুবা পাখং অমা (ময়ুমনা পোরোম্পাৎ কোংপাল খাইদেম লৈকাইদা) কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ১৫/৪/৮০ ইংদা পুলিস কন্সটেবল তোম্বা অমসুং কুমার অনী হৈরোক্তাগী খরা চৎলগা লৈবা tribal village অমদা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২৬/৪/৮০ ইং থাংজ নুমীৎকী নোংল্লমদাইদা হায়বদী পুং ৪ রোম তাবদা খুৎলাই পায়বা extremist শিংনা ক্কাকৈথেলদা লৈবা পুলিস S.I. মচীন মনাও S. Yaima অমসুং S. Ibopishak মখোয় অনীগী service revolver অনীমক ময়ুম ময়ুমদগী লুট তৌখি। নুমিৎ অসিমক্তদা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমসু থোকখি। নুমিৎসিগী অয়ুক পুং ৯ রোম তাবদা ময়াং লাংজিং CRPF Group Centre মনাক্তা CRPF গী মীওই অহুমখক underground extremist না হাৎখি। থৌদোক অদুগী মতুংদা CRPF না ময়াংলাংজিংগী খুন্দা অঙকপা মওংদা ওৎ-নৈখি। মদুদা মীওই মরি কাপ্পুনা হাৎখি। মখোয় অদুদি :-

(1) Irom Ongbi Bino Devi (30) W/o Kumeswor of Patsoi.

(2) Naorem Indrajit (20) of -do-

(3) Lenrembam Angen of -do-

(4) Thokchom Leikhain (1) of Taobungkhok

নুমীৎ অসিমক্কী নোংঙানবা তাং ২৭/৪/৮০ ইং গী নুংথিল নুমীৎয়ুংবা মতমদা CRPF কী গাড়ী অমদা তোংলকপা কন্সটেবল অমগী নোংমৈদগী শোয়দুনা কাপথোকখিবা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা খ্বাই বজাবদা নুপী অমা পান্দুনা শীখি। ঐগী হৌজিক লৈরিবা য়ুম অসিগী plan Mr. Tarakishore না য়েকপনি। য়ুম অসি শাবগী যাত্রা তাং ২৮/৪/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ তাবদা ঐবু পোকপিবা বাবাজিনা হুনখিবনি। য়ুমশি শাবগী বোরোমিষ্ট্রিনা শ্রী লোংজম ইবোতোম্বী সাং খা-ইম্ফাল স্কুল অমসুং মথং মিষ্ট্রিনা শ্রী নোংমৈকাপম ধাকা সিংহনা শাবীখিবনি। ব্রানা হোৎনজদুনা শাখিবা য়ুমনি।

তাং ২৬/৪/৮০ ইংগী ময়াংলাজিংগী থৌদোক্না মরম ওইদুনা ইম্ফালদা অকনবা ইরাং থোকপদগী তাং ২৮/৪/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুংথিল পুং ১ তাবদগী তাং ৩০/৪/৮০ ইংগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা Greater Imphal পুম্নমক্তা curfew চল্লাইখি।

CRPC গী Section 45 না পীরিবা provision গী মতুংইন্না মণিপুর পুলিস, এম আর, সিআরপিএফ, এআর, হোম গার্দ অমসুং আর এ সিসু অর্ম্মিগুম্না ফাবা য়াদবগী হুকুম অমা মণিপুর গভর্নমেন্টনা নোটিফেকেসন অমা থোকখি। হায়রিবা নোটিফিকেসন অদু secretariat home dept. গী no. 7/20/67-POL II dated 30/4/80 গী মতুংইন্ননি।

May. 1980 গী অহানবা চয়োন্দগী হৌনা Preventive Detention Ordinance গী মখাদা মীওই কয়ামরুম ফাজিন্নবগী এক্সন লৌখি। হায়রিবা থবক অদুদা ঐহাক অহিং নুংথিল নাইদনা মীওই ১৫৮ গী

মথক্তা এক্সন লৌখৎনবা থবক শুখি। তাং ৪/৫/৮০ ইংদগী তাং ১০/৫/৮০ ইং ফাওবা লেপ্পা লৈতনা শুখি।

তাং ১০/৫/৮০ ইং থাংজ নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা মশক খঙদবা মীওইনা পাউনম লোকেন কৌবা চহী ২১ শুরবা S/o Ibotombi কৌবা লাইফম খুনৌদগী পাখং অমা সলান থোংদা কাপ্তুনা হাৎখি। তাং ১৩/৫/৮০ ইংদসু অয়ুক্তা 5th M.R. গী Suspension দা লৈবা NK KH. Monbi শখখঙদবা মীওই খরনা কাপখি। নুমীৎ অসিমক্কী নুংথিল পুং ২ রোম তাবদা শীংজমৈ মখা ৱাইখোম লৈকাইগী মমিং চৎপা Babusaheb মীওই খরনা কাপ্তুনা হাৎলমখি।

তাং ১৬/৫/৮০ ইংগী নুংথিল পুং ৪ তাবদা শগোলমাঙদা PREPAK কী মীওই অহুম হায়বদি (১) অরিবম ক্রিতিবাস অপোকপা মণিতোম্বা শর্ম্মা, খোংমন মঙজিন (২) অহোংশাংবম মনাওবী অপোকপা পিশক, উরিপোক অচোম লৈকাই (৩) ৱারিবম চাওবা অপোকপা নবান, সলানথোং কাপ্তুনা হাৎখি। তাং ২৪/৫/৮০ ইং থাংজ নুমীত্তা শম্ভ্রাম খুন্দা লৈতানথেম বিরেন এলাইজ ধনা অপোকপা চাইগোই কৌবা নহা অমা ময়ুমদগী কৌথোক্লগা কাপ্তুনা হাৎখি। মতম্না অয়ুক ৭ মি: ৪০ রোম তাবদনি। হাযবিবা নুমীৎ অসিদা মখাগী পুলিস ওফিসার ৮ অসি প্রোমোসন ফংখি।

(1) H Chandrakumar as Addl. SP (Prosecutor)
(2) A. Romenkumar As Addl. SP Imphal
(3) N. Kunjeswar as Dy. C.O.
(4) Ch. Priyokumar as -do-
(5) Th. Joykumar as -do-
(6) N. Shyamananda as -do-
(7) Simte -do-
(8) M. Sushil Kumar -do-

তাং ১/৬/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা cabinate minister অহুম হায়বদী Shri I Tompok, Sosohorho, Md. Helan অমসুং State Minister নিপাল ৱাশক লৌদুনা Council of Ministry চাওথোকহনখি। হান্নগী কেবিনেট মিনিষ্টর অহুম অমসুং ষ্টেট মিনিষ্টর মরিনি।

য়ুম শাগৎপা হৌবা:- তাং ২৮/৪/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা যাত্রা হুনখিবা ঐগী য়ুম অদু তাং ৪/৬/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তগী শাগৎপা হৌখি।

Balraj Trikha গী মথক্তা লৌখৎখিবা case F.I.R. No. 32(1) 80/PS u/s 420 IPC অদুগী I.O ঐনা ওইখি অমসুং তাং ৫/৬/৮০ ইংদা charge sheet prepare তৌখি।

তাং ১৮/৬/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা মোইরাং থানানা ফাবা PREPAK মীওই মরি interrogation তৌরুনবা S.P. না হায়বদগী মোইরাং থানাদা চত্তুনা interrogation তৌরুই। তাং ২১/৬/৮০ ইংদা S.

Brojen কৌবা Lasha দা Training তৌরুরবা PLA গী মীওই অদু অয়ুক পুং ৯ দা হাৎখি।

তাং ২৩/৬/৮০ ইং, নিংথৌকাবা নুমীত্তা Shri Shanjoy Gandhi S/o Smt. Indira Gandhi expired in plane crash মরম অদুনা তাং ২৪/৬/৮০ ইংদসু Ex-president V.V.Giri শিবগী ছুটি থাখি। তৌইগুম্বসুং ওফিসকী থবক লৈবনা ঐহাক্তি মহৌশাগুম অদুম অথেংবা ফাওবা থবক শুখি। তাং ৩০/৬/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ তাবা মতমদা নামৈরাকপম থোইবা ওফ কোংবা বাজার মহৌশা ঐনা লিলোংগী robbery case তা ফারুবা মীওই অদু মশক খঙদবা মীওইশিংনা কৈথেল অশাংবীদা কাপ্পুনা হাৎখি।

Balraj Trikha গী মথক্তা অতোপ্পা কেশ অমসু শিংজমৈ PS দা FIR No. 8 (i) 80 Singjamei u/s 170 IPC দা register তৌদুনা ঐনা I.O. ওইখি। কেশ অদুগী charge sheet সু তাং ২/৭/৮০ ইংদা ঐহাক্না prepare তৌখি। নুমীৎ অদুমক্তদা extremist নুপী অনী হায়বদী Kumari Sanasam Bimola of Yurembam অমসুং Kumari Yumnam Khomdonbi Deiv of Yurembam interrogation তৌখি।

তাং ৯/৭/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৭ মি: ২০ তাবা মতমদা RMC Hospital দা guard তৌবা 5th MR গী পার্টি অমদা extremist না attack তৌদুনা R/M অমা হাৎলগা rifle তরেৎ অমসুং ammn. লুত তৌখি। খুদক্তা তান্নদুনা extrem ।। অমা হাৎখি অমসুং rifle মঙা recover তৌখি। তাং ১০/৭/৮০ ইংদা Bidi Co গী লুপা লাক্ষ ২.৫ লুট তৌখিবগী মরীদা থাংমৈবন্দদগী চিংনবা মীওই অনী interrogation তৌখি।

তাং ৮/৭/৮০ ইংদা থঙ্গাল বাজরগী বি দি কম্পানিদগী মশক খঙদবা মীওই খরনা লুপা লাক্ষ অনীমখায় লুট তৌখিবগী মতাংদা থাংমৈবন্দগী চিংনবা মীওই অনি তাং ১০/৭/৮০ ইংদা অকনবা interrogation তৌখি। ইং ১৯৮০ অসি ঐগী য়ুম শাবগী য়াম্না চিনবা মতমনি। Interrogation তৌনা তৌনা secretariat তা চত্তুনা F.C.S. কী under secy. Mr. Tomba উন্নরুই। Cement bag 50 লৈবা য়াননবা মঙোন্দগী permit লৌরুই। তাং ১১/৭/৮০ ইং ইবাই নুমীত্তা Cement Agent তগী Cement bag 50 লৈরুই। মমলদী লুপা ১৫০৩.৫০ পৈশা খক্তনি। তাং ১৭/৭/৮০ ইং শগোলশেন নুমীত্তা অয়ুক পুং ৭ তা মনিকচান্দগী Jeep trailer লৌরগা পাঙ্গৈ তানা চেক লৌবা চৎলী। পাঙ্গৈদা Th. Jogimohon গী 'Eastern Brick Field' কৌবা চেকোন অমা লৈ। মদুদগী চেক ২০০০ লিশিংদা লুপা ৫৬০ গী রেত্তা লৌরগা য়ুমদা হল্লকই। অদুদগী office কাবা চৎলী। য়ারিবমখৈ গুন্না অয়ুক্তা ওফিস কায় অমসুং নুংতিগী ওইনা থেঙনা য়ুমদা হল্লকই। খজিক্তং শংবদা য়ুমশাংগী থবক য়েংশিল্লি। তাং ১৯/৭/৮০ ইং থাংজ নুমীৎনী। নুমীৎ অদু ঐহাক ছুটি লৌরগা পাঙ্গৈদগী চেক ৬০০০ খক লৈনবা হোৎনৈ। চেকশিং অদু trip অনীরক থোক্লা পাঙ্গৈদগী টাটা গাড়ীদা হোল্লকই। মমলনা লিশিংদা লুপা ৫৬০ গী হাইংদা অপুনবা লুপা ৩৩৬০ নি।

ছুটি লৌদুনা লৈরবসু নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ১১ তাবদা SP না মী থারক্তুনা ঐবু কৌরে মরমদী PREPAK কাওবু অমা থেংনদুনা অমা হাৎলে অদুগা তরুক্লা ফারে। থৌদোক অদু খমনাম বাজারদা থোকখিবনি হায়। ঐহাক থুনমক চত্তুনা ওফিসতা এস.পি.গা উন্নরে। ফারকপা PREPAK মীওইশিং অদু interrogation তৌরে। ফারিবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা শৌগাইজম লৈকাইদগী R.K. Dolen অমসুং Kh. Tomba য়াওরম্মী। মখোয় তরুক interrogation তৌবদা মথং নুমীৎকী অয়ুক নুমিৎয়ুংবা ফাওবা চত্থরকই। নুমীৎ অদু নোংমাইজীং ওইরবসু য়ুমদা চাক চাবা ঙাইহাক চৎলুরগা নুংথিল পুং ২ দা office তা অমুক চৎখি।

শোক ১৯৮০ দা Head of Dept. ওইবদী IGP ননি। Mr. H.C. Alumidah না IGP নি। মহাক্লা ঐবু য়াম্না থাজে। ঐগী Special Cell হায়বা Branch অসি য়াম্না effective ওই হায়না মানা লৌই। অদুনা অতোপ-অতোপ্পা মফমদগী officer কয়ামরুম থাজিন্নক্তুনা Branch অসি চাউথোকহল্লী। শোক ১৯৭৫ দা MPS ওইনা চঙবা S. Dinokumar সু ঐগী office তা তাং ২৩/৭/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তগী attach তৌরমই। হায়রিবা নুমীৎ তাং ২৩/৩/৮০ ইংদা abscond তৌদুনা লৈবা PREPAK তা য়াওখ্রবা R/M Ibomcha@Leisabi নগালেন্দা encounter অমদা লৈখিদ্রে। মহাক্কা লোয়নবা হৈরোক্তা লৈবা জোয়সু শোকপদগী লৈখিদ্রে। তাং ২৪/৭/৮০ ইংদা সেকমাইজীংদগী ইবোয়াইমা কৌবা PREPAK কী মীওই অমগা Kum Ibechaobi@Abi of Khagempalli Panthak তগী অমা য়াওনা মীওই কয়ামরুম অয়ুক্তগী নুমিদাং পুং ৮.৩০ ফাওবা interrogation তৌখি। মখোয়দগী PREPAK কী underground activity কয়ামরুম খঙদোকখি অমসুং valuable information কয়ামরুম খুদক খুদকতা act তৌদুনা অকনবা থবক পায়খৎখি।

R.K. Dolen অমসুং Iboyaima অনী অসি PREPAK কী মরুওইবা লুচিংবনি। নোংমা নোংমগী ওইনা interrogation চত্থরকপনা তাং ৬/৮/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তদী PREPAK কী মরুওইবা কেম্প খঙবা ঙমখি। Sekmaijin খুঙ্গংগী ময়াংইম্ফাললোমদগী চত্থখিবদা বাজার য়ৌরমদাইদা লৈবা স্কুলগী লম্পাক্তা PREPAK কী ওক লোইদুনা ময়াম তিন্নফম অমসুং লোৎফম ওইনা লৈরে হায়বা খঙখি। খুদক্তা Mr. Th. Karunamaya SP/Imphal দা interrogation গী workable গী শরুক অদু পীখি। Force পুদুনা SP মশামক information অদু work out তৌবা Sekmaijin তানা চৎখি। মতৌ অসুম্না মরা তানা চত্থরল্লবা PREPAK কী কেম্প অদু থুগায়দুনা মীওই কয়ামরুম ফারকখি। লোইরম্বা অমদী য়োক্লম্বা ওকশিং লোইনা ফাগৎলগা গাড়ী টাটাদা হাপ্তুনা পুরকখি। মতৌ অসুম্না PREPAK organisation গী লুজাও থুদেকপা হৌখি।

তাং ১৭/৮/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীৎনি। য়ুম শাবগী থবক য়াম্না য়াঙশিল্লমই। অকোয়বদা চেকনা চনখৎখিবা য়ুমফমগী মনুংগী শরুক অদু পুংকুৎ কুৎ া লৈরম্মী। অকুৎপা য়ুম্ফমগী শরুক অদু লৈবাক্লা মেনশিনগদবনি। নুমীৎ অদু ফাওবদা টাটা ত্রকলোদ ত াহুমদোই হোল্লক্তুনা হোনজিন্দুনা য়ুমফমদা হৈরম্মী। মতম অদুদা লৈবাক লৈবদা গাড়ী টাটা লোদ অমগী মমল লুপা ৬৫ খক্তনি। নুমীৎ অদু ফাওবদা লৈবাক

লৈবগীদমক লুপা ৮৪৫ খরচ তৌখিরম্মী। কন্না ইশামক লৈবাক হোন্দুনা লৈরিঙৈদা নুংথিল পুং ৩ রোম তাবদা SP না office দা অথুবা থবক লৈরে হায়না মী থারক্লুনা কৌরখি। পুং মরি তাবদা ওফিস য়ৌরে। Radhakishore Sharma কৌবা PREPAK গী fraction অমগী লুচিংবা মীওই অমা শকখঙদবা মীওই খরনা তাং ২৮/৫/৮০ ইংদা kidnap তৌখিরম্মী। হায়রিবা রাধাকিশোর শর্ম্মা অদুগী অশিবা মশা অদু সেকমাইজীন্দা ফংলে হায়বগী পাও লৈরম্মী। থৌদোক অদুগী মতাংদা নুমীৎ অদু অথেংবা অহিং ফাওবা থীগত্তুনা অকুপ্পা মরম খঙননবা হোৎনখি।

তাং ৩০/৮/৮০ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐহাক Dept. Examination on Account গী subject অনীদা T.G. Higher Secondary School দা অয়ুক পুং ৯ দগী য়াওননবগীদক ঙন্না office চৎলী। নুংথিল পুং ৪ দা পরিক্ষা লোইরকপা মতমদা ঐগী office দা লৈবা ASI Nungshi ঐবু উন্নবা লাকই। মহাক্না হায় ঐগী ওফিসতা runner ওইনা লৈবা const. Chaotombi অদু ময়ুম খুরাইদগী অফিস কারকপদা অয়ুক পুং ৯ লোম তাবদা চেক্কোন্দগী নোংমৈ চীনদোন্দা মশক খঙদবা নহা অহুম্না kidnap তৌরগা নোংমৈবুংলোমদা সনাখ্বাহনগী মাঙোবকী নোংপোক্তা লৈবা লৈরক অদুদা অরাং পাংনা পুরগা য়ুম অমদা পুশিল্লগা ইস্টোরেগেসন তৌই। DSP বাবুধোনগী ময়ুম খঙব্রা হংই। মহাক বাবুধোনগী য়ুম তাক্কদবনি অমসুং ঐবু য়ুমদগী কৌথোক্কদবনি। কৌথোক্লগা কাপ্পবা মতুংদা মহাকপু থাদোক্কনি হায়রে। অদুদগী সাইকল অমমম তোংদুনা চাওতোম্বীনা মমাং থারগা শঞ্জেনথোংলোমদা থৌরক্লে। শঞ্জেনথোং হেক য়ৌবগা চাওতোম্বীনা সাইকল কন্না থৌগৎলক্লে অমসুং অঙম্বদা য়াঙনা চেষ্টহন্দুনা মখোয় অহুমদগী খরা থাপ্না মাঙলোমদা থৌদরকলে। হন্না ফাওবা য়েংলমদনা C.M. গী Bungalow মপানগী গেট হাংদোকহন্দুনা পার্কিং তানা থৌজিল্লগা সাইকলগা লোয়ননা তুথদুনা ব্রাম্বদুনা লৈরে। সেক্যুরিটিগী মীওইশিংনা ঈশিং থাদুনা লাক্লরবা মতুংদা জ্ঞান তারক্লে। হংবদা ব্রারোল পুন্নমক লিরে। Security গী মীওইশিংনা ইম্ফাল থানাদা telephone তৌরক্তুনা const. চাওতোম্বী C.M. Bungalow দগী পুলিসনা লৌরুরে। পাও অদুগীদমক মহাক লাকপনি হায়রে। ঐহাক থুনমক ওফিসতা লাক্লে। SP উন্নমবা মাগী ওফিসতা চঙলুবদা DIG(Range) Mr. D.S. Grewal সু ওফিসতা লৈরম্লে। ঐনা থৌদোক অদু কুপ্পা মখোয় অনীমক্তা লিরে। থৌদোক অদুগী মতাংদা ইম্ফাল P.S. তা কেশ অমা register তৌখি। Case No. না F.I.R. No. 701(8) 80IPS dt. 30.8.80 u/s 365/120 IPC and 25(A) I.A. Act অসিনী। খুদক অদুমক্তদা DIG Mr. D.S. Grewal না S.P. Karunamaya দা ঐগী য়ুমদা House Guard থম্নবা হায়খি। মতৌ অসুম্না তাং ৩০/৮/৮০ ইং থাংজ নুমীত্তগী হৌদুনা ঐগী য়ুমদা security guard থমখি। মোংঙানবদা পুলিসতগী N.K. R.T. Anal গা const. তরুক্কনা নুংথিল পুং ১২ দগী MR গী মীওইশিংবু releive তৌখি। ঐগী অঙাং ৫ হায়বদি জিতেন, সুজাতা, খেরোদা, শিতেস অমসুং শামানন্দ মখোয় মঙামক Little Flower School দা তম্মী। সাইকল দা জিতেন্না শিতেসপু পুই, সুজাতানা শ্যামানন্দ পুই অদুগা খেরোদানা মথন্তা থৌই। মতৌ অসুম্না মখোয় পুন্নমক হৌবদগী হৌনা Little Flower School দা তম্লকই। তাং ৫/৯/৮০ ইং ইরাই নুমীত্তা স্কুলগী Teachers' Day function পাঙথোকই। Sister Superior না শীনবা মতুংইন্না 'খেরোদা' সু Cultural Show (খন্না

থোইবীগী জগোয়) উৎননবা মতম কয়াগী মমাংদগী ওজা থমদুনা Practice তৌরকই। অদুবু তাং ৪/৯/৮০ ইংদগী লোক লাইহৌ তৌবনা তাং ৫/৯/৮০ ইং ফাওবদা temperature 103°C দগী হেন্না লৈরমই। মদু ফাওবদা মহাক cultural programme অদু য়াওখি মরমদী শীল লাংলিবা sister শিং অদু শাথীনা নীংবা কায়বা উৎপদগীনি।

তাং ৬/৯/৮০ ইং থাংজ নুমীৎকী নুমিদাংদা extremist কাঙবু অমনা Sainik Schook গী গেৎ থুদেক্তুনা চঙলগা practice তৌনবা থম্বা rifle য়াঙ্খেমুক লুট তৌখি। মতম অদুদা interrogation report কী মতুং ইন্না Burma দা Revolutionery কাঙলুপ মবি লৈরমই। মখোয় অদুদী

1. Shan about 60,000 members
2. Kachin about 20,000 members
3. Keiyen about 20,000 members
4. Arakanis (Chin) about 17,000 members

Burmese গী state ১৪ রোমগী মনুংদা ষ্টেট ১০ রোমদী revolutionary কাঙবুনা dominate তৌরম্মী।

তাং ৯/৯/৮০ ইংদা Urban Bank Singjamei দা duty তাবা CRPF গী মীওই অমা শকখঙদবশিংনা কাপথুরম্মী। থৌদোক অদুগী মতাংদা CRPF না মীওই কয়ামরুম ফাগৎখিরম্মী। অদুবু অশেংবা মীহাৎপদি য়াওরমদে।

ঐগী লৈননবা শাজবা য়ুমদু পৈশা লোইখিবদগী মতম খরা মখা চথদনা লৈরম্মী। GPF তগী লুপা ১৪,০০০/- খক লৌথোক্লবা হোৎনখি। তাং ১০/৯/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Shri S. Ibobi Singh SP/Tml না ঐগী পৈশা অদু পুরক্লে হায়না Telephone তৌরক্লম্মী। ঐনা 1st M.R. Officer Club তা চত্তুনা S.P. গা উন্নরুই। মহাক্লা ঐঙোন্দা লুপা ১৩,৫০০ খক পীরকই। অৱাৎপা অদুনা মহাক্লা পুহৌরবনি হায়। SP(C) Th Karunamaya না হংলকপদা ঐনা SP/West না ঐগী GPF গী লুপা ১৪,০০০/- পুবিরকই। লুপা ৫০০ দি মহাক্লা লৌহৌরে হায়রুবদা খুদক্তা IGP Mr. Lal দা করুনা সাহেবনা Telephone তৌদুনা হায়খিবদগী ৱাজাও থোক্লখি। AIG/ADM Mr. Satyabratta না ঐঙোন্দা ৱারৌনা telephone তৌরকখি। মতুংদা তাং ১৫/৯/৮০ ইংদা SP Ibobi মশা লাক্তুনা ঐগী লুপা ৫০০ অদু পীরে। মতৌ অসুম্না ঐগী য়ুম শাবদু লেপ্পুবদগী তাং ১০/৯/৮০ ইংদগী অমুক মখা চথখিরম্মী।

তাং ১৬/৯/৮০ ইং লৈবাকপোপা নুমিত্তা IGP Mr. Lal না কৌরক্তুনা মাগী ওফিসতা উন্নরুই। Ex-Addl.Advocate General Mr. B. Trikha গী মথক্তা অনৌবা কেস অমা register তৌবগী মতাংদা IGP না ঐঙোন্দগী report অমা পামলমই। মদুগী মতাংদা ঐবু কৌবা ওইরমলে। নুমীৎ অদুমক্তদা report অদু sumit তৌখি।

তাং ১৭/৮/৮০ ইংদা Forest office তগী নোংমৈ হুরানখিবগী মতাংদা Forest office গী L.D.C. Nabakishore অমসুং A.O. Janmenjoy মখোয় অনী তাং ২০/৮/৮০ ইং থাংজ নুমীত্তা নুমীৎচুপ্পা

Interogation তৌখি। নুমীৎ অসিদা Army officer খরা ঐগা উন্নখি অমসুং নুমিদাংদা কাকৈথেল অমসুং তেরা বাজারদা কোম্বীং ওপরেসন তৌখি। নোংঙানবা তাং ২১/৯/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা Chandramani অমসুং Marathan Tangkhul কৌবা মীওই অনী নুংথিল পুং ৪দগী নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা Interrogation তৌখি।

তাং ২২/৮/৮০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নোংঙাল্লমদাই পুং ২ রোম তাবদা মোংশাংগৈ SSB Camp attack তৌখি। SSB গী মীওই ২ হাৎখি অমসুং মীওই অহুম শোকখি। Attacker অমা শিনা ফংখি। Camp তগী L.M.G অমা জি:এফ: রাইলফস অমা, .৩০৩ রাইফলস ৬ লুট তৌখি। শিংজমৈ P.S. তা F.I.R. অমা under no. 258(9)80 তা লৌখৎখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা ঐহাক পুরা ওইনা Investigation য়াওখি। Attack অদু P.L.A না তৌবা ওইরমখি। SSB গী মীওই খরদা P.L.A না পৈশা পীরগা খুৎলাই লৌননবা হোৎনবা ওইরমখি। S.S.B গী মীওই কয়ামরুম ঐহাক্না Interrogation তৌখি। তাং ২৬/৯/৮০ ইং ইরাই নুমীত্তা SSB গী কন্সটেবল এস. মঙ্গি কৌবা অমা interrogation তৌবদগী নুমীৎ অদুগী অহিংদা লুপা ৪৪৯৫০ রিকোভর তৌখি। মতৌ অসুম্না SSB মোংশাংগৈ এটেক্ট তৌবদু মতৌ করম্না শীনখিবগে কনানা তৌবগে, SSB গী মীওই কয়া Conspiracy দা য়াওবগে, কনানা পৈশা কয়া কয়া ফংবগে অসিনচিংবা পুম্নমক খঙবা ঙমখি। কেস অদুগী I.O. Singjamei O/c দা কুপ্না মরোল শুগায়না তাকখি।

তাং ২/১০/৮০ ইং শগোলশেল নুমীৎকী অয়ুক পুং ৩মি:১০ রোম তাবদা 2nd MR গী Patrol party অমনা খুরাই লমলোঙ বজার মনাক্তা Extrimist গী মীওই অনী মমিংনা (i) Yumnam Inaobi @ Jiten(24) S/o Budhachandra of Pishum Ningombam Leirak অমসুং Wangjam Sova @ Sovachandra (21) S/O Mangoljao of Wangkhei Loumanbi কাপ্পুনা হাৎখি। মখোয়দগী Stengun অনী, মরু ৬০, রিভোলভর ১, রিকোভর তৌখি। Case no. না F.I.R. 265(10) 80 Lamphel P.S নী।

Balraj Trikha গী মথক্তা তৌবা অনৌবা কেস অদু F.I.R. 8(1) 80 Singjamei P.S u/s 170 IPC নি। কেশ রিকোর্ড অদু ঐগী draft Charge sheet কা লোয়নননা I.G.P. দা Submit তৌখিবনি। ঐগী line of investigation অদু অয়াবা পীদুনা AIG/ADM না তাং ৬/১০/৮০ ইংদা পীরকখি। নোংঙানবগা তাং ৭/১০/৮০ ইংদা কেস অদু Charge sheet No. 16/80/ Singjamei dt. 6/10/80 হাপ্পুনা Court তা submit তৌখি।

তাং ১২/১০/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩-৩০ রোম তাবদা জিরিবামদ পোষ্টতা তাবা C/No. 3254 N. Birem কৌবা অমা ফৈজা লৈতোংদা ময়ুম মনাক্তা শকখংদবা মীওইশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি। চিংনদুনা ফারকপা মীওইশিং ঐহাক্না অথেংবা অহিং ফাওবা Interogation তৌখি।

তাট ২১/১০/৮০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা PREPAKকী সুরেন মচা অমসুং চিংঙামখাদা লৈবা ইবোহল অনিমক পুলিসনা ফাখি। মখোয় অনীমক অহিংচুপ্পা Interrogation তৌখি অমসুং PREPAK

কী অকুপ্পা মরোল কয়ামরুম খঙবা ঙমখি। তাং ২৪/১০/৮০ ইংদনা PREPAKকী ডিলিপ অমসুং লবঙ্গগা ফাখি। মতৌ অসুম্না PREPAK কী মরু ওইবা লিদরশিং মথং-মথং ফাগৎখি। লেপ্পা লৈতনা Interrogation চথদুনা Organisation অদু মুৎলি মুৎলি তৌরকখি।

তাং ২৯/১০/৮০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা PREPAK leader - (1) N. Imochouba (2) Surenmacha, (3) Senyai, State Minister Kumar দা Surrender তৌরকখি। তাং ৩০/১০/৮০ ইং দনা আর:কে: ইবোয়াইমা হৈরোক সরেন্দর তৌরকখি। মখোয়শিং অসি মতম চংনা অমসুং শাংনা Interrogation তৌদুনা organisation গী হৌরকফম, মেম্বরমশিং অমসুং মমিং, মখোয়না তৌখিবা activity অমসুং মতুংগী Plan অসিনচিংবা লোইনা খঙদোকখি।

Heirok কী আর:কে: ইবোয়াইমা হায়রবসি ইন্সপেক্তর টি:ঐচ: ইবোহলনা DIG W. Damoder সাহেবতা পুশিন্দুনা সরেন্দর তৌবনী। তাং ৩১/১০/৮০ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐনা ইবোয়াইমা Interrogation তৌরিঙৈদা Ibohal না situation অমা creat তৌখি। মঙোন্দা surrender তৌবা মীওইবু ঐনা torture তৌবীরে হায়বসিনি মহাক্কী complaint S.P. Karnamaya না ঐ অমসুং ইবোহলবু IGP B. Lal গী মমাংদা পুথোক্তুনা ৱাজাও থোকখি। IGP না ইবোহলবু ৱার্নিং তৌখি।

তাং২২/১১/৮০ ইংদা মশক খংদবা মীওইনা শঙাইপ্রৌদা অতোম রোমেন(১৮) অপোকপা নবাচন্দ্র কৌবা শিংজমৈ সোরোখাইবম লৈকাইদগী মীওই অমা কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ১৭/১১/৮০ ইংদনা কোঞ্জেং লৈকাইগী এস: কুঞ্জে কৌবা Extrimist অমা নিংঙোম লৈরক মচীন্দা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২১/১১/৮০ ইং ইরাই নুমীত্তা Army গা P.L.A.গা কাপ্নবা অমা থোকখি মদুদা মীওই অহুম Army না কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ২৩/১১/৮০ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা Extrimist কী মীওই অনী হায়বদি Th. Biren of Heirangoithong অমসুং Th. Ajit Singh of Kongba কাপ্পুনা হাৎখি। তাং২৫/১১/৮০ ইংগী নুংথিল পুং ৪-মি:১৫দা ফৈজা লৈতোংদা পাখং অনি শকখংদবশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি অমনা শোকখি। মতৌ অসুম্না হাৎন-শুনবগী থবক অসি নোংমা কাংদনা থোকখি অমসুং পুলিসকী থবকসু হেন্ন হেন্না চিনখি।

তাং ২৬/১২/৮০ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐগী য়ুমগী ইহান হানবা সার্থ হৈবগী থবক অয়ুক পুং ৭তগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবদা পাংথোকখি। শরেং থোংবা অমা, হৱাই থোংবা অমা অমসুং ইরোনবা অমা তৌদুনা থবক শুবা মীওই পুম্নমক চাক চামিন্নখি।

অনীরকশুবা ওইনা য়ুমগী শাথ হৈবদু তাং ৫/১/৮১ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তনী। তাং ১০/১/৮১ ইংদা ওক্রম মংলেমজাও(২৭) অপোকপা মোহোন তাওবুংখোক অৱাং লৈকাইদগী নীপা অমা টাউন কন্ট্রোলদা দ্যুটি তাবা কোন্সটেবল নিপামচা হায়বা খোংজোমদগী সিফাই অমদগী রাইফল মুনগে তৌরম্মী হায়না ফাখি অমসুং নুমীৎচুপ্পা Interrogation তৌদুনা মহাক্কী background খঙদোকখি। মতম অদুদা

ঐগী Posting SDPO/TSM ওইনা থোকপনিনা ঐগী তোলোব অসি TML দগী থা খুদিংগী তোলেব লৌনবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইরম্মী। য়ুম শাবগী পৈশা য়াম্না চিনবগা থা/থাগী মতম চানা তোলেব ফংদবগা খুদোং য়াম্না চারমদে। কনানসু ঐগী খুদোংচাদবা অদু খঙবিরমদে। মরক মরক্তা ঐগী Staff তগী মীওই অমা অনী থাদুনা তমেংলোং HQ দগী তলব লৌরম্মী। মরু ওইনা মতম অদুদা HC ওইবা এস. ইবোচৌ থা খুদিংগী তমেংলোংদা ভারা পীরগা থারমই। মতম অদুদা ঐগী তলব অসি লুপা ১১৫৮.২৫ ওইরম্মী।

তাং ১৪/১/৮১ ইং য়ুমশকৈশ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮-৩০ রোম তাবদা লাইশ্রম ইনাওচা(২৭) অপোকপা সেলুংবা কৌবা চীঙা মখোং চোংথাম লৈকাইদগী আলিগর University দা এম:এ:(প্রিভিয়স) তম্লীবা পাখং অমা রিক্সো তোংদুনা চৎলিঙৈদা মোইরাংখোমদা শকখংদবা মীওই খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। তত্তনা থোকলিবা থৌদোকশিং অদুগী মতাংদা মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তগী চিংনবা মীওই কয়ামরুম পুলিসনা ফাগৎখি। সেক্যুরিতি ফোর্স কী মীওইশিংনা চিংনবা কয়া ফাখি। অফাবা মীওই খুদিংমক ঐগী ওফিসদা Interrogation তৌগদবনী হায়বগী অকনবা ওর্দর লৈরম্মী। ঐগী স্পিসিয়েল সেলদা Interrogation তৌবা হায়বসি মতম অদুগী তৌদবা য়াদবা অমা ওইরম্মী। মরম অসিনা ঐহাক অয়ুক নুংথিল অমদি নুমিদাং খাক্তনা য়াম্না চিল্লম্মী। Interrogation দা ঐবু assist তৌবদা মরুওইনা SI L.Ibopishak, ASI, Ng. Nungshi, qualified ওইবা L.C অনী/অহুম অমসুং নুপী কন্সটেবল রাধা অসিখক্তনি। ঐনা রেকোর্দ তৌবা ষ্টেটমেন অদু হেক লোইবগা ঐগী Staff তা পীগনি। মখোয়না পাবগা Interrogatee অদুগী full particular অসিনচিংবা register দা ইশিল্লী। মহাক্না হায়দোরকপা পার্টীগী মীওইশিং Alphabatical ওইনা মিং অমসুং লৈকাইগী ওইবা তোঙান তোঙানবা register দা ইশিল্লি। মহাক মশানা তৌখিবা activity শিং শম্না মমিং মপাদা রেকোর্দ তৌই। মতৌ অসুম্না থম্বা রেকোর্দ অদু মমৈথংদদী Voluminous ওইরকই। লৈকাই, খুল শীন-থুংনা পার্টী মখল মখলগী মীওইশিংগী মমিং মথা খঙলকই। কনানা করি তৌখিবগে হায়বা ঐগী ওফিস কী রেকোর্দতা ময়েক শেংনা উবা ফংলকই। ময়ামশিগী মথক্তা M.V Office তগী 4-Wheel, Small vehicle অমসুং 2-wheeler পুম্নমক্কী রেকোর্দ শেম্লগা থম্মী। করিগুম্বা গাড়ী অমা involve তৌরকপদা খুদক্তা কনাগী গাড়ীনো হায়বা খঙবা ঙম্মী। Investigation দা অঙকপা ফংনা খুদোং চায়। করিগুম্বা police station অমদা small vehicle অমদী 2-wheeler involve তৌরবদী special Cell দা particular হংলকই। মতৌ অসুম্না special Cell দা State police কী nerve-centre ওইহনবা ঙমখি।

তাং১৯/১/৮১ ইংদা শ্রী এম: ইবোতোম্বী এম:এল:এ: হৈরোক কেন্দ্র আর্মিনা ফাখি। আর্মিনা হৈরোক্তা লৈবা ময়ুম অমসুং ইম্ফালদা লৈবা মাগী ক্বাটরদা search তৌবদা .303 rifle অমা অমসুং শেনফম খরা ফংখি। অদুদগী মহাকপু ফাবগী লৈবাক ৱাথোক ওইখি।

January 1981 দা ঐনা Interrogation তৌবদগী PREPAK কী রোমেন মচা অমসুং আর: কে:

দোলেন ফাখি। তায়ায়সু ফাখি। মখোয় অহুমক মকোক্তা রিৱার্দ পুবা ঙাক্তনি। শ্রী টি:ঐচ: কারুনামায়া, SP, Mr.A.Romen, Addl.SP অমসুং O/C Imphal মখোয় অহুম্না reward money অদু ফংখি। SP(c) অমসুং O/C Imphal না ঐঙোন্দা লুপা ১০০০, অমমম অমসুং রোমেন্না লুপা ৯৪০, খাইখি। মদু তাং ২৪/১/৮১ইং থাংজা নুমীত্তনী।

তাং২৬/১/৮১ ইং Republic day নুমীত্তা ঐঙোন্দা President medal for Maritorious service পীরে হায়না লাওথোকখি।

তাং৩০/১/৮১ ইং ইরাই নুমীত্তা ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোকখি। নুংথিলগী পুং ১-৩০ রোম তাবা মতমদা ঐগী escort কী সিফাইশিং অদুনা ঐঙোন্দা তাকলমদনা বাজারদা চৎপদা জুৱার শান্নবা পার্টী অমা খ্বাই বাজারদা থেংনখি। Gambler শিং অদু মখোয়না ফাননবা হোৎনবদা resist তৌরকখি। Const. Surchandra গী নোংমৈদগী শোয়দুনা মরু অমা কাপথোকখি মদুনা পান্দুনা মীওয়ই অমা শিখি। মীওই অহুম্না শোকখি- মখোয় অদুদী:-

(i) Md. Achou mia(22) S/o late Md. Mahiruddin of Kshetri Awang Leikai- the bullet hit at right cheek অমসুং bullet অদু skul দা চংখিদুনা শিখি।

(ii) Keisham Kulla(41) S/o late Amu of Yairipok Khoirom-A bullet hit at left forearm and passed through another bullet hit at lower side of left abdoman. seriously injured.

(3) Wahengbam Pishak(20) S/o Ibomcha of Uripok Yambem Leikai. A bullet hit at lower portion below left abdomen and exit at left hip. Seriously injured (4) Okram Manglem (18) S/o Birahari of Thoubal Wangkhem Irom Leikai. A bullet hit on the right thigh and passed through - serious injured.

থৌদোক অদুগী মতাংদা IPS তা case অমা Sec. 307/353 IPC Sec 7 Cril. law ammendment Act গী মখাদা register তৌখি। শাথীবা repercurtion দী লাকখিদে ।

তাং ৩/২/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐহাক তমেংলোংদা escort constable মরি, H.C. Ibochouba, ইচানুপা জিতেনগা লোয়ননা ড্রাইভর হায়মোসনানা থৌবা জীপতা চৎলী। মরু ওইনা ঐগী তলব অমদি অতৈ ফংফম থোকপা পৈশা লৌথোকপা চৎপনী। তাং ৫/২/৮১ ইংদা ঐহাক্না লুপা ২,২৮৮/- লৌথোক্লগা তাং ৬/২/৮১ ইংদা যুমদা হল্লকখি।

তাং ৯/২/৮১ ইংগী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা Singjamei Thingom Leikai দা হুইদ্রোম ইবোতোম্বী (২০) S/o Nipamacha কৌবা পাখং অমা মশক খঙদবা মীওই খরনা কাপ্পুনা হাৎখি। নুমীৎ অদুমক্কী নুংথিল পুং ৩ মি: ১৫ দা ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা কাঙবম ওকেন কৌবা চহী ২২ পিং থম্বাল of ৱাংখৈ থৌবাল খোঙদগী পাখং অমা সাইকল তোংদুনা লাকপা মীওই অহুম্না 9mm না মকোক্তা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ১১/২/৮১ ইং ফাওবদা ঐগী য়ুমশাবগী expenditure লুপা ৭৩,৭৬৬.৫০ চংখি। তাং ২০/২/৮১ ইংদা ইচানীপা জিতেনগী মেট্রিক পরিক্ষাগী result Addl. S.P. A. Romen গী through দগী

ফংখি। মহাক Roll No. 3123 নি। Total mark 385 ফংদুনা IInd Division দা পাশ তৌখি।

তাং ২২/২/৮১ ইং নোংমাইজিং নুমীৎনি। মরুপ থাওদেম ইবোয়াইমা, হাউবম মরক্তা চাকচানবা অমা অয়ুক্তা য়াওরুরগা য়ুমদা হল্লকপদা মরুওইবা পাও অমা ফংবদগী থুনমক ওফিসতা চত্তুনা N. Kulla কৌবা নুপা অমা interrogation তৌখি। মহাক্না হায়দোরকপদগী M. Chaoba কৌবা extrmist অমগী মরম খঙবা ঙমখি।

ল্পাবগাইদা P.L.A. গী মরুওইবা নীপা অমা লৈ। মমিং L. Joy নত্রগা জোইজাও কৌই। মহাক মশাদা অশোকপা মতম অমা লৈখি। মদুদা মহাকপু লাইয়েংখিবা ডাক্তর অদু Dr. Soram Somokanta কৌই। উরিপোক সোরবোন থিঙেন্দা লৈবনি। Interrogation দা থোরকপা অদু তাং ২৩/২/৮১ ইংদা পুলিসদা শিন্নদুনা verify তৌহল্লি। নুমিৎ অদুগী পুং ৬.৩০ দা সরাংথেম তিকেন(২০) S/o Nillakomol কৌবা থম্বালখোংদগী পাখং অমা কাপ্পুনা হাৎলমখি।

তাং ২৭/২/৮১ ইং ইরাই নুমীত্তা Cong(I) led govt. minority তারে মরমদী তাং ২৩/২/৮১ ইংদা Cong (I) গী MLA তরাখক defect তৌখ্রে। মরম অদুনা নুমীৎ অসিদা হায়বদী তাং ২৭ তা Ministry resign তৌখ্রে। তাং ২৮/২/৮১ ইংগী নুমিদাংল্পাইদা Mayengbam Jagadish (20) S/o Tompishak of Singjamei Kshetri Leikai দগী পাখং অমা মশক খঙদবা মীওইনা কাপ্পুনা হাৎখ্রে। তাং ১/৩/৮১ ইংদা মোইরাং মাইকৈদা মীওই অনীখক হাৎখি। মতৌ অসুম্না নোংম কাংদনা মণিপুরদা মীহাং মীপুন থোকখি। মতম অসিদা ঐহাক ইশাগীসু ইমুং মনুং ইচা ইশুগী খন্দবা য়ারমদে। ইচানুপা য়াইমা শিতেস Little Flower দগী Class IV গী মতুংদা স্কুল হোংবা তাবনা Don Bosco দা Class V তা মিং চন্ননবা হোৎনবা তারমই। মিং চনবা ইরায় লায়বা থবক অমা ওইরমদে। তাং ২/৩/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা S.P. Mr. Th. Karumamaya দা হায়জদুনা মহাক্না লোয়ননা Don Bosco গী Principal উন্নরুই। উচিন নাচিন্না য়াবীরক্তুনা তাং ৩/৩/৮১ ইংদা Sitesh Class V দা মিং চনবীখি।

তাং ৯/৩/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা PREEPAK কী মরুওইবা মীওই Maipak Sharma অমসুং Somchandra Sharma অনিমক গৌহাটিদগী পুরকখি। মখেয় অনীমক গৌহাটিদা ফাবনি। হেক পুরকপদা মখোয় অনী ঐঙোন্দা শিন্নদুনা ঐনা নুমীৎ চুপ্পা Interrogation তৌখি।

তাং ১১/৩/৮১ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Central Jail Imphal দগী বন্দি খরনা তেলঙ্গা শারগা জেল মনুংদগী থাগৎলমখি। তেলঙ্গাগী দোরি থাদোক্তুনা পায়রক্লগা য়াইস্কুল পুলিস লেন্দা তাখি। তেলঙ্গা অদুদা DSP Babudhom হাৎলু হায়না ইরমই হায়। CID ওফিসতগী ফংবা পাওদা তেলঙ্গাদা ইরিবা অদু ঐবুনি মদু English না "Kill DSP Babudhon of Imphal" হায়না ইবনী হায়। মতৌ অসুম্না ফাখিবা extremist শিংনা underground দা লৈহৌবা মীওইদা পীবা পাওনী হায়বসি খঙখি। PREPAK কী গৌহাটিদগী ফারকপা Maipak Sharma অমসুং Somchandra Sharma অনীদু অহিং নুংথিল নাইদনা interrogation চথরকপদগী মখোয়গী activities, PREPAK কী হৌরকপা, মখোয়না তৌখিবা ক্রাইম হাৎখিবা মীওইশিং,

তুংগী stretegy অসিনচিংবা মপুং ফানা খঙদোকখি। মতৌ অসুম্না তাং ১৩/৩/৮১ ইং ফাওবা চৎখি।

অহানবা মখনগী ওইবা লানজং অমা extremist শিংনা তাং ১৬/৩/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাংদা ৱাইখোং পুলিস ষ্টেসন্দা হৌরকখি। Station গী মপান্দা খুৎলাই য়াওদনা থোরকপা police গী officer অমা gun point তা ফাবগা থানারোমদা পুশিনখি অমসুং পুলিস ষ্টেসনগী gate হাংদোকহনখি অমসুং পুম্নমকপু surrender তৌহনখি। Station গী খুৎলাই পুম্নমক extremist শিংনা খোমদুনা পুখি।

তাং ১৯/৩/৮১ ইংদা IGP না ঐবু কৌখি। পুং ৩.৩০ দা IGP গা উন্নখি। Rape seed oil গী মতাংদা অচৌবা scandel লৈরে অমসুং মদু enquiry অমা তৌগদবনি হায়না IGP না ঐঙোন্দা শীন্নখি। নুমীৎ অদুমক্তদা IGP না ঐগী favour দা advance increment তরুক পীননবা recommend তৌদুনা Govt. তা confidential letter ইখি। Letter অদু Under Secy. (Home) দা Address তৌখি। নম্বরনা No. 34/12/72 -IGP dated 19/3/81 নী। তাং ২০/৩/৮১ ইং য়াওশং নুমীত্তা IGP না ঐহাকপু ওফিসতা অয়ুক পুং ৮ মি: ৪৫ দা উন্নবা পাম্মী হায়না পাও থারকপদগী অয়ুক পুঙ ৭ দা ওফিসতা চৎখি। Rape Seed কী মতাংদা report অমা পীয়ু হায়বদগী ঐনা পুং ১১ দা অইবা report ওইনা পীখি। নুংথিল পুং ২ ফাওবা office দা Interrogation তৌরগা লৈখি। মতৌ অসুম্না য়াওশং নুমিৎ মঙানী ছুটি মনুং অদু ঐহাক নুংতিগী ওফিসদা অয়ুক্তগী নুমিদাং ফাওবা থবক তৌখিরমই।

তাং ২৬/৩/৮১ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাং পুং ১০.৩০ রোম তাবদা মশক খঙদবা মীওইনা PLA activist N. Imochouba @ নোংথ্রেক হায়বদু ক্বাকৈথেল ময়ায়কোইবীদা হাৎখি। তাং ২৭/৩/৮১ ইংদা Aring Tangkhul হায়বা extremist অদু নুমীৎচুপ্পা interrogation তৌখি। তাং ২৯/৩/৮১ ইংগী নুমিদাংদা মমাংগী নুমীৎ তাং ২৮/৩/৮১ গী অয়ুক পুং ১১.৩০ রোম তাবদা হাইজেক তৌখিবা Treasury Officer গী জীপ MNS 4268 অমা হৈরাংঙ্গোইথোং জগনাথ অচৌবা লৈরক্তা হুন্দোক্লমখি। জীপ অদু Aheibam Nabachandra কৌবা extremist অদুগা মীওই অনীগনা হাইজেক তৌবনি হায়বা খঙখি।

তাং ৩১/৩/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা অনৌবা IGP অমা থুংলখি। মহাক্কী মমিং H.C. Almeida কৌই। Goa দগীনি। Maharastra গী Police Commissioner ওইনা লৈরম্বদগী Promotion দা Manipur গী IGP ওইনা লাকপনি হায়। মহাক্না join তৌরবা মতুংদা হাপ্পগী IGP Mr. B. Lal গী Fare-well dinner দা ঐহাক নুমিদাং পুং ৭ তগী ১১ ফাওবা য়াওখি।

তাং ৩/৪/৮১ ইংদা Wangbal Part II দগী Thokchom Rajen @Brajamohen@Bidhu of Wangbal কৌবা অমা Interrogation তৌখি। নোংঙানবা তাং ৪/৪/৮১ ইংদনা ময়াং ইম্ফালদগী চিরোম শাইমা কৌবা অমা NSA তৌননবা report কা লোয়ননা History sheet শেমখি। নুমিদাং পুং ১০ তাবা ফাওবা লেপ্তনা থবক তৌখি। অনৌবা IGP গী Instruction মতুংইন্না interrogation দা থোকলকপা Workable information পুম্নমক খুদক খুদক্তা work out তৌনবা হায়রকপদগী ইনফোরমেসনশিং অদু

খুদক্তা O/C শিংদা শীন্নখি। নোংমাইজিং তাং ৫ দসু SP না কৌরক্তুনা অয়ুক পুং ১০.৩০ দা ওফিসতা চৎলগা নুমিদাংব্রাই ফাওবা থবক তৌখি।

তাং ৭/৪/৮১ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐগী escort পার্টিদা য়াওবা const. Surchandra কৌবা সিফায় অমনা ঐঙোন্দা পাউ অমা তমলে। মদুদী নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৬.৪৫ মি: তাবদা মশক খঙদবা মীওই অনীনা মহাকপু ময়ুম লংথাবালদা লৈরিঙৈদা কৌথোক্লগা লালহৌবগী মতেং পাংবীয়ু। ঐগী য়ুমদা লৈরিবা গার্দ পার্টি অমসুং escort পার্টিনা পায়রিবা খুৎলাই পুম্নমক মখোয়দা শিন্নৌ হায়রে হায়না খুদক্তা ঐনা report তৌদুনা Singjamei P.S. দা কেশ অমা register তৌখি। কেশ নম্বরনা FIR No. 102(12)81 Singjamei P.S. u/s 121/121A/341/365 IPC অমসুং Sec. 25(a) Arms Act and Sec. 13 UA(P) Act নি। নুমীৎ অদুদগী ঐগী গার্ড অমসুং escort শিং অদু হেন্না চেকশিন্নবা instruction পীখি।

তাং ৮/১/৮১ ইংদা ঐগী ইচানুপা অহল জিতেন Imphal College দা PUC /SC. মিং চনখি।

তাং ৯/৪/৮১ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাং পুঙ ৭.১৫ মি: তাবদা Mr. A. Romenkumar না ওফিসতগী ময়ুমদা হনখিবদা extremsit পার্টি অমগী মীওইশিংনা কৈশামথোংদা ambush তৌরম্বা থেংনখি। মতম অদুদা মহাক Addl. SP/Imphal ওইরম্মী। থৌদোক মফমদা ঐসু ওফিসতগী য়ুমদা হনবা মতমদা থেংনদুনা অঙম্বা মতেং পাংখি। কাপ্পবদা মীওই অনি শিখি অমনা শোকখি অমসুং তরুক্তা ফাখি। অনীনা নাম্থোকখি। SBBL gun অনি, DBBL gun অনী, revolver অনী, country made pistol অমা অমসুং মরু কয়ামকুম ফাখি। অফাবাশিং অদু নোংঃল্লমদাই ফাওবা interrogation তৌখি।

তাং ২৪/৪/৮১ ইং ইরাই নুমীত্তগী হৌনা ঐগী য়ুমদা telephone install তৌখি। নম্বরনা 1058 নি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৯ তাবা মতমদা PLA গী অচৌবা ফোর্স অমনা শ্রী রোমেনকুমারবু ময়ুমদা হল্লকপদা কৈশামথোং M.E. স্কুল মনাক্তা ambush তৌখি। অশোক অপন্দী থোকখিদে। নুমীৎ অদু অহিং চুপ্পা duty তৌখি। তাং ১/৫/৮১ ইংদা patrol duty তৌবা পুলিস commando গা extremist খরগা সেগা রোদতা কাপ্পখি মদুদা extremist গী মীওই মরি হাৎখি। .38 revolver অমা মরু ৬, হেন্দ গ্রেনেড অনীগসু recover তৌখি।

তাং ৩/৫/৮১ ইংদা অয়ুক পুং ১১.৪৫ লোম তাবদা শোরবোন থিঙেন্দা শীঙ খায়বিঙৈদা শ্রী কোংগ্রাইলাকপম Ibomcha Sharma (45) কৌবা জোনষ্টোন স্কুলদা ওজা ওইবা অমা ময়ুম মনাক্তা শকখঙদবা পাখঙ অনীনা কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ৫/৫/৮১ ইংদা সেগা রোড থৌদা ভাবোক লৈকাইদা পুলিসনা মীওই মরি হাৎখিবগী মরমদা প্রোটেষ্ট তৌদুনা "মণিপুর বন্দ" কৌখি। নুমীৎ অদু ফাওবা ঐহাক 2nd MR দা PLA leader interrogation তৌরম্মী। তাং ৭/৫/৮১ ইং শগোলশেল নুমীত্তা য়াইস্কুলদা combing operation তৌখি।, মদুদা PLA গী Ch. Somorjit অমসুং 'Badı' নোংমৈনা পান্দুনা শিখি অদুগা 'Naoba' না হিংনা ফাখি। তাং ১০/৪/৮১ ইংদা লম্লাই থনাগী মনুংদা লৈবা Haraolok মনাক্তা মীওই অহুম হায়বদী (1) Konsam Ibohal of Serouthel, (2) Leitanthem Nimai of Morok Ingkhol অমসুং

শগোলশেম লুখোই সাং Morok Ingkhol কাপ্তুনা হাংখি।

'হৈবোকচীং' লংথবালদা extremist গী camp অমা লৈরে হায়বা পাও ফংবদগী তাং ১৩/৫/৮১ ইংদগী হৌনা plan তৌরগা তাং ১৪/৫/৮১ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Army and Police পুন্না চাওনা শী' দুনা হৈবোকচীং কোইশিল্লগা operation চথখি। নুংথিল পুং ১২ তাবদা SP/Central Mr. Karunamaya না ঐবু জগা অদুদা লাক্লনবা কৌরকখি। থুনমক ঐহাক হৈবোকচীংখোঙ তানা চৎখি। য়ৌবা মতমদা Army গী Bgd., Police IGP নচিংবা ময়াম লৈরম্না থেংনখি। অফাবা মীওই অমা interrogation তৌননবা ঐবু কৌবা ওইরমলে। পাও অদু পুলিসকী source তগীনি। অদুবু operation অদু চথবদা ফংলিবা পাও অদুগা চানরমদ্রে। কনা অমত্তা চীং অদুদা লৈরমদ্রে। Camp লৈরম্বগী খুদমসু ফংলমদে। চিংনদুনা ফারিবা নুপা অদু interrogation তৌরগা করিগুম্না খরা থোকপা ওইগদ্রা খন্দুনা ঐবু কৌবা ওইরমলে। নুপা অদু ঐনা কুপ্না interrogation তৌবদা নরান কোঞ্জিন খুঙ্গংগী মীওই অমা হৈবোক চীংদা PLA গী camp অমা শেমগৎনবা ঙাঙনবা লৈখি। মরক মরক্তা PLA গী মীওই লাক্তুনা ৱা তান্নবা খঙই হায়রে। ঐনা Brigadier, IGP নচিংবদা interrogation দা থোক্লকপা পাউদু তমখি। হায়রিবা নুপা অদু নরান কোঞ্জিন্দগী pick-up তৌরগা মথং মখাতানা interrogation তৌনবা খন্নরে। অয়ুক্তগী operation তৌবা অদুনা stand-down তৌবা হায়না লেপ্লদুনা পার্টি অমা নুপা অদু pick-up তৌনবা থাখ্রে। ময়াম্না হন্নখ্রে। ঐহাক্তী লৈথনবা হায়রল্লগা SP খোয় হনখ্রে। মতৌ অসুম্না ঐহাক নুমিদাংগী পুং ৬ ফাওবা কাঞ্চিপুরদা লৈথখি। অদুবু মরুওইবা পাউদী ফংবা ঙম খদে।

তাং ১৫/৫/৮১ ইংদা ঐনা মতম শাংনা interrogation তৌখিবা PLA activist Chirom Ranjit অমসুং N. Rajenchouba অনী অদু হাজারিবাগ জেলদা থম্লনবগীদমক পুখিরম্মী।

তাং ১৮/৫/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐগী বাবাজি রাধাকুণ্ডগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। নুমীৎ অদুদগী হৌনা বাজি মণিপুরদা অমুক হল্লক্তনা রাধাকুণ্ডদা লৈখ্রে।

তাং ২২-৫-৮১ ইংদা ৫শুবা C.R.P.F. গী Commandant Shri Tiwari না IGP গী through দা ঐহাকপু ৫শুবা বটালিয়ান সি:আর:পি:এফ:কী হেডকাটর মন্ত্রীপুখ্রিদা অফাবা মীওই খরা interrogation তৌননবগীদমক requisition তৌরকখি। Order গী মতুংইন্না ঐহাক Mantripukhri দা চৎখি।

C.R.P.F না Extrimist মীওই মরিখক চীংখৈ খুন্দগী ফাখি। মখোয়দগী Rifle ৭, রিকোভর তৌখি। নুমীৎ চুপ্পা অমা অফাবা মীওইশিং অদু interrogation তৌখি। অফাবা rifle ৭ অদুগী মনুংদা ৱাইখোং পুলিস ষ্টেসন্দগী লুট তৌখিবশিংগী মনুংদগী অমা য়াওরম্মী। মীওইশিং অদুগী Organisation গী মমিং মখোয়গী leader মখোয়না তৌখিবা Crime শিং, মতুংগী প্লানশিং খঙদোকখি। Workable ওইবা statement শিং Commandant তা খঙহনখি। মতৌ অসুম্না নুমীৎ চুপ্পা ঐহাক মন্ত্রীপুখ্রি 5th Battalion Head quatters দা অথেংবা ফাওবা engage তৌখি।

তাং ২৫/৫/৮১ ইংদা 'কৈবি' অমসুং 'সেক্তা' খুঙ্গং অনীমক্তা CRPF না শীন্দুনা Army অমসুং লোকেল পুলিস য়াওবা পাক-চাওবা combing operation অমা পাঙথোকখি। নুমীৎ অদুদা KCP গী leader Y. Ibohanbi অমসুং মহাক্কা লোয়নবা KCP গী মীওই মরি খুৎলাইগা কোন্ননা ফাখি।

তাং ২৬/৫/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐনা ঙাঙনদুনা Custom Department তগী auction দা ঐগী মরুপ Heiyam Ibohal সিংহগীদমক Memory Q Panasonic radio cum tape recorder অমা লুপা ১৭০০ দা লৈহনখি। শ্রী হৈয়াম ইবোহল ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা য়ুম শাবগী শেল য়াম্না চিনবা মতমদা অৱাৎ অপা য়াম্না মেনবীখি। চিরবা মতমদা ঐবু তেংবাংবীবা মীওইনি।

তাং ২৭/৫/৮১ ইংদা ইকোপ পাত্তা riot অমা থোকখি। থৌবাল পুলিস ষ্টেসনগী পুলিসকী মীওই অমা অশোক অপন নংখি। নুমীৎ অসিমক্তদা PLA গী surrender তৌবা হৈরোক বস্তিদগী R.K. Iboyaima কৌবা মীওই অমা মশক খঙদবা মীওইশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি।

য়ুম শাবা হৌবগী য়াম্না চিল্লিঙৈ মতমদা তাং ৩/৬/৮১ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐগী য়ুম শাবগী Service Loan Rs. 40.000/- পীরগনি হায়বগী পাও তাবদা ঐহাক ঙমখৈ লৈতনা চৎ-ওক্লখি। তাং ৪/৫/৮২ ইংদা ঐগী service loan গী order অদু ফংখি।

SSB/Mongsangei Camp attack তৌবদা PLA দগী পৈশা চাদুনা conspiracy য়াওবা মীওইশিং National Security Act কী মখাদা detain তৌননবগী Govt. decision লৌরে অমসুং ঐহাক্না detention গী proceeding পুম্নমক prepare তৌবা তারমই। নুংতিগী ওইনা অফাবা মীওই কযামরুম interrogation তৌবগী মথক্তা detention গী proceeding preperation তৌবগী ঐহাক য়াম্না চিল্লমই। তাং ৫/৬/৮১ ইংদা ইহান হান্না SSB Constable W. Ibocha Singh গী detention তৌননবা proceeding draft তৌখি। তাং ৬/৬/৮১ ইংদনা Heirok কী M Paka হায়বদুগী detention proceeding draft তৌখি।

তাং ৯/৬/৮১ ইংদা CRPF কী const. অমা অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা New Cachhar Road তা Extremist না Km 33 দা বোম ফুল্লমদুনা পোকখায়বদগী অকায় অতোয় থোকখি।

তাং ১২/৬/৮১ ইংদা PREPAK কী লিডর তেরা বাজারদগী সুরেন মচা NSA দা detain তৌনবা proceeding draft তৌখি।

তাং ১৩/৬/৮১ ইং 2nd Saturday নুমীত্তা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। ঐগী মরুপ শ্রী হৈয়াম ইবোহল সিংহনা নুমীৎ অদুগী অয়ুক্তা lunch অমা ময়ুমদা শিনখি। Executive Engineer Mr Kanhai সু invite তৌখি। চাক চারিঙৈদা Mr. Kanhai না য়ু ঙাওরগা নত্ত-নত্তবা উশীৎ থৌওইদবা মওংদা ঐঙোন্দা ঙাঙলকখি। ঐগী family সু য়াওনা lunch অদুদা invite তৌরকপনি। নুপী অঙাংদা অকাম্বা ৱাহৈ-ৱাতা ফাওবা শীজিন্নরকখি। শাউরক্কুনা ঐহাক্না শীঙনখি অমসুং মমৈদা মহাক নোর্মেলদা হন্থরকখি। মাগী অদুগুম্বা মীবু উশীৎ থৌওইদবা শাজৎ অদু ঙসি ফাওবা ঐহাক কাউবা ঙমখিদে।

তাং ১৮/৬/৮১ ইংদা নাতুম চীংদা patrol duty CRPF পার্টি অমনা Vespa অমদা তোংদুনা লাকপা মীওই অনিখক থেংনখি। লেপ্পনবা CRPF না লাউখি অদুবু লেপ্তুনা নাম্থোক্লুনা চেনবদগী মীওই অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি অমনা হিংনা ফাখি। শিরিবা নুপা অদুগী মমিং অধিকারিময়ুম অবো ওর্ফে রনবির শর্ম্মা(১৮) S/o Imo Sharma of Sougaijam Leirak মোইরাংখোমদগীনি হায়না identify তৌখি।

তাং ১৯/৬/৮১ ইংদা Shri Rishang Keishing না লুচিংবা Cabinet Minister তরেৎ অমসুং State Minister অমা ৱাশক লৌদুনা অনৌবা গভর্নমেন্ট অমা শেমখি।

য়ুম শাবগী পৈশা অঙকপা ফংনা চিনবদগী ইতৈমা শ্রী মতি মনি দেবীদগী লু: ২০০০ খক তাং ২৪/৩/৮১ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা পুখি। মরক অসিদা ঐগী Housing Loan গী 1st Instalment ওইনা লুপা ১৬,০০০/- draw তৌবা য়াবগী order থোকখি। Bill শারগা পৈশা অদু লৌথোক্লবগীদমক ঐনা HC S. Ibochou অমসুং Const Chitaranjan অনী তাং ২৫/৬/৮১ ইংদা তমেংলোংদা থাখি। মরমদী ঐহাক্তী SDPO/Tousem ওইনা posting পীরগা special cell দা থবক তৌবনি। ঐগী Housing loan গী শেনফম অদু Tamenglong Treasury দগী কায়থোক্কদবনি। তাং ২৭/৬/৮১ ইং থাংজ নুমীত্তা HC Ibochou অমসুং Const. Chitaranjan ইম্ফালদা হল্লকখি অমসুং ঐগী Housing loan গী 1st Instalment Rs. 16,000/- অদু পুরকখি। নুমীৎ অদুমক্তদা extremist গী মীওই তরুক হায়বদি Ch. Bijoy নচিংবা অমসুং LIC গী B.B. Singh গী মচানুপা Debakanta য়াওনা Dimapur দা ফাবগী পাও ফংখি। মতম অসিদা W. Achou Singh না Dy S.P./H.Q. ওইনা posting লৈরম্মী। তাং ৩০/৬/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা মাগী Department jeep তা fix তৌবা wireless অদু নুংথিলদা ময়ুমগী থোঙ্গালদগী extremist খরনা নমদুনা মুনখিরম্মী।

তাং ৬/৭/৮১ ইংদা Army না PLA গী leader Munal@Bohadur of Phayeng কাপ্পুনা হাৎখি অমসুং S. Biren য়াওনা মীওই অহুম ফাখি।

তাং ৬/৭/৮১ ইংদা Army না PLA গী মথক্তা break-through অমা চাওনা পাঙথোকখি। মফম্না 'তেকচম' দনি। PLA গী অচৌবা কেম্প অমা তেকচমদা লৈবগী পাও ফংদুনা Army না অচৌবা combing operation অমা চথখি মদুদা PLA গী leader N. Bisheswar গা Asem. Shachi@Sharat মখোয় অনী হিংনা ফাখি অদুগা মখাগী মীওইশিং অর্মিনা হাৎখি:-

(i) A. Rajenmacha@Koba
(ii) Th. Kabichandra @Sharat
(iii) L. Indrajit Singh @ Oja Maima
(iv) Ak. Biramangol @Oja Ibohal
(v) One Khogen
(vi) One Inao
(vii) One Shanti

## অহানবা ওইনা ফংখিবা Advance increment

For outstanding performance and devotion to duty in c/w the law and order problems the Govt. of Manipur sanctioned three advance increments in my time scale of MPS. Vide Govt. order No. 13(i)/79/78-H(pt) dated 8th July 1981. At the time of giving concurrence, the Finance Department reduced the number of advance increment from 3 to 2 nos. as the case was proceeded along with the case of Mr. Th. Karunamaya S.P. in whose case maximum no. of advance increment was limited to two only. In ruducing his advance increments my case was also taken concurrent. Thus after approval of 3 advance increments by the Govt. the Finance Department intentionally reduced to 2 advance incrments in place of 3. I did not raise any objection as raising objection on the matter was considered not fair.

Civil Service Conduct Rule গী মতুংইন্না কনাগুম্বা Govt. Servant অমনা Estraordinary amount of money expend তৌদুনা করিগুম্বা অমা লেপশিনবা তারবদী Govt. কী order/permission দরকার লৈ। ঐগী যুম শাননবা প্লান তৌরকপা মতমদগী ঐনা Govt. তা permission accord তৌবীনবা দরখাস্ত থাখি। ঐগী দরখাস্ত অদু process তৌবদা মতম য়াম্না চঙখি। মখল মখলগী 'query' হায়বদি source of money to be expended in the construction, land where the construction is to be carried out অসিনচিংবা কয়ানি। ঐনা ঐগী saving, expected amount of housing loan to be sanctioned in my favour অমসুং অতৈ-অতৈ source of income ময়েক শেংনা উত্তুনা clarification তৌখি। ঐগী contention পুম্নমক য়াম্না কুপ্না থিগৎলবা মতুংদা ঐগী লৈননবা building শাবা য়ারে হায়না পার্মিৎ অমা ফংখি। গভর্নমেন্ট ওর্ডর অদু No. 4/36/80-MPS/DP dated 9/7/81 নি। মতৌ অসুম্না ঐনা শাগৎচবা হৌগ্রবা ঐগী residential building শাবা য়ারগনি হায়বগী হুকুম ফংখি।

1981 July থাদা লৈবাক শীনবা থুংনা ৱাথোক ওইখিবা নুংঙাইত্রবা থৌদোক অমা থোকখি। মদু Agriculture Department তনি। Department অসি Director অনি থোক্লমই। অমনা Agriculture Directorate. Director না Mr. Dhiren Singh নি। অতোপ্পা অদুনা Horticulture Department নী Directorate না Mr. N. Guite কৌই। West Bengal দগী Mr. Bhowmic কৌবা Agriculture line দা expert ওইরবা Senior Officer অমা মণিপুরদা Deputation দা লৈরমই। মহাক্না Department অনীমক্কী Advisor ওইরম্মী। তাং ২০/৭/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৭ হেল্লকপদা extremist মীওই অনীনা Mr. S. Bhowmic পু শঞ্জেনথোংদা লৈবা মাগী official quarter দা ফমুংদা তুমদুনা লৈরিঙৈদা কাপ্পুনা হাৎখি। কেশ অদু ইম্ফাল পি এস দা দ্যুতি তাবা ASI Rajen না পাও হান্না ফংদুনা FIR No. 481(2)81 IPS u/s 121/121A/302/IPC , 25 Armed Act অমসুং Section 13 UAP Act লৌখৎখি। মহাক্না investigation হেক হৌবগা নুমীৎ অদুমক্তদা SI R. Ngamber of IPS না কেশ অদুগী investigation ASI L. Rajen Singh দগী লৌখৎখি।

মপান্দগী Deputation দা পুরকপা Senior officer অমবু quarters মক্তদা ফমুংদা লৈরিঙৈদা কাপ্পুনা

হাৎখিবা অদু মণিপুর গভর্নমেন্টনা য়াম্না লুনা লৌখি। Law and order problem দা effect তৌবা থৌদোক অদুদা পুলিস ডিপার্টমেন্টসু ইকাই নুংশি য়ান্নখি। অৱাংবা থাক্কী গভর্নমেন্ট অমসুং police officer শিংগী অথুবা মিটিং অমা নুমীৎ অদুমক্তদা ফমখি। মিটিংগী ৱারেপ মতুং ইন্না কেশ অদুগী investigation অদু ঐঙোন্দা শিন্নবা হায়না লেপখি। নুমিৎ অদুমক্কী নুমিদাংৱাইদা কেশ অদু IGP না ঐঙোন্দা investigation গীদমক endorse তৌরে হায়না order no. 33/50/81-PHQ dt 20/7/81 গী copy ঐঙোন্দা পীরকখি। ঐহাক পুমঙাও ঙাওখি। কনানসু মশক খঙদবা extremist অনী অদুগী identity করম্না establish তৌবা, মখোয়গী motive না করিনো? অহল ওইরবা ওফিসার Vowmik পু মখোয়না করিগী target ওইরিবনো? মায়কৈ পুম্নমক্তগী ৱাহং কয়া পুলিস department তা হংনরক্লমই অমসুং police chief ওইরম্বা IGP H.C. Ahmeida সু মকোক ঙাওরম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা থাজবা পুম্নমক থমদুনা ঐঙোন্দগী আশা য়াম্না তৌরম্মী। মরম অদুনা নুমীৎ খুদিংগী অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাইদা ঐনা মহাকপু direct উন্নদুনা কেশ অদুগী brief তৌরম্মী। ঐহাকসু তুম্বা, হীপ্পা অমসুং চাবা কাউথোক্তুনা অহিং নুংথিল কেশ অদুগী মরম থিগত্তুনা লৈরম্মী।

**অসুম থিগৎলকপদা ঐনা ফংবা ঙমখি মদুদী :-**

মতম অদুগী Chief Secretary গী suggestion গী মায়োক্তা শ্রী S. Bhowmik. West Bengal Administrative Service গী Advisor/Agriculture Manipur ওইনা deputation গী term অসি থা ৮ হায়বদি তাং ১/৪/৮১ ইংদগী তাং ৩১/১২/৮১ ইং ফাওবা order no 7/9/77-DP dated 30/3/81 গী মতুংইন্না শাংদোকখি। Shri L.P. Singh, the Governor of Manpur না Shri S. Bhowmik গী Service অদু য়াম্না পেল্লমই।

Shri S.N. Guite, Director of Horticulture অমসুং Soil Conservation, Manipur না January 1981 গী লোইরকপদা Shifting Cultivation, Control তৌননবা স্কীমগী মখাদা হিল ডিষ্ট্রিক্ট মঙাগী ওইনা লুপা লাক্ষ ৭৮ লিশিং কুন্থ্রা তরুক চামরি হুম্ফু তরা হুমদোইগী শেনফম অমা গভর্নমেন্টতগী সেঙ্কসন লৌরম্মী। মদুগী মনুংদা নোর্থ ডিষ্ট্রিক্টকী ওইনা লুপা ২১,৩০,৪৭৩ য়াওরম্মী। হায়রিবা amount পুম্নমক অদু তাং ৩১/৩/৮১ ইংদা খরচ তৌখ্রে হায়না উৎলম্মী।

শ্রী S.N. Guite না মাগী Department তা Addl. Director দগী Peon ফাওবগী ওইবা ফম মশীং ৪৩৫ হাপ্পনবসু গভর্নমেন্ট Sanction লৌরম্মী। মদু শোক ১৯৮০ গী নবেম্বর থাদনী। অয়াম্বা ফমশিং অদু adhoc বেসিসতা প্রোমোসন পীদুনা হাপখিরম্মী।

মথক্তা হায়বিবা transaction অনীমক অদুগী মরমগীদমক গভর্নমেন্টনা Shri S.N. Guite গী মথক্তা enquiry তৌননবা order থোকলম্মী। হায়রিবা enquirry অদুদা Shri S. Bhowmik মেম্বর অমা ওইরম্মী। মহাক Horticulture অমসুং Soil Conservation গী মরমদা মুন্না খঙবা ঙম্বা মরমদগী enquiry অদুদা

মরুওইবা মেম্বর অমা ওইরম্মী। অতোপ্পা মেম্বরনা Shri A.P. Sharma না ওইরম্মী। North District তা থা অনীগী মনুংদা লুপা ২১,৩০,৪৭৩ খরচ তৌবগী মতাংদা শ্রী S.N. Guite গী মথক্তা অশোয়বা কয়ামরুম পুথোক্তুনা enquiry committee গী মেম্বর অনীনা তাং ১৮/৪/৮১ ইংদা confidential report পীখিরম্মী। অনীশুবা subject matter গী enquiry অদুদী Shri S.N. Guite না co-operation পীদবদগী লোইশিনবা ঙমখিদে। মতম অদুদা North District কী Horticulture অমসুং Soil conservation গী District officer না Shri Thongam Nimaichand Singh না ওইরম্মী। মহাক তাং ২৬/১১/৮৩ ইংদা Creat তৌখিবা ফমশিং অদুগী মনুংদগী অমখক্তা Adhoc তা প্রোমোসন ফংখিবনী। North District তা থা অনীদা লুপা ২১,৩০,৪৭৩, Shifting cultivation control তৌবগী Scheme মখাদা খরচ তৌখিবগী মতাংদা Shri Th. Nimaichand Singh সু enquiry committee গী মরু ওইবা target অমা ওইখি। Investigation দগী ফংবদা শ্রী টি:ঐচ: নিমাইচান্দ সিংহ শ্রী এস.এন. গুইটেগী য়াম্না নক্লনা লোয়নবা অমসুং য়াম্না থাজবা subordinate officer ওইরম্মী। Enquiry দা মখোয় অনীগী মরাল পুথোকপগীদমক্তা Shri.S. Bhowmik পু মখোয় অনীনা লোইশিন্নীংলমখি। খোংমন ওক্রম চুথেকতগী মীওই অমনা মরামদা Regional Progeny orchad কী Farm Supdt. ওইনা Horticulture and Soil conservation Dept. তা থবক তৌরম্মী। মহাক্লসু Shri S.N. Guite গী থাজবা Officer অমনি। অদুগী মথক্তা মহাক্লসু Shri S. Bhowmik পু নুংশিরমদে। মান্নবা ৱাখল চেনবা মখোয় অহুম তাং ২৯/৫/৪১ ইংগী অয়ুক্তা Shri S.N. Guite গী শনজেস্থোংদা লৈবা Official quarter দা ৱা তান্নদুনা লেপ্পখি মদুদি- Shri.N.Imoba Singh না S. Bhowmik হাৎননবা নহারোল থিবা, অচংবা খরচনা Shri. Th. Nimaichand Singh না পুথোকপা অসিনী।

লেপ্পখিবা মতুংইন্না Shri N. Imoba Singh না মহাক্কা হান্নদগী খৎনরক্লবা শ্রীওইনাম ইন্দ্রজীৎ সিংহ এলাইজ বাউজি কৌবা চহী ২৪ রোম শুবা শিংজমৈ ওইনাম থিংঙেল দগী নহা অমা উন্নদুনা S.Bhowmik হাৎনবা মী শিনবিনবা হায়খি। মদুগীদমক মতীক চানা খরচ তৌগনি হায়খি। শ্রীইন্দ্রজীৎনা শ্রীকোইজম রাজেন কৌবা মীওই অমা contact তৌখি। রাজেনগী through দগী ওক্রম মোহোন কৌবা অমা উন্নরগা মাইবম বিনোয়চান্দ, অমসুং সরাংথেম প্রেমকুমার অনীমক শীংজমৈ সাপম লৈকাইদগী নহা অনিখক উন্নখি। S. Premkumar দা লৈরম্বা .38 কী revolver অমা এম: বিনোইচান্দনা লৌরগা তাং ১৭/৭/৮১ ইংগী অয়ুক্তা O. Mohon অমসুং M. Binoychand মখোয় অনী Shri. S. Bhowmik কী ওফিসিয়েল ক্বাটরদা চৎখি অমসুং গেৎতগী চঙবা য়াদদুনা হল্লকখি। অমুকহন্না তাং ২০/৭/৮১ ইংগী অয়ুক্তা মখোয় অনী চৎখি অমসুং M. Binoychand না S. Bhowmik পু শঞ্জেনথোং ক্বাটবগী ফমুংদা লৈরিঙৈদা কাপ্পুনা হাৎখি।

শ্রীটি:ঐচ: নিমাইচান্দ সিংহ, ডিষ্ট্রিক্ট ওফিসারনা তাং ১৪/৭/৮১ইংদা শ্রী এন: ইমোবা সিংহদা অহানবা ওইনা লুপা লিশিং নিপান পীখি। তাং ২৬/৭/৮১ইংদনা শ্রীনিমাইচান্দনা শ্রীমতী জামিনী দেবী পতি লৌরেম্বম নীপামচা সিংহদা লুপা লিশিং ১৭ অমগা পিখি। হায়রিবা পৈশা অদু শ্রীইমোবনা তাং

২২/৭/৮১ইংদা হান্ননা লৌথ্রবনী। মতৌ অসুম্না শ্রীনিমাইচান্দ সিংহনা Shri. S. Bhowmik হাৎনবগীদমক লুপা লিশিং ২৫ খরচ তৌখি। হায়রিবা শেনফম অদু শ্রীনিমাইচান্দনা নোর্থ ডিষ্ট্রিক্টকী ওইনা Shifting cultivation control তৌনবগী Scheme গী মখাদা Sanction তৌখিবা লুপা ২১,৩০,৪৭৩গী শেনফম অদুদগীনি। শেনফম অদু মহাক্না State Bank of India. Kangpokpi Brach দগী তাং ২৪/৬/৮১ইং, তাং ৪/৭/৮১ইং অমসুং তাং ২৩/৭/৮১ইংদা SBI Senapati Branch দগী তাং ৪/৭/৮১ইং, অদুগা SBI Imphal Branch দগী তাং ৯/৭/৮১ইং অমসুং তাং ১৮/৭/৮১ ইংদা Draw তৌখি।

হায়রিবা লুপা লিশিং ২৫ অদুদগী শ্রীইমোবনা মীওই অহুম হায়বদী S. Premkumar, N. Binoychand অমসুং O. Mohen দা লুপা লিশিং ২২ পীখি। লুপা লিশিং অমনা শ্রী ইন্দ্রজীৎ সিংহদা পীখি। অরেম্বা লুপা লীশিং অনীনা মহাক্না লৌখি। লুপা লিশীং ২২ অদুনা মোহোন, বিনোইচান্দ অমসুং প্রেমকুমারনা য়েন্নদুনা লুপা লিশিং ৭/৭ ফংখি। অরেম্বা লুপা লিশিং অমনা কোইজম রাজেন সিংহদা পীখি। বিনোইচান্দ অমসুং প্রেমকুমার পুন্না তাং ২৭/৭/৮১ ইংদা ফাখি। মখোয়দগী খুৎলাই কয়ামরুম ফংখি। শ্রীগুইতে, নিমাইচান্দ, ইমোবা অমসুং ইন্দ্রজীৎ ফারগা কোর্টনা জামিন পীখ্রে। অতে এসাসিন অদুদি জুডিসিয়েল কস্তদিদা লৈরম্মী।

শ্রীভৌমিক কাপ্পদা শীজিন্নবা রিভোলভর অদু এক্যুজ O. Mohon দগী ফাখি। Empty case অদুনা এক্যুজ বিনোয়চান্দগী ইনস্তেন্টতগী ফাখি। শ্রীভৌমিক্কী অশিবা হকচাংগী কোক্তগী বুল্লেট অমসু পোষ্ট মোবতেম Examiniation দা ফংখি। হায়রিবা revolver, empty case অমসুং Bullet অদু Ballistic expert না Examine তৌবদা prosecution গী ওইবা positive result ফংখি। Accd. O. Mohon অমসুং accd. M. Binoychand বু eye v itness অমা য়াওনা সাখি কয়ামরুম্না T.I. parade তা তাং ১০/৮/৮১ ইংদা identify তৌখি।

মতৌ অসুম্না অকনবা investigation তৌরবা তুংদা আসামী ৭কী মথক্তা চার্জ তৌননবা Prima facie case অমা পুথোকপা ঙমখি। মদুদী:-

1. Accd. M. Binoychand গী মথক্তা - Sec 302IPC/120-BIPC/sec.25(1)(a) Arms act 1959.
2. Accd. O. Mohon গী মথক্তা- Sec.302 IPC, 34IPC, 120-B IPC অমসুং 25(I)(a) Arms Act.
3. Accd. S Premkumar গী মথক্তা-Sec.120-B IPC, Sec.302IPC অমসুং 25(i)(a) Arms Act.1959
4. Accd. S N.Guite, (5) Accd. Th Niamichand, (6) Accd. N. Imoba, (7) Accd. O. Indrajit (মখোয় মরিগী মথক্তা Section 120-B IPC read with section 302 IPC)

কেস অসিগী investi ation কন্না চথরিঙৈদা অৱাংবা থাক্তা লুনা খন্নখিবদী কেশ অসি CBI দা

শিন্নবনা ফগদ্রা অসিনি। তাং ৩১/৮/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা হান্নগী IGP Mr. B. Lal ইম্ফালদা লাকখি। মতম অদুদা মহাক CBI দা Joint Director ওইনা দিল্লিদা posting লৈরম্মী। Bhowmik murder Case গী Investigation অদু CBI দা শীন্নগদ্রা শীন্নরোইদ্রা হায়বগী মতাংদা মহাক ইম্ফালদা লাকপনি। অদুনা ঐহাক মহাক্তা উন্নখি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা IGP H.C. Almeidah না ঐবু য়াম্না থাগৎখি।

তাং ২০/৭/৮১ ইংদগী থা অহুমলোমগী মনুংদা ঐনা ফংখিবা কেশ অসিগী Progress অদুদা authority না পেনবদগী CBI দা direct শিন্নদ্রবসু CBI দগী Law-expert অমা লাক্লগা ঐগী case record অদু examine তৌরগা CBI দা শিন্নবনা ফগদ্রা নত্রগা ঐহাক্না অসুম চথবনা ফগদ্রা হায়বদু decide তৌননবা অথুবা মতমদা Law-expert অমা CBI/Calcutta দগী ইম্ফালদা থারকপা হায়দুনা লেপ্পখ্রে। লেপ্পবা অদুগী মতুং ইন্না তাং ২৭/১১/৮১ইংদা Joint Director CBI New Delhi দগী IGP/Manipur দা address তৌবা, DIG/CBI, Calcutta দা information পীবা মেসেজ অমদা Shri Venkatesan Deputy Legal Advisor, CBI Calcutta ইম্ফালদা থুংলবগনি হায়না পাউ ফংলে। তাং ৪/১২/৮১ ইংদা হায়রিবা officer অদু থুংলবে। AIG/ADM গী কাদা ঐগা উন্নরে। নুংথিল পুং ১দগী পুং ৫ ফাওবা মহাক্না ফাম্মুন্নদুনা কেস অদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা তান্নরে। পুং ৫দা IGP Mr Almeidah গী ওফিসতা উন্নরে। পুং ৬ ফাওবা ৱারী শাবে। অদুদগী ঐনা মহাকপু 2nd Bn. MR গী Officer Club তা drop তৌরে। ঐগী case record অমসুং case diary পুম্নমক মঙোন্দা শিন্নরে। নোংঙাল্লগা তাং৫/১২/৮১ইংগী অয়ুক পুং ৮দা মহাক্না ঐগা 2nd MR গী Guest room দা case অদু অমুক মথা তানা খন্নবা হায়না লেপ্পবে। নোংঙানবা তাং ৫/১২/৮১ ইংগী অয়ুক পুং ৮দগী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা ঐখোয় অনি accd. ৭কী মথক্তা লৈরিবা evidence অদু অমমম ওইনা লৌথোক্লে। নুংথিল পুং ৩ তাবদা ঐখোয় অনি ঐগী office তা লাক্লে অমসুং কেস অদুগী note অমা ষ্টেনোদা dictation পীদুনা শেম্বা হৌরে। নোট অদু শেম্না লোইরগা ঐখোয় অনি IGP HC. Almeida গী ক্বাটবদা নুংথিল পুং ৬মি:৪৫ তাবদা চংলগা Mr. V.T Venkatesan না IGP দা কেশ অদু detail ওইনা লীরে অমসুং accd. তরেৎকী মথক্তা লৈরিবা evidenceশিং অদু খঙহন্লে। ঐগী investigation অদু য়াম্না ফজনা তৌরে অমসুং য়াম্না minute ওইরে হায়না IGP দা ঐবু য়াম্না থাগৎলম্মী। CBI না অমুক investigation চথবগী দরকার লৈররোই ঐনা অদুম চার্জসিৎ submit তৌবা য়ারে হায়রম্মী। মথা তাবা ওইনা high ranking দা লৈবা মীওই ২/৩ খক্তং জবান লৌবা দরকার ওই হায়রম্মী। অদুনা Mr V.T. Venkatesan, Deputy Legal Advisor, CBI/Calcutta গী থবক লোইরে মথং নুমীৎ তাং ৬/১২/৮১ইংগী অয়ুক পুং ৮দগী flight তা Calcutta দা হল্লগনি হায়না লেপ্পখি।

মতৌ অসুম্না থা ৫ খক্কী মনুংদা কেশ অদুগী investigation অদু লোইশিনখি। মীওই তরেৎকী মথক্তা চার্জ সিট prepare তৌখি। মখল মখলগী material evidence আইতেম ৩২ ফাগৎখি। মশীং লাকঙমদবা মীওই কয়ামরুম জবান লৌখি, মখোয়গী মনুংদগী মীওই ৮০ খক prosecution witness ওইনা থাগৎখি। Documentary evidence ওইনা মখল মখলগী document নিফুমঙা exhibit ওইনা submit তৌখি। মতৌ

অসুম্না তাং ২০/৭/৮১ ইংদা FIR No. 481/(7)81 তা রেজিষ্টার তৌবা কেশ অদুগী চার্জ সিৎ তাং ৫/৩/৮২ ইংদা C.S. No. 17/82 dt 5/3/82 IPS গী নম্বরদা court তা থাখি। করিগুম্বা মখোঙ-মরী অমত্তা লৈতবা murder কেশ অদু ঐনা detect তৌরগা মীওই ১০০ দগী হেন্না জবান লৌরগা নোংমৈ, পৈশা, নোংমৈমরুনাচিংবা মখল কয়াগী material evidence মখল কুপ্পা নিথোই ফারগা, মীহাৎপা অমসুং মীহাৎপগী conspirator, Head of Dept. য়াওনা মীওই তরেং ফারগা অদুগী মথক্তা মখল কয়া গী documentary evidence মরিফু seize তৌদুনা থা তরেৎ মখায়গী মনুংদা চার্জশিৎ submit তৌখি। কেশ অদুগী trial মফম অদু মণিপুরগী মপান্দা তৌহনবীয়ু হায়না State Govt. level দগী কয়া মতম চংনা হোৎনখি। মতৌ অসুম্না Govt. level দা চহী কয়ামরুম কেশ অদু তাদুনা লৈখ্রবা মতুংদা ইরোই লোইবা ওইনা কোর্টকী হুকুম অমনা ইম্ফালদা Sessions Court তা তৌগদবনি হায়না ওর্দর থোরক্কুনা Mr. P. Upendra গী Court তা অরোইবা ওইনা শীন্নখি। থৌদোক অদু ফোং-ফোং শারিঙৈদা থা ৬/৭ কী মনুংদা চার্জ সিট সবমিট তৌবগা চহী ৭/৮ তাদুনা মফম খঙদনা লৈরবা মতমদদী কনানসু থৱায় য়াওনখিদরে। Accd ওইরম্বা ওফিসার পুম্নমক suspension দগী release তৌখ্রে। অয়াম্বা শাখিশিং অদু মখোয় মখোয়গী Bose কী মথক্তা evidence পীনিংখিদ্রে। মতৌ অসুম্না ৱানা হোৎনজখিবা কেশ অদু trial দা fail ওইখি। অচুম্বা justice হায়বদু লৈত্রে হায়না কনাদা ৱাকৎলুগনি। ঐনা হোৎনজখিবা, ৱাখিবা, নংখিবা পুম্নমক অদু হৌজিক্কী মতমদা কনানবু খঙবিগনি।

Bhowmik murder case অসি মণিপুরতদা নত্তনা ৱেষ্ট বেঙ্গলদা অমদি দিল্লিদা ফাওবা ৱা-ৱা লাউনখি। National Newspaper কয়াদা মীওই কয়ানা থৌদোক অদু য়াম্না মরুওইনা ইনখি। কেশ অদু ষ্টেটকী য়াম্না ইজ্জৎশোকপা য়াবা অমা ওইনা নুমীৎ কয়ামরুম পুলিসতা শাফু পীদুনা য়েংনখিবনী। ঐনা য়াম্না থুনা কেস অদু detect তৌবদগী লৈনরম্বা tension অদু ইংথখি। Detect তৌবদগী হেন্না ঐঙোন্দদী evidence খোমজিনবনা হেন্না অৱাবা পোথাফম খঙদবা হায়বদু ওইখি। অসুম্না য়াম্না মরু ওইরবা ষ্টেটকী ওইবা কেশ অদুগী investigation তৌরিঙৈদা ঐহাক্কী normal duty অদুসু লেপ্পা লৈতে ।

তাং ২৫/৮/৮১ ইং, KCP গী মরু ওইবা মীওই S. Devan@Ibomcha of Chingamakha, অদু ঐগী ওফিসতা পুরক্কুনা অয়ুক্কগী interrogation চথরম্মী। মহাক তাং ২০/৮/৮১ ইংদা নম্বোলদগী ফাবনি। নুমিৎ অদুমক্তদা চুরাচান্দপুর পি এস তা মীওই ৭ ফাদুনা লৈরে অদুনা ঐহাক মফম অদুদা চত্তুনা মীওইশিং অদু interrogation তৌগদবনি হায়না order তৌরকখি। খুদক্তা KCP গী মীওই অদু থনম্লগা নুংথিল পুং ১২.৩০ তাবদা চুরাচান্দপুরদা চৎখি। চুরাচান্দপুর য়ৌরগা মীওইশিং অদু নোংঙাল্লমদাই ফাওবা interrogation চথখি। নোংঙান্দ্রিঙৈদা ইম্ফালদা হল্লকখি। অয়ুক পুং ১০ দা হায়বদি তাং ২৬/৮/৮১ ইংদা ওফিস কাখি অমসুং ঐগী normal duty চথখি।

তাং ১৫/৮/৮১ ইং, থাংজ নুমীৎ Independence Day পালন মপাল কাংজৈবুংদা পাঙথোকখি।

নুমীৎ অসিগী অয়ুক পুং ৮ মি: ১৭ তাবদা মণিপুরগী C.M. Shri Rishang Keishing না ঐঙোন্দা President's Medal for Marritorious Service পীখি।

তাং ১৫/৮/৮১ ইংদা মেডল ফংগদবা মীওই খরা লাকখিদে মরমদি Extremist না মেডল লৌবা মীওইশিংদা target ওইগনি হায়বগী পাউ লৈখি। অদুনা officer খরা মেডল লৌবা লাকখিদবনী। ঐনা Medal লৌবা চংখিবা অদুগীদমক IGP না ঐঙোন্দা "you are very bold" হায়খি।

তাং ১/৯/৮১ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা CBI গী SP Mr. Chakrabarty ইম্ফালদা লাক্তুনা Bhowmik murder কেশগী মতাংদা investigation গী progress অদু খন্নখি। নুমীৎ অদুদা Bhowmic murder case গী মতাংদা investigation দা দরকার ওইবা Govt. কী file খরা ফাননবা মখাগী মীওইশিং অসি মখোয় মখোয়গী ওফিসতা উন্নখি -

(i) Mr. Helim Chowdhuri, Secy. Agriculture at 11 a.m.

(ii) At 12 Noon Shri Bashu Secy/D.P.

(iii) Shri Jalsiam, Commissioner, Works

নুমীৎ অদুদা ঐহাক্না দবকাব ওই হায়না খনবা file খবা seize তৌখি।

হায়রিবা নুমীৎ অসিগী নুংথিল পুং মরিবোম ১০ দা 49 CRPF কী convoy অমা লৈমতাক্তগী লোক্তাক প্রোজেক্ট য়ৌগদবা কি:মি: ৯ রাংলিঙৈদা ambush তৌখি। Extremist কী করম্বা পার্টিনো হায়বদু নুমীৎ অদুদা খঙখিদে ।

তাং ২৬/৯/৮১ ইং থাংজ, নুমীত্তা নুমিদাংবাই পুং ৫ বোম তাবদা পুলিস পার্টি অমদা extremist না Lamlai মনাক্তা ambush তৌবদগী Head Const. L. Shyamkishore নোংমৈনা পান্দুনা লৈখিদ্রে। মঙোন্দগী Sten-gun অমা extremist না লৌখি।

তাং ২৯/৯/৮১ ইংদা NSCN গী মীওই ৬ Ruichumhao Raising যাওনা interrogation তৌখি। Ruichunhao NSCN গী মরুওইবা মীওইনি। Interrogation অদু নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ৩ দগী হৌবনা অহিং চুপ্পা লেপ্তুনা চথখি। নোংঙানবা তাং ৩০/৯/৮১ ইংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা য়ুমদা হনখি।

তাং ১/১০/৮১ ইং শগোলশেন নুমীত্তা PLA গী মরুওইবা Ch. Bedamani অমসুং অতোপ্পা মীওই অমগা লোয়ননা নাউরেমথোংদা শকখঙদবা মীওইশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি।

PLA গী অফাবা মীওইশিং interrogation তৌবদগী খঙলকখি মদুদি Electricity Department তা supply গী থবক অয়াম্বা PLA গী মীহুৎনা পার্য়াশিল্লগা মখোয়গী party গী fund খোমগৎলি। মখোয়না চথরিবা মওং অদুদী কনাগুম্বা firm গী মমিংদা supply তৌবগী মওংদনি। Tender তৌবদা firm অদুনা lowest তাহনগনি অমসুং supply order লৌগনি। S.O. দগী হৌদুনা C.E. ফাওবা মখোয়না contact তৌগনি। Supply তৌগদবা item শিং অদু Calcutta দগী মখোয়না লৌরগনি অমসুং পোৎ হেক পীশিনবগা

থুনমক Bill শারগা পৈশা অদু encash তৌগনি। অসুম্না Power Dept. তা মখোয়না dominate তৌই। অতোপ্পা supplier গী মফম পীদে । Engineer গা মান্নদুনা পোৎকী মমল অঙকপা ফংনা য়ামহল্লী। Calcutta দা লুপা ১০ পীবা পোৎ অদু মখোয়না supply তৌবদা লুপা ১০০ দগী হেন্না চিংই। অসুম্না মশীং লাকঙমদবা শেনফম কায়থোকই। মসিগী scandel অদু ঐনা ফাগত্তুনা কেশ অমা register তৌই। অদুদগী হৌদুনা Electricity Dept. না PLA গী fund খোমজিনহনবা অদু খুদক্কগী লেপখি। হায়রিবা case অদুগী মতাংদা মতম অদুগী S.E. ওইবা Mr. Mangibabu ফাবা তাখি। অমসুং তাং ১/১১/৮১ ইংদা নুমীৎ চুপ্পা অমা মহাকপু interrogation তৌখি। Interrogation অদুদা S.E. অদুনা PLA গী activity অমসুং মখোয়না লৌথোকখিবা শেনফম কয়াগী মতাংদা ময়েক শেংনা ফোংদোকখি। Bill pass তৌরবা encash তৌগদবতা ঙায়রবা supply তৌখ্রবা লু: লাক্ষ মরিরোমগী Electrical goods ফাগৎখি অমসুং Encash তৌগদবদগী থিংবা ঙমখি। মতৌ অসুম্না PLA না গভর্নমেন্টকী fund, electrical goods supply তৌবগী মিংদা খোমজিনবা অদু মখা তাহন্দবা ঙমখি।

তাং ৩/১১/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ মি: ১৫ রোম তাবদা Dy. C.O. Mr. Kipgen বু নিউ চেক্কোন্দা লৈবা মাগী ময়ুম মনাক্তা ambush তৌদুনা extremist খবনা মহাক্কী escort তা য়াওবা riflemen অনি হাৎখি। S.I. Mr. Kipgen গী মচানুপী অমসু শোযবদগী নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। Sten gun অমা অমসুং রাইফল অনী Extremist না লৌখি। রাইফলমেন অমগা driver গা bullet injury থোকহনখি।

তাং ৪/১১/৮১ ইং, য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐনা ওফিসতা থবক শুরিঙৈদা ঐগী ইচা নুপা জিটেননা পাও পীরকখি মদুদি মশক খঙদবা মীওই খবা জীপ অমদা তোংদুনা মখারোমদগী পুং ৬ লোম তাবদা লাক্লগা ঐগী থোঙ্গান্দা খান্নগা য়াম্না লাউনা horn খোংখি। মখোয় অদু করিগুম্বা ফত্তবা থৌদোক থোক্ল নবগীদমক শীনবা মাল্লি হায়খি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা SP না শীন্দুনা অচৌবা force অমনা escort তৌদুনা ঐবু য়ুমদা থিল্লকখি।

Dy. S.P. ওইনা থবক তৌবা চহী তরুকলোম গী মতুংদা তাং ৭/১২/৮১ ইংদা ঐহাক Inspector ওইনা confirm তৌখি। Confirm তৌবগী order অদু No. 13(i)/23/77-H dt 7/12/81 নি। ঐগা লোয়ননা মীওই ১৫ অমসু confirm তৌই। মিং অমসুং confirm তৌবগী তাবিখ মখাগী অসিনী :-

(1) M. Babhdhon - w.e.f. 1-7-78
(2) B. Sen Sharam - w.e.f. 1-7-78
(3) E. Ibohal - w.e.f. 1-11-78
(4) Twalkhanpao - w.e.f. 1-7-79
(5) A. Nilamani - w.e.f. 1-9-79
(6) Ch. Chandra - w.e.f. 1-6-80
(7) Th. Mohon - w.e.f. 8-7-80

(8) K. Ibomcha - w.e.f. 8-7-80
(9) A. Thanpuya - w.e.f. 8-7-80
(10) P.R. Das - w.e.f. 8-7-80
(11) A. Khli Mao - w.e.f. 8-7-80
(12) Kh. Jugol hesher - w.e.f. 8-7-80
(13) W. Achou - w.e.f. 8-7-80
(14) E. Dhananjoy - w.e.f. 8-7-80
(15) W. Borobi - w.e.f. 1-1-81
(16) H. Shamananda - w.e.f. 8-7-80

মতৌ অসুম্না Dy. S.P. ওইবা মতুং চহী কয়ামরুমগী মতুংদা Inspector গী post তা ঐগী service confirm তৌখি।

Little Flower School দা ঐগী ইচা নুপা অতোনবা Samananda Class I দগী Class II দা promotion ফংলে হায়না তাং ১৪/১২/৮১ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা পরিক্ষা হাযদোকই। তাং ১৫/১২/৮১ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তনা খেরোদা না Class VI তগী VII দা অদুগা সুজতানা Class VIII তগী IX দা প্রোমোসন ফংই।

তাং ১৬/১২/৮১ ইং, যুমশকৈশা নুমীত্তা PREPAK কী মৈপাক শর্ম্মা অমসুং শোমচন্দ্রা শর্ম্মা অনীগী মথক্তা NSA তৌননবা History Sheet নচিংবা draft তৌখি।

ঐগী পুন্সিদা যাম্না থম্মোই শোকখিবা নুমীত্তি তাং ১৭/১২/৮১ ইং শগোলশেন নুমীত্তনি। নুমীৎ অদুদা Radha Kunda দগী Pitya - Haridas কৌবা লম্বোইবা অমদগী telegram অমা ফংখি। মরোলদি ঐবু পোকপা ইপাইবুংঙো তাং ১২/১২/৮১ ইং থাংজ নুমীত্তা নোঙ্গাখ্রে হায়না । বাজী পোকপসি শোক ১৯১৩ হায়বদী শকাব্দ ১৮৩৫ শজিবু শুক্লা পৈখা ১৩ নি পানবদনি। বাজিনা পুন্সিবম্নগী চহি ৬৮ মখাই বোমতনি। চীংঙা মখাদা বাজিগা লাই নীংমিন্নরম্বা 'লাইবা' কৌবা অহল অমা লৈ। বাজীবু যাম্না লুনা তৌই। মহাক ঐগী ইনাক্তা লাক্লমই। মানা ঐঙোন্দা যাম্না থৱায় যাওনা হায়খি। লৈখিদ্রবা বাবাজী অদু মহাক রাধাকুণ্ডদা কয়ারক চত্নুনা উন্নবকখি। মঙোন্দা যাম্না লূনা শিন্নরকখিবদি শিবা মতমদা চন্দুরা খনবা, ঘোৎ চফু তৌদুনা পুজা কৎপা, আষ্ঠি লৌখৎপা, শ্রাধা শোনবা, ফিরোয় শোনবা অসিনচিংবা চৎনবীশিং অসি তৌবা য়াদে । শিরগা পোৎলোইবদা য়াত্তবা মীওই খরখক্তংদু কবিগুম্না খরা কৎলগা খুরুম্বা মদুনা অরোইবা কর্ম্ম ওইগদবনি হায়না চেকশিন্না শিন্নবকই। অদুনা সমাজগী মমাংদা, চৎনবী ৱাংমদা মীগা মান্নদবা মওংদা চৎপগী ৱাখল পুক্লীংদা কন্না ফাজিনবীযু অসিনি। মরম অদুগীদমক্তা তাং ১২ দা শিরগা তাং ১৭ তা পাউ পীরক্লিবনি। মঙোন্দা হায়বকপদদী নুমীৎ ১৬ নিগী মতুংদা পাউ পীবীযু হায়না লৈমিন্নবশিংদা হায়জহৌই হায়। তৌবগীদি ঐঙোন্দসু বাজিগা লৈমিন্নরিঙৈদা ঐখোয়গী সমাজগী চৎনরিবশিং অসি মহাক্না শিবা মতমদা তৌবা য়াদেকো হায়না কযারক শিন্নখি। অদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক বাজিগী কর্ম্ম পাঙথোক্লরোই হায়না লেপখি। কনাদসু বাজি লৈতবগী পাউ তাকখিদে। অদুবু

অঙাংশিংগী মচীন্দগী তানরক্কুনা ঐগী ইচন-নুপী শঙ্গাই অমসুং ইনাও নুপা তোমচৌ মখোয় অনী রাধাকুণ্ডদা চত্তুনা তৌফম থোকপা খরা তৌখি।

হায়রিবা তাং ১৭/১২/৮১ ইং নুমীৎ অদু ঐহাক ওফিস চৎলরোই তৌবনি অদুবু IGP না কৌরক্কুনা পুং ১২ তাবদা Office চৎলী। Canchipur দা লৈবা 10 Raj Rifle Bn. Head Quarter দা PLA গী Kh. Shanta কৌবা মীওই অমা নুমীৎ অদুদা ফারে। মহাকপু interrogation তৌরগা workable information পুথোক্লবা Brg. Jingol না ঐহাক্কী service ফংহনবীয়ু হায়না IGP দা হায়রকই অদুনা ঐহাক 10 Raj Rifle Hd. Quarters কাঞ্চিপুরদা চৎলগা CO দা report তৌ হায়রে। ইপা লৈখিদবগী পাও ফংবা নুমীৎ ওইবনা পুক্নীংসে লৈতাফম খঙখিদে অদুবু ঐহাক হুকুম ইনবা তাখি। কাঞ্চিপুরদা চত্তুনা 10 Raj Rifle গী CO দা report তৌরে অমসুং Shanta কৌবা PLA গী অশোকপা নুপা অদু নুমীৎচুপ্পা জবান লৌখি। পুঙ মঙা তাবদা ঐহাক য়ূমদা হল্লকখি।

তাং ১/১/৮২ ইং ইরাই নুমীৎনি। ঐহাক ঐগী য়ুম শাবগী মচাক অরাৎপা লৈননবা হোৎনদুনা যাম্না চিল্লমই। নুমীৎ অদু ছুতিগা ওইবগা ওফিস চৎলমদে। তাং ৭/১/৮২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা অয়ুক পুং ৯ তাবদা DIG(CID) Office তা মীতিং য়াওখি। নুমীৎ অদুগী নুমীৎয়ুংবা মতুংদা ঐহাক Raj Rifle Hd. Quarters Canchipur দা অফাবা মীওই খরা ইনট্রোগেসন তৌননবা চৎপা তারমই। অদুনা ঐহাক নুংথিল পুং অনী তাবদগী নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা Army গী Camp তা লৈরমই।

তাং ১০/১/৮২ ইং, নোংমাইজিং নুমিত্তা 10 Bn. 10 RAC গী মীওই অনীখক Extremist না ambush তৌদুনা Kangvai মনাক CCP Area দা হাৎখি। Rifle অনীসু লৌখি। Civil গী মীওই অনীসু শীখি। Extremist leader L. Dilip গী মথক্তা NSA গী মখাদা detain তৌননবগীদমক তাং ১৪/১/৮২ ইংদা History Sheet draft তৌদুনা put-up তৌখি।

তাং ১১/১/৮২ ইংদা Extremist UTP খরা Central Jail Imphal দগী নাম্থোকখি। মদু অচৌবা রাথোক অমা ওইখি। নাম্থোকখিবা মীওইশিং অদু ফাননবগীদমক Cash reward লাওথোকখি। মীওইশিং অদুগী মরক্তা Maibam Binoychand কৌবা অমা য়াওই। মহাক অদু লুপা লিশিং ১০ গী reward লাওথোকখিবনি। ঐনা ঐগী agent গী মতেংনা তাং ২৩/১/৮২ ইং, থাংজ নুমীত্তা escapee অদু শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদগী ফাখি। তাং ২৭/১/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Army না PLA গী মীওই অহুম (1) Thokchom Ajit of Uchekon (2) Th. Muhindra of Naorem Leikai and (3) H. Rajen @ Khoinu, Jail escapee ফাখি।

তাং ৩/২/৮২ ইং, য়ুমশকৈশা নুমীত্তা robbery অমা থোকখি মদু NPCC robbery হায়না খঙনখি। তাং ৪/২/৮২ ইংগী অয়ুক পুং ১১ দা IGP না ঐবু কৌরগা robbery case অদুগী investigation অদু পেংশিন্নবা হায়খি অমসুং ঐহাক খুদক্তা চত্তুনা I.O. গা উনদুনা Investigation তৌমিন্নখি।

তাং ৬/২/৮২ ইংদা DIG(CID) না ঐবু কৌরগা detainu শিংগী মথক্তা pending লৈবা case পুম্ন

মক্কী statement অমা পীয়ু হায়দুনা নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা থবক শুবা তাখি। হায়রিবা নুমীৎ অদুদসু O/C Kakching P.S. না Sanajaoba কৌবা Extremist অমা ফাদুনা পুরকখি অমসুং interrogation তৌননবা শীন্নরখি। মহাকপুসু interrogation তৌখি।

তাং ১০/২/৮২ ইং য়ূমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ১০.১৫ তাবা মতমদা IGP HC Almeidah না MR গী Officer অমা থারক্লুনা ঐবু কৌরে। অহিং অদুদা ঐহাক IGP গী Quarter তানা পুরকখি। IGP গী drawing room দা IGP, Brg. Jingol অমসুং IGP গী মেম সাহেব অমসুং অঙাংশিং পুল্লপ্পা লৈরম্মী। ঐহাক IGP দা সলাম তৌই। ঐবু ফম্মু হায়না হায়। ঐহাক ফম্মী। ঙাইহাক লৈরগা IGP না ঐঙোন্দা হায়রকই। Medical Department তা য়াম্না চাওনা fraud অমা চথ্দুনা Govt. গী huge fund misappropriate তৌই হায়বা তাব্রা? ঐনা খুমখি Medical Department কী Doctor শরনা exhorbited rate দা Medicine অমসুং non-medicine গী item কয়ামরুম supply তৌরগা পৈশা য়াম্না misappropri-ate তৌই হায়বা তায়। ঐগী পাউখুম অদু তাবদা IGP Almeidah না Brg. Jingol দা য়েংলগা মীৎ থৎখি। Mrs. Almeidah, IGP and Brg Jingol হান্ননা subject অদুদা খন্নরম্লগা ঐবু কৌবা মাল্লী। অদুদগী IGP না SP/Imphal কৌরগা Sue moto দা case অনী অমনা ইম্ফাল পি এসতা অদুগা অমনা লম্ফেল পি এস তা register তৌরগা ঐনা I.O. ওইদুনা খুদক্তা নুমীৎ অদুমক মরাল লৈবা দোক্তরশিং ফাগদবনি অমসুং পৈশা পুম্নমক recover তৌগদবনি হায়খি। মতৌ অসুম্না অহিং অদুদা ঐগী মতেং পাংননবা O/C Lamphel Shri H. Bhubon, Inspector কৌরে। Dr. G. Mani Sharma of Ngakraba Leirak অদু family Welfare গী Officer নি। মহাক্না main culprit নি। মাগী য়ূমদা চত্তুনা raid তৌবদা মাগী father-in-law গী য়ুমদা থোকচোম লৈকাইদা লৈখি হায়দুনা মফম অদুদা চত্তুনা রেদ তৌখি। Dr. G. Mani Sharma ফারগা ময়ুমদা পুরক্তুনা search তৌখি। মতৌ অসুম্না whole night অদু লেনখি। নোংঙাল্লগা অয়ুক পুং ৮ তাবদা IGP গী Quarter দা চৎলগা case অদুগী progress report পীরুই। পুং ১১ ফাওবা থবক শুরম্লগা য়ুমদা হল্লকখি। কেশ অদুগী মতাংদা Dr. A. Gojen Meitei of Tera Bazar, Dr. Binodkumar Sharma, SDO/Henglep K. Somi Ex-T.O. Imphal, Dr. Sukumar অসিনচিংবা মীওই কয়ামরুম arrest তৌখি। Supplier কয়া অমসু ফাখি। Incash তা লুপা লাক্ষ অহুম হেন্না recover তৌখি। নুমীৎ নুমীৎকী ওইনা IGP দা report তৌখি। ঐগী action অদুদা IGP না অঙকপা ফংনা অপেনবা উৎখি।

তাং ৮/৩/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা নিংঙোম্বম সোরজুবালা কৌবী লৈশাবী অমা ময়ুম থাংমৈবন্দ লৌরুংপুরেল লৈকাইদা শিদুনা লৈরমখি। মহাক্কী মপাগী মমিং নিঙোম্বম ইবোবী কৌই। হৌখিবা অহিংদা মহাকপু শকখঙদবা মীওইশিংনা হাৎপা মাল্লী। মহাক নহারোল লালহৌবগা মরী লৈনৈ হায়না ফংখি। অঙকপা থৌদোক অদু ঐনা য়াম্না কন্না থিগৎখি। নুপীমচা অদু Ng. Bishajit, one Subhash and অতোপ্পা অনীগনা হাৎপনি হায়বা খঙখি।

তাং ৪/৩/৮২ ইংদা ঐহাক SDPO/Tousem দগী Dy. S.P./Reserve ওইনা Transfer তৌখি।

Order No. 21/9/82 (IPS)/DP dt 4/3/82 ইংগী মতুংইন্ননি। তাং ১৭/৩/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা SDPO/TSM গী Charge অদু Shri Th. Mohon Singh দা শীন্নখি। হায়রিবা নুমীৎ অসিমক্তদা ঐগী ইমাসু বাধাকুণ্ডগীদমক্তা খোংশানখি।

তাং ২৫/৩/৮২ ইংদা Bungoba কৌবা PLA গী মীওই অমা Kum. Surojubala হাৎপদা য়াওই হায়না চিংনদুনা পুলিসনা ফাখি। SP/Central না অয়ুক্তা মী থারক্তুনা ঐবু য়ুমদগী কৌরে অমসুং অয়ুক পুং ৯ দা ওফিসতা চত্তুনা মহাকপু interrogation তৌখি।

তাং ২৭/৩/৮২ ইং থাংজ নুমীত্তা 5th M.R. গী সিফাইদগী Extremist না Rifle অনী লাকখি। ঐগী থবকসি Dy. SP/Reserve ওইনা চার্জ লৌবদগী খঙহেন হেঙ্গৎখি।অহিং নুংথিল নাইদনা extremist শিং interrogation তৌবা, clueless crime কয়ামরুম detect তৌনবা হোৎনবগী মথক্তা DDO ওইনা Bill কয়ামরুম শোই তৌবা তাখি। পনবা য়াদবা financial matter involve তৌবা file কয়ামরুম শুবা তারম্মী। ঐগী অঙকপা ফংনা চিনবা মওং অদু উবদগী ঐঙোন্দগী DDO ওইবগী থবক অদু লৌথোক্লগা DSP/Traffic Mr. Thangpuia দা শীননবা Govt order থোকখি। অসুম্না তাং ২৯/৩/৮২ ইং দগী DDO গী থবক অদু DSP/Traffic তা শিন্নখি। ঐগী ইমা বাধাকুণ্ডদগী তাং ৩/৪/৮২ ইংদা য়ুমদা হল্লকখি।

তাং ১৩/৪/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নোংঙাল্লকপদা লৈমপোকপম ময়াই লৈকাইদ Army না PLA গী hide out তগা attack তৌখি। থৌদোক অদুদা PLA গী মীওই ৮ 'কুঞ্জবিহারী' য়াওনা হাৎখি। অমসুং মীওই অহুম ফাখি। অশিবা মীওইশিং অদু লৈমখোং Army Hospital দা অফাবা অহুমগা লোয়ননা লৈরে অদুনা ঐহাক য়াওনা লৈমখোং Army Camp তানা চৎলগা inquest লৌরগা অশোকপা অহুম অদু interrogation তৌগদবনি হায়না হুকুম তৌরকখি। Police party অমগা লোয়ননা ঐহাক খুদক্তা Leimakhong army camp তানা চত্তুনা অশিবা নিপাল অদু inquest তৌরবা মতুংদা অশোকপা PLA গী মীওই অহুম অদু interrogation তৌখি। মতৌ অসুম্না অথেংবা অহিং ফাওবা ঐহাক অঙকপা ফংনা চিল্লম্মী। তাং ১৭/৪/৮২ ইং থাংজ নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩ মি: ১৫ দা নাওরেমথোংদা 25 BRTF গী C.O. K.N. Meinali শকখংদবা মীওইশিংনা কাপ্পুনা হাৎখি।

ঐগী য়ুম শাবগী লৌবা Service Loan লু: লিশিং নীফৃগী অনীশুবা instalment লু:১৬,০০০/- অদু তাং ১/৪/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ফংখি।

তাং ১৩/৪/৮২ ইংদা Army না কোদোমপোকপীদা PLA hide out তগী PLA গী record কয়ামরুম seize তৌখি। হায়রিবা record শিং অদু scrutinise তৌননবা IGP না ঐবু Army গী 'M' Sector Hd. Quarters দা চৎননবা order তৌরকখি। অদুনা ঐহাক 'M' Sector দা নুমীৎ হুমনি হায়বদি তাং ২৯/৪/৮২ ইং শগোলশেন নুমীত্তগী তাং ১/৫/৮২ ইং থাংজ ফাওবা অয়ুক্তগী নুমিদাং ফাওবা record শিং অদু scrutiny তৌখি। মরক অসিদা Medical Scandal গী case শিংসু progress পীয়ু হায়না তকশিল্লকখি। অদুনা Secretariate তা চত্তুনা Secretary Mr. Basu উন্নদুনা ঐগী দরকার লৈবা ফাইল খরা তাং ৩/৫/

৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা seize তৌখি। Kodompokpi দগী Army না seize তৌবা রেকোর্ডশিং অদু scrutiny তৌরবা মতুংদা follow-up action কয়ামরুম দরকার লৈরম্মী। ঐগী চিল্লবা মতম অদুদা follow up অদুসু পায়খৎপা তারম্মী। অদুগীসু মথক্তা Extremist খরা Central Jail Imphal দগী escape তৌখিবগী মতাংদা অকনবা investigation চথদুনা থিগৎলম্মী।

তাং ১৭/৫/৮২ ইংদা জেল warden N. Kuber কৌবা অমা extremist কা মরী লৈনরম্বগীদমক মহাকপু NSA দা detain তৌননবা history sheet নচিংবা ড্রাফট তৌদুনা SP দা put-up তৌখি। NSA গী Advisory Board ফম্বদা Mr. N. Chandrakumar Singh Addl. S.P. না presenting officer ওই। মহাক ছুটি লৌখিবদগী ঐহাকপু presenting officer ওইননবা authority না শিন্নরক্তুনা তাং ২২/৫/৮২ অমসুং তাং ২৩/৫/৮২ ইংদা advisory board গী মমাংদা ঐহাক presenting officer ওইখি। বোর্ডগী judge অহুম্না ঐনা presenting officer ওইবদু য়েৎখি মরমদি detenu শিংগী মথক্তা ঐহাক ইশানা initiate তৌরগা presenting officer সু ওইবদু মখোয়না য়ানিংখিদে।

তাং ৮/৬/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমিৎনি। ঐবু IGP না ওফিসতা অয়ুক কৌরম্মী। KCP হায়বা পার্টি অসি কুপ্না, কনানা, কৈদৌঙৈ হৌদোকখিবা, পার্টি অসিগী মীওইশিং, মখোয়না হৌজিক ফাওবদা তৌখিবা activity, ফাখিবা মরুওইবা মীওইশিং অসিনচিংবা উত্তুনা write-up অমা নুমিৎ অদুমক্তদা শেম্লগা IGP দা পীগদবনি। Write-up অদু publicity Department তা নুমিৎ অদুদা পীগদবনি হায়।

মতম অদুমক্তদা DIG (Range) নসু ঐবু কৌরগা হায়রিবা KCP গী History অমা ইরগা পীয়ু। মহাক Secretariate তা Security meeting য়াওগদবনি। মদুদা হায়রিবা statement অদু দরকার ওইগনি। মতৌ অসুম্না ঐহাক ওফিসতা ঙক হায়গৎপা ঙমদবমখৈ KCP হায়বা underground organisation অদুগী মরমদা অফংবা রেকোর্ড পুন্নমক থিদোক্লগা ঐগী ষ্টাফকা লোয়ননা KCP গী শাংলবা statement অমা শেমলে। কোপী অহুম টাইপ তৌরে। IGP দা কোপী অমা DIG(Range) দা কোপী অমা submit তৌরে। মদু লোইরগা নুংতিগী ওইবা ঐগী থবক চথরে। নুমীৎ অদু নুমিদাংগী পুং ৯ ফাওবা ওফিসতা থবক তৌখি। নোংঙানবা তাং ৯/৬/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অর্মিনা PLA গী মরুওইবা মীওই অনি Budha অমসুং Robin ফাখি। মীওই অনি অদু PLA গী লুচিংবা 'তেম্বা' উন্ননবগীদমক কৈবি তানা লাকপদা লম্বীদা লৈশাংখোংদগী ফাবনি। মীওই অনি অদু interrogation তৌননবগীদমক 'M' Sector দা নুমিদাং পুং ১০ তাবদা কৌরক্তুনা ঐহাক চৎলী। মথংগী নুমীৎ অয়ুক পুং ২ তাবা ফাওবা M Sector দা মখোয় অনীবু interrogation তৌরগা workable information শিং অদু খুদক খুদক্তা অর্মিনা work out তৌই। ঙাইহাক্তং য়ুমদা চৎলগা হকচাং শেংদোক্লবা মতুংদা অর্মিগী M Sector দা চত্তুনা interrogation মখা চথখি। তাং ১০/৬/৮২ ইংগী অয়ুক পুঙ ১০ দগী নুংথিল পুং ১ তাবা ফাওবা interrogation তৌরবা মতুংদা IGP উন্নখি।

চিল্লবা তাঞ্জা অদুদা ঐগী য়ুম শাবগী electric fit তৌবগী থবকসু কন্না চথরম্মী। Electric fitting গীদমক্তা তাং ১১/৬/৮২ ইংদা "Chakrabati' Electrician দা লুপা ৫০০ য়োৎ লৌবগী Kesho Babu দা লুপা ১,৪০০ অমসুং Electric goods গীদমক দুকান মপুদা লু: ২০০০ পীবা তারম্মী। অরৈবা Bank Account তগী লুপা ৫,১০০ তাং ১১/৬/৮২ ইংদা withdraw তৌরম্মী।

NSA গী মখাদা detain তৌদুনা থম্বা extremist detainu খরগী detention গী চহি অমগী মতম লোইশিল্লক্কুনা মখোয়বু মরী লৈনবা case শিংদা charge-sheet পীখক্তুনা court তা বিচার চথনবগীদমক detenu শিংগী মথক্তা লৈবা কেসশিং অদু scrutinise তৌবা হোৎনবসু ঐনা তৌরম্মী। কেসশিং অদু পায়বা I.O. শিং অদু মাগী মাগী Police Station দগী কৌরগা evidence scrutiny তৌরম্মী। তাং ১৫/৬/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা IGP না কৌদুনা detenu শিংগী মথক্তা লৈবা case শিং অদুগী মরমদা discussion চথরম্মী।

অয়ুক পুং ১১.১৫ মি: তগীনা নুংথিল পুং ১ ফাওবা অমমমতা ওইনা detenu শিংগী কেস অদু খন্নখিরম্মী। ঐগী office তা লাক্লগা নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা কেসশিং অদুগী follow-up action চথরম্মী। কেসশিং অদু তাং ১৭/৬/৮২ ইংগী অয়ুক পুং ১১.৩০ তাবদা put-up তৌবা তারম্মী। মতৌ অসুম্না কেসশিং অদু IGP দা put-up তৌখি অদুবু I.O. শিংনা তৌরল্লিবা investigation অদু অমত্তা satisfy ওইরমদে। Detention গী মতম লোইরগা detenu শিং অদু মাগী মাগী কেসশিং অদুদা prosecute তৌদুনা মখা শাংথনা custody দা থম্লগা মখা activity চথরক্তনবগী আশাদনি কেসশিং অদু কোর্টতা থাগৎনবা হোৎনরিবা। অদুবু কনাগুম্বা I.O অমত্তনা detenu শিংগী মথক্তা মতিক চাবা evidence খোমজিল্লমদবনা মখোয়বু কোর্টনা prosecute তৌবা হায়বসি ওইথোকপা য়ারমদে। অদুনা IGP না য়াম্না disappoint তৌরম্মী। অদুবু উপাইদি লৈরমদে । মতম অদুদা Mr. Sarangthem Ibotombi সিংহনা SP(Central) ওইরম্মী।

তাং ২৪/৬/৮২ ইং শগোলশেল নুমীৎকী অয়ুক পুং ৭মি ৪৫ রোম তাবদা Mr. Babudhon Singh, E.E. Highway South মহাক্কী ময়ুম মোইরাংখোম য়াইষ্কুলদা শকখণ্ডদবা মীওই অনীনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা ঐহাক অকুপ্পা investigation তৌবা য়াওখি। তাং ২৬/৬/৮২ ইংগী নুংথিল পুং ৫ তাবদা IGP না কৌদুনা থৌদোকশিং অদুগী মতাংদা হংলকখি। Detenu শিংগী মথক্তা লৈবা কেসশিংগী মতাংদা তাং ২৮/৬/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১২ দা মিটিং তৌগনি হায়রকখি। হায়রিবা নুমীৎ অদুদা DIG(CID) য়াওনা অয়ুক নুমীৎয়ুংবদগী নুংথিল পুং ১ মি: ৪০ ফাওবা মিটিং চথখি। Detenu শিংগী মথক্তা লৈবা কেস পুম্নমক মমুৎ তানা শেমননবা ঐঙোন্দা শিন্নরকখি।

তাং ৩০/৬/৮২ ইং য়ুমশকৈশা পুর্নযাত্রা নুমীৎ restricted holiday নি। নুমীৎ অদু ঐহাক শুটি লৌখি অমসুং হৌজিক লৈরিবা ঐগী য়ুমশি অয়ুক পুং ৮ তাবদা শঙ্গাখি।

তাং ৫/৭/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Dr. G. Mani Sharma শকখংদবা মীওই খরনা নোংমৈনা কাপখি। তাং ১২/৭/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা অয়ুক পুং ৮ মি: ২০ লোম তাবদা R.K. Robindra Secy (Edn.) মহাক্কী ময়ুম থাংমৈবন্দা শকখংদবা মীওই অহুম্না নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি।

মতৌ অসুম্না মমিং লৈবা লৈবাক্না শকখং মায়খণ্ডবা মীওই মথং মথং কাপ্তুনা হাৎলকপা অসিদা অকি তুজুং ফাওনরকখি। লৈবাক মীয়াম্না পুলিস করি তৌরিবগে খন্নরকখি। IGP Mr. H.C. Almeida পোখাফম খঙখিদে। ঐঙোন্দা মাগী থাজবা থম্বনা কনানা কমদৌনা শাথীরবা থবক অসি চথরিবনো হায়না তোয়না হংখি। ঐহাকসু থৱায় য়াওনা থিগৎখি। অসুম থিগৎপদা থৌদোকশিং অদুদা চেন্নবা মীওইশিং অদু অর্ম্মিনা coverage পীবনী হায়না খঙলকখি। অরোনবা সংস্থান অমনা মণিপুরদা করপসন্দা চাং হেনবা মীওইশিং eliminate তৌননবা লিষ্ট অমা শেম্লে। লিষ্টতা য়াওবা মীওইশিং অদু অমমম ওইনা লোইশিন্ননবা স্যুসাইদ স্কাউদ অমদা শিন্নখ্রে। লৈখিদ্রবা মীওইশিং হায়বদী শ্রী বাবুধন, R.K. Robindra অমসুং নোংমৈনা পানখিবা Dr. G. Mani Sharma হায়রিবা মীশিং অসি লিষ্ট অদুদা য়াওবনী হায়বা খঙলে। ঐহাক্না IGP দা ৱারী অসি লীরে। Culprit শিং অদু Army Camp, চিংঙাদা লোত্তুনা থম্মী হায়বসু তাকথোক্লে। Mr. H.C. Ameida, IGP না Brg. Commander, Mr. Jingol উন্নদুনা মীওইশিং অদু পীয়ু হায়না তকশিল্লে। মমৈদা Brg. Commander না মীওইশিং অদু Army Camp Chinga দা ঐবু interrogation তৌহল্লু হায়না য়ানরে। IGP না ঐবু কৌরগা Chinga Camp তা লৈবা 17 Raj Rifle দা মীওইশিং অদু interrogation তৌরু হায়রে। মদুদা কান্নবা ফংলোই হায়না ঐনা কন্না য়েংলে। অদুবু IGP না interrogation অদু মমিংগী ওইনা তৌরুরো অদুগা কান্নদ্রবা মতমদা মহাকনা মখা তানা action লৌগনি হায়বদগী হেনফদ্রদুনা ঐহাক য়ারে। তাং ১৩/৭/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐহাক 17th Raj Rifle Camp Chinga দা চৎলি। নুমিদাং পুং ৭ তাবদনী। হান্ননা মীওইশিং অদু tent অমগী মনুংদা লৈহল্লম্মী। Manipuri লোন খঙবা মীওই খরসু মখোয়গা লৈরম্মী। Camp commander অদুনা ঐবু টেন্ট অদু তানা পুরগা মীওইশিং অদু কৌথোক্তুনা উন্নহল্লী। ঐসু মখোয়গী মমিং মথা খরা লৌরগা General Question খরা হংলে। ঐগী ৱাহংশিং খুদিংমক্তা মখোয়না deny তৌই। মখোয়দা কুইথনা ৱাহং পাওহং তৌরুবগী কান্নদ্রে খন্দুনা ঐহাক থুনা লোইশিল্লে। ওফিস য়ৌরগা রিপোর্ট অমা ইরে। Confidential letter নি। Army Camp তা Army না coverage পীরগা লৈবা মীওইদা interrogation তৌবদা কান্নবা ফংলোই হায়না ঐনা খনখিবা অদুমক থোক্লে। করিসু কান্নদ্রে হায়না ইবা রিপোর্ট অদু IGP দা থারম্লগা ঐহাক য়ুমদা হল্লক্লে।

তাং ১৪/৭/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Shri Th. Karunamaya অমুক হন্না S.P. (Central) ওইনা ট্রান্সফার তৌরক্তুনা SP(C) গী চার্জ শ্রী সরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহদগী লৌখি। তাং ১৬/৭/৮২ইংদা Addl. SP(C) অমসুং পার্টিনা Extremist কী লুচিংবা মোংশাংগৈদগী 'চান্দ' কৌবা মীওই অমা হাৎখি অমসুং কৈরাও ৱাংখেমদগী সোরাইশম কেসো কৌবা অমা ফাখি। অফাবা নুপা অদুগী interrogation নুমীৎচুপ্পা অদু চথখি।

IGP H.C. Ameidah গী retiremenet তাং ৩১/৭/৮২ ইং থাংজ নুমীত্তনি। তাং ৩০/৭/৮২ ইংদা মহাক্কী farewell dinner অমা 2nd MR দা পাঙথোকখি। নুমিদাং পুং ৭ তগী মথংগী অয়ুক পুং ১.৩০ ফাওবা চথখি তাং ৫/৮/৮২ ইংদা Mr. H.C. Ameidah IGP মণিপুর থাদোকখি। মহাক্কী ময়ুম Bombay দনী।

তাং ৩/৮/৮২ ইংগী অয়ুক পুং ২ দা PREPAK leader খোমদ্রাম সান্তি, 2nd MR গী custody দগী নাস্থোকখি। মহাক extremist কী মরুওইবা মীশক অমা ওইবদগী 2nd M.R. গী Quarter Guard custody দা থম্বনি। মহাক নাস্থোকখিবা অদু অচৌবা ঋাজাও অমা ওইখি। তাং ৬/৮/৮২ ইংগী অয়ুক পুং ৭ লোম তাবদা কৈশামথোংদা ঙাঙোম হিতলর@রাজেন কৌবা বামোন লৈকাই তিনশুবম লৈরক্তগী extremist গী মীওই অমা হাৎখি। তাং ৮/৮/৮২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা অয়ুক্তগী হৌনা ঐহাক ঐগী য়ুম শানবগী থবক্তা মিস্ত্রিশিংগা লোয়ননা য়াম্না চিন্দুনা লৈরিঙৈদা SP(C) না অয়ুক পুং ১১ তাবদা কৌরক্নুনা ওফিসতা চৎখি। PREPAK কী মরুওইবা মীওইশিং মদন, নবা, কৃতিবাবু অসিনচিংবা লুচিংবশিং অদু interrogation তৌননবা কৌবা ওইরমখি। ঐহাক মখোয়শিং অদু মথং মথং interrogation তৌদুনা নুমিদাংগী পুং ৮ ফাওবা ওফিসতা লৈথখি।

তাং ১৮/৮/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ক্বাকৈথেলদা পুলিস অমসুং PLA কাংবু কাপ্পবা অমা থোকখি। মদুদা PLA গী মীওই অনি হায়বদী (1) Oinam Biken @ Yaima of Moirangpurel অমসুং (2) Sanasam Santa@Rabei of Pishum Oinam Leikai অনী হাৎখি। .38 গী রিভোলভর অমগা মরু কয়ামরুমগা recover তৌখি। থৌদোক থোকফমদা ঐহাক অমসুং DIG(R) W. Damudar গা লোয়ননা চৎখি অমসুং Operation অদুদা শরুক য়াখি।

তাং ১৮/৮/৮২ ইংদা অনৌবা IGP অমা লাক্কুনা চার্জ লৌখি। মমিং Jagat Singh Kand কৌই।

শোক ১৯৭৮ দগী MPS পোষ্ট promotion ফংদুনা চহি কয়ামরুম DSP ওইনা Service তৌরবসু regular pay slip ফংলমদে। মরমদি ঐখোয়না inspector পোষ্টতা লৈরিঙৈদা দিপার্টমেন্টকী অশোয়বা খরদগী পৈশা হেঞ্জিন্না লৌখ্রে হায়না A.G. না point out তৌরকখি। মদু শেংদোক্ত্রিবা মখৈদী A.G. না regular pay slip শাবা য়াদে হায়দুনা ঐহাক্কীসু Provisional pay slip issue তৌরগা ঐগী তলব ফংলম্মী। Representation কয়ামরুম তৌরবসু, মন্ত্রি কয়াদা হায়জরবসু অশোয়বা অদু চুমথোক্লমদে চুমথোকপা তারবদি ঐগী ওইনা লু: ১০,০৮৭.৮৫ হন্দোকপা তারম্মী। হেঞ্জিনখিবা পৈশা অদু write off তৌবীনবা থা কয়া, চহী কয়া হোৎনরক্লবগী তুংদা Cabinet তা পুথোক্লগা ঋারেপ অমা লৌরবা মতুংদা তাং ২৭/৮/৮২ ইং ইরাই নুমীৎ খক্তদা গর্ভনমেন্ট ওর্দর অমা থোক্নুনা amount অদু write off তৌখি। Order অদুগী নম্বর 13(i)/B/81-H(Pt) dated 17/8/82 গী U.O.No. না 5/82-83/FD/(2-3) dt. 27/8/82 নি। Order অদু ফংলবা মতুংদা A.G. Office গী A.O. দা SP(C) গী letter no. A-1/13/71-SP(C) dt 28/8/82 ইংদা ইদুনা ঐগী pay fixation তৌবীনবা হায়জখি। Regular pay slip ফংলবা মতুংদা Arrear ওইনা লুপা ১১,০৫৫ ফংখি। য়ুম শাবগী চিল্লবা তাংফম অদুদা arrear ফংবদু য়াম্না কান্নখি।

তাং ১৩/৯/৮২ ইংদা PARI/HMAR কৌবা নুপা অমা তাং ১১/৯/৮২ ইংদা A.E. Brojen হায়বা অমা লম্ফেলদা হাংখিবগী মতাংদা interrogation চখ্খি। নুমীৎ অদুদা Angam Khongsai কৌবা Surrender তৌরকপা নীপা অমসু কেস অদুগী মতাংদা interrogation তৌখি।

তাং ১৪/৯/৮২ ইংদা Medical Scandel গী মতাংদা ঐনা investigation তৌখিবা কেস অনী হায়বদী FIR No. 140(2) IPS অমসুং FIR No. 145(#) 82 IPS অদু CBI দা শীন্নখি। হায়রিবা নুমিৎ অদু ঐহাক অঙকপা ফংনা চিনখি। নুংথিল পুং ২ তাবদা NSA কী মতাংদা অমসুং Bhowmik murder case গী trial গী মতাংদা Secretary (Home) গী মিটিং, পুং ৩ দনা NSA গী মতাংদা DC(C) গী মিটিং অসিনচিংবা কয়ানি। নুমীৎ অদু অহিংচুপ্পা ওফিসতা থবক শুরগা নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবদা য়ুমদা হল্লম্মী।

মেডিকেল স্কানদেনগী মতাংদা ঐনা ফাখিবা accd., recover তৌখিবা শেল, ষ্টেটমেন্ট লৌখিবা witness শিং ময়াম অসিগী মরমদা সিবিআইগী I.O. Dy. S.P. অদুনা ঐহাকপু য়াম্না চিলহনখি। ঙাইহাক লৈতনা কৌরকখি। করিগুম্বদা ঐগী ওফিসতা লাক্নুনা query কয়া তৌখি। কেস শিন্নখ্রবা মতুংদসু কেসশিং অদুগী মতাংদা ঐহাক ঙাইহাক লৈতনা চেন্নখি। মদু avoid তৌরুরবসু state police না co-operation পীদে হায়না ব্রাকৎকদৌরিবনি। অদুনা ঐঙোম্দদী অহেনবা problem মায়োক্নবা তারম্মী।

তাং ২৮/৯/৮২ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Dy. Commandant ওইরম্বা থবক্তগী পোত্থাখ্রবা শ্রী N. Kunjakishore অদু মহাক্কী farm সমত্রৈ village মনাক্তা পাঙ্গৈ road তা extremist না কাপ্পুনা হাৎখি। ১৯৮২ গী ওক্টোবর গী অহানবা চয়োলদা PREPAK কী মরুওইবা মীশক R.K. Romen ফাখি। মহাক ক্রাইম কয়ামুক্তা চেন্নবা মীওইনি। তাং ৪/১০/৮২ ইংদগী হৌদুনা মহাকপু interrogation তৌখি। মহাক্না involve তৌবা অচৌ অচৌবা ক্রাইম কয়ামরুম খঙদোকপা ঙমখি।

তাং ৭/১০/৮২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐগী নুপীগী মচে অহনগী নিপা Kh. Thambal লৌখিদবগী শ্রাধ দিন থোকই। থবক চিনবনা ঐদী চৎপা ঙমখিদে অদুনা ঐগী নুপী থাখি। ঐগী য়ুম অনৌবা শাবদো হোংজিন্দুনা তাং ৩০/৬/৮২ ইংদগী লৈরবসু মথক্কী সাথ হৈদবনীনা ফাষ্ট ফ্লোর অদু শীজিন্নবা য়াদ্রি। অদুনা ছুটি নুমীৎ খল্লগা তাং ১০/১০/৮২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা সাথ হৈখি। মী ৫০ মুক্কী lunch শীনখি।

তাং ১২/১০/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৮ মি: ১৫ রোম তাবদা শিংজমৈ পুলিস ষ্টেসনগী ও সি ইন্সপেক্টর কে. চাওবা ময়ুম কোঞ্জেং লৈকাইদা হনবদা extremist না ambush তৌদুনা মহাক্কা লোয়নবা const. অমা হাৎখি। চাওবদী নাম্থোকহৌখি। থৌদোক অদুগা মরী লৈননা মথৎগী নুমীৎ তাং ১২/১০/৮২ ইংদা মোংশাংগৈনা কোনশিনবা লমদা operation চখ্খি। তাং ১৩/১০/৮২ ইংদা R.K. Romen অমসুং One Raghumani অনীগী মথক্তা NSA দা detain তৌননবা History sheet শেমখি অমসুং report draft তৌখি।

ইং ১৯৮২ গী লোইরমদাই শরুক্তা মণিপুরদা অনৌবা Underground party অমসু থোরকখি। পার্টি অদুগী মমিং 'Red Brigade' কৌই। হায়রিবা পার্টি অসিগী মীওই অমা মমিংনা এ. প্রেমকুমার কৌই, মহাক তামৈদগী ফাদুনা তাং ২০/১০/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐগোন্দা শিন্নখি। ঐনা interrogation তৌখি। মতম অদু extremist organisation গী তোঙান তোঙানবা মীওই কয়ামরুমগী মথক্তা NSA দা detain তৌননবগীদমক ঐহাক অঙাকপা ফংনা চিল্লম্মী। Criminal case শিংগী মখাদা মখোয়বু কুইথনা detain তৌবা য়ারক্তবদগী NSA দা detain তৌননবা action লৌখৎলম্মী। মরমদি মখোয় কোর্টনা বেল পীদুনা কষ্টদিদগী মপাল থোকখ্রবদী শোয়দনমক্কী মা-মাগী organisation শিংদা rejoin তৌরগা law and order problem থোরক্কদৌরিবনি। NSA দা detain তৌননবগী action লৌখৎপা অসি ঐ ইতোমতদা শিন্নরম্মী। মণিপুর পুম্নমক্কী অফাবা মরুওইবা custody দা লৈবা মীপুম খুদীংমক্কী History sheet শেম্বা, supporting evidence পীবা, detention গী order থোক্লনবা concerned District Magistrate শিংদা পীননবা report draft তৌবা হায়বসি ইতোমতনা পুঙম্বা থবক নৎলমদে। পুম্নমক অদুগী মথক্তা নোংমা নোংমগী, মফম মফমদগী ফাগৎলকপা extremist খুদীংমক interrogation তৌরগা মখোয় মখোয়গী activity তৌখিবা ক্রাইম অমসুং workable information পুম্নমক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবা অদুসু থাদোকপা য়ারমদে। মরম অদুনা ঐহাক হায়ফম খঙদনা চিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না ঐগোন্দা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং অমদি ছুটি নুমিৎ হায়বা লৈরমদে। চিন্দুনতা লৈরম্মী। খুদম ওইনা তাং ২৫/১০/৮২ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎ অদু দুর্গা পুজা মনুংগী বোর নুমীৎনি। জেনরেল হোলিদেনি ঐহাক্তি অয়ুক্তগী ওফিস কারগা Red-Brigade হায়বা underground party অদুগী অফাবা মীওই অহুম interrogation তৌদুনা লৈরম্মী। মথৎ মথৎ interrogation তৌদুনা অথেঙবা অহিং ফাওবা ওফিসতা লৈখিরম্মী। নুমীৎ অদুগী হেক মথৎ নোংঙানবদা এল. শ্যাম কৌবা PLA গী মীওই অমা অথুবা ওইনা NSA দা detention গী action লৌখৎকদবনি হায়রকখি। হায়রিবা নুপা অদু তাং ১৩/৪/৮২ ইংদা Army গী operation দা অশোকপা ওইনা Kodompokpi দগী ফাখিবনি। মহাক কোর্টনা জামিন পীদুনা থাদোকখিগদৌরে অদুনা NSA পান্দুনা detain তৌদবা য়াদে হায়রে। অদুনা পুম্নমক থম্লগা এল. শ্যামগী History sheet শেম্লে। D.M. দা detention order পীননবা report draft তৌরে। SP(C) গী সহী লৌরগা D.C. দা থাখি। অদুগী মতুংদা অমুক I. Jugin কৌবা extremist অমগী মথক্তসু NSA পান্নবা খুদক্তা হোৎনখি। তাল্লক অসিদা তাং ২৮/১০/৮২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা পিএলএ গী মীওই অমা ফারক্লুনা interrogation তৌননবা ঐগোন্দা শীন্নরকখি। মীওই অদুদী ৱাঙুদগী এ. ইবোয়াইমনি। নুমীৎ অদুমক্তদা পি এল এ গী Th. Robin of Thokchom Leikai গী মথক্তসু এন এস এ পান্নবা এক্সন লৌখৎখি। হায়রিবা মতম অদুদা ঐগী য়ুম শাবগী থবকসু তপ্লা তপ্লা অঙম অঙম্বা চথরম্মী। ঐগী ফাষ্ট ফ্লোরগী মতেক অমা তাং ১০/১০/৮২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা সাথ হৈখি। মতেক অমনা তাং ৩১/১০/৮২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা হৈখি। Loan গী 3rd instalment Rs. 8,000/- তাং ১০/১১/৮২ দা ফংখি।

তাং ৩/১১/৮২ ইংদা Ph. Tompok of Loitang Khunou an activist of PREPAK, তাং ৪/১১/৮২ ইংদনা Ph. Amuchou of Phumlou village, a PLA activist মখোয় অনী NSA পান্নবা এক্সন লৌখৎখি। মথংদা হৈরোক্তগী পিএলএ গী কেঐচ. নিমাইগী মথক্তা এনএসএ পান্নবা তাং ৫/১১/৮২ ইংদা initiate তৌখি।

তাং ১৭/১১/৮২ ইং য়ুমশকৈশা নীংঙোল চাক্কৌবা নুমীৎনি অথুবা থবক লৈরে হায়দুনা SP(C) না ঐবু ওফিসতা লাক্লনবা অয়ূক্তা কৌরখি। নুমীৎ অদুসু অথেংবা ফাওবা ঐহাক MNF কী মীওই interrogation তৌদুনা লৈখি। তাং ২০/১০/৮২ ইংদনা Engineer খরা লম্ফেল পুলিস ষ্টেসনদা ফাদুনা লৈরে মদু deal তৌননবা ঐহাক অয়ুক পুং ৭.৩০ দগী নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা লম্ফেল পুলিস ষ্টেসনদা লৈবা তাখি।

IGP H.C Almeidah না ঐহাক্কী valuable service কীদমক্তা incentive পীবা ওইনা ঐগী DSP গী existing time scale দা Advance increment অহুম পীননবা recommendation গা লোইননা Govt. তা থাখি। অদুবু proposal অদু Home Department তা পন্দুনা মতম কুইনা লৈখি। মতম অদুগী Dy. C.M. Shri I. Tompok তা ঐগী recommendation অদু এক্সন লৌখৎপীদে হায়রুবদগী মহাক মশামক্লা C.S. দা query তৌখি। অদুদগীদি matter অদু move তৌবা হৌখি। তাং ২২/১১/৮২ ইংদা ফাইল অদু Dy. C.M. দা য়ৌরকখি। অমসুং file no. 13(i)/19/78-H(pt) দা 3 advance increment sanction তৌখি। হায়রিবা ফাইল অদু C.S. না Finance Department তা তাং ২৪/১১/৮২ ইংদা থাখি। মতম অদুদা Commissioner/Finance অসি Mr. C. Doungel না ওইরম্মী। মহাক্লা তাং ২৬/১১/৮২ ইংদা Dy. C.M. দা Cabinet কী approval লৌবীনবা ফাইল অদু put-up তৌখি। Dy. C.M. না Commissioner/Finance তা discuss তৌরবা মতুংদা Dy. C.M. না C.M. দা necessary rules শিং relax তৌননবা approval C.M. Mr. Rishang দগী approval লৌননবা শীন্নখি। তাং ৩০/১১/৮২ ইংদা Mr. A. Romen না C.M. গী approval লৌখি। তাং ৪/১২/৮২ ইং থাংজ নুমীত্তা advance increment অহুম order no. 13(i)/19/78-H(pt) dt. 4.12.82 গী মতুংইন্না sanction তৌখ। মতৌ অসুম্না ঐহাক হান্নগী advance increment অনী অদু থারগা advance increment মঙা ফংখি।

তাং ১০/১২/৮২ ইং ইরাই নুমীত্তা Mr. Risang Keishing গী সরকার অদু state minister মরি হাপচিন্দুনা চাওথোকহনখি। মখোয়শিং অদুদি :- পি. অচৌ, এম. ইবোতোম্বী, থাঙ্খলিয়ান কুকি অমসুং অমুচৌ মখোয় মরিনি।

তাং ১/১/৮৩ ইংগী নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা মশক খঙদবা মীওইনা constable Islamuddin কৌবা অতৌখোং খুঙ্গংগী মীওই অমা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মীহাৎ অদুগী মতাংদা ৱাঙ্গোয় হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা ওঝা ওইবা ঈরম শিফাইদগী এস. মীখু কৌবা নিপা অমা চিংনদুনা ফাখি। তাং ৪/১/৮৩ ইংদা মহাকপু ঐনা interrogation তৌবদা ইরম সিফাইগী S. Biren কৌবা নিপা অমা চেন্নে হায়বা

খঙখি। তাং ৬/১/৮৩ ইংদা Oinam Gopal কৌবা চরাংপাত্তগী extremist অদুগী মথক্তা NSA দা detain তৌননবা report নচিংবা draft লোইখি।

তাং ৭/১/৮২ ইংগী নুংথিল পুং ৪ মি: ১৫ রোম তাবদা Maj. (Retd.) A.K. Nillakomol Singh মীওই অনীনা তখেললৈকাই মপাদা Tiddim Road তা Rickshaw তোংদুনা লাকপদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ২৮/১/৮৩ ইং ইরাই নুমীত্তা SP/City Control ওইনা পোষ্টিং তৌদুনা লৈবা Shri B.P.M. Chandra হৌখিবা অহিংদা heart fail ওইদুনা লৈখিদ্রে হায়না পাও ফংখি। তাং ৩/২/৮২ ইংদা Ex-Chief Minister Md. Allimuddin expire ওইখি। Half Holiday থাদুনা য়ুমদা ঙন্না হল্লকখি। তাং ২৫/৫/৮৩ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা Central District Imphal গী মনুং চন্না লৈরম্বা তম্পাক্কী Sub-division অনী হায়বদী থৌবাল অমসুং বিষেনপুর মপুঙ ফাবা District অমমম ওইনা শঙ্গাখি। থৌবালা District কী area 405 Sq.km নী অমসুং বিষেনপুরগীনা 530 Sq. km. নি। মতম অদুগী মীশীঙনা থৌবালগী 2,31,781 অমসুং বিষেনপুরগী না 1,41,150 নি। ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস অসি নুমিৎ অদুদগী খংপীক পীকথখি।

ঐহাক্কা state CID অমসুং ইম্ফাল District তা থবক তৌমিন্নরম্বা শ্রী সরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ মতম অদুগী SP(V), তাং ৩১/৫/৮৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Expire ওইদুনা মাগী quarter বাবুপাড়াদগী ময়ুম চিঙামখা চনম পুখ্রী মপান্দা পুরক্কুনা নম্বুল তুরেলদা পোৎলোইখি। তাং ২/৬/৮৩ ইং শগোলশেন নুমীত্তা মতম অদুগী SP Th. Karunamaya না মহাক্কী ময়ুমদা নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবদা Brg. Jingol অমসুং Addl S.P.(C) A. Romenkumar ঐখোয় অহুমখক্তগী ওইবা পার্টি অমা শীনখি। হায়রিবা নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা extremist গী over ground Laishram Lalit of Khagempalli বু কৈশামথোং লাইশোম লৈরক মপাদা নম্বুল মপান্দা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ১১/৬/৮৩ ইং থাংজ নুমীৎকী নুমিদাংদা 2nd MR গী CDO ৱাঙ্গোইদা পোষ্টিং লৈবদগী sten-gun অমা Konjengbam Ibopishak @ Angangpishak কৌবা মীওই অমদগী হুরানখি। অমসুং CDO দগী চেনখি। তাং ১২/৬/৮৩ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা শ্রী শরাংথেম ইবোতোম্বীগী শ্রাধা নুমীৎনি। ঐহাক শ্রাধা অদু য়াওখি। নুমিৎ অদুদা মমিং চৎপা extremist Chaoba @H. Yaima@Natonjao of Bishenpur Army না লীৱা Road তগী ফাখি। হায়রিবা নুপা অদু ঐহাক্না তাং ১৩/৬/৮৩ ইংদগী তাং ২২/৬/৮৩ ইং ফাওবা নুংতিগী interrogation তৌদুনা Arms & ammunication, bomb নচিংবা কয়ামরুম recover তৌখি। Organisation গী অকুপ্পা net-work কয়াসু খঙদোকখি। তাং ২৪/৬/৮৩ ইংদা bail দা থাদোক্লবা extremist গী মীওই পুম্নমক invite তৌদুনা সি এম গা 2nd M.R. দা উন্নদুনা মিটিং অমা পাঙথোকখি। নুমীৎ অদুদা চাকলেন অমসু শীনখি। তাং ১১/৬/৮৩ ইংদা 2nd M.R. CDO/Wangoi দগী হুরানখিবা carbine sten gun অদু পুদুনা R/M Md. Nahatomba না CID দা তাং ২৬/৬/৮৩ ইংদা সরেন্দর তৌরকখি। হায়রিবা মীওই অদু ঐঙোন্দা শিন্নরক্কুনা ঐনা interrogation তৌখি। তাং ১৪/৭/৮৩ ইংদা PREPAK কী মীওই অনী S. Romesh অমসুং Devananda ঐঙোন্দা পীরক্কুনা interrogation

তৌখি। খ্বাইদগী মরু ওইবা মীওই NSCN গী army commander ওইবা S/S Captin Wungmatem@Atem Tangkhul হায়বা নীপা অদুসু নুমীৎ কয়ানিমরুম interrogation তৌখি। তাং ১৫/৭/৮৩ ইংদা মহাক্কী interrogation চথখি। নোংঙানবা তাং ১৬/৭/৮৩৩ ইংদসু অয়ুক্তদগী নুমিদাং অথেংবা ফাওবা interrogation তৌখি।

তাং ১৭/৭/৮৩ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা PREPAK কী leader Wanglen অমসুং মহাক্কা লোয়নবা সনাতোম্বা কৌবা অমগা নুংথিল পুং ৪ তাবদা ক্বাকেথেল মনীংদগী ফাখি। মঙোন্দগী 9mm গী pistol অমা ফংখি। মহাক্কী অশেংবা মমিংদি S. Ibomcha কৌই। মোংশাঙ্গেদগীনি। Interrogation তৌরবা মতুংদা ষ্টেন গন অমনে, রাইফল অমনে অহিংদা খয়াম বজারগী মফম অমদগী রিকোভর তৌখি। তেরা পীশক্তা PREPAK কী মীওই অনী অমসু মহাক্কা হাংখ্রে হায়বা খঙখি।

Wanglen@S. Ibomcha interrogation তৌবা অদু ফাবা নুমীত্তগী তাং ২০/৭/৮৩ ইং ফাওবা লেপ্তুনা অহিং নুংথিল খাক্তনা চথদুনা মহাক্কী activities, PREPAK কী মরুওইবা মীওইশিং, মখোয়গী তুংগী প্লান অসিনচিংবা খঙবা য়াবা খঙদোকখি। মরক অসিদা KH. Joykishan কৌবা extremist গী মীওই অমসু সরেন্দর তৌরকখি। সরেন্দর তৌরকপা মীওইশিংগী অশেংবা মোটিভ খঙদোক্নবা হোৎনবা মতম য়াম্না চঙই। চুম্নগী ফারকপা মীওইগা মখোয়গা ইন্ট্রোগেসন তৌবগী মওং য়াম্না খেন্নে। অদুনা ঐহাক য়াম্না চিনবা হায়বদু ওইদুনতা লৈ। তাং ২৪/৬/৮৩ ইংদা লাংমৈদোং হায়বা খুঙ্গং অদুগী মীওই অমগী অরৈবা সনাগী লীক কোন PREPAK কী মীওইনা loot তৌখি হায়বা interrogation দগী খঙলকপদগী থৌদোক অদুদা চেন্নবা মীওই খরা ফাগৎখি। মখোয়গী মনুংদা হৈনৌ খোংনেম্বীদগী Ingocha, তেরাদগী A. Naobi Devi, সনাতোম্বী সিংহ অসি ফাগৎখি। তাং ২৩/৭/৮৩ ইংদগী তাং ৩০/৭/৮৩ ইং ফাওবা নুংতিগী অয়ুক্তগী নুমিদাং অথেংবা ফাওবা interrogation তৌদুনা PREPAK অমসুং PLA গী অরোনবা থৌদোক কয়া মরুম খঙদোকপা ঙমখি।

মরক অসিদা ঐগী ইচা নুপী সুজাতাগী HSLC Exam. গী result তাং ২৮/৭/৮৩ ইংদা খঙবা ঙমখি। মহাক 2nd Divns. দা pass তৌরে। Little Flower School দা Class IX Pass তৌরগা Class X কান্দুনা HSLC Exam. থাবনি। তাং ১/৮/৮৩ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মহাক্কী Mark-Sheet ফংখি।

তাং ১/৮/৮৩ ইংদা CM's police Medal for outstanding service ঐঙোন্দা পীবিনবগীদমক police department তগী recommend তৌখ্রে হায়বা পাও তাখি।

IGP না ঐঙোন্দা ওকসন সেলদগী allot তৌবীদুনা পীখিবা Department কী condemned jeep MNP 7393 অদু লনাইগী ওইনা শীজিন্নদুনা শেল-খরা তানবা য়াত্রা য়েংননবগীদমক তাং ২/৮/৮৩ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Mr. Manikchand দগী tailor ব্বায়রগা ড্রাইভর ইবোচাগা লোয়ননা ইচানুপা জীতেনগা Iwan village দা থাখি।

তাং ৯/৮/৮৩ ইংদা লাংমৈদোং খুঙ্গংদগী ইঙোবী কৌবা underground extremist অমা CID দা surrender তৌখি। মহাক অদু নুমীৎ অদুমক্তদা interrogation চখৎখি।

তাং ১৩/৮/৮৩ ইং 'মর্তিয়ারস ডে' থাংজ নুমীত্তা ঐঙোন্দা CM's police medal for outstanding service পীরে হায়না লাউথোকখি। Govt. order no. না 14/12 (x) 78-H dt. 12/8/83 নি। Medal গা লোয়ননা C.M. গী award লু: ৪০০০ সু য়াওই। মদু তাং 25/8/83 ইংদা ফংখি।

1983 Sept. থা হৌগৎলকপদা PHED official খরগী মথক্তা G.I. tube (pipe) অমসুং joist pole theft case গী মতাংদা কেস অমা রেজিষ্ট্রার তৌখি। কেশ অদুগী শন্নপ্পা ৱারীদি হায়রিবা G.I. Tube অমসুং joist pole অদু মপান্দগী পুরক্লগা সপ্লায়র খরনা PHED দা সপ্লাই তৌবনি। সপ্লায়রশিং অদুগী modust operandı দী মালশিং অদু Guwahati দগী লৌরুরে অদুগা PHED গী Godown দা deposit তৌরে। Contractor দা মালশিং অদু দিপার্টমেন্টনা ইশু তৌরে। ইশু তৌরিবা পোৎশিং অদু worksite য়ৌদনা contractor না supplier দা য়োল্লে। Guwahati দগী পুরকপা শাদুনা supplyer না অমুক PHED godown দা deposite তৌরে। মতৌ অসুম্না গাড়ী load কয়ামরুম গুৱাহাতিদগী পুরক্লবা মতুংদা মমৈদদী supplyer না মপান্দগী লৌরুদ্রে। Contractor তগী অতাবা মমলদা লৌরে। অসুম্না rotation দা থবক অমত্তা তৌদনা supplyer নে, contractor নে, department নে য়ানরগা গর্ভনমেন্টকী য়ামখ্রবা পৈশা লোইশিনখি। হায়রিবা conspirracy অদু কেশ অদুগী investigation দা থিগৎপদগী ঐহাক্না পুথোকখিবনী। কেস অদুগী মতাংদা supplyer ওইবা Imphal Steel House কী Marwari অমা G.I. Tube লৌথোক্লম্বা মীওই অনী অমসুং PHED গী employee কয়ামরুম interrogation তৌখি। কেস অদু তাং ৬/৯/৮৩ ইংগী তাং ১৫/৯/৮৩ ইং ফাওবা লেপ্তুনা চখদুনা misappropriate তৌরগা লোত্তুনা থম্লম্বা G,I. Tube কয়ামরুম ফাগৎখি। চেন্নবা মীওই খরসু ফাদুনা remand তৌখি।

ঐগী ওফিস অদু য়াম্না চিন্না অমদী মওং মরিল তাদবা ওইবনা interrogation তৌবদা মখা থংবা মায়কৈ অদোমদা শোরোক্না তাইনবা ৱাল অদুতনা খনবনা য়াম্না safe ওইদে। অদুনা ঐনা হায়জদুনা DIG(R) Mr. W. Damoder গী ওফিস ওইরম্বা SP(C) গী office block অদুগী নোংচুপ ইথং থংবা কা অদুদা তাং ৬/১০/৮৩ ইং শগোলশেন নুমীত্তগী হোংজিল্লে। মপানগী কাদনা ঐগী staff না occupy তৌরগা মনুংগী কাদনা ঐগী ওইরে।

তাং ৮/১০/৮৩ ইংদা K.C.P. গী leader K. Binoy interrogatıon তৌখি।

তাং ১৫/১০/৮৩ ইং, থাংজ নুমীত্তা ঐগী ইচা নুপী সুজতা জি পি ৱুমেন্স কোলেজদা পি.ইউ.(Sc.) দা মিং চনখি।

তাং ২৬/১০/৮৩ ইংগী নুংথিল পুং ৩ মি:১৫ তাবদা Dewllahland দা পুলিসনা ওপরেসন চখৎবদা PLA গী Th. Brajamanı Sharma কৌবা অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। তাং ৩/১১/৮২ ইংগী নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা PREPAK কী লাবঙ্গা অমসুং লাংদোন দেবী অর্মিনা সারৌথেলদগী ফাখি অমসুং

পুলিসতা শিন্নরকখি। ঐনা মখোয় অনীবু interrogation তৌদুনা মখোয়গী অমসুং PREPAK কী activity খঙদোকখি।

তাং ৬/১/৮৪ ইং ঐহাক নুমিদাং বারো মতুং ফাওবা extremist গী ওইবা মণিপুর পুম্নমক্কী ওইনা statement অমা Home Minister দা submit তৌননবা শেমখি। তাং ৮/১/৮৪ ইংদা Minister/Home Affaris Mr. P. Venkata Subbaia লোয়ননা Spl. Secy. / Home PP Nayar, Jt. Secy. / H RV Pillai অমসুং Mr. A Jayaraman - PSW Home Minister ইম্ফালদা থুংলখি অমসুং Law and Order গী মতাংদা High Level মিতিং পাঙথোকখি। তাং ৯/১/৮৪ ইংদা Thumin Anal কৌবা NSCN গী লিডর অমা NSA দা detain তৌননবা দোসিয়ার শেমখি। মহাক্কা লোয়ননা পি এল এগী মীওই অমগীসু ডোসিয়ার শেম্বদা নুমীৎচুপ্পগী মতম চঙখি।

তাং ৩০/১১/৮৪ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পূং ৯ রোম তাবদা Naga Chadar ইনবা মীওই অনীনা Mr. Yangmasho Shaiza, Ex-CM/Manipur বু নাগারামদা লৈবা মহাক্কী য়ুমগী শুমাংদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। হায়রিবা কেশ অদুগী মতাংদা ঐহাক অহিং-নুমিদাং খাক্তনা চিনখি। তাং৩১/১/৮৪ ইং ফাওবদা তাঙ্খুল ৮২ interrogation তৌখি। PIB গী মীওই কয়া অমসু interrogation তৌখি। তাং ৩/২/৮৪ ইংাদ কেশ অদুগী মতাংদা IGP গীদা পুং ৩ দা মীতিং য়াওখি। নুমীৎ অদুদা PIB গী মেম্বরশিংগী মথক্তা এনএসএ দা detain তৌননবগী action লৌননবা শীন্নখি। অদুনা নুমীৎ কয়ানিমুক ঐহাক মায়-মীৎ খঙদবমখৈ PIB মেম্বরশিংগী মথক্তা detention গী dossier শেমখি।

তাং ৯/২/৮৪ ইংদা ঐহাক অমসুং SP/Impal সি.এম. না কৌদুনা মিটিং অমা য়াওরুই। নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবদা Mr Bashu, Chief Secretary গী gun-man const. Iboton of CID দগী service revolver শকখংদবা মীওইনা মুন্দুনা লৌখি। তাং ২১/২/৮৪ ইংদনা MLA Manihar গী gun man গী revolver সু শকখঙদবা মীওইশিংনা gun-point তা মুনখি।

তাং ৩/৩/৮৪ ইংদগী তাং ৫/৩/৮৪ ইং ফাওবা ভারতকী রাষ্ট্রপতি, মণিপুরদা লাক্তুনা লৈরগনি হায়বগী পাও মতুংইন্না পুলিসকী Security arrangement শেম্মনবা ঐঙোন্দা শিন্নখি। মরম অদুনা তাং ২৬/২/৮৪ ইংদগী অহিং নুংথিল খাক্তনা draft arrangement শেমখি।

তাং ১৪/৩/৮৪ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুংথিল পূং ৩ রোম তাবদা হৈরাঙ্গোইথোং বোলিবোল গ্রাউন্দা volly-ball টুর্নামেন্টকী final match চৎথরিঙৈদা extremist কী মীওই খরনা কৈবুংদা পোষ্ট তৌদুনা লৈবা CRPF কী মীওই খরা খুৎলাইগা লোয়ননা volley ball match অদু য়েংলিঙৈদা নোংমৈনা কাপ্পগা খুৎলাই মুনখি। অদুদগী CRPF কী কাংবুনা পোষ্টতগী চেন্থোরক্লগা মীয়াম মরক্তা নোংমৈ কাপশিনবদা অঙাং য়াওনা মেটচ অদু য়েংলম্বা মীওই কয়া মরুম গুলিনা পান্দুনা নম্বুল তুরেল মপান গ্রউন্দগী মনাক্তা তা-তাদুনা শিখিরম্মী। মকোক থোংবা ওফিসারশিং অমসুং মন্ত্রী তোম্পোক য়াওনা চেনশিনখি। ঐসু মফম অদু তান্না চেনশিল্লুই। হৈরাংগোয় থোংগী মখাদা মীওই কয়ামরুম পাকথদুনা লৈরমখি। অশিবা

মীওই কয়ানা মফম মফমদা তাদুনা লৈরমখি। থৌদোক অদু পুন্সিদা খ্বাইদগী পুক্নীং শোক্নীংঙাই ওইবা দৃশ্য হায়বদু ওইখি।

তাং ১০/৪/৮৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা মন্ত্রি রাজমোহোন ফঙ্কসন অমগী চীফ গেষ্ট ওইনা ৱাঙ্গোই কোসমো গ্রাউন্দদা চৎপদা মহাক্কী guard তৌদুনা চৎপা 2nd M.R. গী Rifle man অনী extremist না কাপথরগা মখোয়না পায়বা sten gun অমনে রাইফল অমনে loot তৌখি।

তাং ২১/৪/৮৪ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐগী য়ুম শাবগী additional service loan ওইনা লুপা ৮,০০০/- খক লৌথোকখি।

তাং ১০/৫/৮৪ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ রোম তাবদা কোদোমপোকপীদা Komol কৌবা নুপা অমনা লাইহৰাওবা য়েংলিঙৈদা শকখঙদবা মীওই অমনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। কোদোমপোকপীদা অর্মিনা PLA গী কেম্প থুগায়বগী মতাংদা ওইরম্বা য়াই খন্নখি। তাং ১৮/৫/৮৪ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ রোম তাবদা তখেল্লম্বম হেম্লিপ কৌবা কোংপাল চীংঙাংবম লৈকাইদগী মীওই অমা লমলোং বজারদা সাইকল তোংদুনা লাকপা মীওই অনীনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২০/৫/৮৪ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা অয়ুক পুং ৭.৪৫ তা ওফিস কারগা extremist গী অফাবা মীওই অহুম interrogation তৌখি। নুমীৎ অদুদা Dy. Secy(DP) দিজোবীনা ঐঙোন্দা তেলেফোন তৌরগা ঐগী promotion গী মতাংদা উন্ননীংই হায়রকখি অদুবু ঐহাক ময়ুমদা চৎখিদে। তাং ২৩/৫/৮৪ ইং য়ুমশকৈমা নুমীত্তা ঐগী staff তা য়াম্না মরুওইবা মীওই S.I. L. Ibopishak Singh গী লুহোংবা নুমীৎ ওইখি। নুমীৎ অদুদা ঐনা মঙোন্দা লু: ৫০০, পোৎপাং, পীখি।

তাং ৩০/৫/৮৪ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐহাক Addl. SP(R) ওইনা promotion পীখি। Order No. না 21/12/84 -IPS/IP dt 30.5.84 নি। নুমীৎ অসিমক্কী afternoon দা Addl. SP গী charge লৌখি।

তাং ১১/৬/৮৪ ইংগী অয়ুক পুং ৯ রোম তাবদা খুৎলাই পায়বা মীওই অনীখক্না Singh&Co. Oil Depo দগী লু: ৩৯,৯৭২/-rob তৌখি। তাং ১৯/৬/৮৪ ইংদনা Churachandpr SBI Bank তগী খুৎলাই পায়বা নহারোল খরনা লুপা ৪,৩২,৬০৫/- খক লুট তৌখি। তাং ২৬/৬/৮৪ ইংদনা Jalan Provision মনাক্তা Non-Manpuri মীওই অমা শকখঙদবা মীওইনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। CCP SBI decoity গী মতাংদা চিংনবা মীওই কয়ামরুম ঐঙোন্দা পুরক্নুনা interrogation তৌখি মদু তাং ৯/৭/৮৪ ইংদগী হৌখি।

তাং ১১/৭/৮৪ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তগী ঐঙোন্দা w/t set attach তৌবা অমসুং flag-post হাপ্পা jeep MNG 1012 allot তৌখি। হান্নগী jeep MNG 314 না ঐগী 2nd jeep ওইনা escort কীদমক পীখি।

তাং ২৬/৭/৮৪ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাংৱাই ঐনা ওফিসতগী হল্লকপা মতমদা হুয়েন লানপাও খবরগী ইডিতর S. Bharatbhusan অমসুং থোল্লাও খবরগী Asst. Editor Deben মখোয় অনী

ঐগা উন্নগনি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। নুমিদাং অদু ঐগীদা Olympic য়েংনীংবদগী অহানবা ওইনা মণিপুরদা টি.ভি. লৈনবা হৌখিবনি। অহানবা টি.ভি. ষ্টেসন লৈবসু মতম অদুদা হৌখি। ইচা নুপী অনীনা Editor Bharat Bhusan দা Black and White টিভি অমা লৈননবা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু হায়না pressure পীবদগী মহাকনা শীনবিদুনা instalment basis তা T.V. অমা Tele Rama 51cm. / Sl. No. 11557 মমল লুপা ৩৭৫০/- দা অব্রাং দুকান্দগী তাং ২৮/৭/৮৪ ইং থাংজ নুমীত্তা লৌখি। Advance ওইনা লুপা ২৫০০, থীখি। মদু ভারত ভুসোন্না লুপা: ১০০০, S.I. Tomba না লুপা ১,০০০ অমসুং ঐনা লুপা ৫০০ পুথোক্তুনা থীখিবনি। বেরা তৌরক্তুনা টিভি অদু অনৌবা Telerama Supreme sl. no. 12103 তাং ২৯/৭/৮৪ ইংদা শিনখি। M/S Virdi, Radio Store গী অব্রাংপা পৈশা অদু তাং ৩/৮/৮৪ ইংদা পীখি। Bharat Bhusan গী পৈশা অদুনা তাং ৩/৯/৮ ইংদা শিংখি। অদুগা S.I. Tomba গীনা তাং ১৫/৯/৮৪ ইংদা শিংখি।

তাং ১২/৯/৮৪ ইংদা থাংমৈবন্দা Marjit কৌবা পাখং অমা হাৎলগা থনমখি অমসুং মদুগী মতাংদা অকনবা ইনক্কারি তৌখি।

Protocol গী মতুংইন্না গর্ভনরনা চৎপা খুদীংদা SP না নত্রগা Addl. SP. না লোয়নফম থোকই। ঐনা Addl. S.P. হেক ওইবদগী গর্ভনরগী মতুং ইনবগী থবক অসি ঐঙোন্দা হাপচিল্লে। অদুনা ঐগী চিল্লবা routine work কী মথক্তা Governor না চৎপা খুদীংমক্তা ইন্নবা তারম্মী।

তাং ১৫/৩/৮৫ ইং ইরাই নুমীৎ নুমিদাং পুং ৮.৪৫ মি তাবা মতমদা শিংজমৈ ব্রাংমা ক্ষেত্রি লৈকাইদা থাবল চোংফম অমগী মনাক্তা শকখংদবশিংনা বোম অমা পোকথাইহন্দুনা মীওই অনি শিখি অমসুং মীওই ৭ না অশোক অপন নংখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা অকনবা investigation চখখি। তাং ১৫/৪/৮৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৯ রোম তাবদা Sing & Co. Petrol Pump মনাক্তগী extremist গী মীওই খরনা pump অদুগী cashier দগী লুপা ৯৩,২৫৬ লুট তৌখি। Cashier অমসুং driver অশোক অপন নংখি। ক্রাইম অদুগী মতাংদা অকনবা investigation চখখি। Sing & Co. Petrol Pump তগী শেল লাকপগী মতাংদা UNLF গী মেম্বর H. Nillakanta S/o Selungba of Pishum Oinam Leikai দগী পাখং অমা involve তৌরে হায়বসি তাং ১৪/৪/৮৫ ইংদা খঙবা ঙমখি। মহাক তাং ১৫/৪/৮৫ ইংগী থৌদোক অদুদা মখোয় মশেনগী নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা শোকখি হায়বসু খঙবা ঙমখি। মহাকপু ফাননবা হোৎনখি। মহাক্কী মচে কুমারী বোরকৈন্যা কৌবী অমসু থৌদোক অদুদা য়াওই হায়বসি খঙখি। তাং ১৮/৪/৮৫ ইংগী অয়ুক পুং ৪ দা মহাকপু ফাদুনা interrogation চখখি। মরক অসিদা Vice-President of India মণিপুরদা তাং ২৩/৪/৮৫ ইংদা লাক্কনি হায়বদগী তাং ২০/৪/৮৫ ইংদগী হৌনা অহিং নুংথিল খাক্তনা সেক্যুরিটি arrangement draft তৌখি। তাং ২৫/৪/৮৫ ইংগী নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবদা মীওই খরনা নিংথেম পুখ্রী মপান্দা লৈবা হঞ্জবম অরুন শর্ম্মা কৌবা পাখং অমা sten-gun না কাপ্পদা মরু অনী পান্দুনা hospital দা পুখৎখি। Miscreant অমসু Sten-gun না পান্দুনা কোংপালদা লৈবা

Dr. Basanta দা পুদুনা 1st aid লৌখি। মখোয়না তোংলকপা সাইকল অমসু recover তৌখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা মরী লৈনবা মীওই খুদীংমক statement লৌখি।

তাং ২৭/৪/৮৫ ইং থাংজ নুমীত্তগী হৌদুনা মণিপুরদা লৈবা telephone খুদীংমক dail system দা ওন্থোকপা হৌখি। Panchayat Election গীদমক পুলিস arrangement শেম্বা তাং ২/৫/৮৫ ইংদগী হৌদুনা অমুকসু অহিং নুংথিল নাইদনা চিনখি। তাং ৪/৫/৮৫ ইংদা arrangement কী draft পুংলোই লোইখি।

Service কা মরী শুকলৈ লৈনদবা থৌদোক অমদা ইমুং মনুংগী ওইনা পুক্নীংদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকহনবা থৌদোক অমা লৈখি। তাং ১/৫/৮৫ ইংদগী হৌদুনা মশক খঙদবা মীওই অমনা নুংতিগী telephone দা অকাম অপোৎ ঙাঙদুনা নুংঙাইহল্লমদে। তাং ৮/৫/৮৫ ইং অমসুং তাং ৯/৪/৮৫ ইংদসু মতৌ অসুম্না ৱাচোম কয়ামরুম টেলিফোনদা ঙাঙলকখি। তাং ১০/৫/৮৫ ইংদগী মীওই অদু পিশুম ওইনাম লৈকাইগী অবুং হায়বদুনী হায়বা খঙখি। মপাদা ঐনা হায়দুনা তাং ২৪/৫/৮৫ ইং ইরাই নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ৪৫ দা মপানা পুথোক্লুনা লাল্লে হায়জখি। অদুগী মতুংদগীদি খোনচোপ শীজিন্নদুনা টেলিফোন তৌবা লেপখি।

তাং ১০/৬/৮৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইখঙ খঙহৌদনা SP/Imphal Mr. Th. Karunamaya. 2nd M.R. গী C.O. ওইনা transfer তৌখ্রে মহাক্কী মহুত্তা SP/SPT Mr. A. Pradeep না SP/Imphal ওইনা লাকপা তাখি। তাং ১২/৬/৮৫ ইংদা Mr. A. Pradeep না SP/Imphal ওইনা চার্জ লৌখি।

তাং ১৭/৭/৮৫ ইংগী নুমিদাংৱাইদা Maj. Sharma of 6 PERA, মাগী Mrs. অমসুং মচা অনীগা লোয়ননা ঐগী য়ুমদা কোয়রকখি। Military Officer শিংগী মরক্তা ঐগা তিন্নবশিং খরা লৈ। মহাকসু অমনি। অদুনা মহাক ঐগীদা family গা লোয়ননা কোয়রকপনি। ঐনা অচম্বা dinner অমা শীন্দুনা চাক চামিন্নখি। মহাক্কী Mrs. অদুসু Army দা Major ওইনা থবক তৌবনি।

July থাদা Maibam Leikai গী Dr. L. Kokil Singh দগী extremist গী মীওই খরনা robbery অমা তৌখি। Case No না F.I.R. No. ২৯৭(৭) ৮৫ SJM P.S. u/s 392 IPC and 25 A. Act নি। Case অদুগী মতাংদা তাং ১৮/৭/৮৫ ইংদা ঐনা পাউ অমা ফংদুনা O/C SJM PS তা suspect N. Robindra কৌবা Maibam Leikai গী মীওই অমা ফাননবা হায়খি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদা O/C SJM না N. Robindra ফাখি। তাং ১৯/৭/৮৫ ইংদা N. Robindra ঐনা interrogation তৌখি অমসুং case অদু detect তৌখি। Crime অদু N. Robindra গা লোয়ননা Sunil কৌবা অমা Ibohal কৌবা অমা মখোয় অহুম্না তৌবনী হায়বা খঙখি। তাং ২২/৭/৮৫ ইংদা KCP leader K. Binoy উন্নখি। মহাক মমৈদা MLA Khundrakpam ওইখি অমসুং মন্ত্রী ফাওবা ওইরকখি। মাগী পাউদগী UNLF গী মীওই Leisangthem Sanayaima কৌবা অমা কিয়ামগৈদগী ফাদুনা তাং ২৪/৭/৮৪ ইংদা interrogation তৌবদগী UNLF কী মীওই কয়ামরুম ফাগৎপা ঙমখি। মখোয়গী মনুংদা Samom Kirti @Ito (36) of Keisampat Leimajum Leikai, Maisnam

Subhaschandra, ৱাংখৈ থাঙ্গপাৎ মপান্দগী মাইপাক (২২) S/o Biren অমসুং Nongmaithem Lalcha@Birjit (20) s/o Ibopishak অসিনচিংবনি। S. Kırti@Ito interrogation তৌবদগী খঙবা ঙমখি - UNLF leader R.K. Meghen, Kh. Tomba অমসুং Jayanta February 1985 তা NSCN গী GHQ গীদমক মণিপুর থাদোকখি। April 1995 তা NSCN গী Messanger অমা R.K. Meghen না ইম্ফালদা থারকখি অমসুং মহাক Kachin চৎকনি লুপা ৫০,০০০ থুনামক পীরকউ হায়রকই। মরম অদুদগী Maıpak, Lalcha অমসুং H. Nillakanta না তাং ১৫/৪/৮৫ ইংদা Sing & Co. Petrol Pump তগী লুপা ৯৩,২৫৬ লাকখি অদুগা লুপা ৮০,০০০/- NSCN Messanger দা পীখি। লুপা ১০,০০০/- না কুমারী বোরকৈন্যনা থমজিনখি। অদুগী মমাংদা Feb. 1985 তা Maipak অমসুং নিল্লকান্তনা North AOC দগী robbery তৌদুনা লুপা কয়ামরুম লৌখি। মদু R.K. Meghen না GHQ চৎপদা পুখি।

তাং ২৮/৭/৮৫ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ময়ায় কোইবীদগী Fake currency note কয়ামরুম detect তৌখি। কেস অদুগী মতাংদা L. Nabachandra of Naga Mapal Imphal, One Thoıba, K. Bırachandra Sharma অমসুং Angom Shyam Sıngh মখোয় মরি ফাখি। মখোয়দগী fake currency note of Rs. 34,200/- recover তৌখি।

ইম্ফালদা বঙ্গলাদেশতগী foreigner কয়ামরুম খ্বাই বাজারগী অকোয়বদা শাইদাংদুনা লৈরে হায়বা পাও ফংবদগী তাং ২৯ অমসুং ৩০ July 1985 তা নাগা মপাল উরীপোক্লচিংবা মফমদা ভারাদা লৈবা Non-Manipurı ১০০/২০০ ফাগত্তুনা থানাদা পুরকহল্লগা ঐনা verify তৌখি। থৌদোক অদু high authorıty দগী শাথীনা য়ানিংদবা মওং অমা লাক্কুনা চিংনবা মীওই পুম্নমক থাদোকপা তাখি। অদুগী মথক্তা তাং ৫/৮/৮৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা IGP দগী অইবা warnıng অমা ফংখি। অসুম্না পুকচেল শেংনা, অফবা থবক্লী খন্দুনা চথরুবা থবক্কীসু মীৱা মীশা লাংখি।

তাং ৮/৮/৮৫ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৭ মি: ৪৫ রোম তাবদা Ex. Fınance Mınıster L. Solomon শকখংদবা তাংখুল পাখং অহুম্না Dewlahland দা লৈবা মাগী ময়ুমদা কাপ্পুনা হাৎখি।

IGP Mr. J.S. Kand মণিপুরদগী transfer তৌখিদুনা তাং ১৯/৮/৮৫ ইংদা DIG (R) Shri L. Jugeswar দা চার্জ শীন্নখি।

তাং ২/৯/৮৫ ইংদা S.I. Arunglei দা issue তৌবা Service revolver অমা মাগী New Checkon দা লৈবা rented house তগী হুরানখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা নুমিৎচুপ্পা enquiry তৌখি। নুমীৎ অদুমক্তদা NCC Office থাংমৈবন্দগী cashier দগী শকখংদবশিংনা লুপা ৯০০০ দগী হেন্না লাকখি।

তাং ৯/৯/৮৫ ইংদা SP/Imphal না কৌদুনা অয়ুক পুং ৭ মি: ৫ দা office তা চৎখি। তাং ১২/৯/৮৫ ইংদা India গী Prime Minister Manipur দা visit তৌগনি অদুনা Security arrangement draft

তৌননবা হায়খি। পুলিস arrangement কী draft তৌবদা নুমীৎ অদুদগীনা নোংঙানবা তাং ১০/৯/৮৫ ইংগী নোংয়াই ফাওবা হোৎনখি।

তাং ১২/৯/৮৫ ইংদা P.M. India গী visit অদু য়েথোকখিদুনা তাং ৫/১০/৮৫ ইং দা President of India গী visit লেপখি। মদুগী পুলিস arrangement SP/Imphal Shri A. Pradeep মশামক্তা শেমখি। অদুবু arrangement অদু ইনৌ নৌনা অমুক শেম্লনবা তাং ২/১০/৮৫ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ দা DIG(R) না মখুৎমক্তা ঐঙোন্দা শিন্নখি। নুমীৎ অদু whole night ঐহাক চাদ-তুমদনা draft তৌখি। নোংঙাল্লগা নুংথিল পুং ৩ তাবদা IGP না briefing তৌগনি হায়দুনা অশেম্বা arrangement copy পুদুনা চৎখি। তাং ৪/১০/৮৫ ইং দা police arrangement অদু rehearsal অয়ুক পুং ৯ তাবদা তৌখি। Traffic diverson গী মতাংদা ঐঙোন্দা DIG(R) অমসুং SP/Imphal না মরাল কয়ামরুম পীশিনখি। President Gyani Zail Singh তাং ৫/১০/৮৫ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০মি: ৪০ দা 4th A.R. Helipad তা থুংলখি অমসুং তাং ৬/১০/৮৫ ইংগী অয়ুক পুং ১০মি: ১৫ দা Changangei Aerodrom দগী ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ১২/১১/৮৫ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৪ রোম তাবদা 7th M.R. Post কাবোৱাকচীঙদা প্রিপাক্তা attack তৌখি। Post অদুগী সন্ত্রি তাবা রাইফলমেন অদু নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি। PREPAK কী leader R.K. Tullachandra না লুচিংদুনা টাটা গাড়ি অমদা লাকখি। থৌদোক অদুদা RK. Tullachandra নোংমৈনা পান্দুনা শীখি। Tata গাড়ী অদু Iram Siphai দা লৈবা জুগিন্দ্রো কৌবা অমদগী হায়জেক তৌরকপনি। অহিংচুপ্পা থৌদোক অদুগী মতাংদা enquiry চত্থখি।

তাং ১৪/১১/৮৫ ইং নীংঙোল চাক্কৌবা নুমীৎনি। সি.এম. না Chief Guest ওইদুনা Pologround দা Children's Day সু পাঙথোকখি মদুদা ঐহাক অয়ুক পুং ৭ তগী duty তাখি। অয়ুক পুং ৯ তাবদা খুরায় সাজোর লৈকাইদা লাইরৌগী লম খৎনদুনা অচৌবা ইরাং অমা থোকখি। মফম অদুদা ঐহাক law and order মেনতেন তৌবা পুং ৯ দা চৎখি। পুং ৩ লোম তাবদা ইরাং অদু লাকশিনখি। অসুম্না নুমীৎ চুপ্পা ঐহাক য়াম্না চিনখি।

PREPAK কী ৱাংলেন ফাবগী মতাংদা তাং ১৮/১১/৮৫ ইংগী নুমিদাংদগী তাং ১৯/২১/৮৫ ইং ফাওবা অঙকপা ফংনা চিনখি। মরক অদুদা অয়ুক পুং ৯ দগী 1st MR দা Crime meeting য়াওদুনা পুং ১১ ফাওবা ওফিসার মেসতা লৈখি। হেক লোইবদা Addl. Session Judge (1) গীদা Bhowmik murder case গী মতাংদা evidence পীবা চৎখি।

তাং ২/১২/৮৫ ইংদা শকখঙদবা মীওই খরনা CPWD ওফিসতগী লুপা ৩৬,০০০/- গন পোইনটতা লাকখি। মদুগী মতাংদা Ch. Bhupen কৌবা নাওরেম চিথেক্তগী মীওই অমা ফাখি। হায়রিবা নুপা অদু ঐহাক্তা শিংজমৈ থানাদা চত্তুনা তাং ৩/১২/৬৫ ইংদা interrogation চত্থখি। Bhowmik murder case গী evidence পীবা ঐহাক court তা ১৭ লক কাখি অমসুং তাং ৫/১২/৮৫ ইংদা লোইশিনখি।

তাং ৭/১২/৮৫ ইংদা লমলাই পুলিস ষ্টেসন এটেক্ট তৌরে হায়না অহিং অথেংবদা rush তৌরুই। নোংঙাল্লকপা অয়ুক পুং ৩ তাবদা হল্লকখি। অদুগা অমুক তাং ৮/১২/৮৫ ইংগী অয়ুক পুং ১০ দা চত্তুনা অকুপ্পা enquiry চথরুই। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ১ তাবদা হল্লরুগা IGP দা report তৌখি।

তাং ১৬/১২/৮৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা 'UNISORP' কৌবা underground সংস্থান অমগী c-in-c B. Kokpı Sharma কৌবা মীওই অমা ব্রহ্মাপুর বামোন লৈকাইদগী ফাখি। মহাকপু অয়ুক পুং ১১ দগী নুমিদাং পুং ৭ ফাওবা interrogation তৌবদা মহাক্কী activities পুম্নমক confess তৌদুনা হায়দোরকখি। মঙোন্দা লৈবা খুৎলাই পুম্নমক পীরগে হায়না য়াখি। নুমিদাং অদুদা O/C Imphal P.S. অমসুং S.I. G.K. পুরগা ইশামক্লা .38 revolver মরু তরুক্কা কোন্ননা, fuse wire and carbine গী মরু ২০ মশামক্লা পুথোক্তুনা ময়ুমদগী ফাখি। নুমিদাং পুং ১১ দা হল্লকখি।

তাং ২৮/১২/৮৫ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐঙোন্দা পাও অমা ফঙখি মদুদি extremist কী মীওই L Khellemba কৌবা লৈমরামদগী নুপা অমা তৌবুল খুনগী মনাক্তা লৈবা লোক্তাক পাৎকী ফুমথক্তা লৈবা য়ুম অমদা লোত্তুনা লৈরে হায়না । হায়রিবা নুপা অদুনা Army গী Captain অমা তাং ১৮/১২/৮৫ ইংদা অরাংখুন্দা কাপ্তুনা হাৎখি হায়। মহাকপু ফাননবা ঐনা লালোং শীনখি। O/C IPS, SI G.K., S.F-3 গী ফোর্স অদু অহিংদা তৌবুল তানা থাখি। অহিংচুপ্পদু থাখ্রিবা force অদু wireless set তা মোনিতর তৌদুনা থাখিবা force অদুগা contact তৌনখি। তৌবুলদগী হিদা চৎলগা লোক্তাক্কী ফুমদা শাবা লৌশং অমদগী L. Khellemba ফাখি। তাং ২৯/১২/৮৫ ইংগী অয়ুক্তা পুং ৫ তাবদা পুরকখি। নুমীৎ অদু মহাক অমসুং harbourer প্রধান অনী interrogation তৌবদা নুমিদাং পুং ৭ তাখি।

তাং ২/১/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা Manıpur University গী Junior Cashıer Md. Ahamad Alı না SBI Branch কাঞ্চিপুরদগী লুপা ৭৮৯২/- থক কায়থোক্লুরগা হল্লকপদা লম্বীদা SBI Branch অমসুং Unıversıty ফিজিক্স ব্লোক্কী মরক্তা শকখঙদবা নোংমৈ পায়বা নহারোল মরিনা gun poınt তা পৈশা অদু লাকখ্রে হায়না report তৌরবদগী extremist শিং অদু থিবা হুম্বগী থবক চথবদা ফংবা ঙমখিদে। নুমীৎ অদুদা চিংনবা মীওই অনী Bıshajıt of Thangmeiband অমসুং Noren of Naoremthong অনী ınterrogatıon তৌখি। তাং ৪/১/৮৬ ইংদনা P. Rajen কৌবা মোংশাংগৈদগী মীওই অমা ınterro-gatıon তৌখি। তাং ৫/১/৮৬ ইংদা অর্মিনা ফাদুনা পীরকপা extremist শিংগী মথক্তা লৌখৎপা কেসশিংদা F/R হনখিবা কেস পুম্নমক্কী statement শেম্বদা নুমীৎ চুপ্পগী মতম চংখি। তাং ১০/২/৮৬ ইংদা PLA গী কর্না কৌবা মীওই অমা interrogation তৌবদা PLA না তৌখিবা ক্রাইম অনীdetect তৌখি। মদুদি (১) লমলোংদা সনা শাফমদগী সনা লাকখিবা অদু এল. লেম্বানচিংবা PLA গী মীওই খরনা তৌবানি অমসুং নিংথেম পুখ্রী মপান্দগী লুট তৌনবা হোৎনখিবনা PLA গী মীওই নিপালনি। মখোয় অদুগী মনুংদা মৈরাবা, রাজি, ভুমে, তোনি য়াওই হায়খি। ব্রান্ধোন অমগী ময়ুমদনি। তা ১৩/১/৮৬ ইংদা PLA গী কর্না কৌবা অমা অয়ুক্তগী নোংয়ায় ফাওবা ınterrogation তৌখি। Interrogation দগী খঙলকপা মতুং

ইন্না মীওই অনী হায়বদি থম্বালখোংদগী ইন্দ্রমণি অমসুং পেলেস গ্রাউন্দদগী তাতোন অনি raid তৌদুনা ফাননবা শীনখি। তাং ১৪/১/৮৬ ইংগী অঙনবা অয়ুক্তা one Olendra S/o Mohori অমসুং তাতোন ফংদদুনা মাগী মনাও ফারকখি। সরাংথেম ইন্দ্রমণি@মণি of Kongba Chanam Leikai, opposite to Thaambal Khong তাং ১৫/১/৮৬ ইংদা ফারকখি। মঙোন্দগী বোম মরি, holster অহুম অমসুং PLA literature খরা ফাখি। অথেংবা ফাওবা মখোয়বু interrogation তৌখি। তাং ১৮/১/৮৬ ইংদগী হৌদুনা police arrangement for Republic Day Celebration পায়খৎপা হৌখি। মরক অসিদা DIG(R) না Inspector Y. Imocha O/C Tml. গী মথক্তা absent ওইবগী লৌখৎপা enquiry অমা তৌননবা file অমা থারকখি। হায়রিবা inspector Y. Imocha Singh তাং ১৫/১/৮৬ ইংদা suspend তৌখ্রে অমসুং ঐগী enquiry report অদু তাং ২৯/১/৮৬ ইং ফাওবগী মনুংদা submit তৌগদবনি হায়রকখি। Departmental enquiry অদু খুদক্তা পায়খৎখি। তাং ৩০/১/৮৬ ইংদা Haoground মনাক্তা লৈবা ইথোই কৌবা নুপা অমা interrogation তৌখি। Interrogation অদুদা তাং ৯/১১/৮৫ ইংদা RMC Hospital দগী loot তৌখিবা SBBL অদু detect তৌখি। মহাক্কী statement মতুংইন্না এলাংবম লৈকাই লৈরক মচাদগী মীওই অনী হায়বদী সরৎ অমসুং শ্যাম ফাদুনা তাং ৩১/১/৮৬ ইংদা interrogation চথখি।

তাং ৯/২/৮৬ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা Khurai দা লৈবা Dr. Suren গী য়ুমদা extremist মীওই খরনা loot তৌনবা হোৎনরে তাবদগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা rush তৌখি অমসুং enquiry চথখি।

উখ্রুলগী ঙাইমু খুন্দা লৈশাবী অমা army officer অমনা rape তৌগদবগী হোৎনবদা তাং ২৪/১/৮৬ ইংদা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মদুগী মতাংদা তাং ১১/২/৮৬ ইংদা অচৌবা ইরাং অমা থোকখি। তাংখুল নুপী খরা নুপী সমাজগী মৈরা পায়বীনা মতেং পাংদুনা প্রোসেসন অমা চথখি মতাং অদুদা law and order maintain তৌননবা অকনবা থবক চথখি।

তাং ১৩/২/৮৬ ইংদা মুস্লিম পাখং অমদগী পাউ ফংখি মদুদি পোরোম্পাত্তা লৈবা Md. Mastan কৌবা মীওই অমা revolver অমা পায়রে। মদু থিগৎনবগীদমক Md. Masten ফাখি অমসুং মঙোন্দগী .38 revolver (UP made) অমা ফাগৎখি।

নুমীৎ অদুমক্তদা DIG(R) না সেনাপতি Police Station গী Case No. FIR 3 (2) 86 গী মতাংদা চিংনবা মীওই ১২ থক interrogation তৌননবা ঐঙোন্দা শীন্নরকখি। Case অদু তাং ১১/২/৮৬ ইংগী পুং ১১ মি: ১৫ তাবদা SBI/Senapati দা CRPF হাৎখিবগী মতাংদনি। মীওইশিং অদু interrogation তৌবদা তাং ১৩/২/৮৬ ইংগী অথেংবা অহিং ফাওবা চথবা তাখি। লোইবা ঙমদদুনা মথং নুমীৎ তাং ১৪/২/৮৬ ইং ফাওবা হোৎনখি। অদুবু মীহাৎ অদুদা শরুক য়াবা মীওইদি অমত্তা ফংখিদে। মখোয়দগী ফংবা হায়ববু চিংনবা NSCN খরগী movement খঙদোকখি অমসুং case অদুগী I.O. দা শুগায়না তাকখি।

তাং ২৮/২/৮৬ ইংদা IGP দগী order অমা SP/Imp দা পীরকখি মদুদি bail দা লৈবা মমিং চৎলবা

PREPAK মেম্বর S. Maipak Sharma অমসুঙ M. Somchandra অনী খুদক্তা NSA দা ফাদুনা detain তৌগদবনি হায়না SP/Imphal না order অদু ঐঙোন্দা পাঙথোক্লবা হায়দুনা শীন্নখি। বেলদা লৈরবা মতমদা মখোয় অনীনা তোঙান-তোঙানবা ডিপার্টমেন্টদা মকোক থোংবা ওফিসারশিংদা threaten তৌদুনা contract অমসুঙ supply work কয়াগী work order লৌখি। Sanction তান্নবদা commissioner/finance ফাওবা threaten তৌখি। মশিনী মখোয় অনীগী মথক্তা লাক্লিবা allegation। NSA দা মখোয় অনিবু detain তৌননবা মচাক থিগৎপদা অথেংবা অহিং ফাওবা ওফিসতা লৈবা তাখি। নোংঙাল্লগা তাং ১/৩/৮৬ ইংদা detention তৌননবগী History sheet, documentary evidence report অসিনচিংবগী draft পুং ৩ তাবদা পুল্লোই লোইদুনা SP/Imphal দা পীশিনখি।

তাং ২/৩/৮৬ ইংগী নুমিদাংদা য়াম্না শাথীবা ক্রাইম অমা থোংজুদা থোকখি। Shri Nameirakpam Chaoba Singh, E.E. গী যুমদনি। হায়রিবা E.E. অদু য়াওনা মীওই মঙা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলে হায়বা পাউ তাবদগী নুমিদাং পুং ৯ মি: ৪০ তাবদা ঐহাক escort পার্টিগা লোয়ননা মফম অদু তানা থৌজিল্লী। পুলিসকী মীওই O/C Singjamei SDPO/Singjamei লৈরম্লে। SP/Imphal Mr. A. Pradeep য়ৌরক্লে। মীওই মঙা অদু মাঙ্গোলদা পরেং ওইনা উপ্পা হিপ্লম্মী। মখোয় পুম্নমক মখুৎ থৌরীনা তুংবুন্নৈ। মকোক মকোক্তা গুলীনা পান্দুনা ঈনা শলাক শারে। O/C Singjamei না মখোয় অমমম ওইনা enquest তৌরম্মী। যুম্বু N. Chaoba, E.E. নত্তনা অতোপ্পা মরি অদু মশক মমিং কনানসু হায়দোক্লমদে। অহানবদদি মখোয় মরি অদু E.E. চাওবগী ইমুংগী মীনী হায়না খন্নখি। ঙাইহাক্কী মনুঙদা অচৌ-অশাং কয়ামকুম লাকখি। IGP, DIG, Chief Secretary, পুলিস পার্টি, ওফিসারশিংগী escort party অসিনচিংবা পুম্নমক তিল্লরে। মীয়াম মরক অদুদা করিসু চথবা য়াদবদগী থোঙ্গালদা থারিবা ঐগী জিপতা ঐহাক তুমিন্না ফমদুনা তৌরিবা, লাঙলিবা, কপ্পরিবা পুম্নমক অদু observe তৌদুনা লৈখি। থেংজিল্লক্লবা মতমদা অচৌ অশাংশিং অদু অমমম হন্নখ্রে। অতা-তাই তারিবা O/C Singjamei, SDPO/Singjamei অমসুং মখোয়গী ষ্টাফ খক্তা ঙাইহৌরে। ঐনা ঐগী escort পার্টিগা লোয়ননা অদুম য়েংদুনা লৈখি। মশক মতৌ ফজবা, ৱাং চাওবা পাখং অমদী অশিবশিং অদু পুলিসনা গাড়ীদা হাপ্পনচিংবা থবকশিংদো য়াম্না থৱাই য়াওনা মতেং পাংবা উখি। Singjamei Police গী মীওইশিং অদুসু অশিবা মীওই মঙামক গাড়ীদা হাপকৎলগা Morgue তা পুননবা চৎনবা হৌরে। ঐহাক গাড়ীদগী কুমথরগা অশিবা মীওই ৪ অদু কনা কনানো হায়না হংবদা ইবাং লাঙবনা কনা অমত্তনা ঐগী ৱাহংগী পাওখুম পীখিদে। ঐহাক্না ঙসাইগী পাখং থৱায় য়াওনা পুলিসকী মতেং পাংবা ব্রেক সুইট শেৎপা অদুদা হংবদা খরমখৈ খঙবদৌনা উখি। ঐনা মহাকপু ঐগী গাড়ী জিপতা হাপচিল্লে অমসুং ঐগী ওফিসতানা অহিং পুং অমরোম তাবদা পুরক্লে। ওফিস য়ৌরগা মঙোন্দা য়াম্না তপ্না interrogation তৌরে। মহাক্কী মমিং Rosini Kumar কৌই হায়। মহাক E.E. চাওবগা য়াম্না নক্লা তিন্নবা লৈকাইগী অনকপদা লৈবা মীওইনি হায়। মঙোন্দগী খঙবা ঙল্লে মদুদি E.E. চাওবা PLA গী মীওইশিংগা য়াম্না নক্লা তিন্নবা ময়ুমদা PLA গী মীওইশিং চংজফম লৌদুনা লৈবা মীনী হায়। মতম অদুদা

Cachin দা PLA গী মীওই কয়ামরুম training তৌদুনা লৈরম্মী। S. Temba না মখোয়গী commander নি হায় । S. Temba বু য়াদবা কাংবু অমা Cachin, Burma গী খোরক্তুনা তোখাই তানরে। Temba না PLA য়াওবী নুপী মেম্বর অমগা মরী লৈনদুনা তৌনীংবতা তৌবদগী মখোয়গী মরক্তা মচেৎ তারনকপনি হায়। E.E. চাওবা তেম্বগী কাঙলুপ্তা support তৌবনী। তোখাই তানবা অদু তেনশিন্নবা মিটিং অমা E.E. চাওবগী য়ুমদা নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদা চাক চানরগা মিটিং তৌনবা শীনবদা E.E. চাওবনা অয়াবা পীখি। তেনবগী কাঙলুপ্তা লৈবা মীওইশিংগী মায়য়োক্তা লৈবা কাংবু অদু মতম অদুগী MLA N. Bisheshwor না লুচিংবনি হায়। মিটিংগীদমক বিসেশ্বরনা লুচিংলিবা মীওই ৪/৫ লাকখি হায়। মখোয় cycle অমমম তোংদুনা লাকখি। অমসুং চাকচানবা অদু য়াওদুনা ৱারী ৱাতাই শানখি। চাক চাবা লোয়রগা E.E. চাওবা অমসুং Temba faction গী মীওই মরি অদু লাক্লিবা কাংবু অদুনা নোংমৈ শত্তুনা overpower তৌরগা মপান্দা পুথোক্তুনা মখুৎ তুংবুন্নখি। পরেং শানা উপ্লা হিপহল্লগা অমমম ওইনা মকোক্তা নোংমৈনা কাপখি অমসুং মখোয় মখোয়গী সাইকলশিং অদু থনম্লগা চেনখি। E.E. চাওবা নত্তবা শিরিবা মীওইশিং অদু (1) Angom Ibomcha, (2) Chanambam Ibomcha (3) Ningombam Inao @Somorji অমসুং (4) লাইতোনজম জেয়ন্তকুমার@অঙম @লুখোই কৌই হায়। তেম্বগী ফেক্সন অদুনা অনৌবা পার্টি অমা শেমদুনা USOREPA (United Socialist Revolutionary Party) কৌবা অমা শেমখি। ফেক্সন অনী অদু তাইশিন্নবা হায়দুনা মিটিং অদু তৌননবা লেপ্পরগা থৌদোক অদু থোকখিবনি হায়। মতৌ অসুম্না en-quiry চত্থবদা ঐহাক ওফিসতা তাং ৩/৩/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৪ তাখি। কোন্না অমুক উন্নরসি হায়রগা Rosini Kumar কৌবা পাখং অদু ময়ুমদা জিপ থাদুনা খিলহনখি। ঐহাকসু য়ুমদা হল্লগা মায় মীৎ তাথোক্লগা পোত্থানবা তৌরিঙৈদা অয়ুক পুং ৬ রোম তাবদা w/t set তা ঐবু IGP না Singjamei Police Station দা উন্নবা পাম্মী হায়না কৌরকখি। পোত্থাবা ফংদনা ঐহাক শিংজমৈ থানাদা চৎখি।

ঐনা পুলিস ষ্টেসন য়ৌবা মতমদা IGP, SP, SDPO/SJM অমসুং O/C SJM O/C গী কাদা লৈরমখি। ঐনা হেক কা অদুদা চঙবগা IGP না নং ঙরাং থোকখিবা থৌদোক অদু তাব্রা হায়না হংখি। ঐসু তায় Sir হায়না খুমখি। অদুদী নহাক করি করি তৌরিবগে হায়না মখা তানা হংলকখি। অদুদগীদী পুন্নমক অহিংদা ঐনা তৌখিবা পুন্নমক মথং-মথং লীখি। IGP না খনবদা ঐহাক করি অমত্তা তৌদনা তুমিন্না লৈথোকপনি হায়না খল্লম্বা জাংনী। ঐনা ক্রাইম অদুগী মোটিভ অমসুং E.E. চাউবনা লৌখিবা পার্ট অদুগা culprint শিংনা সাইকল হুন্দোক্তুনা চৎখিবা অসিনচিংবা লিবা মতমদদি IGP অদু ইঙক ঙকখি অমসুং কনানসু মঙোন্দা মরমশিং অদু হায়দে হায়খি। লৈরল্লিবা পুলিস ওফিসারশিং অদুনা ঐহাক শুকতুম তুমদনা অহিংচুপ্পা কেস অদুগী মতাংদা থিজিনখি হায়বসি খঙদবনি। ঐগী ৱাবীদু লীবদগীদি IGP না ময়াম অদুগী মমাঙদা ঐবু থাগৎখি।

লৈবাক শীনবা থৃংনা রাথোক ওইখিবা থৌদোক অমনা তাং ৬/৩/৮৬ ইংগী অহিংদা Neelam Panchavaiya কৌবী নুপীমচা অমা ময়ুমদগী লাইরিক তাকহনগনি হায়দুনা শঞ্জেথোং Officer Colony দা মপা ওজা পানচভায়াদা allot তৌবা quarter দগী থোকখিবদগী হঞ্জিলক্তরে। কনাগুম্বনা kidnap

তৌখিবনী হায়না মপানা চিংনদুনা পুলিসতা ৱাকৎলে। Quarter অদুগা য়াম্না নক্লনা লৈবা IGP দসু মপানা ৱাকৎলে। IGP না S.P. A Pradeep কৌরগা ঐবু কৌ হায়বদগী তাং ৭/৩/৮৬ ইংগী অয়ুক পুঙ ৭ তাবদা SP(I) না ঐবু IGP গীদা লাকউ হায়না কৌরক্লে। অয়ুক পূং ৮ তাবদা ঐহাক IGP গী quarter শঞ্জেনথোংদা য়ৌই। IGP না ঐঙোন্দা নুপীমচা অদু থুনমক trace তৌনবা হোৎনৌ। IGP গা য়ুমলোন্নদুনা লৈরগা নুপীমচা অদুবু kidnap তৌখিবা হায়বসি ইজৎ শোকপা য়ৌদোক্কী অদুনা থুনমক recover তৌনবা হোৎনৌ হায়রকই। মাঙখ্রিবা নুপীমচা অদু কদাইদা লৈরম্বা য়াবগে হায়বগী কন্ন থিজিন খোৎচিনবা হোৎনরিঙৈদা নোংঙানবা তাং ৮/৩/৮৬ ইংদা অয়ুক পূং ৯ রোম তাবদা নীলমগী অশিবা হকচাং সঞ্জেংথোংদা তাওখৎলক্লে হায়বা পাউ তাখি। অয়ুক অদুদা Governor দিল্লিদগী হল্লকপগী এরোড্রোমদা দুট্যি চৎলুরগা direct শঞ্জেংথোং থোংখোংদা চত্তুনা Imphal তুরেনগী নোংপোক থংবা থোংগী মখারোম থংবদা পুখত্তুনা থমলিবা নীলমগী অশিবা হকচাংদু inquest তৌবা য়াওখি। IGP মশামকসু মফম অদুদা লৈরম্মী। অশিবা অদুনা শেৎপা পাইজমাগুম্বা ফীজোল, লীৎলম্বা ফুরিৎ করি অমত্তা অকায়বা লৈরমদে। মানা য়ানখিবা চুনী অদু তুরেন্দগী ফংই হায়দুনা লৈরম্লে। I.O ওইরিবা S.I. গৌরকিশ্বোরগা লোয়নন্না থি-হুম্বগী থবক চত্থবদা নুপীমচা অদুনা পায়রম্বা লাইরিকশিং, বোইশিং তুরেন মরিন্দগী খরা চত্থরগা লৈরাই ময়াদা তাউদুনা লৈরম্বা ফংখি। ঈরুপ্পা মীনা তুরেন্দগী torch light অমসু ফংখি। Spot enquiry লোইরবা মতুংদা অশিবা অদু RMC morgue তান্না পুখি। ডাক্তর অনীনা dead body অদু post mortem examination তৌখি। ডাক্তরদগী unofficial ওইনা ঐনা হংবদা a clear case of drowning নী হায়খি। মখা enquiry চত্থনবা Neelam গী মপা Panchavaiya গী quarter দা চত্তুনা কুপ্পা জবান লৌখি। মহাক্কী quarter অদু শঞ্জেনথোং Officer Colony দা লৈবনী। মহাক্কা য়ুমলোন্নবদা Mr. Rao E.E., Mr. Som E.E. গী quarters লৈ। Neelam গী father Y.P. Panchabhaiya কৌই। D.M.(Science) দা Botany Department কী Head of Department নী। মহাক্কী মচানুপা অহুম মচানুপী অহুম পোকই। খ্বাইদগী অহন অদু নুপীনী Miss Punam Panchabhaiya কৌই। চহী ২৪ রোম শুরবীনী RMC দা MBBS তমদুনা Hostel দা লৈ। মথংদা মচানুপীনী। মমিং Sunil Panchabhaiya কৌই। চহী ২২ রোম শুরে হায়। পাটনাদা MBA Com তম্লি হায়। মথং অদুসু নীপানি। Anil Panchabhaiya কৌই। চহী ২০ লোম শুরে হায়। মহাক D.M. College (Sc.) দা B.Sc. গী ছাত্রনি। মথংনা Nalin Panchaghaya কৌই। চহী ১৮ রোম শুরে হায়। মহাক Johnston Higher Secondary দা XII Class গী ছাত্রনী হায়। মথংদা মচানুপী Sabnam কৌই। চহী ১৬ লোম শুরে হায়। G.P. College দা P.U. 1st year তম্লমই। খ্বাইদগী অতোম্বী অদুনা Neelam Panchabhaya চহী ১৪ রোম শুরবীনি। Class IX গী ছাত্রীনি। Enquiry দা ঐনা ফংবা clue অমদি - কুমারি নীলম মহাক্কী লাইরিক্তা য়াম্না থৱাই য়াওই। সবজেক্ট পুম্নমক্তা High Mark ফংই। অদুবু অঙ্কদা য়াম্না শোল্লী। হৌখিবা মরক্কী পরিক্ষাদা সবজেক্ট পুম্নমক্তা ফাষ্ট ডিভিজন মার্ক ফংলগা অঙ্কদা ফেল ওইখি। য়াম্না তোয়না মমা মপাদা অঙ্ক ওঝা অমা থম্বীদুনা প্রাইভেট তমজগে হায়না য়াম্না তোয়না

তকনৈ। ওঝা পঞ্চাভয়ানা মহাক্কী ইমুং মনুংগী য়ামখ্রবা খরচশিং অদু পুননবা হোৎনবদা মচা নুপী অতোপ্পীগী ডিমান্দ অদু পীবা ঙমদে। নীলমনা নুমিদাংব্রাই অয়াম্বদা য়ুম লোন্নবা Engineer E.E. Rao দা অঙ্ক তাকহল্লী। অঙ্কগী ওজা থম্বীদবগীদমক ইমুং মনুংদা মমা-মপা অমসুং মচীন মনাওশিংগা তত্তনা নিংঙাই শংদানৈ। তাং ৬/৩/৮৬ ইংদসু নুমিদাংদা মমা মপাগা খৎনদুনা নীলম য়াম্না শাওনা মাগী লাইরিক, বোয় য়েপ্পগা torch light অমা পায়দুনা শাউনা থোকখি। ইনশাং য়াওদনা চাকসু চবীৎ চবীৎ খরা চাখি। মমা মপানদী মহৌশাগুম E.E. Rao য়ুম লোন্ননা লৈবগী ক্বাটরদা অঙ্ক তম্বা চৎখিবনি খনখি। থেংলবা মতমদা হল্লকমন্দ্রদুনা E.E. Rao গী য়ুমদা চত্তুনা হংলুবদা নীলম লাকলমদে। অতৈ য়ুমলোন্নবশিংদা হংলুবদসু লাকলমদে হায়বদগী কোয়চেন চেন্দুনা থিনখি। মফংলক্রুবদা মহাকপু ময়ুম মনাক্তগী গুণ্ডানা ফাখ্রবনি হায়না খনখি অমসুং কিডনেপ্পিংগী থিওরি অদু শাগৎখি। নোংঙাল্লগা অশিবা মশা ওইনা তুরেন্দগী ফংলবদা শকখঙদবা মী ওইশিংনা ফারগা রেপ তৌরগা হাৎতোকপনি অমসুং তুরেলদা ঈশিংদা থাদবনি হায়না ব্রা-ব্রা লাওনরকখি। মতম অদুগী চিফ মিনিষ্টর Mr. Rishang গী মচানা লুচিংদুনা নুপী মচা অদু ফাবনী হায়না শন্দোরকখি। Theory অদুদা অসুক্কী মতীক পাক শন্না শন্দোকখি মদুদি ইম্ফালগী অমসুং মণিপুর পুম্নমক্কী মফম খূদিংদা C.M. Rishang গী মচানুপানা কোলেজগী ওজা পঞ্চভায়াগী মচানুপী ফারগা রেপ তৌরবা মতুংদা শঞ্জেনথোংদা ইম্ফাল তুরেন্দা হাৎলগা থাদরল্লে হায়না। মণিপুরদতা নত্তনা মপান ষ্টেটশিংদুস ব্রাফম অদু খবর কাগজ কয়াদা ফোংনরকখি। য়াম্না চাওবা থৌদোক অদু অশেংবা খঙদোক্রবা Magisterial enquiry অমা তৌননবা D.C. Imphal দা শীন্নখি। মতম শাংনা inquiry চত্থরবা মতুংদা report অদু Session Court তা অমুক খন্নখি মদুনা অমুক Guwahati High Court Imphal Branch ফাওবা য়ৌনা থাঙ্গৎনরকখি। মদুদসু লৈবাক্লা পাল্লিবা finding অদু ফংদবদগী কেস অদুগী investigation অদু CBI দা শীন্নখি। CBI না investigation পায়খৎপদা কেস অদুদা চেন্নবা Doctor অমসুং অতৈ অতৈ মরী লৈনবা পুম্নমক কৌখত্তুনা interrogation চথখি। ব্রা ব্রা লাওরবা allegation অদু support তৌবা য়াবা evidence লৈতবদগী অমুক Doctor, Police I.O. নচিংবা মীওই কয়ামরুম CBI না Delhi দা কৌদুনা য়াবমখৈ ব্রাহং তৌরবা মতুংদা নীলমবু kidnap তৌবনি, rape তৌবনি অমসুং তুরেন্দা থাদবনী হায়বগী single iota of evidence ফংখিদে । কেস অদুগী মতাংদা কয়ারক হন্না ঐনা অইবা রিপোর্ট তৌখি। Report অদুদা ঐনা ফোংদোকখিবা ব্রাফমদি নীলম পঞ্চভায়া তাং ৬/৩/৮৬ ইংদা নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা ময়ুমদা খৎনবদগী চাক ফাওবা নীংথি নুংঙাইনা চাখিদ্রে। মহাক্কী অঙ্কগী সবজেক্টতা ফেল ওইরকপদগী মমা মপাদা অঙ্কগী ওজা থম্বীয়ু য়াদে হায়না য়াম্না শাউনখি। ওজা পঞ্চভায়াগী মচা ময়াম অদু মেনতেন তৌবদা অঙ্কগী ওঝা নেক্র নবা পৈশা লৈরমদবদগী মচাগী হায়জবা অদু তাখিদে। অঙাং ওইবগী নুংঙাইতবা ব্রাখন্দা শাওদুনা শিরগে খন্দুনা ময়ুমদগী থোরকখি। থোরকপা মতমদা মহাক্কী লাইরিক অমদি মার্ক সীট ফাওবা পুথোরকখি। Torch light অমসু পায়রগা অনকপদা লৈবা শঞ্জেনথোং তানা চৎলগা থোংদগী ইম্ফাল তুরেন্দা চোংথদুনা অত্থা ঘাৎ তৌবনি। Eye witness লৈত্রবসু ঐগী theory অদু support লৈখি -

(১) তুরেন্দগী লৌখৎপা মতমদা Neelam না শেৎ চারম্বা ফিরোল পুম্নমক intact ওইনা ফংখি। করি মত্তা disturb তৌবগী মওং লৈরমখিদে।

(২)তুরেন্দগী ফংখিবা লাইরিকশিং অদু মেথগীতা নত্তনা সবজেক্ট অতৈগী লাইরিকসু য়াওরমখি। ক ওইনা মার্ক সীট অদু মানা অঙ্ক তম্বা চৎপদা পুফম থোক্তে। মার্ক সীট অদুদা য়াওরিবা অঙ্কগী রিজলট দুনা মহাক্কী থম্মোইনুংদা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা মরম্মী তাকখি।

(৩) কনাগুম্বনা কিডনেপ তৌদুনা ফোর্স শীজিন্নবা ওইরম্লবদি মানা পুখিবা লাইরিক, torch light, নী মফম অদুদগী পুন্না ফংবা ওইথোক্লম্মোই।

(৪) Post Morten তৌবদা চাকখাওদা চাকঙাক্তা য়াওরম্মী। ইনশাং অমত্তা য়াওরমদে। ময়ুমদা ৎনদুনা পৈশা লৈতবদগী ইনশাং চারোই, চাকখক্তা হিংনবা চাগনি মতাগুম ইনশাং চাখিদে ।

(৫) অঙাং ওইরিবী নীলমগা কনাগুম্বা নীপা অমত্তগা খংন চান্নবা অমসুং নুংশি নুংঙোলগী মবী সনবগী মরম সুকথেং থেংনখিদে ।

(৬) মী কুঙনা তারিবা ক্বাটর অদুগী মনাক্তা অতোপ্পা গুন্দা চঙলক্তুনা মাবু ফাবা ওইথোকপগী বিগুম্বা শামিন ফংখিদে ।

মরম অদুনা নুপীমচা অদুগী নীঙবা কায়বা অদুনা sudden immotion না লমজিংদুনা suicide তৌবনি য়বা ঐগী theory অদু CBI না শুকক ককখিদে ।

Miss Neelam Panchabhaya গী কেস অদুগী মতাংদা অঙকপা ফংনা চিল্লিঙৈ মতমদা তাং ৩/৩/৮৬ ইংদা MOS M. Babu না ৱাঙু খুঙ্গংগী নৌনা শাবা মাগুব অমা শঙ্গাবা চৎখি। নোংঙাল্লগা খুঙ্গংগী ীওই খরনা বোম অমা মাঙ্গোবকী চংফম VIP বু ওকফম অদুমক্তদা ফুমলম্বা থেংনখি। বোম অদ শাংলবা গায়ার অমনা শমজিল্লগা মনাক্তা লৈবা থোং অমগী থোংখাদা কনেক্সন তৌদুনা লৈরমখি। পাও অদু ংবদগী MOS Babu গী rival L. Ibomcha গী থৌরাংনি হায়বা PLA bail দা লৈবা Ph Tompok@Manglem of Loitang Khunou দগী ঐনা interrogation দা ফংখি। SP/Thoubal দা পাউ অদু ীবদগী L. Ibomcha ফাদুনা Thoubal police না interrogation তৌবদা করিসু ফংদে হায়না SP/TBL না ঐঙোন্দা হায়রকখি। ঐহাক্না L. Ibomcha অদু ঐঙোন্দা পুবিরকউ হায়বদগী তাং ৫/৩/৮৬ ইংদা ঐঙোন্দা পুরকখি। ঐনা কুপ্পা interrogation তৌবদা M. Babu MOS বু হাৎননবা শীনবনি হায়বা L. bomcha of Wango village না confess তৌখি। MOS M. Babu eliminate তৌরগা মহাক্না লাক্কদৌরিবা ইলেক্সনদা সুগ্নু কেন্দ্রদা লেপকে তৌবনি হায়খি। মাগী Statement অদু ঐনা টেপ লৌখি। Bomb plant তৌবদা ইবোমচাগী মনাওনুপা L. Bishan PLA গী Ph. Tompok @Manglem সু যাওই হায়না হায়দোবকখি। থৌরাং অদুদা শীজিন্নবা খুৎলাই, বোম procure তৌরকপা মফম অসিনচিংবা পুম্নমক SP Thoubal দা পীখি। Investigation তৌননবগী evidence হায়বদী P.O. দা লৈরম্বা লৈবাক্তা তৌবদা

শীজিন্নবা খুৎলাইদা পকপা লৈবাক্কা মান্নব্রা য়েংননবা তাকখি। অদুবু I.O. অদুনা থৱায় য়াওবা ৱাংপদগী কেস অদু মায়পাক্না investigation তৌদবনা চার্জ সীট থাবা ঙমখিদে ।

তাং ২০/৩/৮৬ ইংদা নরান কোঞ্জিন্দা থৌনাওজম রাজতোম্বী@পত্তি@রাজধোন(১৯) S/o Modhu কৌবা পাখং অমা শকখঙদবা মীওই খরনা নোংমৈনা কপলম্লে হায়বা পাউ ফংবদগী অয়ুক পুং ৭ মি: ১৫ তাবদা নরানকোঞ্জিন তানা চৎলি। Spot enquiry নচিংবা তৌরম্লগা অশোকপা অদু RMC hospital দা লৈখ্রে হায়বদগী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা RMC দা অশোকপা অদু examine তৌখি অমসুং report অমা SP/Imphal দা submit তৌখি।

তাং ১/৭/৮৬ ইংদা "Obscene" লাইরিক কয়ামরুম য়োল্লে তাবদগী P.C.Jain গী দুকান raid তৌখি। চোক তৌবদা obscene book য়াম্না ফংখি অমসুং কেস অমা Section 292 IPC গী মখাদা register তৌখি অমসুং proprietor Phulchand Jain গা লোয়ননা মচা অহুম ফাখি।

নীলম শিবগী মতাংদা Magistrial enquiry D.C. Imphal না লম্ফেলদা লৈবা D.C. Office তা পাঙথোকখি। ঐহাক enquiry মনুংদা নুংতিগী attend তৌগদবনি হায়না order তৌখি অমসুং নুংতিগী attend তৌখি। D.C. Office দগী হল্লকপগা নুমিদাংদা C.M. Mr. Rishang Keishing না কৌবদগী নুংতিগী Inquiry গী briefing তৌরুই।

তাং ৭/৮/৮৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎ বারুনী নুমীৎ ওইবনা Restricted Holiday ওইরম্মী। ঐহাক্না restricted leave লৌরগা লংথবান্দা লৈবা Thokchom Joykumar (27) S/o Achou গা উন্নদুনা মঙোন্দা PLA গী N. Ashok অমসুং L. Naobi অনীনা শিন্নরম্মী হায়বা খুৎলায় খরা recover তৌননবা হোৎনখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা মখাগী খুৎলাইশিং অসি recover তৌখি -

(1) One - UP make .38 revolver
(2) One - UP make .32 revolver
(3) One - UP make .32 revolver
(4) One - modified SBBL gun
(5) 19 - granades
(6) 17 - Detenaters
(7) 6 - 9mm ammunition
(8) 3 - 12 cartridges

Recover তৌরিবা পোৎশিং অদুগী মতাংদা মীওই অনী অদুগী মথক্তা কেস অমা under FIR No. 52 (4) 86 SJM PS dt. 7-4-86 u/s 121/121A IPC 3(2) T.D.Act. 25(i) (a) Arms Act দা register তৌখি। নোংঙাল্লগা থৌদোক অদুগী মতাংদা S.P. A. Pradeep তা রিপোর্ট তৌখি অমসুং মহাক য়াম্না হরাওখি। মহাক্না Press তা পাও পীদুনা HIGH LIGHT তৌখি।

তাং ১০/৪/৮৬ ইংদা Ch. Kunjeswar কৌবা Extremist গী মীওই অমা interrogation তৌবদগী PREPAK কী leaflet নম্ফম Masjid Road দা লৈবা প্রেস 'মতম' দনী হায়বা খঙদোকখি অমসুং মখা এক্সন informant Md. Chirak কী পাউদগী Nancy VDO Library detect তৌখি অমসুং Amarjit Singh কৌবা অমনা মেজর খুনগী মচীন্দা run তৌদুনা Blue film উৎপা থিংখি।

তাং ১৫/৪/৮৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা extremist শিংনা series ওইনা loot তৌবগী পাও তাখি। অহানবদা অয়ুক পুং ৫.১৫ লোম তাবদা কোঞ্জেং লৈকাইদা Jt.Secy/Finance R.K. Mangolsana গী য়ুমদনি ঐহাক পুং ৯ তাবদগী চেনশিন্দুনা enquiry তৌরুই। অনীশুবনা অয়ুক পুং ৭ মি: ৪৫ রোম তাবদা Secy/Finance E. Kunjakishore গী য়োংলান লৈরক্তা লৈবা য়ুমদা। মফম অদুদগী নহারোলশিং অদুনা নোংমৈ রাওন্দ খরা কাপলমখি হায়।

অহুমশুবনা খুরাই থোইদিংজম লৈকাইদা লৈবা Dr. Yaima গী য়ুমদা নুমিদাংৱাই পুং ৬ রোম তাবদনি।

থৌদোকশিং অদুগী মতাংদা operation অহিংচুপ্পা চথখি।

তাং ২৬/৪/৮৬ ইংদা PLA গী মীওই লুপা ৫০০০ মানা পুবা মহাবির কৌবা মীওই অদু ফাখি।

তাং ১৬/৪/৮৬ ইংদা Insp K. Tomba O/C Imphal P.S. না decoity শিংদা চেন্নবা মীওই অমগী পাও ফংবদগী Narayan Sharma গী য়ুমদগী ঐঙোন্দা w/t set তা পাউ পীরকখি। মদুদি MR School দা শোক ১৯৮৩ দা ক্লাস টেন তম্বা গোপাল কৌবা মীওই অমা dacoity কেস কয়া মরুমদা চেন্নৈ হায়না। Mr. A. Romen না মতম অদুগী 1st M.R. দা Commandant ওই। পাউ অদু মহাক্না intercept তৌদুনা খুদক্তা গোপাল কৌবা মীওই অদু ঙানপীথোংদা লৈবনী খঙদুনা মহাক্কী ফোর্স থাদুনা ফাখি। ঐনা পাও অদু work out তৌননবা হোৎনরকপদা হান্ননা Mr. Romen না মখুৎ চনপ্রে। নুমীৎ অদুদা মীওই অদু interrogation তৌরগা follow up action দা গোপালগা লোয়নবা নহা অহুম অমগা খুৎলাইগা কোন্ননা ফাদুনা 1st M.R. দা dacoity কেস অহুম detect তৌখি। নোংঙাল্লগা তাং ১৭/৪/৮৬ ইংদা IGP না ঐহাক অমসুং SP A. Pradeep মাগী ওফিসতা কৌরগা Mr. Romen বু য়াম্না থাগত্তুনা ঐখোয় অনীবু থবক ইতৌ তৌদ্রবা মীওইগুম্না ইকাইবা পীখি।

তাং ১৮/৪/৮৬ ইংদা য়াম্না থাজবা য়াবা পাউ অমা ফংখি। মদুদী তাং ১৮/৪/৮৬ ইং অয়ুক পুং ৮ দা লংথাবাল মন্ত্রিখোংদগী লুপা ১৩,০০০/- লুট তৌখিবা অদুদা চেন্নবা মীওইশিং অদু জাপান কৌবা অমনা লূচিংবনি হায়রিবা মীওই অদু ফাননবা SDPO/SJM, O/C SJM অমসুং Insp/Cell detail তৌরগা অহিংচুপ্পা raid তৌদুনা ঐনা moniter তৌখি। Raid অদুদা তাং ১৯/৪/৮৬ ইংগী নোংঙাল্লমদাইদা মখাগী মীওইশিং অসি ফাখি।-

(1) Khoisnam Japan of Pishum Oinam Leikai
(2) Oinam Shyambabu of Takhel Leikai
(3) Sanabam Ningol Khangambam Ongbi Sumati Devi of Sega Road
(4) Laishram Shyam Sundar Singh of Nganapithong

মখোয়দগী ফংবা খুৎলাই:

(1) One Carbine sten gun
(2) 24 rds of ammunition
(3) 2 magazine
(4) 2 Hand graneds fitted with detonetors
(5) 80 rds of sten carbine (seperately)

ফারকপা মীওইশিং অদু তাং ১৯/৪/৮৬ ইংদা অথেংবা অহিং ফাওবা interrogation তৌখি।

তাং ২২/৪/৮৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুমীৎ য়ুংবা মতুংদা S.F. কী মীওই খরনা লম্বোইখুলদা Wangkhem Birendakumar @Romenkumar কৌবা চহী ৩৬ রোম শুরবা Ex-PWD driver অমগী য়ুমদা খুৎলাই খরা লৈরে হায়না পাও পীরকপদগী নুংথিল পুং ১ রোমতাবদা ঐহাক মফম অদুদা চেনশিনখি। মাগী য়ুম অদু PLA গী underground নহারোল খরগী লোৎফম ওইবনি মখোয়না থম্লম্বা খুৎলাইশিং হায়বদি:-

(i) One 9mm pistol
(ii) One .38 revolver
(iii) One .35 pistol
(iv) 20 TMM round
(v) 10 rounds of .35 pistol

অফাবা য়ুম্বু অদু interrogation তৌদুনা মখা এক্সন চথবদা নুমিদাংগী পুং ৯ দা ওফিসতা হল্লকখি।

April 1986 অসি ঐঙোন্দা থোইদোক হেন্দোক্লা চিনখিবা থানী। ইতৎ তত্তনা Governor চথোক চৎশিন্দা ইন্নবা, detect তৌননবা হোৎনবদা ঐগী এজেন্টশিং contact তৌননবা হোৎনবা, মখোয়দগী ফংবা information শিং work-out তৌবা, অফাবা মীওইশিং interrogation তৌরগা crime detect তৌনবা হোৎনবা, মরকসিদা নুংতিগী ওইনা চথবা Neelam case কী Magisterial inquiry দা নুংতিগী শরুক য়াবা অমসুং C.M. দা brief তৌবা। পুম্নমক অসিগী মথক্তা ঐগী য়ুম শাবগী অৱাৎ অপা কয়া অমগী চেন্থোক চেনশিন তৌবা। তাং ২৮/৪/৮৬ ইং নিংথৌকবা নুমীত্তা ঐগী য়ুম শাবা চহী ৬ শুবদা শঙ্গাবা তাখি। য়াম্না পীক্লা শীনখি। চুম্নগী ঐগী য়ুমগী design য়েকপিবা শ্রী তারাকিশোর, য়ুম শাবা বোর মীস্ত্রি এল. ইবোতোম্বী মহাক্না লোয়নবা বোরো মীস্ত্রি এন. ঢাকা, উশুবগী বোরো মীন্ত্রি কহ্নাই অসিখক্তনী ঐনা চাক চরা অমমম পীজরগা ফৈজোম অমমম কৎখি। অতৈ কনাসু য়াওহনবা ঙমখিদে ।

নুমীৎ অদু Casual leave লৌজবনি অদুবু নুংথিল পুং ৪ দা IGP গী ওফিসতা অরুবা মীটিং লৈ হায়দুনা নংননবা ওফিস কাদুনা মিতিং য়াওখি। নুমিদাং পুং ৭ ফাওবা লৈরকখি।

নোংঙাল্লগা তাং ২৯/৪/৮৬ ইংদা অয়ুক ওফিস য়ৌরগা IGP না ঐবু Loktak project তা লাক্লনবা হায়খি। প্রোজেক্ট অদুদা ষ্ট্রাইক অমা শিন্মীশিংনা হৌরক্লুনা নোংমৈ কাপ্পদা শিন্মী নুপী অনি নোংমৈনা পান্দুনা শোকপদগী IGP অমসুং DIGP(R) মফম অদুদা চৎখিবনি। থুনমক ঐহাক লোক্তাক প্রোজেক্ট

তানা চৎলে। অয়ুক পুং ১১ দা প্রোজেক্ট য়ৌরে। IGP উন্নবদা সিসিপুর দা চৎলগা FIR draft তৌরগা কেস অমা রেজিষ্টার তৌরুরো হায়দুনা নুংথিল পুং ৪ দা প্রোজেক্ট থাদোকলগা নুমিদাংৱাই পুং ৫ দা সিসিপুর য়ৌখি। নুমিদাং পুং ৮ তাবদা থবক লোইরদুনা নুমিদাং পুং ১০ তাবদা য়ুম য়ৌরকখি।

তাং ৫/৫/৮৬ ইংদা SP/Imphal Mr. A. Pradweep ইম্ফালদগী চুরাচান্দপুরগী SP ওইনা ট্রান্সফর তৌরে। CO I M.R. Mr. Romen না SP/Imphal অমসুং SP/CCP Mr. Khiyaram না CO IMR ওইনা posting পীখ্রে।

তাং ৭/৫/৮৬ ইংদা ঐহাক RMC দা চত্তুনা ষ্ট্রাইক তৌরিবা medical student শিংগা মায়োক্লখি। Director গী কাদা force শীজিন্নদুনা চঙবা ছাত্রশিং অদু ঐনা ফাজিল্লগা মপান্দা থমখি। ঐগী থৌশিল অদুদা ফারে হায়দুনা মপান্দা ইকোম কোম্না থমলিবা ছাত্রশিং অদু মথং মথং লোন্না চৎনখিদুনা ইরাং অদু মখা চগ্খরক্লে। থোইদোকপা অকাই অতোই লৈররোই হায়না report তৌগে হায়দুনা RMC গী Supdt. ওইবা কেস অদুগীনা Complt ওইবা Mr. M. Lala উন্ননবা মাগী ওফিসতা চৎখি। ঐনা অমুক্তা চংজরক্লে হায়বদা মানা য়াম্না থৌওইদনা মতুং ওম্থোক্তুনা তাই পুন্দুনা লৈখি করি অমত্তা পাউখুম পীরকখিদে। মাগী attitude অদুদা ঐহাক য়াম্না feel তৌখি। ঐহাক থোরক্লগা মপান্দা থাদুনা লৈবা ঐগী জিপতা ফীৎ তৌরিবা W/T set অদু পায়রগা SP/Imphal Contact তৌখি। Dr. M. Lala সু ঐগী ইতুং ইন্নরমখি। ঐনা W/T Set তা হায়খি। Medical Student শিংগী ষ্ট্রাইকতি লাকশিল্লে থোইদোকপা অপন-অরাক লৈররোয় রাফম অসি Medical Supdt. Dr. Lala দা report তৌরমগে হায়না মাগী office তা চঙলুবদা য়াম্না indifferent ওইবা attitude উল্লকই হায়না পাউ পীখি। ঙাইহাক লৈরগা ঐসু ঐগী ওফিসতা চৎলে। নুমীৎয়ুংবা মতুংদা DIG(R) Jegeswar, DIG Bimol অমসুং SP/Imphal Pradeep অহুম্না কৌরকপদগী ঐসু DIG(R) গী ওফিস তান্না চৎলি। ওফিস মনুংদা Dr. M. Lala সু লৈরম্মী। ঐহাক্না হৌখিবা নুমীৎ অদুগী থবকশিংদু ময়ামদা লীখি অমসুং Dr. M. Lala গী attitude অদুসু হায়খি। মমৈদা Dr. M. Lala না মানা নহানী অদুনা 'Sorry' হায়রগে হায়না খুৎ তিংথোরকখি। ঐসু Hand sake অদুম তৌরে অদুগা ওফিসতা লাক্লে।

নুমীৎ অদুদা হায়বদী তাং ৭/৫/৮৬ ইংদা Mr. A. Romen না SP/Imphal গী চার্জ লৌখি।

তাং ২১/৫/৮৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। নুমীৎ অদু AMSU না মণিপুর বন্দ কৌবা নুমীৎনি। নুমীৎ অদুদা Congress (I) গী নহারোলশিংনা Khwai Bazar Area দা বন্দ থুগায়দুনা Procession অমসু চৎখি। অদুগা অরোইবদা Pologround দা মিটিং অমা তৌখি। Procession অমসুং meeting অদুগী security গীদমক ঐঙোন্দা over all in charge শীন্নখি। ঐহাক্না লোয়নবা force অদুনা Youth Congress (I) গী Procession অদু চেকশিন্না ঙাক্তুনা করিসু থোকহনখিদ্রে। মদুদগী Polo Ground দা মিটিং তৌবদুসু লোইবা ফাওবা ঙাক্তুনা শান্তি ওইনা পাঙথোকখ্রে। ময়াম কায়নখ্রবা মতুংদা Youth Cong(I) গী President অদু ইশামক্না উন্নরে। করি করি মখা তানা সেক্যুরিটিগী ঙাক্লনবা

লৈরিবগে হংবদা মহাক্না পুলিসকী থবক অদু য়াম্না পেল্লে মতুং তাবা করিসু লৈত্রে। Youth Congress(I) গী Programme অদু য়াম্না ফজনা পাঙথোকপদা পুলিসকী মতেং য়াম্না ফংজরে অমসুং লোইরবনীনা Police Force withdraw তৌবীরো হায়রে। ঐহাকসু মফম মফমদা deploy তৌরিবা পুলিসশিং অদু মমথরকপা মতমদা ক্লোজ তৌরগা Barake তা হন্ননবা ওর্ডর তৌরে। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না ওফিস লোমদা হেক হল্লকপগা পোলো গ্রউন্দা খনগৎপা Seminar অদু মৈ চাক্লে হায়বা পাও তারে। ঐহাক থুনমক অমুক হন্না Pologround লোমদা হল্লকপদা খঙ্গৎলম্বা Seminar অদু লৈবাক্তা চিংথরগা মৈ চাক্লম্লে। হংনবা মতমদা মিটিং লোইরবা মতুংদা পোলো গ্রাউন্দাদা মী কনাঅমত্তা লৈত্রিঙৈদা শকখঙদবা মীওইশিংনা পেট্রোল হৈজিন্দুনা মৈ থাবনী হায়বা খঙলে। মতম অদুদা Congress (I) গী লুচিংবশিংনা পুলিসকী অশোয়বনী হায়না ঐঙোন্দা মরাল পীরে। Department কী senior শিংনসু ঐনা চেকশিন্দবদগী থোকপনি হায়না ঙাংনরে। ঐসু Youth Congress (I) কী প্রসিদেন্টতগী Clearance লৌরগা force withdraw তৌবনি হায়বদগী ঐঙোন্দা কন্না চার্জ তৌবদি ঙমখিদে হায়ববু ঐঙোন্দা ওম্থোক্না নুংঙাইতবা পোকহনখি অমসুং guilty conscious অমা ইশাদা ফাওখি।ঐখোয় লৈরিঙৈ অদুদা সেমিনার থাংগৎপদু শিদোকহল্লম্লবদী থৌদোক অদু থোক্লমদবা য়াবনি। ব্রার্করশিং অদু তাঞ্জা অদুদা spot থাদোক্তুনা মফম অদু করিগীদমক হুন্দোক্লমলিবনো অসিনচিংবা মখল মখন কয়া খন্দুনা নীংঙমদবা পোকখি। নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা ওফিসতা লৈখি।

মিস নীলম death case অদু CBI দা শিন্নখ্রবা মতুংদা কেস অদুগী I.O. ওইবা অদু Dy. S.P. নী মমিং R.K. Bhakta কৌই। মহাক ঐঙোন্দা হান্ননা হন্না হন্না লাক্তুনা কেস অদুগী মতাংদা মরী মখোঙ কয়া মরুম হংলৈ। চিনখ্রবা ঐগী থবক মরক্তুদা তাং ২২/৫/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ১০ দা লাক্তুনা অথেংবা ফাওবা ঐঙোন্দগী পাও লৌখি। মহাক্না মাগী SP গা দিল্লিদা trunk call তৌদুনা ৱারী শাখি। বারো মতুং ফাওবা ঐহাক engage তৌদুনা লৈখি।

তাং ৩১/৫/৮৬ ইংদা NSCN গী নুপী মেম্বর অমা interrogation তৌখি। মাগী মমিং Miss M. Yarmila (20) D/o Yangmasho Thangkhul কৌই । মহাক ঙাইমু হায়বা উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টতগীনি । মহাক March 1982 দগী রোবিনসন তাংখুল কৌবা NSCN গী নীপা অমগী খুথাংদা NSCN দা য়াওবনী হায়। মহাক ইম্ফালদা তাং ১৮/৪/৮৫ ইংদগী NSCN গী মীওই অনীগা লোয়ননা শ্রীমতি Shyamasakhi Devi w/o Th. Ibobi of Sagolband Salam Leikai দা চঙজফম লৌদুনা লৈরকপনি। মঙোন্দগী NSCN গী নুপী মেম্বরসিংগী activity নচিংবা খঙবা ঙমখি। মহাক Upper Burma দা মখোয়গী General Hd. Quarters দা training নচিংবা লোইরবা মতুংদা মণিপুরদা fund collection গীদমক থারকপনী হায়।

নোংমা নোংমগী ঙাইক্ত ফাওবা শংদবা ঐগী থবক ময়াম অদুগী মরক্তা য়ুমদা ইমুং মনুংগী অনা আয়েক কয়া অমসু থোকচিল্লকই।ঐগী ইচা নুপী অহন সুজাতা তাং ২৫/৭/৮৬ ইংদগী লাইহৌ তৌদুনা নারকখি। মহাক্কী P.U.Sc গী পরিক্ষানা তাং ২৮/৭/৮৬ ইংদগী হৌখি। মহাক G.P. Women College

দা তম্বনী পরিক্ষা নুমীৎ অদু ফাওবদা মাগী temperature অসি 100°C ওইরম্মী। নুমীৎ ৪ নি চুপ্পা চাদবগা লাইহৌ খক্তবগা তৌবদুনা মশা য়াম্না শোম্থরমই। পরিক্ষা য়াওদনবা ঐনা হায়বদা মহাক য়াবা কৌবা লৈরমদে। নানা নানা মহাক ঐনা পুদুনা পরিক্ষা হোলদা G.P. Women College দা পুশিনখি। নুমীৎ অদু অকনবা অন্দোলোন অমা লৈবনা ঐসু duty তারম্মী। Morning Shift লোইরগা 2nd Shift পরিক্ষা য়াওননবা সুজাতানা ঐগী ওফিসতা ঐগী ষ্টাফকী মীওইশিংনা মতেং পাংবীদুনা পুং অমা তাবা ঙাইদুনা লৈরমখি। মতৌ অসুম্না লাইহৌ হৌনা হৌনা মহাক পরিক্ষা থাখি। মতৌ অসুম্না তাং ৫/৮/৮৬ ইংদা সুজাতাগী পরিক্ষা লোইখি।

N. Imobi@Okendra হায়বসি UNLF দা মরুওইবা মেম্বর অমনী। মমৈদা R.K. Sanayaima @R.K. Meghen গা য়ানরক্তবদগী UNLF থাদোক্লগা KYKL কৌবা সংস্থান অমা শেমখিবনি। মহাক ফাদুনা custody দা লৈরম্মী। তাং ১৯/৮/৮৬ ইংদা মহাকপু NSA দা থম্ননবা ঐহাক্না মহাক্কী History Sheet অমসুঙ report নচিংবা draft তৌখি। নুমীৎ অদুমক্তদা PLA গী Hidam Gunindra কৌবা লংদুম বস্তিগী মীওই অদু ফাননবা শীনখি। মহাক H. Bidur Singh গী মনাও নীপানি। মহাক ফারগা তাং ২০/৮/৮৬ ইংদা ময়াম্বা বিদুরগা লোয়ননা interrogation তৌখি। H. Gunindra গী অতোপ্পা মমিং Ayingba হায়নসু খঙনৈ। মহাক্কী জবান্দগী লাইশ্রম তোম্বা হায়বা অমসু ফাদুনা তাং ২১/৮/৮৬ ইংদা interrogation নুমিদাংগী পুং ৮ ফাওবা চখখি। মতৌ অসুম্না অয়ুক নুংথিল খাক্তনা চিল্লিঙৈ মতমদা SP/Imphal Mr. A. Romenkumar না অইবা চিঠি অমদা frisking তৌবা মফম মফমদা নোংমদা অনীরক চোক তৌগদবনি হায়না ওর্ডর পীরকখি। অদুনা তাং ২০/৮/৮৬ ইংদগী হৌনা লম্বীদা frisking তৌবা য়াওবা তাখি। লাইশ্রম তোম্বা কৌবা তাং ২১/৮/৮৬ ইংদা ফাবা মীওই অদু UNLF কী মরুওইবা অমা ওইরমদুনা মহাকপু NSA দা থম্ননবগীদমক তাং ২৩/৮/৮৬ ইংদা History Sheet শেমখি।

তাং ২৫/৮/৮৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐহাক হকচাং ঙমদদুনা casual leave লৌখি। নুমীৎ অদুমক্তদা IGP দগী ওর্ডর অমা লাকখি। মদুদী তাং ২৮/৮/৮৬ ইংদগী হৌনা উখ্রুলদা SP গী চার্জ পুগদবনি। মরমদি উখ্রুলগী SP অদু ছুটি চৎকনি উখ্রুলগী SP মতম অদুদা Mr. Ahamad কৌবা IPS মীওই অমনা ওইরমখি। মহাক তাং ২৬/৮/৮৬ ইংদা ঐগী ওফিসতা লাক্লগা চার্জ শীন্নরখি।

তাং ২৮/৮/৮৬ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুংথিল পুং ১২ মি: ৩০ তাবদা ঐহাক উখ্রুলগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোকখি। নুংথিল পুং ৩ মি: ৩০ তাবদা ঐহাক উখ্রুল য়ৌদুনা SP/Ukhrul গী থবক পায়বা হৌখি।

তাং ১৮ অমসুং ১৯ অগষ্টগী লোন্নবা অহিংদা Poi (পোই) হায়বা উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী খুলগী পাষ্টরদগী শকখঙদবা মীওই খরনা Church গী ফণ্ড লুপা ২১,০০০/- খক লুট তৌখ। কেস অদু তাং ১/৯/৮৬ ইংগী অহিংদা detect তৌদুনা culprit অমা তাং ২/৯/৮৬ ইংদা interrogation তৌখি। তাং ৩/৯/৮৬ ইংদা মতম অদুগী Chairman HCS MLA Minthing Ukhrul দা visit লাক্তুনা Ukhrul গী Circuit House তা থুংলখি। ঐহাকসু circuit house তা মহাকপু উন্নবা চৎলুই। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং ৩ মি: ৫০

তাবদা উখ্রুল থাদোকখি। তাং ৫/৯/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা Operation Command Meeting তৌগনি ঐসু য়াওগদবনি হায়না B.M. দগী তাং ৪/৯/৮৬ ইংদা পাউ ফংখি। পাউ অদুগী মতুং ইন্না ঐহাক meeting অদু য়াওখি। Meeting অদু C.O. 6 Dogra/Ukhrul গী ওফিসতা পাঙথোকখি। Mr. Sethı C.O. 59 Mtn Bde. CO 6 Mr, CO 6 Dogra অসিনচিংবা meeting অদুদা য়াওখি।

উখ্রুলদা SP গী charge পুদুনা থা অমরোম লৈগদবনিনা উখ্রুলদা পুলিস ডিপার্টমেন্টকী set-up অদু খীগৎখি। উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টতা পুলিস ষ্টেসন নিপাল লৈরম্মী মদুদি:- (1) Jeshami (2) Chingai (3) Ukhrul (4) Sansak (5) Kasom Khullen (6) Chassad (7) Phungyar অমসুং (8) Kasom Khullen Police Station নী ডিষ্ট্রিক্ট অদুদা Govt. গী গাড়ী নিপাল পী । SDPO অহুম লৈ । মখোয় অদুদী SDPO/UKL, SDPO/Chingai, SDPO/Phungyar অসিনী। ডিষ্ট্রিক্ট অদুদা লৈবা পুলিসকী strength DIG(H) অমা, SP অমা, SDPO অহুম, Inspector মরি S.I. তরাহুমদোই, ASI তরানীথোই, হেড কন্সটেবল তরাহুমদোই, const চামগা মরিফু woman const. অনী অমসুং sweeper অমা অসিখক্তনি। District Head Quarters দা S.I. অনী, ASI অহুম, HC অহুম, নাইক অমা অমসুং const হুম্ফুতরুক খক লৈরম্মী। Area of responsible, SDPo শিংগী খায়দোকপদা SDPO/Ukl না Sanshak, Chassad, Kasom Khulen অমসুং Phungyar অদুগা SDPO/Chingai না Jessami অমসুং Chingai হায়রিবা Police Station শিং অসি পুরম্মী। মনুংগী পাউ লৌবদা মতম অদুগী NSCN গী leader শিংদি Mr. Robinson না Ukhrul area, Mr. Livingston না Tolloi area, Mr. Markson না Phungyar অমসুং লিটান হায়রিবা লমশিং অসিদা activity চথরম্মী। পুম্নমক অদুগী over all in charge দী Mr. Ramkathing না ওই হায়। ঐনা থিগৎপদা Ukhrul District গী মনুংদা তাং ১/১/৮৬ ইংদগীনা তাং ৩১/৮/৮৬ ইং ফাওবদা পুন্না কেস তরামরি খক্তমক থোকলম্মী। উখ্রুলদা ঐহাক্না SP গী charge পুদুনা তাং ২৮/৮/৮৬ ইংদগী লৈবা মতমদা Huining village দা অচৌবা roiting অমা থোক্লদবগী অকিবা লৈরম্মী। থৌদোক অদুদি খুনগী Headman গী ফম মুন্নবদগীনি। তাং ৭/৯/৮৬ ইংদা পাউ অদু তাবনি। Huining village গী Headman অদু Mr. H.L. David কৌই। খুল অদুদা লৈবা Mr. C.V. Jacop কৌবা চহী ৩৫গী নহা অমনা মহাক Huining village গী Champhung হায়না খঙনবা শরুক অমা অপুনবা য়ুমনাক ২৫৫ খক লৈবা মফম অদুগী Head man নি হায়না claim তৌরম্মী। হায়রিবা শরুক অদু য়াওনা Huining village গী অপুনবা য়ুম্নমক ৫৮৮ খক্তনি। Mr. C.V. Jacop কী লৈখিদ্রবা অপোকপা late C.V. Vayan গী হাক্তক্তগী Huining Champhung হায়রিবা য়ুম্নাক ২৫৫ খক লৈবা শরুক অদুগী মহাক্না Headman নী হায়না য়েৎখি। হায়রিবা ক্লেম অদু শোক ১৯৫১-৫২ দগী হৌরকখিবনি। মদুগী মতাংদা court কয়ামরুমদা কেস শোক্লখিরম্মী। মমৈদা JMC/Ukhrul না পীবা রাই অমগী against তা revision case অমা Add. Sessions Judges (1) না Mr. C.V. Jacop গী favour দা রায় তাখি। রায় অদু ফংবদগী Mr. C.V. Jacop না অকোয়বদা লৈবা village শিংগী Head man শিংদা invite তৌদুনা তাং ৭/৯/৮৬ ইংদা অচৌবা চাকলেল

অমা শীনখি। তাং ৬/৯/৮৬ ইংদা অতোপ্পা Headman H.L. David না grand feast অদু থিংবীনবা SDO/Ukhrul দা দরখাষ্ট অমা থাখি। SDO/Ukhrul না civil case No. 1 (Ukl) গী মতুংইন্না Grand feast অদু থিংখি অমসুং Sec. 144 Cr.P.C. গী মখাদা অথিংবা থমখি। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা নুমীৎ তাং ৬/৯/৮৬ ইংগী নুমিদাংৱাইদা Mr. C.V. Jacop অমসুং পার্টিনা grand feast অদুগীদমক ইরোই অমসুং ওক্ত চিংবা হাত্তুনা grand feast অদুগী শেম শাবা লোইখিরম্মী। অদুনা SDO/Ukl গী অথিংবা order অদু লৌখিদ্রমদে। মরম অদুনা খুঞ্জাশিং অনীগী মরক্তা অচৌবা breach of peace গী অকিবা লৈরম্মী। ফীভম অদু লাকশিন্ননবা ঐহাক্না Inspector Jalin O/C Ukhrul, SI অমা অমসুং Civil Armed Reserve তগী const. সেক্সন অমা SDO/Ukhrul গী SDC অমা Magistrate গী মথৌ তৌননবা থাখিরম্মী। তাং ৬/৯/৮৬ ইংগী নুমিদাংৱাইদগী হায়রিবা ফোর্স অদু হুইনিংদা য়াইরেক্তুনা খৎনবা অদু শনতাইহনখি। নোংঙাল্লগা তাং ৭/৯/৮৬ ইংদা ফোর্স অদু উখ্রুলদা হল্লকখি। পাও অসি ঐনা ইম্ফালদা লৈখিবা DIG(H), IGP অমসুং DIG/CID দা মেশেজ থাদুনা খঙহনখি।

তাং ১৩/৯/৮৬ ইং থাংজ নুমীৎনী। নুমীৎ অদুদা য়ুমদগী ঐগী নুপী অমসুং ইচা নুপী অনী অমসুং ইচা নুপা অনী পুদুনা ঐগী ইনাক্তা নুংথিল পুং ১ তাবদা উখ্রুলদা লাকখি। ঐগী লৈকাইগী মরুপশিং নাওরেম ইবোতোম্বী, থাওদেম ইবোয়াইমা, ঙাঙোম নিমাই অমসুং ওঝা নোদিয়াচান্দসু কোয়রকখি। ময়াম অদু পুন্দুনা চানা থক্লবা শীনখি। ইচা নুপা য়াইমা শিতেসতি তাং ১১/৯/৮৬ ইংদগী লৈরবনী। নুমীৎ অদুগী নুংথিলদা DIG Mr. P. Gangte সু ঐবু উন্নবা লাকখি। ঐগী মরুপশিং অদু নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবদা ইম্ফালদা হনখি। ঐগী ইমুং মনুংদি লেক্তুনা লৈহৌই।

হায়রিবা নুমীৎ তাং ১৩/৯/৮৬ ইং থাংজ নুমীত্তা ওম্থোকপা থৌদোক অমসু থোকখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদা উখ্রুলগী Town Hall দা Beat Show অমা উৎখি। Law and Order ঙাক্লনবগীদমক Town Hall দা S.I. অমা অমসুং Const তরুক duty থাখি। পুং ৯ মি: ৪৫ রোম তাবদা show অদু য়েংলম্বা নুপীমচা A.S. Sharak (15) D/o As Maringthuk of Kousen village গী ভাবোক অমদা মতুংদা ফম্লম্বা নীপা অমনা breast শোক্তুনা misbehave তৌই হায়না duty তাবা পুলিসতা মফম অদুদা report তৌবদগী duty তারিবা S.I. অদুনা নুপা অদু খুদক্তা ফাদুনা Ukhrul P.S. তা পুরকখি। মমৈদা নুপা অদু Sibananda Das (31) S/o Ramkrishna Das of Bihar কৌই অমসুং 6 MR Ukhrul দা লৈবা R/M No. 60374 নী হায়বা খঙখি। O/C P.S. Ukhrul না খুদক্তা কেস অমা FIR No. 90(9) 86 Ukl P.S. U/S 354 IPC দা লৌখৎখি। Show য়েংলিবা ভাবোকশিং অদু খঙনরক্তুনা চরাংনবা অমা Town-Hall দা থোক্লক্তুনা খুদক্তা show অদু লেপখি। মী ৪০০/৫০০ রোম অদু Town-Hall দগী উখ্রুল P.S. তা ফুজিল্লকখি। অমসুং অফাবা মীওই অদু পীয়ু হায়না তকশিল্লকখি। মীওই অদু পীবা য়াদে হায়না পুলিসনা হায়বদা মীয়াম অদুনা পুলিস ষ্টেসন অদু কোয়শিল্লকখি। অমসুং নুং-থাজিললকখি। পুলিসনা ঙাকলিবা থোং নমখায়দুনা ময়াম ষ্টেসনদা ফুজিল্লকখি। Treasurey গী strong room লৈবা মফম অদু তানা নুপী নুপা ময়াম অদনা চংশিল্লক্তুনা

over power তৌননবা হোৎনখি। 6 MR গী শন্ত্রি তারিবা R/M শিং অদুনা blank fire তৌদুনা ময়াম অদু চথোকখিনবা হোৎনখি। অফাবা মীওই অদুবু নমদুনা মুনগদবগী হোৎনরিবা মীওইশিং অদু নোংমৈ মখোল তাবদা হুন্দোক্লখি। মতম অদুদা ঐহাক অমসুং উখুলগী ADM গা লোয়ননা উখ্রুল পি এস তা rush তৌদুনা mob অদু লাকশিনখি। মোব অদুগী লুচিংবা খরগী মথক্তা কেস অমা FIR No. 91(9) 86 UKL P.S. U/s 148/140/336/451 IPC sec. 7 Cril Law Amendment Act কী মখাদা register তৌখি। থিগৎপদা খঙখি মদুদি 6MR Sentry সিফাইশিংনা নোংমৈ মরু ৪৬ অমসুং পুলিসনা মরু অনী কাপখি। নোংঙাল্লগা থৌদোক অদুগী অকুপ্পা মরোল DIG(Hills), IGP, DIG/CID, DIG(R), DIG(Ops) নচিংবদা Message থাদুনা খঙহনখি। পুং ১২.৩০ তাবদা উখুলগী প্রজাশিংনা Tangkhul Long Ground দা মিটিং অমা তৌদুনা accd অদুগী Service terminate তৌবা, উখুলদগী 6 M.R. লৌথোকখিনবা দাবী তৌখি। অদুগীসু মথক্তা মীটিং অদুদা উখ্রুল বন্দ তাং ১৬/৯/৮৬ ইংদা অয়ুক পুং ৫ দগী নুংথিল পুং ৫ ফাওবা পুং ১২ গী তৌবা হায়না লেপ্পখি।

তাং ১৬/৯/৮৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী উখুল বন্দ অদুগী law and order মেনটেন্ট তৌননবা police arrangement তৌদুনা ঙাক শেনবগী থবক পায়খৎখি। অদুবু বন্দ অদু থোইদোক্না কান্নখিদে অকায় অতোয় করিসু থোকখিদে।

তাং ১৮/৯/৮৬ ইংদা ও সি Chassad P.S. তগী Message অমা ফংখি মদুদী তাং ১৭/৯/৮৬ ইংগী নুমিদাং পুং ৭ বোম তাবদা চছাত্তগী কিমি ৮ লোম থাপ্পা মফম অমদা Otkolun Haokip কৌবা চহি ২০ লোম শুরবা নুপামচা অমা শকখঙদবা মীওইনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে । পাও অদু ফংবদগী নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ৪৫ রোম তাবদা ঐহাক্লে, DIG(H) ছত্রাজিৎ, ADM/Ukl ঐখোয় অহুম 6 M.R. গী platoon অমগা লোয়ননা জীপ তরেৎতা Chassad গীদমক উখুল থাদোক্লম্মী। নুমিদাংগী পুং ১১ রোম তাবদা কামজোংদা থুংলমই। হেক থুংবগা deceased P. Keishing গী ময়ুমদা চৎলম্মী। Enquiry খরা তৌরবা মতুংদা অহিং অদু কামজোংদা লেকলম্মী। নোংঙানবা তাং ১৯/৯/৮৬ ইংদসু P. Shimray murder case অদুগী investigation তৌরম্মী। নুমীৎ য়ুংবা পুং ১২ রোম তাবদা চছাদ পি. এস. দা চৎলম্মী। ASI Tomchou কৌবা অমা কেস শিং অদুগী I.O. ওইরম্মী। ও.সি.দি ইন্সেপেক্তর বোনোমালিনা ওই । মহাক তাং ৪/৯/৮৬ তগী ইম্ফাল চৎখি হায়। নুমীৎ অদু ফাওবা হল্লকত্রি। চছাদ তা লৈবা 86 Bn. B.S.F. কী কেম্প তসু চত্তুনা মখোয়গী ওফিসিয়েলশিং উন্নরম্মী। মতৌ অসুম্না কুকি অমা হায়বদী Otkolun Haokip (20) চছাদতা তাং ১৭/৯/৮৬ ইংগী নুমীদাং পুং ৭.৩০ তাবদা হাৎখ্রবা মতুংদা তাং ১৮/৯/৮৬ ইংদা কামজোংদা P. Shimray Keishing কৌবা তাঙ্খুল মীওই অমা হাৎখিবগী investigation চত্থরবা মতুংদা তাং ১৯/৯/৮৬ ইংগী নুংথিল পুং ৩.৩০ রোম তাবদা কামজোং থাদোক্লগা উখ্রুলদা নুমিদাং পুং ৯.৩০ রোম তাবদা য়ৌরকখি।

তাং ২৪/৯/৮৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী ভিলেজ চীফশিং মেম্বরসিং পুম্নমক্কী ওইবা মিটিং অমা ইম্ফালদা সি.এম.গী বঙ্গলোগী গ্রাউন্দ লম্পাক্তা পাংথোকখি। খুন ২২৯ দগী দিলিগেট ২৫০ রোম্না শরুক য়াখি। ওর্ডরগী মতুংইন্না ঐহাক, DC/Ukl, DIG(CID), SP(CD) CO 20th & 25th A.R. সু মিটিং য়াওখি।

নুমীৎ অদুমক্তদা হায়বদি তাং ২৪/৯/৮৬ ইংদা SDPO/Ukl দগী অয়ুক পুং ৮.৩০ দা পাউ ফংখি মদুদি Sansak পি এসগী const Bira হায়বা অমনা পি এস অদুমক্কী const খন্বা কৌবা অমা কাপ্তুনা হাৎলবা মতুংদা const. Bira অদুসু থৌরি য়ান্দুনা শিরে। সি.এম.গীদা মিটিং চত্রিঙৈগী মমাংদা পাও অদু ফংবগা ঐহাক্না ও.সি. শিংজমৈদা শিপ্পবা কন্সটেবল অনী অদুগী ইমুং মনুংদা পাউ য়ৌহন্নবা হায়রমখি। মিটিং লোয়রবা মতুংদা ঐহাক কন্সটেবল অনী অদুগী ময়ুম ময়ুম চত্তুনা অশিবশিং অদু ময়ুমদা য়ৌহল্লক্লবা শীনখি। তাং ২৫/৯/৮৬ ইংদা ঐহাক উখ্রুলগীদমক ইম্ফাল থাদোক্লম্মী। লম্বীদা নিউ রোদতা চৎলগা শনশক পি. এস. দা চৎলম্মী। মমাং নুমীৎকী থৌদোকশিং অদুগী মরমদা enquiry তৌরগা উখ্রুল তানা চৎলম্মী। নুমীৎ অদুদা Mr. Sahid Ahamad SP/Ukl দগী চিঠি অমা ফংখি। Letter অদুদা মহাক তাং ১/১০/৮৬ ইংদা ইম্ফালদা লাক্কনি মহাক্না ঐগা চার্জ ইম্ফালদা শিন্নসি অসিনি। Phungyar খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা দাবী কয়ামরুম তাম্দুনা তাং ২৮/৯/৮৬ ইংদগী তাং ৩০/৯/৮৬ ইং ফাওবা নুমীৎ হুমনিগী Phungyar Bandh তৌগনি হায়না লাউথোকলম্মী। মখোয়না তানবা দাবীশিং অদুদি:-

(১) Phungyar দা Sub-Treasury office অমা হাংবা ।
(২) Veterinary Dispensary of Phungyar অদু Veterinary Hospital ওহ্নোকপা।
(৩) Phungyar গী Branch Post Office অদু মপুংফাবা post office ওহ্নোকপা।
(৪) Phungyar দা ambulance অমা ফংহনবা।
(৫) Phungyar Hospital দা Doctor অহুম থম্বা ।
(৬) SDO/Phungyar গী full staff থম্বীবা।

হায়রিবা দাবীশিং অসি খুনগী প্রজানা সিএমদা তাং ৫/৯/৮৬ ইংদা memorandum অমা সবমিট তৌখি হায়।

Phungyar গী বন্দ অদুগী ঙাকশেন্নবগীদমক তাং ২৮/৯/৮৬ ইংদা SDPO/Phungyar অমসুং O/C SSK P.s. jeep no. MNG 1600 দা চৎনবা শীল্লে। মদুগী মথক্তা S.I. Kumar অমসুং কন্সটেবল মঙা Reserve Line দগী detail তৌরে। বন্দ অদুনা মরম ওইদুনা Phungyar দা করিসু অকায় অতোই থোকখিদে। SP Shahid Ahmad না হায়রকপা মতুংইন্না ঐখোয় অনী উখ্রুল এস পি গী Charge তাং ১/১০/৮৬ ইংদা পীনগদবনি। অদুনা ঐহাক তাং ৩০/৯/৮৬ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ১৫ রোম তাবদা ইম্ফালগীদমক উখ্রুল থাদোকলম্মী অমসুং ইম্ফালদা পুং ৮ দা য়ৌখি।

নোঙাল্লগা তাং ১/১০/৮৬ ইংদা ঐহাক IGP উন্নরে অমসুং Mr. Shahid Ahamad পু ঙাইদুনা

লৈরে। অদুবু মহাক নুমিৎ অদুদা লাক্লে। নুমিদাংৱাই পুং ৪ রোম তাবদা ঐহাক অমুক উখ্রুলদা Mr. Shahid Ahamad লাক্লিবা ফাওবা লৈরুগদবনি হায়না IGP দগী order থোক্লে। অদুনা নোংঙানবা তাং ২/১০/৮৬ ইংদা নুমীৎয়ুংবা পুং ১২ রোম তাবদা উখ্রুলগীদমক ইম্ফাল থাদোকলম্মী। নুংথিল পুং ২ তাবদা উখ্রুলদা থুংলে। তাং ৩/১০/৮৬ ইংদা Mathodmi Tangkhul কৌবা extremist অমগী মথক্তা NSA দা detain তৌননবা History sheet কা লোয়ননা D/C Ukhrul দা submit তৌখি।

তাং ৫/১০/৮৬ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ রোম তাবদা Mr. Shahid Ahamad মাগী family গা লোয়ননা Ukhrul দা য়ৌরক্লে। খুদক্তা মঙোন্দা চার্জ শিন্নরগা নুমিদাং পুং ৬ তাবদা উখ্রুল থাদোক্লে অমসুং ইম্ফালদা নুমিদাংৱাই পুং ৮ তাবদা য়ৌরে।

তাং ৮/১০/৮৬ ইংদা ঐগী ইমাগী মশা অদু শোন্থরম্মী। মহাক হান্নদগী ঙমদদুনা লৈবনি। ঐহাক Half C.L. লৌরগা Dr. Nawal Kishore পুদুনা ইমাবু য়েংহল্লম্মী। ডোক্তরনা prescribe তৌরম্মী :-

Inj. penincillin + Neorobion অতোপ্পা টেবলেট অমসুং সিরপ সু ইরম্মী। মদু ইমাদা থাদুনা ফনবা হোৎনখিরম্মী। অদুবু ইমাগী অনাবা ফগৎপগী মতৌ উদবদগী তাং ৯/১০/৮৬ ইংসু ছুটি লৌরম্মী। তাং ১১/১০/৮৬ ইং থাংজ নুমীত্তা হিয়াংথাং বোর নুমীৎনি। ঐবু SP/Imphal না বোরদা দ্যুটি তৌননবা detail তৌখি। অদুনা ঐহাক অয়ুক পুং ৮ দগী হিয়াংথাংদা লৈরম্মী। নুমীৎ অদুদা Governor/Manipur, New Delhi গীদমক flight No. 490 দা পুং ১১ অয়ুক্তা চৎননবগী programme লৈরম্মী। অদুনা হিয়াংথাংদগী Rajbhawan দা পুং ১১ দা চৎলম্মী। নুংথিল পুং ১২ মি: ১৫ দা Governor ইম্ফাল থাদোকখি। তাং ৮/১০/৮৬ ইংগী নুমিদাংদগী তাং ১০/১০/৮৬ ইং ফাওবা লেপ্তুনা নোং তাবদগী তুরেল য়াম্না চাওদুনা মফম মফমদা তুরেল কায়বা, পাথোকপা অসিনচিংবা তৌখি। ইম্ফালগী অমসুং অকোয়বগী মফম কয়াদা ঈশিং থুমদুনা খুদোং চাদবা কয়ামরুম থোকখি চোঙাবী লৈরক উচেকোন্দা পাশিল্লকপা ঈশিং অয়ুক নুংথিল নাইদনা চিংথোকপা হোৎনখি মদুদা ঐহাক তাং ১৩/১০/৮৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা অয়ুক পুং ১০ দগী নুমিদাং পুং ৯ তাবা ফাওবা দ্যুটি তাখি। তাং ১৫/১০/৮৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা খুরাই বজারদা প্রজাশিংগী চেং য়েনবদা CPI গী volunteer শিংনা অপনবা পীরে হায়দুনা ঐবু মফম অদুদা চৎননবা হায়রকখি। মরম অদুনা অয়ুক পুং ৭ তাবদগী খুরাই বজারদা চৎখি। করিসু থোইদোকপা তৌদবদগী ওফিসতা চৎলগা PLA গী মীওই অনী সান্তি চনু য়াওনা ইন্ট্রোগেসন তৌদুনা নুমিদাংগী পুং ৭ ফাওবা ওফিসতা লৈখি।

তাং ১৬/১০/৮৬ ইংদা Shri K.P. Singh Jt. Secy (H) না ঐঙোন্দা telephone দা পাউ পীরকখি মদুদি extremist মীওই খরনা General area at Kangaham লৈকাই, মৈনো লৈরক অসিনচিংবদা মীওই কয়ামরুমদা পৈশা demand তৌদুনা লৈফম চাফম খঙহনদ্রে। অদুনা সিভিল ড্রেস শেৎপা পুলিসগী মীওই খরা হায়রিবা মফমশিং অদুদা থাখিরম্মী। অদুবু করিগুম্বা পাউ অমত্তা ফংবা ঙমখিদে । অদুবু তাং ১৭/১০/৮৬ ইং ইরাই নুমীৎকী নুংথিল পুং ৪ রোম তাবদা পাউ অমা ফংখি। মদুদি Mohan Battery গী

প্রোপাইটর মোহেনদ্রো হায়বা কাংঙবম লৈকাইদা লৈবা নুপা অদুদা প্রিপাকনা লূপা ৫০,০০০/- দিমান্দ তৌরে। পৈশা অদু নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা লৌবা লাক্কনি হায়বা তায়। পাউ অদু ফংবগা ঐনা ওফিসার অমা অমসুং সিফাই ৫ সিভিল ড্রেসতা ডিটেন তৌদুনা মোহেন্দ্রোগী য়ুমদা নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদগী থমলে। নুমিদাং পুং ৬ রোম তাবদা প্রিপাক্কী মীওই মরি য়ুম অদুদা চংলক্লুনা ডিমান্দ মনিগী মরমদা হায়ররে। পুলিসকী মীওইনা নোংমৈ কাপ্পদা U. Madan কৌবা প্রিপাক্কী মীওই অমা শিরে। .303 গী রাইফল অমা মরু অমা অমসুং ফি অমা রিকোভর তৌখি। অতোপ্পা মীওই অহুম্না নাম্থোকখি।

পিএলএগী লিফ-লেট তাং ২৮/৯/৮৬ ইংদা নম্লগা তাং ১৬/১০/৮৬ ইংদা মীয়ামদা য়েন্থোকখি। ঐনা থিগৎপদগী হায়রিবা লিফ-লেট অদু ককৱাদগী ইবোমচা কৌবা অমনা পোলোগ্রাউন্দ মনাক্তা রন তৌবা Seva Press কৌবা অমদা নম্বনি হায়বদু তাং ১৮/১০/৮৬ ইংদা খঙবা ঙমখি অমসুং প্রেস অদু ফাখি।

তাং ২২/১০/৮৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৬ লোম তাবদা ওফিসতা থবক শুদুনা লৈরিঙৈদা খুরাই থাংজম লৈকাইদা করিগুম্বা থৌদোক অমদগী নুপা নুপী ৩০০/৪০০ রোমনা অমুশেলুং কৌবা নিপা অমগী য়ুম নমদুনা শিদোক্লে হায়না পাউ লাকখি। থৌদোক থোকফম অদুদা SP/Imphal Mr. Romen সু চংশিনখি ঐসু কৌরকপদগী মফম অদু তানা থৌজিলখি। থৌদোক অদু নেমথহনবা য়াদবদগী ঐহাক্কী suggestion মতুংইন্না মীওই ১২৫ রোম ফাজিনখি। অমসুং মখোয়গী মথক্তা section 148/149/451 IPC গী মখাদা charge তৌখি অমসুং ইরাং অদু নেমথহনখি।

তাং ২১/১০/৮৬ ইংদা Oil tanker অমা accident থোক্লুনা 2nd driver অদু শিবদগী তাং ২৩/১০/৮৬ ইংগী নুমিদাংৱাইদা Changangei দা ইরাং অমা থোক্লে তাবদগী নুমিদাং পুং ৬ তাবদা ঐহাক থৌজিন্দুনা ইরাং অদু নেমথহনখি। খুদক অদুদা ইরিনবুংদা মুসলিম নুপা অমা মৈতৈনা ফুকুবদগীদমক ইরাং থোক্লে হায়রকপদগী মফম অদুদা থৌজিন্দুনা ইরাং অদু নেমথহল্লুই। নুমিদাংই পুং ৭ তাবা ফাওবা ঐহাক ইরিনবুংদা লৈরম্মী।

ঐগী ইচানুপী অহন সুজাতা মতম অদুদা পি.ইউ.সি. কী ফাইনেল এক্সামগী রিজলট ঙাইবা ওইনা Standard English School কৈশাম পাত্তা ওজা ওইরম্মী। তাং ২৪/১০/৮৬ ইংদা স্কুল অদুগী ষ্টাফ অমসুং ছাত্রশিং Motbung দা পিকনিক চৎকনি হায়দুনা অয়ুক পুং ৬.৩০ তাবদগী চৎপা য়াওখি। হায়রিবা নুমীৎ অসিদা ইহান হানবা ওইনা Bayudut কী flight Calcutta Dimapur via Imphal শঙ্গাখি। তাং ২৯/১০/৮৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা P.U.Sc. কী পরিক্ষা হায়দোকখি। ইচানুপী Sujata 2nd Division দা পাস তৌখি।

তাং ১/১১/৮৬ ইংদা Extremist গী অফাবা মীওই অহুম হায়বদি প্রিপাক কী Rameshwor অমসুং ইনাও UNLF কী আর.কে. কোইরেং অসিনি। মখোয় অহুম কন্না interrogation চথরম্মী। অসুম্না য়াম্না চিল্লিঙৈ মতম অদুদা নুমিদাংৱাই পুং ৬ রোম তাবদা শগোলতোংবদা MLA Lokhon গী মচন্না

ৱাকৎপা থৌদোক অমগী মরমদা ইরাং থোক্কদৌরে হায়রকপদগী শগোলতোংবা তানা থৌজিনখি অমসুং খৎনবা অদু পুং ৯ দা শন্তাইনখি।

তাং ২/১১/৮৬ ইং নোংমাইজিং নুমীৎসি দিপানিতা নুমীৎ থোকই। ঐনা তৌরিবা interrogation গী থবক অদুনা মীয়ামগী মরক্তা expose তৌবসি মি: Th. Karunamaya না SP/Imphal ওইরিঙৈদগী ঐঙোন্দা পীদে। অদুবু মি: Romen না SP/Imphal হেক ওইরকপদগীদি ঐগী Security গী মরমদা করি অমত্তা খন্দনা মফম মতম খাক্তুনা duty দা detail তৌখি। Dipa Nita গী মীয়াম control তৌননবগীদমক ঐবু খ্বাই বাজারদা নুংথিল পুং ৪ দগী নুমিদাং পুং ৯ ফাওবা দ্যুটি দা detail তৌখি। তাং ৩/১১/৮৬ ইংদনা নীঙোল চাক্কৌবগী কৈথেল কাবা মীয়াম অদু কন্ট্রোল তৌননবা নুমিদাং পুং ৫ দগী পুং ৮ ফাওবা detail তৌখি।

তাং ৮/১১/৮৬ ইংদা ইচা নুপী সুজাতানা মাগী স্কুলগী ষ্টাফ পুম্নমক য়ুমদা lunch অমা শিন্দুনা ইনভাইট তৌখি।

তাং ৯/১১/৮৬ ইংগী নুংমিদাংৱাই পুং ৬ রোম তাবদা Kangjam Ibomcha কৌবা ঠিকাদার অমগী ময়ুম বাশীখোংদগী নোংমৈ পায়বা মীওই ৭/৮ না লুট তৌদুনা শেল ওইনা লুপা ৫,৫০০ অমসুং সনাগী লৈতেংশিং পুম্না তোলা ১৪.৫০ রোম লৌখি। তাং ১০/১১/৮৬ ইংগী নুংথিল পুং ২ রোম তাবদনা খুরাই হৈক্রু মখোংদা ময়ুম অমসুং দুকান পুম্না শীজিন্নবা S. Mukta কৌবা অমদগী নোংমৈ চীন্দোন্দা শেল ওইনা লুপা ১২,০০, সনা ওইনা তোলা মখায় অমগী নানপ্পী নোংমৈ চীন্দোন্দা মীওই খরনা লুট তৌখি।

হায়রিবা থৌদোকশিং অদু ইশামক চত্তুনা ইনক্কারি তৌরুই। তাং ১১/১১/৮৬ ইংদা এরোপ্লেন্দা পুরকপা বেঙ্ককী লুপা ৮,৭৮,০০০/- খক এরোড্রোমদগী SIB Imphal য়ৌবা escort তৌননবগী ঐঙোন্দা দ্যুটি থারকখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক অমুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা দ্যুটি তৌখি।

Mr. Romen না SP/Imphal ওইবা মতম অদু ঐগী খ্বায়দগী নুংঙাইতবা সর্ভিস তৌবগী মতম্নী। ঐঙোন্দা ময়াম্না তন্নরবা extremist গা মরী লৈনবা থবক অহিং নুংথিল নাইদনা interrogation তৌবা, NSA গী মখাদা extremist গী মীওইশিং দিটেন তৌননবা লৌখৎলিবা থবক পুম্নমক অসি তৌনা তৌনা Governor গী চথোক চৎশিন ইন্নবা অসিসু লৈরিবনি। Extremist শিং interrogation তৌরগা মখোয়গী অরোন অথুপ্পা প্লান অসিনচিংবা খঙদোকপা, workable information শিং খুদক খুদক্তা work out তৌবা অসুক risky ওইবা থবক তৌনা তৌনা মহাক্না ঐঙোন্দা করিসু লৈতবা law and order গী normal duty পীশিল্লী। Encourage তৌবগী মহুত্তা মখল কয়া কয়াগী হৈনদবা মওং উত্তুনা discourage তৌই। মহাক ঐহাক্না DSP ওইনা অমদি মহাক্না Addl. S.P ওইনা SP/Imphal অমগী মখাদা পুম্না থবক তৌমিন্নরিঙৈ মতমদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী। চপ চানা ব্যাবহার তৌনা লৈমিন্নরম্মী। মহাক্না ক্লাস IV & V তা ছাত্র ওইরিঙৈদা Keishamthong M.E. School দা ঐহাক ওজা ওইদুনা মহাকপু তন্বীরকপনি। অদুবু SP/Imphal ওইনা হেক posting লাকপদগী মাগী শাজৎ পুংহোং হোংখিরম্মী। য়াম্না ডিক্তেটরসিপকী মওংদা চত্থরকলমই।

মাগী কা হেনবা শাজং অদু ঐ সুকয়া য়ানীংখিদে। অদুবু Service নীনা খাঙবদা তাখি।

তাং ১৫/১১/৮৬ ইং থাংজ নুমীত্তা D.M. College Campus তা ফুটবোল টুর্নামেন্ট অমগী Closing function পাঙথোকখি। S.P. Romen না ফঙ্কসন অদুদা Law and order তৌরুনবা দ্যুটি থারকখি। অদুনা ঐহাক ফুটবোল শান্নবগী ফঙ্কসন অদু লোইবা ফাওবা দ্যুটি তৌখি। দ্যুটি হেক লোইবগা থুম্নুথোংদা তাং ২৪/১০/৮৬ ইংদা L. Mohendrajit কৌবা অমা হাৎখিবগী মরমদা S. Anil কৌবা অমা interrogation তৌদুনা অথেংবা অহিং ফাওবা চথখি। নুমিৎ অদুদা লোইশিনবা ঙমদদুনা তাং ১৬/১১/৮৬ ইং নোংমাইজিং নুমীৎ ফাওবা মর্দর কেস অদুদা চিংনবা মীওইশিং অদু interrogation তৌখি। কেশ অদুদা W. Danny অমসুং S. Anil কৌবা পাখং অনীথক accd. ওইখিবনী হায়বা ঐনা পুথোকখি।

ঐগী ইচানীপা জীতেন মতম অদুদা চহী ২৩/২৪ রোম শুরে। ঐনা শীল্লগা মহাক মোলেকুল শম্মগী মতুং ইন্দুনা Electricity Department তা Supply গী থবক য়াওহল্লী। মহাক্কী মমিংদা Firm অমসু হাংদোকখি। মশাগী current account অমসু SBI ইম্ফালদা open তৌখি। Account Number না SBI 4/180 নি। তাং ২০/১১/৮৬ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Jiten মোলেকুলগা লোইননা ইম্ফাল থাদোকখি। প্লেন্দা চৎখিবনি । ইম্ফালদগী বাগদোগ্রা, বাকদোগ্রাদগী দারজিলিং চৎলগা মোলেকুলগী মচানীপা লাইরিক তমদুনা লৈবদু লৌথোক্কদবা অদুদগী বাগদোগ্রাদগী কলকাট্টা তানা পাইবনি। কলকাট্টাদগী Electricity গী মচাক লৈরগা তাং ২৪/১১/৮৬ ইংদা ইম্ফালদা হল্লকখি। মতৌ অসুম্না সপ্লাই তৌবদুনা ইচানিপা জিতেন্না পৈশা খরা তানবা ঙমখি অমসুং ঐগী অচিনবা পুম্নমক কোকহনখি।

তাং ১৯/১১/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৯ দগী NSCN গী চিংনবা মীওই অনী হায়বদি Ninghar Tangkhul @ Ningkham Tangkhul of Tolloi অমসুং Robinson Tangkhul of Kachai Phungthar interrogation তৌখি। কন্না interrogation চথরিঙৈদা 1stBn. M.R. Ground দা National Integration Day পাঙথোকপগী দ্যুটি চৎলু হায়না SP/Imphal না হায়রক্কুনা ঐহাক 2 p.m. দগী 4.30 p.m. ফাওবা দ্যুটি তৌদুনা 1st M.R. ground দা লৈখি।

পুং ৪ দগী অমুক নুমিদাং পুং ৮ মি: ১৫ ফাওবা G.M. Hall দা Rural School Development Programme পাংথোকপগী function দা দ্যুটি তৌদুনা লৈবা তাখি।

তাং ২২/১১/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৯ মি: ১০ রোম তাবদা ব্রহ্মপুর নহাবম গুরুঅরিবম লৈকাইদা লাইময়ুম নীঙোল গুরুঅরিবম ওংবী রুহীনি কৌবী চহী ৬৫ রোম শুরবী অহল অমা extremist না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে হায়বা পাও ফংবদগী থৌদোক থোকফম অদুদা চৎলুই। লালহৌবা মীওই ৮ না শিরিবী নুপী অদুগী নুপা Brajabihari Sharma গী ইমুংদা অয়ুক্তা পুং ৯ লোম তাবদা loot তৌবা লাকখিবনি। নুপী অদুনা লোন্নবা য়ুমগী থোঙ্গান্দা হায়বদি Brahamacharimayum Brajamani Sharma, Proprietor SEVA Store গী কোম্থোংদা লেপ্লগা হুরানবা চংলে হায়না লাউবদা মীওইশিং অদুগী মরক্তগী

অমনা নোংমৈনা কাপ্পনি। অদুদগী ময়াম অদু করিসু পুখিদনা চেনখিবনি।

তাং ২৬/১১/৮৬ ইংদা ঐনা Governor duty গী airfield দা লৈরিঙৈদা ইমাগী অনাবা নুংঙাইত্রে হায়দুনা পাউ লাকখি। পুং ১২মি: ১৯ দা ঐ য়ুমদা চৎখি। ইমাগী অনাবা অদু কনশিল্লম্বদগী ঐহাক তাং ২৮/১১/৮৬ ইং ফাওবা ছুটি লৌখি। তাং ২৯/১১/৮৬ ইংদা ঐহাক RMC গী non-teaching staff কী procession চৎপদা law and order গী duty চৎখি। দ্যুটি লোইবগা খুরাইদা তাং ১৫/৪/৮৬ ইংদা dacoity তৌখিবগী মরিদা চিংনবা মীওইশিং interrogation নুমিদাং পুং ৯ ফাওবা চথখি।

তাং ৯/১২/৮৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা অয়ুক্তা dacoity মফম অনীদা থোকখি। অয়ুক পুং ৮ দা ক্বাকৈথেল মোইরাং পুরেলদা অয়ুক পুং ৯ দগী উরিপোক্তনি। নুমিৎ অদুদা ঐহাক্তি অয়ুক পুং ৮ দা Nupilal Memorial Function গীদমক Governor গী মতুং ইন্নখি। পুং ১০ মি: ২৫ দগী Governor লৈমখোংদা চৎপদা ঐহাক দ্যুটি তৌখি। নুমীৎয়ুংবা পুং ১২ দা ওফিসতা হল্লক্লগা নুমীৎ অদুদা থোকখিবা dacoity কেশ অনী অদুগী মতাংদা থিজিন্দুনা নুমিদাং পুং ৯ ফাওবা চথখি। তুংদা তাং ১১/১২/৮৬ ইংদা থৌদোক থোকখিবা উরিপোক্কী মফম অদুদা নুংথিল পুং ২ দা চত্তুনা enquiry তৌখি। Kwakeithel গীনা নুংথিল পুং ৩ তাবদা য়েংলুই। Kwakeithel গী কেস অদুগী victim অদু Takhellambam Munal কৌই। Culprit মীওই ২/৩ শুই। নোংমৈ মচা পায়বা য়াওই। য়ুমদা ফোর্স না চঙলগা gold ornament পুল্লপ্পা মোহোর ১৭ লোমগীনি, শেল ওইনা লুপা ৬০০, লোম নমদুনা লৌখি। উরিপোক্কী অদুনা ভিক্তিম অদুগী মমিং A.E. Brajabihari কৌই। উরিপোক বাচ্ছপতি লৈরক্তনি। মহাক PHED থৌবালদা থবক তৌবনি। Culprit নিপাললোম শুই। Small arm, hand granade পায়বা উই। ইমুংদা লৈবা মী পুম্নমক drawing room দা হোইজিল্লগা মঙক্তগী, মনাদগী অমসুং মখুত্তগী সনা পুম্নমক মুনখি। শেল ওইনা লুপা ২০,৭০০ লোম অদুগা অপুনবা সনা মোহোর ২১ রোম লুট তৌখি।

তাং ১২/১২/৮৬ ইং ইরাই নুমীত্তা Mr. Romen SP/Imphal জিরিবাম পুলিস ষ্টেসন Inspection তৌবা চৎখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসগী চার্জ তাং ১৪/১২/৮৬ ইং ফাওবগী ওইনা শিন্নরম্মী। মতম অদুদা RMC গী Non-teaching staff কী Cease-work strike চথরম্মী। তাং ১৩/১২/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৮মি:৫৫ দা ঐহাক C.M. উন্নদুনা strike চথরিবা striker শিংগী মথক্তা করি action লৌখৎকদগে হায়বগী মরমদা খন্নরুই। তাং ১৪/১২/৮৬ ইংদা NCC গী strike তৌরক্তুনা অয়ুক পুং ১০ দগী M. Sector মপাদা striker শিং অদু মায়োক্লখি অমসুং নুমীৎয়ুংবা পুং ১২ তাবদা striker শিং অদু despatch তৌখি। নুমীৎ অদু নোংমাইজিংনি। Mr. Romen SP/Imphal জিরিবামদগী হল্লক্তুনা চার্জ পায়শিনখি।

তাং ১৬/১২/৮৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা মণিপুর বিধান সভাগী নোংমগী ওইবা মীফম অমা ফমখি মদুদা ঐহাক অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৩ তাবা ফাওবা দ্যুটি তৌখি।

তাং ১৭/১২/৮৬ ইংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা সেকমাই পি এস Inspection তৌই। তাং ১৮/১২/

৮৬ ইংদনা লমশাং পিএস অদুগা তাং১৯/১২/৮৬ ইংদা ময়াংইম্ফাল পিএস ইন্সপেক্সন তৌখি। পুলিস ষ্টেসন অদু ইন্সপেক্সন চথরিঙৈদা অয়ুক পুং ১০ তাবদা SP/Imphal না ঐহাকপু নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ২দগী Football Semi Final শান্নবগীদমক Pologround দা duty তৌগদবনি হায়না মেশেজ লাকখি। মরম অদুনা ঐহাক inspection লোইরমদনা নুংথিল পুং ১ তাবদা ময়াংইম্ফাল থাদোক্লগা pologround দা নুংথিল পুং ৪ ফাওবা দ্যুটি তৌখি। তাং ২০/১২/৮৬ ইং থাংজা নুমীত্তা হান্ননা লেপখিবা মতুংইন্না লল্লাই পুলিস ষ্টেসন ইনস্পেক্সন তৌখি। তাং ২১/১২/৮৬ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা অয়ুক পুং ৮ দগী সৈনিক সমেলন য়াওরগা নুংথিলদা পোলোগ্রাওন্দা ফুটবোল ফাইনেলগী দ্যুটি থারকখি। ফুটবোল ফাইনেল অদু মমৈদা cancel তৌখি।

তাং ১/১/১৯৮৭ শগোলশেন নুমীত্তা খাবমগী অহল শ্রী মনিনা শীন্দুনা উশোব অমা ঐগী য়ুমদা শীনখি। উসোব অদুদা অহল লমন মরুপ মপাং মীওই ১০০ রোম্না শরুক য়াখি। ইংশোক ১৯৮৬ অমসুং ১৯৮৭ অদুৱাইদা ঐগী ইচানীপা অহন শ্রী মান জিতেন সিংহ য়ুম্নাম লৈকাইদগী মোলেকুল শর্ম্মগা লোয়নদুনা পৱার ডিপার্টমেন্টতা Electricity গী পোৎলমশিং Supply তৌবা য়াওহন্দুনা পৈশা খরা তান্ননবা শীল্লমই। Supply তৌননবা পোৎশিং অদু লৈরুনবগীদমক শ্রী মোলেকুল শর্ম্মগা লোয়ননা জীতেন তাং ৩/১/৮৭ ইং থাংজ নুমীত্তা কলকাত্তাদা এরোপ্লেন্না চৎখিরম্মী।

মরক অসিদা ইম্ফাল পি এস অমসুং District Police Head Quarters গী অকোইবদা encroach তৌবা লন্নাই মীওইশিং অদু তকথোকপগী থবক য়াম্না কন্না SP/Imphal Romen না পায়খৎলকলম্মী। মদুদা ঐহাকসু মরু ওইবা শরুক লৌরম্মী। DHQ গী land record অদু settlement office তা মী থাদুনা মপুং ফানা থিজিলম্মী। থিজিনবা অদুদা খঙবা ঙমখি মদুদি পুলিস ডিপার্টমেন্টকী District Hd. Quarters Imphal দা অপুনবা লম একর মরিগা পোইন্ট ১১২ ওইরম্মী। হায়রিবা লম অদু দাগ নিপাল থোক্লা খায়দোক্লম্মী। লম অদু regular allotment লৈরমদবদগী Department কী মিংদা allot তৌননবা অকনবা এক্সন লৌখৎখি। হীরম অসিদা শ্রী রোমেনকুমারগী অচৌবা credit লৈখি। মহাক্লা ডিপার্টমেন্টকী ওইফম থোকপা লমগী অকোইবদা অথুবা মতমদা চেকপন খাজিনখি। অকোয়বদা লৈরবা মীওইশিংনা encroach তৌবম্বা জগা অদু লৈবাক হৈদুনা থোল্লগা levelling তৌদুনা চাওরবা জাগা অমা ফংহনখি। মফম অদুদা য়ুম শাগত্তুনা লৈফম লৈরমদবা ষ্টাফ কয়ামরুমগী লৈফম পীদুনা ডিপার্টমেন্টকী অৱাৎপা কয়া মরুম মেনশিনবা ঙমখি। শ্রী রোমেন মক নৎলমদ্রবদী চাওরবা লমশিং অদু ঙসি ওইরিবা ফীভমদা পুরকপা ঙম্লম্লোই। একর৪.১১২ অদু হৌজিক্তি মীওই কয়ানা Pucca Building শাজিন-খিবনা eviction তৌবা ঙমখিদে। ময়েক্কীদি 1st M.R. Compound গা থংনবা মনীংলোমদা Jail Road, 1st M.R. Hospital য়াওবা লম পুম্নমক পুলিস Department কী ওইফম থোকপনি। অদুবু 1st MR Hospital গী অৱাংথংবা শরুক্তা settle তৌশিনখিবা মীওইশিং অসি court কী মতেং লৌরগা eviction তৌদুনা তানথোকত্রবদি department কী ওইররোই। শ্রী রোমেনগুম্বা মীওই অমা Hd. of Department ওইনা লাক্লবদি DHQ অসিগী

অচৌবা লম ফংবগী অশা তৌবা য়াই।

শোক ১৯৮৭ গী জনুৱারি থাগী অহানবা অমসুং অনীশুবা চয়োলদা মখল মখা কয়াগী থৌদোক ৱাথোক মায়োক্লবা তাখি। পুলিস ডিপার্টমেন্টকী হান্নবা লৈরম্বা হৌজিক্লা মীওই কয়ানা হায়বদি Old Lambulane দা খুন্দাবা মীওইনা খোপচিন্দুনা মফম খঙদনা লৈখ্রবা লমশিং, য়েংশিনবীদবদগী পাথী কোমথী ওইনা লৈরবা লমগী শরুক অসিনচিংবা অদু land-record থিগত্তুনা ইনৌ-নৌনা এলোটমেন্ট লৌননবা হোৎনবা, Electricity Department কী অচৌবা ওফিসশিংগী মথক্তা underground extremist শিংগা লৌতুনরগা supply পীথোক্তুনা লুপা কয়ামরুম underground element দা চৎখিবগী case লৌখত্তুনা investigation তা guide তৌবা, পুলিসকী Head Constable Tollangan কৌবা, অমনা মঙোন্দা issue তৌবা service revolver underground গী মীওইদা পীথোকখ্রগা তাকথোক্তনা লৈরম্বা, secretariate তা লৈবা Lottery গী ওফিসতা য়াম্না চিংনবা মওংদা bugglary তৌখিবগী কেস investigation supervice তৌবা অসিনচিংবা থবকশিং অসিনা ঐহাক অহিং নুংথিল খাক্তনা য়াম্না চিল্লম্মী। মরক অসিদা তাং ৭/১/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা লম্ফেল RMC গী ছাত্রগী strike অদু violent ওইবা মওং য়াওশিল্লকখি। ঐহাক চত্তুনা striker শিং অদুগা মায়োক্লখি। য়াম্না শাথিবা মওংদা হায়ন-তানবা য়ারক্তবদগী ষ্ট্রাইকর ৪০/৫০ ফাজিনখি। মমৈদা নেমথরক্তুনা নুংথিল পূং অমরোম তাবদদি য়ানবা পুরকখি।

অসুম্না চিল্লিঙৈ চৈরক অসিদা তাং ৮/১/৮৭ ইং শগোলশেন নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ বোম তাবা মতমদা ঐগী এজেন্ট অমনা পাও পীরকখি মদুদি Heroin drug K.G. অমা মমল - চাওরাক্লা লুপা লাখ অনী লিশিং মরিফু জীপ নং MNP 8458 তা হাপ্লগা হৌখিবা অহিংদগী ঐগী এজেন্টনা শিন্দুনা মাগীদা লৈরে। Drug অদুগী মপু Lalvura Paite কৌই। চহী ২৬ লোম শুরে। মহাক Mizoram দগীনি। হৌজিক্লা চুরাচান্দপুরদা লৈবনি। পাউ অদু ফংবগা ঐনা SP/Imphal দা information পীবে অদুগা ঐহাক্লা শীন্দুনা জীব অমসুং driver অদুগা মখোয়গা লোইনবা মীওই অনী হায়বদি :-

Ralta Thanga@R.Thanga Lushai (40) s/o late Thangruwa of Changphai village Mizoram a/p Lower Lamka CCP অমসুং Late Kamsuan Paite@ Kamsuan(19) s/o Thanglian Paite of Kangkap village CCP অমসুং Heroin drug K.G. অমা নুমীৎ অদুগী হায়বদি তাং ৮/১/৮৭ ইংগী অয়ুক পুং ১০মি: ৩৫ দা ফাখি অমসুং ইম্ফাল পিএস তা কেস অমা FIR 20(1)87 IPS u/s 22 NDLPS Act অমসুং Section 34 IPC গী মখাদা লৌখৎখি।

তাং ১৩/১/৮৭ ইংগী নুংথিল পুং ২ মি: ৩০ রোম তাবদা হাওরৈবী খুন্দগী কৈনাহল কৌবী নুপীমচা লৈশাবী অমা খোংমন পণ্ডিট লৈকাইদা অহাংবা ইংখোল অমদা থৌরি য়াল্লগা শিদুনা লৈরে তাবদগী ঐহাক মফম অদুদা চত্তুনা enquiry তৌবা য়াওরুই। থৌদোক অদু কনাগুম্বা মীওইনা হাতোক্লগা য়ানশিনবনি, মী-হাৎপা ফাগদবনি হায়না হাওরৈবী অমসুং অকোইবদা লৈবী নুপী ৮০০ রোম্না procession চত্তুনা লাউ খোংদুনা ইরাং শাগৎখি। তাং ১৬/১/৮৭ ইংদা MLA ও. জয় গা লোয়ননা proces-

sion গী লুচিংবী অহুম সি.এম.গা উন্নদুনা ৱারী শানখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক কেস অদুগী মতাংদা inves-tigation তৌবা য়াওখি।

তাং ৩/১/৮৭ ইংদা কালকাত্তাদা ইলেক্ট্রিসিটি গী পোৎচৈ সপ্লাই গী লৌবা চৎখিবা ঐগী ইচানুপা জিতেন তাং ১১/১/৮৭ ইংদা পৈশা ৱাৎলে হায়দুনা য়ুমদা লাকখি। থি-হুমদুনা লূপা ৫০০০/- পুরগা তাং ১২/১/৮৭ ইংদা গৌহাতিগীদমক এরোপ্লেন্না পুং ১মি: ৩০তাবদা চৎখি অদুগা তাং ১৭/১/৮৭ ইংদা মোলেকুল শর্ম্মগা লোয়ননা ইম্ফান্দা হল্লকখি। তাং ১৮/১/৮৭ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা অয়ুক পুং ৮ দা Reserve Line দা সৈনিক সমেলোন তৌবা য়াওরগা ঐগী নুপী অদু পুদুনা Dr. Gaffar দা Medial Check-up তৌহল্লুই।

তাং ২৬/১/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Republic Day Celebration গী দ্যুটি Hathi Chalk তা অয়ুক পুং ৬ দগী তাখি। পুং ৯ মি: ৫০ রোম তাবদা দ্যুটি হেক লোইবগা পাউ লাকখি মদুদি খুরাই শোইবম লৈকাইদা লৈবা শ্রী ওইনাম জিতেন E.E. Highway South No. (2) গী য়ুমদা মশক খঙদবা নোংমৈ পায়বা মীওই ৭/৮ না লুট তৌদুনা লুপা ২০০০/- শেল ওইনা অমসুং সনাগী লৈতেং তোলা ২০ রোম পুখ্রে হায়না। খুদক্তা মফম অদুদা চেনশিন্দুনা investigation চথবা য়াওরুই।

তাং ২৭/১/৮৭ ইংগী অয়ুক্তা ফুংয়ারদা লৈবা BDC মেম্বর Mr. Simthar তাঞ্জুল মিটিং তৌরিঙৈদা শকখঙদবা মীওইনা কাপ্পুনা হাৎলে হায়বা পাউ তাখি।

তাং ২৮/১/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎ হাফ হোলিদে ওইখি। নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং৯ লোম তাবদা ক্ষেত্রিগাউদা Md Abdul Jalil কৌবা অমা নোংমৈনা কাপলমলে হায়বা তাবদগী মফম অদুদা চত্তুনা investigation তৌবা য়াওরুই। নুমীৎ অদুগী অয়ুক্তা পুং ১১ মি: ২০ তাবদা Governor ওকপগী দ্যুটিসু 4th A.R. Helipad তা তৌরুই। নুমীৎ অদুদা 1st Sport Festival for North-Eastern Region সু ইম্ফালদা হাংদোকখি। নুমীৎ অদুগী অয়ুক্তা উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টী চমু-মকোট্টা লৈবা ২০ শুবা A.R. Camp অদু NSCN না over-run তৌদুনা মীওই কয়ামরুম হাৎখি অমসুং খুৎলাই কয়ামরুমসু লৌখি।

NSCN গী মরুওইবা লুচিংবা অমা ওইরিবা R.S. Raising, Singjamei P.S. গী কেস অমগা মরী লৈননা তাং ৩১/১/৮৭ ইংদা Judicial Custody দা remand তৌখি। নুমীৎ অসিদা ঐগী ইচানুপী খেরোদাগা ইবাই অতোম্বগী মচা নুপী থাবা দেবী তাং ২/২/৮৭ ইংদা লুহোংবা য়াওননবগীদমক কলকাত্তাদা চৎখি। তাং ৪/৫ ফেব্রুৱারিগী লোন্নবা অহিংদা SBI Secretariat Branch তা burglary অমা তৌখি। তাং ৫/২/৮৭ ইংগী অঙনবা অয়ুক্তা SP/Imphal না ঐবু কেস অদুগী মতাংদা কৌরক্তুনা ঐহাক ঙন্না ওফিসতা চৎখি অমসুং নুমীৎ চুপ্পা কেস অদুগী investitation তৌবা য়াওখি। তাং ৬/২/৮৭ ইংদা ঐহাক Governor গা লোয়নবগী দ্যুটি গীদমক Manipur University দা অয়ুক পুং ১০দগী নুংথিল পুং ১ ফাওবা অমসুং Sainik School দনা নুংথিল পুং ২ দগী পুং ৫ ফাওবা লৈবা তাখি। দ্যুটি লোইদুনা হেক হল্লকপগা SBI/Secretariat Branch তা দ্যুটি তাবা 7th Bn. M.R. গী মীওইশিং অদু নুমিদাং পুং

১০ ফাওবা interrogation চথখি। তাং ১০/২/৮৭ ইংদা R.K. Ronel গী মথক্তা NSA পান্নবা draft report নচিংবা লোইশিল্লু হায়বদগী History - sheet নচিংবা শেমদুনা লোইশিনখি। নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা লোইশিন্নবা হোৎনখি। NSCN গী R.H. Raising তাং ১২/২/৮৭ ইংদা bail দা থাদোকখি।

তাং ৮/৩/৮৭ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ইম্ফালদা ম্যুনিসিপাল ইলেক্সন পাঙথোকখি। মদুদা ঐহাক ৱার্ড তরেৎ হায়বদি শগোলবন্দ তেরাদগী হাওবম মরক ফাওবগী পোলিং ষ্টেসন ৩৮ দা দ্যুটি তৌখি। তাং ৯/৩/৮৭ ইংদা Assembly Session ফম্বগী দ্যুটি, লম্ফেল ডিসি ওফিসতা ম্যুনিসিপাল ইলেক্সনগী কাওর্ন্টিংগী দ্যুটি অসিনচিংবা পীদুনা নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা দ্যুটি তৌখি। নুমীৎ অদুদা খুরাই অহোঙ্গৈদা dacoity অমা থোকখি। মদু নুমিদাংগী পুং ৯ মি: ১৫ রোম তাবদনী। নুমীৎ অদুদগী হৌদুনা ঐবু পোকপী ইমাদু লাইহৌ তৌদুনা নাবা হৌখি।

তাং ২৩/৩/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা শিংজমৈ মখা থোংঙাম লৈকাইদা থোকখি। চহী তরুক্তা শুরিবা গীতচন্দ্র@মোমোচা কৌবা নুপামচা অমা মপাগী মমিং তখেল্লম্বম নবচন্দ্র কৌবা মমানা নর্স ওইবা মহাক্কী মনাদা য়ানবা সনা খজিক্তংদু হুরান্নবগীদমক অঙাং অদু থাংনা য়ান্দুনা শাথিনা হাৎখিরম্মী। থৌদোক অদু নুমিৎ অদুগী অয়ুক্কী পুং ১২ রোম তাবদনি। থোঙাম লৈকাইদা শাবা লোইদ্রিবা চেক্কী building অমগী অহাংবা কা মচা অমদা অঙাং অদু মঙক্তা থাংনা য়ানবগী ঈনা পুমচোৎ চোক্তুনা উপ্রাক্লা হীপ্লগা শিদুনা লৈরম্বা থেংনখি। দৃশ অদু উবদা অশুক্কী মতিক থম্মোই শোকখি, নুংশিহৈত্রবা মীহাৎপশিং অদু নুমীৎ মঙানিগী মনুংদা ফাবা ঙমদ্রবদি ঐহাক থবক তৌকহনবীয়ু হায়না পুক্নিংদা ঈশ্বরবু প্রথনা তৌখি। থম্মোই কায়নীঙাই ওইবা থৌদোক অদু মথং-মথং শন্দোকখিদুনা ইম্ফালতদা নত্তনা মণিপুর তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা পুমনিন নীন্নরকখি। থৌদোক অদুগী নোং হেক ঙানবগা ঐহাক্লা ইম্ফাল পি এস তা পোষ্টিং লৈবা S.I. Gourakishor বু ঐগী ওফিসতা কৌখি। S.I. Gourakishor অদু Imphal District কী মনুংদা খ্বাইদগী ফবা I.O. ওইনা খনগত্তুনা প্রাইজ ফংখিবা নুমীৎ খরখক্তা ঙাইবি। ঐনা মতম অদুদা drug addict নি হায়বা লৈকাইদুগী মীওই খরা ফাগত্তুনা কষ্টডিদা থম্লমখি। কেস অদুগী I.O দী Singjamei Police Station গী O.C. Inspector Nongyai নি। ঐনা S.I. Gourakishore দা থৌদোক থোকফম অদুগা থংননা লৈবা drug addict Thounaojam Jagadish (20) S/o Thambalangou of Singjamei Thongam Leikai গী য়ুম অদু মনুং মপান খাক্তনা য়াম্না কুপ্পা চোক তৌরুচো হায়না শিন্নখি। ঐহাক্লা মসিমসু হায়খি মদুদি করিগুম্বা clue অমত্তং পুথোকপা ঙম্লবদি মহাকপু best I.O. গী মনা পীখিবা অদু confirm তৌবনী হায়না লৌগনি। অসুম্না শিন্নরগা S.I. G.K. মফম অদুদা থাখিবনি। ঐহাক ওফিসতা নুমীৎয়ুংবা ফাওবা অফাবা drug addict হায়বদি হৌখিবা অহিংদা ফাগৎপা থোংঙাম লৈকাইদগী drug addict শিং অদু interrogation তৌদুনা লৈরম্মী। অঙনবা অয়ুক্তগী থোরকপনি অদুনা য়ুমদা চৎলগা ইরুজথোক্কে খন্দুনা নুমীৎ য়ুংবা মতুংদা য়ুমদা হল্লকখি। হাথু হাথুনা bath room দা চঙলগা বার্টিন্দা থন্না য়াওরম্বা ঈশিং অদু অশাবরা য়েংগে হায়দুনা চুপ লুপশিল্লুই। হেঞ্জিন্না শারবা ঈশিং ওইরম্বনা য়েৎথংবা

খুৎশা খুবাক ফাওবা পোকখি। অশাবা অদু খাঙনবা হোৎনরিবঁদা w/t set তা S.I. G.K. না ঐগা ৱারী শাবা পান্মী হায়রকখি। খুদক্তা চেপ্পোক্লুনা ঐগী জিপতা য়াওরিবা w/t set তা S.I. G.K. গা ৱারী শান্নখি। মহাক্না হায়রকখি Th. Jagadish কী য়ুমগী থোঙ্গাল মনাক্তা লৈবা শঙ্গোল ময়াগী শম্থী মনুংদা ঈ তৈবা ফুরিৎ অমা ফংলে। পাও হেক ফংবগা ঐহাক ঈরুজবা অমসুং চাবা থকপা তৌদনা থোঙাম লৈকাই তানা থৌরগা S.I. G.K. গা উন্নরে অমসুং শম্থী মরক্তা নমশিন্দুনা লৈরম্বা ঈ তৈবা ফুরিৎ অদু ঐঙোন্দা উৎলে। ঐনা S.I. G.K. দা পোৎ অদু করিমত্তা লেংহন্দনা থম্মু ঐ লাক্লিবা ফাওবা জগা অদু ঙাকলম্মু হায়রম্লগা ওফিস তানা চৎলে। ওফিস হেক য়ৌবগা custody দগী Th. Jagadish হায়বা পাখং অদু পুথোক্লুনা য়াম্না তপথনা interrogation তৌরে। ঙরাংদগী করিসু খঙদবা শাদুনা লৈরম্বা জগদিস অদুদা ঐনা "নংগী ঈ তৈবা ফুরিৎ অদু করিগীদমক শম্থী মনুংদা লোৎশিল্লিবনো" হায়না হংবদদি মহাক খুমফম খঙদ্রে অমসুং পুম্নমক হায়দোরক্লে। মহাক্না হায় মহাক অমসুং Huidrom Goroba(25) S/o Ibopishak of Singjamei থোঙাম লৈকাই অনী তত্তুনা দ্রগ চামিন্নে। তাং ২৩/৩/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তো দ্রগ লৈননবা পৈশা অমা ফাওবা লৈরমদে। মখোয় অনি করম্না অমসুং কদাইদগী পৈশা থিসিগে হায়না খন্নরিবঁদা অয়ুক্তা তখেল্লম্বম নবচন্দ্রগী মচানুপা মোমোচা@গীতচন্দ্র কৌবা অঙাং অদু শোরোক্তা লাকপা থেংনখি। মাগী মনাদা সনাগী কোরিয়ান শিরম্মী। অঙাং অদু চম্থী তরুকলোমতমক শুরিবা নুপামচানি। মহাক্তা নত্তুনা মখোয় অনীনা মপা নবচন্দ্র অমসুং মমা মুতুম ইবেচাওবীগসু মুন্না খঙনৈ। মখোয় অনীনা অঙাং অদু জগদিসকী য়ুমগী মখা হেক থংবদা লৈবা শাবা লোইদ্রিবা চেক্কী building অমদা পুশিল্লগা মনাদগী সনা অদু ফকলম্মী। মোমোচানা মমাদা তাকথোক্কনি হায়না কপলম্মী। মমা মপানা খঙখ্রবদি খুদোং থীবা থোক্কনি অদুনা অঙাং অদু হাত্তোক্লসি হায়না মখোয়-অনি খন্নরে। জগদিসনা ময়ুমদগী থাং অমা লৌরুরে। অঙাং অদু হিপহল্লগা মঙক্তা হন্না হন্না য়াম্দুনা হাৎতোক্লগা থনম্লে। সনা অদু পুদুনা য়োম্থোক্লগা দ্রগ লৈদুনা মখোয় অনী কাপমিন্নরে। অসিনচিংবা অকুপ্পা মরোল পুম্নমক খঙদোকলগা investigation গী হৌনবী চথখি। লৈকাইগী Volunteer, Club কী মীওইশিং অমসুং MLA O. Joy য়াওনা investigation অদু I.O. Insp. Nongyai দা ঐনা কুপ্পা supervice তৌদুনা চথখি। মমৈদা লৈবাক্কী ৱাথোক ওইবা কেস অমা ওইরকখি। তাং ২৮/৩/৮৭ ইং থাংজ নুমীত্তদি লিলোংদগীনা থোংঙাম লৈকাই ফাওবগী মীওই লিশিং লিশিংনা সভাযাত্রা চত্তুনা মীহাৎপা দণ্ডি পীয়ু হায়না লাকপদা কলিমাই মমাং শোরোক্তা থত্তুনা থম্লগা লুচিংবা খরনা সিএমদা চত্তুনা Memorandum পীখি। কেস অদুগী charge sheet অদু insp. Nongyai O/C Singjamei না ঐগী Supervision মখাদা ইখি অমসুং থুনমক কোর্টতা থাগৎখি। Trial মনুংদা accd. Jagadish না confess তৌদুনা life imprisonment ফংখি অমসুং অতোপ্পা accd. গোরোবগীনা trial চথখি। অসুম্না অচৌবা লৈবাক্কী ওইবা ইরাং হৌগদবদগী কনখি।

মখল মখা কয়াগী official থবক্তা য়াম্না চিল্লিবঁ মতমদুদা ঐগী ইচা নুপা অহল শ্রী মান জিতেনসু মোলেকুল শর্ম্মগা তিন্নদুনা Electricity Department তা Electric কী পার্টশিং supply তৌরি। ঐনা

মরুপ মপাংদগী Capital ওইননবা পৈশা পুরগা মঙোন্দা পীশিনখি। শ্রী মোলেকুল শর্ম্মনা ইচা নুপাবু লমজিংবীদুনা supply গী থবক্তা চথৈদী হায়ববু মরক মরক্তা য়াম্না চিংননীঙাই ওইবা মওংদা মথন্তগী খনদুনা জিতেন তাক্তনা পৈশা লৌথোকখ্রগা তাক্লমদনা মপান্দা চৎখিবা অসিনি। অসুম্না খঙহন্দনা লৌথোকখিবা পৈশাদু মতোমতগী ওইখিবা অসিগুম্বসি য়াম্না তোয়না থোকখি। মরম অদুনা জিতেনগী ওইবা মরন্নাইগী Firm অমা register তৌদুনা হাংদোক্লে। মহাক্কী মমিংদা লৈবা ফার্ম অদুগী মিংদা supply তৌবদগীদি M. Sharma না চলাক তৌবা ঙমদ্রে। মী অয়াম্বনা জিতেন্দা করম্না মোলেকুলগা তিন্নরুরিবনো হায়না অঙকপা ফোংদোকই। অদুম ওইনমক ঐনা হায়জদুনা মোলেকুলদা জিতেনবু সপ্লাইগী থবক অদুদা পুশিনবীরমদ্রবদি ঐগী ইমুং মনুংদা শেলগী অৱাৎপা কয়া মায়োক্লরমগনি। অদুনা চলাক কয়া তৌরবসু মোলেকুলবুদি ঐগী তেংবাংবা মীওই অমনি হায়না খনখি। সপ্লাইগী থবক্কী অহানবা ওইনা জীতেন্না তাং ২/৪/৮৭ ইং শগোলশেন নুমীত্তা লুপা ৮৭,০০০/- SBI Imphal দগী কায়থোকখি। অনীশুবা থবক্কী বিলনা তাং ১/৪/৮৭ ইং থাংজ নুমীত্তা লুপা ৮৭,৭৮৭ কায়থোকখি। অসুম্না মহাক্কী থবক্তগী ফংলকপা শেন্দোংনা ঐগী অৱাৎ অপা পুম্নমক মেনশিনবা ঙমখি।

তাং ২২/৪/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা শিখ্রবা PLA গী লূচিংবা Th. Kunjabihari গী নামৈরাকপম লৈকাইগী য়ুমদা নুমিদাং পুং ৯ মি: ৩০ দা মীওই খরনা লুৎ তৌদুনা শেল ওইনা লুপা ৩৭০ অমসুং শনাগী লিক কোন ওইনা মোহোর ১০ লৌখি হায়বা রিপোর্ট ফংখি। তাং ২৯/৪/৮৭ ইংদনা তোপ অৱাং লৈকাইগী অয়েকপম ইবোতোম্বী কৌবা অমগী য়ুমদগী সনা তুলা ৭ গী লীক কোন অমসুং শেল ওইনা লুপা ২০, মীওই ৫ না লুট তৌখি। হেক নোংঙানবা তাং ৩০/৪/৮৭ ইংগী নুমীৎ য়ুংবা পুং ১২ রোম তাবদা য়ামহা তোংদুনা লাকপা মীওই অহুম্না খাঙেম্বম নরান কৌবা এল.পি. স্কুলগী ওজা অমদগী বেঙ্কতগী বাজার চৎপা লম্বীদা শেল ওইনা লুপা লিশিং তরামরি rob তৌখি। মতৌ অসুম্না নোংমা নোংমগী মখল মখলগী ক্রাইম থোকপনা নুংতিগী ওইনা কোক শাখি। তাং ২৩/৫/৮৭ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুমিদাং পুং ১২মি:৩০ রোম তাবদা ময়াংইম্ফালগী লাইশ্রম বিজোইগী ময়ুমদগী মশক খঙদবা নোংমৈ পায়বা পাখং ৪/৫ না সনা তুলা ৮ রোমগী লীক কোন বন্ধান থনম্বা লুপা ৫০,০০০ রোমগী সনাগী লীক অমসুং শেল ওইনা লুপা ২০,০০০/- লুট তৌখি। শ্রী বিজোয়গী য়ুমদা ভারা পীদুনা Allahabad Bank ময়াংইম্ফাল Branch লৈবম্মী। বেঙ্ক অদুদগীসু লুপা ৯৮১/- লুট তৌবদা য়াওখিরম্মী। নোংঙাল্লগা ঐহাক স্পোর্টতা চত্তুনা investigation তৌবা য়াওরুই । তাং ২৫/৬/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Kangujam Deban কৌবা বাসিখোংদগী মোইরাং পুলিসকী কেসতা তাং ২৪/৫/৮৭ ইংদা ফাবা পিএলএ গী মীওই অমা interrogation তৌরগা মহাক মশামক চেন্নবা dacoity case তরামাথোই detect তৌখি। নোংঙাল্লগা তাং ২৬/৫/৮৭ ইংদা মহাক্না লমজিংদুনা পিএলএগী মরুওইবা মীওই Kala@Shyam কৌবা কাকৈথেল মোইরাং পুরেলগী মীওই অমা ইশামক্না ফাখি। তাং ৮/৬/৮৭ ইংদা কোংবা বাজারদা লৈবা Rural Bank তগী লুপা ৪৩,৪৪৪/- লুট তৌখি। তাং ১০/৬/৮৭ ইংদা Ningombam Deban inter-

rogation তৌবদগী ক্রাইম অদু কমিট তৌবা মীওইশিংগী ক্লু ফংবা ঙমখি।

তাং ১০/৭/৮৭ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ৯ তাবা মতমদা পিএলএগী absconder ওইনা লৈবা Ashem Sachi ঐঙোন্দা surrender তৌখি মহাক খুদক্তা arrest তৌরগা interrogation চখখি।

তাং ১৩/৭/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐগী ইচানুপী সুজাতা গৌহাতিগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। মহাক Receiptionist and Book Keeping হায়বা সবজেক্ট অদুগী চহি অমগী Diploma Course তা Guwahati গী Institute of Food Carft হায়বা training centre অদুদা Training তৌননবা interview য়াওবদা খল্লক্নুনা G.P. Women College দা B.Sc. 1st year তম্বা তোক্নুনা Training য়াওবা চৎপা তাখি। মবুং M. Jiten না মহাকপু প্লেন্দা পুদুনা নুমীৎ অদুদা য়ুম থাদোকখি।

তাং ১৬/৭/৮৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা গৌরিদাশ পেট্রোল পম্প কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকাইদগী robbery অমা তৌখ্রে তাবদগী ঐহাক মফম অদুতানা থৌজিনখি। Miscreant শিং অদু কৈশামপাৎ থোং লাল্লগা মিনুথোং লোমদা চেনখিবদগী মোবাইল সেক্যুরিটি ফোর্স নং ৩ না intercept তৌরগা মিনুথোংদা থেংনবদগী কাপ্পদা মখোয়গী মরক্তগী অমা শিখি। মখোয়না পায়বকপা খুৎলাইসু ফংখি। নুমিদাং অথেংবা ফাওবা মিনুথোংদা মকোক থোংবা পুলিস অমসুং সিভিল গী ওফিসারশিং লাক্নুনা থৌদোক অদু কুপ্পা নৈনখি। Robber শিং অদু NSCN গী তাংখুল tribal ঙাক্তা ওইরমখি। NSCN গী মীওই শিংনা খুৎলাই পায়দুনা তম্পাক্তা লাক্লগা robbery নচিংবা ক্রাইম তৌরকপসি মতম অদুদা ইনৌ নৌবা ওইনা থোকখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা মথংগী নুমীৎ কয়ানিমুক investigation চখদুনা ঐহাক য়াম্না চিল্লম্মী। মরক অসিদা ঐগী ইমাগী মচে শ্রীমতি অমু দেবী লৈখিদ্রে শ্রদ্ধ তাং ২৭/৭/৮৭ ইংদা থোক্লে। মখোয়গী ইমুংগী ফিভম য়াম্না ফত্তবনা মরম ওইদুনা শ্রদ্ধ শোনবগী মতেং ওইনবা ঐনা লুপা ১০০০, তাং ২০/৭/৮৭ ইংদা পীখিরম্মী।

NSCN গী মীওইশিং ইম্ফালদা লৈরে হায়বগী পাউ ঐগী এজেন্টতগী তাং ২৩/৭/৮৭ ইংদা ফংখি অমসুং নোং হেক ঙানবগা তাং ২৪/৭/৮৭ ইংদা S.P./Imphal দা পাউ অদু পীখি। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ৪ তাবদা District গী SDPO অমসুং O/C শিং কৌদুনা মিটিং তৌদুনা SP/Imphal গী কাদা খন্নখি।

তাং ৪/৮/৮৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা IGP দগী মেশেজ অমা ফংখি। মেশেজ অদু SP/Imphal দা address তৌই No. E/24/18/87 PHQ dt. 4.8.87 নি। ঐঙোন্দা information পীবনি। ৱারোলদি ঐহাক SP/Ukhrul গী চার্জ পুননবা হয়েংমক উখ্রুলদা চৎকদবনি। মেশেজ অদু ফংবগা ঐনা রিপোর্ট অমা ইরম্মী। মদুদি ঐগী ইমা য়াম্না কন্না নারে থাদোকপা য়াদবগী ফিভমদা লৈরে অদুনা অতোপ্পা alternative arrangement অমা শিনবিয়ু। নোংঙাল্লগা তাং ৫/৮/৮৭ ইংদা SP/Ukhrul, Mr. Ahamad ঐগী ওফিসতা লাক্নুনা চার্জ শিন্নরসি হায়ররে। ঐনা ঐগী ইমুং মনুংগী খুদোংথিবা অদু

মঙোন্দা লীরে অমসুং চার্জ লৌবা ঙম্লরোই হায়রে। মহাক পাখত্তুনা IGP গী মনাক্তা চৎখ্রে। নুংথিল পুং অহুম তাবদা IGP গী ওফিসতা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐনা IGP দা ইমা য়াম্না কন্না নারে। Sick-bed তা হৌজিক হৌজিক হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদনা লৈরি। ইমাগী ফীভম অদু হুন্দোক্তুনা ঐ উখুলদা চৎপদা খুদোং চাররোই। হৌখিবা চহীদা ঐহাকসে উখুলগী চার্জ পুবা হরাও হরাও চৎলি অদুবু হন্দক্তি ইমাগী ফিভম অসিনা য়ুম থাদোকপা য়াম্না খুদোং চাদ্রে অদুনা অতোপ্পা arrangement অমা তৌবিয়ু হায়জরে। অদুবু IGP না ঐগী হায়জবা অদু নীংথিনা খন্থবীখিদে। Mr. Ahamad IPS না ময়ুমদা চৎপগীদমক থা অমগী ছুটি চৎপা অদুনা ঐগী ইমাগী শাথিনা নাবদগী হেন্না লুনা খনবদৌনা তৌখি। মহাক্না হায় ইমুং - মনুংগী প্রোব্লেমদগী সর্ভিসনা হেন্না মরু ওই অদুনা ইমা নারবসু দ্যুটিনা হেন্না লুনা খনগদবনি। ঐনা খুমখি সার ঐহাক ঐবু পোকপা ইপাসু রাধাকুণ্ডদা নোঙ্গাখি উন্নহৌদে। শিরবা মতুং ফাওবদা রাধাকুণ্ড তানা চত্তুনা ইপাগী তৌফম থোকপা কর্ম্ম তৌবা ঙমখিদে । মদু পুম্নমক দ্যুটিনা মরম ওইদুনা ঙমখিদর্বনি। হৌজিক্না শোয়দনা শিরগনি খঙলবা ইমাবু থাদোক্তুনা চৎপা হায়বদুদি শীনবিগনু। ঐগী অরেপ্পা মওং অদু উবদা IGP য়াম্না শাউখি অমসুং AIGP/Adm. শ্রী জয়কুমার খুদক্তা কৌশিল্লগা ঐগী মহুত্তা অমা শিল্লু হায়খি অদুগা ঐবুনা নং থোকখ্রো হায়না শাউনা হায়খি। ঐ য়াম্না নুংঙাইতনা IGP গী ওফিসতগী হল্লকখি। তশেংনমক ইমা কন্না নাবনী অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্তুনা তাং ২১/১০/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ দা ইমা সংসারদগী বিদাই লৌখি।

তাং ১/১০/৮৭ ইংদা শীংজমৈ পুলিস ষ্টেসন মনাক্তা লৈবী মৌনহা অমা মাগী মপুরোইবা রাশি কৌবা অমনা থাংনা থিন্দুনা হাৎখি। হায়রিবা কেস অদুগী মতাংদা পুলিস ষ্টেসন মনাক্তা মোব অমা থোক্তুনা প্রজাগী ইহৌ অমা লৈরে তাবদগী ঐহাক চেনশিনখি। থৌদোক অদু মৌনহা অদুগা শিংজমৈ পুলিস ষ্টেসন্দা attach তৌদুনা লৈবা 7th Bn. M.R. গী গার্ডতা য়াওবা Shamjai কৌবা রাইফল মেন অমগা illicit relation লৈবদু মাগী মপুরোইবা Rashi না খঙলক্তুনা ব্রা থোক্লরকপদগী লৈকাই খঙনা খাইনখি। মচা-লৈরবী নুপী মৌ-নহা অদু মপামদা চৎননবা থোরকপদা শাউবনা মৈ হৌরবা মপুরোইবনা খঙহৌদনা থাঙনা থিনবদগী শিখিবনি। লৈকাইগী মীনা মপুরোইবা লৈবী মৌনহা অদুগা মরী লৈনরম্বা রাইফল মেন শ্যামজাইগী মথক্তা অকনবা এক্সন লৌগদবনি। মহাক্না মরম ওইদুনা অশি অনা থোকখ্রিবনি হায়না পুলিস ষ্টেসন্দা হুপচিল্লকপদগী চাউরবা মোব অদু থোকখিবনি। মফম অদুদা য়ৌরবা মতমদা মীয়াম অদুদা ঐহাক্না থাজহনখি। মদুদি অরানবা তৌরম্বা রাইফল মেন অদু আইনগী মতুং ইন্না লৌফম থোকপা এক্সন লৌখৎকনি হায়না থেমজিন্দুনা ইংথহনখি। মতুং তাবদা Post-mortem লোইরগা dead body অদু লৌবীনবা মী লৈরমদে। নুপী মপামগী মীনসু লৌ হায়বা য়াদ্রে অদুগা নুপা ময়ুমনসু লৌরোই হায়বে। উচিন-নাচিন্না নুংথিলগী পুং মরি তাবদা য়াম্না কন্না ঙাংনবদগী নুপী অদুগী অশিবা মশা অদু নুপা ময়ুমদা শিন্নদুনা পোৎলোইখি। নুমিৎ অদুমক্কী নুমিদাং পুং ৭ রোম তাবদা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী চৌকিদারদগী পৈশা মুনখ্রে হায়না রিপোর্ট অমা ফংখি। খুদক্তা চেনশিন্দুনা investigation চখিখি।

অমরোমদা ইচানিপা জিতেন supply গী থবক তৌদুনা পৈশা তানবগী থবক চথরি। মহাক্কী Firm M/S Jiten Iron and Steel Industry কৌবা অমগী Provisional Registration Certificate SSI Unit তা ফংলে। Registration No. 120103322 dt. 3/10/87 নি মদু চহী অমগী হায়বদি তাং ৩/১০/৮৮ ফাওবগী valid certificate তাং ৩/১০/৮৭ ইংদা পীরকখি।

তাং ৫/১০/৮৭ ইংদা মখল মখলগী পাও লৌননবগীদমক Manipur Newsগী Editor Mr. Th. Brajamani, J. Khathing of Phadang, Ukhrul অমসুং A.O. VVF N.K. Singh উন্নখি। মখোয়দগী ফংবা পাউশিং অদু ঐগী record কা verify তৌদুনা workable information থিগৎপা হোৎনখি।

তাং ১৮/১০/৮৭ ইংদা ইমাগী অনাবা খংহেন হেঞ্জিল্লকখি। ঐহাক ছুটি লৌদুনা যুমদা লৈখি ঐনা থাজবা শ্রীশ্রী মহাদেবগী চোরোন্দা ইমাবু ইংনা ব্রাহন্দনা লৈহনবীনবা পার্থনা তৌজখি। অয়ুক্কী পুং ৯ লোম তাবদা ঐনা ইমাগী মখোঙ পায়দুনা ঐনা অরানবা লৈখিরম্বা থোক্লবদি ঐবু ঙাকপিয়ু হায়না কপ্পুনা খুরুমখি। ইমানা চোকথনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকখি অদুদা মাঙ্গোল ওইয়ু হায়রকখি। নোংঙাল্লে তাং ১৯/১০/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎনি। ইমা পোথাফম খঙদনা হাইরম্মী। তৌফম খঙদ্রদুনা ঐনা ইরুজরগা অশেংবা ফি শেত্তুনা ইমাগী মাংদা ফমলগা লাউনা গোপাল শর্শ্রানাম পাখি। মদু পুং ১১ তাবদগীনি। অদুবু ইমাদী পোথাফম খঙদ্রে ঈশিং ফাওবা লেকখিদ্রে। নোংঙানবা তাং ২০/১০/৮৭ ইংদসু গোপাল শর্শ্রনাম পাদুনা ইমাগী অচাকপা মৈচাক্কু ইংথনবা খন্দুনা পাখি। নোংঙানবা তাং ২১/১০/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ তগী গোপাল শর্শ্রানাম পাদুনা ইমাগী অৱাবা খজিক্তসু কোক্লবা খনখি। ঐগী ইমা নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা সংসার থাদোকখি।

তাং ২৫/১০/৮৭ ইংদা ইচানুপী সুজাতাগী ছুটি লোইরদুনা গৌহাতিগী Food Craft Institute তা মখা training গী রিপোর্ট তৌরুনবা flight তা ইম্ফাল থাদোকখি। নুমীৎ অদুদা ইমাগী শ্রাদ্ধগীদমক ইনা ওনুপা মৈপাক্লা লুপা ২,০০০/- ইনাওনুপা তোমচৌনা লুপা:২,০০০/- ইমোচানা লুপা ১০০০/- অমসুং ইচন নুপী শঙ্গাইনা লুপা ৫০০, পীশিনলকখি। তাং ৩/১১/৮৭ তা ইমাগী শ্রদ্ধা শোনখি অমসুং নুমিদাংদা মী ২০০ রোমগী চাকলেন শিনখি।

তাং ১৬/১১/৮৭ ইংদা লমশাং পিএসগী মনুংদা লৈবা bail-out N. Gambhir কৌবা ঐহাক্লা শীজিন্নবা extremist ওইরম্বা মীওই অদু PREPAK কী মীওইশিংনা kidnap তৌখ্রে হায়বা পাও ফংবদগী ঐহাক্লা পুং ৮ দা লমশাং পুলিস রোমদা চেনশিন্দুনা enquiry তৌখি। Enquiry কন্না চথরিঙৈদা পাউ অমা ফংখি। মদুদি PREPAK কী advisor ওইবা W. Krishnachandra@Tayai থাংমৈবন্দগী মীওই অদু মশক খঙদবা মীওই অহুম্মা নোংমৈনা কাপলম্লে হায়রে। ঐহাক থুনমক লমশাং থাদোক্তুনা থাংমৈবন্দ তানা থৌজিল্লে অমসুং মফম অদুদগী investigation চথরগা নুমিদাং পুং ৯ ফাওবা থৌদোক অদু নৈনখি।

নুংতিগী ওইনা ঙাইহাক্তা শংদবা ঐগী থবকশিং অদুগী মথক্তা চহীগী ওইবা ইন্সপেক্সনশিং ঐগী মখাদা লৈবা পুলিস ষ্টেসনশিংদা পাংথোকপা তারম্মী। নবেম্বর থা য়ৌশিল্লক্লবনীনা শোক ১৯৮৭ কী

চহী লোইখিগদৌরে। মরম অদুনা তাঙ্গা য়েংদুনা Rural Area দা লৈবা পুলিস ষ্টেসনশিং Inspection তৌননবা Programme শেমলে। তাং ১৮/১০/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৫ ফাওবা সেকমাই পুলিস ষ্টেসনগী ইন্সপেক্সন পাঙথোকখি তাং ২০/১১/৮৭ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৪ মি: ৩০ ফাওবনা Lamsang PS কী inspection তাং ২৩/১১/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০মি: ১৫ দগী নুংথিল পুং ৫ মি: ৩০ ফাওবনা ময়াংইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনগী inspection তৌখি। লম্লাই পিএসগী Inspection তাং ২৪/১১/৮৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা লেপ্পনী অদুবু নুমীৎ অদু C.C. Meet কী Opening Day ওইরম্মী অমসুং Law and Order Maintain তৌনবগীদমক ঐহাক Pologround দা দ্যুটি তাবা মরম্না Lamlai P.S. গী inspection অদু য়ৈথোকপা তাখি। তুংদা তাং ৩০/১২/৮৭ ইংদা পাঙথোকখি।

তাং ৩০/১১/৮৭ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৫ মি: ২০ লোম তাবদা 39th Bn. CRPF Vehicle carrying II CRPF personnel on their way from Pangei to Moidangpok শগোলতোংবদা গোকুল চান্দ হায়স্কুল মমাংদা NCC Road তা extremist না ambush তৌদুনা CRPF গী মীওই মরি হাৎখ্রে মরি অমনা থিনা শোকখি। খুদক্তা স্পোর্ট তা থৌজিন্দুনা investigation চখখি। মখা তানা মতুং নুমীৎ কয়ানিরোম থিগৎলবা মতুংদা কনানা করম তৌনা থৌদোক অদু থোকহনখিবনো হায়বসু খঙদোকপা ঙমখি।

শোক ১৯৮১ দা extremist শিংনা ঐবু হাৎননবা থৌরাং কয়ামরুম পায়খৎখি। থৌরাংশিং অদুগী মনুঙদা PLA গী লুচিংবা Y. Dhiren কৌবা অমগী interrogation statement তাং ৫/৫/৮৭ দা পীখিবা PLA page ২৪৬৭ ভোল্যুম নং ৭ তা য়াওবা অদু মফম অসিদা পুথোকলি :-

ঐবু হাৎননবগী ৱাতানফম অদু এলাংবম লৈকাইদনি। এলাংবম অমুসনা কৌবা অমগী য়ুমদনি। হৈরাংগোই থোং য়াঙম্বম লৈরক্তা লৈবা য়াঙম্বম ধীরেন পিএলএ Unit ৫(মতম অদুগী)না লুচিংবনি। মহাক্না লোয়নবা (১) থোকচোম অজিৎ অপোকপা সনাবা (২) কাঙজম ইঙোচা @নন্দো (৩) সনসম ফালগুনি অমসুং (৪) ওইনাম রোমিও নি। ঐবু ambush তৌননবা Y. Dhiren না PLA HQ দগী লৌথবা খুৎলাইদি - (১) Sten gun অমা মরু নিফু (২) .38 গী revolver মরি মরু য়াঙ্খ্রেমরি (৩) SBBL gun (শেমদোক্লবা) অমা মরু তরানিথোই (4) Hand grenade অনী অসিনি। Ambush তৌবা মফমনা কৈশামথোং য়ৌরমদাই হোদাম লৈরক মচীন speed breaker মনাক্তনি। Ambush তা শরুক য়াখিবা মীওইনা (১) ৱাই. ধিরেন মানা পায়বনা ষ্টেন গন (২) ফোনি@চাওবা মাগী খুৎলাইনা .38 রিভোলবর(USA) (৩) K.N. Singh @Chandra খুৎলাইনা .38 revolver অমসুং granade অমা (৪) Panthoi @ Kioreng খুৎলাইনা অমুবা .38 revolver (৫) R.K. Ibemsana@Tombi খুৎলাইনা .38 revolver অমসুং Hand granade অমা (vi) Somo@Subhash of Mayaikoibi খুৎলাইনা শেমগোক্লবা SBBL Gun (vii) One Inaoton brought by Panthoi অমসুং (৮) Tollamu @Merajao.

মখোয়গী attempt অদু অহুমলক্কী মতম অদুদা ঐগী escort পীদে। জিপ অমা পী অদুদা ঐহাক ওফিস কাথোক কাশিন তৌই। ঐগী মরুওইবা দ্যুটি interrogation তৌবনি অদুনা হেক ফারকপা extremist খুদিংমক ঐগা থেংনহৌদবা মীওই লৈরমদে।

অহানবা attempt - তাং ১৭/১১/৮১ ইং অয়ুক পুং ৯ লোম তাবনি, ঐগী জিপ অদুনা হোদাম লৈরক মপা য়ৌরমদাইদা সাইকল তোংদুনা CID Constable Raghu মাংদা চৎলম্মী। Raghu ধীরেনগী লৈকাই, যুমলোন্নবনি মহাক্না ধীরেন উখ্রবনিনা থৌদোক অদু খঙগ্রগনি খন্দুনা ঐঙোন্দা নোংমৈ কাপহনখিদে।

অনীশুবা এটেম্প- তাং ১৮/১১/৮১ ইংগী অয়ুক্কী পুং ৯ লোম তাবদনি। ঐগী জীব অদুদা ইচা নুপা য়াইমা Don Bosco দা লাইরিক তম্বা চৎপা অদু পুদুনা চৎলম্মী। অথাপ্পদগী লাকপা ঐগী জিপতা অঙাং য়াওবদুনা ঐহাক তশেংনা য়াওব্রা হায়বদু confuse তৌরিঙৈদা গাড়ী হেন্দোকখিদুনা নোংমৈ কাপ্পা নংহৌদে।

অহুমশুবা এটেম্প - তাং ২০/১১/৮১ ইংগী অয়ুক পুং ৯ রোম তাবদনি। এম্বুস তৌদুনা ঐহাক লাকপা ঙাইরিবা মীওইশিং অদুনা টাটা গাড়ী অমগী মতুংদা নক্না ইন্নরিবা ঐগী জীপ অদু উহৌদবদগী নোংমৈ কাপ্পা নংহৌখিদে।

অসুম্না নুমীৎ কয়ানিরোম মখোয়গী থৌশিন অদু মায় পাক্রুবদা শাউদুনা PLA Hd. Quarter দগী খুৎলাই হল্লক্লবা অকনবা ওর্ডর পীরক্লুনা খুৎলাইশিং অদু লৌখৎখি।

শোক ১৯৮১ দা পিএলএ গী মীওইনা মখোয়গা য়ানবা Firm শিংগী মিংদা Electricity department তা সপ্লাইগী থবক তৌরগা ফংলকপা শেন্দোং অদু party না লৌরম্মী। অসুম্না Department কী মীওইশিং খঙনা মখল মখা কয়াগী সপ্লাই ওর্ডর লৌরম্মী। ঐনা interrogation তৌবা পিএলএ গী মীওই অমদগী খঙখি মদুদি S. Sanjoy কৌবা overground দা লৈবা মীওই অমনা Superintending Engineer Mangibabu Singh দগী লুপা লাক্ষ কয়ামরুমগী সপ্লাই ওর্দর লৌখ্রে হায়না । থৌদোক অদু ঐনা থিগৎপা মতমদা অচুম্বা ওইরমখি। ইম্ফাল পিএসতা কেশ অমা রেজিষ্টার তৌরগা investigation চৎখি। Work order, Bill অসিনচিংবা supply order মরিগী অপুনবা লুপা লাক্ষ মরি য়ৌনিংচিৎ য়ৌবা electric কী part শিং record কা লোয়নন্না ফাগৎখি। Bill শিং অদু পাস তৌরম্লে। চ্যেক ইশু তৌগদবদা ঙাইরমলে। কেস অদুগী মতাংদা S.E. Mangibabu অমসুং S. Sanjoy ফাদুনা চার্জ সিট থাঙ্গৎলে। চার্জ সিট অদু prosecution branch না court য়ৌদ্রিঙৈদা check তৌনৈ। চ্যেক তৌবা অদুদা Director Prosecution গী মীওইনা কেস কা মরি লৈনদবা পোইন্ট কয়ারোম পুথোরকখি। চুম্না কেস অদু evidence মতিক চারব্রা, trial গীদমক কোর্টতা পুতপ য়ারবরা য়াদ্রবদি করি করি পোইন্টশিং হাপচিনগদগে নত্রগা লৌথোক্কগদে য়েংবগী মহুত্তা সপ্লাই তৌখিবা পোৎশিং অদু শুকতৌ তৌদনা শাজিনবনি । পোৎ অমত্তা সপ্লাই তৌদে মদুদা

receipt তৌরিবা electricity dept কী store in charge ফাগদবনি অসিনচিংবা Comment কয়ামরুম পীদুনা charge-sheet অদ court য়ৌদনা হল্লকখি। মমৈদা ঐঙোন্দা comment পীয়ু হায়রকখি। ঐনা Parawise comment পীখি মদু গভর্নমেন্ট য়ৌনখি। তাং ২/২/৮৮ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা Chief Secretary, IGP নচিংবা য়াওনা কেস অদু খন্নখি । খন্নরিবা অদুগী মরুওইবা পোইন্টতি সপ্লাই তৌখি হায়রিবা electric কী part শিং অদু তশেংনা সপ্লাই তৌখিব্রা নত্রগা শুকতৌ তৌদনা শাজিনখিব্রা হায়বা অসিনি। মদু অশেংবা খঙননবগীদমক ঐবু Calcutta দা থারগা Firm গী মীওইশিং উন্নরগা মরী লৈনবা রেকোর্দ ফানবা তৌরুচো হায়রে।

মরম অদুনা ঐহাক কেস অদুগী I.O. Inspector Tomba O/C Imphal P.S. গা লোইননা কলকাট্টাদা তাং ৫/২/৮৮ ইংনা ফ্লাইটতা চৎকে লেপ্লে। মতম অদুদা accd. S. Sanjoy সু bail দা লৈবা মতমনি। চহী ৬/৭ শুগ্রবা মতম নিনা মানা Electric গী মচাক লৈরুরিবা মীওই অদু লৈরমদবসু য়াই নত্রুগা খঙদে হায়না চেনখিবসু য়াই অদুনা মহাকপুসু পুরগা চৎপা হায়না লেপ্লে। মহাক্না part লৈরুবা Firm অদুগী মমিং ALKA Supply Agency কৌই। লেপখিবা মতুংইন্না তাং৫/২/৮৭ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐ, O/C IPS অমসুং S. Sanjoy ঐখোয় অহুম কলকাট্টাগীদমক plane দা ইম্ফাল থাদোক্লে। পুং ২ দা কলকট্টা য়ৌরে অমসুং Red Light Hotel দা লৈরে। তাং ৬/২/৮৮ ইংদা Alka Agency থিদুনা ফংলে। হান্নগী মফমদা লৈরমদদুনা Bharat Enterprise কৌবা Firm অমগী খুৎথাংদগী থিদুনা ফংখি। Firm অদুগী Manager অদুনা ঐঙোন্দা Co-operation পীখিদে। য়াম্না ঙাংনরবা মতুংদা অরিবা record ফাক্নুনা থিরগা ঐগী দরকার ওইবা শরুক অদুমখৈ similar copy লৌথোক্নুনা type তৌরগা certificate ওইনা পীরে। মতম অদুদা কেস মেমো ইশু তৌখিবা নুপা অদুগী statement লৌরে। অসুম্না দরকার ওইবা মচাকশিং অদু পুরগা ইম্ফালগা হল্লকখি। মতৌ অসুম্না prosecution department না য়েৎলকখিবা electric গী পার্ট অমত্তা শুকতম তমদনা Bill শাখিবনি, store গী ওফিসারনা শাজিন্নবা রিসিপ্ট পীখিবনি হায়বা theory অদু লাল্লে হায়বা উৎখি অমসুং মমৈদা charge sheet অদু court য়ৌখি।

ঐগী চাকশং, ইনাও নুপা অতোম্বগী লৈফম অমসুং মখোয়গী চাকশং লৈতবদগী মখোয় মখোয়গী তুমফম কাদা অমসুং ঐগীনা bathroom ওইননবা থম্বা জগাদা চাক থোংনৈ। খুদোং চাদবা অদু কোক্লবা ঐগী যুমগী মনীংদা ফৈনা যুম অমা শারগা মথক্তা ইনাও অনী অমসুং ঐগী ফৌ হাপ্পবা কোৎ, অচৌবা কা অমা মখোরোমদা থম্লগা ইনাও নুপা অতোম্বগী ফেমিলি লৈননবা অদুগা মখাদনা ঐগী চাকখুম অৱাংথংবা শরুক্তনা কা-অনী থোক্লগা ইনাও অনীগী চাকখুম ওইননবা হায়দুনা শোক ১৯৮৭ তগী চেকনা হৌরগা যুম মথোন অনী শাথ হৈবগী মহুত্তা উপাক্লা হারগা জিঞ্চনা কুপ্পুনা শাননবা শিনবা হৌই। মদুদা চংবা খরচ অদু ইচানিপা জিতেন্না সপ্লাই অমসুং কন্ট্রেক্ট ব্বার্ক তৌদুনা তাল্লি। ইম্ফাল কোলেজদা বিল্ডিং অমা ক্লাস রুম অনী থোক্লবা লুপা লাখ অমগী estimate তা প্রিন্সিপালনা ইচা নুপা জিতেন্দা অতম্না হায়রক্নুনা শাখি। য়াম্না থুনা হোৎনদুনা শাবা লোইখিবা বিল্ডিং অদুদগী লুপা লিশিং খরা তোংখি। ঐগা তান্নদুনা

জিতেন পি.ডব্লিউ.দি. দা ক্লাস থ্রী কন্ট্রেক্তর ওইনা হান্ননা Register তৌখ্রবনি । য়ুরেম্বমদা Garrage cum Store অমসু শাখি। Estimated amount লুপা ৭৬,৯০০/- খক্তনি। অসুম্না ইচা নুপা অহল জীতেন B.Sc. পাশ তৌরবা মতুংদা পৈশা তান্দুনা ঐগী মতেং য়াম্না পাংখি। মদুমক্লা ঐহাক্লা য়ুম অমসুং চাকশংনচিংবা শাবা ঙমখিবনি। য়ুরেম্বমদা গেরেজ কম স্টোর শাবগী চীফ ইঞ্জিনিয়রগী অয়াবা অদু R.R. No. 14860 dt 19.2.88 নি।

Manipur গী Rotary Club, Imphal গী সেক্রেটরিনা ঐবু মণিপুরদা থোক্লিবা Insurgency & Drug Problem গী মরমদা গেষ্ট স্পিকর ওইনা ৱা ঙাংননবা ইনভাইট তৌরকপদগী ঐহাক তাং ২৬/২/৮৮ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবদা লম্ফেলদা লৈবা ওফিসার মেসতা চত্তুনা ৱা ঙাঙলুই। মণিপুরগী মরুওইবা দিপার্টমেন্ট কয়াগী ওফিসারশিং, Chamber of Commerce Manipur গী মরুওইবা businessmen অসিনচিংবগী মমাংদা ঐনা পুং ৬ মি: ১০ দগী পুং ৮ ফাওবা ৱা ঙাঙখি। ময়াম্না য়াম্না পুক্নীং চংনা তাবীখি অমসুং ঐবু থাগৎপিখি।

তাং ২৯/২/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি। বিষেনপুর পি.এস.গী Case No. 10(2) 86 BPS u/s 302 IPC গী accd. Lamabam Birbal s/o late Madhumangol কৌবা মীহাৎপা অদু District and Session Judge গী Court তা মাগী মথক্তা পীগদবা punishment খন্নরিঙৈ, মশাসু কোর্টকী ডোক্তা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা কোর্ট মনুংদগী চেনখিদুনা নানথোকখি। মায়কৈ পুম্নমক্তা পুলিসনা কোইথি থিখি। থৌদোক অদু য়াম্না তাঙবা থৌদোক অমা ওইখি।

তাং ৩/৩/৮৮ ইং শগোলশেন নুমীৎ য়াওশং হৌবা নুমীৎনি। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ৩ লোম তাবদা পাউ ফংখি। মদুদি High Command না Mr. Rishang Keishing C.M. দগী step down তৌ হায়বা হুকুম তৌরক্লে। তাং ৪/৩/৮৮ ইংদা দিল্লিদগী Home Minister Buta Singh, Commerce Minister of State Santosh Mohon Dev অমসুং Shri Oskar Fernandes ইম্ফালদা থুংলখি। মণিপুরগী Governor সু Agartala দগী ইম্ফালদা থুংলখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ১২ মি: ৪৫ তাবদা শ্রী রিশাং কৈশিংবু নমদুনা লৌথোক্লগা শ্রী R.K. Joychandra বু C.M. ওইনা ৱাশক লৌহনখি। মহাক্কা লোয়ননা Mr. Sorsho Lorho অমসুং শ্রী I Tompok পু Cabinet Minister ওইনা ৱাশক লৌহনখি। তাং ৭/৩/৮৮ ইংদনা Cabinet Minister মরি অমসুং State Minister 4 অমুক ৱাশক লৌহনখি। নুমীৎ অদুমক্তদা Chief Secretary শ্রী বারুৱাবু Mr. Kipgen না replace তৌখি। S.P./Imphal Mr. Romenkumar বু 2nd MR গী C.O. ওইনা C.O. 2MR না Bishnupur গী S.P. ওইনা অমসুং Bishnupur S.P. Shri A. Pradeep না SP/Imphal ওইনা transfer order থোকখি। তাং ৯/৩/৮৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা শ্রী প্রডিপনা SP/Imphal গী চার্জ লৌখি।

তাং ২৭/৩/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী পুং ৮ মি: ৫০ তাবা মতমদা পাউ ফংই মদুদি খোয়াথোংদা নোংমৈ কাপ্পরে হায়না। খুদক্তা খোয়াথোং তানা থৌজিল্লী। থৌদোক অদুদা CDO মোবাইল one গী

কাংবুনা S. Rajen@Dina কৌবা extremist কী মীওই অমা কাপথুরে অদুগা ইবোমচা কৌবা অমনা ফারম্মী। অফাবা মীওই অদু নুমীৎচুপ্পা interrogation তৌরম্মী। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৭মি:৪৫ তাবদা পুলিস জীপ অনী ৱাইখোম লৈকাইদা extremist না ambush তৌরে তাবদগী spot তানা চেনশিনদুনা enquiry তৌখি। মরক অদুদা পুং ৮ তাবদা লমলোং পুলিস O.P. attack তৌরে তাবদগী মফম অদু তানা থৌজিন্দুনা investigation চথরুই। অসুম্না নুমীৎ অদু নোংয়াই মতুং ফাওবা পোত্থাবা লৈতনা চিনখি।

তাং ২/৪/৮৮ ইং থাংজ নুমীৎকী নুমীৎ য়ুংবা মতুং পুং ১ মি: ৩০ দা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর মণিপুরদা ইম্ফাল airfield দা থুংলখি। পুং ২ মি: ৫ তাবদা Agartala দা পাইখি। তাং ৪/৪/৮৮ ইংদা অগরতালাদগী ইম্ফালদা অমুক লাকখি। অমসুং তাং ৫/৪/৮৮ ইংগী নুংথিল পুং ৩ মি: ৩১ দা airfield থাদোক্কুনা দিল্লিগীদমক পাইখি। প্রাইম মিনিষ্টরগী খোংচৎ অদুগী মমাং, মনুং অমসুং মতুংদা ঐহাক মখল কয়াগী দ্যুতি পীদুনা পাঙথোকখি। অদুগী মথক্তা গভর্নরগী চথোক চৎশিন খুদিংদা লোয়নখি। তাং ১০/৪/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ঐগা য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নবা অৱা-অনা কয়াদা শরুক য়ামিন্নরকখিবা তাদ ইরেংবম ইন্দ্রজিৎ সিংহ খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। নুমীৎ অদুদা মাইবম লৈকাইদগী পিএলএগী রোবীন্দ্রো কৌবা মীওই অমা ফাখি। হায়রিবা রোবিন্দ্রো হায়বা নুপা অসি ঐনা ইন্ট্রোগেসন নুমিৎ কয়ানিমরুম চথখি। মহাক্কী মমিং Khoisnam Rovindra@Leisang কৌই। মাইবম লৈকাইদগীনি। মহাক interrogation তৌবদগী পিএলএ না ইউনিফোর্ম শেৎলগা তৌখিবা dacoity কেস December '87 দগী March '88 ফাওবগী detect তৌবা ঙমখি। Dacoity অদুদা নত্তনা মখোয়না welding machine শিজিন্নদুনা SBI Canchipur Branch তগী Iron chest হুত্তোক্কুনা পৈশা লৌখিবনচিংবা খঙদোকখি। তাং ১২/৪/৮৮ ইংদা পিএলএ গী Utam ফাদুনা মঙোন্দগী welding machine (gas কীদু) recover তৌখি।

তাং ১৮/৪/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা S.I. Ningam গা লোয়ননা Wungnaoshang Keishing কৌবা তাংখুল নুপা অমা Minister PWD Soso Lorho গী Quarter দা চংলুই। Wungnaosang গী .32 গী revolver অমসু য়াওই। অয়ুক পুং ৮ মি: ১৫ রোম তাবদা মখোয় করিগুম্বা favour অমগীদমক মন্ত্রিগী ক্বাটরদা চঙলুবনি। মন্ত্রিগী গার্দনা চোক তৌবদা লাইসেন্স নোংমৈ ফংবদগী চিংনদুনা মন্ত্রিদা রিপোর্ট তৌরুরে। মন্ত্রিসু য়াম্না চিংনবদগী মখোয় অনীমক arrest তৌ হায়না arrest তৌরে। কেস অমা ইম্ফাল থানাদা register তৌদুনা অচৌবা ৱাজাও অমা থোক্লে। Investigation তৌননবা ঐঙোন্দা শিন্নরে। নুমীৎ চুপ্পা থিগৎপদা অহিং অথেংবা ফাওবা ঐহাক শংখিদে । ঐনা চিংনরম্বা মতুং ইন্না মখোয় অনী অদু চুম্নগী মন্ত্রিদা favour অমা তৌননবগী চৎলুবা ওইরম্লে। মন্ত্রিদা ঐনা মখোয় অনীগী statement অদু পুদুনা চৎলগা পাহল্লে অদু ফাওবদা মন্ত্রিনা convince তৌখিদে । তাং ১৯/৪/৮৮ ইংদনা নুংথিল পুং ১ রোম তাবদা 39 Bn. CRPF কী platoon অমা escort duty চৎপদা Salungpham দা underground extremist না ambush তৌরকখি।

তাং ২১/৪/৮৮ ইংগী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা Thoubal PHED দা থবক তৌবা E.E. ঙাঙোম

ব্রাজবিহারি সিং মহাক্কী ওফিসতা Yamaha Motorcycle তোংদুনা লাকপা শকখঙদবা মীওই অহুম্না নোংমৈনা কাপলম্বদগী ইম্ফাল হোস্পিটালদা নুংথিল পুং ১ মি: ৩০ দা শিরে হায়বা পাউ ফঙখি। মতৌ অসুম্না থৌদোক কয়ামরুম অমগী মথংদা অমা থোকচিল্লক্কুনা ঐহাক অঙকপা ফংনা চিল্লম্মী।

ঐহাক তাং ২৩/৪/৮৮ ইং থাংজ নুমীত্তগী তাং ২/৫/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীৎ ফাওবা নুমীৎ ৯ নি SP/Imphal চখোকখিবদগী ঐনা SP/Imphal গী চার্জ পুবা তাখি। ঐগী normal duty শিং অদুগী মথক্তা নুমীৎ খুদিংগী অয়ুক্তা সি.এম. উন্নদুনা brief তৌবা, DGP উন্নদুনা brief তৌবা, মরম কয়া মরুমগী মিটিং য়াওবা অসিনচিংবা থবকশিং ঐঙোন্দা হাপচিনখি।

তাং ২৪/৪/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নোংঙাল্লমদাইদা পিএলএ গী মরুওইবা মীওই সোইবম তোম্বা এলাইজ ইঙোচা এলাইজ মোচা(২৯) অপোকপা গুনেশ্বর লৈফম শিংজমৈ থোংঙাম লৈকাই অদু য়াইরিপোক মালোমদা Smt. Meitram Keinahal Devi (38) w/o Manglemba গী য়ুমদগী ফাখি। মঙোন্দগী (১) M-22 pistol অমা (২) মেগাজিন অহুম, (৩) মরু মরিফুমাপল অমসুং (৪) হেন্দ গ্রেনেড অহুম অদুগা পিএলঐগী ডোকুমেন্ট কয়ামরুমসু ফাগৎকি। মহাক ইন্ট্রোগেসন তৌবদা পিএলএগী সেট-অপ, এক্টিভিটি অসিনচিংবা খঙবা ঙমখি। মহাক্না হায়দোকরকখি মদুদি:-

তাং ৫/১১/৮২ ইংদা মহাক নুপী ১০ য়াওনা পিএলএগী মীওই ৮৫ গা লোয়নননা মখোয়গী লিডর S. Temba না লুচিংদুনা কাচিন তানা চৎখি। মখোয় কাচিনদা ট্রেনিং তৌখি। খুদোংথিবা অৱা-অনা খাঙবা তাখি। কাচিন য়ৌদ্রিবৈঙদা NSCN গী General Head Quarter অমসুং Central Head Quarters দা লৈদুনা ট্রেনিংনচিংবা কয়া ফংখি কাচিন্দগী মখোয় মণিপুর তম্না শোক ১৯৮৭ তা থোরকখি। পুল্লপ্না লাকপা য়াদবনা মচীৎ-মচীৎ ওইনা মে থা ১৯৮৭ তগী হৌনা মণিপুরদা infiltrate তৌরকপা তাখি। চৎখিবা মীতৈমচা নুপা নুপীশিং অদুগী মরক্তা খরনা কাচিন্দা লৈহৌখি খরা অমসু শিখি। মহাক্তি হায়বদি S Ingocha@Mocha July 1987 দা ইম্ফাল য়ৌরকখি।

মণিপুরদা পিএলএগী ওর্গেনাইজেসন অসি শোক ১৯৮৮ এপ্রিলদা group কয়ামরুম থোক্লা খাইদোক্কুনা মখোয়গী activity চত্থরম্মী।

অহানবা গ্রুপ (ইম্ফাল) - Kh. Manikanta না লুচিংবা মাগী মখাদা Hard core মীওই ৫ লৈরম্মী। খুৎলাইনা M-16 অমা, Carbine অমা , sten gun অমা পীরম্মী।

অনীশুবা গ্রুপ(চীংদা) - Rajesh@Bijoy of Serou না লুচিংবনি মাগী মখাদা hard core মেম্বর মঙা লৈরম্মী । খুৎলাইনা M-22 পিষ্টোল অমা, .38 রিভোলভর অমা, M-20 পিষ্টোল অমা অমসুং Hand Grenade অহুম পীরম্মী।

অহুমশুবা গ্রুপ (ভেল্লি) - Raji Mangang@Jiten না লুচিংবনি। মখাদা মী নিপাল লৈবম্মী। খুৎলাইনা M-22 পিষ্টোল অমা, M-14 অনি, G-2 অনী, G-3 অমা, G-4 অমনি।

মরিশুবা গ্রুপনা (NSCNগীGHQ) - চাওরেন্না লুচিংবনি। মাগী মখাদা মীওই অহুমগা লোয়ননা council গী মেম্বর ওইরম্মী। মখোয়গী লাম্নী ৬০ রোম নুপী ৭ য়াওনা লৈরম্মী।

মঙাশুবা গ্রুপনা (বঙ্গলাদেশতা) - তোম্বী শর্ম্ম- হাওবম মরক, মোহিন্দ্রা-নামৈরাকপম লৈকাই, ঝলজিৎ -তেরা মখোয়গা লোয়ননা মীওই ২০ মুক লৈরম্মী।

মতৌ অসুম্না পিএলএ গী set-up অদু খণ্ডদোক্লবা মতুংদা মখোয় মখোয়গী শাইদাংফম জগাশিং খণ্ডদোক্লবা হোৎনখি। অনিশুবা গ্রুপকী Hide out মফম অনী খঙখি মদুদি Tangkhul Khullen গী Ch. Denial@Hambusing Tangkhul(34) S/o Apangba Tangkhul অমসুং Ngamukhongগী Thangjam Ibomcha@Balli নি।

অহুমশুবা গ্রুপকী Hideout অমনা Yurembam Makha Leikai দা লৈবা Laiphrakpam Santi Singh (30) S/o Nillamani গীদনি। মফম অদুনা লৈরম্না মীওইশিং অদুনা লুচিংদুনা তাং ৩০/১১/৮৭ ইংদা CRPF convoy ambush Moirang Kampu দা তৌখি। অতোপ্পা hide out অমনা Moirang Kampu Awang Leikai গী Laishram Momon (45) s/o late Babu গী য়ুমদনি।

তাং ৩০/৪/৮৮ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ মি: ১৫ রোম তাবদা কাচিন্দগী হল্লকপা পিএলএগী মীওই অনীখক ফাখি। মখোয় অদু কমান্দোগী কাংবু অমনা পল অহনবীদগী ফাবনি। মমিংনা তখেল্লম্বম কুমার এলাইজ ইনাওবা(২৪) অপোকপা ইবোহল ইথম মমাং লৈকাই অমসুং খাঙেম্বম ইনাও এলাইজ ইনাওবি এলাইজ অঙৌ (২৬) অপোকপা নেত্রা সিংহ খোংজোম বাজারনি। মখোয় অনি ইন্ট্রোগেসন তৌরগা follow-up action কয়ামরুম চথখি।

তাং ১/৫/৮৮ ইংদা শ্রী এ. প্রদিপ সিংহ SP/Imphal হল্লক্লুনা SP/Imphal গী চার্জ ঐঙোন্দগী লৌখি।

তাং ৯/৫/৮৮ ইংদা ঐগী লনাই টেলিফোন কনেক্সন পীননবগীদমক Telecome District Manager দা demand note no. AD-2744 dt 28.3.88 I:D Exchange Form No. 1331 দা লুপা ৮০০ deposite তৌখি। মতম অদুদা ঐগী ইচানুপী সুজাতা Guwahati দা Food Craft Institute তা Training তৌদুনা লৈবা মতমনি। ঐগী ইচানুপী অতোম্বী খেরোদাসু মচেগী মনাক্তা লৈখি। মখোয় অনী লৈতবসি ঐঙোন্দা পুমচিক চীকখি। Final examination লোইরদুনা তাং ২৫/৫/৮৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ইচানুপী সুজাতা অমসুং খেরোদা ফ্লাইটতা গৌহাটিতগী হল্লকখি। Dambar কৌবা নেপালি মচা অমসু helper ওইনা পুরকখি।

মতম অদুদা state কী Home Minister Shri I. Tompok না ওইরম্মী। হান্নদগী মহাক ঐগা মুন্না খঙনরম্মী। Home Minister ওইরকপদুদা ঐগী থবক্তা য়াম্না মরী লৈনরম্মী। Extremist গী মীওই ফাদোক ফাজিন তৌবগী, Murder, dacoity, robbery নচিংবা extremist শিংনা তত্তনা চথরকপা থৌদোকশিংনা

state adminIstation দা অকায়বা কয়া লৈরকপদগী Home Minister না ঐবু ঙাইহক লৈতনা কৌরম্মী। থৌদোক কয়ামরুমগী মতাংদা হংদুনা মতম অদুগী law and order মতাংদা থিজিনখিরম্মী। পুলিস মোবাইল পার্টি কয়ামরুম শেমদুনা মাইকৈ মাইকৈদা থাদোক্তুনা law and order maintain তৌননবা হোৎনরম্মী। মতম অদুদা Lokhon কৌবা ASI অমনা মোবাইল পার্টি অমগী লুচিংবা ওইরম্মী। নোংমা ASI অদুনা Home Minister I. Tompok Singh গী লৈকাইদা লৈবা মীওই অমা খরা শাথিনা লাক্লরুবদগী Home Minister মশামক্তা ব্রাকৎখিরম্মী। Home Minister না SP A. Pradeep কৌদুনা থৌদোক অদুগী মতাংদা থিগৎখিরম্মী। ASI Lokhon হায়বা অদু কনানো মহাক্লা চাং হেনবা মওংদা মীবু লাক্লরিবা করিগীনো হান্নদগী হৌনা হায়রিবা ASI Lokhon হায়বসিগী মথক্তা ব্রাকৎ কয়ামরুমসু লৈ অদুনা মহাক Home Minister গী মমাংদা পুথোরকউ হায়না অকনবা ব্রাহৈনা SP/Imphal দা হায়রক্লে। ASI লোখোন থবক য়াম্না ফবা শিবা কিদনা মথৌ তৌবা মীওইনি। Home Minister না মহাক্কী মথক্তা য়াম্না শাউবদুনা SP/ Imphal না মমাংদা পুথোকপগী থবক অদু ঐঙোন্দা শিন্নরে। তাং ২৭/৫/৮৮ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ঐহাক ASI Lokhon পুদুনা Home Minister গী বঙ্গলাদা চৎখি। ASI লোখোন মপান্দা থনম্লগা ঐনা হোম মিনিষ্টরগী বঙ্গলা ওফিসতা permission লৌরগা চঙখি। ঐনা লাকপগী মরম অদু Home Minister দি খঙলমদে মরমদি ASI Lokhon পুথোকপগী থবক অদু ঐঙোন্দা শিন্নখিবা নত্তবনা। ঐনা লাকপগী মরম হংলকপদা SP/Imphal না হায়বদগী ঐহাক ASI লোখোন সারগী মাংদা পুথোকপা লাকপনি। ASI Lokhon গী মিং হেক পনবগা হোম মিনিষ্টর অদু খঙশাউ শাওরকখি, মশক য়েংগে পুশিল্লকউ হায়খি। য়াম্না তপ্না ঐনা সাব মহাক পুশিল্লকত্রিঙৈদা ঐহাক ব্রারম খরদং হায়জখিগে হায়খি। করিনো হংলকপদা ঐনা হায়খি। পুলিস ডিপার্টমেন্টতা জুনিয়র ওফিসার মশীঙ য়াম্না লৈ অদুবু অরুবা থবক তৌবিনবা অততাই তানা হোৎনবা মীশক্তি য়াম্না তাঙই। SI গী রেঙ্কতা অমখক্তং য়াওই অদুগা ASI গী রেঙ্কতনা লুখোন মতোমতনি মহাক থবক্তগী লৌথোকখিবা তারবদি মতম অদুগী ইরাং অদু নমথবদা য়াম্না অৱাবা ওইগনি। মহাক্লা খরা হেঞ্জিনবা লৈরমদুনা অরানবা য়াওরম্লবসু মহাক্কী থবক য়েংদুনা ঙাকপিয়ু হায়জখি। ঐগী ব্রা তাবদা হোম মিনিষ্টর অদু খংনেম নেমথরকখি। ASI অদুনা করি করি তৌবগে হংলকপদা ঐনা মহাক্লা মশামক শিবা কিদনা পাংথোকখিবা থবক খরা লিখি। মদু তাবদগী মহাক্লা ASI লুখোন কৌশিল্লকউ হায়না orderly দা হায়দুনা ASI লুখোন চংলক্লে। মঙোন্দগী ব্রা অমা অনী হংলবা মতুংদা মশাগী চহি কয়ানো হংলে অমসুং মঙোন্দা পাবুং কৌ হায়গৎলক্লে। থাগৎ ব্রাহৈ কয়ামরুম হায়রগা মহাকপু থাদোকখ্রে। মতৌ অসুম্লনা ASI লুখোন হোম মিনিষ্টরগী য়াম্না চানবা মীওই অমা তুং ফাওবা ওইখি।

মে ১৯৮৮ লোইরকপদা জিরিবামগী উচাথোল ষ্টেসন্দা wireless operator ওইনা posting তাবা কে. নিমাইচান্দ সিংহ কৌবা অমা মফম খঙদনা মাঙখ্রে হায়বা Police Head Quarters Imphal দা পাউ ফংনখি। DGP না হায়রকপা মতুংইন্না SP/Imphal না ঐবু জিরিবামদা চৎলগা মাঙখ্রিবা wireless operator অদুগী মতাংদা enquiry তৌননবা শিন্নখি। অদুনা ঐহাক তাং ১/৬/৮৮ ইং যুমশকৈশ নুমীত্তা

জিরিবামগীদমক By road তা ইম্ফাল থাদোকখি। অয়ুক্কুগী চৎপনা K.M. 222 শাংবা লম্বী অদু জিরিবাম য়ৌবদা নুমিদাংৱাই পুং ৬ তারম্মী। তাং ৩/৬/৮৮ ইং ফাওবা ঐহাক জিরিবামদা লৈদুনা enquiry তৌবদা wireless operator কে. নিমাইচান্দ, ময়ুম্না লাংথাবাল, অদু তুরেন্দা ইরুজবদগী ঈশিংদা তাদুনা শিবা ওইগনি হায়বগী প্রমান ফংখি। Enquiry লোইরগা তাং ৩/৬/৮৮ ইংগী নুংথিল পুং অহুম তাবদা ইম্ফালগীদমক জিরিবাম থাদোকখি অমসুং নোংঙানবগা তাং ৪/৬/৮৮ ইংদা SP/Imphal দা ঐগী enquiry গী report পীশিনখি।

তাং ১৩/৩/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা য়াম্না শাথিবা থৌদোক অমা থোকখি নুমীৎ অদু নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ঐহাক ওফিসতগী য়ুমদা হনখি। নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা ঐঙোন্দা control room দগী পাউ পীরকখি মদুদি শ্রী থৌনাওজম চাওবা, MLA, Ex-Minister অদু লৈমপোকপমদা এম্বুস তৌদুনা নোংমৈনা কাপখ্রে। শিরব্রা হিংলিব্রা হায়বদি খঙদে হায় খুদক্তা ঐহাক ফি অমুক হোংদোক্লুনা নুমিদাং পুং ৯ লোম তাবদা লৈমপোকপম তানা থৌজিল্লী। তৌবগীদি থৌদোক অদু বিষেনপুর ডিষ্ট্রিক্ত মনুংদনি ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসনা এক্সন লৌগদবা নত্তে। অদুবু VIP অমা নোংমৈনা কাপলে তাবদা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমলমদে য়াম্না থুনা অশেংবা অমা খঙনীংলম্মী। অদুমক্লা ঐহাক কনানসু হায়দনা ঐগী ডিষ্ট্রিক্ট মনুং চন্দবা মফম অদুদা থৌজিনখি। থুনমক থৌদোক থোকফম অদু য়ৌখি। মফম অদু লৈমপোকপম খুনফম অৱাং লৈকাইদা ওইরম্মী। লম্বীগী অৱাং থংবদা লৈবা খোংবান অমদা এম্বেসেদর কাব অমা তাদুনা লৈরমই। খুনগী অকোইবদা লৈবা নুপা নুপী ময়াম ইকোয় কোয়না তিল্লম্মী। থাংমৈ হাফলানটেন অমসু থাল্লমই। বিষেনপুর ডিষ্ট্রিক্টকী S.P. Shri Shamananda, নম্বোল পুলিসকী ষ্টাফ অসিনচিংবা পুলিসকী মীওই ময়াম অমা লৈরম্মী। শ্রী চাওবগী নুপী অমসুং মচা নুপা অমা নোংমৈনা পান্দুনা কার মনুংদা শিদুনা লৈবদগী পুলিস অমসুং মীয়াম মরক্তগী খরনা লৌখত্তুনা শোরোক্তা থম্লম্মী। পুলিসকী ওফিসারশিং অদু এস পি বিষেনপুরগী direction মখাদা investigation চথরম্মী। থৌদোক অদু মতৌ করম্না থোকখিবনো হায়না হংবদা লৈরম্লিবা পুলিসগী মীওই অমত্তনা অচুম্বা পাউখুম পীবা ঙমলমদে । মরাং-মরাং তৌদুনা মেন তাবা অমত্তা ঙমলমদে। খুন্দুগী প্রজা নুপা অমনা ঐঙোন্দা পঞ্চয়েটকী মীওই অমা শক তাকখি। ঐনা মঙোন্দা তপ্না মীয়াম মরক্তগী কৌথোক্লগা হংবদা শ্রী চাওবা, মহাক্কী সহধর্ম্মীনি শ্রীমতি মঙ্গোলঙানবী দেবী, মচানুপা ওজিৎ মখোয় শ্রী চাওবগী খুনফমদা লৈবা ঙাগী ফার্মদগী চৌকিদার ও. কুল্লাগা লোয়ননা কার তোংদুনা থোরকপদা চিংফু লম্বী হায়জিল্লকপদা হান্ননা লুমদুনা লৈরম্বা মীওইনা নোংমৈনা কাপ্লদগী থৌদোক অদু থোকখিবনি হায়না তম্মী। ঐনা চৌকিদার ও. কুল্লা হায়বদুগী ময়ুম তাকহল্লগা ইমুংদা চঙদুনা কুল্লগা উন্নরুই। মহাক ফমুংদা কাংখল মনুংদা নীক্লুনা লৈরম্মী। মচানুপী লৈশাবী অমসু পাখৎখিদুনা ঈশিং থাদুনা [illegible]। ঐনা মখোয়গী ইমুংগী নাপুম খুদীংমক ইংথহল্লে। কিদনবা ৱারী তৌরে। নোর্মেল ওইরবা মতমদা কুল্লদা হংবদা নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা শ্রী চাওবা অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুং মখোয়গী ফিসরি ফার্মদা লাকই। ফার্ম অদুদা মহাক য়ুম অমা শারগা লৈদুনা অহিং নুংথিল ফার্ম অদু শঙদুনা লৈবনি।

নুমীৎ তারক্লবা মতুংদা চিংফু রোড লোমদা লৈবা ইমুং অমা মীশি মীনা থোকপদগী হংলুসি যুম তাকউ হায়দুনা মহাকপু কারদা মমাং সিটতা ফম্লগা লাকমিন্নে। চিংফু লম্বী হায়জিল্লকপদা নুপা অমা গাড়ী মমাংদা চোংথোরক্তুনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি মদুদা ড্রাইভর অদু পাখৎতুনা ওইরোমদা খংলৈ লৈথোরকপদা ঈশিং লৈবা খোংবান্দা তাখি। মতম অদুদা মীওইশিং অদুনা অরেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। নোংমৈনা পান্দুনা কারগী মনীংদা ফম্বা শ্রী মতি মাঙ্গোলঙানবী, ওজিৎ অনী শিরে । অতৈদি হায়বদি শ্রী চাওবা, ড্রাইভর, শ্রী চাওবগী ব্রার্কর অমসুং মহাক মশামক ঈশিং মনুংদা লুপ্লগা কবোকংনা মথক্তা খনজিন্দুনা লোৎহৌবদগী হিংহৌরে । শ্রী চাওবা মহাক্কী যুম ফাওবা লাকমিন্নবনি অদুবু পুলিস লাক্কুনা ময়ুমলোমদা পুখ্রে। পাউ অদু তারবা মতুংদা ঐহাক শ্রী চাওবা ময়ুময়ৌরব্রা য়ৌদ্রিব্রা খঙনীংদুনা উৎলৌ তানা চৎননবা গাড়ীদা লাকখি। লম্বীদা DGP অমসুং DIG(R) উন্নদুনা ঐবু খামলে। DGP না হংবদা ঐনা খঙলকপা পুম্নমক অদু তম্লে অদুগা ঐহাক উৎলৌ তানা চত্তুনা শ্রী চাওবগী যুমদা চংলুরে। যুম অদুদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। DIG শ্রী বিমোলসু ফমলম্মী। শ্রী চাওবসু লৈরম্মী। ঐহাক চঙখিবদা কনাগুম্না অমত্তনা কৌরমদে । ব্রারী শান্নরম্বদগী তুমিন তুমিন লৈনখিবা অদুদা ঐসু হৈনদ্রদুনা সার করি থোইদোকপা অশোক অপন লৈতেকো হায়না ইতোমতা ঙাংলম্লগা পুং ১১ রোম তাবদা যুমদা হল্লকখি।

তাং ১৪/৬/৮৮ হায়বদী লৈমপোকপম খুনফমগী থৌদোক্কী নোং হেক ঙানবগা অয়ুক পুং ৯ তাবদা SP/Imphal না ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌদুনা হায়রকখি মদুদি DGP না ঐহাকপু কেস অদুগী I.O. ওইগদবনি অদুগা নম্বোলদা চৎলগা ঙরাং থোকখিবা থৌদোক্কুগী মতাংদা কুপ্না দাতাশিং খোমজিল্লগা নুমিদাংব্রাইদা রিপোর্ট তৌরক্কদবনি । ওর্ডর অদুগী মতুংইন্না ঐহাক অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা থৌদোক থোকপম লৈমপোকপম খুনফম তানা চত্তুনা enquiry তৌরুরে। পুং কয়ামুক চংনা investigation spot তা পাঙথোক্লবা মতুংদা নুংথিল পুং ২ তাবদা নম্বোল থানাদা চত্তুনা ও সি ইন্সপেক্তর অচৌগা কেস অদুগী মখা investigation তৌমিন্নরগা নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ইম্ফালদা ওফিস য়ৌরগা রিপোর্ট শেম্লে। নোংঙানবগা তাং ১৫/৬/৮৮ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ডিজিপিনা ঐগা টেলিফোনদা ব্রারী শাবা পাম্মী হায়না পাউ পীরকপদগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ওফিস চৎলগা ডিজিপি গা টেলিফোনদা ব্রারী শারে। নুমীৎ অদুদা হোম মিনিষ্টর শ্রী আই. তোম্পোক না কৌরক্তুনা মহাক্কী ক্বাটরদা লৈবা ওফিসতা উন্নদুনা কেস অদুগী মতাংদা ব্রারী শারে। অয়ুক পুং ১০ দা DGPনা কৌদুনা মাগী ওফিসতা চৎলে অদুগা DGP গা লোয়ননা C.M. R.K. Joychandra গীদা পুং ১১ দগী মিতিং অমা কেস অদুগী মতাংদা তৌদুনা খন্নরে। নুংথিল পুং ২ তাবদা নম্বোল থনাদা চত্তুনা কেস অদুগী মতাংদা চিংনদুনা ফাগৎপা মীওইশিং interrogation চথরে। নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ইম্ফালদা লাক্লগা ওফিসতা রিপোর্ট শেম্লে অমসুং নুমিদাং পুং ১০ দা যুমদা হনখি। নোংঙানবা তাং ১৬/৬/৮ ইং দদী অয়ুক্কুগী নম্বোল থনাদা চত্তুনা চিংনবা মীওই কয়ামরুম interrogation তৌখি। নুমিদাংগী পুং ৭ তাবদা ওফিসতা হল্লকপদা murder case অদুগী I.O. ঐনা ওইগদবনি হায়না D.G.P. না order থোক্লম্লে। মতৌ অসুম্না District ব্রাংমদা থোকপা কেস অদু ঐঙোন্দা শীন্নদুনা তুম্ফম চাফম খঙদনা

কয়াদা অব্রাবা নংখিবা । ডিষ্ট্রিক্টকী এসপিনা অব্রা-পোৎলুম পুদনা ব্রাইশংনা লেনখি। মসিনী ঐগী ইরাইবক । থোক্লিবা থৌদোক অদুগী মায়কৈ কয়াদগী মীওই কয়া ঙাইহাক লৈতনা করম তৌরবগে, করি ফংলবগে হায়না হংলকপদগী পাউখুম অততাই ওইনা ঐনা পীবা তাখি। কেস অদুগী মতাংদা খঙনিংবনা ঙাওরবা এমএলএসু ঐবু তত্তনা থিরকখি। তাং ১৯/৬/৮৮ ইং নোংমাইজিং ফাওবদা wireless set তা কৌরকপদগী অয়ুক পুং ১১ দা অমুক নুমিদাং পুং ৮ দা অমুক উৎলৌ তানা চত্তুনা মহাক্কা উন্নরম্মী। Plan কয়া শীন্দুনা কেস অদুগী ইনভেষ্টিগেসন চথবদু থাদোক্লম্লগা তোয়না তোয়না এমএলএগা উন্নরম্মী।

তাং ২৯/৬/৮৮ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা য়াম্না নীংঙমদবা থৌদোক অমা থোকখি। নুমীৎ অদুদা ঐগী এজেন্ট অমা লাক্তুনা চোংথাম কোনা হায়বা মফম অদুগী য়ুম অমদা পিএলএ মীওই খরা খুৎলাইগা লোয়ননা চংজফম লৌদুনা লৈরে হায়না পাউ পীরৈ। Murder Case অদু শোয়দনমক্কী এক্সট্রিমিষ্টগী মীওইনা তৌবনি হায়না চিংনদুনা লৈরিঙৈদা পিএলএ খরা লোত্তুনা লৈবগী পাউ ফংবদু ঐহাক ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখি। পাউ পুরকপা নুপা অদুনা পিএলএ লোৎলিবা য়ুমগী য়ুম্বুগী মমিংসু খংলমই। খুদক্তা ঐনা ঐগী এজেন্ট অদুদা নুমীৎ অদুগী অথেংবা অহিংদা চৎমিন্নরগা য়ুম তাক্লনবা শীন্নরে। মাগা ঐগা উন্নগদবা মফম লেপথোক্লরে। নুমীৎ অদু নুমীৎয়ুংবা মতুং পুং অহুমলোম তারে। এজেন্ট অদু থাদোকখ্রবা মতুংদা ঐনা Reserve Line দা চত্তুনা নুমিদাংদা raid চৎননবা ফোর্স শেম শাননবা শীল্লুরগা SP/Imphal দা পাউ পীগে হায়না মহাক্কী ওফিসতা চংলুবদা SP/Imphal Shri A. Praddep নে, DSP/HQ চন্দ্রকেশোরনে, ঐগী এজেন্ট অদুনে য়াম্না চীক্লা ব্রা তান্নদুনা লৈরম্লে। ঐনা হংবদা এজেন্ট অদুনা খুম্মী মানা থোকখিবদা DSP Chandrakishore উন্নদুনা মহাকসু খঙনবনীনা পাউ অদু মঙোন্দসু পীবদগী এসপিগী মনাক্তা চংমিন্নদুনা তানরল্লিবনি হায়না খুম্মী। মতম অদুদা ঐনা এসপিদা হায়রে। মীওইশিং অদু শোয়দনা ফাননবা অথেংবা অহিংদা রেড তৌসি। মদুগী ফোর্সনচিংবা শীনবা লোইরে। মতম অদুদা চন্দ্রকেশরনা অফবা থবক্তী য়ৈথোকপা ফত্তে খুদক্তা তৌসি হায়রে। এসপিসু চন্দকেশোরগী ব্রাফম অদুদা য়ানীংলে। ঐ ইতোমতা তারবা অদুদা ঐসু মখোয়না হায়বদা য়াবা তারে। য়ুম খঙবা চন্দ্রকেশোরনা lead তৌরে। এসপিনা মতুং ইন্নরে। অদুগা ঐনা মখারোমদগী থৎচিল্লক্কে হায়নরে। মতৌ অসুম্না খুদক্তা ফোর্স কৌদুনা অহুম থোক্লা খারদোক্লে অমনা DSP চন্দকেশোরনা লুচিংবা অমনা এসপিগা অদুগা অমনা ঐনা পুরগা চৎপা হায়নদুনা নুমিদাংব্রাই অদুদা লেপ্লে। মখোয়গী পার্টি অনী অদুনা Wangoi বজারদগী নোংপোক পাংনা হায়জিল্লগা মফম অদুদা য়ৌশিনবা, ঐগী পার্টিনা ময়াংইম্ফাল পিএস মমাংগী লম্বী হায়জিল্লগা তুরেল মপান্দা মুতুম ফীবৌরোমদা চংশিল্লকপা হায়না লেপ্লদুনা থৌজিন্নরে। চন্দ্রকেশোরদী য়ুম অদু হেন্দোক্তুনা লাক্লগা ঐগা থেংনদুনা মায়য়োক্লকনে। ঐগী সিফাই মরক্তা অমনা য়ুম অদু খঙই হায়দুনা তুরেল মপান্দা গাড়ী থল্লম্লগা চেনশিনবদদী ইমুংদা লোৎলম্বা মীওইশিং অদু খুৎলায় পুদুনা চেনখিরম্লে। ঐ শাউনিংবনা DSP চন্দ্রকেশোবদা এসপিগী মমাংদা অকনবা ব্রাহৈ শীজিন্নদুনা চৈখি। ঐগী প্লান পুম্নমক মাংহল্লে হায়দুনা ঐনা মঙোন্দা চার্জ তৌখি। মতম অসিমক্তদা ঐগী ড্রাইভর জীলানা w/t set তা ঐবু

কৌরকখি অদুগা হায়রকই মুতুম ফীবৌরোমদগী সাইকল তোংদুনা তুরেল মপাল্লোমদা লাকপা নুপা অমা চোক তৌরুবদগী ইনশাং নাপী য়াওবা খাউ মনুংদা হেণ্ড গ্রেনেড অমা য়াওরমদুনা ফারে। ঐখোয় পুম্নমক ঐগী গাড়ী অদোমদা চেনশিল্লে। ফারম্লিবা নুপা অদু চোংথাম কোনাগী য়ুম অমদা লোৎপা মনিকান্তনা লুচিংবা মীওইশিংগী মরক্তগীনি। মহাক মখোয়না চাননবা ইঙ্গাং লৈবা চৎলুবনি হায়বা খঙলে। মমিং বিক্রম এলাইজ নিমাইচান্দ কৌই তেকচমদগীনি। নুপা অদু ফাবদগী ঐহাক নীংঙমদবা শাউনিংবা পুম্নমক কোকখি অমসুং মদু পুদুনা ইম্ফাললোমদা লাকখি। হেক য়ৌরকপগা বিক্রম অদু interrogation তৌবদা করিমত্তা কান্নবা ফংখিদে । Leimapokpam Khunpham murder Case অদু মঙোন্দা সুকখং খঙদবা সুকতা তাদবগুম তৌরম্মী। ঐনা record তগী খঙই মদুদি বিক্রম হায়বসি কাচিনদা ট্রেনিং তৌরুরবা পিএলএ গী হার্ড কোর মেম্বর অমনি অদুনা খঙলবসু মহাক সুকহায় হায়দোক্লোই।

মরক অদুনা গভর্নমেন্টরোমদগী অঙকপা প্রেসর পীরকখি। কেস অদু ডিটেক্ট তৌবা ঙমদে হায়না DGP সু ইকাইবা পোকখি তাং ২৩/৬/৮৮ ইংদা DGP নে, DIG(R) নে, SP/Bishenpur নে অমসুং ঐনে নুংথিল পুং অনীদা বিষেনপুরগী লাইকোইপাট্টা দাগ বঙ্গলোদা কেস অদুগী মরমদা কুপ্না মিতিং তৌশি হায়দুনা চৎখি। মিটিং অদুদা culprit কী কবিগুম্না clue অমত্তা পুথোকপা ঙম্মখিদে। মিটিং লোইরগা ঐখোয় পুম্নমক উৎলৌদা এমএলএ গী ময়ুমদা চৎখি।

ঐগী পুক্নিংদা চোংথাম কোনাদগী ফারকপা বিক্রম হায়বসি লৈমপোকপম খুনফমগী murder case অদু শোয়দনমক্কী খঙলমগনি হায়না থাজখি মহাকুদি interrogation দা ময়াদ্রবনিনা করি উপাই তৌসিগে হায়না অয়ুক নুংথিল নাইদনা খনখি। মমৈদা উপাই অমা ফাওরকখি। বিক্রমদগী রেঙ্ক হায়গৎপা পিএলএগী মীওই মীহাৎপগী থৌদোক্তী খঙহৌদ্রবা অমগা চিক্না ৱাবী শাহল্লবদি বিক্রমনা শোয়দনা থৌদোক অদুগী ৱাবী লীনিংগনি অমদুনসু খঙনীংদুনা হংবা য়াই। ৱাখল অসিগা লোয়ননা হান্নানা জেলদা লৈরবা পিএলএগী হায় রেঙ্কিং ওইবা মীওই রেকোর্ড ফাক্তুনা থিরে। মোচা কৌবা অমা জেলদা লৈরম্না থেংনদুনা ঐনা ও সি ইম্ফাল পি এস তা মোচা অদু অতোপ্পা কেস অমদা দরকার লৈ হায়না prayer অমা কোর্টতা তৌবগা পুলিস কষ্টদিদা বিমাগু নোংমা নিনিগী লৌথরকউ হায়না শিন্নরে। ও সিনা কোর্টতা চত্তুনা মোচা অদু নুমিৎ নিনিগী পুলিস কষ্টদি রিমাণ্ড লৌরুরে। ঐনা Singjamei পি এস তা পোষ্টিং লৈবা S.I Sanajaoba কৌরে। মহাক অসি bad-character কয়ামরুম খঙনৈ। ঐনা য়াম্না মমীৎ-মনা শিংবা মীওই অমত্তং ফংননবা শিল্লকউ হায়বদগী মহাক্না য়াম্না চলাক লৈবা Muslim পাখং অমা ঐঙোন্দা পুরকখি। পাখং অদুদা ঐনা লু: ১০০ পীরে অদুগা অহিং অদুমত্তং লোক অপতা লৈয়ু হায়বদা মহাক য়ারে। ঐনা মঙোন্দা মানা তৌগদবা মথৌ পীরম্মী। লোক অপতা মীওই অনি লৈরমগনি। মহাক চংলগা মচি অমদা তুমিন্না লৈরগা মখোয় অনিনা ঙাঙনবা অদু তাগদবনি। নংবুসু অফাবা বন্দি অমনি হায়না খলহল্লু। নোংঙাল্লগা মখোয়না অহিংদা ঙাঙনখিবা পুম্নমক তম্মু। মদুনা মাগী দ্যুটি লোইরে। নুমীৎ অদু মোচাবু হান্নানা লোক অপতা থমহল্লে। নুমীৎ তারবা মতুংদা ঐনা শিনখিবা মুসলিম পাখং অদু থাজিল্লে। ঙাইহাক কান্নরগা চোংথাম কোনাদগী

ফাবা বিক্রম থাজিনখ্রে। ও সি ইম্ফাল পি এস য়াওনা মাগী ষ্টাফ কী মীওই কনা অমত্তা ঐনা শিল্লিবা থৌরাং অদু খঙহন্দে। নুমীৎ অদু তাং ২৫/৬/৮৮ ইং থাংজ নুমীৎনি। নোংঙানবা তাং ২৬/৬/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী অঙনবা অয়ুক্তা ঐহাক ওফিসতা চৎলে ওফিস য়ৌবগা ঙরাং নুমিদাং লোকঅপতা থমখিবা মুসলিম পাখং অদু পুথোরকউ হায়দুনা পুথোরক্লে। ঐনা হংবদা সার করিসু কান্নদে অরেম্বা তারে হায়খি। মাগী তুংদা পুশিল্লকপা নুপা অদুদা হান্না লৈরম্বা নুপা অদুনা করিদা শোয়খিবনো হায়না মীতৈলোন্না হংখি। অকোনবগী নিপা অদুনা ওস্থোকপা লোন অমনা খুমখি। লোল অদু হিন্দীসু নত্তে, বেঙ্গোলীসু নত্তে, অসামীসু নত্তে অমসুং নাগামীসু নত্তে। ইংলিস লোলসু খরা খরা খঙই মদুসু নত্তে হায়রে। ব্রারীদি শান্নব্রা হায়না হংবদা ব্রারীদি অঙকপা লোন অদুনা অহিং চুপ্পা শান্নৈ হায়না খুমখি। গত্তি লৈত্রদুনা ইম্ফাল পিএসগী দ্যুটি ওফিসার কৌরগা মুসলিম পাখং অদু থাদোকখ্রো হায়না শিন্নরে।

লোক অপ তা লৈবা বিক্রম হায়বদু ঐগী ইমাংদা পুথোরকউ হায়বদগী পুদুনা লাক্লে। ঐনা মঙোন্দা হায়রে মহাক অমসুং মোচা মখোয় অনিনা হৌখিবা অহিংদা লোক অপতা শান্নখিবা ব্রারী পুন্নমক খঙলে। মখোয় অনিগা লোয়ননা লোক অপতা থম্বা নুপা অদু Arakan লোন মুন্না খঙবা মীওইনি। মহাক্লা পুন্নমক তন্নস্লে। অমুক হন্না লোৎপগী কান্নবা লৈররোই হায়বদগী মহাক চঙক্রখি মদুদগীদি মহাক মর্ডর কেসতা য়াওদে হায়রকখি। ঐনসু ঐ খঙই নং য়াওদে অদুবু অয়াওবশিংদো নংদি লোইনা খঙবনি হায়বদা মহাক পুরা অঙকপা ফোংদোকখি। হৌখিবা অহিংদা শান্নখিবা ব্রারীদো ঐহাক খঙলবনি হায়না খনবা মানখি। মহাক্লা হায়দোরকখি। এমএলএ শ্রী চাওবা হাৎনবা মনিকান্তনা জয়কুমারদা শিন্নখি। জয়কুমারনা ব্রাই ধিরেনগা লোয়ননা থবক অদু পাংথোক্লবা হোৎনবদা শ্রী চাওবগী নুপী অমসুং মচা নুপা শোয়বদগী শিখিবনি হায়খি। চোংথাম কোনাদা লোত্তুনা লৈরম্বদু মনিকান্তাগা লোয়নবা মখোয় মরিনি।

মরক অসিদা তাং ২৯/৬/৮৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ মি: ১৫ রোম তাবদা এমএলএ না কৌদুনা ঐহাক উৎলৌদা চৎখি। কুল্লচন্দ্র কৌবা খুনফমদগী নিপা অমা এমএলএ দা চংজদুনা লৈরম্মী। মহাকপু interrogation তৌবদা suspect Y. Dhiren গী cousin sister অমা খুনফমদা লৈ মমিং সোরোজিনি কৌই মপুরোইবা S Tombi কৌই হায়খি। মাগীময়ুমদা মীহাৎপশিং অদু লোৎলম্মী হায়। তশেংবদি কুল্লচন্দ্র হায়রিবা নুপা অসিনা এমএলএ দা চেনশিল্লম্লিবা অসি ঐগী থৌরাং অমগী মহৈনি । হৌখিবা অহিংদা ঐনা মীওই খরা জীপ অমদা থাদোক্লগা খুনফম হায়বা থৌদোক থোকফম অদুদা য়াম্না ইরাং তৌহল্লুই। থোকখিবা থৌদোক খঙহৌবা উহৌবা পুন্নমক লোইনা হাৎকনি মচিন হেক কাংথোরকপদা মপুন্সি লোইরবনি হায়না লাওহন্দুনা লাংহল্লুই। কুল্লচন্দ্র হায়রিবা নুপা অসি মকোক খরা বেরা লৈবা মীতানি। culprit শিংগী চথোক চৎশিন্দা খুনফমদা মহাক্লা তোয়না থেংনখি অমসুং মহাক শোয়দনা হাৎখিবা তারে খন্দুনা এমএলএ দা surrender তৌবনি। মহাক্লা হায়রিবা Y. Dhiren গী cousin sister Sorojini হায়বদুগী য়ুমদা ঐহাক খুদক্তা চৎখি অমসুং কেস অদুগী clue খোমগৎলুই। নুমীৎ অদুগী নুংথিলদা কুল্লচন্দ্র হায়রিবা নুপা অদুগী করি মচিং লাকখিবনো খঙদে । এমএলএ গী মচানুপীদা থাঙনা থিন্দুনা

শোকহনখি অমসুং অনৌবা ৱাথোক ওইহনখি। অহিং নুংথিল খঙদনা তুমদ, চাদনা কেস অদুগী মতাংদা থিজিন্নবা হোৎনবদা তাং ৪/৭/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা অঙকপা ফংনা হকচাং ঙম্লক্তুনা নুংথিল পুং ৩ দা ঐহাক যুমদা হল্লকখি। লাইহৌ কন্না তৌদুনা হৌগৎপা ঙমদনা ঐহাক তাং ১০/৭/৮৮ ইং ফাওবা ওফিস কাখিদে। তাং ১০/৭/৮৮ ইংদা ঐগী ইচানুপী অহল সুজতাগী চহী অমগী হায়বদি তাং ২৭/৬/৮৭ ইংদগী তাং ৬/৭/৮৮ ইং ফাওবগী Diploma Course on Hotel Reception and Book Keeping হায়বা অদু Food Craft Institute, Guwahati, Basistha Road Institute, Guwahati, Basistha Road Beltola দগী লোইদুনা মৌপ্পা নুপা সমানন্দগা লোয়ননা plane দা হল্লকখি।

তাং ১৬/৭/৮৮ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐগী নুপী মশা ঙমদবদগী Dr. Bidhumukhi Devi বু য়েংহনখি। মহাক্না হায়রকপা মতুংইন্না নুমীৎ অদুদা Dr. Noren দা পুদুনা য়েংহনবদা Blood অমসুং 'X' ray লৌ হায়দুনা লৌবগা য়েংহনবদা Hospitalise তৌরো হায়বে। মথা শারিবঁগে অদুদা লম্লাই পুলিস ষ্টেসন attack তৌরে হায়বা পাউ লাক্তুনা নুমিদাং পুং ৮ তাবদা লম্লাই থনা তানা চৎলে। লম্লাই থনাদগী অথেংবা অহিংদা যুমদা হল্লকখি। থৌদোক অদুদা Lamlai P.S. দা attack তৌবা M.R গী Rifleman অমা শোকখি। DGP না কৌদুনা থৌদোক অদুগী মতাংদা অকুপ্পা রিপোর্ট পীখি। দোক্তবগী advice মতুংইন্না ঐহাক্কী নাবিবী নুপী তাং ১৮/৭/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ডিষ্ট্রিক্ট হোস্পিটালদা এদমিট নুমিদাংৱাই পুং ৫ দা তৌরে। মতৌ অসুম্না Leimapokpam Khunpham গী murder কেস গী কন্না চিল্লিবঁগে মতমদা ঐগী নুপী হোস্পিটালদা লায়েংদুনা লৈবগী ৱাখল অসিনচিংবসিনা মেনতিল্লী অমসুং ফিজিকেল্লী ৱাহল্লমই। তাং ২২/৭/৮৮ ইংদা মহাক X-ray মরিবক হন্না লৌবে অমসুং ইনৌ নৌনা ঈসু টেষ্ট তৌখি। তাং ২৩/৭/৮৮ ইংদনা বোন মেরো লৌরে। লৌববা বোন মেরো অদু নুমীৎ অদুমক্তদা লম্ফেলগী RMC হোস্পিটালদা Dr. Subadani Devi (Pathology) দা examine তৌনবা থারে। Investigation গী ফল মতুংইন্না Dr. Norendra না ঐগী নুপী বোম্বে নত্ত্রগা দিল্লিদা পুদুনা লাইয়েংনবা advice তৌরে। মখোয়না ঐগী নুপীসি multiple miloma না হায়বদি cancer না নারে হায়না চিংনরে। মরক অসিদা ঐগী ওফিসকী থবকসু চিনবা হেনগৎলী। তাং ২৮/৭/৮৮ ইংগী অয়ুক পুং ১১ মি: ৪০ দা NSCN গী মকওইবা মীওই মমিংনা S. Houchand @Achan of Kashom Khullen মশাগী .32 গী রিভোলভর অমগা লোয়ননা ফাদুনা interrogation কন্না চথখি। ঐগী নুপী লায়েংবগীনা State Medical Board তা পুথোক্তুনা মপান্দা লায়েংনবা খন্নরি। তাং ১১/৮/৮৮ ইংদা Chairman State Medical Board তগী order no P/4 84-DHS(pt IV) dt 11.8.88 গী মতুংইন্না ঐগী নুপীগী লায়েংবা অদু AIIMS New Delhi দা refer তৌবিরে। ঐহাক চৎপা তারমই। ঐগী ইচানুপা য়াইমা শ্রীমান সিতেশ মতম অদুদা গুৱাহাটিগী Arya-Vidyapeet College দা P.U.(Sc.) তম্লমই। মহাক L.M. Hostel দা লৈননবা হোৎরম্মী। চিনখ্রবা মতম অদুদা থৌদোক ৱাথোকসু নোংমতা কাংদনা থোক্লমই। তাং ৮/৮/৮৮ ইংগী নুংথিল পুং ১ মি: ২৫ বোম তাবদা মন্ত্রি পুখ্রীদা লৈবা পোষ্ট ওফিসতগী শকখঙদবা মীওই ৩ না নোংমৈ উত্তুনা লুপা ৫৭২০ লাকখিবম্মী। তাং

৯/৮/৮৮ ইংদনা বজারদা বোম মফম অনীদা পোকখায়রম্মী। অমনা পুং ১২ মি: ৩০ দা M.G. Avenue দা অমনা নুংথিল পুং ১ দা গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস পাওনা বজারদনী অহানবগী পোখায়বা অদুদা মীওই তরেৎ অনীশুবগীদনা মীওই মঙা শোক্লম্মী। থৌদোকশিং অদু থিগৎপদা অমদি investigation তৌবদা খা-রাই খঙদবমখৈ অথেংবা অহিং ফাওবা য়াম্না চিল্লম্মী। লৈমপোকপম খুনফম murder case গী মতাংদা ফাগৎলুবা মীশিং অদু বেলদা থাদোকনবা দরখাষ্ট মনম মনম থাজিল্লক্তুনা বেল ওবজেক্সন রিপোর্ট নুংতিগী ওইনা কৌরক্লম্মী। অমসুং মদুগী রিপোর্ট সবমিট তৌবা হায়বদুদি থাদোকপা য়াদবা থবক অমা ওইরম্মী। অদুগী মথক্তা ষ্টেট ফঙ্কসন মথং মথং হায়বদি তাং ১৩/৮/৮৮ ইংদা পেত্রিওট-ডে, তাং ১৫/৮/৮৮ ইংদনা ইন্দেপেদেন্ট ডে অসিনচিংবনি। হায়রিবা ষ্টেট ফঙ্কসনশিং অসিদা law and order গী অকনবা দ্যুটি তৌবা তারম্মী। তাং ১৫/৮/৮৮ ইংগী অয়ুক পুং ১০ মি: ২৫ দা 1st M.R. Ground দা C.M. না মনা মথুম য়েঙ্খোকই। মদুদা ঐহাকসু Outstanding service কী সি.এম. না পুলিস মেদল লুপা লিশিং মবিগা লোইননা ফংখি। মরক অসিদা ঐগী নুপীগী Ex-Sate treatment কী order গভর্নমেন্টতগী লৌননবা হোৎনরি। তাং ১৯/৮/৮৮ ইংদা ঐগী নুপী লায়েংনবা দিল্লীদা চৎননবা নুমীৎ ৩০ নিগী E.L পীবিনবা দরখাষ্ট থাখি। তাং ২০/৮/৮৮ ইংদা Govt. তগী Air fair লুপা ৬৫৬০, অমসুং LTC লুপা ৪৮০০, পুন্না লুপা ১১৩৬০ ফংখি। মতম অদুদা ইম্ফালগা দিল্লিগী এরোপ্লেন টিকেটগী মমল মী অমগী লুপা ১৬৪০ ওইরম্মী। ঐহাক অমসুং ঐগী নুপীগী টিকেট মমল লুপা ৩২৮০ অদুগা ঐগী ইচা নুপী সুজাতাগীনা কনসেসন্দা লুপা ১১০০ ওইরম্মী। তাং ২৯/৮/৮৮ ইং ঐখোয় অহুম দিল্লি তান্না ফ্লাইটতা চৎননবা টিকেট লৌরে। লুপা ৪৩৮০ তাবম্মী। ঐগী নুপীগী খুজী তোনা অনীমথায় শল-মখায় অমগা চানিং তরুক লুম্বদু ভাগবতি জোৱেলরী হাথী চোক্তা ফম্বা শ্রী সদানন্দদা লুপা ৯৬৭৫ শীত্তুনা কায়থোক্লে অসুম্না চৎননবা থৌরাং তৌরে। ঐগী মরুপ অমা নই দিল্লিদা ডাক্তব ওইনা গভর্নমেন্টকী থবক তৌদুনা লৈরম্মী। মমিংদি ডা: এস.পি. সারকার কৌই। সোরোজিনি নগড়দা লৈবনি। মঙোন্দা চিঠি ইদুনা ঐখোয়না লাক্কদবা মতম খঙহনখ্রে অমসুং লৈফম্নচিংবা খুদোংচাবা মফম শিনবিনবা হায়জখ্রে। তাং ২৭/৮/৮৮ ইংদা অয়ুক্তা DGP, DIG(R), SP(I) নচিংবা উন্নদুনা ঐহাক তাং ২৯/৮/৮৮ ইংদা চৎপগী পাও পীবল্লে। ঐগী নুপীগী নারিবা লায়না মওং অদু তাবদা ময়াম্না ঐঙোন্দা মতেং পীরকখি। মখোয় অদুদি (1) Insp. Ibopishak Rs. 500/- (2) Mr. Romenkumar, CO 2 MR Rs. 1000/- (3) ASI S. Ibochouba - Rs 200/- (4) LC Radha - Rs. 200/- (5) Bipul Rs. 500 (6) SDPO/Imphal - Rs. 100/- (7) SDPO/Singjamei Rs. 100 (8) O/C Lamphel P.S. - Rs. 100/- (9)O/C Singjamei P.S. Rs 100 (10) Md Abdulhei - Rs. 300 (11) R.K. Sarat Rs.500/- (12) N. Ibotombi Rs. 50 (13) S.I. Nungshi Rs. 100/- (14) MLA Babu Rs. 300 (15) S. Sanjoy Rs. 100/- (16) Kh. Achouba - Rs. 200 (17) H. Shyamkishore Sharma - Rs.200/- অসিনি। অসুম্না মীওই ১৯ অসিনা পুন্না লুপা ৫৪৫০ মতেং পাংবিখি।

অসুম্না ঐনে, ঐগী নুপীনে অমসুং ইচা নুপী সুজাতানে ঐখোয় অহুম পুং ১১ মি: ১৫ দা দিল্লিগীদমক

এরোড্রোম থাদোকখি। নুংথিল পুং ৪ তাবদা দিল্লি এয়ারপোর্টতা থুংখি। অমসুং ঐগী মরুপ ডা: সরকারনা এয়ারপোর্টতা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় মাগী সোরোজিনি নগড়দা লৈবা ক্বাটরদা পুং ৫ তাবদা থুংখি। নোংঙাল্লগা তাং ৩০/৮/৮৮ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ডা: সরকারনা লূচিংদুনা AIIMS তা চৎলে। ডা: সরকারদি ঐগীদমক নুমিৎ ৫নি কেজুয়েল লিভ লৌদুনা ঙাইরম্লবনি। ঐগী নুপীগী নারিবা মওং অদু AIIMS গী Haematologist গী দোক্তরনা য়েংগদবনী অদুবু ডিপার্টমেন্ট অদুগী হেড অদু ছুটি লৌখিদুনা ওফিস কারকলমদ্রে অদুনা ডা: সরকারনা মহাক্কী মরুপ ডা: টি.কে. বাসু কৌবা এম.ডি. স্পেসিয়েলিষ্ট গ্রেড ৱান ইন Haematology হায়বা অমা Safdarjang Hospital দা Head of Department ওইনা লৈ। মহাক্না ঐখোয়না উন্নগদৌরিবা AIIMS গী ডাক্তর অদুদগী সেনিয়র ওইবনি হায়রে। অদুনা ঐখোয় ডা:টি.কে. বাসুগী মনাক্তা Safderjang Hospital দা চৎলে। মঙোন্দা ঐগী মরুপ ডা: সরকারনা introduce তৌদুনা ঐগী নুপী অদু check up তৌহল্লে। অসুম্না য়েংলবা মতুংদা ঐখোয় Dr. Sarkar গী ক্বাটরদা হল্লক্লে। নুমীৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা ঐ অমসুং Dr. Sarkar ঐখোয় অনী Dr T.K. Bashu গী ক্বাটরদা চত্তুনা ঐগী নুপীগী অনাবা অদুগী মরমদা মুন্না ৱারী শারুরে। মথং নুমীৎ তাং ৩১/৮/৮৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অয়ুক পুং ৮ তাবদা ঐখোয় অহুম Safdrajang Hospital দা Dr. Sarkar না পুবিরে। ঐগী নুপীগী X-ray, Blood test, bone marrow টেষ্ট তৌরে। ঐগী ইচানুপী সুজাতাসু X ray, Urine অমসুং Blood test তৌদুনা য়েংথোকহল্লে। লোইরগা Dr. Sarkar না পুদুনা Kutuv Minar য়েংলুরে। নোংঙাল্লগা তাং ১/৯/৮৮ ইং শগোলশেন নুমীত্তা AIIMS দা অয়ুক পুং ৯ তাবদা চৎলে। ঐখোয়না য়েংগদবা ডাক্তব অদু Mr. Malhotra M D. Head. of Dept. Haematologist ওইরম্মী। ঐখোয়না মুন্না হংবদা মহাক্তি হাপতা অমদা য়ুমশকৈশা অমসুং থাংজ খক্তা ওফিস কায়। মথংগী থাংজ তাং ৩/৯/৮৮ ইংসু General Holiday ওইবনা মহাক লাকলোই হায়বে। অদুনা নুমীৎ অদুদসু Dr. Malhotra উন্নদনা হল্লক্লে। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং মরি তাবদা Dr. S P. Sarkar গী ক্বাটরদগী মাগী Mrs অমসুং মচাশিং লৌখৎলুরগা ঐখোয় পুম্নমক India Gate, President's House, Lal Killa অসিনচিংবা য়েংবা চৎখি। মথংগী নুমীৎ তাং ২/৯/৮৮ ইং ইরাই নুমীত্তা ইচা নুপী সুজাতাগা ঐখোয় অনী Safdrajang Hospital দা চৎলগা Dr. T.K. Bashu উন্নরুই অমসুং মহাক্না Prescribe তৌবা মেডিসিন লৈরগা হল্লকখি। Dr T.K Bashu গী investigation লোইদ্রিঙৈ মরক তাং ৩/৯/৮৮ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐখোয় অহুম Dr.S P. Sarkar অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুং অগ্রাগীদমক চৎলী। টেক্সি অনীখক রিজাভ লৌরগা চৎপনি। ইহান-হান্না ঐখোয় অয়ুক পুং ৮ দা Brindabon দা চংদুনা লাই খুরুমই। মথংদা মথুরাদা শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণগী মুর্তি দবশন ফংজরুই অদুগী মথংদা Phatetpur Sikri য়েংলুই। মথংদা Red Fort য়েংগা অগ্না তানা চত্তুনা ঐখোয় Amar Hotel দা কা-অনী লৌদুনা অহিং অদু লৈখি। নোংঙাল্লগা তাং ৪/৯/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ দা ঐখোয় পুম্নমক অগ্রাগী Amar Hotel থাদোক্লগা Tajmahal য়েংবা চৎলি। মদুদগী থোরক্লগা ঐখোয় Dayal Park Mandir য়েংলুই। ঐহাক Radha Kunda তানা চৎলগা ঐবু পোকপিরম্বা

বাবাজীগী সমাধীদা অমুক্তং খুরম্মুগে হায়বসি মতম কুইনদগী খঞ্জরকপগী তাঞ্জা অদু ফংবদগী ঐখোয় পুম্নমক রাধাকুণ্ড তানা গোর্বধন লাম্থোক্তুনা চৎলি। রাধাকুণ্ড য়ৌরগা ঐগী বাবাজিনা লৈরম্বা জাগা অদু থিদোক্লে। কা অদু হাঙদুনা লৈরম্মী। দন্দবোৎ তানা কপ্তুনা খুরুমলে অদুগী মতুংদা রাধাকুণ্ড, শ্যাম কুণ্ডদা তর্পন কত্তুনা লুপচরে। নুংথিল পুং ৪ তাবদা দিল্লিগদিমক খোংশাল্লকলে। নুমিদাং পুং ৭ তাবদা ক্বাটরদা য়ৌরে। তাং ৫/৯/৮৮ ইংদা ছুটি লোইরদুনা Dr. S.P. Sarkar office কাখ্রে। ঐখোয় Dr. Bashu গী investigation গী result ঙাইদুনা লৈরম্মী। তাং ৭/৯/৮৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎয়ুংবা পুং ১২ তাবদা Safdrajang Hospital দা চত্তুনা Dr. T.K. Bashu উন্নরুই মহাক্না ঐগী নুপীগী Medical investigation গী result নোংঙানবা তাং ৮/৯/৮৮ ইংদা পীগনি হায়রকখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৯ দা Dr. Sarkar ঐখোয় অনী Dr. Bashu গী ক্বাটরদা চৎলুই অমসুং ঐগী নুপীগী medical investigation গী result পীরকখি। Result অদুদা মানা ইরকখি "There is no case of multiple miloma" অসুম্না য়াম্না চিংনরম্বা অনাবা অদু লৈতে খঙবদা ঐ অমসুং ঐগী নুপী ইচানুপী অঙকপা ফংনা হরাওখি।

Manipur State Medical Board গী recommendation গী মতুং ইন্নদি ঐগী নুপীগী লায়েংবা অসি AIIMS দনী অদুনা Satdarjang Hospital দা লায়েংবা অদু অকায়বা লৈরমগনি খনবদগী তাং ৮/৯/৮৮ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Dr. S.P. Sarkar না লুচিংদুনা ঐখোয় পুম্নমক AIIMS তা চৎলে। লাইবক ফবদগী Haematology Department কী Head of Department Dr. O.P Malhotra, M.D. গা উন্নরে। ঐনা ইম্ফালদগী পুরকপা অনাবগী চে-চাং অমসুং Home Minister গী D O letter ময়াম অদু মঙোন্দা উৎলে। খুদক্তা মহাক্না ঐগী নুপী admission তৌননবা মাগী ষ্টাফতা শিন্নরে। AIIMS তা admission ফংবা হায়বসি তরাইবা থবক নত্তে অদুবু নুমীৎ অদুদী ইরায় লায়না মিং চন্দুনা admission তৌগে হায়রে। হান্ননা Safderjang Hospital দা Dr. Bashu না investigation লোইদুনা থাদোরক্লবনি চুম্নগী procedure maintain তৌননবা উন্নগে খল্লবনি অদুবু নুংশাথিবা অমসু য়াওরে। Dr. S.P. Sarkar অমসুং ঐহাক্না Dr.O.P Malhotra দা ঐখোয়না চথখিবা ৱারী পুম্নমক লীরে অমসুং চম্না Dr. Basu গী finding অদু ওথেনডিকেট তৌবিয়ু হায়জরে। ঐগী ৱা অদু মুন্না তারবা মতুংদা মহাক্না private clinic অমদগী দাতা তরেৎখক লৌথোকলগা মথংগী থাংজ নত্রগা য়ুমশকৈশা নুমীত্তা পুরক্তুনা লাকউ হায়না হায়রে। মতৌ অসুম্না ঐখোয় ক্বাটরদা হল্লকলে। তাং ১০/৯/৮৮ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৯ দা Dr. S.P. সরকারনা চিংদুনা ঐখোয় Dr P.R. Benerjee কৌবা অমগী Diagnostic Clinic Laboratory দা চৎলি। মদু New Delhi গী Kailash হায়বদুগী নোংপোক থংবদা লৈবনি। মফম অদুদা Blood অমসুং Urine Test তৌরে। মথংদা অয়ুক পুং ১১ তাবদা Dr. Diwanchand Agarwal গী X-ray clinic 10-B, Kasturba Gandhi Marg তা চত্তুনা X-ray লৌরে। তাং ১২/৯/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইচানুপী সুজাতাগা লোয়ননা Dr Benerjee গী clinic তা চত্তুনা ঐগী নুপীগা ঈ অমসুং ইউরিনগী রিজলট লৌরুরে। নুমীৎ অদুগী নুংথিল পুং ৬ তাবদা Dr. S.P. Sarkar না X-ray গী result সু পুবিরক্লে। Data শিং অদু পুরগা তাং ১৩/

৯/৮৮ ইংদা ঐখোয় অয়ুক পুং ১১ মি: ৩৫ দা AIIMS তা চত্তুনা Dr. O.P. Malhotra গা উন্নরে। মহাক্লা মথং নুমীৎ তাং ১৪/৯/৮৮ ইং য়ুমশকৈশদা লাকউ হায়দুনা লেপ্লে। হায়রিবা নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৯ মি: ৩০ দা Dr. O.P. Malhotra না ঐগী নুপী অমুকহন্না চোক তৌরে অমসুং মহাক্লা "there is no case of Multiple Myloma" হায়না ইদুনা certificate পীরক্লে। মতৌ অসুম্না তাং ১৮/৯/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ঐখোয় Imphal via Guwahati গী প্লেন টিকেট Dr. S.P. Sarkar না লৌবিরক্তুনা ঐখোয়বু Indira Gandhi Airport তানা থিনদোকপিরক্লে অমসুং ঐখোয় গুৱাহাটিদা সিতেসকী মনাক তানা প্লেনদা লাকখি। অহিং অদু সিটেশকা লোয়ননা NIRD Guest House তা Bokul Sharma কৌবা Foodcraft Institute কী ওফিসার অদুনা শিনবিদুনা লৈমিন্নরে। অদুগা তাং ১৯/৯/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইম্ফাল য়ৌরকখি অমসুং তাং ২৫/৯/৮৮ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা Dr. P. Noren Singh গী ময়ুমদা চত্তুনা নই দিল্লিগী Safdarjang অমসুং AIIMS দগী পীরকপা ঐগী নুপীগী লাইয়েংবগী রিজলট অদু য়েংহল্লুখি।

তাং ২৭/৯/৮৮ ইং অমসুং তাং ২৮/৯/৮৮ দা তেকচমদগী অর্ম্মিনা ফাখিবা PLA leader N. Bisheswar (মতম অদুদগী MLA ওইরবা) অমসুং A. Sachi অনি Session Judge না Session trial No. 3/84 গী মতুং ইন্না চহী অহুম অহুমগী ওইনা conviction পীখি। ঐনা দিল্লিদা ঐগী নুপী লায়েংবগীদমক থা অমা ছুটি লৌদুনা লৈরিঙৈ মতমদা লৈমপোকপম খুনফমগী murder কেস অদুগী মতাংদা কনানসু action অমত্তা লৌখত্তনা ইতিং তিংনা লৈরম্লে। তাং ২৯/৯/৮৮ ইং অয়ুক পুং ১১ তাবদা ঐবু এমএলএ চাওবনা নম্বোলদা উন্নসি হায়দুনা কৌবদগী নম্বোল তানা চৎলম্মী অমসুং কেস অদুগী মতাংদা ৱারী শান্নরম্মী। তাং ৬/১০/৮৮ ইংদা PREPAk কী মীওই অনী মমিংনা U. Sarat অমসুং Salam Nabachandra অনী interrogation তৌবদগী PREPAK গী মীওইনা Sekta গী Y. Ibohanbi (KCP) দগী sten gun অমা লৈখি হায়বগী clue ফংলম্মী। তাং ৯/১০/৮৮ ইংদা ইমা লৈখিদবগী থাগী অরোইবা উসোব কৎখি। নুমিৎ অদু য়ুমদা ছুটি লৌদুনা লৈরিঙৈদা SP/Imphal না নুমিদাংৱাইদা কৌরক্তুনা ওফিসতা চৎলি অমসুং জেএসিগী President L. Joychandra ফাননবা শীল লাঙদুনা নোংয়াই মতুং পুং অনী তাবা ফাওবা ওফিসতা চীল্লমই। মতৌ অসুম্না জেএসিগী ষ্ট্রাইক মায়োক্লদুনা তাং ১৪/১০/৮৮ ইং ফাওবা অতৈ থবক অমত্তা পায়খৎপা ঙম্লমদে।

তাং ৪/১০/৮৮ ইংদা নুংথিল পুং ১২ মি: ৪৫ রোম তাবদা খুরাই চিংঙাংবম লৈকাইদা মশক খঙদবা মীওই মরিনা নামৈরাকপম নিপামচা সিং অমসুং ফিজম রঞ্জিৎ অনীনা লাইতোঞ্জম জয়ন্ত কৌবা অমনা থৌবা কার MNS 4721 তোংদুনা লূপা লাখ অমগা মখায বেঙ্কতগী পুদুনা চৎলিঙৈদা থাম্নগা নোংমৈ চিন্দোন্দা লাকখ্রে হায়বা পাউ ফংবদগী মফম অদুদা থৌজিন্দুনা অথেংবা ফাওবা enquiry তৌখি। শ্রী য়ুমনাম নিংথেমজাও কৌবা অমনা বেঙ্ক অদুগী General Manager নি, এন. নিপামচানা Asst. General Manager নি। Driver অদুনা সগোলবন্দ তেরা লৌক্রাকপম লৈকাইদগী নি। মখোয় পুম্নমক

interrogation তৌরবা মতুংদা চিংনবা মীওইশিং ফাগত্তুনা investigation তৌখি নুমীৎ কয়ানি কেস অদুগী মতাংদা থিগৎখি। তাং ২/১১/৮৮ ইংগী নুংথিল পূং অহুমদা R.K. Joychandra গী মন্ত্রী মণ্ডল কেবিনেট মন্ত্রী মরি অমসুং ষ্টেট মিনিষ্টর তরেৎ হাপচিন্দুনা expansion তৌখি। তাং ৮/১১/৮৮ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা লৈখিদ্রবী ইমাগী ফিরোয় নুমীৎ ওইখি।

Jiribam গী Aglapur হায়বা মফম অদুদা য়াম্না sensational ওইবা murder case অমা থোকপদগী ঐবু মফম অদুদা চৎননবা ওর্ডর লাকখি। ঐহাক্না via Silchar দা প্লেননা চৎননবা শীনখি। ঐগী escort পার্টিনা তাং ১৫/১১/৮৮ ইংদা গাড়ীনা by road তা থাখি। মরক অদুদা Finance Minister Shri L. Lalit Singh সু জিরিবামদা community Hall অমা শঙ্গানবা তাং ১৮/১১/৮৮ ইংগীদমক খোংশানখি। তাং ১৬/১১/৮৮ ইংগী Air ticket cancel তৌখিবদগী তাং ১৭/১১/৮৮ ইংদা Silchar তান্না চৎখি অমসুং Aglapur দা চত্তুনা Lopjam Bibi কৌবী নুপী অমা হাৎখিবদুগী spot enquiry তৌদুনা investigation চখরবা মতুংদা তাং ১৮/১১/৮৮ ইংদা Finance Minister না Jiribam দা Community Hall শঙ্গাবা য়াওখি অমসুং তাং ১৯/১১/৮৮ ইংদা ইম্ফালদা হল্লককখি।

তাং ৫/১২/৮৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐগী সর্ভিসদা য়াম্না মাইপাকপা থৌদোক অমা থোকখি। নুমীৎ অদুগী নুমীৎয়ুংবা মতুং পুংখায় অমরোম তাবদা খুমন লম্পাক্তা লৈবা Director of Social Welfare Office গী SBI Bank তগী কায়রুবা লুপা লিশিং মরিফু পুল্লপ্পা মশক খণ্ডবা পাখং অহুম্না নোংমৈ চিন্দোন্দা লাকখ্রে হায়বা পাউ ফংখি। পাউ হেক ফংবগা ঐহাক পুলিস পার্টি অমা পুদুনা খুমন লম্পাক তানা থৌজিনখি। কুপ্পা য়াম্না খুৎলৈ থুনা রাহং পাউহং তৌবদা State Social Welfare গী Project Staff কী তোলোব পীননবা SBI দগী নুমীৎ অদুদা লুপা লিশিং ৮০ কায়থোক্লগা Jeep MNG 2357 দা Driver Ibobi না থৌদুনা ওফিসগী পিওন হেরাচন্দ্রগা লোয়ননা ওফিসতম্না লাকপদা খুমন লম্পাক্তা লৈবা sport chowkidar গী ক্বাটর মনাক য়ৌবদা চহি ২৩-২৫ রোমগী পাখং অহুম কব্রাসকি বজাজ MNE 5836 দা তোংদুনা তান্নরকখি অমসুং নোংমৈ উত্তুনা জিব অদু খাল্লগা পৈশা পুম্নমক লাক্লগা হন্দুনা মিনুথোং লোমদা থৌখ্রে হায়রে। ঐনা ঙাইহাক খল্লগা মীওইশিং অদু কোংপাললোমদা চৎলম্বা য়াই হায়দুনা ঐখোয় পুম্নমক কোংপাল তম্না থুনা য়াংনা থৌজিনখি। ঐগী পুলিসগী মীওইশিং অদু য়ুম য়ুম চংদুনা চাইথাইদুনা থিয়ু হায়না কাংবু কাংবু খায়দোক্তুনা search তৌবা হৌখি। মথং মথং থিবকপনা ক্ষেত্রিময়ুম শ্যাম কৌবা কোংপাল ক্ষেত্রি লৈকাইগী য়ুম য়ৌরকখি। মফম অদুদা মীওই খরা য়াম্না চিংনবা মওংদা লৈরম্মী। য়ুম অদু কোয়শিল্লে অমসুং মনুং চংদুনা থিবদা revolver অনীগা মরু ১২ গা ফংলে। লৈরম্লিবশিং অদু মীওই অনীনি। ঐনা ধপ তৌদুনা মমিং মথা হংবদা অমনা পখ্রম্নম শিতোলজিৎ এলাইজ রঞ্জন কৌই। ককচিংদগীনি হায়রে। অতোপ্পা অমদুনা খুন্দ্রাকপম তোমচা এলাইজ ঝলজিৎ কৌই। তাকয়েল কোলোম লৈকাইদগীনি হায়না খুল্লে। মখোয অনিমক পিএলএ মীওইনি হায়বসি ঐগী রেকোর্দতা য়াওই অদুনা হান্নন মমিংশিং অদু খঙই। কুপথনা হংবদা পৈশা লাকপদ মখোয়ননি হায়বা য়ারে। অতোপ্পা অমদুদী কনানো কদাইদা

লৈখ্রে হায়না হংবদা মমিং ওক্রম ইবোপিশক এলাইজ ভিক্তর কৌই। ওক্রম চিথেক্তগীনি মহাক গাড়ি পুরগা চৎখ্রে হায়। মখা তানা হংবদা এক্সনদা য়াওদবা মীওই অমসু ভিক্তরগা চৎমিন্নখ্রে মমিংনা Khundrakpam Tomba @Raju কৌই অৱাং সেকমাইদগীনি হায়না খুমলে। নুমীৎ অদুদা য়ুম্বু Ksh. Shyam S/o Babu মশা লৈরমদে। পৈশা লুপা লিশিং ৮০, অদু কদাইদা থমই হায়না থিগৎপদা মফম অদুদা লৈরম্বী নুপী Smt. Kshetrimayum Ningol Maibam Ongbi Meratombi (28) w/o Kerani of Porompat ক্ষেত্রি লৈকাইদা লোৎশিনবীয়ু হায়না শিন্নখ্রে হায়রে। নুপী অদু খুদক্তা interrogation তৌবদা মনাওনুপী সনাহনবী দেবী কৌবীদা পীরম্লে হায়রে। হায়রিবী নুপী অদুগী ময়ুম তুরেল ৱাংমদনি। তুরেল ৱাংমনা পোরোম্পাৎ ক্ষেত্রিলৈকাই হায়না খঙনৈ। নুপী অদুনা সনাহনবীগী দুকান্দা ঐখোয়গা চৎমিন্নরগা ময়ুম তাক্লে। সনাহনবীদা পৈশা কদাইদা লৈ হংবদা Thoibi Devi W/o Ibohanbi কৌবা অমদা শিন্নখ্রে হায়বদগী থোইবীগী য়ুম তানা চৎলে। থোইবীদা হংবদা লাইশ্রম মনিগী মচা নুপী অনী ইবেমচা অমসুং প্রভা দেবী অনীদা শিন্নখ্রে হায়বদগী অনী অদুগী মনাক্তা চত্তুনা হংবদা পাক তাকথোক্তে। থোইবীগা গৱাইনহনবদা কোটকী ফৌ মরক্তা লোৎশিন্দুনা লৈ হায়রে। কোটকী ফৌ অদু ওৎখায়দুনা থিবদা পৈশা লুপা লিশিং মরিফু অদু শুনা ফংখি। মতৌ অসুম্না পিএলএগী মীওই অনী মখোয়গী খুৎলায় ফাখি অমসুং লাকখিবা পৈশা শুনা ফংখি। মথং তাবা কেস অদুগী investigation অদুদি I.O. দা শিন্নখি।

শোক ১৯৮৮ জুন থাগী অরোইবা চয়োন্দা চোংথাম কোনাদগী ফারকপা বিক্রম এলাইজ নিমাইচান্দ কৌবা PLA গী মীওই অদু interrogation তৌবদা লৈমপোকপম খুনফমগী murder অদু মনিকান্তগী order মতুংইন্না জোয়কুমার অমসুং ধীরেন্না তৌবনি হায়বা খঙখ্রবসু মীওই অনি অদু underground দা লৈবা ওইবনা ফাবা ঙমদবদগী কেস অদু মখা চত্থবা ঙমখিদে। মতুংদা ঐগী নুপী লায়েংবা দিল্লিদা থা অমা ছুটি লৌদুনা লৈরুরে। ঐগী তুংদসু কনা অমত্তনা কেস অদুগী investigation গী progress চত্থরমদে। তাং ১৩/১/৮৯ ইং ইরাই নুমীত্তা Seram Joykumar হায়বদু Chief Minister R.K. Joychandra দা surrender তৌরে হায়বা তাখি। অদুবু তাং ১৪/১/৮৯ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক্তা India গী হোম মিনিষ্টর শ্রী বুটা সিংহ ইম্ফালদা থুংলখি অমসুং অয়ুক পুং ১১ মি: ৩০ দা দিল্লিদা হনখি। মদুগী লাঙবগা অদুগী মথক্তা মণিপুরগী হোম মিনিষ্টর শ্রী আই. তোম্পোক সিংহ নুমীৎ অদুমক্তদা জিরিবামদা চৎকনি মদুদা ঐহাক লোইনগদবনি হায়না তাং ১১/১/৮৯ ইংদা DGP দগী order লাকখি। অদুনা ঐহাক নুমীৎ অদুদা হায়বদি তাং ১৪/১/৮৯ ইংদা নুংথিল পুং ১ মি: ৩০ তাবদগী প্লেন্দা হোম মিনিষ্টরগা লোয়নয়া জিরিবামদা via Silchar দা চৎপা তারম্মী। তাং ১৫/১/৮৮ ইংদা ঐহাক ইম্ফালদা হল্লকখি। তাং ১৬/১/৮৯ ইংদা suspect Seram Joykumar of Khongman interrogation তৌননবা ঐঙোন্দা শিন্নরকখি। মহাক সি.এম. দা surrender তৌবনা arrest তৌরমদে। SP/CID Shri Kanan গী custody দা ইচম চম্না থম্লম্মী। মহাক লৈমপোকপম খুনফমদা থোকখিবা তাং ১৩/৬/৮৮ ইংগী মর্দর কেসদা চেন্নৈ হায়বসি কনামত্তনা খঙদবগুম তৌরম্মী। ঐনা চপখত্তুনা interrogation চত্থবদা মহাক্না

হায়দোরকখি মদুদি MLA N. Bisheswor গী instruction মতুংইন্না Kh. Manikanta না MLA Th. Chaoba বু curruption গী charge দা eleminate তৌননবা মঙোন্দা শিন্নখি। মরম অুদনা মহাক অমসুং Y. Dhiren মখোয় অনীনা জেন্দর কৌবা মীওই অমগা লোয়ননা তাং ১৩/৬/৮ ইংদা হাৎননবা হোৎনবদা শোয়দুনা শ্রীমতি মঙ্গোলঙানবী অমসুং মচানীপা শিখিবনি। মঙোন্দগী ফংলিবা পাও অদু ঐনা DIG(R) গী চার্জ পুরম্বা DIG(OPS) অমসুং SP/Imphal দা খুদক্তা তমখি। অদুদগী ঐহাক্না তাং ১৭/১/৮৯ ইং অমসুং তাং ১৮/১/৮৯ ইংদসু interrogation চথখি। নুংতিগী ওইনা হুকুমগী মতুংইন্না interrogation হেক লোইবগা S. Joykumar অদু SP/CID দা শিন্নে। তাং ১৮/১/৮৯ ইংদা ঐনা খুনফম গী ওক্রম তোম্বী অমসুং মাগী নুপী শোরোজিনি ওফিসতা কৌরগা য়েংহনবদা সেরাম জোয়কুমার অদু সোরোজিনিগী cousin brother Y. Dhiren গা মখোয়গী ময়ুমদা থৌদোক থোক্লমদাইদা লোত্তুনা লৈরম্মী হায়বদু confirm তৌখি। নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৭ মি: ১৫ তাবদা জয়কুমার SP/CID কানন্দা শিন্নরুই। SP/CIDনা জয়কুমারবু নুমিদাংদা ময়ুমদা চৎহল্লমই। ঐহাক্না মানা তৌখিবা murder case অদু পুথোরকপদগীদি মহাক নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুঙ ৮ দা ময়ুমদা চৎখিবদগী অমুকহন্না abscond তৌখিদুনা হল্লকখিদ্রে। SP/CID শ্রী কানন সেরাম জোয়কুমারনা abscond তৌখ্রবদা য়াম্না নুংশাথিনা কোয়থি থিরে অমসুং মমৈথংদা তাং ২৫/১/৮৯ ইং য়ুমশকৈশগী নুমিদাংদা অমুক হন্না ফংলদুনা নুমিদাং পুং ৮ দা ঐবু মাগী ওফিসতা কৌরক্তুনা চৎলুই। অমসুং সেরাম জোয়কুমার ঐঙোন্দা শিন্নরকখি। নুমীৎ অদুদগী হৌদুনা মহাক murder case অদুদা arrest তৌখি। মখা তানা interrogation চখবদা murder case অদুদা involve তৌখিবা মহাক্কা লোয়নবা অদু T. Dilip Singh of Uchekon Khunou নী হায়খি। অতৈ accomplice শিংনা Y Dhiren of Heirangoithong, S. Irabot Singh of Lambal, Y. Shamkanhai Singh of Chingtham Leikai নী হায়খি। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা Sanasam Irabot Singh @ Kesho of Lambal Mayai Leikai দগী PLA গী মীওই অদু SP/CID দা তাং ২৫/১/৮৯ ইংদা surrender তৌরক্তুনা ঐঙোন্দা শিন্নরকখি। অতৈ underground গী মীওইশিং অদুদী ফাবা ফংদবদগী কেস অদুগী investigation অদু পম্থদুনা লৈবা তাখি।

তাং ১৩/২/৮৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা 8th Bn. CRPF গী কাংবু অমনা মোইরাংদা বেঙ্কগী দ্যুটি তৌরুরগা মখোয়গী কেম্পতা হল্লকপদা নুংথিল পুং মরিরোম তাবদা মোইরাং লমখাই অমসুং মোইরাং বজারগী মরক্তা টাটা ট্রক অমদা লাকপা extremist গী মীওইশিংনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা এটেক্ট তৌবদা CRPF গী মীওই মরি অমসুং civilian অমা হাৎখি CRPF গী মীওই অহুম্না শোকখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা extremist গী মীওইশিং অদু য়াম্না কন্না থিগৎখি। Extremist না শীজিন্নখিবা টাটা গাড়ী অদুগী মরী মখোঙ খঙবা ঙমখি। গাড়ী অদু ককচিং খুনৌদা লৈবা মোদাই কৌবা অমগী ওইরমই। শকখঙদবা মীওই খরনা গাড়ী অদু নোংমৈ চিন্দোন্দা হাইজেক তৌখিবনি হায়বা খঙখি। থৌদোক অদুদা চিংনবা পিএলএ গী মীওই কয়ামরুমগী identity খঙবা ঙমখি।

তাং ২৫/২/৮৯ ইং থাংজ নুমীত্তা মণিপুরগী DGP Mr. Kapur মণিপুরদগী ট্রান্সফর তৌখিবগী farewell meeting তৌখি। লৈমপোকপম খুনফম murder case গী মতাংদা মহাক্লা ঐঙোন্দা অয়ুক, নুংথিল অমসুং নুমিদাং খাক্তনা প্রেসর কয়া পীখি। অদুগীসু মথক্তা মতম অদুগী সিএম, হোম মিনিষ্টর অমসুং শ্রী টি.ঐচ. চাওবা সিংহনা ঙাইহাক লৈতনা কেসগী প্রোগ্রেস থিগত্তুনা ঐহাক পোথাফম খঙখিদবনি। তাং ১/৩/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা DGP Mr. V.P. Kapur ডিপুটেসনগী মতম লোইদুনা ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ৬/৩/৮৯ ইংদা ঐহাক পাও ফংখি মদুদি Assam Rifle গী মীওইনা পিএলএ গী লিডর Kh Manikanta হৌখিবা অহিংগী নুমিদাং পুং ১০ দা চজীং কোঞ্জেং লৈকাইদগী ফাখ্রে। তাং ৭/৩/৮৯ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা নুংথিল পুং ৩ তাবদা Kh. Manikanta 24th Bn. Assam Rifle গী NB/Subedar K.S. Bist কৌবা অমনা Imphal P.S. দা শিন্নখি। অইবা রিপোর্ট অমগা লোয়ননা শিন্নবদুদা O/C Imphal P.S. না কেস অমা register তৌদুনা মহাকপু ফাখি। কেশ অদুগী মরিদা PLA leader Kh. Manikanta নুমীৎ ১০ নিগী police custody remand লৌথদুনা custody দা থমখি।

মনিকান্তগী মমিং অসি খাইদেম মনিকান্ত সিংহ এলাইজ ওজা লাইবা(৩৪) অপোকপা ইবোপিশক সাং নামৈরাকপম লৈকাইনি। ইম্ফাল থনাগী অমসুং শিংজমৈ থানাগী কেশ কয়ামরুমদা চেন্নবা মীওইনি। মতম অদুদা মহাক পিএলএগী খ্বাইগী লিডর ওইরম্মী। পুলিস ষ্টেসন অনী অদুগী পুলিস রিমাণ্ড লৌথদুনা লৈবা মরম্না ঐগী খুনফম murder কেশ অদুদদী তাং ২০/৩/৮৯ ইংদা কোর্টকী permission লৌরগা arrest তৌখি। Interrogation য়াম্না কুপ্পা চথরে। সেরাম জোয়কুমারনা হায়রম্বা পুম্নমক মান্নরে। মখা তানা মহাক্লা হায়খি। সিএম Shri R.K Joychandra না পিএলএগা গভর্নমেন্টকা Peace Talk তৌসি হায়রদগী মহাক সিএমগীদা চজিংদগী DSP Shamu না পুদুনা সিএমগা অনি অহুমলক উন্নরে। Peace talk তৌননবা ঙাংনরিঙৈ মতমদা Assam Rifle গী মীনা মহাকপু ফাখিবনি। ঐগী interrogation statement অদু SP/Imphal Shri A. Pradeep তা খুদক্তা খঙহনখ্রে। অদুদগী মথং-মথং য়ৌখিদুনা হোম মিনিষ্টর শ্রী আই. তোম্পোক তাখ্রে। ঐবুসু হোম মিনিষ্টরনা কৌদুনা মনিকান্তনা হায়দোরকখিবা ৱাফম অদু হোম মিনিষ্টরদা তমখ্রে। ঐনা তাবদা হোম মিনিষ্টরনা দিল্লিদা চত্তুনা মহাকপু খঙহন্দনা সিএমনা চথরম্লিবা মতৌ অদু দিল্লিদা High Command দা ৱাকৎলুখি । High Command না সিএমদা warning তৌরকখি।

মরক অসিদা তাং ২২/৩/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুংথিল পুং ১ মি: ৩০ রোম তাবা মতমদা Divisional Forest Officer গী cashier Soibam Dorendra অমসুং UDC Ningombam Basanta না SBI Imphal দগী কায়থোক্লগা Scooter No. MNS 2975 দা পুরকপা ওফিসকী লুপা লাক্ষ অনি লিশিং কুন্থ্রামাথোই চাতরুক কুন মঙা পৈশা ২০ খক ওফিস মনুংদগী নোংমৈ পায়বা মীওই মরিনা নমদুনা লাকখ্রে হায়বগী পাউ ফংবদগী থৌদোক অদুগী মতাংদা কোয়জেন চেন্দুনা থিজিনখি। কেস অদুদা অমুক

ঐহাক য়াম্না চিনখি। নুমীৎ অদু SP/Imphal ছুটি লৌখিবদগী মায়গৈ খুদিংদগী চার্জ পুবা ঐঙোদা হংদুনা থিগৎনরকখি। চিল্লিঙৈ মরক অসিদা তাং ২৮/৩/৮৯ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবদা লম্ফেল থনাগী S.I. Rasid না লোইননা ময়ায়কোয়বীদগী মীওই ২/৩ গা লোইননা ঐগী ওফিসতা লাক্লগা তাং ২৪/৩/৮৯ ইংদা ময়ায়কোয়বীদা অঙাং অমা য়াওশং মনুংগী চেন-চোংদুনা শান্নরিঙৈদা জীপনা তক্লুনা শিরে। জিপ অদু ঐগী মিংদা লৈবা ঐগী লন্নাই জীব অদুনা ওইরমগদ্রা হায়না চিংনৈ হায়ররে। ঐনা ইঙক ঙকখি অমসুং মখোয়দা অশেংবা হায়খি মদুদি য়াওশং মনুংদদি ঐগী জিপ অদু সেকমাইজিংদা লৈবা ঐগী ড্রাইভর ইবোমচা হায়বা অদুগী য়ুমদা শেমজিন শাজিন্দুনা য়েংশিল্লি অদুনা কৈদৌঙৈদসু ইম্ফালদা পুরকখিদে হায়রে।

মখোয়না জীবকী মশক মওং অমসুং নম্বর খঙহৌব্রা হায়না হংবদা উরবদি খঙগনি হায়বদগী য়ুমদা টেলিফোন তৌদুনা ড্রাইভর অদু জীবকা লোয়ননা লাকউ হায়দুনা কৌরগা য়েংহনবদা জীব অদু নংত্রে হায়না হনখি। অদুবু শিগ্রবা অঙাং অদুগী মপানা মমৈদা শেমজিন্দুনা ঐগী গাড়ী নম্বর অথৌবনা ঐগী ইচা নুপা জিতেন্নী হায়দুনা মোটর এক্সিদেন্টগী কমপেনসেসন পীননবা কোর্টতা কেশ তৌরকখি। লম্ফেল থনাদা মখোয়না তৌবা FIR দুসু জীবকী নম্বরনচিংবা অমত্তা য়াওদবনি। মনাক নকপদা লৈবা দুকান ফম্বী নুপী অমসুং নুপা খরবু শাক্ষি ওইহল্লগা ঐগী জীব অদুনা তকপনি হায়হন্দুনা নম্বরনচিংবা পীদুনা শাক্ষি ওইহনখি। কোর্টনসু মুন্না খন্থবীদনা অশেন্বা শাক্ষিশিংগী জবান্দা থাজদুনা চহী কয়াগী মতুংদা লুপা লিশিং হুম্ফুতরা কমপেনসেসন পীননবা হুকুম তাখি। Justice হায়বসি লৈত্রে খন্দুনা হায় কোর্টতা আপীল তৌখি। অদুবু অঙকপনি হায় কোর্টতসু মখোয়গী favour দা রায় তাদুনা ঐহাক লুপা লাক্ষ অমরোম তিংখি। অদুদগী হৌদুনা ঐহাক কোর্টতা থাজবা মাংখি। মরাল সুকলৈ লৈতনা দন্দি ফংবোইরে খনখি।

তাং ৫/৪/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুংথিল পুং ৩.১৫ রোম তাবদা ঐনা ওফিসদা থবক শুরিঙৈদা কংলা লমখাইদা শকখঙদবা নোংমৈ পায়বা মীওই অহুম মরিনা পৈশা লাকখ্রে তাবদগী খুদক্তা মফম অদু তানা থৌজিনবদা নোংমাইথেম কুবের সাং মোইরাং কম্পু অমসুং শগোলশেম ইবোচাওবা সাং পুংদোম্বম মখোয় অনীদগী লম্বীদা নোংমৈ পাইবশিং অদুনা লুপা ৩৫,০০০/- মুনখ্রে হায়দুনা লৈরম্মী। ঐহাক অমসুং ঐগী পুলিস পার্টিনা কংলা শঙ্গোমশঙ অকোইবা কোয়থি থিখি অমসুং পাউ লৌরগা তখেল তানা তান্নবদা ফংবা ঙমখিদে।

তাং ৮/৪/৮৯ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা মরুপ-মপাং খরগা ঐগীদা lunch চামিন্নখি। নুংথিল পুং ৩.৩০ তাবা মতমদা ঐঙোন্দা পাউ পীরকখি মদুদি কোম্থৌজম লমখাইদা পুলিসকী পার্টি অমা HSLC examination duty চোক তৌবা চৎপদা জিব MNG 319 দা Miss Vandana Malik, IPS গা লোইননা women police অনী চৎলিঙৈদা extremist না এম্বুস তৌদুনা Miss Vandana Malik অমসুং কন্সটেবল অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। খুৎলাইসু মুনখ্রে হায়রে। খুদক্তা ঐহাক spot তানা থৌজিল্লী। SP/Imphal A Pradeep সু ঐগা চপমান্ননা মফম অদুদা থুংমিন্নৈ। IPS officer Vandana Malik থনাদা practical

training চৎথবা মতমনি। মহাক জীপতা মমাংথংবা সিটকী ওই থংবদা নোংমৈনা পান্দুনা ফিভম কায়দনা ঙাথরগা শিদুনা লৈরম্লে। মহাক্কা লোয়নবা constable Mangi কৌবা অমসু গাড়ী মনুংদা শিনা ফংলে। Women constable অনী অমসুং Head Constable Manihar দী শাথিনা শোক্লমদে। পুলিস পার্টিদগী sten gun অমা, মরু ২৩, revolver অমা মরু ১২ অমসুং রাইফল অনী মরু ৫১ extremist শিং অদুনা মুনখ্রে। পুলিস পার্টি অদু examination centre শিংদা মথং মথং চত্তুনা দ্যুটি তারিবা পুলিসগী মীওইশিং চ্যোক তৌরুবনি। থৌদোক থোকফম অদু Western College কোম্প্লৌজম Examination Centre চ্যোক তৌরুরগা থোরকপদা থৌদাম মংলেম কৌবা অমগী য়ুম মনাক্তা কোম্প্লৌজম লমখাইদনি। থৌদোক অদু নুমিদাংগী পুং ৯ ফাওবা থিগত্তুনা spot মফমদা লৈরম্লগা RMC Hospital দা অথেংবা ফাওবা লৈখি। হল্লকপদা হোম মিনিষ্টরনা উন্নসি হায় হায়দুনা ক্বাটরদা চত্তুনা উন্নরগা SP/Imphal গী ওফিসতা SP/CID গা লোয়ননা নোংঙাল্লমদাই ফাওবা meeting তৌরম্মী। নোংঙাল্লগা তাং ৯/৪/৮৯ ইংদা অয়ুক্কী পুং ৯ দা Miss Vandana Malik DHQ দা মাগী অশিবা হকচাং পুরক্লগা condolence function পাঙথোকখি। পুং ১০ দা airfield দা পুরগা এরোপ্লেন্না অশিবা মশা অদু ময়ুমলোমদা পুখি। অদুদগী constable Mangi গী অশিবা হকচাং অদু P.M. examination তৌরগা লৈমরামদা লৈবা ময়ুমদা হৌনবী ব্যবহারগা লোয়ননা সংস্কার তৌরুই। মতৌ অসুম্না ঐহাক Miss Vandana Malik কী murder কেশ অদুদা অমুক মায় ওনশিন্দুনা অঙকপা ফংনা চিল্লমই।

তাং ১২/৪/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবদা DGP না ঐবু মাগী ওফিসতা কৌরম্মী অমসুং মিটিং অমা তৌখি। মতম অদুদা DGP গী চার্জ অসি Mr. Pander না পুরম্মী। মিটিং অদুদা DGP না Vandana Malik murder case অদুগী I.O. ঐবু ওইয়ু হায়রে। লৈমপোকপম খুনফম murder কেস অদুসু পায়বা তাখি। মতৌ অসুম্না murder কেস অদুগী মতাংদা য়াম্না চিল্লিঙৈ মতম তাং ১৭/৪/৮৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৭ তা Sushil Malik Jain S/o Premchand Ajitkumar হায়বা অমা পাউনা বজারদগী extremist না kidnap তৌখ্রে হায়দুনা পাও লাকপদগী পুম্নমক হুন্দোক্লম্লগা বাজাবরোমদা চেনশিল্লে। অহিং চুপ্পা বাজার অমসুং D.M. College compound অসিনচিংবা cordon and search operation চথরে। অদুবু নুপা অদু ফংবা ঙমখিদে।

তাং ১৯/৪/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা PLA leader Manikanta গী মথক্তা লৈবা কেসকী মতাংদা মিটিং অমা Chief Secretary না মাগী ওফিসতা কৌখি। মীতিং অদুদা য়াওবা মীওইশিংদি DGP in charge Mr. Pander, DIG(R), DIG(OPS), DIG(CID), SP/Imphal, SP/CID অমসুং ইশামক্লী। মীতিং অদুদা Chief Secretary না য়াম্না কোইনা মনিকান্তা কনানা interrogation তৌবগে হায়না হংখি। ঐনা তৌই হায়না খুমখি। মমৈদদি ঐহাক খঙলক্লে Chief Secretary না খঙনীংলম্বা অদু Manikanta গা C.M. গা C.M. Banglow দা অনী অহূমলক উন্নখি হায়বদু কনানা খঙলকপনো হায়বসিনি। মহাক্লা খঙনীংখিবা অদু য়াম্না কোইথোক্লা হংলকপদুদা ঐনা খুম্লে। সার ঐনা খঙলকপনি

অমসুং interrogation দা মনিকান্তনা হায়দোকপা পুম্নমক ঐনা SP/Imphal অমসুং DIG (Range) দা খুদক খুদক্তা রিপোর্ট তৌখিবনি হায়রে। মদু তাবদগীদি Chief Secretary না হায়রকই "Let us close the meeting here" হায়রে। তিল্লমখিবা ওফিসার অমত্তনা করি অমত্তা খুমখিদে অমসুং ঙাঙখিদে।

Meeting দগী হল্লকপগা Sushil Kumar Jain Kidnap তৌখিবগী মতাংদা কন্না থিগৎপা হোৎনখি। মরমদি মতম অদুদা পুলিসতা খ্বাইদগী কোক শাবসি নুমিৎ ৪/৫ নি শুরবা ফাওবা kidnap তৌখিবা মীওই অদু পুলিসনা ফংবা ঙমদ্রে হায়না বাজারদা ৱা-ৱা লাউনখি। ঐহাক্কী অরৈবা এজেন্টশিং থাদোক্নুনা পৈশা খরচ পীদুনা গাড়ী পীদুনা পাউ লৌননবা ঙম্বা মখৈ হোৎনখি। মরক অসিদা থঙ্গাল বজারগী মরুপ অমনা ঐঙোন্দা লোন্না পাউ পীরক্লে মদুদি চিঠি অমা জগৎমাল অজিৎকুমারগী থোংদা শকখংদবা মীনা থাদরল্লে। ৱারোলদি Sushilkumar গী মথৱায় কন্নীংলবদি তাং ২২/৪/৮৯ ইং ফাওবগী মনুংদা লুপা লাখ কুম্ত্রা পীগদবনি হায়না। হায়রিবা নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ১১ মি: ২৫ রোম তাবদা পাঙ্গে লম্বীরোমদা কংলা মনীং লৌবুক্তা অশিবা অমা তাদুনা লৈরে তাবদগী মফম অদুদা থৌজিন্দুনা চংলুবদা অশিবা হকচাং অদু Sushil Kumar Jain গী ওইরমখি। মতৌ অসুম্না মহাক kidnap তৌখিবা মতুং নুমীৎ ৬ নি শুবগী অহিংদা লৌবুক্তা হাৎলগা হুন্দোক্লমখি।

Miss Vandana Malik অমসুং Constable Mangi হাৎখিবগী কেস অদু State Government না CBI দা মখা investigation চথনবা শিন্নরে। ঐঙোন্দগী কেস অদু CBI না তাং ২৪/৪/৮৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা লৌশিনখি। কোম্থৌজম murder কেস অদুগী মতাংদা CBI গী S.P. Mr. Suri গা তাং ২৫/৪/ ৮৯ ইংগী নুংথিল পুং ২ মি: ১৫ দগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ৩০ ফাওবা 2nd Bn. Manipur Rifles গী Officers' Mess তা খন্নখি।

তাং ৩/৫/৮৯ ইংদা মণিপুরগী অনৌবা DGP Mr. Nathu Lal IPS, 1961 UP Cadre থুংলদুনা Mr. Pander দগী চার্জ লৌখিরম্মী। তাং ৬/৫/৮৯ ইং থাংজ নুমীত্তা অয়ুক পুং ১০ মুক তাবদা অদুৱাইদা ঐগী এজেন্টতগী অথুবা পাও অমা ফংখি মদুদি মীহাৎ মীপুনগী কেশ ১১ হেন্না চেন্নরবা, লুপা লিশিং কুনগী মনা লাওথোকখ্রবা পিএলএ গী নোংথোম্বম রাগী এলাইজ অখাম এলাইজ মৈরাবা এলাইজ সুরজিৎ এলাইজ লালঙম্বা এলাইজ রাজমোহোন (২৮) S/o late য়ায়মজাও লৈফম খুরাই থোঙাম লৈকাই অদু খাগেমপলিদা হুইদ্রোম শরত কৌবা অমগী পান দুকান মনাক্তা লৈরে তাবদগী খুদক্তা পুলিস পার্টি অমা পুদুনা খাগেমপল্লী তান্না মাইগৈ অনীদগী থৌজিল্লম্মী। ঐগী এজেন্টনা মশক তাক্নুনা মহাক কোইশিন্দুনা ফাখি অমসুং ঐগী ওফিসতা পুরক্নুনা interrogation চথখি। তাং ২৪/৪/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা NSCN গী নুপী মেম্বর অমা খ্বাই বজারদগী ফাখি মমিংনা As. Leimawon @ Awon (18) D/o Late As. Wungnaosang কৌই। উখ্রুলগী নিংথি হায়বা স্কুল অদুদগীনি। চপ চাবা পাউ ফংবদগী মহাক বজারদগী ফাবনি। মহাক interrogation তৌবদগী NSCN গী activity কয়ামরুম খঙদোকপা ঙমখি।

ইখঙ খঙহৌদনা অমদি য়াম্না থাজদনা তাং ১৪/৬/৮৯ ইং য়ুমশকৈমা নুমীত্তা ঐহাক transfer order থোক্লম্মী। মরকসিদা ঐগী ইচা নুপা য়াইমা শ্রীমান সিতেস মনাতোন সাইনস শাথিবা লৈবদগী ওপরেসন তৌননবা তাং ১৮/৬/৮৯ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা RMC Hospital দা admit তৌরমই। তাং ১৯/৬/৮৯ ইংদা ঐহাক ঐগী transfer ওর্ডরগী মতুংইন্না central jail দা চৎননবা থৌরাং তৌরমই। ঐনা DIG (R) দা লৈমপোকপা murder case অদু কনাদা শিন্নরমগদগে হায়না রিপোর্ট অমা পীখি। ইচা নুপা শ্রীমান সিতেস তাং ২৩/৬/৮৯ ইংদা হোস্পিটালদগী discharge তৌদুনা য়ুমদা পুথরকই। তাং ২৭/৬/৮৯ ইংদা DIG(R) না ঐঙোন্দা লৈমপোকপম খুনফমগী murder case অদু অরৈবা evidence তা base তৌরগা charge sheet submit তৌরম্লগা ঐগী transfer গী move তৌ হায়রে। অদুনা ঐহাক ঐগী অনৌবা পোষ্টিংদা খুদক্তা চৎপা য়ারমদে।

তাং ৩/৭/৮৯ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী পুং ১১ রোম তাবদা police jeep MNG 854 দা SDPO Thoubal, O.C./Yairipok অমসুং Constable অহুম তোংদুনা দ্যুটি চৎলিঙৈদা লৈরোংথেন্দা extremist না এম্বুস তৌদুনা constable অহুম হাৎখি অমসুং sten gun অমা রাইফল অহুম অমসুং revolver অনী লূট তৌখি। SDPO/Thoubal অমসুং O/C Yairipok সু নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি। পুলিসনসু PLA গী মীওই অমা হাৎখি। শিখিবা পিএলএগী মীওই অদু লাইশ্রম তোম্বী এলাইজ ইতো (২৮) নি হায়বা নোংঙাল্লগা খঙখি। ঐহাক ট্রান্সফর তৌদুনা ঐগী অনৌবা পোষ্টিংদা জোইন্ট তৌবা য়াদনা লৈমপোকপম খুনফমদা থোকখিবা murder কেশ অদুগী charge sheet prepare তৌদুনা লৈরবসু য়াইরিপোক লৈরোংথেন্দা থোকখিবা থৌদোক অদুগী থিজিনবা য়াওবা তাখি। তাং ৫/৭/৮৯ ইংগী নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা ক্বাকৈথেল পুলিস আউট পোষ্টতা হেন্দ গ্রেনেদ অমা এক্সট্রিমিষ্টনা লংশিন্দুনা এটেক্ট তৌখি। নুমীৎ অদুমক্কী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ও সি লমলাই পুলিস ষ্টেসন্না জীব অমদা তোংদুনা শিংজমৈ পুলিস ষ্টেসন লোমদা চৎলিঙৈদা ককব্রা শোরোকখাইবম লৈকাই মপাদা শকখঙদবা underground গী মীওইশিংনা হেন্দগ্রেনেদ অমা লংশিন্দুনা attack তৌখি। থৌদোক অনীমক্তা মীশি মীনাদি য়াওখিদে। তাং ৬/৭/৮৯ ইংদা ঐগী ইচানুপা জীতেন্না electricity গী material Wangband electricity store দা deposit তৌখি। Bill amount তা মদু লুপা ৯৮,৬৪৭ কীনি। অসুম্না মহাক্না হোৎনদুনা supply order কয়ামরুমদগী অতোংবা পুন্নমক ঐঙোন্দা পিশিল্লম্মী। মদুমক্না ঐগী মখল মখলগী expenditure মহাক্না মতেং য়াম্না পাংখিরম্মী।

লৈমপোকপম খুনফম murder case অদু investigation লোইবা নত্রি। Clue সুকলৈ লৈতবা murder case অদু ঐনা অহিং নুংথিল খাক্তনা হোৎনবদগী detect তৌরে। কনানা করিগী থৌদোক অদু থোকখিবনো হায়বদু Department গী মরী লৈনবা ওফিসার খুদিংমক্না তশেং তশেংনা খঙলে। Victim ওইরুবা শ্রী চাওবসু মুন্না খঙলে। State কী problem ওইরবা থৌদোক অদু C.M., Home Minister নচিংবা পুন্নমক্না মুন্না খঙলে। অদুবু underground দা লৈরিবা পিএলএগী মীওই খরা ফাবা ঙমদ্রি। অসুম্না investigation অদু চপ চানা মপুং ফাবা ঙমদ্রিঙৈদা ঐবু Central Jail Imphal দা transfer তৌরে।

Kh. Manikanta, PLA leader অদুগী interrogation দা C.M. না মহাক্না চথরম্বা অরোনবা পোরম অদু ঐনা খঙলুবগীদমক্তা ঐবু transfer তৌবনি। Transfer তৌরবদী ঐনা পায়রল্লিবা কেস অদু ঐগী মহুত্তা লাক্কদৌরিবা ওফিসার অদুদা শিন্নফম থোকপনি। অদুবু কেস অদু মপুংসু ফাদনা চার্জ সিট থাগৎলম্মু অদুগা transfer গীদমক move তৌ হায়বসি মরম য়াম্না চাদবনি অদুবু করিদি তৌরুনি order ইনবা তাবনি। অদুনা অফংবা evidence তা depend তৌদুনা PLA গী মীওই অহুম্না absconder ওইনা উৎলে। Police গী prosecution witness ওইনবা মীওই ৫২ গী মমিং charge sheet তা পীরে। কেস অদু court তা পুথোকপদা exhibit ওইননবা document 46 হাপ্লে। মতৌ অসুম্না কেস অদুগী charge sheet তাং ২৮/৬/৮৯ ইংদা submit তৌরে। Charge sheet submit তৌখ্রবা মতুংদা ঐহাক তাং ১০/৭/৮৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐগী মহুৎশিলহৌগদবা শ্রী M. Mani Singh দা অয়ুক পুং ১১ দা Addl. SP(R) গী চার্জ পীরম্লগা নুমীৎ অদুগী পুং ১১ মি: ৪৫ তাবদা Imphal Central Jail দা চত্তুনা Addl. S.P/Central Jail গী চার্জ লৌরুরে।

ঐগী ইচা নুপা জিতেন চুরাচান্দপুর Executive Engineer দসু Electric গী মপোৎ মচৈ supply তৌরমই। মহাকসু মাগী supply গী থবক তৌনা তৌনা LLB গী preliminary examination পাশ তৌই। মহাক্কী Roll No. Manipur University দা নম্বর ৫ নি।

ঐনা Jail Department তা join হেক তৌবগা IG/Prison Mr Grewal না ঐঙোন্দা জেলদা লৈবা মীওইশিংগী চাবা থকপা, মফি মরোলনচিংবগী শীল-লাংনবা Provision গী থবক ঐঙোন্দা শিন্নরে।

ঐহাক্না Police Training College Barrackpur দা Training তৌরিঙৈদা batch mate ওইবা C K. Sengupta কৌবা মরুপ অমা ইখঙ-খঙহৌদনা তাং ২৯/৯/৮৯ ইং শগোলশেন নুমীৎকী নুংথিল পুং ৪ তাবদা ঐগী ওফিসতা লাকখি। মহাক কলিকাতাদগীনি। পুলিস সার্ভিস থাদোক্লগা কলিকাতাগী Vigilance and Security Department তা Dy. Manager ওইনা থবক তৌরে হায়। কুইনা উন্নখিদ্রবা মরুপ-অমনা মণিপুরদা মহাক্কী থবক অমা মাগী মরুপ অনীগা লাকপদুদা ঐনা মহাক অমসুং মহাক্কী মরুপ অনী অদু ঐগী য়ুমদা তাং ২০/৭/৮৯ ইংদা ডিন্নর অমা শীল্লগা চাক চামিন্নখি। চহী ২৭ কী মতুংদা মহাক উন্নবা অদু ঐগী পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকখি।

তাং ২৭/৭/৮৯ ইংদগী হৌদুনা নোং কন্না অমসুং লেপ্তুনা চুবদগী নম্বুল তুরেন্নচিংবা তুবেল পুন্নমক ঈশিং চাওদুনা শোরোক্তা পাথোক্তুনা চেনবনা চথোক চৎশিন অমত্তা য়ারমদে। তাং ৩০/৭/৮৯ ইংদদী Central Jail মনুং নম্বুল তুলেন্দগী ঈশিং পাশিল্লক্তুনা বন্দিশিংগী লৈফম ঈশিং থুমদুনা লৈবা য়াদ্রে হায়না নুংথিল পুং ২ দা ভান অমা থারক্তুনা ঐবু লৌখৎলরে। জেলগী এসপি মতম অদুদা মিষ্টর কিপগেননা ওইরম্মী। ঐখোয় অনী চংদুনা লৈফম লৈত্রবা বন্দি ১৭৩ থক শজিব্রা জেলদা shift তৌখি। মতৌ অসুম্না নুমিদাং পুং ৮ তাবা ফাওবা বন্দিশিং হোন্দোক হোঞ্জিল তৌদুনা লৈখি।

ঐগী mother-in-law য়াম্না কন্না নারে হায়দুনা তাং ৩/৮/৮৯ ইংদা পাও লাকপদগী ঐহাক্না ঐগী নুপী তাং ৩/৮/৮৯ ইংদা ককচীং খুনৌদা থাখিরম্মী। তাং ১০/৮/৮৯ ইং শগোলশেন নুমীৎকী অয়ুক পুং ৫ তাবদা mother-in-law লৈখিদ্রে। অদুবু ঐহাক্কী চৎপা ঙমদবনা তাং ২১/৮/৮৯ ইংদা ছুটি লৌদুনা তাং ২২/৮/৮৯ ইংদা mother-in-lawগী শোরাৎ য়াওরুই। মরক অসিদা ঐহাক ঐগী চাকশং শাবা কন্না হোৎনরি। ইচা নুপা জিতেন্না থৌবাল, বিষেনপুর, চুরাচান্দপুরনচিংবগী Electricity Department শিংদা সপ্লাইগী থবক তৌবদা ফংলকপা পৈশা অদুনা ঐনা চাকশং শাবগী চঙবা শেনফম অদুগীদমক থোইনা অৱাবা ওইখিদে ।

Imphal Central Jail দা লৈবা বন্দিশিং অদু ঐখোয়না ইনমেত হায়না কৌনৈ। জেল মনুংদা conviction ফংলবা বন্দিশিং, কেশ চথুরিবা undertrial বন্দিশিং, lunatic, drug addict শিং অসিনচিংবা লৈ। মখোয় অদু তোঙান তোঙানবা কাশিংদা থম্মী। Conviction ফংলবা নুপী বন্দিশিংসু তোঙান্না থম্মী। অনৌবা শাবা জেল অদু New Jail হায়না খঙনৈ। জেলমনুংদা library অমা লৈ। New Jail দা শান্নফম ground লৈ। উ-শুফম, ফি শাফম তোঙান-তোঙান্না লৈ। অকোয়বা খাজিল্লিবা চেকপন অদুদা অচৌবা গেট অমা পাল্লি চেকপন মনুংদা তোঙান তোঙান্না গেট পান্দুনা বন্দিশিংগী তোঙান তোঙানবা কা কয়ামরুমগী অকোযবা inner wall লৈ। Old Jail and New Jail হায়দুনা চাওরাক্না অনী থোক্না খায়দোকই। বন্দিশিংগী চাননবা চাক ইনশাং য়েনফমসু অনী থোকই। অয়ুক অমসুং নুমিদাংগী চা, break fast, lunch অমসুং dinner অকক্লবা মতমদা পী। চাক থোংনবা cook অমসুং ইনশাং নাপী শেম্বগী থবক তৌননবা নুপী খরা permanent employee ওইনা গভর্নমেন্টনা হাপ্পী। শাংনা চাওনা শাবা kitchen অমা jail গী মপান্দা লৈবা compound দা লৈ। বন্দিশিংদা চীঞ্জাক, সাপোন, কাংখল, কম্বলনচিংবা ইশু তৌই। জেল মনুংগী কম্পাওণ্ডদা হোস্পিটাল অমা লৈ। ডোক্তর অমগা নর্স খবগা হোস্পিটালগী ষ্টাফ ওইনা লৈ। জেলগী ডিপার্টমেন্ট হোম ডিপার্টমেন্টগী মখাদা লৈ। IGP অমা, SP অমা, Addl. S.P. অমা, DSP অনী/অহুম, Jailer. Asst. Jailer খরা, Head Warden খরা অমসুং Warden কয়ামরুম্না জেল Department কী strength নী। চুরাচান্দপুর, উখ্রুল, চান্দেল, জিরিবাম, তমেংলোং অসিনচিংবা ডিষ্ট্রিক্টশিংদসু IGP/Prison Manipur গী মখাদা তোঙান তোঙানবা ষ্টাফ থমদুনা Jail administration তৌই। Central Jail Imphal গী মখাদনি সজিৱা জেলগী administration চলাইবসু। Central জেলদা মতম অদুদা খ্বাইদগী inmate মশীং য়াম্মী। inmate শিংগী provision গী থবক ঐঙোন্দা IGP/Prison না শিন্নবদগী ঐহাক্না থবক অদু পায়খৎপা হৌখি। হান্নদি SP/Jail না মদুগী শীল-লাংবগী থবক তৌরম্মী। Asst. Jailer অমনা contractor না supply তৌরকপা চেং হৱাই, শা ঙা, শঙ্গোম, য়েরুম থোংননবা গেস অসিনচিংবা লৌশিল্লম্মী। জেল ইনমেটশিংদা হাপ্তা অমদা ঙা থোংবা অমুক অমসুং মিট থোংবা অমুক পী। মদুগী অকক্লবা নুমীৎ লৈ। জেল মনুংদা বন্দিশিং চোক তৌননবা Jailer, Asst. Jailer, Head Warden অমসুং Warden শিং অদু routine নাইনা দ্যুটি পীরম্মী। Female warden

লৈরমদবনা Women constable খরসু female warden ওইনা শীজিন্নরম্মী। নুংতিগী ওইনা inmate শিংনা চা-থক্লবা পীরিবা item শিং অদু Sub-standard ওই হায়না ঐঙোন্দা তত্তনা ব্রাকৎলি। অদুদগীদি contractor না সপ্লাই তৌরকপা পোৎ চৈ পুম্নমক ইশামক্লা য়েংশিনবা হৌখি। অহানবদা চেং, হৱাই অমসুং থাওনচিংবদু পুরকপগা ঐঙোন্দা তাক্তনা লৌশিনবা য়ারোই হায়না থবক অদু পুরিবা Asst. Jailer অদুদা হায়বদগী পোৎ-চৈ তন্নবা পুম্নমক ঐহাক য়াওনা লৌশিল্লগা stock register দা চনশিনবা হৌখি। মদুদা ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোকখি। অহানবমক্তদা তন্নকখিবা হৱাই মাইরোংবী বেগ খরা ঐনা লৌখিদে। মরমদী হৱাই অদু তিনজং-লাইতংবা ঙাক্তা ওইরম্মী। Tender তৌবদা মহাক্লা পীখিবা সেম্পল অদুগা য়াম্না খেন্নরম্মী। ঐনা contractor অদুদা মানা পীখিবা সেম্পল অদু পুথোক্তুনা উৎখি অমসুং মানা তন্নকলিবা অদুগা চাংদম্নহনখি। সেম্পলদা পীরিবা quality অদু নত্রবদি লৌরোই হায়না ঐনা cancell তৌখি। মতৌ অসুম্না অতৈ পোৎলমশিংদসু নুংতিগী ওইনা য়েংশিনবদগীদি তন্নরিবা পোৎশিং অদু অফবা quality ওইরকখি। ঙা থোংগদবা নুমীত্তা ঙা সপ্লাই তৌরিবা contractor অদুনা ঐগী ইমাংদা পীফম থোকপা ঙাগী চাং অদু খল ওল্লদুনা পীহনখি। থোংবা মতমদসু ঐনা তাক্লগা থোংহনখি। বন্দি মশীং খঙদোক্লগা মীশিংগা চাননা মতুম ককহনখি অমসুং মতুমশিং অদু থাউদা হান্না তাউথোকহনখি। হাপফম থোকপা মরু-মরাং হাপ্পগা অতাওবা ঙা মতুমশিং অদু থোংহল্লগা য়েন্থোকপা মতমদা অমমম হাপহন্দুনা পীবা হৌখি। অসুম্না তৌবদুনা বন্দিশিং অদু য়াম্না হরাউরম্মী। হান্নদি ঙা হায়বদু মশক উরমদবনি হায়নখি। Meat থোংবদসু হায়রিবা মওং অসিদা য়েনশিং অদু শেমহল্লগা থোংখি। মতম খরা লৈরগদি চেং হৱাই সপ্লাই তৌরিবা contractor অদু তোকচরগে হায়না দরখাষ্ট থারকখি। মমৈদদী Govt. না পোৎচৈশিং অদু in-kind দা পীবগী মহুত্তা Manual গী মতুং ইন্না ইনমেট অমদা চরা অমদা কয়া পীফম থোকপগে হায়বদু পারগা শেল ওইনা শেঙ্কসন তৌবা হৌখি মতৌ অসুম্না পৈশা ওইনা পীরকপদগী চানা-থক্লবা অদু হেন্না ফজনা শীনবা ঙমখি।

উখ্রুলদা শাবা District Jail গী Compound Wall শাগৎপদা চোইথর খুলগী মীনা অথিংবা পীরে হায়দুনা Executive Engineer PWD উখ্রুলদগী অকনবা complaint অমা তাং ১/১১/৮৯ ইংদা লাকখি। I.G. Prisons না ঐবু উখ্রুলদা চৎলগা D.C. উখ্রুলগা লোয়নননা মিটিং অমা তৌরগা খুলগী মীগা য়ানবা পুরক্লবা তৌরুচো হায়খি। মরম অদুনা ঐহাক তাং ৪/১১/৮৯ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ঐগী escort পার্টিগা লোয়নননা উখ্রুলগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। অয়ুক পুং ১১ দা উখ্রুলদা য়ৌখি। হান্না পাউ পীনখিবা মতুংইন্না পুং ১১ মি: ১৫ দা D.C./Ukhrul গী ওফিসতা D.C. নে, চোইথর খুনগী Head man, চোইথরগী Village authority গী মীওই মরি, A.E. PWD Finance Cell, SDC Ukhrul, SDPO/ Ukl অসিনচিংবা য়াওনা মিটিং তৌখি।মিটিং অদুদা Choithar খুন্না পাল্লিবা মওং অদু তানরগা District Jail শারিবা জাগা অদুদা চৎলগা খন্নখি। খুনগী মীওইশিংনা পাল্লিবা অদু boundary wall শাবদা খুনগী লম্বেল শোকই হায়বগী complain ওইরম্লে। শেমদোক শেমজিন তৌরগা মখোয়না পাল্লিবা লমগী com-

pensation পীবদা য়ানদুনা ৱাল শাবা মখা চথবা য়ারগনি হায়না য়ারে। মরম অদুনা নুংথিল পুং ২ তাবদা ঐহাক উখুল থাদোক্লে অমসুং ইম্ফালদা পুং ৪ তাবদা য়ৌরকখি। তাং ২৮/১১/৮৯ ইংদা I.G. Prison গা লোয়নবা District jail/Churachandpur দা শাবা জেলগী building check তৌবা পুং ৯ দা ইম্ফাল থাদোকখি। Addl. Chief Engineer L. Raghumani, S.E. Binoy and E.E. Babu গা লোয়নখি। শাবা লোইরবা জেল বাওন্দরি অদু চ্যেক তৌরম্লগা নুংথিল পুং ২ দা চুরাচান্দপুর থাদোকখি অমসুং নুংথিল পুং ৪ দা ইম্ফাল য়ৌরকখি। মতৌ অসুম্না IG/Prison Mr. Grewal না থবক মরম খুদিংদা ঐবু য়াম্না থাজনা লোইনখি। IG/Prison Shri Grewal ষ্টাফকী ফননবা য়াম্না খল্লি। মহাক্না জেলগী Ministerial Staff শিং অদু legal knowledge লৈননবা খন্দুনা UDC অমসুং LDC শিং জেলদা সর্ভিস তৌরিবা ময়াম অদুদা F.R. and C.R. নচিংবগী রুলশিং খঙহন্ননবা জেলদা posting লৈবা G.O. শিংনা নুংতিগী পুঙ অহুমগী lecturer পীননবা routine অমা শেমদুনা তাং ২৯/১১/৮৯ ইংদগী ট্রেনিং অমা হৌখি। ঐঙোন্দা Paper III গী lecture পীননবা শিন্নরকখি। ট্রেনিং অদু য়াম্না কান্নখি মরমদী মখোয় অয়াম্বা Department পরিক্ষাদা পাশ তৌখি। তাং ৫/১২/৮৯ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তগী IG/Prisons না ঐঙোন্দা Directorate of Jail Staff কী পেট্রোল লৌবগী অমসুং পীবগী থবক শীন্নখি।

তাং ৬/১২/৮৯ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐগী ইচানুপা জিতেন্না লান্না য়ুম্বানবগী লম্বীদা চংলমগদবদগী ঐনা থিংবা ঙমখি। তাং ৭/১২/৮৯ ইংদা ঐগী private agent অমদগী পাউ ফঙখি মদুদি পিএলএ ফেক্সন অমগী লুচিংবা S. Temba Burma দা NNC গী মখুত্তা তাং ২৪/৯/৮৯ ইংদা লৈখিদ্রে হায়না। পাউ অদু পুলিস ডিপার্টমেন্টতা য়ৌখিনবা ঐনা I.G Prisons দা পীখি।

তাং ২০/১২/৮৯ ইংদা ঐগী ইচা নুপা জিতেনগা contract work তা য়াম্না নক্লনা তিন্নবা S.E. Nilakomol থাজদবা মওংদা ময়ুম মনাক্তা accident অমদা লৈখিদ্রে। তাং ১/১/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা মণিপুরগী Home Minister Shri I. Tompok Central Jail Imphal দা visit তৌখি অমসুং Jail Administration য়েংশিল্লখি। মহাক নুংথিল পুং ১২ মি: ৪৫ ফাওবা লৈরমখি। IG Prisons Shri Grewal তাং ৪/১/৯০ ইংদগী নুমীৎ ৩৮ নিগী EL ফংদুনা দিল্লিদা চৎখ্রে। নুমীৎ অদুমক্তদা Shri H. Bhubon Singh President MPP সৈত্যগ্রহ তৌদুনা চরা হেল্লকপদগী Section 309 IPC গী মতুং ইন্না arrest তৌদুনা Central jail Imphal দা detain তৌখি। ইচা নুপা জিতেনগী Electric goods supply order তরেৎ অপুনবা estimated amount লাক্ষ অহুম লিশিং তরামরি চাতরুক মবিফুতরা মাপনগী work order নুমীৎ অদুদা ফংখি।

তাং ৫/২/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Shri S. Singhajit Singh SP Fire Service না শিল্লক্লুনা Ex-DIG K. Satyabratta Singh দগী থোংজুদা লৈবা হৈজিংগাং কৈথেল শেমগৎপদগী plot অমা জীতেনগী মিংদা লৌখি। প্লোট অদুগী ওইনা লুপা লিশিং মাপন SP Fire Service তা শিন্নখি। তাং ১২/২/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মণিপুরদা এসেম্বলি ইলেক্সন পাঙথোকখি। থাংমৈবন্দ অমসুং উখুল Constituency

অনীদি candidate শিবনা মরম ওইদুনা য়েথোকখি। তাং ১৪/২/৯০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অহিংদা ভোট মশীং থিরিঙৈদা পব্লিক্কী ইরাং হৌরক্লুনা ডি সি ওফিস লম্ফেল তুম্না মৈ চাকখি। মীশি মীনা থোকখি। মতম অদুগী ডি সি শ্রী সিঐচ. ইবোহল সিংহনি এস পি ইম্ফালনা শ্রী এ. প্রদিপ সিংহনা ওইরম্মী। ইচা নুপী সুজতা St. Joshep English School দা ওজা ওইনা তাং ১৬/২/৯০ ইং ইরাই নুমীত্তগী কাবা হৌখি। ডি সি ওফিস মৈ চাকখিবনা মরম ওইদুনা তাং ২০/২/৯০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা কন্সটিটুয়েন্সি তরানিথোইদা রি-পোল পাঙথোকখি।

তাং ২৩/২/৯০ ইং ইরাই নুমীত্তা R.K. Ranbir Singh (MPP) না লুচিংদুনা নুমিদাং পুং ৭ তাবদা অনৌবা গভর্নমেন্ট অমা শেমখি। মদু United Front Govt হায়না খঙনখি। নুমীৎ অদুদা ব্রাশক লৌখিবশিংদি:-

(1) Shri R.K. Ranbir Singh (MPP) - C.M.
(2) Shri Kh. Amutombi Singh (JD) - Dy. C.M.
(3) Shri Kh. Parijat Singh (CPI) - Cabinet
(4) Shri T.N. Haokip ( KNA) - Cabinet
(5) Shri Thangkhalal (KNA) - State Minister

তাং ১৯/৩/৯০ ইংদা ঐগী ইচানুপা Sitesh কী P.U.(Sc.) গী পরিক্ষা হৌখি। তাং ২৪/৩/৯০ ইংদা Mr. Grewal IG Prisons মহাক্কী ছুটি লোইরদুনা ইম্ফালদা হল্লকখি। মহাক ছুটি অনীরক extend তৌদুনা দিল্লিদা লৈরুবনি। ঐগী ইমাবোক য়াইমনা পোকপা cousine brother অঙোম অচৌ সিংহ লৈখিদবগী শোরাৎ তাং ৩০/৩/৯০ ইং ইরাই নুমীত্তা থোকই। নুমীৎ অদু IG Prisons দগী পর্মিসন লৌরগা ঐগী নুপীগা লোয়ননা শোরাৎ য়াওরুই। নুংথিল পুং মরিদা হল্লক্লগা ওফিসদা IG Prions গা উন্নদুনা ওফিসিয়েল ৱার্ক তৌখি। তাং ৫/৪/৯০ ইংদা ইচা নুপা জিতেনগী সপ্লাই ওর্ডর তরেৎকী অপুনবা লুপা ৩,১৩,৪৩৪ ফংখি। মীঙোন্দগী পুরুবা শেন্দোই শেলেপ শিংদোকখ্রগা লুপা ১,৪৪,৮৭২ শেন্দোং ওইনা ফংখি।

তাং ৭/৭/৯০ ইং থাংজ নুমীত্তা Governor Manipur Central Jail Imphal দা visit তৌখি। Shri Panighrahi, Governor অয়ুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ১ তাবা ফাওবা জেলগী administration অমসুং inmate শিংগী complaint য়েংশিনখি। অরোইবদা জেলগী ষ্টাফ পুম্নমক পুনশিল্লগা lecturer তৌখি। ইংলিস তা পীবা লেকচর অদু IG Prisons না ঐঙোন্দা Manipuri দা হন্দোকহনখি। হাপ্তা খুদিংদা জেল মনুংদা inmate শিংগা ঐগা মিটিং তৌদুনা মখোয়গী অৱাৎ-অপা অমসুং অপাম্বা ঐঙোন্দা ফোংদোকহনখি। হাপ্তাগী তৌবা মিটিং অদু Welfare Meeting হায়না খঙনৈ। মিটিংগী minute শিং ইরগা ঐনা IGP দা submit তৌই। তাং ১৩/৭/৯০ ইংদা Mr. Kipgen SP Jail transfer order থোরকখি। অমসুং IG Prison না SP Jail গী চার্জ ঐঙোন্দা শিন্নখি অদুবু নোংঙাল্লাগা Mr. Kipgen গী transfer order অদু এবেয়েন্সতা থমখি।

ঐগী ইচানুপা জিতেনগীদমক মতম অদুদা মৌ ওইননবা লৈশাবী অমা থিরম্মী। অফবা খনবদা মফম কয়াদগী মীওই কয়ামরুম য়েংখিরম্মী। ময়ামদুগী মবক্তা Sushila কৌবী কোম্থা খারিমদগী নুপীমচা অমা ঐখোয়না খ্বাইদগী পামলম্মী। মপাগী মমিং গুলাপী কৌই। Taxation Office তা থবক তৌই হায়। হৈঙাংদগী Ng Chaoba কৌবা কন্সটেবল অমা লৈ। তাং ৩১/৭/৯০ ইংদা হায়রিবা চাওবগী নুপীদুনা সুসিলাগী মমাবোক্লে, মহাক্কী cousine sister অমনে পুরক্কুনা ঐগী য়ুমদা লাকখি। মখোয় অহুমগা ৱারী শানরগা অয়ুক্কী চাক পীজরবা মতুংদা ময়ুমদা থিলহল্লুই। তাং ৫/৮/৯০ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তনা ঐগা য়াম্না মুন্না খঙনবা শঙাকফমদগী খরা চৎলগা লৈবা খুমন হায়বা অদুদা লৈবা S.O. Diken কৌবা অমগী অপোকপা অহল অমা ঐগী য়ুমদা পুরক্কুনা নুপীমচা সুসিলাগী মরমদা খন্নে। অহল অদুনা নুপীমচা অদুগী মপা অদুদা হায়নদুনা লুহোংনবা তৌসি হায়না খন্নখি। হায়রিবা মতম অদুদদী জিতেন 2nd hand Maruti Car অমা লৈরে। মদু অকোয়জম বিরেন্দ্রা অপোকপা লৈখিদ্রবা তোম্বা, থৌবালখোংদগী লৈবনি। কার অদু ১৯৮৮ গী মোদেলনি, নম্বরনা GBY 869 নি। মমলনা লুপা ৬০,০০০/- দনি। তাং ২০/৪/৯০ ইং ইরাই নুমীত্তা লৈবনি। গাড়ী অদু লৈবদগী দরকার লৈবা মীওইশিং থিন্দোক থিনজিন তৌবদা অপনবা লৈবমদে। মতৌ অসুন্না কন্না হায়নদুনা নুপীমচা অদু মৌ ওইবগনি খল্লগা পাঞ্জি য়েংলুবদা পক্লবমদ্রে হায়দুনা মমৈদা তোক্লখি।

SP Fire Service Mr. S. Singhajit না হৌদোবকপদগী অমুক্তা থোকখিদবা নুংঙাইরবা থৌদোক অমা থোকখি। মহাক্কী লোয়নবী শ্রীমতি সৈত্যবতিনা লুচিংবা বাশোক অমগা ঐগী নুপীনা লুচিংবা বাশোক অমগা অনি লিংখত্তুনা ঝুলোন মনুংদা ঐক্তা কৃষ্ণমোহোনগী কৈশামথোংদা লৈবা মান্দোপ্তা বাশোক ফাংনহনসি হায়বদগী মপোকঙৈদগী ঈশৈ য়াওরক্তবা মখোয় অনি অদু খুদক্তা অহৈবা কাঙবুগা লোয়ননা তাং ৬/৮/৯০ ইং ঝুলোন মনুং নিংথৌকাবা নুমীৎকী নুমিদাংদা বাশোক ফাংনহনখি। মরুপ মপাং মীওই কয়ামরুম বার্তোন তৌদুনা অহানবা অমসুং অবোইবা ওইনা ঐগী নুপীনা মান্দোপ ময়াযদা ঈশৈ শকখি। পুন্সিদা মদু অতাংবা মথেল অমা ওইখি।

তাং ৭/৮/৯০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ঐনা ওফিসতা লৈবিঙৈদা ঐগী ইনাওনুপা য়াইমা শ্রী মান তোমচৌগী মচানুপী সোবিতা কোলেজ চৎপদগী চেনখ্রে হায়না পাও পীরকই। নুপা অদু ব্রোজেন কৌই শিংজমৈ থোঙাম লৈকাইদগীনি হায়। ঐনা টেলিফোনদা হায়খি মশানা য়াবা ওইববদি কেস তৌরুরগসু যানবা অমা পুরক্লবা তৌ হায়খি। পুংথায় অমাবোমগী মতুংদা তোমচৌনা টেলিফোন অমুক তৌরক্লে মদুদি মশানা যাদনা নমদুনা ফাখিবা ওইবল্লে অদুনা মশা রেস্থ্যু তৌনবা তৌথিযু হায়না কন্না হায়বকপদগী ঐনা শিংজমৈ পুলিস ষ্টেসন্দা টেলিফোন তৌরগা কেস অমা রেজিষ্টার তৌহল্লে। পুলিসনা কোযতান তান্নরে। মমৈথংদা ঐহাক খঙহন্দনা মখোয় মশেন য়ানদুনা তাং ২২/৮/২০ ইংদা লুহোঙবা লেপশিনখ্রে। ঐদি শাওদুনা লুহোংবা অদু য়াওখিদে।

থাংমৈবন্দগী আর.কে. তম্ফাসনা কৌবী P.U. 2nd yr., Mordern College গী ছাত্রি অমা মাঙখিবদগী

তাং ২৯/৮/৯০ ইংদা ইম্ফাল তুরেন্দা মহাবলি উমং মপাদা শিনা ফংখি। নুপীমচা অদুগী guardian না নুপীমচা অদু মীনা ফারগা রেপ তৌরবা মতুংদা হাত্তোক্লগা তুরেন্দা থাদবনি হায়না complain তৌখি অমসুং অচৌবা লৈবাক ৱাথোক ওইখি। মীহাৎপা ফাবা ঙমদ্রে হায়দুনা পুলিসতা বদনাম কন্না তৌখি। মতম অদুদা S.P. Imphal শ্রী রোমেন্না ওইরম্মী। তাং ৪/৯/৯০ ইংগী অয়ুক পুং ৬ তাবদা SP Romen না ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌরকখি অমসুং কেস অদু detect তৌননবা মতেং খরা পাংবীয়ু হায়রকখি। নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৯ মুক তাবদা DIG (R) নসু IG Prisons Shri Grewal দা কেস অদুগী investigation দা মতেং পাংননবা নুমীৎ হুমনিখক্তং ঐবু spare তৌবিয়ু হায়রকই হায়দুনা I.G. Prisons না ঐহাকপু SP Imphal office দা চৎননবা হায়খি। মরম অদুনা অয়ুক পুং ১১ তাবদা SP Romen গী ওফিসতা চত্তুনা কেস অদুগী মতাংদা তান্নরুই। এসপি না হায়বা মীওই অহুম মরিগী statement লৌখি। অদুবু কেস অদুগী অশেংবা clue অমত্তা ফংবা ঙমখিদে।

তাং ৫/৯/৯০ ইংদা Govt. of Manipur Home Department তগী ওর্ডর অমা থোরকখি মদুদি Tamphasana murder case FIR No. 688 (8) 90IPS u/s 302/376/34 IPC অদুগী investigation তৌননবা পৱার ঐঙোন্দা পীরে অসিনি। Order No. না 2/8/(53)/90-Hdt 5/9/90 নি। Order অদু থোকলে হায়বা খঙদ্রিঙৈদা IG Prison না হায়বা মতুংইন্না routine মেন্নরদা ঐহাক SP Imphal গী ওফিসতা চত্তুনা কেস অদু থিজিনবা য়াওরুই। ওর্ডর অদুদি কোন্না খংলকপনি। তাং ৬/৯/৯০ ইং তর্পোন লোইবা নুমীৎনি। নুমীৎ অদু ঐহাক restricted holiday লৌননবা দরখাস্ত থাখি। অদুবু অয়ুক পুং ৯ তাবদা C.M. Manipur Shri R.K. Ranbir Singh না কৌরক্তুনা বঙ্গলোদা চত্তুনা উন্নরুই। সি এম দা ঐনা explain তৌখি। Central Jail Imphal তোঙানবা Department নি investigation তৌবা য়াননবা ঐঙোন্দা empower তৌবীরবসু ঐবু I.O. ওইহনবীগনু। I.O. ওইবা হায়বসি কেস অদুগী full responsible লৌবনি। মী ফাদোক ফাজিন, কোর্টতা পুথোক পুশিন, witness কৌথোক কৌশিন, expert তা exhibit থাদোক থাজিন অসিনচিংবা কয়ামরুম তৌবদু ঐগী ওইবমলিবা position অমসুং staff কা ওন্নতৈনগনি। অদুনা চুম্না investigation তৌবগী SP Imphal গী মতেং পাংজগে হায়খি। ঐগী ৱাদু তাবদা সি.এম. সু য়ানিংখি। অসুম্না ঐহাক হল্লকখি। অদুবু নুমীৎ অদুমক্কী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবদা অমুক কৌরক্তুনা ঐহাক সি এমগী বঙ্গলোদা অমুক চৎলি। সি এম গা লোয়ননা speaker, MLA কুমারজীৎ অসিনচিংবা ময়াম লৈরম্মী। কেস অদুগী মতাংদা খন্নরে অমসুং ঐঙোন্দা I.O. ওইহল্লোই, investigation দং য়াও হায়রে। মথংগী নোংঙাল্লগা তাং ৮/৯/৯০ ইং থাংজ নুমীত্তা MLA Shri Kumarjit of Thangmeiband না কৌদুনা অয়ুক পুং ৮ তাবদা ময়ুমদা চৎলী। শিখ্রিবা নুপীমচা তম্ফাসনা মহাক্কী constituency দগী ওইবনা মহাক মথা য়ান্না শাবা জাৎনি। অহিং নুংথিল খাক্তনা নুপীমচা অদুগী guardian শিংনা মীহাৎপা ফাবিদ্রে হায়দুনা complaint তৌবদুদা মহাক খা-ৱাই খঙদবমক্তৈ চেল্লবনি হায়। মহাক্কা লোয়ননা ঐহাক Dy. C.M. শ্রী অমুতোম্বীগী কাটরদা চৎলে। মফম অদুদা Minister Mr. Doungel, Mr. Parijat অসিনচিংবা মন্ত্রি ময়াম

অমসু লৈরম্মী। ময়াম পুম্নমক অদুসু কেস অদুগী মতাংদা খন্নরম্লিবনি। অয়ুক পুং ১১ ফাওবা মফম অদুদা লৈদুনা থৌদোক অদু কনানা অমসুং কদাইদা থোকহনখিবনো হায়না ওইবা য়াবা theory কয়ামরুম পুথোক্লুনা খন্নখি। তাং ৯/৯/৯০ ইংদা কেস অদুগী investigation অদু ঐগোন্দা শিন্নরে হায়না press note অমা থোকখ্রে। শ্রী কুমারজিৎ MLA না হায়বদা press note অদু general public কী tension defuse তৌনবনি হায়খি। তাং ১১/৯/৯০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী নুংথিল পুং ১ তাবদা IFCD Ministry Shri O. Joy Singh না কৌদুনা কেস অদুগী মতাংদা উনদুনা ৱারী শাখি। মতৌ অসুম্না Tamphasana murder case অদু state problem ওইখি।

মরক অসিদা IG Prisons Mr. Grewal দিল্লিদা deputation ওইনা BSF তা join তৌননবা ওর্ডর থোক্লে। অদুনা তাং ২৩/৯/৯০ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐগী য়ুমদা farewell lunch অমা লাংখি। মহাক্কা লোয়ননা SP Fire Shri S. Singhajit, SP MCJ Mr. Kipgen সু য়াওখি নুমিৎ অদুমক্তদা নুমিদাংদা জেল ষ্টাফনা farewell dinner অমসু Manipur Central Jail দা পাঙথোকখি। Mr. G.S. Pander না IG Prisons গী চার্জ তাং ১/১০/৯০ ইংদা লৌরে। Tamphasana murder case না মরম ওইদুনা ঐহাকপুসু Imphal Central Jail দগী ঐগী হান্নগী ওফিস Addl. SP (Rural) ওইনা তাং ৬/১০/৯০ ইংদা transfer order no. 3/9/86-PS(pt-1) গী মতুংইন্না থোক্লে। তাং ৮/১০/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Central Jail দগী release তৌরদুনা নুমীৎ অদুমক্তদা Addl. SP(R) গী ওফিসতগী Charge লৌরে। মতৌ অসুম্না ঐহাক Central Jail Imphal দা তাং ১০/৭/৮৯ ইংদগী তাং ৮/১০/৯০ ইং ফাওবা posting লৈরম্মী।

Imphal District তা তাং ৮/১০/৯০ ইংদা জোইন্ট হেক তৌবগা Tamphasana murder case অদু যাম্না কুপ্না থিগৎপা হৌখি।

Full Particular - R.K. Tamphasana Devi (20)

D/o R.K. Upendra Singh, Thangmeiband

Occurrence - R.K. Tamphasana Devi, Modern College দা P U. Commerce তম্লম্মী। শোক ১৯৯০ গী Final Examination য়াওখি। মহাক্কী পাবুং R.K. Upendra না মহাক পরিক্ষা পাস তৌরগা D.M College দা T.D.C. 1st year Commerce তা মিং চনবা য়াননবা ওজা অমা হান্নদগী contact তৌনৈ। পরিক্ষা হায়দোক্লবা মতমদা শোয়দনা মিং চনবা য়াননবা হোৎনগনি হায়নদুনা লৈনখি। পরিক্ষা হায়দোক্লে মচানুপী Tamphasana না মহাক 3rd Division দা পাস তৌরে হাযবদগী ওজা অদুদা মিং চনবা শোয়দনা য়াননবা হায়নরে। মহাক্কী Mark Sheet পুরক্লো মিং চল্লসি হায়রকপদগী R.K. Upendra না মচা নুপীদা Mark Sheet লৌরুরো হায়না তকশিনখি। R.K. Tamphasana না Mark Sheet লৌরুগনি হায়না Modern College দা তাং ২৭/৮/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা সাইকল তোংদুনা চৎখি। নুমীৎ অদু কোলেজদগী মার্ক সীট লৌবা নংলক্তরে হায়না নোংঙাল্লগা তাং ২৮/৮/৯০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎকী অয়ুক অঙনবা পুং ৫ দা ময়ুমদগী সাইকল তোংদুনা

থোকখিবদগী হল্লকখিদবনি। অদুগা তাং ২৯/৮/৯০ ইংগী নুংথিল পুং অনি তাবদা ইম্ফাল তুরেন্দা মহাবলি উমং মনাক্তা শিনা ফংখিবনি। থৌদোক অদু R.K. Tamphasana Devi বু লম্বীদা ফারগা মফম অমদা রেপ তৌরগা হাৎতোকপিখিবনি হায়না পুলিসতা রিপোর্ট তৌবদগী কেস অদু লৌখত্তুনা inves-tigation তৌখিবনি। অচৌবা লৈবাক ৱাথোক ওইরক্লুনা পুলিসনা চিংনবা মীওই কয়া ফাদুনা য়াম্না কন্না হোৎনরবসু কেস অদুগী অশেংবা culprit অদুগী অশেংবা মরম পুলিসনা পুথোকপা ঙমদবদগী ইমুংগী অহল লমন, লৈকাই অমদি লৈবাক্কী সংস্থান কয়ানা খোল্লাও কয়া লাওদুনা গভর্নমেন্টকী মায়োক্তা পেন্দবা কয়া ফোংদোক্লরকখি। মতম অদুদা পাল্লম্বা গভর্নমেন্টকী য়াম্না কোক শাবা হায়বদু ওইখি। মতাং অসিদনি থৌদোক থোকখিবা মতুং থা অমগা নুমিৎ ১০ নিরোমগী মতুং হায়বদি তাং ৮/১০/৯০ ইংদা ঐবু Central Jail Imphal দগী tranfer তৌদুনা Imphal District Police তা ঐগী হান্নগী ওফিস অদুদা পুরক্লুনা কেস অদু ঐঙোন্দা শিন্নখি। লৈখিদ্রবী নুপীমচা অদুগী ইমুং মনুং, শাগৈ-নাতৈ তা নত্তনা গভর্নমেন্ট ফাওবনা কেশ অদু ঐনা থিগৎলবদি শোয়দনা অশেংবা পুথোকপা ঙমগনি হায়না কন্না থাজখি। ঐঙোন্দা থমখিবা থাজবা অদু মাঙগদ্রা হায়না ঐসু নুংশা য়াম্না থিখি অমসুং থাব্রায় হকচাং য়াওনা কেস অদু পায়খৎখি।

অহানবা ওইনা নুপীমচা অদুগী লৈফম কাদা লৈবম্বা লাইরিক, বোয় অমসুং অতৈ চে-চাং পুন্নমক লৌখত্তুনা অমমমতা ওইনা চ্যেক তৌখি। মাঙখিবা নুমীত্তা মহাক্না তোংখিবা সাইকল অদু কাদাইদগী ফংবগে হায়না থিগৎপদা খুরাই থাংজম লৈকাইগী মপাদা ইম্ফাল তুরেল মপান্দগী ফংই হায়খি। নুমীৎ অদুদা মহাক্না চৎলম্বা মফমশিং থিগৎপদা অহানবদা তোপ মযায় লৈকাইদা মমান্নবী অমগীময়ুমদা নুংথিল পুং অনি ফাওবা লৈবম্মী হায়বা খঙখি। মথংদা মহাক কোংপাল কোংখাম লৈকাইদা লৈবী মমান্নবী অমগী ময়ুমদা নুংথিল পুং ৩ ফাওবা লৈরম্লগা মমান্নবী অনীগা লোয়ননা খুরাই চিংঙাংবম লৈরক ফাওদোক্লগা অমুক অয়াংপল্লি ক্রোসিং লোমদা চৎলগা খুয়াথোং লোমদা চৎখি। মহাক নুমীৎ অদুদা Modern College দা শুকচং চংখিদে। মার্ক সিট লৌবা চৎপা তারবদি শোয়দনা Modern College দা চৎফম থোকপনি।

R.K. Tamphasana গী কাদগী ফংবা মাগী লাইরিক, Exercise book অসিনচিংবা চ্যেক তৌবদা নীওই খবগী মিং ইরম্মী। মিংশিং অদু থিগৎপদা নিংথৌখোংদগী Modern College দা লাইরিক তম্বা কোলেজগী মনীংগী য়ুম অমদা ভারাদা লৈবা মীওইশিং ওইরমদুনা মাখোয R.K. Tamphasana Devi গা মরী লৈনবরা হায়বদু থিগৎখি। অদুবু মখোয়না R K. Tamphasana গদি খঙনবা অদুগা করিগুম্বা মখলগী মরীদি লৈনদবা ওইরমখি।

মতৌ অসুন্না নুমীৎ কয়ানিমরুম চঙনা মতিকৈ কয়ামুক্তগী থিগৎপদা R K Tamphasana বু ফাবগা রেপ তৌখিবগী মচাক অমত্তা ফংখিদে। Post Mortem তৌখিবা ডোক্তরসু উন্নবদা রেপ তৌখি হায়বগী অশেংবা সাখিনা পীবা ঙমখিদে। Cause of death থিগৎপদসু করিগুম্না মখলগী ফোর্স শীজিন্নদুনা হাৎপগী সিমপতোম ফংবা ঙমখিদে। অদুগী মথক্তা নুপীমচা অদুনা মাঙখিবা নুমীৎ তাং ২৮/৮/৯০ ইংদা মহাক

নুংথিলগী পুং মরিরোম ফাওবা মমান্নবী কয়াগী ময়ুমদা কোইচৎ চৎলম্মী অমসুং মফম কদাইদসু কনাগুম্বা নুপা অমত্তগা উন্নখিবগী evidence ফংখিদে।

পুন্নমক অসি খল্লুরগা অনৌবা idea অমা পুক্নীংদা লাক্লুনা মহাক্কী কোলেজদা মী থাদুনা চৎহল্লগা PU Com. গী পরিক্ষাগী রিজলট চ্যেক তৌরুরে। রিজলটকী কোপী অমসু পুরক্লে। থিগৎপা মতমদা R.K. Tamphasana fail ওইরম্লে। মাগী পাবুংদা মহাক্না কিবদগী পাস তৌরে হায়দোক্লুবা, হান্নদগী D.M. College গী ওঝাদা মিং চন্ননবা হোৎনবা পুন্নমক অদু খল্লুরগা Mark Sheet লৌবনি হায়দুনা ময়ুমদগী অমুক অনিরক থোকখিবা, মিং চনবগী মতম হেন্দোকখিগদৌরে হায়না মাগী পাবুংনা Mark Sheet পুরক্লো হায়না তকশিনবা, মমান্নবশিংদসু মহাক পাশ তৌরে হায়না হায়দোক্লুবা পুন্নমক অসি খন্থরুবদা মহাক ময়ুমদা হনজিনবা ঙমখিদবনা মতোমতা লোইশিঞ্জরগে হায়না লেপখিরম্বা মানশিল্লক্লে। মানা তোংবা সাইকল অদু তুরেল মপান্দা লৈরম্লিবা অদুনসু মহাক ঈশিংদা চোংথরম্বা য়াই হায়না খনখি। মহাক ফেল ওইরম্লে হায়বা পাউ অদু মহাক্কী মপাবুং অমসুং লৈমিন্নরম্বী মনাওশিংদা ঐনা ফোংদোকপা মতমদা য়াম্না শাথিনা অঙকপা অমা মমায়শিংদা ফাওখিবসু উখি। মদুগী মতুংদগী মখোয়গী য়াম্না কেস অদুদা থৱায় য়াওরম্বা অদুসু হন্থখি। পুন্নমক অসিদগী থৌদোক অদু সুইসাইদ ওইগনি হায়বা সি এম নর্চিংবা অমদি পুলিসকী মকোক ওইবশিংদা ঐগী মোৎ পীখি।

তাং ২২/১০/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইচা নুপা জিতেনগী সপ্লাই ৱাক অমগী বিল লুপা ৯৪,০৮৮/- ফংখি। পৈশা অদুদগী ইচানুপী অনীগী সনা শাবদা লুপা ২৭,৩০০/- শিজিন্নখি। তাং ২৫/১০/৯০ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐগী ইনাওনুপা অহন শ্রীমান মাইপাক সিংহগী মচানুপী নন্দি দেবী য়ুম লোন্নবদা লৈবা কেঐচ. অচৌবা সিংহগী মচানুপা অঙাং অমদা চেনখি। তাং ২৯/১০/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐহাক অমসুং ঐগী নুপী ঐখোয় অনী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ঐগী ইচা নুপা জীতেনগী মৌ-ওইননবগীদমক শ্রী মতী কোমলাবতি দেবীগী মচানুপী লাইরেঞ্জম নীংঙোল জম্বু এলাইজ সানতো হায়বা শীংজমৈ ভাগপতি লৈকাইদা চৎলুই। য়ানরদুনা লুহোংবা অদু তাং ২১/১১/৯০ ইংদা লেপ্পরম্মী। তাং ৫/১১/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎকী অয়ুক্তা ৱারোই পোৎ পুখি। তাং ৬/১১/৯০ ইংদা নহা ওইরিবা পুলিস ওফিসার K.P. Singh হার্ট এটেক্ট তৌদুনা অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা মহাক্কী ক্বাটব লম্ফেলদা লৈখিদ্রে। ইচা নুপা জিতেনগী লুহোংবগী হৈজিংপোৎ তাং ১৯/১১/৯০ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা নুংথিলদা পুখি। তাং ২১/১১/৯০ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎতা জিতেনগা Kum. Jambhu Devi D/o Lairenjam Madhumangol Singh গা নুংথিল পুং ২ তাবদা লুহোংখি। তাং ২৯/১১/৯০ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা জিতেনগী মপাম চাক্লৌবা নুমীৎ ওইখি। তাং ১/১২/৯০ ইংগী অয়ুক পুং ৫ রোম তাবদা P. Jivan S/o P. Achou Singh নাগামপালগী অশিবা মশা মহাবলীদা R.K. Tamphasana গী অশিবা ফংফম মনাক্তগী ফংখি। মদু পিএলএ না R.K. Tamphasana হাৎপদা চেন্নৈ হায়না চিংনবদগীনি হায়বা কাইনথংদা খঙলকখি। তাং ৪/১২/৯০ ইংগী নুমিদাংদা চান্দেলগী Sisla হায়বা খুন্দা অম্মিগী

পিএলএ গী কাংবু অমগা কাপ্পবদা পিএলএগী মীওই অনী অমসুং অম্মিগী মীওই অমা শিখি। অম্মিগী তরুক অমসুং পিএলএ গী অনী শোকখি। পিএলএগী অশোকপশিং অদু ফারগা তাং ৫/১২/৯০ ইংদা ইম্ফালদা পুরকখি। তাং ১৭/১২/৯০ ইংদা Nongthonbam Jashobanta Singh (40) S/o late Kamini Singh of Lamlong Bazar মীওই খরনা কোইরেঙ্গৈ বজারদা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২০/১২/৯০ ইংদা থঙ্গাল বাজারদা দুকান্দার নন-মণিপুরি অমদা অচৌবা শেনফম অমা demand letter পীরগা পৈশা লৌবা লাকপা পিএলএ গী মীওই অমা ফাখি। মহাক interrogation তৌরগা মথং মথং পিএলএগী পৈশা খোমগৎপা মীওই কয়ামরুম ফাগৎখি। মমৈথংদা মখোয়গী Head Quarters অসি শিংজমৈ থোংঙাম লৈকাইদা লৈবনি হায়বা খঙখি। হায়রিবা মফম অদু তাং ১/১/৯১ ইং লৈবাক পোকপা নুমীৎকী অহিংদা raid তৌদুনা পিএলএ গী Finance Secretary য়াওনা মরুওইবা মীওই কয়ামরুম ফাগৎখি। মখোয়না শীজিন্নরম্বা কোৎলেস টেলিফোন, record ওইনা শীজিন্নরম্বা register ময়াম অমা ফাগৎখি। Register অদুনা মখোয়না Demand letter পীখ্রবা মীওইশিংগী মমিং, খোমগৎখ্রবা শেল মশীং, পীরকপগী তারিখ, পীবা ৱাৎলিবা শেনফম অসিনচিংবা লোইনা record তৌরম্মী। করি নুমীত্তা পীফম থোকপা instalment কয়ারক পীখ্রবা অসিনচিংবা ইরম্মী। অদুবু বজারগী করবারৱাল্লাশিং অমত্তনা পুলিসতা কিবদগী পাও পীখিরমদে। করি অমুক হায়রুনি। হেক থংননা দুকান ফম্মিন্নরিবা মীওইদা ফাওবা তাকথোকলমদে। য়াম্না লোন্না মাগী মাগী ঙাঙনদুনা অচৌ অচৌবা শেনফম পীথোক্কুনা মশা মশাগী ৱাই শংননবতা তৌনরম্মী। মতম অদু underground কাঙবুনা করবার ৱালাদগী পৈশা খোমগৎপা অস্তানবা ওইনা পায়থৎলম্বনি। পৈশা পীযু য়াদবা অমদি দিমান্দ তৌবা তারিখতা পীদবা মীওইশিংদা বোমনচিংবা লংশিন্দুনা কিহল্লমই। কনাগুম্বা মীওইদি শিবা, শোকপনচিংবা য়াওরম্মী অদু ফাওবদা underground না মখোয়দা শেলগী demand তৌই হায়বসি তাকথোকলমদে। অমগা অমগা তাকথোক্লদনা demand খবা তাহন্দুনা পীনরম্মী। অদুনা underground শিংগী মথক্তা action লৌখৎপা ঙমলমদে। ঐনা অহিং নুংথিল নাইদনা খল্লমই। পৈশাগী demand letter ফংলিবা মীওইশিং অদু অমগা অমগা হায়দোক্লরবদি বাজার ৱা-ৱা লাওনগনি। ময়াম অদু অপুনবা লীচিং অমদা পুশিল্লবদি মপুক্লীং খরসু চাওখৎকনি অমসুং পুলিসনা থিগৎলে হায়রবদি underground গী মীওইশিংসু শোয়দনা in-active ওইরক্কনি। ৱাখল অসিগা লোয়ননা রেকোর্দতগী ফংলিবা মীওই ৫৫ খক তাং ১৭/১/৯১ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ঐগী ওফিসতা মিটিং তৌসি হায়না কৌখৎখি। মখোয় অয়াম্বনা মিটিং অদু য়াওবা লাকলম্মী। অদুবু মখোয়না মপুক্লীংদা খল্লম্বদি underground দা পৈশা পীরুবগী আইনগী মতুং ইন্না এক্সন লৌদুনা মখোয়বু ফাবগনি হায়বসিনি। করবারৱাল্লাশিং অদুদা ঐনা underground গী পৈশা পীননবা ডিমাণ্ড লাকপরা হায়না হংবদা কনা অমত্তনা ডিমাণ্ড লাকখি অমসুং পৈশা পীখি হায়বা য়াখিদে। অমমম ওইনা ঐনা register ফাক্তোক্লগা demand letter ফংখিবা তারিখ, instalment তা পীখিবা পৈশা-মশীং তারিক্কা লোয়ননা হায়দোক্লে। পীগদবা পৈশা মশীং অমসুং তারিখসু পল্লে। কনাগুম্বগীদী নুমিৎ অদুমক্তদা অমদি নোংঙানবা তারিখ ১৮/১/

৯১ ইং ইরাই নুমীত্তা তারে হায়বসু হায়দোক্লে। কারবাররাল্লাশিং অদু চেনবা ঙমদদুনা পাওখুম পীদনা তুমিন্না লৈনরে। মতম অদুদা ঐনা মখোয়দা শেংদোক্লে মদুদি ঐনা কৌখৎলিবা অদু মখোয়গী মথক্তা এক্সন লৌননবা নত্তে। মখোয় পুন্নমক্তা লৈরৈবা তেনসন অদু অমগা অমগা ফোংদোক্লদুনা খন্নরবদি শোয়দনা হন্থগনি খনবদগী কৌবনি হায়রে। পুলিসনসু মতেং পাংলগা অরেম্বদা মখোয়গী পৈশা মাঙদনবা হোৎনগে খল্লগা মিটিং অদু কৌবনি। মখোয় মখোয়দা লৈরিবা demand letter পুন্নমক ঐঙোন্দা surrender তৌ। পৈশা লৌবা undergrouund গী মীওই লাক্লবসু পুলিসনা লৌখৎখ্রে হায়না খুন্মু হায়রে। রা অদু তাবদগীদি মখোয় পুন্নমক হরাওবা ফোংদোক্লক্লে। থুনা য়াঙনা ময়ুম ময়ুমদা চত্তুনা ডিমাণ্ড লেটরশিং অদু পুরক্লগা ঐঙোন্দা শিন্নররে। থৌদোক অদুগী মতুংদা Chamber of Commerce Khwai Bazar গী কাংবুগা তাং ১৭/১/৯১ ইংদা ঐগী ওফিসতা তৌখিবা মিটিং অদু তাহৌদবা অমসুং য়াওহৌদবা য়াওখি অদুনা Chamber of Commerce কী মিটিং হোলদা অমুক হন্না তৌননবা অমুক্তং লাকপিয়ু হায়বদগী নুমিদাংৱাই অমা ঐহাক চত্তুনা মিটিং তৌরুই। নুমীৎ অদুদগী বাজারগী করবার ৱাল্লা চনীরোম তিনখি। ময়াম অদুদা ঐনা হান্না হাযখিবশিং অদু অমুক হন্না হায়খি মতৌ অসুন্না underground না বাজাবদা তৌরম্বা পৈশাগী demand অদু খরমখৈ শাফখি।

তাং ২৩/১/৯১ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং মঙাবোম তাবদা Ex-PLA নাওবেম খোগেন্দ্র এলাইজ লোংথাং (৩১) S/o Late Jatra of Wakha village কৌবা মীওই অমা শকখঙদবা মীওইশিংনা নিংথেম পুন্ত্রী মনাক্তা কাপ্পুনা হাৎলে তাবদগী মফম অদুদা চেনশিন্দুনা investigation য়াওখি। তাং ২৫/১/৯১ ইংদা PLA গী Kumari Kunjalata@Yang of Heirangoithong অমসুং দোদো শর্মা ফাদুনা interrogation চথোখি।

DGP Mr. Nathulal মহাক্কী মতম লোইরদুনা সুপরনেউসন্দা তাং ৭/২/৯১ ইংদা ইম্ফাল থাদোকখি। তাং ১০/২/৯১ ইংগী অয়ুক পুং ১১ মি: ১৫ বোম তাবদা হান্নগী মন্ত্রি ওইবম্বা Ex-MLA চুরদিংলেন চুবাচান্দপুবদা চচ্চদগী হল্লকপদা মীওই অহুম্না থাঙনা থিনবদগী চুরাচান্দপুর হোস্পিটালদা নুংথিল পুং ১১ মি: ১০ দা লৈখিদ্রে। ঐগী নুংতিগী ওইবা থবক ময়াম অদুগী মথক্তা ইম্ফালগী police station অহুমদা হায়বদি ইম্ফাল, লম্ফেল অমসুং শিংজমৈ থানাদা মতম কুইনা pending লৈরবা extremist involve তৌবা কেসশিং অদু supervise তৌরগা final form পীননবা তৌ হায়বদগী ঐহাক তাং ১৩/২/৯১ ইংদগী হৌনা নুংতিগী অশংবা মতমদা I.O. শিংগা লোযননা থিগত্তুনা কেসশিং অদু লেইশিন্নবা হোৎনখি

তাং ১২/৩/৯১ ইংদা T. Dilip কৌবা PLA গী মীওই অমগী মথক্তা NSA দা detain তৌননবা History sheet নচিংবা শেম শাবা লোইদুনা draft report কা লোইননা D.M. Imphal দা submit তৌননবা SP/Imphal দা পীখৎখি। তাং ১৩/৩/৯১ ইংগী অয়ুক পুং ৮ মি: ৪৫ বোম তাবদা লমলোং খোংদা মশক খঙদবা মীওইশিংনা বোম পোকখায়হনবদগী থোং অদু অমাং অতা থোকখি। মীশি-মীনাদি যাওখদে।

হায়রিবা জগা অদুদা চংশিন্দুনা অয়ুক্তগী investigation তৌখি। অদুগী মথক্তা তাং ১৪/৩/৯১ ইংদা বারুনী নুমীৎ ওইখি মদুগী Security arrangement দা ঐঙোন্দা over-all-in charge পীবদগী তাং ১৩/৩/৯১ ইংগী নুমিদাংৱাইদা গৌরনোগোর অমসুং অৱাচীং তান্না চত্তুনা মীয়ামগী চথোক চৎশিনগী পুলিস পার্টিশিং শিল লাংবা অদু য়েংশিল্লুই। তাং ১৪/৩/৯১ ইংগী অঙনবা অয়ুক্তা লফুপোকপী, ৱাখা অসিনচিংবা চত্তুনা দ্যুটি তারিবশিং অদুগী থবক্তা supervise তৌখি।

তাং ১৫/৩/৯১ ইংদা বিনোই কৌবা সৈনিক স্কুলগী ছাত্র অমা য়াম্না চিংনবা মওংদা মনাক নকপা চীংদা শিদুনা লৈরম্বগী মতাংদা পাঙ্গৈদা প্রজা মীয়ামগী protest প্রোসেসন অমা চত্তুনা অচৌবা ইরাং লৈরে তাবদগী চংশিল্লুবদা গাড়ী নিপালদা মীয়াম অদু সৈনিক স্কুলদা লাক্তুনা লাউখোংদুনা তৌরম্বা থেংনরুই। মীয়াম অদু ঐনা থেমজিন্দুনা অয়ুক পুং ৮ দগী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা মায়োক্লখি। মমৈদা য়ানবা অমা পুরক্তুনা কায়নখি।

তাং ৩১/৩/৯১ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ মি: ৫৫ রোম তাবদা const. Khaba না Imphal থনাদা চৎকদবগী Vespa তোংদুনা ময়ুমদগী থোরকপদা মাইবম লৈকাইদা মশক খঙদবা মীওইশিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। নুংথিল পুং ১২ মি: ৩০ দা লম্ফেলগী মোর্গতগী SDPO শিং অমসুং O.C. শিংনা পুদুনা চৎলগা হৌনবী মতুংইন্না সংস্কার তৌখি। তাং ৬/৪/৯১ ইংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা PLA গী লুচিংবা অমা ওইরম্বা সেরাম ইবোমচা এলাইজ অনন্দ এলাইজ মেরা এলাইজ চান্দ লৈফম পাটশোই খুমন লম্পাক্তা পুলিসনা হাৎখি। তাং ৮/৪/৯১ ইং নিংথৌকাবা নুমীৎতা লিলোং থনাগী O/C K. Tomchou, Constable ললিত অমসুং মীচম অমা লমলোং পুলিস ও.পি. crossing দা শকখংদবশিংনা নোংমৈনা কাপখি অমসুং নুংথিল পুং অহুমলোম তাবদা 9th Bn. MR গী R/M S. Joykumar কৌবা অমসু কাপ্পুনা হাৎখি। নুমীৎ অদুদা পুলিসনসু underground গী Th. Hemchandra কৌবা কোংবা চানম লৈকাইদগী মীওই অমা খোংমন্দা কাপ্পুনা হাৎখি। মতৌ অসুম্না মতম অদুদা ঐহাক অয়ুক নুমিদাং থাক্তনা য়াম্না চিনখি।

তাং ১৫/৪/৯১ ইংদা নোংপোক সঞ্জেম্বমদা R.K. Dhana কৌবা খুরাই থোইজিংজম লৈকাইগী মীওই অমা শ্রীমতি চনম থোইবী অমসুং মহাক্কী নুপা Hemanta না অয়ুক্তা হাত্তোকখি। মতাং অদুদা ঐহাক সঞ্জেম্বমদা চত্তুনা weapon of crime অমসুং ঈ তৈবা ফিনচিংবা recover তৌদুনা investigation তৌবা য়াওখি। তাং ১৪/৪/৯১ ইং অয়ুক পুং ১১ তাবদা MPP গী faction অনী খৎনদুনা MPP Office মুন্নখি। খৎনবা অদুনা মরম ওইদুনা Shri H. Bhubon অমসুং লাঙম মখোয় অনী pick-up তৌখি।

তাং ১৯/৪/৯১ ইংদা Water Reserviour Fusion লিটর ২০০০ গী অমা Shri Tiken Singh দগী লুপা লিশিং মাপন পীদুনা লৈরগা শীজিন্নবা হৌখি। নুমীৎ অদুদা ইচানুপা জিতেনগী supply work কী লুপা ১,৪৪,৪০০/- কায়দুনা লৌথোকখি। ইচানুপা অতোম্বা শ্রী মান সমানন্দ HSLC পরিক্ষা লোইখ্রবা

মতুংদা তাং ১১/৪/৯১ ইং শগোলশেন নুমীত্তা State Govt. Music College দা 1st Year দা মিং চন্দুনা ঈশৈ তমহনখি। মহাক্কীদমক তাং ২১/৪/৯১ ইংদা ওজা সনসম ইবোপিশক্কগী লুপা ১১০০/- পীদুনা হারমিনিয়ম অমসু লৈবিখি। Police Department তগী IGP H.C. Almeida লৈরিঙৈদা ঐগী মিংদা allot তৌদুনা য়োল্লম্বা Jeep MNP 7393 অদু কেরেলাদগী ইম্ফালদা দ্যুটি তৌদুনা লৈরম্বা Ranjan Mathew কৌবা মীওই অদুদা তাং ৮/৫/৯১ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা লুপা ২৫,০০০/- দা য়োনথোকখি। জিপ অদু সেকমাইজিন্দগী ইবোমচা কৌবা দ্রাইভর অমনা চহী খরসি থৌদুনা মীনা ৱাইথোক ৱাইশিন তৌবনচিংবা তৌদুনা পৈশা তাল্লম্বনি। দ্রাইভরগী তোলোপ পীথোকখ্রগা অমসূং তত্তনা শেমদোক শেমজিন তৌবগী খরচকা য়েংনবদা ইকান কান্নখিদে অদুনা য়োনখিবনা ফরে খন্দুনা য়োনথোকখিবনি। ঐগা কুইনা তিন্নবম্বা খোমৈ কৌবা constable অমাময়াংইম্ফালদা লৈরম্মী। মহাক ঐগী posting খুদিংদা ঐনা Sub-Inspector ওইরিঙৈ মতমদগী লৈমিন্নরকই। Reserve Office তা, Ukhrul P.S. তা, Bishenpur P.S. তা অমসুং ঐনা Inspector ওইরবা মতমদসু ময়াং ইম্ফালদা লৈমিন্নরকই। চহীসু অঙাংনি অদুবু মহাক April 1991 গী লোইরকপদা লৈখিদ্রে হায়দুনা তাং ১১/৪/৯১ ইং থাংজ নুমিত্তা শোরাৎকী বার্ত্তোন লাকখি। ঐহাক চেং বেগ অমা গাড়িদা হাপলগা নুংথিল পুং অমা তাবদা ময়াং ইম্ফালদা শ্রাদ্ধা য়াওবা চৎলুই।

তাং ১৯/৫/৯১ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রী Rajiv Gandhi Imphal দা Congres গী ভোট খোম্বা লাকখি। পুং ২ (নুংথিল) দা Tiddim Road কী TRAU Ground দা নুংথিল পুং ৩ ফাওবা lecture পীরম্মখি। তাং ২০/৫/৯১ ইংগী নুংথিল পুং ৫ রোম তাবদা তাখোক মপান্দা ঙাঙোম চুরামনি কৌবা যাইস্কুল চিংঙাখম লৈবক্কগী মীওই অমা শকখঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। কোঞ্জেংবম বুধা কৌবা অমনা নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি।

তাং ২১/৫/৯১ ইংদা I.G (LO) Mr. L. Jugeshwor সিংহদগী পাও ফংখি মদুদি ঐবু Distinguish Service Medal পীননবগীদমক গভর্নমেন্টনা recommend তৌখ্রে হায়না। নুমিৎ অদুমক্কী নুমিদাং পুং ১০ মি: ১০ তাবা মতমদা Madras তা Human bomb অমনা রাজিভ গান্ধী হাৎখি।

তাং ১২/৬/৯১ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা মণিপুরগী M.P. অনি হায়বদি Inner Manipur অমসুং Outer Manipur খন্ননবা Election তৌখি। Election অদু নুমীৎ কয়ানিরোম ৱাৎলিঙৈদগী অমসুং লোইখ্রবা মতুংদা vote counting তৌবগী তাং ১৭/৬/৯১ ফাওবা ঐহাক অঙকপা ফংনা চিনখি। শ্রী Y. Yaima সিংহনা ১০ শুবা লোক সভাদা Inner Manipur দগী কাখি। তাং ১৯/৬/৯১ ইংদা S.P. Imphal Mr. Romen Delhi দা চৎখিদুনা ঐনা মহাক্কী মহুত্তা চার্জ পুখি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং পুং ১০ রোম তাবদা PLA গী মীওই খরনা চীংঙাখম লৈরক মোইরাংখোমদা লৈবা H. Surendra Kumar CVTC গী Director গী ময়ুম raid তৌরে তাবদগী অহিং অদুদা force কা লোয়ননা চেনশিনখি। PLA মীওই Th. Robert কৌবা অমা sten gun অমা, মরু নীফুমরি, মেগাজিন অনি অমসুং হেণ্ড গ্রেনেদ অমগা লোয়ননা ফখি। অহিং চুপ্পা interrogation তৌরগা কোংপাল, চনম পুখ্রী মপান অমসুং শগোলতোংবা raid চখখি। মীওই

তরুক ফাগৎখি। অয়ুক পুং ৭ মি: ২০ দা সি. এম. উন্নখি। অয়ুক পুং ৭ মি: ৪০ দা জলান প্রোভিজন মনাক্তগী PLA গী মীওই অহুম অমসু ফাখি। অয়ুক পুং ১০ দা DIG (R), পুং ১১ দা DGP উন্নখি। মতম অদুদা অনৌবা DGP অমা তাং ১৪/৬/৯১ দগী লৈরে। মমিংনা Mr. Liddle কৌই U.P. দগীনি। 1963 গী M.P. গী IPS Cadre নি। তাং ২৪/৬/৯১ ইংদা Mr. Romen Delhi দগী হল্লকখি। তাং ২৬/৬/৯১ ইংদা AMASSTA গী ওজা ৫৮১ না New Secretariat কী গেটতা অয়ুক পুং ১০ দগী ধরনা তৌখি। ওজাশিং অদু ফারগা ইম্ফাল পি এস, শিংজমৈ পি এস, লম্ফেল পি এস অমসুং সেকমাই পি এসতা খায়দোক্লদুনা থমখি। নুমিদাংৱাইদা লুচিংবা ওজা ১০ খক নত্তনা অতৈ অদু লোইনা থাদোকখি।

তাং ৫/৭/৯১ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ৬ মি: ৩৫ রোম তাবা মতমদা ঐহাক্লা শীন্দুনা PLA গী মরুওইবা লূচিংবা অমা মমিংনা লোইতোংবম গোগোন এলাইজ ইবোমচা কৌবা নাওরেমথোং খুলেম লৈকাইদগী মীওই অদু লিলোং থোংদা বস চোক তৌবদগী থেংনদুনা ফাখি। মহাকপু interrogation তৌরবা মতুংদা PLA গী মীওই কয়াগী লোৎফম খঙখি। নুমিৎ অদুমক্তদা Rajesh@Bijoy কৌবা PLA গী মীওই অমসুং মহাক্কী খুঙ্গং চাইরেন্দগী explosive আইতেম কয়ামরুমগা লোয়ননা ফাগৎখি। তাং ৬/৭/৯১ ইংগী অয়ুক পুং ৯ লোম তাবদা RMC দা MBBS তন্নিবা ছাত্র অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিরে তাবদগী RMC দা rush তৌরগা enquiry তৌখি অমসুং নুমিদাং পুং ১১তাবা ফাওবা RMC দা মীওই কয়ামরুম statement লৌদুনা investigation চথখি।

তাং ২৬/৭/৯১ ইংগী নুংথিল পুং ৩ রোম তাবা মতমদা থাঙ্গাল বাজারদা Pritpal Singh গী দুকান Kinetic Honda Oriental Enterprise দা হেন্দগ্রেনেট অমা লংশিন্নবা হোৎনবদা underground গী N. Jhallajit কৌবা অমা বোম অদু পোকখায়বদগী মতোমতা শিজখি অমসুং অতোপ্পা লোয়নরকপা N. Challamba কৌবা অমনা যাম্না থিনা শোকখি। মফম অদুদা খুদক্তা চেনশিন্দুনা enquiry তৌখি অমসুং নুমিদাং পুং ৮ তাবা ফাওবা থৌদোক অদুগী investigation চথখি।

তাং ১৬/৮/৯১ ইং ইরাই নুমীত্তা কলিকাতাদগী পুং ১১মি: ৪৫ দা পায়রকপা এরোপ্লেন অদু নাবিল খুল মনাক্তা থাংজীং চীংদা নুংথিল পুং ৫ মি: ৪০ দা ক্রাস তৌদুনা তোংলকপা মীওই পুম্নমক শিখি। নাগালেন্দগী পেসেঞ্জর ৩২ য়াওনা পুন্না পেসেঞ্জর ৬৩ শিখি। পাইলোট অমসুং plane অদুগী ষ্টাফ পুম্নমকসু শিখি। মখোয়গী মরক্তা শ্রী I. Tompok অমসুং K. Bira সু য়াওখি। থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা কন্না নাদুনা লৈবা ইচানুপী সুজাতা দেবী ডাক্তরগা লোয়ননা য়ুমদা লৈহৌরগা তাং ১৮/৮/৯১ ইংগী নুমিদাং পুং ১১ ফাওবা RMC মোর্গতা দ্যুটি তৌদুনা লৈখি। ঐনা য়ুমদা হল্লকপদা ইচানুপী সুজাতা সাইক্লোনগা মিক্স তৌবা ড্রিপ কাপ্পুনা লৈরমখি। তাং ২১/৮/৯১ ইংদা নুংথিল পুং ২ তাবদগী AMSU গী ছাত্রশিংনা Director of Schools শ্রী থৌনাওজম বীর সিংহগী ওফিস গেরাও তৌদুনা লৈরে তাবদগী মফম অদুদা চেনশিন্দুনা ছাত্রশিং অদুগা মায়োক্নখি অমসুং ঘেরাও তৌবা অদু তোকহনখি।

তাং ৮/৯/৯১ ইংদা জিতেনগী অহানবা মচা ইশুনুপা আনন্দ নুংথিল পুং ২ মি: ৩০ দা RMC দা operation তৌরগা পোকখি।

তাং ৬/১০/৯১ ইংদা নুংথিল পুং ৩ তাবদা সলাম অমসুং লুকের খুন অনীগী মরক্তা মফম অমদা পুলিস অমসুং PLA গী মীওই খরগা নোংমৈ কাপ্পবদগী মফম অদুদা থৌজিন্দুনা ঐনা supervise তৌখি। নুমিদাংগী পুং ৭ তাবা ফাওবদা PLA গী মীওই অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মমিং মুতুম রঘু সিংহ কৌই। থাওরোইজম খুন্দগনি। থৌদোক অদুদা PLA গী SLR অনী অমসুং মরু ১৯৩ ফাগৎখি।

তাং ১২/১০/৯১ ইং থাংজ নুমীত্তা জিতেন্না লৈবা 2nd hand মারুতি কার অদু লুপা লাক্ষ অমদা থম্বালখোংদা লৈবা ডাক্তর অমদা য়োনথোকখি।

তাং ১৪/১০/৯১ ইংদা SP CID ছুটিদা চৎখিবদগী গভর্নমেন্টনা ঐঙোন্দা চার্জ পুননবা order থোক্কুনা ঐহাক ঐগী normal duty গী মথক্তা SP CID গী চার্জসু পুবা হৌখি। তাং ৩০/১০/৯১ ইংদা ঐহাক MPS Grade II দা confirm তৌরে হায়বা order no. 3/2/89-MPS/DP dt 28-10-91 ফংখি। Confirmation গী effect না তাং ১২/১০/৮৫ দগী ওইখি। জিতেন্না অনৌবা কার অমা লৈননবা গৌহাতিদা তাং ৩১/১০/৯১ ইংদা চৎখি অমসুং অনৌবা মারুতি কার অমা পুদুনা তাং ৩/১১/৯১ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা য়ুমদা হল্লকখি। কার অদুগী মমল অমসুং য়ুম ফাওবা পুরকপগী অপুনবা খরচ লুপা ১,৮২,৯৮৫/- ওইখি। তাং ৯/১১/৯২ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐগী ইনাও অতোম্বা শ্রী মান কুমারজিৎনা পোকপা অবোচা MBC স্কুল চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে অদুনা মরম ওইদুনা কোইচেন চেন্দুনা থিনখি। মাগী ফোতো পুদুনা MBC School অমসুং অতৈ মফম কয়াদা থিবদা নুমীৎ মঙানি ফাওবা করিসু মেন তাবা ঙমদ্রে। পাও অমা ফংই মদুদি অবোচাগা MBC School দা তম্মিন্নবা মমান্নবা অমসু মাঙখ্রে। মহাক্কী মরী মতা অমা দিল্লিদা লৈ হায়রে। মহাক্কী লৈফমদি M. Kanan Devi c/o M.G. Sharma, F-135 Novelti House, Kanpura Main Road New Delhi, Pin 110022 Phone No. 6433836 or C/o Bimon, Phone No 6842099 নি হায়রে। New Delhi দা ঐগী মরুপ অমগী ময়াম্বা Rajendra Kumar Jain কৌবা অমদা অবোচাগী ফোতোগা লোয়ননা মথক্কী কানন দেবী উন্নবীয়ু হায়না পাও থাখ্রে। হায়বিবা তাং ১৪/১১/৯১ গী নুমিদাং পুং ১১ দা টেলেফোন ফংলে মদুদি Kanan Devi উন্নরে অঙাং অদু লাক্তে হায়রে। তাং ১৫/১১/৯১ ইংদা অয়ুক পুং ১০ তাবদা দিল্লিদগী কানন দেবীনা ফোন তৌরক্লে মদুদি মহাক্কী relative নবকুমার দিল্লি য়ৌরক্লে অদুগা মাগা চৎমিন্নবা অবোচাদি সিলিগুরিদা লৈহৌরে হায়রে। ঐখোয় তৌফম খঙদ্রে। মতম অদুদা অবোচাগী চহী ৭/৮ খক্তা ঙায়রিবনি। স্কুলদা মহাক্কী মমিং দিনেস কৌই। অদুক পীক্লিবা অঙাং অদুনা সিল্লিগুরি রেল ষ্টেসন্দগী করম্না কদাইদা চৎলমগদগে খনবদা পোখাফম খঙদ্রে। মমা লেম্বী দেবী অঙাওবীগুম কপ লাওরে। ঐগা লৈমিন্নবনীনা ঐখোয় পুম্নমক তুমফম চাফম খঙন্দ্রে।

মরক অসিদা শ্রী আই.তোম্পোক লৈখিদবদগী বাই-ইলেক্সন তৌবদা শিংজমৈ কেন্দ্রদা শ্রী হেমোচন্দ্র তাং ১৭/১১/৯১ ইংদা কারে হায়না লাওথোক্লে। ইলেক্সনগী দ্যুটি অমসুং ইনাওগী মচা মাংখিবা নুমিৎ

৮/৯ নি শুরকপগী মরোল অমা পুবদা ফিজিকেল্লি অমসুং মেনতেল্লি তেনসন ময়াম অমা কোথক্তা ননখি। মতম অদুদা অবোচাগা চৎমিন্নখিবা নুপা মচা নবকুমার হায়বদুগী মপা M. Mohon Singh না তাং ২০/১১/৯১ ইংগী নুমিদাং পুং ১২ মি: ৩৫ দা ঐঙোন্দা telephone তৌরক্লে মদুদি সিলিগুরি মনাক্তা লৈবা ইশ্বরচন্দ্র ওরফান হোমদা অবোচা লৈরম্লে অমসুং সিলিগুরি Railway Station মনাক্তা লৈবা BSF Camp তানা পুথোরক্লুনা লৈরে হায়না । মতৌ অসুম্না অঙাং অদু মাঙখিবা নুমীৎ তরানীথোইনিশুবা মতমদা শ্রী মোহেন এলাইজ নবকুমার হায়রিবা অবোচাগা চৎমিন্নখিবা নবকুমারগী মপানা থিবীদুনা ফংবগী পাও তাখি। সিলিগুরি তানা ঐগী নেফীয়ু কান্দেসিং অমসুং মহাক্কী মমান্নবা অমসু তাং ১৬/১১/৯১ ইংগী অহিংদা সিলিগুরিদগী থুংলখি। তাং ২৩/১১/৯১ ইংগী অহিং পুং ২ তাবদা অবোচা য়ুম য়ৌরকখি। মতম অদুদা ঐসু CID দা SP গী চার্জ পুদ্রে।

তাং ৩/১১/৯১ইংদা নরেসচান্দ জোয়চান্দ সাহু কৌবা মোজাইক্কী থবক তৌবা মন্ত্রিপুখ্রীদগী নুপা অমা নুংথিল পুং মরি মিনিট তরামঙারোম তাবদা শকখঙদবা মীওই খরনা কিদনেট তৌদুনা পুখিবদগী নুমীৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ৪৫ রোম তাবদা পৌরাবী লাই লম্পাক্তা কাপ্লুনা থনম্বা থেংনবগী পাও ফংখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা ঐহাক কন্না থিগৎখি। তাং ৪/১২/৯১ ইংদা DIG (R) শ্রী এল য়ুগেশ্বর সিংহ DIG(Trg) ওইনা অমসুং শ্রী করুনামায়া DIG(Trg) বুনা DIG(R) ওইনা ট্রান্সফব ওর্ডব থোকখি।

তাং ২/১/৯২ ইং শগোলশেন নুমিত্তা W. Ningthuoremba Singh গী য়ুমদগী লমদেং খুনৌদা হেন্দ্র গ্রেনেড নিফু অমসুং 2" মোটোর বোম অমা ফাগৎখি। তাং ৬/১/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মারুটি ভান No. MN-1A 2081 না এলাংবম লৈকাইদা নুপী অমা তকপদগী শোকখি। অশোকপা নুপী অদু শোরোক্তা হুন্দোক্লমলগা গাড়ী অদু থৌখিবদগী খাগেমপল্লিদা ভান অদু হুন্দোক্লমখি। ভান মনুংদা re-volver .39 USA অমা ফংখি। থিগৎপদা ভান অদু Chongtham Shanti Singh @Shanti Kumar (37) S o Kullachandra Singh of Oinam Mayai Leikai a/p Pishum Oinam Leikai দগী ওইরমখি। খুদক্তা enquiry তৌদুনা অকুপ্পা মরোল খঙদোকখি।

তাং ৭/১/৯২ ইংগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবদা হোটেল এক্সলেন্সি মমাং কৈশাম্পাৎ Tiddim Road তা UNLF গী 'শিন্নবা' কৌবা নুপা অমা কাপ্লুনা হাৎখি। হায়রিবা নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদগী মণিপুবদা প্রসিদেন্ট রুল লৈখি। তাং ১০/১/৯২ ইংদা নুমিদাংৱাই পুং ৭ লোম তাবদা হৈঙাংদগী শামু কৌবা নিপা অমা শকখঙদবশিংনা চীংমৈরোংগী শানঙাকফম বজারদগী কিডনেপ তৌখ্রে হায়বগী পাও ফংবদগী মফম অদুদা চক্লুনা থিজিন খোংচিনবগী থবক চৎখি। তাং ৯/১/৯২ ইংদগী ঐহাক MPS Grade I দা এপোইন্ট তৌরে হায়বগী order তাং ১০/১/৯২ ইংদা ফংখি। তাং ১২/১/৯২ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা দেল্লিদা লৈবা Rajendra Kumar Jain অমসুং মনাওনুপা মোহেন্দ্রকুমার অনী অয়ুক্তা চাক্কৌখি। মখোয় অনীনা ঐগী ইনাওনুপা অতোম্বগী মচা নুপা মাঙখিবদা থিবিবগীদমক ফি অমমম presentation

ওইনসু পীখি। তাং ১৩/১/৯২ ইংগী অয়ুক্তা ধৰ্ম্মশলাদা লৈবা সান্তি ষ্টোরদা plant তৌরম্বা হেন্দ গ্রেনেদ অমা ফংখি। নুংথিল পুং ১২ দসু BT Road অমসুং Paona Bazar গী crossing দা হেন্দ গ্রেনেদ অমসু ফংখি। মতৌ অসুম্না বজারদা ইরাং কনখৎলকপদগী মীৎ-নাশিংনা লৈবা তাখি।

তাং ২২/১/৯২ ইং য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা তা নেত্রজিৎ য়াম্না কন্না নারে হায়না পাউ লাকপদগী ঐহাক মাগী ময়ুমদা চৎলুই। চহী কয়ামরুম মহাক্কা লৈমিন্নরকপনিনা নারে হায়বা তাবগা ঐহাক থৱাই য়াম্না ৱাখি। ঐনা ময়ুমদা য়ৌবদা ডাক্তরদা পুখি হায়দুনা ঙাইদুনা মতম খরা ফম্লবা মতুংদা হোস্পিটালদগী হল্লকই। য়াম্না শোন্না উরে। হিদাক লৈবদা মতেং ওইননবা ঐনা লুপা ৫০০ থক ইতৈম্বেম্মদা পীরম্লগা হল্লকখি। অদুবু তাং২৫/১/৯২ ইংদা পাও ফংই মদুদি তাদ নেত্রজিৎ তাং ২৩/ ১/৯২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা লৈখিদ্রে হায়না অদুবু ওফিসকী চিনবা মরম্না মহাক্কী য়ুমদা ঙাইহাক্তফাও চৎপা শংলমদে অদুনা তাং ২৬/১/৯২ ইংদা Republic Day গী অয়ুক্কী থৌরম লোইরগা অয়ুক পুং ৯ দা চত্তুনা তা নেত্রজিৎকী ইমুং মনুংগী মীওইগা উন্নরুই।

ঐগী মণিপুর গভর্নমেন্টনা recommend তৌখিবা Distinguise Service Medal. India Government না য়ারে হায়না তাং ২৫/১/৯২ ইং থাংজ নুমিৎকী নুংথিল পুং মরি তাবদা DGP না লাউথোকখি। Police Head Quarters দা লৈবা Senior Officer পুম্নমক কৌরগা DGP গী conference hall দা চা থকমিন্নবগা DGP না পাউ অদু হায়দোরকপনি। ঐবু DGP অমসুং Senior Officer মযাম অদুনা কংগ্রেচুলেসন তৌবিদুনা খুৎ শোকখি। তাং ২৬/১/৯২ ইংগী নুংথিল পুং ১ তাবদা রেডিওদা ৱা ঙাংননবা AIR Imphal না বার্ত্তোন তৌরকখি। নুমিৎ অদুদা Mass Past গী Saluting base দা লাউথোকখি। Home Secretary, New Delhi দগী Congetulation টেলিগ্রাম ফংখি। মতুংদা IG (L&O) অমসুং AIG (ADM) দগীসু Congretulation গী D.O. Letter থারকখি।

তাং ১৪/৩/৯২ ইং থাংজ নুমীৎকী অয়ুক পুং ৭ লোম তাবদা মোংশাংগৈদা লৈবা SSB গাড়ী অমদা SSB Personnel খরা training গীদমক মখারোমদা চৎপদা underground extremist না লংথবান থোং অমনবী মনাক্তা এম্বুস তৌদুনা SSB গী মীওই তরুক হাৎখি, তরানীপাল অশোক অপন নংখি। খুদক্তা থৌদোক থোকফমদা চেনশিন্দুনা enquiry চথখি। Extremist না চেনখিরমগনি হায়না চিংনদুনা অন্দ্রো তানা চত্তুনা থিজিন হুমজিনবগী থবক চথখি। নুমিৎ অদুদসু গভর্নরনা চৎপদা লোয়নবা তাবনা অন্দ্রোদগী নুংথিল পুং অমা তাবদা হল্লকখি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মণিপুরগা হায়কোর্টকী পারমেনেন্ট Bench লৈবা হৌখি। গভর্নরনা মদু শঙ্গাখি।

India Govt. কী প্লান মখাদা গঞ্জা অমসুং দ্রগ ফাগৎপা মীওইশিংদা Special Cash Reward পীনবগীদমক ষ্টেট গভর্নমেন্টগী through দা পৈশা থাদরকখি। ফাখিবা গঞ্জা অমসুং দ্রগকী চাং মতুংইনা ফারুবা police অমসুং পাও পীরকপা informent শিংদা য়েন্থোক্লবা পৈশা কাইরগা Police Head Quarters দা পীরকই। পৈশা অদু গভর্নরনা তাং ২৭/৩/৯২ ইংদা 1st Manipur Rifles কী বেঙকুট হোলদা

পুলিসকী মকোক থোংবশিংনা শিল্লগা য়েঙ্থোকখি। ঐঙোন্দসু কেশ অমখক্কী informent তা পীননবা লুপা লিশিং অমা চামঙাগী চোক অমা পীখি। Family Welfare Department তা পোৎ supply তৌবগী ইচানুপা জিতেন্না তাং ২৮/৩/৯২ ইংদা বিল অনীগী লুপা লিশিং হুন্ফুতরা ফংখি। নোংঙাল্লগা পৈশা অদু কায়থোক্লগা ঐঙোন্দা পুল্লপ্লা পীরকখি।

তাং ৮/৪/৯২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাংৱাই পুং ৬ তা Shri R.K. Dorendra Singh Cong (I) না লুচিংবা অনৌবা গভর্নমেন্ট অমা ৱাশক লৌখি। তাং ২০/৪/৯২ ইংদা ঐনা বাজারদা মরুপ অমগী মনাক্তা ফমলিঙৈদা Belgium Glass Paona Bazar গী Proprietor Kanhaiyalal লাক্তুনা ঐঙোন্দা ৱাকৎলৈ মদুদি নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবদা মাগী Salesman Prathwi Singh কৌবা অমনা বেঙ্কদা deposit তৌননবা পীখিবা লুপা লাখ অমগা লিশিং তরা পুদুনা চৎখিবদা লম্বীদা নোংমৈ পায়বা অনীনা থঙ্গাল বজারগী গল্লি অমদা পুশিল্লগা নোংমৈ চিন্দোন্দা নমদুনা লৌখ্রে হায়রৈ। হায়রিবা salesman অদু ঐনা ওফিসদা পুরগা য়াম্না কুপ্লা interrogation তৌবদা হায়রিবা শেনফম অদু নোংমৈ পায়বা মীওইনা লৌবা ওইরমদ্রে। মহাক মশানা মাগী লৈফম পাওনা বজারদা লোত্তুনা থনম্লগা দুকান মপুনা লান্না রিপোর্ট তৌবা ওইরমখি। খুদক্তা Imphal P.S. গী O/C থাদুনা পৈশা অদু পুল্লপ্লা ফংদুনা মপুদা পীখি মরমদি মহাক্না মাগী salesman অদুগী মথক্তা কেস তৌনিংখিদে। April থাদা শ্রী N. Shyamananda Singh না SP Imphal ওইনা শ্রী রোমেন্দগী চার্জ লৌখ্রে। তাং ৭/৭/৯২ ইংদা District Head Quarters Imphal গী ওফিস ইম্ফাল পি এস দা শাবা অনৌবা building দা হোংজিল্লে। তাং ৮/৪/৯২ ইংদা Assembly Session ফমদুনা trial of strength তা শ্রী আর.কে. দোরেন্দ্রো সিংহনা এমএলএ ৫৬ কী support ফংদুনা মায় পাকখি অদুগা তাং ৯/৫/৯২ ইংগী নুংথিল পুং ২ মি: ৫০ দা MLA অনী কেবিনেট মিনিষ্টর ওইনা ৱাশক্তুনা Council of Minister চাওথোকহনখি।

Shri N. Shyamananda Singh না SP/ Imphal ওইবা মতমদা ঐ ইশামক্লা District Head Quarters Imphal গী Reserve Line দা attach তৌদুনা লৈবা পুলিসকী মীওইশিংগী mess গী শিল লাংবসি ঐহাক তৌগে হায়খি। মরমদি অয়ুক নুমিদাং নাইদনা দ্যুটি তৌরিবা সিফাইশিংনা Reserve Line দা run তৌরিবা mess তা চাবসি চাবা য়াদে quality য়াম্না হন্থে। চেং নীংথিনা খপ্তুবদগী চাক্তা নুং য়াওদুনা য়োৎপা য়াদে। ইঙ্গাংসু চাবা য়াবা মওংদা থোংবিদে অদুনা মখোয় mess গী পৈশা কল্লবসু ময়ুম ময়ুমদা চেন্দুনা চারুই হায়না ৱাকৎলি। নিয়ম চুম্না শীনবিরবদি চাবা য়াগদবনি অমসুং চাদবনা দ্যুটি তৌবা ঙমদে হায়। অদুননি ঐনা থৌওইনা mess গী শিল্লাংবসি ঐহাক তৌগে হায়রুরিবসি। ঐনা হায়বা অদু য়ানরদুনা mess গী শিল্লাংবগী থবক ঐহাক্লা তাং ১১/৫/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তগী হৌদুনা পায়খি। মীওই ৪৬০ রোম Reserve Line গী Mess তা চাক চায়। মী অমদগী লুপা ৩১৯, ককই। অপুনবা লুপা মশীং থা থাগী ওইনা লুপা লাখ অমরোম্নী। পৈশা অদু DSP/ Hd. Quarter না পায়। নোংম নোংমগী চঙবা খরচ ভাওচর উৎলগা মঙোন্দগী মেচ হবিলদারনা লৌথোকহল্লী। চেং খপতোক্লবা মী নেক্লে। Super fine চেঙগা

লোকেল rice গা তঙ্খাই তঙ্খাই য়ান্নদুনা থোংহল্লী। হাপতা অমগী চাগদবা ইঙ্খাংগী মিনু শেমগোল্লগা কোপী অমা মেসতা থেত্তুনা থম্মী। নোংমাইজিং খুদিংগী অয়ুক্তা ঙা থোংবা মথেল অমা য়াওহল্লী। চরা খুদিংগী মথেল অনী থোংহল্লে। হৱাই মখল ওন্ন-ওন্ননা থোংই। নিংথৌকাবা নুমিৎকী দিন্নরদা অমসুং শগোলশেন নুমিৎকী lunch দা ইরোম্বা তৌহল্লী। অতেদনা সবজি মখল মখল য়াওহল্লী। অসুম্না শীনবা অদুদা Reserve Line গী মীওই পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা চেল্লগা চাবা চৎলম্বদু তোকখ্রে। অহানবদদি মী ১০০/১৫০ অসুম্না mess তা চারম্বা অদুনা পৈশা য়াম্না লেম্মী হায় অদুবু চাক ইঙ্খাংগী quality লৈরবা মতম অদুদদি মেশকীদমক খোমজিনবা পৈশাশিং অদু অমত্তা লেমদ্রে। মতৌ অসুম্না পুলিসকী মেশ অদু মওং তারক্লে। নুমিৎ খুদিংগী ঐহাক মেশতা চত্তুনা থোং-থাকপদু য়েংশিল্লী অমসুং ইঙ্খাংশিং অদু মহাও তংদুনা চোক তৌখি। পুং ২৪ দ্যুটি তৌরিবা constable অমসুং Head Constable শিং অদু নিংথিনা চথক্রবদি মথৌ নিংথিনা পাঙথোকপা ঙম্লোই হায়বা ৱাখল অসি পুক্লিংদা থম্লগনি ঐনা থৱায় য়াওনা শিনখিবা অদু। অদুবু তাং ১১/৯/৯২ ইং ইরাই নুমিত্তা লৈরবা মতুংদা SP/Imphal না order অমা অইবা ওইনা থোরক্তুনা মেশগী arrangement তৌবা অদু ঐঙোন্দগী লৌথোকখি। করি মরমদগী লৌথোকখ্রিবনো হাযবদু ঐহাক ভাব তাবা ঙমখিদে।

তাং ১৮/৫/৯২ ইংগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবদা Don-Bosco চীংমৈরোংগী Father Sebastian মশক খঙদবা মীওই খরনা নোংমৈনা কাপলমলে হায়বা তাবদগী মফম অদু তানা থৌজিল্লুই। হংনবদা মখোয়না চেনখিবা অদু মমাংলোমদা হায়বদি তোপ কোংপাল লোমদনি হায়দুনা তান্নবদা SP Imphal অমসুং মহাক্কী পার্টিনা থেংনদুনা কাপ্লবদা মীওই অনি শিখি অমসুং অনীনা হিংনা ফাখি। অফাবশিং অদু নুমিদাং অথেংবা ফাওবা interrogation তৌবদা Don Bosco দা তৌখিবা crime অদু খঙদোকপা ঙমখি।

তাং ১৯/৫/৯২ ইং লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ মি: ৫ রোম তাবদা ক্বাকৈথেল পুলিস O.P. দা underground গী মীওই অনীনা হেন্দ গ্রেনেদ লংশিন্দুনা attack তৌখি। অদুবু অশোক অপন্দী য়াওখিদে। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ৱাইদা পুলিসনা মীওই অনী ক্বাকৈথেল হাওরোকচানবীদা থেংনদুনা কাপ্লবদা মীওই অমা নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি। মহাক পিষ্টোল অমা অমসুং মরু ১৫ গা লোয়ননা ফাখি। অতোপ্পা অমদুনা নাম্থোক্তুনা চেনখি।

তাং ২৭/৫/৯২ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ঐগী ইচানুপা অতোম্বা শ্যামানন্দা HSLC Examination pass তৌবগী রিজলট ফংখি। তাং ২০/৫/৯২ ইংদা ইচানিপা জিতেনগী Electric কী Material supply তৌবগী supply order তরুক ফংখি। অপুনবা estimated amount লুপা ২,৯৩,২৭২গীনি। তাং ১/৬/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐহাক্কা হেক য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নবা এলাংবম মধুমঙ্গোল সিংহ ইখং খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। মচানুপা এলাংবম চাওবনা হায়বদগী শোরাত্তা শীজিন্ননবা লুপা ১০০০ পীখি। তাং ১৮/৬/৯২ ইংদা ঐগী ইচানুপী সুজাতাগী TDC IIIrd year final examination গী পরিক্ষা হায়দোকখি। মহাক্কী Subject Education দনি Roll No. 11098 নি মহাক 2nd position দা লাকখি। ইচানুপী অতোম্বী

খেরোদাগীনা Economics তনি মহাক্কীনা তাং ২৬/৬/৯২ ইংদা হায়দোকখি। মহাকসু 2nd Class (Hons) ফংখি। তাং ৪/৭/৯২ ইং থাংজ নুমীত্তা ঐগী লনাই টেলিফোন connection ফংখি। নম্বরনা 224674 নি।

তাং ৮/৭/৯২ ইংগী নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা ৱাইখোম লৈকাই মপাদা পুলিস পার্টি অমদা Underground extremist না বোম লংশিন্দুনা এটেক্ট তৌরকখি। অশোক অপন্দি থোকখিদে। Spot তা চংশিন্দুনা enquiry তৌরুই অমসুং অহিং অথেংবা ফাওবা থৌদোক অদু করম্না থোকখিবগে কনানা তৌবা ওইরমগদগে হায়দুনা পুলিস পার্টিগী মীওইশিং অদুগা তান্নখি অমসুং করি করি এক্সন লৌগদগে হায়বা খন্নখি। তাং ১১/৭/৯২ ইংদসু O.C. Imphal P.S. গী গাড়ীদা নুমিৎযুংবা মতমদা বোম লংশিল্লক্লুনা এটেক্ট তৌরকখি মদুদা constable অনী শোকখি।

তাং ১২/৭/৯২ ইংদা ইচা নুপা জিতেন্না CADA দা contract work তৌবগী লুপা ১,৮৪,৩১৮ draw তৌরকখি। Expenditure খায়দোকখ্রগা শেন্দোং লুপা লিশিং নিফুরোম ফংদুনা মাগা তৌমিন্নবা মমান্নবা অমগা য়েন্নরগা ঐঙোন্দা লুপা লিশিং কুন পীশিল্লকখি। তাং ১৪/৭/৯২ ইংদা ইচানুপী খেরোদা Economics দা MA/Previous Class তা তম্নবা খল্লকখি। মদু মণিপুর ইউনিভর্সিটিদনি। তাং ১৫/৭/৯২ ইংদা ইচানুপী অহল সুজাতাগী University দা চৎপদা শীজিন্নবা Kinetic Honda অমা লুপা ২৩,৬০০/- পীদুনা লৈবিখি।

তাং ২/৭/৯২ ইংগী অয়ুক পুঙ ৫ মি: ২০ লোম তাবদা কাঞ্চিপুর 7th Bn. Assam Rifles গী সিফাই অহুমখক কেম্পতগী থোরকপদা লম্বীদা underground extremist না কাপ্পদা rifleman অনি শিখি অমনা শোকখি। খুদক্তা থৌদোক মফমদা থৌজিন্দুনা enquiry তৌখি। তরেৎশুবা A.R. বটালিয়নগী company 'D' গী কাংবু অমা কাঞ্চিপুরদা কেম্প হাংদুনা লৈবনি। অয়ুক্তা রাইফলমেন অহুম অদু মখোয়গী মেশতা শিজিন্ননবা পোৎ লৈবা থোরকপনি। খুৎলাই য়াওবা নত্তে। লম্বীদা লুমদুনা লৈবম্না মীওই খরনা মখোয় অহুমদা অনকপা জগাদগী নোংমৈ কাপশিল্লম্লগা চেনখিবনি। অনিদি খুদক্তা শিখি অমনা শাথিনা শোকখি। মখা তানা investigation চথুবগী থবক শিংজমৈ থানাগী O/C দা শিন্নরম্লগা পুং ৮ দা ওফিসতা লাকখি। তাং ১৮/৭/৯২ ইংগী অহিংদা 6th Bn. M.R. দগী carbine অমা মরুগা কোন্ননা হুরানখি। থৌদোক অদু থিগৎপদা ঐসু শরুক য়াখি। তাং ২/৮/৯২ ইংগী নুমিদাংদা PLA গী Hill Section গী Commander বশন্ত কৌবা অমা লমশাংদগী ফাখি। তাং ৩/৮/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা মহাকপু interrogation তৌরগা workable information শিং action লৌখৎখি। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং ৩ তাবদা হুইকপ্তা পুলিসনা extremist গী মীওই অনি হায়বদি জুগেশ অমসুং তোম্বা intercept তৌবদা নোংমৈ কাপখি অমসুং জুগেশ নোংমৈনা পান্দুনা শিখি অতোপ্পা অমা তোম্বা হায়বদুনা ফাখি। তাং ১৭/৮/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তা নুমিদাংৱাই পুং ৫ মি: ৩৫ রোম তাবদা Manipur University গী ওঝা Dr. Hanuman Singh কৌবা অদু মশক খঙদবা extremist গী মীওইনা মাগী quarter মক্তদা কাপ্পুনা হাৎখি।

থৌদোক অদুগী মতাংদা ঐহাক investigation তৌদুনা করিগীদমক্তা অমসুং কনানা হাৎলিবনো হায়বগী অকুপ্পা মরম থিজিনখি। তাং ২০/৮/৯২ ইংগী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা Saikul Police Station গী পুলিস পার্টি অমা জিপ অমদা লাকপদা Sailen খুন মনাক্তা underground extremist শিংনা ambush তৌদুনা S.I. অমা A.S.I. অমা অমসুং constable মরি পুন্না হাৎখি। থৌদোক থোকফম অদুদা ঐহাকসু rush তৌদুনা investigation য়াওরুই।

হায়রিবা নুমিৎ তাং ২০/৮/৯২ ইং শগোলশেন নুমীত্তা মণিপুরি লেঙ্গোইজ constitution গী ৮শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা parliament গী House অনিমক্তা পাশ তৌখি। মদুগী নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা তাং ২২/৮/৯২ ইং থাংজ নুমিৎ মণিপুর গভর্নমেন্টনা ছুটি লাউথোকখি। তাং ২৯/৮/৯২ ইং থাংজ নুমিৎকী নোংঙাইল্লমদাইদা পুলিস commando কাংবু অমনা PLA গী লোৎফম থাংমৈবন্দগী মোইরাংথেম দেবেন সিংহ কৌবা অমগী ময়ুম রেইদ তৌদুনা PLA গী মীওই মঙা হাৎখি। মখোয়না পায়রম্বা নোংমৈ নঙাসু recover তৌখি। পাউ অদু ফংবগা অয়ুক্তা থৌদোক থোকফম তান্না চেনশিন্দুনা enquiry তৌরুই। পুলিসকী মকোক থোংবা মীওইশিংসু মফম অদুদা লাক্লখি। নুমিৎ অদুগী অথেংবা অহিং ফাওবা থৌদোক অদুগী মতাংদা investigation তৌখি। তাং ১৯/৯/৯২ ইংদা UNLF কী মীওই অনী মমিংনা L. Ranjit অমসুং I. Tonsana কোম্ব্রৌজমগী Western College মনাক্তগী পুলিসনা ফাখি। তাং ২১/৯/৯২ ইংগী নুমিদাংৱাই পুং ৭ লোম তাবদা 30th Bn. Assam Rifles গী মীওইনা নোংমৈ কাপ্লদা নাগারামদা তাংখুলগী মীওই নিপাল শোকপদগী গুল-মাল অমা থোকখি। মমৈদা থেমজিন্নদুনা নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা subside তৌনখি।

তাং ৫/১০/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তা লম্লাই পুলিস ষ্টেসন্দা driver ওইনা লৈবা R.K. Chandrajit Singh লম্লাইদা extremist না নোংমৈনা কাপ্পুনা life attempt তৌখি অদুবু অশোক অপন থোইদোক্লা অরুবা ওইদবনা হিংথৌখি। নুমিৎ অদুমক্তদা ৱাহেংবম ধীরেন কৌবা underground গী মীওই অমা খুরায়দা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ১৬/১০/৯২ ইং ইরাই নুমীৎকী নুংথিল পুং ৪ তাবদা ঐগী ইচানুপী খেরোদা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী Girls Hostel দা লৈদুনা M.A. (Eco) তমথনবগীদমক ঐহাক অমসুং Shri S. Singhajit SP FS গা Girls Hostel তানা থিল্লুই। তাং ২৪/১০/৯২ ইংদা ইচা নুপা জিতেন্না CADA দা contract work তৌবগী লুপা ৪০,০০০/- লৌথোরকখি।

তাং ১৬/১১/৯২ ইংদা PREPAK কী মীওই থৌদাম রামেশ এলাইজ তোম্পোক লৈফম পিশুমথোং interrogation তৌরবা মতুংদা Mr. Thungam Ex-MLA তাং ২২/১০/৯২ ইংদা হাৎখিবগী মতাংদা Press release অমা draft তৌখি। তাং ১৭/১১/৯২ ইংদা Murder case অদু detect তৌবা ঙমখি। তাং ৫/১২/৯২ ইং থাংজ নুমিত্তা ঐগী ইচানুপী সুজাতানা University দা ক্লাস য়াওবা চৎপদা অয়ুক্তা মীওই অনীনা য়ামাহা অমা তোংদুনা মাইবম লৈকাইদগী তান্নরক্লগা Manipur University গী

Administrative Block য়ৌরমদাইদা থৎলগা threaten তৌরকখি মরমদি Addl. S.P. Babudhon গী মচানি হায়বগীনি। অকিবা য়াওদনা মহাক্কা পাউখুম পীবদগী থাদোরকখি। তাং ৭/১২/৯২ ইং নিংথৌকাবা নুমিত্তা হান্ননা লাউথোকখ্রবা ঐঙোন্দা পীরে হায়খ্রবা "Distinguise Service" মেডল অদু দেল্লিদগী থারক্কুনা AIG(ADM) না ঐঙোন্দা শিন্নরকখি।

তাং ১০/১/৯৩ ইং নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং ৪ মি: ১৫ রোম তাবদা শিংজমৈ ময়েংবম লৈকাইদা লৈবা ঠিকাদর শ্রী লাইশ্রম ইবোয়াইমা সিংহ চহী ৬৩ পিং মৃত: বাবু সিংহ অয়ুক্কী ব্রাকিং চৎলিঙৈদা শোরোক্তা শকখংদবশিংনা কাপ্পুনা হাৎখিরম্মী। থৌদোক অদুগী মতাংদা অকনবা investigation তৌখি। তাং ২০/১/৯২ ইং য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ মি: ১০ রোম তাবদা 119th Bn. CRPF কী মীওই খরা আনন্দসিংহ একাদেমী মনাক্তা duty তৌরিঙৈদা শকখঙদবা extremist কী মীওই খরনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা এটেক্ট তৌবদা CRPF কী মীওই অহুম হাৎখি অমসুং মীওই অমনা নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি। অশিবা CRPF কী মীওই অহুম অদুনা পায়রম্বা খুৎলাইশিং অদু লৌগদবগী হোৎনরিঙৈদা extremist গী মীওইশিং অদুদা CRPF সিফাই অমনা নোংমৈহন্দুনা কাপ্পদগী খুৎলাই অনি কলহৌখি। SLR অমদি লৌখিরম্মী। তাং ২১/১/৯৩ ইং শগোলশেন নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৮ লোম তাবদা আসাম রাইফলসগী মীওই অমা লমলাই বাজারদা খুৎলাই য়াওদনা মার্কেটিং তৌরিঙৈদা extremist গী মীওইনা কাপ্পুনা হাৎখি। তাং ২২/১/৯৩ ইং ইরাই নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ মি: ২০ লোম তাবা মতমদা পাৎশোয খোংনাংখোঙ পেট্রোল ডিপো মনাক্তা civilian মীওই অনি য়ামাহা তোংদুনা লাকপা extremist কী মীওই অনিনা কাপ্পুনা হাৎলমলগা ইম্ফাল লোমদা চেনখ্রে হায়বা পাও ফংবদগী পুলিসনা মফম অদুদা চেনশিন্দুনা intercept তৌননবা হোৎনখি অদুবু ফংবা ঙমখিদে। তাং ২৫/১/৯৩ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিলদা জোইন্ট সেক্রেটরি হোমদগী invitation ফংখি মদুদি তাং ২৭/১/৯৩ ইংদা গভর্নরনা অয়ুক্কী ফঙ্কসনদা 1st M.R. Ground দা ঐহাক্কী "President Medal for Distinguish Service" অদু পীগনি হায়না নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাই পুং ৬ মি: ৩০ রোম তাবদা শিংজমৈ চীংঙা কারক্তা কাপ্পবা অমদা Mobile No. 2 গী S.I. জিতেন শোকখি। মতাং অদুদা চীংঙাদা লৈবা Assam Rifles কেম্পতগী মীওইশিংনা মফম মরাং খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপ্পদা পুলিস constable অনি মমিংনা শ্যাম সিংহ নম্বোল মাইবম অমসুং নন্দো সিংহ থিয়াম নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। থৌদোক অদুগী মতাংদা য়াম্না চাওনা ইরাং থোকখি। তাং ২৬/১/৯৩ ইংগী Republic Day Celebration অদু Extremist শিংনা Boycot তৌবনা মরম ওইদুনা পব্লিক্কী মী ইরাক লাক্লখিদে। Mass Past গী contingent সু অকক্লবা খরখক্তনা শরুক য়াখি। ঐহাক্তি নুংতিগী ওইবা duty হায়বদি গভর্নরনা হেক চৎলিবমখৈ ইন্নবা অদুগী মতুংইন্না নুমিৎ অদুসু কংলাদা Republic Day Celebration গী Chief Guest ওইনা চৎপদুনা ইন্নদুনা চৎমিন্নখি। দ্যুটি হেক লোইবগা হৌখিবা নুমিৎকী থৌদোক্তা লৈখিদবা police constable অনী অদুগী সংস্কার য়াওবা নম্বোলগী মফম অনিমক্তা চৎখি। দ্যুটি তৌরিঙৈদা খঙহৌদনা লৈখিদবা মখোয় অনীগী ইমুঙ মনুংদা তৌরম্লিবা মওং

মতৌ অদু উবদা থম্মোই শোকখি। রিপব্লিক দে নোংঙানবগা "রিত্রিৎ শেলেব্রেশন" নুংথিল পুং ২ দগী 1st M.R. Ground দা পাঙথোকখি। ঐহাক রাজভবন্দা গভর্নরগা চৎমিন্ননবা নুংথিল পুং অমা মি: ৫৫ দা য়ৌখি। গভর্নরগা লোয়ননা 1st MR গ্রাউন্দা পুং ২ তাবদা য়ৌখি। Function অদুদা Cultural Programme কয়া মরুম উৎখি। প্রোগ্রাম অদু হেক লোইবগা ঐবু মেডল লৌনবা কৌশিল্লকখি। গভর্নর শ্রী পনিগ্রহীনা ঐঙোন্দা মেডল অদু থেৎপিখি। ঐহাক্কী নুপী ইচাশিংগা লোয়ননা ফঙ্কসন অদু য়েংবা লাকখি। নুংথিল পুং ৪ মি: ৫০ তাবদা ফঙ্কসন লোইশিনখি। মিনিষ্টরশিং, DGP অমসুং function য়েংবা লাকপা মীওই কয়ানা ঐঙোন্দা congretulation তৌখি। Function অদুদা ঐগী ইচানুপা জিতেন অমদি মহাক্কী নুপী লাকখিদে। ঐনা মরম হংবদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক ওইখি। তাং ২৫/১/৯৩ ইংদা ইচানুপা জিতেন অমসুং মাগী নুপী ইমৌ অদুগা লোয়ননা মখোয়গী মরী মতা অমগী নাহুৎপগী ফঙ্কসন অমা অয়ুক্তা চৎখি। মতম অদুদা ইশুনুপা অনন্দ নাদুনা হৌগত্তনা লৈরম্মী। নাহুৎপগী চাক চাবা লোইরবা মতুং অথেংবা ফাওবা হল্লকখিদে। নুংথিল পুং ৩ তাবদা হল্লকখি। অঙাং নাবা হুন্দোক্তুনা করিগী থেংনা হল্লকপনো হায়না ঐনা ঙাং-শকখি। মদুগী শাউবদগী ইমৌ অদু মচা অঙাং আনন্দ পুরগা তাক্লমদনা য়ুমদগী চৎখ্রে মদু থিবা জিতেনসু চৎখি অদুনা মখোয় 1st M.R. Ground দা ঐগী মেডল লৌবা অদু য়েংবা লাক্তবনি হায়রে। মদুদনি ঐনা য়াম্না থৱাই শোকখিবা। তাং ২৮/১/৯৩ ইংগী নুমিদাংৱাইদা ঐনা ওফিসতগী হল্লকপদা ঐগী ইমৌ নুপী জমভু মমা অমসুং মনম্মা অনিনা থিল্লক্তুনা লৈরম্মী। ঐনা জমভুগী মমা ইচে কোমলাবতি দেবীগা মতম শাংনা ৱারী শান্নখি। ইচে কোমলাবতি য়াম্না মবুক ফবী, য়াম্না শিংবী মীয়োক মীচান ফবী নুপীনি। ঐখোয় অনি চংদুনা ইমৌ নুপীদা পাওতাক কয়ামুক পীদুনা তাকপি তম্বীখি। নুমিৎ অদুদগীনি ইমৌ নুপী ভাব তারবী অমা ওইরকখি।

তাং ৬/২/৯৩ ইংদা Designated Judge অমসুং Chief Judicial Magistrate Imphal গী Court তা থম্বা record শিং শক খঙদবা মীওইশিংনা মৈ থাখি। Record শিং অদুগী মরক্তা মেডিকেল স্কেন্দলগী ঐহাক্তা I.O. ওইদুনা investigation তৌখিবা মমৈদা CBI না চার্জ সিত পীখিবা record অয়াম্বা মৈনা চাকখি। মমৈদা কেশ অদুগী record শিং অদু CBI না য়াম্না ৱানা re-construct তৌখি।

তাং ১১/২/৯৩ ইং শগোলশেন নুমিৎকী নুংথিলদা underground extremist শিংগী activity খ্বাইরমবন্দ বজারদা অঙকপা ফংনা চথবদগী বজারদা লৈরম্বা প্রজাশিং খা-রাই খঙদনা চেন্নখি।

অহানবদা নুংথিল পুং ১ মি: ২৫ বোম তাবদা পাউনা বজারগী অজোই ভেরাইতি ষ্টোরদা বোম অমা লংশিন্দুনা পোকখায়খি মদুদা দুকান অদুগী মীওই অনী শোকখি অদুগা কোংবদগী য়াইমা কৌবা মীওই অমা শিখি।

অনিশুবদা পঞ্জাব সিন্ধ বেঙ্কতা বোম অমা লংশিন্দুনা নুংথিল পুং অনিদা মী মরি শিখি অমসুং কয়ামরুম্না শোকখি।

অহুমশুবা পুং অনি মি: ১০ রোম তাবদা থঙ্গাল বজারগী য়াইমা ষ্টোরদা বোম অমা পোকখায়খি মদুদা লম্ফেলগী SDPO শোকখি।

মরিশুবদা নুংথিল পুং ২ মি: ১৫ রোম তাবদা মসজীৎ রোত্তসু বোম অমা পোকখায়খি। অশোক অপনদি থোকখিদে। মতৌ অসুম্না নুমিৎ অদুদা শাথিনা শোকপা নুপী মঙা য়াওনা মীওই ১৪ RMC হোস্পিটালদা লায়েংখি। মীওই অমনা জৱাহরলাল নেহরু হোস্পিটালদা লাক্লখি। মীওই মঙানা শিখি। থৌদোকশিং অদু মায়োক্লবদা নুমিৎ অদু অঙকপা ওইখি।

ঐহাক শ্রী সনসম সিংহজিৎ সিংহ মতম অদুগী ফয়ার সর্ভিসতা S.P. ওইবগা লুনা তিন্নরকই। ইমুং মনুং ফাওবা য়াওনা য়াম্না নকশিন্ননা তিন্নখি। মহাক ফয়ার ব্রীগেটতা ওফিসিয়েল ক্বাটরসদা লৈরম্মী। অশংবা মতমদা ঙাইহাক লৈতনা উন্নে, চামিন্নে। করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা তাক্লেঅমসুং য়াওমিন্নে। অরৈ-লৈত ফাওবা মতেং পাংনৈ। মহাক্না লৈরম্বা ফয়ার ব্রীগেট ওফিস অদুবু কোল্লিবা ঈশ্বরসি ইবুধৌ পাখংবা অমসুং ইবেন্খৌনী হায়না থাজনৈ। মহাক নুংতি খুদিংগী ইবুধৌ অমসুং ইবেন্খৌদা থৱায় হকচাং য়াওনা খুরুমজৈ অমসুং পুজা কৎলি। চহি খুদিংগী ওইনা অরেপ্পা নুমিৎ অমদা ইবুধৌ অমসুং ইবেন্খৌদা চাকলোন কত্তুনা পুজা তৌই। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা মহাক্কী ষ্টাফ, মরি-মতা অমসুং লুনা তিন্নবা মমান্নবা পুন্নমক বর্ত্তোন তৌদুনা চাকলোন কৎপদা শরুক য়ামিন্নে। ইবুধৌগী মন্দির মমাংদা মখল মখলগী ঈশৈ নোংমাই তৌবা, মাইবীনা লৈমাং ফম্বা, ইরাৎ পূজা অসিনচিংবা পাংথোকই। শোক ১৯৯৩ চহীগী ওইনা তাং ১৩/২/৯৩ ইং থাংজ নুমীত্তা ইবুধৌ অমসুং ইবেনধৌগী চাক লোন কৎপা নুমিৎ ওইখি। থৌবম অদুগী অরোইবা আইতেম ওইনা ঐগী ইচানুপী সুজাতানা শীন্দুনা মহাক মশামক, মমান্নবী কুমারী রেনু দেবী অমসুং মহাক্কী ওজা কুমারি আশা দেবী মখোয় অহুম্না ম্যুজিক্কী পার্টি অমগা লোয়ননা ইবুধৌগী লাইশঙদা মানা মানা হৈজবা ঈশৈ শক্কুনা থৌগল তৌখি। চাকলেন কৎপদা শরুক য়াররিবা পুন্নমক থৱাই য়াওনা ঈশৈশিং অদু তানখি অমসুং পৈশা য়াম্না থাখি। মখোয় অহুমগী ঈশৈ অদুদা পৈশা থাবদা পুন্না লুপা ১৪১৫ তাখি। নুমিৎ অদুদা ঐগী ইমুংগী মীপুম খুদিংমক চাকলোন কৎপগী থৌরম য়াওখি অমসুং ইবুধৌ অমসুং ইবেনধৌবু খুরুমজখি। চাকলোন কৎপা লোয়রগা মীওই ময়াম পুন্নমক প্রসাদি ফংনখি।

ঐগী service গী মতম April 1993 দা লোইগদবনি। May 1st 1993 দগী ঐহাক retire তৌগদবনি অদুবু ঐঙোন্দা MPS Post গী Senior Scale দী পীবিখিদে অদুনা ঐহাক্না DGP গী through দা গভর্নমেন্টদা দরখাষ্ট অমা থাখি অদুগা A.G. Manipur দসু কোপি অমা mark তৌখি। অদুবু করিগুম্বা এক্সন অমত্তা লৌখৎলক্রদুনা তাং ১৬/২/৯৩ ইংদা ঐহাক্না ঐগী ইচা নুপা জিতেন্দা সেনিয়র DAG Mr. Prabhu উন্নরগা Manipur Govt. তা reminder অমা তৌহন্নবা শীনখি। Mr. Prabhu ইচানিপা জিতেনগা হান্নদগী খঙনৈ। Sr. D.A.G. না গভর্নমেন্ট তা তাং ১৮/২/৯৩ ইংদা চিঠি ইবিখি।

তাং ১৮/২/৯৩ ইংদা শ্রীবল্লরাম ঝাকর Union Minister (Agri) মণিপুরদা লাকখি অমসুং নুংথিল

পুং অনি মি: কুন্থ্রা তাবদা ইরোইশেম্বদা সেন্ট্রেল এগ্রি ইউনিভরসিটিগী building শাননবা যাত্রা হুনখি। নোংঙাল্লগা তাং ১৯/২/৯৩ ইংদা মহাক দিল্লিদা হনখি।

তাং ২৩/২/৯৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমিত্তা অয়ুক্কী পুং মাপন মিনিট তরামঙারোম তাবদা Mass Tailer মমাংদা মীওই অমা বোম পোকখাইবদা শিখি। থৌদোক অদু থিগৎপদা শিরিবা পাখং অদু খোমদ্রাম মনাও এলাইজ জিতেন(১৮) অপোকপা মনিমচা সাং হাওবম মরক ইরোম লৈকাইনি। মহাক অশংবা মারুতি কার নম্বর MNA 2851 তোংদুনা লাক্লগা বংকাস ফারমাসিদগী পৈশা লৌবা লাকপনি। মহাক্লা বোম অদু পায়রগা ফারমাসিগী মপু অদু কিহন্দুনা পৈশা ডিমান্দ তৌবদা বোম অদু পোখায়রক্লুনা মশা মথন্তা শোক্লুনা শিবনি হায়বা খঙখি। মহাক্লা তোংলকপা অশংবা মারুতি কার অদু শ্রী লৈশাংথেম নাওবী সিংহ পিং ইবোচৌ সাং ৱাইতোনদা লৈবগীনি। শ্রী নাওবী ইম্ফাল কোলেজগী লেকচররনি। তাং ২২/২/৯৩ ইংগী নুংথিল পুং অমরোম তাবদা ইম্ফাল কোলেজদগী শিরিবা মীওই অদুনা কিহল্লগা মুন্দুনা পুরকপনি হায়বসু থিগৎপদা খঙবা ঙমখি। মতৌ অসুম্না কেশ অদু ডিতেক্ট তৌখি।

তাং ৩/৩/৯৩ ইং য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ঐহাক সর্ভিসতগী তাং ৩০/৪/৯৩ ইংগী afternoon দগী retire তৌবা য়ারগনি হায়বগী order ফঙখি। Order Number না 21/45/82-MPS/DP dt 1/3/93 নি। হায়রিবা নুমিৎ অসিমক্তদা ঐহাক MPS গী Senior Scale তাং ৩০/৮/৮৪ ইংদগী ফংবা য়ারগনি হাযবগী গভর্নমেন্টকী ওর্ডরসু ফংখি। Order No না 4/36/80-MPS/DP dated 3/3/93 নি। ঐহাক্কী retire তৌবগা পেনসন ফংবা য়াননবগীদমক A.G.Office গী Account Officer শ্রী ৱাই ইনাওবী সিংহনা য়াম্না মতেং পাংবিখি। Retire তৌগদবা থা ২/৩ ৱাৎলিঙৈদগী মহাক্লা ঐগী ওফিসতা মশামক লাকপিদুনা ঐগী পেনসনগী চে-চাং লৌরগা পেনসন সেলদা মশামক্লা শিন্নবিখি অমসুং অপনবা লৈতনবা হোৎনবিখি। মহাক্কী চাওরবা মতেং অদা ঐ কৈদৌঙৈদসু কাওফম থোক্তে।

তাং ১২/৩/৯৩ ইং ইরাই নুমিৎকী নুংথিল পুং ২ মি: ৩০ তাবদা মণিপুরগী গভর্নর শ্রী চিন্তামনি পনিগ্রহী গভর্নবগী ফমদগী resign তৌখি। মহাক্লা রিজাইন তৌখিবা মতুংদগীদি ঐগী গর্ভনরগা লোয়ননা চৎপগী দ্যুটি অদু মতম খরগী ওইনা লেপ্লে। ঐহাক মহাক্কী movement খুদিংদা ইন্নবা তারম্বনি। ছুটি নুমিৎ হায়বা লৈতনা হাপ্তা অমদা মঙা তরুক্তি ঐহাক দ্যুটি অদু তৌবা তারম্বনি। শ্রী পনিগ্রহীনা মণিপুরগী গর্ভনর ওইবদগী রিজাইন তৌখ্রবা মতুংদা ত্রিপুরাগী গর্ভনর শ্রীরঘুনাথ রেদ্দিনা মণিপুরগী গর্ভনর ওইনা দুৱেল চার্জ পুদুনা তাং ২০/৩/৯৩ ইংদা ৱাশক লৌখি।

চহী কুন্থ্রাহুমদোই থা অনি নুমিৎ কুনমরিগী পুলিস ডিপার্টমেন্টতা সার্ভিস তৌরবা মতুংদা তাং ৩০/৪/৯৩ ইং ইরাই নুমিত্তা ঐহাক সার্ভিসতগী পোখারে। ঐগী রিটায়র্দ তৌবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা ডি জি পি Mr. Liddle না ইনিসিয়েট তৌদুনা ফেয়াবৱেলগী ডিন্নর অমা 1st M.R. Officers's Club ঐঙোন্দা পীখি। ডিন্নর অদুদা পুলিস ওফিসারশিং মখোয় মখোয়গী মিসেজশিংগা লোয়ননা য়াওখি। Head Quarters দা লৈবা DSP অমসুং মথক্কী rank লোইনা য়াওখি। Mr. Romenkumar খক্তংদি dinner

অদুদা লাকখিদে। DGP, IGP, DIG(R), DIG(OPS), AIG(PROVISION), AIG/ADM, AIG/HQ, SP/Imphal, CO/1MR, SP/CID, SP/MPR, ATMO অনীমক, Addl. SP/P, SP/Border Affairs, SO to DIG(Ops), DSP/CID, DSP/R, DSP/HQ, SDPO/SJM, SDPO/LPL, Dy.CO, DSP/Traffic অসিনচিংবা ঐগী farewell dinner দা contribution পীদুনা য়াওখি। নুমিৎ অদুদা DGP না ঐবু য়াম্না থাগত্তুনা ৱা ঙাংখি অমসুং বিদায় পীখি। ঐবুসু ৱা খরা ঙাংননবা হায়বদগী ঐনা Service চংলকপদগী লোইবা ফাওবগী শন্নপ্পা account অমা পীখি। ঐনা DSP ওইরকপা President Police Medal for Meritorious Service ফংখিবা। থিলহৌ অনীরক্তা Advance increment অনী অমসুং অহুম পুন্না মঙা পীখিবা, Chief Minister গী Medal for Outstanding অমসুং President গী পুলিস মেডল পুন্নমক অদুগী নুংঙাইজবা অমসুং গর্ভনমেন্টনা ঐগী থবকপু খঙবিবা অদুগীদমক অপেনবা ফোংদোকখি। মরক অদুদা ঐগী পেন্দবা কয়াসু ফোংদোক্লবগী তাঞ্জা লৌখি। ঐঙোন্দা পীখিবা Meritorious Medal অদু DSP কী rank তা লৈরিঙৈদা পীখিবনি। ঐনসু DSP ওইনা মেডল অদু লৌখিবনি। ঐঙোন্দা পীখিবা advance increment অনীরক অদুসু DSP গী pay scale দা পীখিবনি। অদুবু গর্ভনমেন্টনা ঐগী regularisation মতম চানা তৌবীদবদগী হায়রিবা period পুন্নমক অদু Inspector গী মতম ওইহনখি। য়াম্না থেংনা regularise তৌখি কনানসু খনবীখিদে। ঐগী DSP দা promotion পীবা অদু MPSC না regular DPC পাঙথোক্লগা merit কী মতুংইন্না খল্লগা গর্ভনমেন্টতা recommend তৌরগা হাপখিবা ফম্নী। অদু পুন্নমক করিসু খনবীদনা চহী কয়ামরুমগী মতুংদা Adhoc তা হাপ্পা ফম ওইনা লৌরগা চহী কয়মরুম মাংহল্লগা MPS তা regularise তৌবিখি। Regularise তৌদ্রিঙৈগী মতম অদু ঐগী lower rank তা হায়বদি Inspector ওইনা লৌদুনা ঐঙোন্দগী জুনিয়র ওইবা ওফিসারশিংনা সুপরসিট তৌখি। থম্মোই কায়নিঙাই ওইবা থৌশিল অদু কনানসু খঙবীদনা ইতোমতা তুমিন্না খাঙবা তাখি। মতৌ অসুম্না চহী তরা রোম Addl. SP গী রেঙ্কতা লৈখি। ঐনা মখা তানা হায়খি হৌজিক্তি ঐগী Service কী মতম লোইরে, ময়াম অসি পল্লুবগী করিসু কান্নবা লৈররোই অদুবু তুংদা লৈহৌরিবা ওফিসারশিংগীদি ঐগুম্না লাইবক থিবা ওইহৌদনবা ঐগী পেনখিদবশিং অদু ফোংদোকপনি। অসি হায়রগা ঐহাক ময়ামদগী বিদাই লৌখি। ঐগী ৱাদু তাবদা DGP অমসুং অতৈ পুলিস ওফিসারশিং অদু তুমিন তুমিন লৈনখি। অদুবু AIG Shri Joykumar না থোরক্লুনা ঙাঙখি মদুদি service কী পুন্সিদা Ups and down লৈবা হায়বসি মহৌশানি। হৌখ্রবা হায়বসি হৌখ্রে। মহাক্কী service শোক লিশিং অনি তরা ফাওবা হেন্না লৈরি, ঐগী তুংগী সেক্যুরিটিনচিংবদা য়েংশিনগনি। ঐনা পাম্লম্বদি মদু নত্তে। ঐনা হায়হন্নিংবদি মতুংদা কনাগুম্বা ওফিসারশিংগী ঐগুম্না লাইবক থিহল্লোই হায়না ময়াম মমাংদা assurance পীবা অদুনি। মতৌ অসুম্না ঐগী farewell গী dinner অদু লোইশিনখি। ঐঙোন্দা লৈপরেং মোমেন্টোনচিংবা পীরগা বিদাই পীদুনা ফঙ্কসন অদু নুমিদাং পুং ১০ রোম তাবদা লোইশিনখি। মতৌ অসুম্না ঐগী পুন্সিগী সর্ভিস মতম লোইখি।

ঐগী পেনসিল ফংবগী নোংঙানবা তাং ১/৫/৯৩ ইং থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা পুলিস পার্টি অমা SP Imphal না থারক্লুনা ঐহাকপু লঞ্চ অমা শিল্লি য়াওবিদবা য়াদে হায়রখি। হান্ননা

পাউ পীদে হায়দুনা চত্তবা তারবদি নুংঙাইখ্রবোই হায়দুনা ঐহাক হরাও হরাওনা অদুম চংখি। ঐহাক্না ডিষ্ট্রিক্ত হেড ক্বাটরস য়ৌবদা হান্ননা ঐগী ওফিস ওইরম্বা অদুগী মমাং অহাংবা লম্পাক্তা সেমিনার খন্দুনা Director of Prosecution গী ষ্টাফকা investigation গী পুলিস I.O. শিংগগী অপুনবা মিটিং অমা তৌননবা শিল্লম্মী। ঐহাক য়ৌবগা মিতিং অদু হৌরম্মী। ইহান হান্না ঐহাকপু Prosecution and Investigating agency অনীগী মরক্তা লৈনগদবা মরী অদুগী মতাংদা ব্রা ঙাংউ হায়না কৌশিনখি। হান্ননা খঙদবনিনা এজেন্সি অনী অদুগী লৈনগদবা মরী অদু ঐহাক কুপ্না থিজিনখিদে অদুনা ঐনা ঐহাক্কী experience দা ফংখিবা খরা ঙাঙখি। ঐনা হায়খি ঐহাক ইংশোক ১৯৬১-৬২ দা prosecution ব্রাঞ্চদা থা ১০ রোম লৈরকখি। মতম অদুদদি হৌজিকুম্না Executive অমসুং Judiciary হায়বা লৈরমদে। Executive Magistrate শিংনা Judiciary গী থবকপু পুন্না পুরম্মী। কোর্ট খুদিংগী P.S.I. হায়দুনা অমমম লৈরম্মী। P.S.I.শিং অদুগী মথক্তা P.I. হায়বদি Prosecution Inspector হায়বা ফম পায়বা অমগী মখাদা থল্লমই। P.P. অমদি A.P.P. হায়বা ফম লৈরমদে। Court শিংসু SDC, SDO, ADM হায়বসিখক্তনা trial তৌরম্মী। পুন্নমক অদুগী মথক্তা Sessions judge হায়বা অমা লৈ। Sessions Triable Case শিং ADM না Preliminary trial তৌরগা Session Court তা Commit তৌরম্মী। মতম অদুগী ADM অদু Mr. Goswami কৌবা অমনা ওইরম্মী। ঐনা PSI ওইবদু অহানবদা SDO/Thoubal গী কোর্টতনি। মতম অদুগী SDO/Thoubal Shri Ksh. Gokulchand না ওইরম্মী। মহাক্কী কোর্টতা লৈরিঙৈদা ঐঙোন্দা কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমা থোকখি। নোংমা থৌবাল পুলিসকী I.O. অমনা land dispute অমগী মতাংদা খৎনবদগী breach of peace থোক্কুনা অশি অনা থোক্কদৌরে অদুনা মীওই খরা Section 151 Cr.P.C গী মতুংইন্না ফাবগা Section 107 Cr.P.C. গী মতুংইন্না proceeding লৌরগা Breach of Peace থিংননবা bound down তৌবিয়ু হায়না report কা লোয়ননা অফাবা মীওইশিং অদু কোর্টতা পুরকখি। নুমিৎ অদু নুমিদাংব্রাই ওইরে কোর্টকী মতমসু লোইশিল্লক্কদৌরে। ফারক্লিবা মীওইশিং অদুগী defence council না শ্রী আর.কে. দোরেন্দ্রা সিংহনা ওইরম্মী। মতম লোইশিল্লক্লবনি ফারক্লিবা থৌবালদগী মীওইশিং অদু বেলদা থাবিরগা নোংঙাল্লগা proceeding চত্থবিয়ু হায়না defence council না কোর্টতা মুভ তৌরম্মী। SDO/Thoubal না PSI করি হায়গদবা লৈ হায়না ঐঙোন্দা হংলকখি। ঐনা submit তৌখি। 'Your honour' মীওইশিং অসি বেলদা থাদোকপা য়াফম থোক্তে অদুনা জেলদা remand তৌবিয়ু হায়খি। মতম অদুদা শ্রীআরকে দোরেন্দ্রা সিংহ, এদভোকেটনা ময়াম মমাংদা হায়রকখি। PSI অসি law গী মনুং মপাল করিসু খঙদ্রে। মবদর কেশ ফাওবা বেল থাবা য়াবগী provision লৈরিবনি। করিসু লৈতবা কেশ অসিদা মীওইশিং অসিবু জেলদা থম্মু হায়রিবসি য়াম্না অঙকপা অমনি। মদু তাবদা কোর্টনা হায়রকখি। PSI উকিল্লা হায়বিবসিদা মখা করি য়েৎকদবা লৈবগে। মহৈ মশিং য়াম্না হৈরবা লোদা মাষ্টার ডিগ্রী পায়রবা উকিলগী ব্রাখল অদুদা কোর্টসু হেন্না লুম্না লৌখ্রে হায়বা ঐহাক ভাব তাই। মতম অদুদা ঐসু হৌগত্তুনা যাম্না লাউনা পাওখুম পীখি। কোর্ট অদুগী ষ্টাফশিং, ফাদুনা পুরকপা মীওইশিং, মখোয়গা লোয়ননা লাকপশিং অদুগী মথক্তা য়াম্না লাওনা

কোর্ট মনুংদা ঙাঙনবা অদুদা তাগদবগী চঙশিল্লকপা মীওইশিং, ময়াম অদুনা কোর্টকী কা অদু পিক থল্লম্মী। ঐনা হায়খি 'Your Honour, খৎনদুনা হাত্তোক্লগদৌরে হায়দুনা পুলিসনা ফারক্লিবা মীওইশিং অসিবু বেল পীদুনা থাদোকপীরবদি অমসুং অমুক হন্না Breach of Peace থোরক্লবদি কনাগী দাইত্ব ওইগদগে। লারনেৎ কাওন্সিলনা ঐবু ময়াম মমাংদা PSI অসি লোগী নুক এণ্ড কোর্নর খঙদে হায়বিখি। মসিদা হায়জনিংবদি লারনেৎ কাওন্সিল আইন হৈত্রে। Section 107 Cr.P.C. দা Proceeding লৌবা হায়বসি 'No Offence' কেশনি। মসিদা বেলগী provision পানফম থোক্তে। থাদোকপিগে হায়রবসু ইন্তরিম বোন্দা থাদোক্কদবনি। CrPC গী provision শিং য়েংবিয়ু। অসিগুম্বা নো ওফেন্স কেশতা বেল প্রোভিজন পুশিল্লকফম থোক্তে। ঐগী argument অদু তারগা SDM/Thoubal না নোক্লদুনা হায়রকই। R.K., PSI গী argument অসিনবু চুমগদবা মাল্লি। মতম অদুদা defence council ৰা ঙাংখিদ্রে। CrPC গী বুক অদু পাদুনা লৈখ্রে। নুমিৎ তাশিল্লক্লবনিনা interim bond অদু মীওই ১০ মুক অদুগী ইবা নংলরোই হায়দুনা মখোয় লোইনবা জেলদা remand তৌখি। কোর্টকী মতম লোইরবদা advocate না ঐঙোন্দা খুৎ শোক্তুনা থাগৎখি।

অদুগী মতুংদা ঐহাক P I না মহাকপু assist তৌ হায়দুনা ADM Shri Goswami গী কোর্টতা অমুক লৈবে। Murder case অমগী commitment procedure দা য়াম্না নোকনীংবা থৌদোক অমসু ADMগী কোর্টতা থেংনখি। মদুসু থৌবাল মাইকৈগী কেসনি। নোংম-নুমিদাংৱাইদা নুমিৎ তাশিল্লকপা মতমদা নুপামচা মুস্লিম পাখং অমা, মমাগা ফুঙ্গাদা মৈ তিক্তুনা লৈরিঙৈদা মীওই অমা অনী লাক্তুনা কৌথোকখি। মখোয় অদু খুঙ্গং অদুগী মীওই ঙাক্তেনি। থোঙ্গাল য়ৌবা মতমদা ময়াম চংদুনা নুপা অদু চৈতুপ্পা ফুখি। ইমা ! ইমা! হায়না নুপামচা অদুনা লাউবদা মমা অমসুং ইমুংদা লৈরম্বা মীওইশিং অদু চেন্থোক্তুনা থোঙ্গাললোমদা থোরকপদা মীওইশিং অদুদি চেনখ্রে অদুগা নুপামচা অদু থিনা শোক্তুনা লাক্রবা মতুংদা কনবা ঙমদদুনা লৈখিদ্রে। পুলিসনা মীওইশিং অদু ফারগা মখোয়গী মথক্তা চার্জশিৎ থাগৎলকপদগী ADM Court দা Preliminary Proceeding চখদুনা Session Court তা কম্মিট তৌননবা কেশ অদুগী hearing চথখি। মদুদা ঐনা prosecution গী ওইনা শাখিশিংগী জবান লৌখি। Defence Council না Shri Ch. Nodiachand অমসুং Shri N. Lalji Singhনি। কেশ অদুগী charge sheet থাগৎখ্রবা মতুংদা মখোয় নাকল অনী য়ানদুনা তেনশিন্নখ্রবা জাৎনি। ঐদি মদু খঙদবনিনা কেশ অদু sessions court তা commit তৌবা য়াননবা থৱায় য়াওনা হোৎনরিবা। শিরিবা পাখং অদুগী মমা অদুগী জবান লৌবা মতমদা য়াম্না ইমোসনেল ওইহল্লগা অচুম্বা জবান পীননবা হাযদুনা ঐনা মচা নুপানা শেৎ লম্বা ঈ তৈবা ফি অদু হান্ননা উৎখি। কোর্ট মনুং অদুদা নুপী অদু তেংথাদুনা কপ খৎলকখি। য়ারগদবা মাল্লে খন্দুনা ঐনা মঙোন্দা হংখি নচানুপা হাৎপা মীওইশিং অদু কনা কনানো? অদুবু নুপী অদুনা কপ্লম্বদগী খংহন হনজিল্লগা খুম্লকখি। 'বাবু' ঐদি খঙজহৌদরে। ঐনা হায়খি পুলিসতদি নহাক্না নচা নুপা হাৎখিবা মীওইশিংগী মমিং মথা লোইনা পীখিবদুদি? মহাক্না খুম্লকখি ঐদি কনাদসু হায়খিদে। খ্বাইদগী মরু ওইগদবা সাখি অদুনা অদুম্না লৈথোরকপা অদুদা

ঐহাক য়াম্না শাওনিংখি। নুপী অদু ঐগী ইনাক্তা লেপ্লম্বনি। ঐনা শাওনিংদুনা ঐগী খোঙউপ্না মখোঙদা নেৎখি অদুদা মানা অয়োইমা হায়না লাউরকখি। Defence council নসু objection তৌরকখি। ADM Shri Goswami না নোক্লদুনা হায়রকখি "PSI, don't torture the witness" কেশ অদু মমৈদদি session court তা commit তৌবা ঙমখিদে। অসুম্না ময়াম অদুদা ঐনা হায়খি - Prosecution agent শিংনা থৱায় হকচাং য়াওনা থাগৎলকপা কেশ পুম্নমক মাঙ্গোল ওইহন্নিংই। Hostile ওইবা witness য়াওরকপদা ইথৌমক ওইনা শাওনিংই। I.O. শিংসু মানা মানা investigation তৌখিবা কেশশিং অদু মাঙ্গোল ওইহন্নিংই। অদুনা investigating agency অমসুং prosecution agency অনীগী aim and object চপ মান্নে। I.O. শিংনা কেশকী চার্জ সিট থাগৎখ্রবসু কেশ অদু conduct তৌরিবা APP or PP গা তোয়না উন্নদুনা কেশগী মেরিট অমসুং দিমেরিটশিং খন্ন নৈররবদি অনীমক্কী aim and object শিং অদুগী পম্বুংফম য়ৌগনি। ঐগী speech অদু তিল্লম্লিবা মীওই খুদিংমক থৱায় য়াওনা তাবা মানখি।

মিটিং অদু লোইরবা মতুংদা নুংথিল পুং ১ তাবদা ময়াম পুম্নমক অদুগী lunch অমদা ঐসু শরুক য়াখি। নুংথিল পুং ৩ তাবদা Imphal P.S. গা শম্নদুনা শাবা অনৌবা building অদুগী 1st floor দা SP/Imphal Shri N. Shamanda Singh না ঐগী farewell meeting অমা শিনখি। Meeting অদুদা District Police Head Quarters গী SDPO শিং O.C শিং অমসুং ঐগী staff পুম্নমক য়াওখি। SP/Imphal না ইহান হান্না ৱা ঙাংদুনা ঐবু থাগৎ ৱাহৈ কয়ামরুম হায়রবা মতুংদা ঐবুসু ৱা ঙাংননবা কৌশিনখি। ঐনা হায়খি সর্ভিস তৌরিঙৈ মতমদা মখল মখা অয়াম্বা থবকশিং পাংথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা অকনবা ৱাহৈ শীজিন্নখি। থবক ঙম্ননবা ঐনা হায়খিবা অমদি ঙাঙখিবা পুম্নমক অদু ময়াম্না ৱারৌবীগনু। পুক্নিংদা করিগুম্বা মখলগী ফত্তবা ৱাখল অমত্তা য়াওদনা ঙাংখিবনি। পুকখা লিনখা থাননুসি। করিগুম্বা মতমদা ঐহাক্কী ইতেং দরকার লৈরক্লবদি করি অমত্তা চিংনদনা ঐঙোন্দা হায়বিরকউ। হরাওনা মতেং পাংজগে। চহী শাংনা Department অসিদা লৈরকপদগী Department অসি ঐগী ইশাগী লৈফমগুম খল্লে। Department অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক ঐগী ইমুং মনুংগুম উরে। করিগুম্বা হীরম অমদা খন্ন-নৈনবদা হরাওনা শরুক য়াজগে। ঐগী ৱাহৈশিং তাবদা ময়াম অদুগী মরক্তা মপী তাদুনা মখোন থোক্লা কপ্লবসু য়াওখি। ঐনা মখা তানা হায়খি হায়জিনবা নত্তনা অশেংবা ওইনা ময়ামদা ঐগী ৱাখল ফোংদোকচগে। থবক তৌবগীদমক গর্ভনমেন্টনা ঐখোয়দা তোলব পী। তোলবকী মতেংনা ঐখোয়না ইমুং মনুং থাকই। ঐখোয়না ফংলিবা তোলোপ অদুগা চান্ননা ঐখোয় থবক তৌফম থোকই। তোলোবতি লৌরগা থবক তৌদ্রবদি গর্ভনমেন্টতা অমাংবা হায়বদু ওই। অমাংবা ময়াম অসুম য়ামশিল্লক্লবদি গর্ভনমেন্ট রন তৌবা ঙম্লক্লোই। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐহাক অমা থবক তৌবদা গর্ভনমেন্টনা তিংলিবসি ঐগী তোলোব, ঐঙোন্দা পীরিবা গাড়ী অনীগী খরচ অমসুং ড্রাইভরশিংগী তোলোব, ঐগী escort ওইনা মীওই ১২ অদুগা ঐগী য়ুমদা থমলিবা House Guard কী মীওইশিংগী তোলোব, পুম্নমক অসি পাশিল্লগা গর্ভনমেন্টনা তিংলিবা থা অমগী খরচ অসি লুপা য়ামখ্রে। ঐ অমা থবক শিজিন্নবদা গর্ভনমেন্টনা তিংলিবা শেনফম অসি ঐনা মদুগী

মতিক চাবা থবক তৌদ্রবদি গর্ভনমেন্টতা থা থা খুদিংগী পৈশা কয়াদ মাঙখ্রবনো? মসি খল্লগা ঐনা থবক তৌজখি। নোংমদা ঐনা তৌখিবা থবকশিংদু মতীক চারবরা হায়না তুল্লমদাইদা ইতোমতা খঞ্জখি। থবক য়াম্না পাঙথোকখিবা নুমিত্তা পুক্রীঙদা নুংঙাইবা পোকখি। মতীক চাদনা লেনখিবা নুমীত্তা ঐগী কনসাইন্সনা য়ানিংখিদে। ঐগী ৱাখল অসি অচুম্বনি খনবিরবদি ময়ামসু ঐগুম্না খনবিয়ু। অসুম্না ঐগী বীদায়গী lecture লোইরবদা SP/Imphal নচিংবা ময়াম অদুনা ঐঙোন্দা মোমেন্টো অমা, SDPOশিং, OC শিং অমসুং I.O শিং অদুনা মখল মখলগী Presentation পীদুনা farewell meeting অদু লোইশিনখি। নুংথিল পুং মরিরোম তাবদা ময়াম চংদুনা ঐবু যুম ফাওবা থিনবীরকখি। ময়ামগা কায়নবা নুমিৎ অদুগী দৃশা অুদ পুন্সিগী ওইনা কাওঙমলরোই।

## রিটায়ার্দ তৌরবা মতুংদা

তাং ৩/৫/৯৩ ইংগী নুংথিল পুং ২ রোম তাবদা যুম্ফম য়াওদবা তোকঙা অমা শন্দোরকপদগী অউবা মুসলিম মীওই খুদিংমক মৈতৈশিংনা এটেক্ট তৌখি। ফু-চৈবত নত্তনা হাৎপা ফাওবা য়াওখি। মুসলিম তাবা মফমদনা অরাকপা মৈতৈ খুদিংমক মুসলিমশিংনা মেন হেন্দন তৌখি। মতৌ অসুম্না অমুক্তা থোকখিদবা মৈতৈ পাংঙল অনীগী মরক্তা অকনবা কম্যুনেল রাইওট থোকখি। ইম্ফালগী মফম শিনবা থুংনা শন্দোকখি। তাং ৪/৫/৯৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তগীদি গ্রেতর ইম্ফাল শিনথুংনা কর্ফিয়ু থমখি। কর্ফিয়ু অদু মথং মথং শাংদোক্তুনা তাং ৭/৫/৯৩ য়ৌখি। তাং ৬/৫/৯৩ ইং শগোলশেন নুমিৎকী নুংথিল পুং ২ তাবদা শ্রী এল. জুগেশ্বর সিংহ IGP না ঐঙোন্দা তেল্লফোন তৌরকখি অমসুং DGP না ঐবু নুমিদাংৱাই পুং তরুক তাবদা মাগী ওফিসতা উন্নসি হায়রকখি। পুং তরুক তাবদা ঐহাক DGP গা উন্নরুই। Shri A.V. Laddle না DGP ওইরম্মী। ঐঙোন্দা মহাক্না হায়রকখি থোকখ্রিবা communal riot অদুগী মতাংদা Judicial Inquiry তৌগদৌরে অদুনা তাং ৩/৫/৯৩ ইংদগী হৌনা পুলিস ষ্টেসনশিংগী upto date record থম্বদা Department কী মতেং খরা পাংবীয়ু। ঐ হরাওনা য়াখি মরমদী Department অসিবু ঐনা য়াম্না নুংশিজে। অদুগী মতুংদা ঐহাক IGP গা উন্নবে। মহাক্না record uptodate থম্বগী থবক অদু তাং ১০/৫/৯৩ ইংদগী হৌসি হায়রে। অদুনা ঐহাক যুমদা হল্লক্লে। Communal riot থোকখিবা অদুগী মতাংদা DGP A.V. Liddle গী মথক্তা গর্ভনমেন্টনা এক্সন লৌখত্তুনা মহাকপু force leave পীরগা তাং ৮/৫/৯৩ ইং থাংজ নুমীত্তা মণিপুরদগী চৎহনখ্রে। তাং ১০/৫/৯৩ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক পুং ৯ দা AIGP (H.Q) Mr. Baral না ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌরকখি অমসুং লেপ্পখিবা মতুংইন্না ঐগী থবক হৌররো হায়রকখি। নুংথিল পুং ১ তাবদা escort কা লোয়ননা জীপ থারক্তুনা ঐবু লৌখৎলখি। নুমীৎ অদুদা DGP দগী SP/Imphal দা address তৌবা, information না IGP(LO), DIG(R), SSP BPR/TBL/CID(SB) মেশেজ নম্বর IC/11/60/93-PHQ(M/M) dt. 10.5.93 ফংখি মরোলদি Shri Babudhon Singh বু পুলিস Department গী মতেং পাংননবা হায়জরে অদুনা escort গাড়ী অসিনচিংবা

পীগদবনি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা SP/Imphal না ঐগী হান্নগী ওফিস গাড়ী অমসুং escort পীরে। ঐহাক নুংতিগী ওফিস চৎলে। ইম্ফাল, শিংজমৈ অমসুং লম্ফেল পুলিস ষ্টেসনগী I.O. শিং কৌদুনা থোকখিবা তাং ৩/৫/৯৩ ইংদগী থৌদোক পুন্নমক অমমমতা ওইনা থিগৎলে। তাং ১১/৫/৯৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমিৎতা Shri M.D. Sharma কৌবা অমনা DGP/Manipur ওইনা চার্জ লৌখ্রে।

তাং ৩১/৫/৯৩ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐঙোন্দা শিন্নবা থবক অদু পুমলোই লোইরদুনা IGP(L&O) Shri L. Jegeshwor গী ওফিস চেম্বরদা DIG(R) অমসুং SP/Imphal য়াওনা মিটিং অমা তৌদুনা থোকখ্রিবা communal riot অদুগী কেশ মশীং, শিখিবা মী মশীং, থনা থনাগী ওইবা কেশ অসিনচিংবা উৎলবা মতুংদা রেকোর্দ পুন্নমক অদু IGP(L&O) দা শীন্নরম্লগা ঐহাক যুমদা হল্লকখি।

তাং ৯/৮/৯৪ ইংগী নুমিদাংদা Shri N. Bisheswar Singh শকখঙদবা মীওই খরনা ময়ুমদগী ফারগা kidnap তৌখ্রে হায়না তায়। তাং ১১/৮/৯৪ ইং শগোলশেন নুমীত্তা মহাকপু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলগা লাঙ্গোলদা হুন্দোক্লম্লে হায়। ঐদি থিজিল্লুদ্রবনিনা অকুপ্পা মরমদি খংখিদে। ঐগা য়াম্না খঙনরম্বা মী ওইনিনা পুক্নীঙদদি য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি।

তাং ২১/৮/৯৪ ইং নোংমাইজিং নুমিৎকী অযুক পুং ১১ তাবদা ওঁ-শান্তি organisation গী Brahma Kumari Kabita কৌবী লাইনিংবী, মহাক্না লোয়নবা মীওই খরগা ঐগী যুমদা লাকখি। মহাক্না হিন্দি লোন্দা "শেম্বীবা মপু" অমদি "ঈশ্বর" হায়বসি অমখক্তনি হায়বগী মরমদা লেকচর পীখি। ঐহাক অমসুং ঐগী ইমুং মনুংগী মীওইদা রাখি পুল্লমখি। মীওইবগী খ্বাইদগী য়েক্লবা "অশাওবা" হায়বদু মহাক পুজখ্রগে অদুনা নুমিৎ অদুদগী অশাওবা হায়বদু লৈহৌদ্রবনি হায়না য়াম্না ফজবা পাওতাক পীরম্লগা কায়নখি।

তাং ৩১/৮/৯৪ ইং যুমশকৈশা নুমীত্তগী ঐগী ইচা নুপী সুজাতা অমসুং খেরোদা অনীমক্কী M.A Final Examination হৌখি। মতম অদুদা ঐগী ইচানুপা যাইমা শিতেশতি মৈধ্য প্রদেশ কী জব্বলপুবদা M.A (Sociology) Previous ক্লাসতা মিং চল্লবা মতুংদা মফম অদুদা তমনিংলক্ত্রদুনা U.P. গী Meerut University দা হোংলগা নৌনা মিং চল্লগে হায়না তাং ১/৯/৯৪ ইংদা পাউ পীবকখি। নুমিৎ অদুমক্তদা ডিপক জৈন সিথি কৌবা মণিপুর পব্লিক স্কুলদা ক্লাস টেন দা তম্বা ছাত্র অমা তাং ২৫/৮/৯৪ ইংদা kidnap তৌখিবদগী থিবা খঙদনা লৈরকপদগী নুমিৎ অদু হায়বদি তাং ১/৯/৯৪ ইংগী নুমিদাং পুং ৯ রোমম তাবদা অশিবা হকচাং ওইনা হৈরাংঙ্গোই থোং মনাক্তা নম্বুল তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দা ফংখি।

ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা মতম অমগী PLA দা য়াওরম্বা S. Sanjoy Singh তাং ১৭/১০/৯৪ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাংদা Scooter accident থোক্তুনা মৈত্রাওদা য়াম্না থিনা শোকপদগী RMC Hospital দা পুখত্তুনা লাক্লরবা মতুংদা তাং ১৮/১০/৯৪ ইংদা অঙনবা অযুক্তা লৈখিদ্রে। মহাক অমসুং যুমনাম লৈকাইদা লৈবা মাগী ফেমিলিগা য়াওনা য়াম্না নক্লনা তিন্নরম্বনা মহাক লৈখিদবা অদু ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে।

তাং ২০/১২/৯৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুংথিল পুং মরি মিনিট মঙাদা ইচানুপা জিতেনগী অনীশুবা মচানুপা অমা রিমস হোস্পিটালদা পোকখি।

তাং ২৫/১২/৯৪ ইং নোংমাইজিং নুমীত্তা ঐগী অনীশুবা ইশু নিপা জিতেনগী অনীশুবা মচানিপাগী সোষ্টি পুজা তৌখি অঙাং অদু operation তৌরগা পোকখিবনিনা মমাদি চৎপা ঙমদদুনা রিমস হোস্পিটালদগী অঙাং অদু লৌরুরগা যষ্ঠি শোনবনী অদুনা কনাবুসু বার্ত্তোন তৌখিদে। ইশুনিপা অহল অনন্দ তাং ২৩/১২/৯৪ ইং শগোলশেন নুমীত্তগী লৈকাইগী বালব্রাদি স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌহল্লে। ইশুনিপা অতোনবগী যষ্ঠি পুজা নুমিৎ হায়বদি তাং ২৫/১২/৯৪ ইংদা হান্নগী প্রসিদেন্ট গ্যানি জেল সিংহ expire ওইখি।

তাং ৭/১/৯৫ ইং থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭.৩০ রোম তাবদা RMC হোস্পিটালদা মশক খঙদবা মীওইশিংনা মফম অদুদা দ্যুটি তাবা CRPF কী মীওই অমা নোংমৈনা কাপ্পুনা অশোক অপন নংখি হায়। মদুগী রিতারিয়েৎ তৌদুনা CRPF গার্ডকী অতৈ মীওইশিং অদুনা মথোং মরম খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্পা কাপ্পদা মীওই মাপল শিখি হায়না পাও তায়। অসিবশিংগী মরক্তা অরুনাচল প্রদেশতগী মেডিকেল তম্বা ছাত্র অমসু য়াওখ্রে হায়। শিরিবা অতৈ অদু অয়াম্বনা ওটো রিক্সো ড্রইভর ঙাক্তনি হায়। থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং মরিদগী নোংঙানবগী অয়ুক পুং তরেৎ ফাওবা curfew লাউথোকখি।

তাং ১৩/১/৯৫ ইং ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭.৫০ মুক তাবদা মীওই খরনা হায়জেক তৌরকপা গভর্নমেন্টকী জীপসি অমা ঐগা থংননা লৈবা শ্রী কোংখাম অমুয়াইমাগী workshop মমাংদা শোরোক্তা খাম্লগা নোংমৈ রাউন্দ খরা কাপ্লগা হুন্দোক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা পুলিস কম্মান্দোগী গাড়ী অমা লাক্কুনা জীপসি অদু চ্যোক তৌবা মতমদা মনুংদগী বোম অমা য়াম্না হৌনা পোকখায়রক্কুনা কম্মান্দোগী মীওই অহুম শিখি অমনা শাথীনা শোকখি। থৌদোক অদু ঐগীদা ওইরবোই নীংদুনা মরুপ মপাংশিং কয়া মরুমনা ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌদুনা হংলকখি।

চাণ্ডিগড়দা লুহোংবা মফম অনীখক্তা য়াওনবা ঐঙোন্দা বার্ত্তোন তৌরকখি। অমনা তাং ৩০/১/৯৫ ইংদনী থাঙ্গাল বাজারগী সরাদার ব্রদর্সকী প্রোপাইতর হরিন্দ্রপালগী মনাও নুপা অতোম্বা বোবিগীনি। অতোপ্পা অমদুনা তাং ১১/২/৯৫ ইং থাংজ নুমীৎকীনি। চুড়াচান্দপুরদা ফিগী দুকান ফম্বা প্রীতমসিংহগী মচানুপা অতোম্বা সতিসকীনি। লুহোংবা মফম অনীমক য়াওননবা য়াম্না কন্না য়ুমদা লাক্কুনা হায়রৈ। অদুনা ঐহাক অমসুং শ্রীসনসম সিংহজীৎ, ডাইরেক্তর ফয়ার ঐখোয় অনী চৎকনি হায়না য়াথোকখি। ঐখোয় অনীতা নত্তনা ফেমিল্লীগী মীপুম তিংনা লুহোংবা য়াওবীয়ু হায়বদগী ঐগী ইচা নুপী অনী অমসুং Director / Fire Service কী মনাও নুপীসু চৎকনি হায়না লেপ্লখি। লুহোংবা অনীমক অদু নুপী মচাশিংগা লোয়না য়াওবা তারবদি মতম কুইনা মীঙোন্দা ৱাই চিল্লগনি হায়না খন্নদুনা নুপী মচা অহুম অদুনা অকোনবগী লুহোংবদং য়াওনবা শীন্নরে। মতৌ অসুম্না ঐনে, শ্রী এস. সিংহজিৎনে, শ্রী গুরমিৎ অমসুং শ্রী হরিন্দ্রপাল ঐখোয় মরি তাং ২৭/১/৯৫ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং তরামাথোই মিনিট নিফু তাবদা এরোপ্লেন্না

ইম্ফাল থাদোকখি। কালকাত্তাদা পুং ২ মখায়দা য়ৌখি। এয়রপোর্ট তা JGP Mr. L. Jegeswar না ঐখোয়বু ওকলম্মী। ঐখোয় পুন্না নুমিদাংৱাই পুং ৫.৩০ তাবা ফাওবা পুন্না য়াম্না নুংঙাইনা waiting room দা দিল্লিগী ফ্লাইট ঙাইদুনা লেনমিন্নখি। পুং ৫ মখায় তাবদা Air-Bus তা Delhi গী দমক Calcutta airport থাদোকখি। নুমিদাংৱাই পুং ৭.৩০ তাবদা দিল্লিগী Indira Gandhi Airport তা থুংখি। দিল্লিদা ঐখোয়গী মরুপ শ্রী কেঐচ. মোহেন্দ্রা Jt. Secy. (H) উন্নখি অমসুং ঐখোয় মণ্ডা পুন্না শ্রীহরিন্দ্রপালনা শীন্দুনা লৈরম্বা মারুতি ভান অমদা নুমিদাংগী পুং ১১.৩০ তাবদা চান্দিগড়গদিমক দিল্লি থাদোকখি। চান্দিগড়দা তাং ২৪/১/৯৫ ইং থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ৬.৩০ তাবদা য়ৌখি। পুং ১১ তাবদা Mr. Sardar Singh, হরিন্দ্রপালগী মপাগী য়ুমদা prayer যাওরগা হরিন্দ্রনা শিন্দুনা Pankaj হোটেলদা লৈখি। লুহোংগদৌরিবা নুপী অদু লুধিয়ানাদগীনি। তাং ২৯/১/৯৫ ইংদা নুংথিল পুং ১.৩০ তাবদা বাবাত পার্টি লুধীয়ানাগীদমক খোংশাল্লগা নুমিদাং পুং ৮.৩০ তাবদা Hotel Nanda গা মায়োক্নবা কা অমদা Ludhiyana দা অহিং অদু লৈখি। তাং ৩০/১/৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা নুংথিল পুং ১ তাবদা Ludhiyana গী গুরুদ্বার অমদা লুহোংবদু পাঙথোকখি। লুহোংবা লোইরগা ঐখোয় পুন্নমক চান্দিগড়দা হল্লকখি অমসুং নুমিদাং পুং ৮ তাবদা Sukhiya Lake মনাক্কী লম্পাক্তা reception দা য়াওখি। লুহোংবা লোইরবা মতুং তাং ১/২/৯৫ ইং ফাওবা ঐহাক অমসুং শ্রীসিংহজীৎ হোতেল পঙকাজদা লৈখি। নুমীৎ অদু ফাওবগী হোতেলগী বিল অমসুং ইম্ফালদগী চান্দিগড় ফাওবা চৎপগী খরচ পুন্নমক হরিন্দ্রপালনা পীখি। তাং ১/২/৯৫ ইংগী নুমীৎ য়ুংবদগী ঐখোয় অনী ইন্দ্রপালনা পুদুনা মখোয়গী য়ুমদা অমুক লৈবে। তাং ১১/২/৯৫ ইংদা মহাক্কী মনাও সতিগী লুহোংবা নুমীৎ ফাওবা লৈগদবনি। তাং ৩/২/৯৫ ইংদা নুংথিল পুং ২.৩০ তাবদা Mr Jaspal, Proprietor Blue Bell না মাগী মারুতি ভান পুরক্লুনা ঐ, সিংহজিৎ, ইন্দ্রপাল অমসুং জসপাল ঐখোয় মরি জলন্দব তানা চৎলী। মফম অদুগী মীওই খবা লুহোংবগী বার্ত্তোন পীগদবনি। নুমিদাং পুং তবেৎ তাবদা জলন্দব য়ৌই অমসুং হোতেল অমদা ঐখোয় অহিং অদু লৈরম্মী। নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা মীওই খবদা invitation কাড পীরুই। অয়ুক্কী পুং ১১ তাবদা ঐখোয় Amritshar গীদমক জলন্দর থাদোকখি অমসুং পুং ১২ তাবদা গোলদন টেম্পলদা চংলগা প্রথনা তৌবা য়াওরুই। নুংথিল পুং অমা মখায় তাবদা ঐখোয় Amritshar থাদোক্লগা Dalhousi hill station দা কোয়বা চৎলী। নুমিদাং পুং নিপাল তাবদা, Dalhousi য়ৌই অমসুং হোতেল অমদা লেকই। ইংখ্রবা অহিংনি। উন্না হোতেলগী অকোয়বা অদু ফুট কয়ামরুম থানা তাই। অশাবা ঈশিং নত্রবদি ইরু-মায়থজবা ঙস্পোৎ নত্তে। কা অদুদা লৈবা গিজর অদু ঈশিং লুম্নবা ঐনা ইলেক্ত্রিক On তৌদুনা থমলুই। রিজাভরদা ঈশিং য়াওরমদদুনা অহিংদা গিজর অদু অহৌবা মখোল অমগা লোয়ননা পোকখায়বকখি। ঐগা শ্রীসিংহজিটকা পুন্না তুমিন্নবনি। মহাক খংনা হৌগৎলগা গিজরগী ইলেক্ত্রিক সুইজ অদু Off তৌরুই। নোংঙাল্লগা তাং ৫/২/৯৫ ইংদা ঐখোয় হোতেল অদু থাদোক্লম্লে। অতোপ্পা হোতেল "Sangrilla" কৌবা অমদা কা অনী লৌদুনা লৈবে। নুমীৎ অদুদা ঐখোয় Hill Station অদুদা কোয়চৎ চত্তুনা marketing অমসুং Sight seeing তৌই। অদুগা নুমিৎ অদুমসু Hill Station অদুদা লৈখি। নোংঙানবা তাং ৬/২/৯৫ ইংগী অয়ুক্তা ঐখোয় হোতেল অদু থাদোক্লম্লগা

'চনৈক্যা রেষ্টুরেন্ট' তা break fast লৌখি অমসুং Hill Station অদু থাদোক্লমখি। খোঙচৎ অদু য়াম্না নুংঙাইখি অমসুং পুন্সিগী মথেল অমা ওইখি। নুংথিল পুং অমা তাবদা ঐখোয় পথান কোৎ য়ৌরগা হোসিয়ারপুর ফাওদোক্তুনা 'ROPER' হায়বা মফম অদুদা নুংথিল পুং ৫.৩০ তাবদা য়ৌই। মফম অদুদগী 'Pincitia Lake' হায়বদুদা বোতিং তৌখি। মফম অদুগী restaurant দা নুমিদাং পুং ৭ ফাওবা লৈখি। চান্দিগড় য়ৌবদা নুমিদাং পুং নিপাল তারে। নোংঙাল।লগা তাং ৭/২/৯৫ ইংদা ইন্দ্রপালগা লোয়ননা চান্দিগড়গী Sector 17 দা জসপালগী দুকান "Blue Bell" দা চৎলুই অদুদগী Khusian Lake অমসুং Rock Garden য়েংলুই।

তাং ৮/২/৯৫ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী অয়ুক পুং ৪ তাবদা গাড়ী অহুম পুদুনা চান্দিগড়গী রেলৱে ষ্টেসন্দা চৎলী। ঐগী ইচানুপী অনী সুজাতা অমসুং খেরোদা, বেবী, ডাউজী শর্ম্মা, অমুবী, ইন্দ্রপালগী sister, brother অসিনচিংবা ইম্ফালদগী লুহোংবা য়াওবা লাকপশিং অদু ওক্লুই। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং ২ তাবদা গুরমিৎ অমসুং ইন্দ্রপালগা লোয়ননা Rock garden, Sukhian lake অমসুং Rose Garden য়েংলুই অদুগা চান্দিগড়গী Sector 17 দা Marketing তৌরুই। তাং ৯/২/৯৫ ইংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা গুরমিৎনা taxi অনী ৱায়রক্তুনা ঐখোয় পুম্নমক Simla য়েংবা চৎলী। Simla দা য়েংবা য়াবা পুম্নমক য়েংলবা মতুংদা নুমিদাং পুং ৮ তাবদা চান্দিগড়দা হল্লকখি। মথংগী নুমিৎ তাং ১০/২/৯৫ ইংদা লুহোংগদৌরিবা ইন্দ্রপালগী মনাও অতোম্বা 'সতি' গী পুজা তৌই অমসুং নুমীৎ চুপ্পা হরাও কুম্মৈ তৌদুনা লেনখি। তাং ১১/২/৯৫ ইং থাংজ নুমীত্তা সতিগী লুহোংবা নুমীৎনি। লুহোংগদৌরিবী কৈন্যা অদু 'মহালী' হায়বা মফম অদুদগীনি। অয়ুক পুং ১১ তাবদা বর পার্টি অদু মহালীগীদমক্তা খোঙশাল্লী। ধুম-ধাম তৌদুনা চৎপনা পুং ১২ তাবদা য়ৌই। পুং ১২ দগী নুংথিল পুং ১ তাবা ফাওবা গুরুদ্বারা অমদা লুহোংবা পাংথোকই। পুং ২ রোম তাবদা লুহোংবা লোইদুনা চান্দিগরদা হল্লকখি। নুমিদাং পুং ৮ তাবদা য়াম্না চাওনা reception পাংথোকখি অমসুং নোংয়ায় ফাওবা চখখি। নোংঙানবা তাং ১২/২/৯৫ ইং অদুসু ঐখোয় পুম্নমক চান্দিগড়দা প্রিতম হায়বা ইন্দ্রপালগী father গী য়ুমদা লৈখি।

তাং ১৩/২/৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ঐখোয় পুম্নমক অয়ুক পুং ৪ তাবদা চান্দিগড় থাদোক্তুনা দিল্লিগীদমক Sadapti Train দা তোংখৎখি। নুংথিল পুং ১২.১৫ তাবদা দিল্লিগী রেলৱে ষ্টেসন য়ৌখি। মফম অদুদগী ঐখোয় কায়নরগা ঐহাক্লে, ইচা নুপী অনীনে অমসুং সিংহজীৎকী মনাও নুপী বেবীনে ঐখোয় মরিদি মীরুট তা এম.এ. তমদুনা লৈবা ইচা নুপা সিতেস উন্নবা চৎপা তারম্মী। ঐখোয় মরি তেক্সী অমা ৱায়দুনা ISBT তান্না চৎলম্মী। নুংথিল পুং ১২ তাবদা ISBT দগী বস অমা তোংদুনা মিরুৎ তানা চৎলী। মিবত্তা নুংথিল পুং ৩ তাবদা য়ৌই। Meerut য়ৌরগা University গী হোষ্টেলদা চংদুনা সিতেশ উন্নরে। মহাক্না শীন্দুনা মহাক্কী মমান্নবা ওক্রম প্রেমানন্দ কৌবা ছাত্র অমনা ভারাদা লৈবা আর কে শ্রীভাসবা কৌবা অমগী য়ুমদা ঐখোয় লৈরে। মফম অদুদা তাং ১৫/২/৯৫ ইং ফাওবা শিতেশ অমসুং মমান্নবশিংগা লৈমিন্নবে। নুমীৎ অদুগী অয়ুক পুং ৯ মিনিট তরা মঙা তাবদা মিরুট থাদোকখি। শিতেশ

অমসুং মমান্নবা অনীগা লোয়ননা ঐখোয় দিল্লি য়ৌনা বস তোংদুনা চৎলগা দিল্লি রেলৱে ষ্টেসন নুমিদাংৱাই পুং ৫ মি: ১৫ দা রাজধানী এক্সপ্রেস তোংদুনা কলিকাত্তাগীদমক ঐখোয় মরি খোঙশাল্লে। নোংঙাল্লগা নুমীৎয়ুংবা পুং ১২ তাবদা কলিকাতা য়ৌরে অমসুং মণিপুর ভবন্দা লৈরে। কলিকাতাদগী ইম্ফাল ফাওবগী air-ticket ফংদবদগী ঐখোয় মণিপুর ভবন কলিকাতাদা তাং ১৬ অমসুং ১৭/২/৯৫ ইং ফাওবা লৈথরম্মী। তাং ১৮/২/৯৫ ইং থাংজ নুমীত্তা কলিকাত্তাদগী প্লেন্না লাক্কুনা নুংথিল পুং ১ মি: ১০ দা ইম্ফাল য়ৌরে।

তাং ২০/৪/৯৫ ইং শগোলশেন নুমীত্তা ইচা নুপী সুজাতাগী M.A. Final Examination result লাওথোকখি। মহাক Education subject তা 1st class 1st তাদুনা Gold medal পীরগনি হায়না লাওথোকখি। অয়ুক পুং ৭ গী Manipuri News দসু লাউথোরকখি। ইচা নুপী খেরোদাগী পরিক্ষানা তাং ২৪/৪/৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা হায়দোকখি। মহাক্কী সবজেক্টনা ইকোনোমিক্সনি। মহাকশু মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী M.A. Final Examination দা চামদা হুম্ফুমঙাগী চাংদা ফংদুনা 1st Class তা পাশ তৌবকখি।

M.A. গী পরিক্ষা হায়দোক্লবা মতুংদা ইচানুপী সুজাতা মবুংনা গাড়ী থৌবা তম্বীখি। তাং ১৪/৫/৯৫ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী অয়ুক অঙনবদগী টিদিম রোদতা পুং অমরোম নুংতিগী কার থৌবা তম্বীবা হৌখি। মতৌ অসুম্না নুমিৎ তরানিগী মনুংদা মহাক কার থৌবা ফজনা হৈখি।

ইমুং মনুংদা ইঙনা লৈবা হায়বসি ঐনা য়াম্না পামজে। অদুনা ঐগী ইচাশিং মরম চাদনা অমত্তা চৎথোকহন্দে। করিগুম্বা নুমিত্তা থেংনা হল্লক্লবদী ঐনা মরম মুন্না হংই। কদাইদা চৎলুবনো কনাগা লোয়নবনো হায়বসি ময়ুম পাল্লবা ঐগী ইচা নুপা অহল জীতেন ফাওবদা থিগৎলি। অদুনা মখোয় নোংমতা য়াম্না থেংনা অহিংদা হল্লকপা অদু তৌদে। মশক খঙদবা মমান্নবা লাক্কুনা হংলবা মতমদা ঐনা য়াম্না কুপথনা কনানো মমিং করি কৌই, কনানা পোকপনো, কমদৌনা মখোয়গা খংনরিবা ইচা নুপা অদুগা তিন্নবনো, লাইরিক তম্বরা, তম্লবদি কবি স্কুল নত্রগা করম্বা কোলেজদা ক্লাস কয়াদা তম্বনো য়ুমনা কদাইদনো অসিনচিংবা কুপথনা হংই। ঐগী থিগৎকনবা মওং অদুদা ঐগী ইচাশিংগী মমান্নবা অমত্তা ঐগী য়ুমদা লাকনিংদে। তশেংবমক ইচা নুপা অহন্দগী হৌদুনা ইচা নুপী অনী, মখা তাবা নুপা অনী নুংতিগী ওইনা অশংবা মতমদা লাইরিক তাকই। মরুওইনা ইচা নুপা অতোম্বা শমানন্দদী মেট্রিক তগীনা বি.এ. পাশ তৌবা ফাওবা নুংতিগী ওইনা চাং নাইনা পারা পীদুনা হোৎনৈ। বি.এ. দা ঐনা লৌরক্তবা সবজেক্টশিং অদু মতম চংনা পারগা মঙোন্দা তাক্লনবা হোৎনৈ।

ঐগা লৈমিন্নবা ইনাওনুপা অতোম্বা কুমারজিৎকী মচা অনীখক্তনি। অহন্না নুপানি অনীশুবু অদুনা নুপীনি। অহলগী মমিং দিনেস কৌই। নুপীমচা অদুনা লক্ষ্মী কৌই। নুপীমচা অদু ঐনা কন্না হায়দুনা নির্মলাবাসতা মখাগী ক্লাশতগী হৌনা মিং চনবীবনি। অদুদু ফেল ওইরক্তুনা স্কুল অমদা তম্লে। নুপামচা দিনেসসু ঐগী ইচানুপা অতোম্বাগা পুন্না MBC স্কুলদা তমহনবদগী সমানন্দদী ক্লাস X লোইরদুনা মহাক মতোমতা ক্লাস V তা তমহৌই। মহাক য়াম্না ওক্তবা অঙাং ওই। মপা অমসুং মমানা য়েংশিন্দবদগী ফত্তবা

অঙাং অমা হায়বদু ওইরক্লে। য়ুমদা তাক্লমদনা মমান্নবা অমগা লাংফৈদা চেনখিদুনা ঐহাক য়াম্না অৱাবা নংখি। উচিন নাচিন্না থিরুদুনা তিনসুকিয়াদগী পুরক্লবা মতুংদা MBC দা হঞ্জিন্দুনা তমগে য়াদবদগী কন্না হোৎনদুনা কেথোলিক স্কুল কাঞ্চিপুরদা তমথখি। ক্লাস IX কাগদবদা ফেল ওইরে তাবদগী ঐনা মহাকপু নুংতিগী ওইনা তম্বীরগে খন্দুনা অয়ুক পুং তরুক্তা রুতিন শেমদুনা অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাই পাদুনা তম্বীবা তৌখি। নুংতিগী ওইনা পারা পী, ফাদ্রবদি ঐনা ফুই অমসুং চৈ থাংই। ঐনা হোৎনরিবা অদু হরাওবগী মহুত্তা মপা মমা অনীনা য়াম্না নুংঙাইরমদে। পারা য়াম্না পী হায়দুনা ঐগী নুপীদা ৱাকৎলি। ঐনা থৌওইনা তারুদে। অদুবু তাং ২৪/৫/৯৫ ইং য়ুমশকৈশা নুমীৎকী নুমিদাংৱাইদা লাইরিক তৌরসি হায়না কৌবদা দিনেস থিবা খঙখিদ্রে। অসুম থিগৎপদা লাইরিক তৌরোইদবগী মনীংগী ৱাখোঙ ফাওদোক্লগা লোন্না চৎখ্রে হায়নরক্লে। ৱাখোংগী শম্বল ফাওরগা ঐগী য়ুমগী মনীংদা লৈরিবা লৈরক্তা চোংথবদা নাওরেম বাবুধোন্না উহৌবদগী য়াম্না লাও খোংদুনা অহল লমন অমসুং হৌরকফম পন্দুনা ঙাং-শকখি হায়বা তারে। নাওরেম বাবুধন হায়রিবা পুলিস ডিপার্টমেন্টতা ড্রাইভর ওইনা থবক তৌরম্বদগী পেন্সিল ফংদুনা লৈবনি। মাগী হেক পোকমিন্নবা ময়াম্বা শ্রী নাওরেম ইবোতোম্বী হায়বদু ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নরিবা মীশক্নী। ঐখোয় মনিং মমাং লৈমিন্নরিবনি। ঐগী ইনাওগী মচানা ঐগী মনীংগী শম্বল ফাওদোক্তুনা লোন্না চৎখিবদু অহল অমা ওইনা চৈ থাংবা ওইরম্লবদি ঐহাক নুংঙাইরমগদবনি অদুদি নত্তনা মরী লৈনদবা মওংদা শম্বল ফাওদোক্তুনা লৈবকলোমদা চোংথোরুবদা মহাক্না পীবন-পানন্দুনা লাউ খোংবা অদু মরম য়াম্না চাদবা মওং অমনি। অদুগী মথক্তা মাগী পোকমিন্নবা ময়াম্বগসু ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নে হায়বা মহাক খঙলিবনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা পুলিস ডিপার্টমেন্টতা ঐগী ইখাদা থবক তৌরম্লিবনি। অদুনা ঐহাক য়াম্নমক ৱারৌখি। হায়রিবা নুমিৎ অদুগী অথেংবা অহিংদা মচা অদু ঐনা ফুবিবা তারে খন্দুনা ইনাওনিপা কুমারজিৎনা মাগী নুপী লেম্বীগা তান্নরগা দিনেশ পুদুনা লেম্বীগী মপামদা চৎখিরম্মী। অদুগী মতুং তাবদা তাং ১১/৬/৯৫ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী নুমিদাংদা ইনাও নুপী লেম্বী দেবীনা ঐঙোন্দা শুকতাক তাকলমদনা নুমিদাংদা মপোৎ মচৈ পুম্নমক হোন্দুনা মপামদা হায়বদি নিংথেমচা কারোংদা মচানুপী লক্সমী পুদনা হোংখিরম্মী। মতৌ অসুম্না ঐনা খনবনা অমা ইনাও নুপা অমসুং মাগী নুপীনা খনবনা অমা তৌদুনা ঈংনা চিক্লা লৈমিন্ননিংবা ইমুং মনুং মকায় মকায় তৌবা হৌখি। মচা নুপা অদু মী ওইহনগে খল্লুবা ঐবু মখোয়না য়েক্লবা ওইনা খনখি। মখোয়গী মতৌ অদুদা ঐসু করিসু হায়রুবা তৌদনা তুমীন্না লৈখিরম্মী।

তাং ২/৬/৯৫ ইং ইরাই নুমীত্তা ঐগী ইচা নুপা অতোম্বা সমানন্দগী ক্লাস টুয়েল্বকী Final Exmination গী রিজলট হায়দোকখি। মহাক থার্দ ডিভিজনদা পাশ তৌখি। মহাক্কী Roll No. 4298 নি। তাং ৫/৬/ ৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইচানুপী সুজাতাগী M.A (Edn) দা 1st Class 1st তাবগী Gold Medal, Certificate অমগা লোয়ননা Manipur University গী Centinary Hall দগী receive তৌরুই। তাং ১৩/৭/৯৫ ইংদা ইচা নুপা য়াইমা সিতেস মেরুতগী M.A. গী মরক্কী পরিক্ষা পীরম্লগা য়ুমদা হল্লকখি।

ইচানুপা অতোম্বা শামানন্দনা D.M. College (Arts) তা থ্রী ইয়র ড্রীগী Course তা অহানবা চহীদা মিং চন্দুনা ঐহাক্না নুংতিগী ওইনা মাগী সবজেক্ট পুম্নমক তম্বীবা হৌখি।

তাং ২৫/৯/৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Part Time College Lecturer খরা লৌননবা Written Test Examination পাংথোকখি। মদুদা ঐগী ইচানুপী অনী সুজাতা অমসুং খেরোদা অনীমক Written Test য়াওখি। টেষ্ট অদু নোংঙানবগা তাং ২৬/৯/৯৫ ইং লৈবাকপোকপা নুমিত্তা রিজলট লাওথোকখি। ইচানুপী অহন-সুজাতানা Education সবজেক্টতা 1st অমসুং ইচানুপী অতোম্বী খেরোদানা Economic subject তা 16th Position দা লাকখি। তাং ৯/১০/৯৫ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা খনগৎলবা Part Time College Lecturer শিংগী ভীবা Additional Director (U) গী ওফিসতা subject expert য়াওনা নুংথিল পুং অহুম তাবদা পাঙথোকখি। ঐগী ইচানুপী সুজাতা চাংয়েং অদুদা য়াওখি। তাং ১০/১০/৯৫ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তনা খেরোদাগী ভীবা পাঙথোকখি। মহাকসু চাংয়েংদু য়াওখি। তাং ২৮/১০/৯৫ ইং থাংজ নুমীত্তা part time college lecturer গী পোষ্ট খনবগী রিজলট হায়দোকখি। সুজাতানা ইদুকেসন সবজেক্টতা select list গী মকোক্তা লাকখি। অদুবু তাং ১৬/১১/৯৫ ইং শগোলশেন নুমীত্তা 1st তাবা ইচানুপী সুজাতাবু তদুবী কোলেজদা অদুগা 2nd অমসুং 3rd তাবা অনীবুনা D.M. College দা পোষ্টিং পীদুনা ওর্ডর থোকখি। ঐগী ইচানুপী সুজাতা য়াম্না নীঙবা কায়খি অমসুং মহাক মতৌ করম্না তদুবীদা part time lecturer ওইনা চৎকদৌরিবনো হায়বদু খনফম খঙদনা লেনখি। মহাক্কী পোষ্টিং অদু হোংদোকপিননবা মীওই কয়াদা হায়জখি। অদুবু করিগুম্বা এক্সন অমত্তা লৌখৎপিদনা ফাইল নমশিন্দুনা থম্বীখি।

মরকশিদা ঐগী ইশুনুপা অহন আনন্দ সেন্ট জোশেফ হায় স্কুলদা Nursery Class তা তাং ১৬/২/৯৬ ইং ইরাই নুমীত্তা মিং চন্দুনা স্কুল কাবা হৌরে। ঐগী ইচা নুপী খেরোদা দেবী Graduate teacher ওইনা appointment ফংদুনা offer form পীরক্লে অমসুং তাং ৬/৭/৯৫ ইং শগোলশেন নুমীত্তা Director Education (S) তা acceptance report submit তৌখ্রে। পোষ্টিংদি পীরকপা ঙাইবা তাখি। ইচা নুপা অতোম্বা শামানন্দগী TDC/1st year final পরিক্ষা তাং ১৮/৭/৯৬ ইং শগোলশেন নুমীত্তা হৌখি। মরক অসিদা Minister / Higher Education শ্রী কুমার সিংহনা ওইরকপদগী হান্নদগী শ্রী নিমাইচান্দ লুৱাংনা নমদুনা থম্লম্বা ইচা নুপী শুজাতাগী college part time lecturer ওইনা তদুবী কোলেজদগী ইম্ফালগী মফম অমদা শিন্দোকপগী কেস অদু পায়খৎপিদুনা তাং ১৮/৭/৯৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা অনৌবা ওর্ডর অমা থোক্কুনা Ideal College অকাম্পাত্তা তারে। ওর্ডর অদুগী মতুং ইন্না মহাক তাং ২২/৭/৯৬ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা Ideal Girls College দা জোইন্ট তৌরে। মতৌ অসুম্না ঐগী ইচা নুপী থা নিপাল লোম মফম খঙদনা লৈরম্বদগী মন্ত্রি শ্রী কুমারগী থৌজালদগী তং-তাবা মওং অমদা থম্বীখি। তাং ৬/৮/৯৬ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তা ইচা নুপা সিতেশ Meerut University দগী M.A. (Sociology) Final Examination দা 1st Class ফংদুনা পাশ তৌরে হায়বগী পাউ লাকখি। মহাক্তি পরিক্ষা লোইরম্লগা থোরক্কুনা হান্নদগী য়ুমদা লৈরবনি।

ইচানুপী খেরোদাগী গ্রেজুয়েট টিচর ওইনা এপোইন্ট তৌখিবদু পোষ্টিং লিলোং হায়র সেকেন্দরিদা তারে হায়বগী order no. 5/7/96 ED dt 11-10-96 কী মতুং ইন্না তাং ২৬/১০/৯৬ ইং থাংজ নুমীত্তা লিলোং হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা জোইন্ট তৌরে। হৌজিক্তি মহাক Higher Secondary গী Lecturer ওইনা promotion ফংখ্রে।

ঐনা retire তৌবা চহী মরিরোমগী মতুংদা তাং ৭/৩/৯৭ ইং ইরাই নুমীত্তা DGP না হায়রকপা মতুংইন্না SP/Imphal Shri Samananda Singh না চিঠি ইরক্লুনা ঐবু pick up তৌননবা নুমীৎ যুংবা মতমদা District Hd. Quarters Imphal দা মিতিং অমা য়াওননবা থারকখি। নুমিৎ অদুগী নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী ঐহাক চিঠি অদু ফংলবনি। SP/Imphal গী ওফিসতা Shri H. Chandrakumar, Shri, S. Dorendra অনীসু pick-up তৌরুদুনা লাক্লম্লে। মিটিং অদুদা SP Shri Shamananda না IGP গী behalf তা হায়খি মদুদি ইম্ফালগী পুলিস ষ্টেসন অহুম হায়বদি ইম্ফাল, শিংজমৈ অমসুং লম্ফেলদা কেস মশিং য়াম্না পেন্দিং লৈরে। মদু লোইশিন্ননবা পুলিস ষ্টেসন অদুগী I.O. শিংদা Guide খরা তৌবিয়ু অমসুং অরিবা পেন্দিংদা লৈরিবা কেসশিং অদু dispose তৌবদা মতেং পাঙবীয়ু । মিটিং অদুদা পুলিস ষ্টেসন অহুম অদুগী ও.সি. শিংসু য়াওখি। ঐহাক্না লম্ফেল পুলিস ষ্টেসন, শ্রীচন্দকুমারনা ইম্ফাল পি.এস. অমসুং শ্রী দোরেন্না শিংজমৈ পি.এস.কী কেসশিং য়েংশিনবা হায়না য়ানরে। SP/Imphal না ঐখোয় অহুম্মক্তা অহানবগীনী হায়দুনা লুপা লিশিং অনী অনী পীখি। নুমীৎ অদুদা লেপ্লখিবা মতুং ইন্না ঐহাক তাং ১১/৩/৯৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীত্তগী হৌদুনা নুংতিগী অয়ুক্তগী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা Lamphel P.S. তা চৎলম্মী। মতৌ অসুম্না ঐহাক তাং ৮/৭/৯৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমীৎ ফাওবা হায়বদি থা মরিরোম লম্ফেল থনাগী অরিবা কেশশিং লোইশিনবদা মতেং পাংখি। থানাগী মীওইশিং অদু থৱাই যাওবা ৱাৎলকপা অমসুং ও.সি. লম্ফেল পি.এস. Inspector R.K. Khomdon সু ঐঙোন্দা co-operation পীবা ৱাৎলকপদগী ঐহাক তাং ৯/৭/৯৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তগী লম্ফেল থনাদা চৎপা তোকখি। তাং ৭/৩/৯৭ ইংদা SP/Imphal না পীরকখিবা লুপা ২,০০০ অদুদগী হেন্না ঐহাক রিমুনরেসন অমত্তা ফংখিদে। ঐনা তাং ১১/৩/৯৭ ইংদা লম্ফেল থনাদা ইহান হান্না থিগৎপদা অরিবা পেন্দিং কেস ২৪৪ লৈরম্মী। ঐনা পেন্দিং কেসশিং অদুগী register অমা শেম্লগা করম্বা I.O. দা করি কেস পেন্দিং লৈবগে হায়বদু ইথোকখি। নোংমা নোংমগী ওইনা I.O শিং অদুদা মাগী মাগী কেস অদু কেস ডাইরী ইবা ফাওবা ঐনা ডিক্টেসন তৌদুনা ইহনখি অমসুং কেশশিং অদুগী final form পীখি। অসুম্না লোইশিন্দুনা তাং ৮/৭/৯৭ ইং ফাওবদা কেশ - ২১৯ লোইশিল্লম্মী। অবেম্বা কেস - ২৫ খক অদুসু লোইশিন্নবা হোৎনবনি অদুবু ও.সি. অমসুং আই.ও.শিং অদুনা থৱায় য়াওরক্তবা লৈথোক লৈশিন তৌরকপা অদুদা ঐহাক মখা চথখিদৱনি। ঐনা তৌখিবা থবকশিং অদুগী একুপ্পা রিপোর্ট অমা SP/Imphal দা পীরমখি। মতৌ অসুম্না ঐহাক থা মরিরোম লম্ফেল থনাদা নুংতিগী ওইনা থবক তৌরমখি। মদু ঐহাক পৈশাগী খন্দনা পুলিস Department কী খন্দুনা থৱায় য়াওনা [illegible]খিবনি।

তাং ৫/১১/৯৭ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ইচা নুপী সুজাতা থোকচোম ইবোতোম্বী কৌবা তোপ ময়ায় লৈকাইগী মোর্দন কোলেজদা ফিজিক্সকী লেকচরর ওইবা অমগীদমক লুহোংনবগী হায়বা লাকখি। ইবোতোম্বীবু পোকপদু লৈখিদ্রে মহাক্কী ময়াম্বা অহল শ্রীথোকচোম য়াইস্কুল, ময়াম্বা য়াইমা শ্রীথোকচোম খেলেন্দ্র অমসুং অতোপ্পা মখোয়গী মরী মতা অমগা অয়ুক্তা লাক্কুনা ইচা নুপী সুজাতাবু পীয়ু হায়রে। হান্নদগী হৌনা ঐহাক ইবোতোম্বীগী মরমদা ইচা নুপী সুজাতাদগী তারবনি। ইবোতোম্বীগী মমাসু লাক্লম্লবনি। ইচা নুপীনা য়ানীংই হায়বদগী নুমিৎ অদুদা লূহোংবগী নুমিৎনচিংবা লেপ্লখ্রে।

তাং ২৬/১১/৯৭ ইংদা ৱারোইপোৎ পুবা; তাং ৯/১২/৯৭ ইং লৈবাকপোকপা নুমিত্তা হৈজীংপোৎ পুরগা তাং ১২/১২/৯৭ ইং ইরাই নুমীত্তা লূহোংবা হায়না লেপ্লথোকখ্রে। লেপ্লখিবা মতুংইন্না ইচানুপী সুজাতা তাং ১২/১২/৯৭ ইং ইরাই নুমীত্তা শ্রীমান থোকচোম ইবোতোম্বীগা লোয়ননা লুহোংখি। সংসারগী চৎনবী মতুংইন্না ঐনা নুংশিনা য়োকচরক্লবী, মহে-মশিং তমহন্দুনা মী ওইননবা শেমগৎরক্লবী, ঐবু য়াম্না লূনা অমদি নুংশিনা তৌজবী ঐগী ইচা নুপী অহল সুজাতা মশাগী চহি ৩২ শুরকপদা লুহোংলগা মীগী ময়ুমদা ইশামক য়াওনা তাং ১২/১২/৯৭ ইংদা থিল্লুদুনা কায়নখি। লুহোংগদবা মমাং অমদী লূহোংবগী মতুং নুমীৎ কয়ানিবোম কায়নবগী মৈচাক মুৎপা ঙমখিদে। মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ইচানুপী অতোম্বী খেরোদা, মতোমতা মখোয় অনীনা লৈরম্বা কা অদুদা ইশুক শুক্লা লৈবা উরগা ঐহাক হেন্না থম্মোইদা ৱাখি। পুন্না কা অমত্তদা মখোয় অনী নোক খেদুনা হরাওনা নুংশিনা লৈমিন্নরম্বনি। মচে চৎখ্রবদা কা অদুদা মতোমতা তুমিন্না লৈবা উরগা মহাকপুসু মতম চারিঙৈদা লহোংবিরগে খনখি।

জীতেন্না পোকপা ইশুনুপা অতোম্বা শ্রীমান আমার মশাগী চহী অহুম থা অমা নুমীৎ তরানীথোইনি শুবদা তাং ২/২/৯৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা লৈকাইগী অঙ্গলৱাদি স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি।

তাং ৪/২/৯৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ইহান হানবা ওইনা নামৈরাকপাম নডিযা সিংহ সাং চীংঙা মখাগী মচানুপা শ্রীমান লক্ষ্মীকান্তগীদমক খেরোদাবু মমৌ ওইননবা মমাগা লোয়ননা মীওই খরা লাক্কুনা মৌ হায়বা লাকখি। ঐনা হংবদা খেরোদানা নুপা অদু হান্ননা খঙনবা অমসুং য়ানীংবা ওইরম্মী। হায়রিবা নুপা অদু শ্রীনদিয়াগী মচা নুপা অহলনি B.A. Pass তৌরগা Industry Dept. তা ইন্সপেক্তর ওইনা থবক তৌরি হায়। পোষ্টিংনা থৌবালদনি হায়। ঐনা হংবদা নুপা অদু লমচৎ শাজৎ ফজৈ অকায়বা তৌদে হায়। অদুনা ঐহাক্সু খেরোদাবু লুহোংবিরগে খন্দুনা লৈরবনিনা ঐগীসু অয়াবা পীখ্রে। তাং ৬/২/৯৮ ইং ইরাই নুমীৎকী অয়ুক পুং নিপাল মিনিট ১৫ তাবদা নুপামচা অদুবু পোকপা শ্রী নামৈরাকপম নদীয়া মমান্নবা অনীগা লোইননা মৌ হায়বা লাকখি। য়ানরদুনা লূহোংবগী নুমিৎ লেপ্লখি। তাং ১৮/২/৯৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা ৱারোই পোৎ পুবা, তাং ২/৩/৯৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা হৈজিংপোৎ পুবগা তাং

৪/৩/৯৮ ইং য়ুমশকৈশা নুমীত্তা লূহোংবা হায়না লেপ্লখি। মতৌ অসুম্না ইচা নুপী অতোম্বী খেরোদাসু তাং ৪/৩/৯৮ ইংদা লুহোংদুনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎখি। থা অহুমগী মনুংদা ইচা নুপী অনীমক লূহোংদুনা চৎনখ্রে। মখোয় অনীনা লৈরম্বা কা অদু পুমহাং হাঙলে। য়ূমদা পুংহাং হাংবতা নত্তনা ঐগী থম্মোইসু পুংহাং হাংবগুম তৌখি। নুপী ওইনা পোক্লবনীনা ইচা নুপী অনীমক নোংমদি ঐগা কায়নগনি হায়না খনবদু তশেংবা ওইনা কায়নররে। খেরোদাগী মশাগী চহী কুম্লামাথোইগা নুমীৎ ২০ নি শুবদনি মহাক লুহোংখিবা লুহোংবগী মতমদি হেনবু হেল্লবা ঙাক্তনি। মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ, লাইরিক তমখৎলকপা, চাউরকপা, থৌদোক কয়া, য়ুমদা, মমা-মপাদা কে মৌদুনা লৈরকপা, ঐগীদমক মখোয়না খনবা, ঐগী অপাম্বদা মখোয়না থৱায় য়াওবা, নারক-য়েকলকপদা মখোয়না তৌখিবা সেবা ঐনা য়ুমদা শাউ-খোৎপদা মখোয়না ঐবু থেমজিনখিবা, চৎলম খোৎলমদাইদা ঐগী শেৎ চারিবা ফিরোল ফাওবা শেমজিন খোৎচিন্দুনা হোৎনবা, লাইরিক তম্বদা অমদি মায়পাকপা থৌদোক অমা মখোয়না মায়োক্নরকপদা ইহান হেক হান্না ঐঙোন্দা খঙহন্নবা কোয়থি থিবা অসিনচিংবা ময়াম অদু নীংশিংল্লকপদা কনা খঙহন্দনা অচীকপদা ইতোমতা খাঙবা অসিনচিংবা অসি ইথা থাজদনা পুন্সিদা থেংনরকখি। লূহোংবগী ৱাখল অমত্তা তৌনদ্রিঙৈ মতমদগী ঐহাক্তি মখোয় অনীগী মপোৎ মচৈ শীল লাঙদুনা চহী ২/৩গী মমাংদগী শেম শাদুনা কা অমদা শো লোন্দুনা থল্লবনি মোরেদগী উ গাড়ী লোদ অমা ঐগী ইমৌনুপীগী মবুংদগী লৈরগা চহী কয়াগী মমাংদগী মিল অমদা খায়দোকহল্লগা কংহন্দুনা থল্লগা মিষ্ট্রি নেক্তুনা মখোয়না অপাম্বা ফনিচর মওং কেতোক্তগী খলহল্লগা থা কয়ামরুম চংনা য়ুমদা শাহল্লবনি। মখোয় মখোয়না পাম্বা আইতেম পুম্নমক শারগা থল্লবনিনা থা অহুমগী মনুংদা মখোয় অনিমক লূহোংবদা ঐঙোন্দা থোইনা অৱাবা লৈখিদে। অতৈ অতৈ পোৎচং কয়াসু মখোয় মখোয়না মশাগী পৈশা থোকচবনিনা মখোয়না পাম্বা পোৎলমশিং লৈশিন্দুনা মতম কয়াগী মমাংদগী লৈরকপনা ঐঙোন্দা খুদক্কী ওইনা নংদবা হায়বদু লৈখিদে।

তাং ২৭/৯/৯৮ ইং নোংমাইজিং নুমীৎকী নুমিদাং পুং ৯.০৯ তাবদা ডাক্তর নেলসনগী দুলালেন্দ ক্লিনিক্তা ইচানুপী সুজাতাগী মচা নুপা অমা পোকখি। ঐখোয় ময়াম ক্লিনিক অদুদা মহাক্কী অহানবা ফংজবা মচানুপাগী হরাও তয়াম্বা য়াওখি। তাং ২৮/১২/৯৮ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তা ইচা নুপা অহন জিতেনগী কুম্বা তরুকশুবা মপোক নুমীৎনি। নুমীৎ অদুমক্তদা মহাক্কী মচা নুপা অতোম্বা আমর মশাগী চহি মরি নুমীৎ নিপান্নি শুবদা সিতেশনা শিন্দুনা St. Joshep School দা নরসরি ক্লাসতা মিং চনখি। ইং শোক ১৯৯৮ দা নুংত্তিগী ওইনা ইশুনুপা আনন্দ অমসুং ইচা নুপা অতোম্বা শ্যামানন্দবু নুংত্তিগী ওইনা ঐনা লাইরিক তম্বীখি। কৃতিন অমমম শেমদুনা মখোয় অনীগী সবজেক্টশুনা তম্বিবনী। শ্যামান্দগী TDC 3rd Year গী ওইনা ঐনা তম্বীখিবা মশীং ৪৩৭ নী অদুগা আনন্দগী পেরিয়োৎ মশিং ৩১৭ নি। মতৌ অসুম্না আনন্দগী ক্লাস I দগী ক্লাস II কাবদা তাপনবা মার্ক ৫৭৩ ফংদুনা পার্সেনটেজনা চাদা ৬৭ ফংখি।

হাযবিবা শোক ১৯৯৮ দগী শ্যামান্দগী ফাইনেল পবিক্ষাগী মতম য়ৌখিদ্রি। মহাক্কী TDC 3rd year গী final পবিক্ষা তাং ৯/৩/৯৯ ইংদা হৌবগা তাং ২৫/৩/৯৯ ইংদা লোইখি। D M College (Arts) তা মহাক্না 2nd Year TDC দা লাইবিক তম্বা ফংখিবা নুমীৎ মশীং ১০২ খক্তনি। অদুনদি কোলেজদা depend তৌবনদি সিলেবস লোইশিনবা ঙম্বা নত্তে। মহাক্কী সবজেক্ট পুম্নমক ঐহাক্না যুমদা তম্বীদুনা লোইশিনখিবনি। অপুনবা ঐনা মহাকপু অয়ুক নুংথিল পাদুনা তম্বীখিবা ক্লাস মশীং ৫৮৪ নি।

তাং ৫/৩/৯৯ ইং ইবাই নুমীৎকী অয়ুক পুং ১১ মি: ৫০ তাবদা ইচা নুপী অতোম্বী খেবোদা Dr Nelson গী Clinic দুলালেন্দা ওপবেসন তৌবগা মচানুপা অমা পোকখি।

**ৱাহৈ খরদং**

তাং ১৪/৬/৯৯ ইং নিংথৌকাবা নুমীত্তগী হৌনা ঐনা মতম কুইনদগী খল্লক্লবা ইশাগী Autobiography ইবা হৌখি। নুমীৎ অদুগী মতুংদা থোকলকপা পুন্সীগী থৌদোকশিং মখা অমুক ইথদ্রে। ঐনা ইথ্রিবশিং অসি ঐগী পুন্সিদা তশেং-তশেংনা থোকখিবশিং অদুনী। পুক্লিংদা লৈজবা ঐনা খনজখিবশিং অদু লোৎশিনবা যাওদনা ফোংদোকর্পসিদা কনাগুম্বনা নুংঙাইতবা পোর্কাপিবা তাববদি মদু ঐগী ৱাখন্নী শনবদুনা ঐহাকপু ঙাকপিয়ু । ঐহাক্কী শেমজিন শাজিনবা কবিমত্তা যাওদনা থোকখিবশিং অদু ফোংদোকচবনি। পুক্কীঙদা ফাওবা ঐগী ৱাখলশিং অদু ফুমদুনা থম্বগী মহুত্তা অনীঙবা অদু ফোংদোকখবর্তানি। ঐহাক্কী ৱাখলগা কবিগুম্বা খেন্নবল্লবসু ঐবু ঙাকপিয়ু। কনাগুম্বা মীওই অমত্তগী মথক্তা grudge যাওনা ইজবা নৎচদে। পুন্সিগী অকুম অকা, অবা নুংঙাই খবমখৈ তশেং তশেংনা ফোংদোক্কে হন্দুনা ঐগী Autobiography অসি ইজবনি। মীওই পুম্নমকপু ঈশ্বরনা চানবীবা অমসুং নুংঙাই যাইফবা পীনবা ওইসনু।

:| লোইরব |: